**কথথোক্রবী**
**(বারী মচাগী লাইরিক্)**


অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ, বী এস সি, এল এল বী পি জি দি ইনভাইরনমেন্টেল সাইনস।

শিনফম : সেনিয়াব টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট, লাইফ সাইনস দিপার্টমেন্ট, মণিপুব য়ুনিভর্সিটি টেলিফোন নং :- ২৪৩৫২৬৩ (ওফিস)

লৈফম : শিংজমৈ চীঙা মখোঙ চোংথাম্ লৈকায, ইম্ফাল মণিপুব, টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোংজবী : ময়াংলম্বম ওংবী বাজকুমাবি থোইবীস্না দেবী, বী এস সি, বী এদ।

শিনফম : হেট মিস্ট্রেস, বাইথৌ প্রাইমাবি স্কুল, থৌবাল জিলা, মণিপুব।

লৈফম : শিংজমৈ চীঙা মখোঙ্ চোংথাম্ লৈকায, ইম্ফাল মণিপব ফোন নং : ২৪৪৪৬১১

অহানবা ফোংবা : মেবা থাগী ২২নি পানবা ইবাই নুমিৎ ওক্তোবব ১৭, ২০০৩ ইং।

কোপী বাইট : অইবা

কোপী মশীং : ৫০০

লমাই : ২৩২

মমল : লুপা ১৩০/-

মখুম য়েকপা : হুইবেম সোমো

লাইবিক্ ফংফম : অইবগী য়ুম, সংগমবুক স্টোব পাওনা বজাব, শিন্দম বুক স্টোর শিংজমৈ, বাজেস বুক স্টোব গভনর্স বোড।

নমফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লমপাক্, ইম্ফাল।

*কৎথোকপা হায়বসিমুক চাউবা দান অমমুক লৈত্রব্রা খঞ্জদুনা*
*ঐগী অনীশুবা ব্বারী মচাগী লাইরিক অসিমদি ঐনা মশক উজহৌদ্রবা,*
*ঐবু পোকপী ইমা বৈষ্টবীদগী তাজবা ব্বারীনা মপুং ওইরগা ঐনা ইপা*
*ইবুংঙো অদুগী মচানি হায়না মীমাংদা শক তাকচরিবা লাইওইখ্রবা*
*ময়াংলম্বম অঙৌবী সিংহ, সাং ককচিং খুনৌ থিংনাম নিংথৌ লৈকাইদা*
*পুং য়ৈবগী শিনফম পায়বীরম্বা লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোগী চবন্দা মচা*
*ঐগী খুৎনা ইজরগা শেমজবা ব্বারীমচা কুনগী পুনশিনবা লাইরিক*
*"কৎথোক্লবী" কৎথোকচরি।*

# ৱাফম খরদং

শ্রী কান্দেশকী অহানবা ফোংবা "অরোইবা বিচার" ৱারী মচাগী লাইরীক্ত থৱাই য়াওনা পাজখ্রে। অহানবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিমক মণিপুরদদি অইবনা মপুরুীংগী অনীংবা কয়া লোৎশিনবা তৌদনা, ইচং থৌনা, মপুং ফানা ফোংদোক্রবা অনৌবা মখলগী লাইরিক্কী হায়না লৌজে। ফোংলিবা ৱারী মচা খুদিংমক্তা ৱাচোয় য়াওদনা, পুরুীংগী ঈহুল খুদিংমক, নাহা-অহল খাক্তনা ফাওহনবা ঙম্বা মখলগী লাইবিক্কী। লাইরিক অসি পারুরগা অইবা অসিনা মহাক্কী ৱাখল নুংতগী ওইবা তরংদা শাজিন্নবা থৌদোক-ৱাথোক ওইনা ইদে। ফোংদোকলক্লিবা ৱারী অয়াম্বনা অইবা মশামক্কা হেক হকথেংননা থেংনরকখিবা থৌদোক ৱাথোক্তা য়ুমফম ওইবগা ইরকপা ওইনা তৌই।

খুৎই খুদিংমক্তা তোঙান-তোঙানবা, তাম্লবা চীংগী অচিকপা খুলশিং অমদি মণিপুরগী লোইজি-লোয়াগী অশেংবা শক্তমগী ইথিল পীববা লমদম অসিগী অপুনবা শক্তম অমদা পুশিল্লক্লিবা ৱাখল্লোন অমগী পান্দমনি হায়জবা তাই। অসুম্না ঐগী লনাই সবজেক নত্তবা লাইরিক পাগন্দ্রবা ঐহাক ফাওবা পানীংহনবগী ঈথিল পীবা শ্রী কান্দেশকী লাইরিকসিনা পীরি। অসুম্না মতম খরা হৌখ্রবা তুংদা শ্রী কান্দেশনা ফোংগদৌরিবা ৱারীমচা কুনগী "কৎথোক্রবী" হায়না মীংথোল্লবা লাইরিক অমা অমুক পাননবা হায়বিরকখি। অইবসিগী অহানবা লাইরিক্কী নুংঙাইজবা মহাও কয়া কাউদ্রীঙেদা অনৌবা লাইরিক অসিসু থোইদোক্না পানীংবা ফাওরকখি। হন্দকমুক্তি ফোংগদৌরিবা লাইরিকসিদা ৱারীমচাশিং অসি ইচম-চম্না লীরিবা ৱারীদুগী ঈচেলদা তাওথরগা চৎপা অপাবা অমা ওইবত নত্তনা ফোংদোক্লীবা ৱাহে ৱাতাশিং, নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন, থারিবা খুন্নাইদুগী শক্তমশিং অমদি হৌজিক্কী মীরোলশিংদা পীনীংবা ৱারোলশিং ৱাহৈ লৈতেং কয়াবুসু য়েংনিংলকখি। মথং মথং পারুরে।

"শিংঙেল নাচোম" হায়রিবা ৱারী মচাসিদা য়াম্না মগুণ লৈনা ফজবা ৱাহৈ ৱাতাসু য়াওই অদুগা হায়নদবা চৎনদবা ৱাহৈ ৱাতাসু খরা য়াওরকপগুম্না থেংনৈ। চৎনদবা হায়নদবা ৱাহৈ ৱাতা য়াওশিল্লকলিবসিনা ঐখোয়গী লোনসিগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তমদা মকসিলহল্লকপা ওইনা থোক্রকনিঙাই ওই। লৌউ-শিংউবা মতমগা কুমগী নোংজু-পানথাগা অমত ওইবা মরম্না অতিয়া অপুম্বা অমংবা-নোংগী মপৈনা

মমশিন্না কুপলকপা মতমদা সরত-ঋতুগী থাবলগী ফজবশিং চিনফাদা য়াওবা বাহে-বাতা খরা থিংবা নংহৌদনা থেৎচিন্নকপগুম্বা থেংনৈ। অসিগুম্বসি অইবগী পুক্কীংনা করি খল্লুরগা ইরক্লিবনো হায়বা বাফম থমজনীংই। "অঙাং ওইরিঙৈ" হায়বা বারী মচা অদুদসু হায়নদবা বাহে খরা শিজিন্নরগসু খুঙ্গং অমগী চন্নবা পুন্সি মরেল, মুথৎপা ঙমলরোইদবা শক্তম কয়া থাদুনা ফোংদোকই। মরোল থোক্লবা অয়েকপা লাইদদি শ্রী কান্দেশকী বাহেগী লৈথেৎ-লৈকোয়গী ময়েক শেংনা উৎথোকলে হায়না লৌই। কৎথোক্লবী হায়রিবা বারীসিদি য়াম্না ফিদমনিংঙাই ওইরবা মপুং ফারবা বারীনি হায়জনীংই। 'শাদানবগী পুকচেল' য়াম্না তেনবা অদুগা য়াম্না মপুং ফানা শাফু কম্না অইবগী বাখল্লোল ফোংদোকলবা বারীগী মুৎইনি. "কৎথোকলবী" অমদি "শাদানবগী পুকচেল" হায়রিবা বারী অনী অসিদি মুল অমদি কলেজগী থাকতা পরা ওইনা তম্বীনবা খনগৎলবা বারী মচাগী শরক্ত হাপচিনৎলীংই. [illegible] মচাগী লাইরিক অসিগী মমিং ফাওবা অইবনা "কৎথোকলবী" হায়না [illegible] মরম অমদি [illegible] হায়বা তাই লাইরিকসিগী মনুংদা ফংলা [illegible] বারী মচা [illegible] য়াম্না মেকানিকেল ওই. থৌদোক-[illegible] ওইনা তৌই [illegible] মেকানিকেল ওইবা বারীশিং[illegible] পুন্সি[illegible] অইবসিগী পামজরম্বশিংদু ফংলক্লবগী [illegible] অদুক ওইনমক অইবসিগী ফোংদোকখ্রবা লাইরিক অমদি পুথোক্লৌদিবা লাইরিক অনাইবসিগী ওইনা তোপ তোপ্পা মওং অমদি লৈজে মতাংসিদা শ্রী কান্দেশকী মুৎই অসি বর্ম্মাগী অইবা শ্রী ময়া ঝনচিন্ট কী মইগা য়াম্না মান্নবা মওংশিং থেংনৈ। থেন্নবা হায়বদু শ্রী ময়া ঝনচিন্টনা বর্ম্মাগী খুন্নাইগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা পুন্সী মহিং অমদি মখল কয়াগী মীওইশিংগা হকথেংনননা উন্নদুনা বারী-বাতাই তৌরগা মদুদা ফংলকপা বাফম কয়া অদু সমাজ অদুগী শক্তম ওইনা ইথোরকই। অমরোমদা শ্রী কান্দেশনা অতম্নন মীওইশিং উন্নরুদ্রগসু মহাক্কা থেংনখিবা থৌদোক বাথোকশিংদা য়ুমফম ওইরগা চীংনুংগী পুন্সী বারী, লোইজি- লোয়াগী মীওই কয়াগী মরক্তা লৈনরীবা খুন্নাই অদুগী বারোল কয়া ইদুনা ফোংদোকলকপনি। শ্রী কান্দেশতা থমজনীংবদি তহা-তহাদনা তোঙান-তোঙানবা মীওই অমদি মাগী চৎন-লোনচৎ অমসুং পুন্সী খুৎহিংশিংগী ওইবা অনৌবা মখলগী বারী মচাশিং পুথোরকখিগনি হায়বা বাফমসি থমজবগা লোইননা অশেংবা অইবা অমনি হায়না ইকায় খুম্নজরী।

ইম্ফাল
১৬-৯-২০০৩

রঞ্জন সিংহ
রেজিস্ট্রার, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি

# অহৌবগী ওইবা ৱারোল

তামো কান্দেশনা "কংথোক্লবী" লাইরিক অমগী অহৌবগী ওইবা ৱারোল অমসুং ইবীয়্ হায়না নোংমা নীংশিংলকখি। ঐহাক ঙক্লা থোকখি, ঐহাক অইবা অমসু ওইদ্রি মীনা করি ঙাংনখিনি অদুগা সবজেক্টসু ঐগীদি কেমিষ্ট্রিনি। অদুবু, তামোগী সাহিত্যগী অহানবা খুদোল "অরোইবা বিচার" পারুবদগী ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইজবা অমদি তামোসি শোয়দনা নোংমদি সাহিত্যগী লমদা শীংথানীংঙাই ওইরবা অইবা অমা ওইরকখিবগনি হায়বগী থাজবা লৈজরকখি। অনীশুবা খুদোলসিসু শোয়দনমক্কী ফজরমগনি খঙ্গখি, অদুনা থুনা পাজনীংবদগী ঐ অদুম ফোর্বাদ ইবগী মহেন্দ্র মল্লিক চাজদ্রবসু য়াজখিবনি। অমসুং, তামো ঐখোয় অনী "অনৌবা মঙানগী" অনৌবদা আর্টিকল হাপখিল্লবা, তোয়না তাথোক-তাশিল তৌবদগীসু হীবমসিদা ঐখোয় অনীগী হেন্না মরী লৈনরকখি।

ঐ ঈশানক অইবা অমা নংচন্দ্রগসু সাহিত্যবু নুংশিজবা সাহিত্যগী মহাওবু লৌবা ঙম্বা অমদি ওইক্তে। তামোগী ৱাহে-ৱাত্রা চম্মী, চখোল্লি, ফজে, পাবদা নুংঙাইহল্লি। হৌবদগী লোইবা ফাওবা লেপ্তুনা পানীংহল্লি।

চপ্পবা খুঙ্গংদগী হৌরকখিবনা তামোগী খুৎইদসু অচম্বা পুন্সি পামজবগী মমি তাই। "অশেংবা মরূপ" হায়বসিদা চপ্পবা ডাক্তর গোপালগী পুন্সি কথোকপা, মথৌদা পুক্নীং-চংবা, তোল্ল-তারবশিংবু মতেং পাবিবা, লৈবাক্কী সেবা তৌনীংবগী শক্তম উথলি। কনা লৈজদ্রবী চন্নফম খঙদনা মাংলম্বা য়ারবা খুঙ্গংগী চনুরা কিরনবু অনাবদগী কনবিবদা নত্তনা মচন শক্সা য়ুমদা পুখত্তুনা মহে-মশিং তমহনবা, মচনবু দান পীদুনা মপুং-ফানা লুহোংবীবা ডাক্তর গোপালগী পুন্সি থাগৎনীংঙাইনি।

মতম অমগী খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সি লৌউ-শীংউবগী, শীং-চনবগী, ঙা-ফাবগী, মুক্সা-কাংজৈ, ফৌ-শু, খুলং-ঈশৈ, লৌরিং-ঈশৈ, ফিশা-লোনশানচিংবা ময়াম অমা "শীঙেল নাচোমদা" শুগাইনা উথলি। লোয়ননা তোলেন কোনু অনীগী নুংশি-ৱারীনা হেন্না অমুক্কা মপুং ফাহল্লি।

মম্মাংঙৈদগী লৈরক্লবা মৈতৈগী অরীবা শিনফম মুগা তিন য়োক্নুনা লং চিংলগা মুগাগী ফি য়োংখমদা নৎত্রগা খ্বাংদা শাবা, ফক শাবনচিংবগী শিনফমশিংসি হেন্না অমুক চাউখৎহন্নীংবগী ৱাখলদু "ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ" হায়বসিদা ফোংদোকলি।

পুকচেল শেংজবা তামোনি, অইবনি। ইবেমহলগী শক্তমদা পুথোক্নুনা ছাত্রগা-ওঝাগগী শেংলবা মরী তমজনীংঙাই ওইবা মওংদু "পুকচেল শেংবগী মনা" হায়বসিদা অইবনা ফোংদোকলি।

লাইরিকসিগী মনুংদা য়াওরিবা ময়ামসিগী মরক্তা ঐঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না ঈথিল পীবদি "মরোল থোক্নবা অয়েকপা লাই" অসিনি, চাংদন্নবা য়াই — "গীত গায়া পথরোংনে" হায়বা সিনেমাদুগা। চিত্রকার কৃষ্ণমোহোনগী অয়েকপা লাইগী নুংগী অর্থ ওহ্থোক্নসু ফজহল্লি।

"কথোক্নবীদা" মৈতে চনু শুমতিগী লৈশাবী অমনা লৌরিবা মমা-ওইবগী থৌদাং-অপাবা মীপুম খুদিংমক্তা ফাওবিগনি, মৈতে চনুগী কথোকপা ওম্বগী থৌনা. মসি জীববু নুংশিবা, মীনা মীবু নুংশিবগী অশেংবা খুদমনি।

জীববু নুংশিজবা অইবনি। জীববু জীব, থবায় ওইনা উবা ওমদবা পুকচেলদু শানি। মহাক অদু বাখল খনবা ওমদবা শাগুম্বনি হায়বসি "শাদানবগী পুকচেলদা" উংথলি।

জপানিজশিংগী মতৌশুম মরৈবাক নীংবগী বাখলনা মাংদা থম্বা, অচৌ-পীশক খেন্নবা, শীনফম খেন্নবা লৈতনা চপ মান্ননা থৌদাং লৌমিন্ননীংবগী পামজবদু "জপানিজশিংগা নোংমা" হায়বসিদা ফোংদোকলি।

অইবনা পামজনা ইরি, হে মীওইবা। পিরাংগী মরোলদি জাৎ-বিজাৎ-কুচু-করিসু খেন্নবা লৈতেকো। মীয়ামগী ফনবা খনবা ইন্দিরাগান্ধী, এমঃ জিঃ রামচন্দ্রন্‌গুম ঐখোয়গী লুচিংবশিংসু কথোকপগী বাখলশ্রোন চেলহন্নীংবদু "ভেলরগী থোংচৎ" তা ফোংদোকলি। অদুবু লায়রবা অতোন-অতাশিংগী খনবীনবা মীওই লমদমসিদা তাথলি হায়বসি "সর্মিলাগীদমক ঐখোয়গী থৌদাং" হায়বসিদা অইবনা ফোংদোকলি।

অইবদা ফাওজবা "ঐনা পোকচবা নথক্রগসু অফবা মচাগী মমা ওইনীংবদি মমা কয়াগী চেনফম থোকপা গুণনি হায়বদা লানফম লৈতে" হায়বসি মাগী "ঐগী ইমা অমসুং ঐগী তামো" দা নীংথিজনা ফোংদোক্লি।

মী-লাই শন্নৈঙগী বারী য়েংল্লাংবা অমদি মাগা নুংশিনজবী তম্ফা লাইরেম্বীগী বারী... নুংগী ওইবা বা, লোইজরেম্বী লাইনুরাগী বারী, ... য়াম্না মরিক চুন্না "চুরাহ্বা"গী শরুক্তা ফোংদোক্লি।

চীংদা পোষ্টিং তাখিবা ওঝা রাজেন অমদি কমলা অনিগী লৈনখিবা মরী মীনা মীবু মতেং পাংনদনা কনানা পাংলগদগে ?... অইবনা "নিংশিংলেকপদা" ফোংদোক্লিবসি ফজনা কমপোজ তৌই, শেম্নাথোক্নমগদৌবা মাল্লি, অইবগী কলমবু থাগত্তবা ওমজদে।

খোঙফম অমত্তং শোয়খিবদা, শেন্নহৌদবা মীকুপ্তা রাজেন মহাক্কী নুংশিজবী প্রীয়াবু মীগী ওইখ্রেদো খল্লুবদা বাজখিবা... অইকগী "চেকশিলহৌদবা মিকুপ্তা" ফোংদোক্লিবসি অপাবা খুদিংদসু ফাওগনি।

নুংশি-নুঙোনগী বাখলনা মহৈ-মশিং তম্বগী লম্বীদা চাউনা অপনবা পী হায়বসি "অখুনবা ফোটো" হায়রিবা অসিদা ফজবা মমি অমা তারি। অদুবু মমৈদা মদু অরানবা লম্বী ওইরম্লে খংলকপদগী মমা-মপাদা লম্বীদুদা অমুক চংলরোই মাগী মহৈ-মশিংগী অচুম্বা লম্বীদা চংচরগে হায়দুনা বর নীজখিবা অদুনা নহারোলশিংদা ফজবা পারা অমদি পীরি।

মচাশিংবু নুংশিনা লুনা তৌবীবা হায়বসি মমা ওইবিশিংগী অথোইবা গুণনি। রোমাগী মনম্মা অহল লৈমহনগী পাউতাক্লা রোমাগী বাখল অচুম্বরোমদা লৈশিল্লকখিবা মফম-মতম চানা পীবা পাউতাক্কী কান্নবদু অইবনা মহাক্কী "অয়ুক্কী নোংহৌদা" মরিক চুম্না ফোংদোক্লি।

অচুম্বা, য়াইফবদা পামজবা অইবগী পাউজেল য়াওবা লাইবিকনি। অইবগী মরমদমগী ওইবা চংনবী লোন্দা-পুদানা সাহিত্যগী লনগৈ পাকথোক-চাউথোকপদসু মতেং পাংগনি। বাহৈ-বাতা ফজবা, অপাবশিংবু নুংঙাইহনবা, মরু চঙবা, নৈনবা য়াবা মচল কয়া য়াওরি। লাইবিকসি ঐখোয় পুন্নমক্লা পাসি, অইববু পুক্লিং থৌগৎসি। তামো কান্দেশতগী, হেন্না ফবা সাহিত্যগী পোখোক কয়া আশা তৌজরি। ঈশ্বরনসু মঙ্গল পীনবীবা ওইরসনু।

কাঞ্চিপুর

ডাঃ এন. রাজমুহোন সিংহ
দিন. ওফ স্টুদেন্টস, মণিপুর
য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর।

# অইবগী ৱারোল

ঐগী অনীশুবা ৱারী মচাগী লাইরিক্ "কৎথোক্লবী" ৱারী মচা ২০ না পুনশিল্লগা শেমজবনি। অপাবশিংনো পাবা নুঙাইনবা বনান্দা ৱাহৈদো লান্দনবা পুক্লীং-চংনা হোৎনজবনি। অদুবু লান্দবা ঙমদবা মীওইবনী, হোৎন-হোৎননা অদুম মরাল্লি। পূন্নমক চুমহনবা পেলহনবা ঙম্বা হায়বদুমদি পুন্সিগী ওইনা ঙমগদবা মাল্লে। অরানবা, ফজদবা ৱাহৈ-ৱাতা য়াওশিনখ্রবসু অখঙ্-অহৈ, ওজা-গুরু পাবীরিবশিংনা ৱারৌবীদনবা তোল্লবা মীওইবনি, লানবা-হৌনৈ হায়না খনবীরগা ঙাকপীগনি।
ঐনা মথৌ চিল্লবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ওজা অনীখক্তা ঐগী ফোংদ্রবা লাইরিক্ অসিবু অমুক্তং মমুৎ-তানা পাবীরগা মীয়াম্ মাংদা ফোংদোক্চবদা মীয়াম্না হেন্না পুক্লীং-চংবীনবা তান্নজরুবদা হরাউ-হরাউ য়াবীরক্খিবা য়ুনিভর্সিটি অসিগী রেজিস্ট্রার ডাঃ আর কে রঞ্জন সিংহ অমদি দিন. ওফ স্টুদেন্সকী থৌ পুবীরিবা ওজা ডাঃ এনঃ রাজমুহোন সিংহ, কেমিস্ট্রি ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি অনীবু মখোয়গী মমল যাল্লবা মতম্ কাইথোকপীদুনা লাইরিক্ অসিগী মরমদা ৱামাং-য়ানবগী ৱারোল পীবীদুনা ৱাবীগী মচাক্ — সমাজদা চানবা, চানদবা, মীনা য়ানীংবা, য়ানীংদবা মরম্ খরা ফোংদোক্পীদুনা তাক্পীরক্পগীদমক্তা হায়নীঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

অমুক্তা হেন্না থাগৎফম থোক্পদি ঐগী ইনাও শ্রীতাওরেম মঙ্গি সিংহনা, "লমযানবা প্রিন্টর্স" পেলেস কমপাউন্দা লাইরিক্ অসি নম্বগী ভার পূন্নমক্ পুবীদুনা মতম চানা ফোংবা ঙমহনবীবা অসিমক্ মাগী মতেং অমদি প্রেসকী থবক্ তৌবীরিবা নুংশিজরবা ইচিল-ইনাওশিংগী শিংবা ঙল্লরোইদবা লমল অমদি পুন্সিগী ওইনা তোনশিল্লবনি। ঐনা অরোইবা ওইনা থাগৎফম থোক্পা মীশক্ অমদি ঐগা চাক্তাফম পুন্না থবক্ তৌমিন্নরিবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী সার্টিফিকেট সেক্সন্দা সার্টিফিকেট ইবগী য়াম্না লুবা থৌদাং লৌবীরিবা ইনাও শ্রী হইরেম শোমোনি। ইনাও অসিনা লাইরিক্ অসিগী মখুম্ য়েকপগী ভার পূন্নমক্ মমল অমত্তা লৌদনা য়েকপীদুনা মতেং পাংবীরক্খি। ইনাওগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। মতুংদসু ইনাওগী মফমদগী মতেং তত্তনা লৌজরক্পা য়াবগী তাঞ্জা ফংহনবীগনি নীংজরি।

ময়াংলম্বম্ কান্দেশ সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# অশেংবা মরুপ

গোপাল অঙাং ওইবিঙৈদা মযাম্না কৃষ্ণমচা মাল্লি হাযদুনা গোপাল গোপাল কৌবদগী মাগী মমিংসু গোপালদা অদুম তাখ্রে। মশক্লগা কৃষ্ণ মানবগা অমনা অমুক্ পম্, অমনা অমুক্ পম তৌদুনা মমাদি মচাবু শেন্ননবা লৌননবা মতম্ম ইফং ফংখিদে। মশাসু নোযপেল্লি। মীপুম্ খুদিংমক্না য়াম্না নুংশি-চান্না লুনা তৌবক্পনা পুন্নমক্সি মাগী মবী মতা ওইনা লোইনা তৌবক্ই। পীক্লিঙৈদগী মঙোন্দা ঐগী মীগী হাযবা ৱাখল থোইনা লৈবক্তে। অবৈ-অবৈবা চামিন্নবা, পুন্নমক্ নুংশিনা লোযনবনা মাগী হৈনজবা লমচৎ-শাজৎ ওইনা হৌবক্ই। অদুনা মাবু যাদবা নুংশিদবা মী অমত্তা লৈবক্তে। লাইবিক্সু থৱায় যাওনা তন্নক্পনা অযাম্বদা মকোক্তা তাবক্তুনা ঙসিদি ডাক্তর তম্বা লোইদুনা পোস্টিং থাবে, খুঙ্গং অমদা।

মানা পোস্টিং তাবিবা খুঙ্গংদুদা মাসু ইমুং অমদা মতম খবা লৈদুনা মীযামগী শেবা তৌবক্ই। লমদমদুগী চাওখৎ-থৌবাং, সোসিএল সার্বিস, লুবা-নানবা, লমতু শেংদোক্পা মশাসু যাওদুনা লমদমদুগী মচাগুম, ৱাখলসু অমসু অমসু ইচা চানৈ। দাক্তবনি হায়দুনা পোংবা, চাউথোকপা নাপলগী ৱা মঙোন্দা অমত্তা যাওদে, যান্না চন্না লৈ। মানা লৈবিবা ইমুংদুগী মীশিংনা মাবু লেপ্না ডাক্তবগী শিনফমদা লৈযু হাযজবদু মানা থোইনা পুক্লিং চংলুদে। সমাজগী লৈবাক্কী ফমবা পোলিসি, প্রোগ্রাম হৌদোবক্পা

খুদিংদা মানা হান্না পৈশা হাপ্তুনা মাসু য়াওগে হায়দুনা হেক্তা য়াওগনি। অদুনা হান্না ইমোৎ-মোৎনা ইচাই-চাইনা যণ য়াইরেক্‌ফম ওইরম্নবা ডাক্তর শঙ্‌দু খুনগী থবায় য়াওবা নহারোল খর হৌরগা ব্বা খরা যুম খরদগী অমমম, নীরগা মাসু য়াওনা নীংথিনা খাজিনবদগী শা-ষণ অমত্তা চংদ্রে। গেৎ অমসু নীংথিনা পাল্লে। অকোয়বদা ব্বাচেৎনা নীংথিনা খাদুনা লৈ-শু অফবা মপান্দগী মরু চেন্দুনা মক হুল্লগা থাদুনা কয়া নীংথিনা শাৎলে। ফুন্দুনা শিজিন্নবা য়াদনা লৈরম্লবা টৌইলেৎ নহারোল মাগা মোৎ চানবা খরগা পুম্লগা শেংদোক্তুনা কোম অমা মনাক্তা তৌরগা টেঙ্কি নীংথিনা চন্দুনা ঈশিং থম্বদগীদি টৌইলেটটু কয়া নাল্লে। ফক্লাং অকায়বা থোংনাও অতেক্‌পা য়াওবা কয়াদু লোইনা লমদুগী উশুবা হৈবো মিস্ত্রিগী ময়ুমদা মখোয় খর চৎলগা হায়জদুনা নীংথিনা শেমজিল্লে। থোং-নুং শেম্বা লোইদুনা রং নীংথিনা থাবা লোইরে। ফক্লাং ব্বায় তৈসিন্দুনা য়েংবদা ডাক্তর শঙ্‌দু মতা অমা ওইনা মা লাক্‌পা মতম খরগী মনুংদা পুম্নং লংখ্রে। খুনগী নহারোলশিংনা মশানা চোংথোক্তুনা শুখিবা থবক্লিনা কনাগুম্বনা থুগায়-খোৎকায়বা য়াওরবসু চৈদুনা মশাগী মপোৎ ওইনা উবা হৌরক্লে। অকোয়বা কমপাউন্দু ফজবা উ চারা চাং অমদা নীংথিনা থৌরি তিংলগা পরেং চানা চানা শেম্লগা থাদুনা হৌবা হৌরকপদুদা কয়াদি ফজরে। অরেম্বা অহাংবা মতমদা মাশু শান্নবা য়াওশিল্লি, অশোক্‌-অপন য়াওরক্‌পদু মানা নীংথিনা য়েংবী। অসুম্না মা লাক্‌পদগী খুঙ্গংদু অওনবা অমদি পুরক্লে। মতম অমদদি গবর্নমেন্টকী মথৌনি হায়দুনা হন্না য়েংলুদ্রবনি। মাবু ইম্ফাল মচানি, ইম্ফালদগী মতম খরগী পোস্টিং লাক্‌পনি হায়বসি মীয়ামগী পুক্লিংদা কাউনখ্রে। অসুম্না মাগী মমিংসি য়াম্না থুনা মীপুম্ খুদিংমক্ খংনরক্তুনা মাবুতা ডাক্তর গোপাল ডাক্তর গোপাল হায়নখ্রে। অনাবা য়েংবসু ওফিসতা ঙাইরগা য়েংদে। থব্বায় য়াওবা মখোয় মমান্নবা অমা-অনী হৌনরগা নুমিদাংব্বাই খুদিংগী কোয়না চত্তুনা কদব্বাইদা কনাগী ইমুংদা অনাবা য়াওবগে হংজে। করিদগী নারিবনো? হায়জীনিক্ ওইবা ব্বাৎপা খোংহামফম, নীংথিনা শেমদবা, নোংজু থাদা পুখ্রিগী ঈশিংদা অমোৎ-অকায়, অমাংবা মহি-মচুম্ চেন্থবা কয়া উরগা মদু থোক্তনবা পাউতাক্ পীবনচিংবা তৌদুনা মীয়াম্বু ভাব তাহল্লি। দিসপেন্সরি অদুগী পীথরকপা হিদাক্ লাংথক্ নীংথিনা নীয়ম চুম্না রেজিস্টারদা ইশিন্দুনা শীজিন্নখিবগী রেকোর্দ শেংনা থমদুনা থবক্ লুনা তশেং-তশেংনা তৌই। মানা অসুম্না মশক্ থোক্না খুঙ্গংসিগী থবক্ তৌরক্‌পগী পাউসি হেট ক্বাটর য়ৌনা তানরক্লে। মাবু ট্রানসফর তৌরগা মাগী মাগী খুঙ্গংদা পুনবা হোৎনবা য়াওরক্লে। নোংমা মিনিস্টর অমগী দি ও লেটর ইরকপদগী মাগী ওফিসতা ট্রান্সফর ওর্দর অমা লাক্‌ই। মদুদি মা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা চৎপা তারে। মানা লৈরিবা খুঙ্গংদুগী মী-নুপী-

নুপা হৱাগাড়ী মপোৎ অমা মেদিকেল দাইরেক্তরেটতা লাক্তুনা মাগী ওর্দর ককউ, ককত্রবদি মখোয় অমত্তা য়ুমদা হল্লোই হায়বদগী ওর্দরদু খুদক্তা কক্তুনা ময়াম অমুক্ হরাওনা হল্লক্তুনা ডাক্তর গোপালদু ময়াম্ চংদুনা থাংদুনা পুরম্মী। ফবু ফরবদি মী হায়বসিদি পুন্নমক্কী মরুপ্নি। হন্দক ডাক্তর গোপালনা খুঙ্গংসিদা তৌরক্লিবা থবক্ ময়ামসি 'রাম রাজ্যা' হায়না খংনবা মতম অমদা ভগবান শ্রী রামচন্দ্রনা অযোধ্যাদা নিংথৌ ওইবা মতমদা তৌখিবা লৈবাক্কী শেবাগুম্বনি।

অদুবু মীপুম্ খুদিংমক্কী থম্মোইব্বু লোইনা পেলহনবদি লাই ফাওবনা ঙমখিদ্রিবনি। গোপালসু খুঙ্গংসিদা ইমুং অমখক্তি মাবু ৱারৌরম্লে। নোংমা মানা মাগী ওফিসতগী কুম্নক্পদা খুঙ্গংদুগী মতাইদা লৈবা ইমুং অমখক্তা নুপী অমখক্না তেংথাদুনা হো। মোইপাবুং নচাসিসু নংগী ননাক্তা চৎখিবা তারব্রনে? কনা লৈজদ্রবী ঐগী উপাইদি করি লৈরি? ইচাবু লায়েংনবা পৈশাসু লৈতবনা ইচাগী থৱায় মাংবা তারবরনে হায়দুনা তেংথাদুনা কপ্লম্মী। ডাক্তর গোপাল নুপীদুনা কপ্লিবা, লোল্লিবা মরোলদু য়াম্না পুক্রৌ ৱারৌবগী মাগী মতেং পাংবীনবা কনা লৈজদবগী ৱাঙাংশু মাল্লি। মা নুঙাইতদুনা ইমুংদুদা চংলক্রম্মী। কপ্লিবা নুপীদুদা "ইমা! কবিগুম্বা অমত্তা হংজগে"? নুপীদু থোইনা তাদবগুম তৌই। মাসু তাদ্রবদুদদি থোঙদু মতোমতা হাংদোক্লগা চংলুবদি লৈশাবী চহি ১৮ লোমগী লোন ওইগদবী অমা ফম্মাংদা যামপক্ তাদুনা নাদুনা লৈরম্লে। মানা খল্লি, ঐনা নুংতিগী নুমিদাংৱাইদা খুল্লক্তা কোযনা চৎতুনা অনাবা থিরগা সিদা অসুক কন্না নাদুনা লৈরিবা অনাবা অসিগী পাউ ফংদনা লৈবন্লবা? থুনমক্ মশা পুম্বা চেক তৌদুনা অনাবদুগী লাইওংদি খংলে। তাইফোটনা নাবা ওইরম্লে। মরুপ অমা থাদুনা তাইফোইটকী হিদাক্ সুনা লৈহল্লুরে। ড্রিপ বোটটল মঙা অমসু লৈদুনা কাপ্পা হৌরে। "ইমা! ঐ ঙসি অহীংসি সিদা লেক্পা তাবে, করিমত্তা নুংশা থিরুরনু হাপ্তা অমগী মনুংদা নুপীমচাশে শোযদনা ফরগনি; অনাবগী পৈশাসু ঐনা লোইনা পুথোক্কনি। অদুগী শরুক্পুদি চান-থরুবা থোং-থারুবা হোৎনবীরুবো, নচাসু ঙসিদি ঐগী মকপসিগা ইমানা থোঙ্বা চাক্তু চাবা তাবে। ফমুংদি লৈবাক্তা থাবগসু তুম্বা য়াইদা" হায়বে। মাগী থম্মোই শেংবা ৱাঙাংদুদা মচাগুম্না নুপীদুগী মবুক্তা খল্লুবমল্লে, "কবিগী ইচানা লৈবাক্তা তুম্লুগনি, নচনগী ফমুংদা ইমানা নচলগী উপুদা ফি অশুবা অহনবা যাওবি মদুনা থারগা ইচাগী তুমফম শেমগনি" হায়জে। অসুম্না "শে! ইমানা চানীংবা ঙাবা করিনো অমা লৈকবো" হায়দুনা লুপা ১০০ পীবে। "ইবুঙো ইমাগীসু পৈশা খরদি লৈজে, ইচানা তৌরিবসিবু ইমাদি ভাবপু তাদ্রে" হায়জে। "করিমত্তা খল্লুগনু ইমা! ইচনশে নহানমুক্কী মপোক্কী ঐগী ইচম্মী, ঐনা মাগী তৌবীগদবা খরা ৱাৎখিবদুনা হন্দক্মুক্কি মপোক্তা সিদা ঐনা লাক্তুনা মাগী শেবা

ফংলবিবনি। ইমাদসু ঐনা শিংগদবা নহানমুক্কী মপোক্কী লম্মল তোনখিবা শোয়দনা লৈবমগনি, মদু নচানা হন্দকমুক্কী মপোক্সিদা শিংজবনি খনবীয়ু"। কবিনো লাইনা ঙাংবা ঋাঙাংগুম্ মাগীনি হায়বদা হন্না যেংবদা কনা লৈজরবা মমা মচাদা লৈজবা ইমুংসিদা মানা ঙসি তৌববিবসিবো নুপীদু পূমঙক্ ঙকখ্রে।

অসুন্না মমানা ঙা লৈকদুনা থোঙদুনা নুমিদাংদু চাম্মিন্নবগা মচানুপীগী ফমুংদা মোমপাক ফিদক অহনবা, কাংখল অহনবা থাবীদুনা তুমহল্লে। অহীং অনী-অহুম ঋানা খাংলক্লবা মচা নুপীদো নুমিদাংদো জ্ঞ্যান খব লাক্তুনা ঋা ঙাংবা হৌবক্লে। গোপাল অহীংদা হৌগত্তুনা ড্রিপ যাল্লিবদু শিল্লি, হিদাক্ পুংশিং যেংলগা মতম চানা চানা পীজে। অসুন্না নোংঙাল্লে, মমাদুনা গোপালবু শঙ্গোম লোন্দুনা পীথক্লে। মচা নুপীসু ঋা খবা খবা ঙাংলক্তুনা মখোযনা চাবদু উবগা চানীংবা খবদি পোক্রক্লে। মমানা চৌবী ওৎলগা চামচ অনী-অহুমদি পীজবে। ডাক্তর গোপাল ঈকমাইথজবা লোইবগা অনাবগী অয়ুক্কী পীজগদবা হিদাক শুনা পীজবম্লগা মাগী ওফিসতা চৎখ্রে। শোমদা মানা লৈবা ইমুংদা মা হল্লক্তে হাযদুনা লোংজম ইবোতোন্না মাবু থিবা লাক্ই। মবোল খুদিংমক্ ফাওনববা তুংদা থিববিবা অহন্দুসু হনখ্রে। মযামগী দিসপেন্সবিদা অনাবা যেংবা লোইবদুনা মানা অনাবা যেংলিবা ইমুংদুদা অমুক্ হল্লকই. নুপীমচাদু হৌণ্ৎলগা ফমদুনা মোন্দা শৌবগা ফমুংদা ঙাবগা লৈবল্লে। মমাদু মচা হিংলে হাযদুনা কযাদি হবাউজবে। ডাক্তর গোপাল চংলক্পগা "ইবেম্মা। নং হকচাং খব নুঙাইববা ? ঐঙোন্দা দাদা কৌকো। ইবুংনা নংগী অনাবা পুবা ফৎত্রিবা ফাওবা নংবু শংগনি। ইচনগী অনাবা ফহনবা ঙমদ্রব্বদি ইবুং যুমদা হল্লবোই ঋাশক্খ্রবনি। ইচনগী মিংবু কবি কৌবগে ? ঙবাংদি ইমাশে হৌনা হৌনা কপ্তুনা তেংথাদুনা লৈবল্লবনি, ইমাগী মিংনা কবি কৌবা ?" ইকাযবপ তৌনা নুপীমচাদুনা "ঐগী মিংদি কিবন কৌই, ইমাগী মিংদি ইবেচাউবী কৌই। ঐখোযগী শাগৈদি সনসন্নি। ঐখোযগী বাবাদু ইম্ফালদগী পৈশা পুৎথবা ঘটনা অমা থোকপদগী সিদা লৈখিবনি। হৌজিক্তি বাবাসু লৈখিদ্রে। ঐখোযগী শাগৈ অমত্তসু সিদা লৈতে। অদুবু খুঙ্গংসি য়াম্না ফবা লৈত-লাইবা তেংবাংনবা খুঙ্গংনি"। ডাক্তর গোপালনা, "তো ঐনা ঙবাংনা হায়দ্রা ইমা। শোযদনা ঐসে ইমাখোযগী নহানমুক্কী মপোক্তা লম্মল তোল্লমগনি হায়না। ঐগী ইমাদো সনসম নিঙোলনি, ঐগী য়ুম্নাক্না মোইবাংথেন্নি।"

অসুন্না ঋাবী ঙাইহাক্ শানববা তুংদা ড্রিপ কাপলিবদু বোটটল মঙা শুববনিনা যাবগনি হাযবে। নংগী হকচাংসু খবা ফ না উবে, অদো "হিদাক্তি মতম্ চানা চাগদবনি হায়না পাউতাক পীবীবে। "ইচনবু লাইবিক্তি কয়াম্ তমলে ? "দাদা ঐহাক টুরেলফকী

পরিক্ষা থাখ্রে"। "ও। লাইরিক্তি য়াম্না তমলেদনা। অদু, ইবুং অমুক চৎলগে, ঐনা লৈরিবা ইমুংদুনা ঐবু ব্বারৌগনি হায়রব্রগা অমুক থোক্লকুনা লোংজমগী ইবোতোনগী য়ুমদা য়ৌরক্লে। য়ৌরকপগা থংনবা খুন্দগী অনাবা অমা কল্লা নাহৌরে, খরা চৎপিব্রবদি শিবা চংবা খংদনা লৈহৌরে হায়ররে। চাক চাদনা স্কুটর অমদা হিদাক্ লাংথক্ মাগী খুৎলাই পুদুনা অমুক চৎখ্রে। মদুসু ঙরাং নহানগীগুম্না তাইফোইটকী কেশ ওইরম্রে। থুনমক মী অমা মাগী মরুপ শন্টোসকী মনাক্তা ইম্ফালদা থাদুনা তাইফোইটকী হিদাক্ খুঙ্গংদা মরাং কায়না ফংহন্নবা হায়খ্রে। মরমদি ঈশিংদগী লাইচৎ অসি শনদোক্পনা অনাবা মশীং য়ামখৎলক্পা য়াই খনবদগী। অনাবা অসিদি নহানগী কিরনগীগুম্না য়াম্না লুবমক্তি ওইরমদবনা হিদাক খর ইরগা লৈহন্দুনা পীজরগা ড্রিপ কাপ্পা হৈবা হেলথ ব্বার্কর অমদা নীংথিনা হিদাক চাং-নাইনা পীজবা ড্রীপ কাপ্পা শিনবা তৌনবা তাক্লম্লগা অমুক্ হল্লক্লে।

অহীং-নুংথিল তুমদনা মীগী শেবা তৌবদগী তুম্বা-চাবা চাং নাইরক্তদুনা মাসু নাবে। কল্লা লাইহৌ তৌরে। খুঙ্গংদুগী মীনা ডাক্তবসু নাব্রনে, ঐখোয়দি মা কৌবা লাক্লগা হায়দুনা নীংবা কায়না হনখিগদবদু খল্লুবদা অনাবদুগী বারী হংলগা হিদাক্ ইরগা পীবে। মা নাবা ফাওবা শংজদ্রে। মমিংনগা চৎখৎলক্পা হেনগৎলক্পগা মাবুতা হায়নখ্রে। নোংমতং য়ুমদা চত্তুনা মমা-মপা উনজনবা তাঞ্জাবু ফংজদ্রে। মসিনি অশেংবা লৈবাক্কী সেবাদি। ভোৎ লেপ্তুনা সপ্ত্রি থমদুনা মীয়াম্না ময়ুমদা বানোম্বা লাক্পদুবু লৈবাক্কী শেবা তৌবা কৌগদ্রা? মাগী ফজবা কৎথোক্পা, মথৌদা পূক্লিং চংবা কয়াসিনা মাগী মিং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা সিবু লৈবাক্কী শেবা তৌবা কৌরোইদ্রা?

নোংমা গোপাল নাবগী পাউ তাদুনা ইম্ফালগী ময়ুম বাংখৈ নীংথেম পুখ্রি মপান্দগী গোপালগী মমা যশোদাগা গোপালগী হায়নশীংনরিবী রাধাপ্যারিগী মমা ইন্দিবাগা গোপালগী মপাবুং নন্দোগা মচাগী মনাক্তা লাকই। শোমদা মচা নারে হায়দুনা লাক্লগা মচাদি অনাবা য়েংবা চৎখি হায়দুনা লৈরমদ্রে। চাক্-ঈশিং লোংজমগী ইবোতোনগী নুপীনা লাংদুনা ঙা চাক্ শেম্-শাদুনা থোং-থাক্পা লোইশিল্লক্লে। হন্দক্কী ফাইরেন থাগী ২০ নি পানবদা ইচানুপা গোপালগী লুহোংবা লাক্তবা য়ারোইকো হায়দুনা মমানা ইবোতোনগী নুপী ফজতোন্দা হায়। মখোয়দি মখোয়গী মচানুপী বি: এ: তম্লিবী প্রমোদিনি পীগে খঞ্জরুবনি। খুম্নিংগুম, খুম্নিংদগুম, হোয় হোয় হায়রগা চান-থরুবা তৌরসি হায়দুনা চাক্লুক শিনবা লোইদুনা ফম্বা হৌরবা কান্দা মচানুপা গোপাল হল্লকুনা মমা-পাবুংগী মখোংদা চংশিন্দুনা খুরুম্বদা তিল্লিবা পুম্নমক্না উরগা ও। অঙাংসিদি ডাক্তর

ওইজরবসু মমা-মপা য়াম্না নীংজবা হায়বা-ইনবা অঙাংনিদনা! নোংমা শোয়দনা মমিং চৎলক্কনি মশক্ নাইরক্কনি ঙাংনৈ।

মমাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা "ইমা! ঐগীদি সিদা ইমা অমগা ইচল অমগসু লৈরে, হোরেন চৎলমদাইদা মশক তাক্কে" হায়জে। অসুম্না পুন্নমক্ চাবা থক্পা লোইদুনা অমুক চৎনবা তৌরসি হায়নরে। ঙাসাই মানা হায়খিবা মমা অমদি মচলদুগী মনাক্তা মমা-মপাবুং অমদি রাধাপ্যারিগী মমা ইন্দিরাগা লোয়ননা লাক্ই। কিরন অনাবা ফরক্পগী ইরুজরগা নুংশাদা মুরা অমা থাবগা ফমদুনা মমাগা ৱারী শাদুনা লৈরম্মী। গোপালগী মমাদো কিরনগী মমা ইবেচাউবী উবদা মসিবু ঐখোয়গী ইবেচাউবী নৎত্রনে? অসুম চংশিল্লক্রগদি ইবেচাউবী ওইরল্লে। মখোয় অনীদি মচন-মনীং থোক্লবনি। ইবেচাউবীনা ইনম্মা ওহ্লোকপনিদা ইনম্মগী ইচা ওইরে? ইচানা নৎত্রবদি ঐগী ইচা শিরুরবনি। মানা ইচাগী থৱায়বু অহিং-নুংথিল চংনা হোৎনদুনা কনবীরবনি। ইচানা পৈশাসু লোইনা পুথোক্নুনা মচনগীদমক্ হোৎনখ্রবনি। ঐনা ইচাগী করিনা লম্মন শিংগদবনো খংদ্রে হায়দুনা লৈরম্লিবনি।

অসুম্না ঙাইহাক্ উন্নদুনা শক্খং-মাইখংনববা তুংদা অমুক কায়নদুনা ইম্ফালদগী লাক্পা গোপালগী পাবুং মমা যশোদা, রাধাপ্যারিগী মমা ইন্দিরা হয়েংম্নুক লাক্পদদি নখোয়গীদা চাক্ চারবা তারে হায়রম্লগা অমুক্ হনখ্রে।

কিরন নাবা ফদুনা নোংমা ডাক্তর গোপালগী ওফিসতা ফ্লাস্ক অমদা শঙ্গোম, অঙৌবা থন্না হাপ্লগা তল খর হৌরগা শাক্কা নীংথিনা শেমদুনা পুরক্ই। গোপাল অনাবা ময়াম্ পরেং শানা কিউদা লেপ্লগা য়েংলি। মচল নুপী উবদা "লাকও-লাকও, চংঙকউ, করিনো ইচন্না পুরক্লিবদুবো"। ঙাইহাক্তং অনাবা ময়াম, কিউ লেপ্লীবদুদা ওল্লগা ময়াম্ মিনিট অনীদংদি ঙাইবীবা তারে, শাউবীবা য়াদে হায়রগা মচন্না পুরক্লিবা চান-থক্লবদো হাংদোক্লুনা য়েংই। নংবু নশাবু করিসু তৌদ্রবা নত্ত্রো?" "করিসু তৌদ্রে দাদা" খুমই। মচন্না পুরক্পা শংগোমদু মাগী স্টাফ, অম নিদুগা তলকাদু চামিন্নরে। মাগী চমজবা মচন্দা মচনগুম্না খনবীবা মতৌদুদা কিরন পুক্লিংদা মবুং অমা ফংজরে খঞ্জদুনা হরাউজে। হাউখ্রেদা ইচন্না পুরক্পা তলশে, চাক্কা লামখৎলক্পা মতমসিদদি হায়রগা হৱাউনা চারে। কোল-লিক্ প্লেট-নুং মচন্না থুনা য়াংনা মী ময়াম-অমা ঙাইরিবদু শাওদনবা পরপ-পরপ, লোইশিল্লি। মচন্দো মবুংদা করিনো অমা হায়নীংবগুম্ হায়বদি ঙমদনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরে। "নংবু করি হায়নীংবগে"? "দাদা ঐ চুয়েলফ পরিক্ষা হায়দোকপদা পাশ তৌরে" —ও! গুৎ! ইচনসিদি অদু হায়গদবগী ওইরে, ফরে নং

ইম্ফালদা ঐখোয়গীদা লৈরগা তম্মো, ইবুং শিনবীরগে হায়রগা চৎলো চৎলো হায়দুনা কিরন অমুক্ মাগী পুবক্পা পাত্রশিং পুদুনা থোরক্রে। মবুংদো ইহে, হায়রগা অমুক্ তান্নরক্নুনা সে-সে লৌশিল্লু হায়দুনা মচন্দা লুপা ১০০ পরিক্ষা ওম্বগীনি হায়দুনা পীবীরে। অদুদগী অনাবা য়েংবা অমুক্ হৌরে।

মানা খুঙ্গংসিদা লাক্পা থা ৫-৬ মপুং ফারে। মা নোংমতবু ময়ুমদা চৎচবা ফংজদ্রে। নোংমা মাগা হাযন-শীংনদুনা লুহোংগনি তৌরিবী রাধাপ্যাবি গোপালগী মমা যসোদাগা, রাধাপ্যাবিগী মমা ইন্দিরাগা ড্রাইবর বীরেন্না মাকটি কারদা থৌরগা লাক্ই। ওফিসতগী কুন্নক্তি হায়বদুদা ডাক্তর লৈবা দিস্পেন্সরিদা ওইনা লাক্রে। অনাবা ময়াম, কিউদা লেপ্তুনা অনাবা য়েংগদবগী ঙাইরিবদু উবদা মমাদু মচাবু মীযাম্না থাজদুনা মচানা যেংলগা অনাবা ফগানি খঞ্জদুনা লাক্করিবনি খল্লুবদা পূক্লিংদা চাউথোক্চে। গোপাল থোবক্রগা মমা অমদি বাধাপ্যাবিগী মমাদা মখোঙদা নোম্থদুনা খুকমই। ময়ামদু মাগী ব্যাবহাবদু উবদা ডাক্তবসি লেম্না মাংঙোই হাযনৈ। গোপালনা ময়াম্ লাক্ইবশে ঐগী ইমানি হায়জে। লেপ্লিবা মযামদু লোইনা মখুৎ লোন্নে।

মমা যশোদা, বাধাপ্যাবি অমদি বাধাপ্যারিগী মমা ইন্দিবা শাৎলিবা লৈ-শু মনা শংনা পান্দুনা শাহৌ ফনা হৌগৎলক্লিবা কমপাউন্দগী নীংথিববা উপাম্বী মচাশিংদু মচানা লাক্পদগী শেম্বা ওইবমগনি খঞ্জে। অসুন্না অকোয়বদা হৌবা লৈ-শু য়েংলিঙৈদো নুপা অমা ওতোরিক্লো অমদা নোংমৈনা পান্লে হায়দুনা পুরকই। নহারোল কাংবুগী মী ওইবমান্লে। ডাক্তব গোপাল্ থুনমক্ মনুংদা পুশিন্দুনা য়েংবদা নোংমৈ মরুদু ফাইগন্দা পান্নগা শরুদা নপ্তুনা লৈবদু খুৎলাইনা থেংনরে। মানা মদু খুৎলাই খরা শিজিন্নরগা নোংমৈ মরুদি লৌথোক্রে। ঈ-খক্লবা হিদাক কাপশিল্লগা নীংথিনা বেন্দেজ তৌবীরগা টিটানস তোক্লোইট কাপ্লবা তুংদা তুন্নবা হিদাক অমা কাপশিল্লগা ড্রিপ য়ান্দুনা থম্লিঙৈদো পুলিস পার্টি অমা জিপ অনিদা মফমদুদা য়ৌরকপদগী অনাবদুগা লাকমিন্নবা কাংবুদু লোইনা মাইগৈ খংদনা চেন্নখ্রে। অসোকপদুদি ফারে, হুজিক্মক্ অশোক্পদুগা লোয়ননা ডাক্তর গোপালবুসু পুলিস স্টেসন্দা চৎতবা য়াদে হায়দুনা অনাবা য়েংবা লোইদ্রিঙৈদা পুদুনা চৎখ্রে।

শোমদা মমা যশোদা, বাধাপ্যাবি অমদি রাধ্যপ্যারিগী মমা ইন্দিবাসু ইম্ফালদগী মচাগী মনাক্তা থুংঙবদা ঙাইরি। মা থুনা লাক্কে হায়রম্লগা পুলিসকী গাডীদা য়াওখ্রে। অনাবা য়েংবা লাক্লিবা কিউদা পরেং লেংলিবা মীশিংদু ডাক্তব চৎখ্রবনিনা মখোয়সু অনাবা য়েংবা ফংলব্রোই খন্দুনা অমমম্ ওইনা চৎখিদুনা মী ইতাক্ তাকশিল্লক্রে। মতমদুদা

মচন নুপী কিরন মবুংনা চাননবা ঙরাংগুম্না তলগা শংগোমগা মবুংনা চা থক্তবদুদা ফ্লাক্স অমগা হোটকেশ অমগদা হাপ্লগা পুদুনা লাক্‌ই। অদুবু মবুংদি পুলিসনা পুখ্রে হায়দুনা লৈরমদ্রে। ইম্ফালদগী লাক্লিবা গোপালগী মমা, রাধাপ্যারি অমদি মমা ইন্দিরাদা মাগীশক্ তাক্‌চরে। দাদাসু লাক্লবনিনা ঐনা পুরক্লিবা শঙ্গোমসি তলশিগা চারগা ঐখোয়গীদা চাক্-ঈশিং শীল্লগা চাররশি হায়জে। শঙ্গোমদু পুথোক্লুনা গ্লাসতা হৈজরে, তলদুসু প্লেটতা থমজরে। য়াম্না হৈনীংদনা মচানুপা পুলিসনা পুখিবগী ৱাখলসু ইনুং হেক নুঙাইতে। শঙ্গোমদু থক্লগা তোক্লে। ডাক্তর গোপাল ফাখিবগী পাউদু খুঙ্গংগী মীপুম খুদিংমক্ তারদুনা হায়নরুবা লৈতনা পুলিস স্টেসনদা লোইনা চত্থিদুনা মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম্ পুলিস স্টেসন মমাংদা লেপ্তুনা ধারনা তৌরুবদগীদি এস: পি লাক্লুনা মোব লাকপা তারে হায়দুনা গোপালবু থাদোরক্লে। অসুম্না নুমিদাংৱাইদা কিরনখোইগীদা মমা লৈ তাবদগী কিরনখোইগীদা লাক্লে। মমাখোইদি চাক-ঈশিং চাদুনা পোৎথারম্মী। মাগী চাক্‌শু মচন্না নীংথিনা শেমদুনা থন্নম্বদু পুথোক্লুনা চারে। মানা য়াম্না থম্মোই শেংনা মবুংদ-মবুংগুম্ খনবীবদুদনি কিবন্না হরাউজরিবা। অসুম্না অমুক মখোয় পুম্না লোংজম ইবোতোনগী য়ুমদা লাক্লে। শোমদা লোংজমগী ইবোতোনগী য়ুমদা মীয়াম অমা ডাক্তর গোপাল পুলিসনা ফাখ্রে হায়বদু থাদোরক্লব্রা হংবা লাক্লবম্মী। ময়াম পুম্নমক্ গোপালগী মশক্ উরবনিনা থাদোবক্লে খংবদগী ময়ুম্ ময়ুম্‌দা লোইনা হন্নখ্রে। নুমিৎশু তাশিল্লক্লে। হোরেন থেংলবনিনা লম্বীদা খুদোং-থিবা থোকপা তম্বা ঙমদে হায়দুনা অহীংদুমা লেক্লগা নোংঙানবগা চৎননবা হায়নদুনা ইংনা তপ্না পোৎথারে।

রাধাপ্যারি গোপালদা ঙসাইগী কিরন কৌবী নুপীমচাদুনা য়াম্না লুনা তৌবা মতৌদুদা খর চিংনরপ্ তৌনা— "কিরন হায়বী ঙসাইগী নুপীমচাদুবু ডাক্তরগা কবি থোক্লবীবগে"? "ও! নুপীমচাদো য়াম্না নুংশিবা ইচন্নি"। খর শাউরপ্না— "কদোমগী ইচলনো?" মোমোন নোক্লদুনা নোংমা মানা তাইফোইটনা কন্না নাদুনা লৈরম্বদগী ঙসি ফাওবগী ওইরক্লিবা ময়ামদো শেংনা তম্বদগীদি রাধাদো জ্ঞ্যান তারমাগ্লে— "হোয়নে মশক্সু ইংতপ্না নুংশিনে" হায়। গোপাল— "ঐদি ইচনগা লৈতবগা ঐখোয়গীদা মতম্ খর মাগী বী: এ: ফাওবদি লৈরগা তমহনসিরা খল্লিবনি। মমাদুসু ঐখোয়মাগী মচননুপী থোক্লমলে।" "য়াইদা য়াইদা, নংগী পুক্‌চেলসি হয়েং নংনা অমুক লুহোংবীগে অমুক্ হায়রক্লুনা?" "য়েস! মদুমক্লি ঐনা পাল্লিবসু, কনা লৈজদ্রবী পুকচেল শেংবী খুঙ্গংগী নুপীমচা অমবু ঐখোয় অনিনা মচন শক্লা লুহোংবী হায়বদুবু নংবু পামদ্রনে?" "হোয়দা-হোয়দা, যণবী লৈদ্রিঙৈদা হৌদোঙ হাথলি হায়বদো-হয়েং খুঙ্গংগী নচন্ নুপীসিনা নংনা খল্লিবদুগী ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা তৌথোরক্লবদি? মীগী পুক্লুংগী ৱাবু নংনা লোইনা খংবা

ঙম্বা হৌনদে”। “ওইজসনু মানা খনবা বাখল তোঙানবা লৈজরম্লবসু মাগী তুংগী ফগদবা লম্বী য়েংবীদুনা মমাই চুম্বীবদি কায়দেদনা? ঐদি সংসারসি নোংমগী পুম্সিনি, ঐখোয় লোইনমক্ পুন্না নুংশি চান্নবা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা তোল্ল-তারবা কাংবুবু খরদি মতেং পাংবীদুনা ময়াম্ চংদুনা থাংগৎপীবা পাম্মী। শিরগা পুন্নমক্ লোইরবা মপোক্সিদা ঐখোয়না ঙাইহাক্কী অরং-অরাক্ খরা উরগা ঙাওনরিবসে, মসিদগী খজিক্তং লাপথোক্লম্লগদি সমাজসি শেমদোক্পা লাইনা থোক্কনি খল্লি।”নুংশি-নুঙোনগী বারী শানগদ্রা হায়রগা লৈবাক্কী বাফম, পুশিল্লক্তুনা সমাজ শেম্নীংবগী বারীরোম্দা চৎথনখ্রে। মসিনি মাগী মাগী অপাম্বদা ঙাওবা হায়নরিবসি।

অসুন্না অহীং মমৈ ওইবক্তুনা মখোয় লোইনমক্ ঙসিদি ইবোতোনগী য়ুমদা নুঙাইনা পোৎথানখ্রে। নোংঙাল্লে, ইম্ফালদগী ঙরাং থুঙঙবা গোপালগী মমা, মনেমবোক্ ওইগদৌরিবী ইন্দিরা, মচা রাধাপ্যারি ইরু মাইথজবা লোইদুনা গাড়ীদা লোইনা কাখৎনখ্রে। ইবোতোনগী নুপীনা য়েনশাং-নাপী অলু-কোবী খরসু হাপ্লে। কিবনগী মমা ইবেচাউবী নংহৌবরোই মতাগুম, মাসু ইংখোলদগী তানবা অলু খব খাউ অমদা পুরগা লাক্ই। ঐগীদি করিসু পীনীঙাই লৈতে হায়দুনা আলুদু পীরবে। “ফরে, ফরে ইচনসিদি নাদ-য়েক্তনা লৈয়ুকো! ঐখোয় অমুক, হল্লগে” হায়রগা ড্রাইবব বীবেন্না গাড়ী স্টার্ট তৌবে। গোপাল মমা অমসুং মনেমবোক ওইগদৌবিবী ইন্দিরাদা মখোঙ্ শোক্না খুকুমজে। “বাধা অমুক য়ৌরো” হায়রগা অমুক্ কায়নবে। রাধাদু গোপালগী থম্মোই শেংনা মচন্দা মচনগুম কিরনবু খল্লম্বদুদা মাগী চিংনবা পুন্নমক্ কোক্খ্রে। মানা হেঞ্জিন্না চিংনরুবগী মরমদি কিরনগী ফজবা মশক্ মানা মখোয়দা উৎখিবা ব্যাবহার, নুংতিগী শংগোম্ থিন্দুনা তল পুদুনা গোপালগী মনাক্তা তোয়না চৎলগা হেন্না নকশিন্নবা মরী ওনথ্রবদি হায়না পাখৎচরুবনি।

অসুন্না গোপাল মতম খর নে-তানা মচল কিরন্না নুংতিগী শঙ্গোম্ লোল্লগা তল হৌরগা পিজদুনা মসাদা চাবা থক্পা মতম নাইদবদু কিরন্না শেবা নীংথিনা তৌবীদুনা মশা মউ ফনা লৈবা ঙমদুনা মীয়ামগী শেবা মপুং ফানা তৌজরে। মচন কিরন অমদি মমাগী মনাক্তা তত্তনা চত্তুনা অবাৎ-অপা পৈশা নুংশা খরা-খরসু পাংবী। অমত্তা ওইবগী মওংদা অসুম্ নকশিন্নরক্পনা বীঃ এগী মিং চন্নবা মতম্ য়ৌরক্লে। কিরন্দি মবুংনা মাবু ইম্ফালদা লৈরগা বী: এ: তমহনগনি হায়বদু কাউদনা নুংতিগী নীংশিংদুনা লৈরি। মবুংনা মাগী থবক্তা য়াম্মনখিদুনা নোংমতসু হৌদোরক্ত্রে। মিং চনবগী মতমদি হেন্দোকখিগদৌরে। নোংমা কিরন্না মমাদা গোপালনা মখোয়গীদা লাক্পা মতাং চানা

"ইমা! ঐগী বী: এ:গী মিং চন্নবা দাদাদা খরা হায়বীরো" হায়রম্মী। নুমিত্তুদা মা খংনীং নীংশিংলকই। "ও! ইবুং কাউরুরে, হয়েংমক্ ইবুংগা চৎলসি" হায়নদুনা নোংমেতা ছুটি লৌদবা মবুংদু মচন পুরগা ইম্ফালগী বাংখৈ নীংথেম্ পুখ্রি মপালগী য়ুমদা লাক্ই। মমাদা "ইমা কিরনসি ঐখোয়গীদা লৈরগা বী: এ: তম্বা তারে, ঐদি নহানমখৈ কাউরুরে, মানা ঙরাং হায়রকপদা খংনীং নীংশিংলক্তুনা লাক্লিবনি"। অদু ঐ ঐগী মরুপ্ শন্টোসতা অমুক্তা মিং চন্নবা খর তৌবীয়ু হায়রুখিগে; অনাবা ময়াম্ অমসু ঙাইনহৌরি, হায়রম্লগা সন্টোসখোইগীদা চৎখ্রে। শন্টোসসু লাক্তুনা কিরনগী মিং চনবা নোংম নীনী থিনবা-খোৎপা লোইনমক্ শিন্নরম্লগা গোপাল মাগী খুঙ্গংদা চৎখ্রে।

কিরনগী মিং জিপী কলেজদা চল্লে। ডাক্তর শন্টোসনা নোংম-নীনী থিনবীদুনা মমান্নবা অনৌবা মরুপ্ মপাং খরসু খংনহল্লে। লম্বী চৎফম্ গাড়ী ঙাইফম লোইনা তাক্পীদুনা মাসু মথৌ চিনবনা খরা খরদি কোমথোরক্লে। কদোমদগীনো ডাক্তর শন্টোস মাগী মরুপ্ ডাক্তর গোপালনা খুঙ্গংদগী মচন শক্পী কিরন উনহন্দুনা কলেজ থিন্দোক থিনজিন তৌরুবদগী মমান্নবশিংনা ডাক্তর শন্টোসসি লৈশাবী মশক্ ফজবী জিপীদা তম্বী অমা কোইরে ঙাংনবীরে। মশক্পু ওষ্ঠোক্লা ফজখ্রেমী, কদায়দগী কমদৌনা থেংনরুবনো হংই। ময়াম্না শুম ঙাংনরক্পদগী শন্টোসকী বাখলসু কিরনবু নুংশিবা হৌরক্লে। মা করিগুম্বা খরদং হায়রগা ফোংদোক্লগে খল্লে। মীওইবগী থম্মোইদি লোইনা পান্নরিবা মশেন্নিনা কিরনসু শন্টোসকী পুক্লিং-বাখল্ বাঙাং তারুরগা মাগী বাখল খল্লে হায়বসি ভাব খরা তাবগুম্ তৌরক্লে।

শোমদা মচানুপী য়াওজদবী ডাক্তর গোপালগী মমা যসোদানা কিরনগী মরম্ ওক্পা, মথৌ-মশক্ খংবা, নুপীমচা অমগী মশিন-শিষ্টা শুনা খংনা তৌথোরক্পা কয়াসিদা গোপালগী মপাসু পুন্না ইচানুপানা খুঙ্গংদগী পুরক্পা নুপীমচাসি লাক্পসিদি য়ুমগী লক্সমীগা চপ মান্নখ্রে হায়দুনা বারী শান্নে। মচাগুম্না খনবীদুনা ওষ্ঠোক্লা লুনা তৌবীরে। অসোমদা মবুংনা তোয়না মীঙোন্দা পাউথাং থারক্তুনা কিরনবু লুনা তৌবীয়ু, শন্টোসতুবু মা লৌবা থিনবা লাক্লা হংজে।

অসুম্না শন্টোসতু নোংমদি কলেজ ছুটি থাবা মতমদা কিরন লৌবা লাকই। হৈনৌ মখোংদা ঙাইহাক্ লেপ্তুনা চুহিং গ্লাস অমমম্ থক্মিন্নরি। "য়েংউ কিরন্। ঐ পুক্লিংদা লৌথুপ-লৌকোই অমতা লৈতনা বা অমত্তা হংগে"। কিরন্- "করিনো হংবীয়ু।" "নখোয়গী দাদা ডাক্তর গোপালসে ঐগী বেস্ট ফ্রেন্দনি, লুনা তিন্নখ্রবা। অদো মানা নংবু ঐগী ইফমদা থাজদুনা কলেজ মিং চনবা, লৌবা-থিনবা কয়া তৌবসিদা অউবা

ইমান্নবশিংনো ঐখোয় অনীগী তোয়না চৎথিন্নবা উরগা লান্না উনবা য়াওদুনা ঐঙোন্দা লংনবীরে। অদু নং মসি বারৌব্রা?" মোমোন নোক্লগা— "তামো। অদুদি সমাজসিগী চৎনবীনি, মরমদি তামোগা ঐগদি লম্নানবী, লম্নানবনী, অদু, মদুদা করিবু চিংনেনীঙাই লৈবগে"? ঐঙোন্দসু ইমান্নবশিংনা নংগীদো আদা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরে হায়না নুংতিগী লকন্নবীরিবনি। ঐ মখোয়বু করিসু শাওরুদে।" শন্টোস- "অদুদি মখোয় মীয়ান্না লান্না অসুম্ উখিদুনা পাউসি ঐগী মরূপ ডাঃ গোপালগী নাকোং য়ৌখ্রবদি, অহল লম্মন্না চিংনখ্রবদি কমদৌবা?" "তামোবু করি খনবীবগে? মখোয়না ঙাংনরিবসিদা চুমহন্নগে চুমহল্লোয় হায়বা অমদি লৈদনা?" "অদু নংগী মততি?" ঐগীবুদি ঙসি ফাওবদা ঐগী ইবুং গোপালনা হায়বদা ইনগে লেপখ্রে।" "অদুদি মানা নংবু অতোপ্পা অমদা থাজগে খল্লবসু নং য়াগদ্রা?" "খংদে"। "অদু য়াহনগে, য়াহল্লোই হায়বসি তামোগী পুক্লিংগী মখা পোল্লি। মাদি তামোগা লুনা তিন্নবা মরুপ্নি, মানা হায়বা য়াদুনা নুংতিগী ইশাগী অরুবা ইথৌ, থবক্ কয়া কাইথোক্পীরগা ঐবু লৌবা-থিনবা তৌবীরি।" ভাইগী ইচনশি ... হায়রবোইদা হায়কগা ৰাদু মাখা তারক্তে। শন্টোস- "করি তৌবে মখা তারক্তুদি?" "মখাদি তামোনা হায়বীরোদা।"— শন্টোস— "কিরন, ঐ ফোংদোকপা ঙমদবগী ৰানী নংবু ঐগী মরুপ, গোপালনা শিন্নরম্বা মিকুপ্তুগী ঐগী ওইনা ফংজরবদি খঙ্খ্রবনি — "আই লব ইউ" কিরন হায়রগা কিরনগী মখুত্তু পায়রগা থাংগত্তুনা খুৎনমদা চুপ্পম্মী। চুহিং য়োনবদু ইকাইরমাল্লে মমাই লৈথোক্খিরম্মী। অসুন্না নুংশি ৰারী শানরুরবা তুংদা কিরনবু ময়ুমদা থিনবীরম্লে।

ঙসিদি শাবী-শানৌ অনীগী পুক্লিংগী ৰা ফোংদোক্লখ্রবনিনা অমসু অমসু ৰাখলদা পুক্লিংদা ৰাই চিনবা হৌরক্লে। কিরন থোংগালদা গাড়ী অমা খান্নবগা ডাক্তর শন্টোস লাক্লবা হেক্তমক্ য়েংলুই। য়ুমগী থবক ইনখাং ধুব-থাওমৈ থাবদা শন্টোসকী ৰাখলতমক্ খনবা হৌরক্লে। খংদে, খুঙ্গংদা লৈহৌরবা মবুং শক্পা ডাক্তর গোপালনা কিরনবু মাগী মরুপ্ শন্টোসতা পীগে খল্লমদুনা মচনবু মঙোন্দা শিন্নরম্বা ওইরম্বসু। শন্টোসকা মাগদি অমত্তা ওইনা মত য়াম্না চানজবা স্কুল তমলিঙৈদগী তিন্নরক্নুনা ডাক্তর তম্বা লোইদুনা মথৌ-মথৌ তৌনরবা ফাওবদা অমত্তা ওইবগী ৰাখলদা ইমুং-মনুং অমত্তা ওইনা তিন্নরক্ই। করিগুম্বা নুঙাইনদবা অমত্তা ঙসি ফাওবসিদা লৈরক্তি।

নোংমা গোপালখোয়গী য়ুমদা মপা নন্দোগী মরুপ্ তোমচৌ কোয়থোরকই। মানা মীনা তম্বদগী তানরক্পা পাউদা মাগীদা খুঙ্গংদগী লৈশাবীমচা অমা বী: এ: তমদুনা লৈ, মশক্ মতৌ য়াম্না ফজে মদু মচা নুপানা পামজে হায়দুনা মমাদা খরা

হৎবীযু তোযনা ঙংলে হাযদুনা মশক্ যেংবা লাকই। মপা নন্দোনা কিবনদা "ইবেন্মা। চা অমতং শেম্লকউ। ঐগী থাযনগী মকপ অমা লাক্‌ই।" কিবন চা কপ অনীথক টেবলদা থম্মী। তোমচৌ নুপীমচাদুবু মুন্না যেংই। ওস্তেক্রসু ফজেদা। শিননিদনা ইচানুপানা ঙাওকবিবসিদি। কিবন চংখ্রবা তুংদা মপা নন্দোদা বোঙ্খ নুপীমচাসিবু? "ইচানি, "কদোমগী ইচানে"? 'মবুংনা খুঙ্গংদগী থেংনবকপা কনা লৈজদ্রবা অঙাংনি মমাদি লৈবি। ইচা নুপানা মানা কন্ন' নাবা অমদা শাযেংবদগী ফকক্তুনা মবুংদা মবুংগুম নুংতিগী মাগী ওফিসতা শন্দোম তল খিনবীব' মফি মথোল শুবীবা তৌবদুদা সিদা লাইবিক তমজসনু হাযদুনা পুবকপনি। ঐখোযদি ইচা নুপীগা লৈজদবগা ইচা নুপী লৈবগী কান্নবা নুঙাইবা কযাদু লক্ষ্মীগী গুণ চেনবা ইচাশি লাকপদগী কয়াদি কোম্লে মমানসু মচাদা মচাগুম লুনা তৌদুনা লোযনবি। মঙোন্দা তাক্লিঙাই তন্নীঙাই অমত্তসু লৈতে। ভাই। ঐদি নুপীমচাশে ইচানি হাযবদগী হেন্না খুঙ্গংদগী লাকপনি হাযবা ফাওবা মীঙোন্দা খংহন্নীংদে" হাযবে। মাগী ৱাদু তাবদা তোমচৌ ৱাদু হৌদোক্লদবা কিজবে। মীনা মচানি হাযবগা, মাগী মচাদি খবক্সু তৌদে, খবসু ঙাওসিন্নে, মখোয়না পাম্বীবোই হাযনা খল্লুবমাল্লে। হাযবমদনা মতিন যোৎলগা মযুমদা হল্লকখি। মচা নুপানা লম্বীদা ৱা হংগদবসু ডাক্তব অমনা তত্তনা লৌবা খিনবা তৌবদুদা ঙমজদ্রে। য়াওশংদা থবল চোংবদা পাযগে খল্লুবসু মাদি থাবল চোংবা যাওবদি লাযবদনা যেংবা ফাওবা থোক্তে।

মতম্নদি কনাবুসু ঙাইবীবমদবনা ফাইবেন থা যৌশিল্লক্রে। ডাক্তব গোপালগী ৱাবোইপোৎ পুবা লোইখিদুনা লুহোংবগী বার্তোন নম্বা খোৎপা লোইনা লোইশিল্লক্রে। হৈজিংপোৎ পুদুনা মাসু নোংম-নীনী ছুটি লৌবগা যুমদা লৈবে। মবুংনা য়ুমদা লৈদুনা মানা মবুংগী লুহোংবগী শেবা-লাংবা তৌজবা ফংবদা কিবনসু কযাদা হৱাউজবে। খুঙ্গংগী মী অযাম্বা লাক্‌তুনা হৈজিংপোৎ পুবা লোইনা যাওবৈ। কিবনগী মমাসু মযাম মবক্তা যাওদুনা লাকচৈ। লুহোংবা নুমিৎকিদি হৱাগাডী অনী ৱাযদুনা অমসু চৎকনি অমসু চৎকনি ইচা গোপালগীবু, ডাক্তব গোপালগীবু মাদি খুঙ্গংসিগী অশেংবা মকপ্নি, মাগীদা যাওদনা কনাগীদা যাওগনি হাযদুনা খুঙ্গংদুগী যুমথোং শিংনা হায়গংলক্তুনা ইম্ফালদা ৱাংখৈ নীংথেম পুখ্রি মপান্দা পৈদুনা লৈবা মীযামদুদি কনাগী চিফ মিনিস্টবগী মচা লুহোংবদগী হেন্না যামখ্রে। ময়ুম্ ময়ুম্‌দগী পুনবকপা পাংনবকপা পোৎ-চৈ, চান-থক্লবদগী পৈশাদগী হেক্‌তা মপৈ ওইনা পৈববনি। অফবা কৎথোক্তুনা মাগী মথৌ ফজনা 'বাম বাজ্যা' অমা খুঙ্গংদুদা মানা হৌদোক্লবগী মহৈ নত্রা মসিবো? মাগা কবিসু থোক্লদবা মাগী হন্না যেংবা কনা উদ্রবা, কন্না নাদুনা লৈবম্বা নুপীমচা অমা লায়েংবগী পৈশাসু পীদবা, হিদাক্ লাংথকসু মানা লৈবগা পীজদুনা ফহনবদগী লুনা তৌখিদুনা

মচনগুন্না ময়ুমদা মমা-মপাগী মনাক্তা থমদুনা লাইরিক্ তমহল্লি। সিবু কনানা লমদমসিদা তৌনরি? যিদমনিঙাই গুণ চেনবা ঈশ্বরগী মনাক্ নক্না বাখল খনবা ঙম্বা তুংগী উবা ঙম্বা অশেংবা জাতিসিগী মচা নত্তবরা? হয়েং মাগী মতম্ লোইরক্তুনা মানা শিগ্রবা তুংদা মাসিবু শোয়দনা ঙাংনহৌরগনি জাতিসিগী মপানি হায়না।

অসুন্না মীনা চীক্লা-চায়নবা ঙমদনা তিন্দুনা ডাক্তর গোপালগা রাধাপ্যারিগা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোংদারে। হবাগাড়ীদা লাক্পা খুঙ্গংগী মীয়াম মথং-মথং চৎনখিদুনা অথেংবদা শুমাংদা বায় শিথলিবা মচন-নুপী নত্তনা অতৈদি ময়ুম্ ময়ুমদা হন্নখ্রে। থেংজিল্লক্রবা মতমদুদা মরুপ শন্টোস গোপালগী কাদগী থোরক্ই। কিবন্না মখুত্তা শুমজিৎ অমা পায়রগা চাইরিবা ময়ামদু শিৎপা উই। বাখলদি অনীগীসু মতম ঙাইনববনি; ফোংদোক্লদকগী বাতমক্ ঙাইরে। শন্টোস শোনথাংননা; "মরম মোকমল্লিকো! মৌ অনৌবীগীসু খর খাকউ." কিরন - "হয়েং ঐনা মৌ অনৌবী ওইবা কান্দদি কনানা পাংবীগনি" হায়বগা লৈহৌরে। ঙাইহাক্ শুরল্লগা বারমাল্লে, মখোঙ মখুৎ হামদোক্তুনা মাগী কাদা তুম্বা চংখ্রে। লুহোংবা নোঙানবা নুমিথনি। নুপী ময়ুমগী লৈশাবী ময়াম অমা লাক্নি। শোমদা বামোন্না অচা-অথক্ হৌরি; মচন্না কা লুনা-নান্না শেংদোক্লি। তাক্লবা নাইদনা শৎ-শৎ তৌবদু উবদা মবুংদো নহানমখৈদি মচন্দো করম্না লৈবিবনো খংজদে। ঙসি নীনী হুন্নিসিদা মচন্না তৌরল্লিবা ময়াম, মমা-মপাগী শেবা পুন্নমক্না মাবু য়াদবা য়াওখিদ্রে।

নুপী মপামগী লৈশাবী ময়াম মারুতি ভান অহুমদা থুংলরে। মচন্না চান-থক্লবা ময়ামদু নুপীমচা খরা লৈকায়গী কৌরগা থুংনবা য়েনদুনা শেবা তৌই। মশক্-মতৌ ফজবী লৈশাবী হায়বসিদি হেক্ উবদা হংনীংই। অমসু অমসু কনানো কনানো? হংনৈ। গোপালগী মচন্নি হায়। করিনোনে মাবু মতোমতা পোকই হায়বদাইনে? অমনা হো সর্গদগী তারক্পনেয়ে হায়রগা য়া লাউনা নোক্ই। মৌ ওইরিবী রাধাদা ওনশিল্লগা অমুক্ হংলুরে। রাধানা মচন নুপীনে হায়না খুমদোরক্পদগীদি তুমিন-তুমিন লৈনখ্রে। মখোয়না ঙাংনরিবদো তারুরগা কিরন মসিদি মীওইবগী চৎনবীনি; ঐনা মসিবু পুক্লিং চংনা তারুরগা ইবুংগা ঐগা মরি ফত্তনবনি খন্দুনা অশিংবা মীগী হৌনবা তাশিন্নদনা মানা তৌগদবা অদুদা পুক্লিং চংনা তৌদুনা লৈ। অসুন্না লাংলম্বা লোইনমক্ নুপী মপামগী কাংবু হনখিবদগীদি ইচিক্ অমুক্ চিকখ্রে।

ঙসিদি তোয়না উনবসু ফংদবনা ডাক্তর শন্টোস মাগী মরুপ্ ডাক্তর গোপালদা বা অমা হৌদোরক্ই। "ভাই! ঐ নংনা লান্না লৌগদবা থবক্ অমদা খোং থাংজিল্লুরে"?

"ও। ঐ ভাব তারে" গোপালনা খুন্নকৃই। শন্টোস — "হায়সু হায়দ্রিঙেনা করন্না ভাব তারিবনো?" "হেরো ভাই। ৰাদু নংনা হায়বা ঙন্নরোই, ঙরাং নংনা অথেংবদা থোকখিবদা কিরন্দা হায়রম্বা ৰাদু নত্ত্রো?" "করিনোনে? ঐবু কিরন্দা করি হায়রম্বগেনে?" "নংনা মানা ৰাই শিৎলিঙেদা মৌ অনৌবীগী খরা থাকৃউ হায়বদা কিরন্না মানা মৌ অনৌবী ওইবদা কনানা মতেং পাংবীগনি হায়বদু নত্ত্রো?" "অস। বোন্ধু নংসিদি লাইনীকো। নঙোন্দা কৃষ্ণ মাল্লি হায়দুনা মীনা গোপাল হায়রম্লিবসি নংসিদি অশেংবগী মমিৎ চাম্মা পানবা মখুৎ চাম্মা লোংবা লাইনি, ঐ নংমুক্ ঙক্পা লাই লৈত্রে" হায়জে। গোপাল— "মরুপকী নীংজববু করিগী থুংহল্লোইদগে, ইচনগী বী: এ: শিদংদি লোইহনখিসি ঐনা মরুপকী মফমদা ইচল শোয়দনা পীজগনি। শন্টোস- 'ইবাইবুঙো হায়দুনা গোপালদা খুরুমই" — রাধানা হৌনা নোক্লম্মী। কিরন অপংবী জ্ঞান য়াওদবী নুপীমচা নত্তে। মবুংগা মাগী মরুপ শন্তোসকা শানরিবা ৰারীসিংদু মাসু লুমদুনা লোইনমক্ তাহৌরে। নুমিদাংদা মমাগা-মপাগদসু গোপালনা ৰাফমদো হৌদোক্লে। মমা মপানসু ফরে, ফরে ইচাশিদি শেম্বীবগী শেম্বীবা মা অমত্তংদি শেম্বীরো। অসুন্না মঙানি চাকৌবা অমুক য়ৌদুনা ময়াম পুন্না মরুপ-মপাং হায়বা য়াবা কয়া হায়দুনা চাকৌবা চৎতুনা নুপী ময়ুমদা চাকচারুরবা তুংদা নোঙাল্লগা মৌ অনৌবী পুদুনা খুঙ্গংদা অমুক লাক্লে। হন্দক মুক্তি ডাক্তর গোপাল কিরনখোয়গীদা ওইনা লৈরে। খুনগী মী ময়াম মেম সাহেবসু লৈগদবা ওইরগদি খুনগী মীয়াম চংদুনা ডাক্তরগী ক্বাটর শাগনি হায়দুনা মিস্ট্রি মখৈ কৌরুরে। উ লৈবা ৰা লৈবা থোঙ-থোংনাও চনবা য়ুমফম্ থোনবা খুদিংমক ময়াম চংদুনা শুবনা নুমিৎ কুননিগী মনুংদা পুমলোই লোইরে। মখোয় অনিতা লৈবা নুঙাইতে হায়দুনা কিরনগী মমা ইবেচাউবীবুসু পুন্না লৈমিন্নরে। চহী ফারক্তুনা মচানুপা অমসু ফংজরে।

অসোমদনা কিবনসু মাগী বী: এ: গী পরিক্ষা লোইশিল্লক্লে। শন্টোসপু পোকপা মপা বীরমঙ্গোল লাক্তুনা নোংমা মচানুপা শন্টোসকী মৌ হায়বা লাকৃই, গোপালখোয়গী ইম্ফালগী য়ুমদা। গোপালগী মপা নন্দোনা আদা খুঙ্গংদা মাবু পোকৃপী মমা অমা লৈরি, মবুংসু খুঙ্গংদা লৈবনিনা নোংমা মচানুপাগী মনাক্তা চৎলগা মমাবুসু কৌবীরগা ৰারী শারুসি হায়দুনা মখোয পুন্না খুঙ্গং তানা লাকৃই। মমাসু গোপালগা পুন্না লৈরমদুনা পুম্নমক্ তানদুনা য়ানববা তুংদা কুঠি অমুক্তং য়েংলগা মতম লেপ্পবা ৰা লেপ্পখ্রে। ইম্ফাল য়ৌরগা কুঠি পুদুনা পক্ল-ৰাইনা য়েংবদা পক্লে হায়দুনা ৰারোইপোৎ পুনবা নুমিৎ লেপ্লে। পোইনু থাগী ১৪ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা তারে। নোংম-নোংমা হৌখিবনা মতমদি অসুম নকশিল্লক্লি। অপোকপী মমাদি মাগী করি উপাইদি লৈজদবনা কপ্পি লোন্না-লোন্না। অদুবু মবুং শকৃপা ডাক্তর গোপালনা মচলগী অমত্তা ৰাত্তনা

অউনপোৎ শুনা থৌরাং তৌদুনা শেমশাবা লোইশিন্নক্রে। অসুন্না বারোইপোৎ পুদুনা লুহোংবগী বা-লেপ্পবা লোইরে। লুহোংগদবা মঙা তরুক্লিদা ঙাইরবা কান্দা মনম্মা রাধাপ্যারিসু খুঙ্গংদগী কিরনগী মমা ইবেচাউবীগা লোয়ননা লাক্লুনা ইম্ফালগী য়ুম্ নীংথেম পুম্প্রি মপান্দা লৈররে। মবুংনা লোইনমক্ শুনা লৈদুনা থন্নবা অউনপোৎশিংদু উজবদা মমাদু হায়নীঙাই লৈতনা হরাউজরে। ডাক্তর গোপালবু মানা লাইশুম্বা মী ওইনা উখ্রে। হৈজিংপোৎ অমুক পুদুনা মাগী খুঙ্গংদগী মীশিংসু কারক্লুনা য়াওরে। মবুংগী লুহোংবদগী তাদনা মচন নুপীগী লুহোংবদুসু খুঙ্গংদগী গাড়ী মপোৎ অনী লাক্লুনা য়াওরে। মবুং গোপালনা মচনগী দানশি মপাবুংদা পীবীনবা হায়জবদা মপাবুংনা মচাদা অমুক্ শিন্নদুনা মচানা পীরে। বামোন্না শোনবা হৌবদগী গোপালগী মমিৎ অনিদা লেপ্লা লৈতনা শিঙ্করিবা পিবাংদু উরগা কিরনগী মমা ইবেচাউবী , গোপালবু পোক্পী যশোদা মপা নন্দো লোইনমক্ মপি তানৈ। অসিগুম্বা মাগী কনা লৈজদ্রবী চন্নফম, খংদনা মাংলম্বা য়ারবা কন্না নারুবদগী মানা কনবীরক্লুনা মচন শক্লুনা ময়ুমদা পুখত্লুনা য়োকপীদুনা মহৈ মশিং মপুং ফাহল্লগা লুনা তিন্নবা মশক্ মুন্না খংবা মরুপ অমগী মফমদা হৈ-শিংনা শিন্দুনা মচনবু দান পীদুনা, অউনপোৎ অমত্তা বাত্তনা পীদুনা লুহোংবীরিবা নুপাসিবু লাই নত্তে করম্না হায়সিগে? লাইদি মীনি; মীনা লাই ওই হায়বসি কনানসু হিংলিঙেদা খল্লুদে; অদুবু লাইশু মীরক্তা মীগী শাইওন লৌদুনা মীনা ঙমদবা মীনা ঙক্লা থোক্পা থবক হেক-হেক তৌথোরক্পা, তৌরম্বা লৈবনা মানা তামখ্রবা মশক্ উরক্লবা মতমদা মীনা মী মরক্তগী মাংখ্রবা লাইগী মপোক্তা পোক্লম্বা মীদুবু শোয়দনা থিরক্ই। ঙসিদি গোপাল মী ওইনা ঐখোয়গী মবক্তা হিংদুনা মী অমা ওইনা থবক তৌরি। অদুবু মানা তৌরিবা থবকশিংসি মাসু তৌই হায়দুনা মী খুদিংমক্লা হেক্তা তৌগদ্রা? তৌরোই, মাগী থম্মোইদা পুন্সি মশক খংবা হিংবগী মমল খংবা গুন অমা চেল্লি পুন্নমক্ খংবা-উবা, অফ-ফত্ত তুংগী লোইনমক্ উবা ঙম্বনা মানা তৌবা ঙম্বনি, অতৈনা কৈদৌঙেদসু ঙল্লোই। পীবাংলক্তা মচনগী শোনবা-খোৎপা লোইদুনা মমা ইবেচাউবীনা মচা ময়াগী খুত্তা কুসনা পুন্দুনা কুজগী কম্বী থাঙ্গৎখ্রে। গোপালনা নুংশিনা মচনগী দান পীজবে? মমা মপা খুঙ্গংদগী লাক্পা লুহোংবা যাওবিবা মীপুম্ খুদিংমক্ কিব্বনগী লুহোংবগী দান থাদদুনা, দান থাদবা লোইববা তুংদা মন্দোব ময়াইদা কোযদুনা পুংলোনগী তান্দা খোংফম্ চানা-চানা থাংদুনা লৈ চাইদুনা, তবেৎলক কোযববা তুংদা লৈপরেং হুক্লদুনা লুহোংবা লোইশিনখি।

মচন নুপী লুহোংখিবদগী ইমুংসু ইচিক্ চিক্রে। মপা মমা অনীনা মচানুপাবু য়ুমদা মাগী থবক্কী পোস্টিং হোংননবা তৌরো হায়রম্মী। গোপাল মমা মপানা হায়বিবদু

চুম্মী খল্লি। অদুবু মানা নুংশিজবা লমদমদুদা তাগদৌবা অনৌবা ডাক্তরদু মাগা মুন্না তানরগা থাবা পাম্মী। মরমদি মানা তৌনীংবা খুঙ্গংদুগী থবক্ থৌরম্ কয়া মা লৈহৌরি। নোংমা মানা মঙানি চাক্লৌবা লোয়রবা তুংদা মাগী মরুপ্ শন্টোস হৌজিক্লা মশেন নুপা ওইরবা অসিদা মানা লৈরম্বা খুঙ্গং কিরনগীসু পোক্লফমসিদা লৈরগা থবক্ পুননবা তান্নরম্মী। শন্টোসনসু য়াদুনা ওর্দর থোকহন্দুনা মখোয় অনী চার্জ শিন্নবে। খুঙ্গংদুগী মীনসু মশক্ খংবা ডাক্তর গোপালগী হান্নগী মরুপ্ হৌজিক্লা খুঙ্গংগী নীঙোল লৌববা ডাক্তর শন্টোসকা ডাক্তর গোপালগা পোস্টিং শীন্নবে হায়বদুদা খুঙ্গংদুগী প্রজানসু অমত্তা য়েংথত্রে।

অসুন্না নোংমা মাগী ইমুং-মনুংগী মীওই শুনা লাক্লুনা ডাক্তব গোপাল খুঙ্গংগী মীপুম খুদিংগী মফমদা কাউরবোইদবা পুন্সিগী মরুপ্ অমগী বাখল ফাওহল্লন্নগা মাগী লৈরম্বা ক্বাটরগী পোৎ-চৈ ময়াম অমা মচন নুপী কিবন অমদি মকপ (মশেননুপা) শন্টোসতা শিন্নরম্নগা পিরাংলক্তা খুঙ্গংগী মীয়াম্না লেংদুনা পুবক্পা লৈ পবেংতনা মঙক্শম্ পীক থন্না শিরগা মীযাম্বু অরোইবা বিদাই পীবন্নগা মতম অমদা মানা নুংশিনা থাজরম্বা কমপাউন্দগী হৈপাল-লৈপাল লোইনা ঈশিং চাইবীরন্নগা ময়ুম্ ইম্ফাল লমদমগীদমক্ খুঙ্গংদু থাদোকখি। মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা নুঙাইতবা বাখল অমমম ফাওহল্লন্নগা ডাক্তর গোপালনা চৎখিবা মাইগে যেংদুনা খুনজাশিং পীবাং তৈথোক্লুনা লৈহৌই।

তাং ১২/৪/০৩

# শীঙেল নাচোম

চহি ৩০ বোম্‌গী মমাংগী ৱারীনি।

খুঙ্গংগী পুন্সিদা নুবা পাখংশিংনা পামজবা মতমদি লৌমীগী শিনফম ওইবনা লৈশাবী কাংলুপ-কাংলুপ মাগী লৈকায়গী মতাবোয়শিংগা লোযননা অযুক্কী চাকঙন চাবগা মখোয-মযাম হৌনদুনা পাক্লবা লৌবুক-লমহাংদা কুমগী লৌবিং পাম্থ্রা ওইবক্‌পদা লৌবুক্তা কুমদুনা মকোক্তা কোকশেৎ, খ্বাংদা খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা লৌবুক্তা পবেং-পরেং নোম্থদুনা লৌ লিংজবদুনি। মখোয় ময়াম্‌ মবক্তগী মখোন ফবা ঈশৈ হৈবা অমনা ঈশৈ হন্দুনা খুলং ঈশৈ, লৌরিং ঈশৈ শক্কনি; ময়ামদুনা খুমগনি। অরাপ্পদগী তাবদি ওন্থোক্লা পূক্নিংবু নুংশিহল্লি। অদুগুম্বা মতমদুবু অমুক্‌ করম্বা কান্দা যৌবক্কদগে খঞ্জদুনা নুবা-পাখংশিংনা খৌবাংনা ঙাইনৈ। পাখং ওইবা কাংবুনা লৌহোন ফোইরগা হৈরে মপুল-মপুল শেমদুনা লৌ-লিংগদৌরিবা লৌফমদা মফম্‌চানা-চানা চাইথোক্তুনা থম্মী। লৌলিংগদৌরিবী লৈশাবীগী কাংবু, মৌগী কাংবু তোখাইনা তোঙান-তোঙান্না লৌ লিংনৈ। লৌলিংবা মতমদা শকলিবা খুলং-ঈশৈ, লৌরিং-ঈশৈ অদুগী মরক্তা লৈশাবী অমগী মমিংগা পাখং অমগী মমিংগা হায়না-শিংনবা লৈবদো নৎত্রগা লোন্না নুংশি-নুঙোলগী মরী লৈনজবদো হৈ-শিংনা ঈশৈগী মরক্তা থেৎতুনা শক্‌ই। অসুন্না থম্মোইদা নুঙাইজবা পোক্তুনা, নোক্লা নোক্লা শুনখিবা থবক্তো মতম ইচং-চংদনা থুনা

লোইশিন্দুনা থবক্ পাঙ্‌বা হেলহল্লি। লৌ লিংবা লোইরগা হৈথা-পোথা চাগনি। নুমিদাং পাখং-লৈশা কোয়বা চৎনরিঙৈদো লৈশাবীশিংনা নুমিদাংদা ফৌ-শুগনি, পাখংশিং ফৌ-শুফমদা লাক্লবা ফৌশুবা পাংদুনা নুঙাই-নুঙাইবা ৱারী শান্নদুনা মতম লেল্লি। নুংথিল চুপ্পা লৌরাং শুকবগী অৱাবা কাউথোক্লুনা নুমিদাংদা পাম্মু মাবু ঙাইজবা ওইনা ফৌ পুথোক্লুনা থাবল ফরবা অহীং কয়াদা ফৌ-শুদুনা মাঞ্জ মাবু লাক্‌পা ঙাইজবি। চৎনবী ওইনা লৈবম্বনা কনানসু লান্না লৌনদে।

কোনু মপূং-মরৈ ফারবী মশক্ মতৌ ফজবী, চুং-ফিবাল চাবী হেক্ যেংবদা মথোৎ-কারক্‌পগী লম-য়ৌনা ফজবী খুঙ্গং চনুবানি। মাসু মতাবোয়শিংগা লোযননা লৌলিংবা, লৌপেংবা, ফিশাবা, খুঙ্গংগী লৈশাবী অমগী মশিন-শিষ্থা লোইনমক্ হৈজবী নুপী মচানি। লুখ্রাবী মচা ওইবনা মীগীদা শুকবা নত্তনা মশাগী ওইনা শুজনবা লৌকাদি লৈজদে। য়াম্না ৱাবমক্ নৎত্রগসু হিংবদি অদুম ঙমজে। যৌবনগী মতম য়ৌবক্‌পসিদা পুক্লিংদা নুংশি-নুঙোনগী ৱাখলনা মথুম্-মরাং হৌজরি। পাখংশিংনা মাগী ফজবা শক্তম্বু উকবদা পামদবা কনাবু লৈগদগে? লংন-খোৎনবা, পামজনা মপাউ হংজরক্‌পা কয়ানি। পু-পাং শুদবগী হৌনবা উশিৎতনা মানা লৌগনি, য়াদ্রগা ফাগনি হায়বসু ময়াওই। হৈ-শিংনা পুম্নমক্ লোয়নদুনা মীৱা-মীশা লাংবদি থোইনবু য়াওজদে।

শোমদা মপানা খুনগী ফম্নাইবা ওইদুনা মুক্লাদা কাংজৈদা মপাঙ্গল ফরক্‌পা মতম খরা মপাগা মমাগা অতোনবীগী ৱাহৌদগী খায়নদুনা মমাগী মপামদা চাউবকপা তোলেন পাখং ফাবক্লুনা কোনুবু পামজনা অসা তৌজরম্মী। মাসু খুঙ্গংগী চৎনবী লৌহোন ফোযবা, লৌয়া য়ানবা, ঈশিং থাজিনবা লৌবাংসুবা লৌলিংফম শেম্বা য়াওদুনা লৌমীগী অসাদা লৌ শুজরগা নুঙাইজবা পোকচৈ। ঙসিদি লৈশাবী তবামুক তোলেনগী লৌফমদা লৌ লিংগদৌরি। মযামদুগী মবক্তা কোনুসু যাওরি। তোলেন মবুক্তা পামজবী মানা লাক্লুনা পাখঙ মাগী লৌফমদা লৌলিংবা যাওবদো য়েংজনীংবনি। অদুবু চিনফেন ফবী লৈশাবী অমনা "তা-তোলেন! নং চৎলো, হোবেন্ খুলং-ঈশৈ লৌবিং-ঈশৈ শকপদা নুপা নহা তাহন্নিংদবা যাওরক্কনি অদুনা নং য়ুমদা কারম্মো" হায়বগা মখোয় মযাম চংদুনা তোলেনবু লৌবুক্তগী তানখৎপীখবে। পুক্লিং নুংঙাইতনা তোলেন য়ুমদা কারকই। লৈশাবী মযামদু মাগী মতৌদুদা ৱা-ৱা হৌন-হৌনা নোক্লুনা মাবু যেংহৌই। "নুপীনা মশীং অহুম্বু শুববা থোকঅবা অমদি মতৌবে, নুপাদু মকোক ঙাওবদবনি"। করম্বা শক্তি লৈবননো খংদে। নুপানা মঙা শুববসু নুপীগী ব্যাবহার মাংদে, অদুবু নুপীনা খরবু য়াম্নবা নুপাদু অপং তাবদি শোয়দ্রবনি। তোলেন ৱাখল ইনুংহেক নুঙাইজদে। তন্দে-মান্দে তৌনা য়ুমদা কাখ্রে।

লৌলিংবা লোইদুনা নমিদাংগী মতম য়ৌরক্লে। থাবলনা ৱাখোংদগী লিংখৎলক্নুা লৈচিনগী মবক্তা হৈ-শিংনো শৎ-শৎ, লিৎ-লিত্তুনা কাখৎলক্নুা ৱাতোল লোম্না মনীং তম্না হাইগৎলক্নি, পাখঙগী পুক্নিংগী নুংশি-নুঙোলগী ইথক-ইপোমস্ অসুম-অসুম ৱাংখৎলক্নি। তোলেম্না খল্লি, "ঐবু কোনু খোযগীদা চংদুনা নুংশি মপাউ হংলুশিবা"? মখুত্তা লৈগী নাচোম অমা শেন্নগা পাযবি। থাবলনা ৱাতোল-লোম্নকপা ককচেং চৎপা উবকপা মতমদুদা কোনুখোযগী কোহ্নোং হাংদোক্নুা তপ্না-তপ্না চংলক্ই। কোনু মমা মচাদি নুংথিল লৌবাং শুকবগী ৱাবমল্লে নুঙাইনা তুমথগ্রে। থোংগী পৌৱোল লোন্দুনা হান্নবা পোংথাখিবল্লে। খুত্তা পায়বিবা লৈগী নাচোম্ অদু নীংথিনা নুবাগী ফিশাকোল মথক্তুদা থমজবে। "ৱাখলদা শাগৎচক ই হয়েংগী ইনুং ঙাল্লগা কোনুনা যাহৌবকপদা মাগী ফিশা ফালদা ফম্লগা ফিদু শাগে যেংলুবদা লৈগী নাচোমদুবু উজবগা পাম্মুবা কনাগী খুদোলনো শোয়দনা মাগী ৱাখলদা ৱাহং কয়া হংলক্নি। নুজা মাগী নাপ্পদা লৈগী নাচোমদু চিল্লগা হয়েংগী লৌবাং শুবদা পাখঙ মানা উজবগা পুক্নিং পেঞ্জগে খন্দুনা থমজবা লৈগী নাচোম অদুদা নুবা মাগী মফমদা পাখঙ কনাগী খুদোলনো শোয়দনদি হঙঙুকো" খঞ্জদুনা ফিশা কোল মথক্তা থনম্লগা পাখং যুমদা হল্লক্লে।

ইনুং ঙাল্লে, মালেম, মালহৌনবে। কোনু থোংগী নাতে কাংদুনা চাবগী পৌবোল হাংদোবকই। কোরৌহনবা খুকমজে। নুপীজা ওইবীগী শিনফম মচিন-মযা শেংদোক্নুা ধুব-থাওমৈ থাজবে। ফিশা কোন্দা মমাই থম্লকই। লৈবাং নাচোম অমা নুবা মাবু ঙাইদুনা পাখঙগী মপাউ তমজগে খন্না ফিশাকোন্দা নীঙাইদনা তোংদুনা লৈবিবদো উবকই। মোমোন নোকচবগা শীঙেল নাচোমদুবু তনৌববী নুবাগী খুংনা লৌখৎচৈ। নিঙোলগী পুক্নিং কবম্না অমুক্তং নুঙোলহনসিগে খন্না পুক্নিংনা খোযদানা মতম চংনা শেমজখিবা লৈগী নাচোমদুবু কবিগী নুজা মানা পাম্লোইদগে? নুজাশিংনা মথোৎ কাবকপা মতমদা তোযনা ফিজেৎ হোংজবিবা কনা মশুং লাংগীনো? কনানা মাবু যেংলগা ফজৈ হাযনা খন্নবনো? পাখং লৈশাবী উনবদা ফিজেৎ নান্না শেৎলিবসিবু কবি হাযবিবনো? পামজবী, পামজবা কনাগী মফমদা পুক্নিংগী লাং থাক্নুা পাউখোং চল্লিবা নত্তববা? পামজনা লৌখৎচবগা পাম্মুবা কনাগী খুদোলনো? লৈবাং নপাউ শেংউবা? পংলবী নুজা ঐঙোন্দা লৈবাংদুদা হংজবি। মিতাবা মশীং যাম্বনা লাকশিনববু ৱাজবি, থম্মোইগী পাউখুম ফংদবি। নাপ্পা তম্না পুখৎতুনা অযুক্তুদা লৈগী নাচোমদু থৱায তানা চিঞ্জবে। মিংশেল পুথোক্নুা যেংজবে। থৱায তাবা হেঞ্জবে। পাম্মু মশক খংনীংলক্লে।

তোলেন ঙসিদি চাকঙন চারগা নুরা মানা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইদুনা ঙরাং মানা পুক্লিংনা খোয়দানা শেমজরগা থল্লম্বা লৈগী নচোমদো নুজাগী নাপ্পদা চিল্লকপ্রা য়েংগদবগী ঙাইদুনা খোংনাং মখোংদা লেপ্তুনা লৈরি। শোমদা কোনুসু চাক ঙম্না চারগা মতারোয়শিংগা লোয়ননা লৌ-লিংবা হৌনদুনা থোরকই। পরেং শানা নোক-নোক্তুনা থোরক্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা লৈগী নাচোম্ শেল্লগা চিনবীদি কোনু মতোমতা ঙাইরম্মী। মমান্নবী অমনা "পাখঙ কনাগী খুদোললনো? শক ফজবা হায়বসিদি মাগী নুংশিবনা শোয়দনা ঙরাং পীরম্বা ওইরমগনি হায়রগা হৌনা-হৌনা নোক্রম্মী। পুক্লিংদা হরাউ নুঙাইবতনা্ থল্লবা শাবী শানৌশিংগী পুস্লিনি। জৌবনগী ঈথক্-ঈপোমসিদি ওহ্নোক্লা শক্তি চেল্লিবনি। অসুন্না নোক্লা নোক্লা থেক্রককপনা খুঙ্গংগী মতাই য়ৌরক্লে। ঙরাং নুমিদাংগী পাখঙ খুৎনা শেমজবা শীঙেন নাচোম্ লৈরাংগী পাউখুম্ ঙাইনা ঙাইনা নুরা মাগী লাক্কদবা লম্বীদা তোলেন মতোমতা লেপ্তুনা লম্বীগী মতাইদা খোংনাং মখোংদা ঙাইদুনা লৈবদো কোনুনা উরম্মী। ময়াম্ মরক্তা কোনুগী নাপ্পদা মাগী পামজনা পাখোল পুখিবা শীঙেল লৈরাংদুবু চিল্লকপরা য়েংজরুই। কোনু মাসু মমাই ওনশিন্দুনা তোলেন্দা য়েংলগা মিৎলু অনিদু মিচানরুরে। শীঙেললৈগী নাচোম্না পাখঙগী য়াথং ইন্দুনা নুরাগী নাপ্পদা ঙাহ্লোইজবদু কয়াগী মতিক্ নীংথিজরে। পাখংগী পুক্লিং পেঞ্জরে, নুজাগী মপাও ফংজরে। শোমদা কোনু মাসু খল্লকই। "পাখঙ অসি নত্তবা নুপা-নহা অমত্তা লম্বীদা ঙাইরম্বা উখিদবনা তোলেন মানা য়েংলক্লিবা মিথয়েং ঙাইরল্লিবা মফম্ অসিনা তাকপদি শীঙেল লৈরাংগী নাচোমসে মাগী ওইবা শোইদ্রে। খোংকাপ খরা মাংলোমদা চৎখৎলবা তুংদা হন্না মাই ওল্লগা অমুক্তং য়েংলক্পদা তোলেন্না মাবু লাংতক্লনা য়েংলিবদো উরুরে। মমান্নবী অমনা "হো! ইবেম্মা শকহেনবী য়েংউরনো! আদগী পাখং শকহেনবসে নংবু ঙাইবা ওইরমগনিয়ে"। থম্মোই থম্মোইগী মরী, নুংশি লম্বী শেম্বা হৌগৎলক্লে, নুরা-পাখঙ অনীগীসু। লৌরিং পাম্বাগী মরক্তুদা কাঙগী কুম্মে য়ৌরক্লে। নুরা-পাখঙ শক্লা শক্লা উনরগা মায়থোঙনা মোমোন নোকচৈ। পাখঙগী খুত্তা থম্বাল পায়রগা নুরাগী খুত্তা পীজৈ। কোনু পামজবা পাখঙ খুত্তগী থম্বালদু হরাউনা লৌই। লৌরিংবা, লৌপেংবা পাম্বা অমুক লোইখিদুনা নুরা-পাখঙ শঙ্গু-শঙ্গু লৌবুক্তা উচেক্লা চাক্তাবগুম্ অরাপ্পদগী উরম্বদো ফৌনানা লেং-লেং চত্তুনা য়াওল অমমুক হোংখরে। কৃষ্ণ জর্ম য়ৌরক্লে। নুমিদাং লিকোন শান্নদুনা নুরা পাখং খুৎকা-খুৎকা লিক্লোন মরু শিন্নদুনা হরাউনা শান্নমিন্নে। মোন্দুম মহাদেব খুরুম্বা চৎমিন্নে, মোইরাং হরাউবা চৎমিন্নে। নুরা পাখঙগী মরীশে অচেৎপা নাহ্নোকপা য়াররোইদবা কিশি অমনা চেৎনা পুনবা হৌরক্লে। নোংমতা উনদবদা লৈঙমদবা, মশাবী মশানৌ অনি পুন্দ্রগদি থবক পাঙবা ঙমলোইদবগুম,

পুক্লিং খংশোন-খংশোন শোঙ্খবগুম্ তৌরক্রে। কোনু ফজরবা হংগামপালগী খুদৈ অমা শাজৈ, মশাবীদা পীননবা। ওঙ্খোক্লসু পুক্লিং চংজে। মতমদো মুক্লা-কাংজে মরাং কায়রিঙে, খুঙ্গাশিংনা শিন্দুনা খুনগী কাঙজেবুংদা লৈকায় অমগা অতোপ্পা লৈকায় অমগা শিংনদুনা মুক্লা কংজৈ তোয়না শান্নে। কোনু লৈশাবী ময়াম মতারোইশিংগী মরক্তা কোক্তা স্নাবুল পুদুনা কাংজেবুং তাননা থোরকই। শবান মুর্তিনা ফজবনে শলুঙাং ফনেক্ অমা শেথলি, হঙ্গামপালগী মোইরাংফি চনবা ফি-মতেক অমা ইল্লি, ফৈজা মচা অমগী মথক্তা ঈশিং থন্না য়াওরবা লংনা ফেংলবা স্নাবুল্ নুরাগী কোক্তা থোল্লগা, মখুৎ নাম্মনা স্নাবুলদু নাকচেত্তা পায়রগা নোম্না নোম্না চৎপদুগী মফজদুদি করিদা প্রমান তৌরুনি। মানা পুরিবা ঈশিংদুনা হোরেন কাংজে শান্নবদা ৱারবা ঈশিং খৌরাংলকপা শান্নরোইশিং নুরা খুৎনা হৈদুনা ঈশিং পীথক্লবনি। মশাবী পাম্মুবগী পুক্লিংনা খোয়দানা তমজখিবা হংগামপাল খুদৈ অদু ঙসিদি তোলেন কাংজৈ য়াওবা থোরকপদা মাগী ফিজেৎ ওইজরে। মপুক্লিংদা খল্লি, "ঐবু ঙসি কাংজৈশিবু কনাগা পারগবা? পামজবা মাগী মমাংদা ঈশিং স্নাবুল থন্না হাপ্তুনা খিন্দুনা লৈরে। হোরেন ঐনা অহানবা পাঞ্জল অমত্তং চল্লগা পাম্মুবীগী খুত্তগী ঈশিং খুজোক অমত্তং মাগী তনৌরবী মখুৎনা হৈরগা পেন্না থকচবদো ফংলগদি কয়াগী মতিক নুঙাইজগনি মীয়াম মমাংসিদা"।

কাংজৈ হৌগদৌরে। খুম্থক্ খুনখা হায়দুনা পানা অনীগী শীংনবনি। মীচং-মীচং, তোখাই তোখাই, খুনথক্কী কাংবুনা নোকপোক্তা ফস্মী, খুনখাগী কাংবুনা নোংচুপ্তা। ফন্নাইবা, ফন্নাইবী, অঙম-অথৌ শুনা তিন্দুনা কাংজৈবুংদু মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম মীতনা থনখরে। লৈশাবী পরেংনা মমাংদা স্নাবুল ঈশিং থন্না খিন্দুনা নাকল অনীদা তোঙান তোঙান ফল্লি। মাগী মাগী কাংজৈ খুত্তা পায়দুনা যাত্রা খন্দুনা ময়ায়দা লেপহল্লে। নাকল-নাকন, শান্নরোই তরেৎ-তরেৎ, তরামরি মাগী মাগী লম্বা লম্বাগা মায় মায় ওনশিন্নদুনা কাংজৈ হৌবা ঙাইখরে। ময়ায়দা কোয়য়েৎ অমগা লোয়ননা কাংজৈগী হস্ত্রে হুন্নবা জর্জ থোক্তুনা লেপখরে। তোলেন খুম্থক মচা ওইবনা খুম্থক্তা শান্নবা য়াওদৌরি। মপাদি খুনখা মচানি। মমাগা মপাগা খায়নদুনা মমাগী ময়ুমদা লৈবনা খুনথক্তা য়াওবা তারেদো। কোনুদি খুনখাগী মীচংনি। পাম্মুবগী মীচংদা লৈগদ্রা, মাগী লৈকায়গী মীচংদবু লৈগদ্রা মপুক্লিংদা ৱাজরি। হস্ত্রে হুন্দুনা কাংজৈ হৌখ্রে। মাগী মাগী লম্বা মুক্লা তখৎনদুনা কন্না ইন্নরি। তোলেন মাগা পানরিবা খুনখা মচাদু ইরায় লায়বা ওইরমদ্রে। শাজৌ কৌবা মপাসু মুক্লা কাংজৈদা মতম অমগী মমিং চৎখিবা মুক্লা জাত্রা খোংনেমগী মচা ওইরমলে। মাবু নীংগোংদা লৈরগা থাদরম্লগা কাংদ্রুম্ খুন্দুনা পুরগা কন্না পাঞ্জলফম্ তানা চেনখিদুনা কাংদ্রুম য়ৈদুনা পাঞ্জল অমা চনথোকখ্রে। মীয়াম হুপ্না চংদুনা শাজৌদা

পৈশা থাখরে। খুনখা মাইকৈ হরাউবগা লোয়ননা লাউ খোংদুনা লাংলম্মী। তোলেন ও। ঐগী ঙসিগী লাইবকশিবু, করম্না শোয়খ্রিবনো, খল্লদুনা মমায় লুরক্লনা ইকায়না লেপ্পুনা লৈ। কোনু তোলেনগী মতৌ উবদা মাগী কাংবুনা লাংলিবদো য়াওজদে। মাসু রাখল নুঙাইজদে, মশাবীগী মতৌদুদা। পৈশা থাবা লৌইখিদুনা অমুক্ শান্নবুংগী ময়ায়দা হৎল্লে হনখ্রে। হন্দকমুক্তি তোলেন শাজৌগী লৌশিংদা চৎতরে। চেপচিং অমুক্ চিংবদা শাজৌদু মখোং খুরৌ তাদুনা হেক তুবনি। হন্দক্তি তোলেন শাজৌগী য়ান্নরিবা মখুত্তু নমদুনা থাদোকহল্লগা কাংদ্রুম্ খুন্দুনা চেল্লকপদু মাগী মীচংগী খুম্বক্কী কাংদু তোলেন চেনখৎলু ঙসাইগী লম্মন্দু শিংনবা চেনখৎলু হায়বা খোঞ্জেলতনা পুম্নিন ওইনা নিনখরে। অসুম্না পাঞ্জলফম্ য়ৌদুনা কংদ্রুম ৱাংনা হল্লগা কাংজৈনা থোমদুনা পাঞ্জল চপ্পরে। পাঞ্জল হনদোক্লরে। কোনু পুক্লিংদা মোমোন নোকচরে: খুনথক্কী কাংবু লোইনা হপ্পুনা তোলেনবু পৈশা থাখরে। ৱারমাল্লে তোলেনদো তপ্না হৌগৎলগা খুনখাগী মাইকৈদা কোনু তম্না চংশিল্লকই। কোনুগী মমাংদা খুরু খুদুপ কুন্দুনা ঈশিং থক্কে নীজরকই। নুরাগী খুৎনা হৌগত্তুনা স্নাবুল থাংগত্তুনা মখুৎ অনী হামদোক্লগা খুজোক থম্না য়াদুনা ঈশিংদু গর গর থকই। খুনখা কাংবু মরক্তগী খরনা করিগী ঈশিং পীথকউরিনো? খুম্বক মচাদা ঈশিং পীথকপা য়ারোই। মাগী মাইকৈদা থক্কে হায়দ্রগা খুনখা তম্না লাক্লগা ঈশিং থকপা য়াব্রা? মা মী উশিত্তে— ফু-ফু হায়দুনা লাউবগা লোয়ননা পাখঙ মরিমঙা শাজৌগী মীচংদা লৈবা মচিন-মনাও শাগৈগী ওইরমাল্লে, চেনশিল্লক্লুনা ফবদা তোলেন শোক্লুনা তুরে। অদুদগী মায়গৈ-মায়গৈ পংলাউ লাউনদুনা মাগী মাগী মীচং-মীচং পংফুদা ফুনদুনা য়াম্না থিনা শোকপা য়াও, মকোক কায়বা, মখুৎ তেকপা, চেনবদা তুশিনবা য়াও তৌদুনা কাংজে খৎনদুনা কায়রে।

নুমিদাংদু তোলেন হাৎকনি হায়দুনা থোংগালদা নুপা মচা খরা তোলেন থিবা লাকই। মমানা মচাবু য়ুম্ অমদা থৈদোক্লগা থমখ্রে। শোমদা কোনুবুসু ফজদবী তাহনবীরে। শান্নবদা ঈশিং খৌরাংবদা থক্লবা ঈশিং পুরিবদো অমনবু থক্লবসু অমনবু থক্লবসু ইয়া য়াবদো, কয়াদা পুকচেল পীক্লরিবা। ঐগী মীগী মীচংদা মী ফুনরে, খৎনরে, করিসু লৈতবা ঈশিং থক্লবগী। চাওখৎপা ৱাৎপা হায়বসিদি অসি ঙাক্তনি। কোনু মমা মচাদু তুম্বা চাবা চংদনা অহিংদু ৱানা লেঞ্জরে। কিজবদগী তোলেনদো নোংঙানবা ঙাইবা নংদনা খুন থাদোক্তুনা চেনখ্রে, ইম্ফাল সহর য়ৌখ্রে। শোমদা খুনখা মচা পুম্নমক তোলেন ময়ুম থাদোক্তুনা চেনখ্রে, লোৎখ্রে তাবদা হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে। কোনু মমা মচাবুসু হয়েং মতুং মনাও মীগী মীচংদা লৈরবদি য়ারোই হায়দুনা শাজৌগী কাংবু লাক্লগা কিহনবীররে। কোনুদো তোলেন ময়ুম থাদোক্তুনা মফম খৎদনা লোৎখ্রে তাবদা

অহিংচুম্না পিরাং কংখিদরে। নোংমেত উদববদা লৈঙমদবা নুংশিগী থাক য়ৌরক্লবদা পাম্মুবা মানা মফম্ খংদনা মাংশ্রবা। ওহ্নোকপা লাইবক্লিদকো। তোল্লিদা নুপীগী মপোক ঐনা নুপা ওইবম্লবদি পাম্মুবা মাগী খোঙ্গুল লিদুনা কদায়দা লৈবগে হায়বদো মফম্ খুদিং চত্তুনা থিবমগদবনি।

অসুন্না লোইদাম্ থাবুম্ কয়া পাম্মু মাগী মপাউ তাখিদবা, নুংশি মাগী চেংলৌ উবক্তবা কোবৌ মশীং য়ামশিল্লক্লে। ওন্না থোইনা খাংদুনা নোংমা পাম্মুবা মানা নীঙোলগী ফিশা কোল মথক্তা পামজনা থম্লম্বা লৈমন চল্লবা শীঙেল লৈবাংদুবু লুবাক নুংদগী লৌথোকচবগা নুবা মচিন হংজবকই। কবম্বা মফমদা পাম্মু নংবু লৈখ্রবগে? লোইদাম্ কুইবে শীঙেল লৈবাং নংবু অমুক্তদি খংববা হায়য়ু? নং লৈমন চল্লবা লৈবাং ওইবনা নরোল শ্থাকত্রববা? নীঙোলগী অবাবসে খংবী-উবীদ্রববা হায়বগা নীঙোলগী পিবাং শিল্পবগী লোই খম্বা লৈখিদবে। পলেম্ ওইবী মমানা মচাগী অবাবা উজবগা থম্মোই কায়না থেমজিনজে। মাসু খল্লি, ওহ্নোক্লসু ফত্তেদা হে তাইবং মীওইবা কবিসু লৈতবা ঈশিং খুজোক অমা থক্লবগীদমক মীবু মীনা যেক্লবিবা।

নোংমা তোলেনগা কাংজৈদা লম্বা ওইখিবা শাজৌগী মপা কোনুগী যুমদা লাকই। মমাদা নচা নুপীশে লুহোং খোংদোংবা মতম চাবে ঐগী ইমৌ ওইবগে হায়বৈ। পু-পাং শুদবগী তৌনবা উশিংতবগী বাঙাংনি। মপাম্মক নত্রবসু মবুং অমত্তুং লৈবম্বদা তাবিবা খোনফমসে তাবল্লোই কোনু ইমুংদগী শাজৌগী মপানা মমাদা ভ্রাপলিবা বাঙাংদু তাকুবগা হেন্না পুক্লিং খোযশাওনহল্লি। মাগী পুক্লিংদা মওল-মওল, পংখন খন্দুনা নিংশাথিবা হৌবক্লে। অদুবু তোলেন্দুবু কবিনো? থাবুম, মশীং অসুক যাম্লক্লবা ফাওবদা মবা মপাউ অমত্তা তাদবমখৈ ঈশিংদা লুপখিবা নুঙগুম লৈখিবসিনা মাগী পাঙ্গল থোকখিদবে। শাজৌদা লৈগদবগী শককপুদি ঈশিংদা চোংথদুনা শিখিবনা হেন্না ফৈ ইমা ঐ মানা তোলেন্দা উৎখিবা লমচৎতো খাংবা ঙমদে, পুন্সিসিমা পামদবা মকাদা লৈগদৌ শককপুদি অত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজবগে হায়বগা মমা-মচা কোন্নদুনা কপমিন্নে। শাজৌসু মী থাদুনা কন্না তকশিনবা হৌবক্লে। মমা-মচা খাংবদা ৱাবক্লে।

কোনুগী মমাগী মচেদো ইম্ফালগী দ্রাইভব অমদা ওংই। নোংমা মচেদু খুঙ্গংদুদা পোইনুগী মতমদুদা ফৌ-খব লৌখৎপা লাকই। মনাও নুপীগা মচেগা ৱাতানৈ। মখোযগী লৈকাযদা কববাব চাউনা তৌবা চহি ৪৫ রোম্ শুববা অহানবা নুপীদু খাযনদুনা হঞ্জিন্নদ্রবা কুবেব কৌবা অমখক লৈ। মনাই-মশল থমদুনা মযুম্ - মকৈ চাউনা শাদুনা জীপ কাব লোইদুনা মমা মপা পু-পাং শুনা লৈ। মাগী হাযববু মশক কযা ফজদে। অদুবু পৈশা

পায়বা মরল লৈবনিনা নুপী মশকপু ফজরবদি মমানা য়ায় হায়রি। নোংমা মমাদু লাক্লগা মচানুপীগী মশক্ উরবদি শোয়দনা য়াগনি মদু ঙাংনবগা পীথোকখ্রসি হায়নরে। অসুম্না মমাবোক্তু পুগদবা ফৌ-খবা পুরগা অমুক ইম্ফালদা কাখ্রে। খুঙ্গংদুদা মনা-মনিন নাইহন্দনা নোংমা ইম্ফালদগী কুবেবগী মমা জীপ অমদা কোনু য়েংবা লাকই। ঙা-চাক, ক্বা-হৈ, চান-থক্লবা মযাম অমা পুদুনা যাওরকই। চাক-ঈশিং থোংদুনা চাবা থকপা লোইদুনা ইম্ফালদা অমুক হাইগৎখ্রে। খুঙ্গংগী মী অমত্তদা পাউদু তাহনদ্রে। লুহোংবদি চেল্লগা নুপা ময়ুমদা ওইনা খুনগী মীনা যেৎলক-খোৎলকপা লৈতনবা হায়না য়ানরে। কোনুসু শাজৌদা লৈগদবগী শরুকপুদি মমাগা মমাবোক্কনা হায়রিবদুনা খরা শাফরগদরা খন্দুনা য়ারে। অদুবু মাগী পুক্লিংনদি তোলেন্না মঙোন্দা তম্লকখিবা লৈমল চল্লবা লৈগী নাচোম অদুবু য়েংজবগা মাগী পুগদবা পুন্সিগী ওইনা লোয়নগদবা নীঙোলগী অউনপোৎ ওইনা য়োমদুনা লুবাক্নুংদা চেৎনা হাপচিনখরে। নোংমা নুমিদাংবাই অমদা জীপ অমদা কুবেবগী মমা কোনু লৌবা লাকই। ঙাই-শেন ওইগদৌবিবী কোনুগী মমাগা খুরমনরগা পিবাং মরক্তা মমা-মচা বিদাই তৌনবগা নুমিৎ অদুদগী কোনুবু ইনাক-খুনবা কুবেরগী লোইনবী ওইনবা পুবীখ্রে। নীংথিবা ফিজেৎ লৈতেংতনা য়োম্লবা স্না লুপা খুজি, লিক, খুদোপ অমত্তা ব্বাৎতনা কুবেবগী মমানা স্না সাফম্দা শীংদুনা মাগী নাপ লৌরগা শাদুনা শিবদুদা কোনুগী শকফম্না ফজবদুদি মপা অমা লৈখিদবে। কোনু হাপ্লগা জিপ অমদা স্না-লুপা ময়াম্ শিনগা থোবকপদা শাজৌ মমান্নবা অনীগা লম্বীদা উহৌদুনা চিংননা য়েংদুনা লৈহৌই। কোনুগী মমা লুখ্রাবী মচানুপী চৎখ্রবদা ইমুংদু ইচিক-চিক্লা, ইহাং হাংনা লৈহৌবদুদা মাসু মচাগী মতম অমগী পামজবা পাখৎ তোলেনবু নীংশিংলক্তুনা মাসু মতম্ অমদা লৈশাবী ওইবক্তুনা শাবী-শনৌগী পুন্সিগী লম্বেলদা লোইনমক থেংনরক্তুনা যাওরক্পনা মচাশিংগী ব্বাখলদা ফাওরমগদবা অব্রাবশিংদু খল্লুবদা পিরাংগী লোই খম্বা লৈখিদ্রে।

অসুম্না নোংমা নুমিৎ অমদা পুংফম অফবা যেংদুনা নুপা ময়ুমদা চত্তুনা কোনুগী মমা মচানুপী লুহোংবা য়াওদুনা মতম খর মচাগী মনাক্তা লৈখরে। মচানা ইম্ফালদা লুখ্রাবী মচা ওইজরবসু ইনাক-কৈব্বাক্ খুনবা ইমুংগী মৌ ওইদুনা মখুত্তা হামদুনা করিমত্তা শুদনা স্না-লুপা তেকথমখৈ শিদুনা ফিজেৎ-লৈতেং হোং-হোংদুনা শেত্তুনা লৈজবদু উবদা মমাসু হবাউজবে।

কুবের করবার চাউনা তৌই। গুব্রাহাটি, কলকটা তোয়না-তোয়না চৎলি। থিকাসু অদুম সপ্লাইগুম্বা তৌই। নুংতিগী হিসাব পাবা নুপীদা পৈশা চবুন-চবুন পীশিন্দুনা গোদরেজগী উপুদা পৈশাগী মরোল নাইনা থম্লিবদুদগী মপুল অমা পীরকউ অনী

পুথোবকউ হায়বা নত্তনা কোনুগী অতোপ্পা মথৌবু লৈজদে। মপুবোইবনা কলকতাদা পোৎ লৌবা চৎখিবগী নুমিৎ-হন্নি-মবিনিদি হেক্তমক হল্লক্তে। নোংমা নুমিদাং অমা কোনুনা মাগী লুবাকুন্দা লোত্তুনা থন্নিবা লৈমন চল্লবা মশাবী পাম্মুবা তোলেন্না মাগীদমক তম্বীখিবা অমনবা লৈবাংদু য়েংজবগা শাবী ইবুঙো নুংশিবা নংবু মপোক সিমগী ঐনা অমুক্তং উজবা ফংলবোইদ্রনে, হায়দুনা লৈবাং অমনবদুদা থাঙ্গৎতুনা হংজবকই। তোলেন কোনুগী থোঙদা তাঞ্জা অদুদা ইতৈমা। "ইতৈমা। থোঙ্ অমুক্তা হাংদোকপীয়ো"। খোঞ্জেলদু হান্না তাখিবা খোঞ্জেল অমগী মমিনি। কোনু পিবাং তপ্পা তৈথোকচবগা থোঙ্গী নাতে কাংজবে। মানা থোঙ্ হাংদোবকপদদি তোলেন লেপ্তুনা লৈবন্লে। মাদি তোলেন উবদা খংপ্রেক খংখবে। তোলেনসু পুমঙক ঙকখবে। কোনু ঙসাইদগী মাগী বাখলদা মানা মতম্ অমদা খুদোল তমখিবা লৈবাংদুবু পাক্লবা নাল্লবা ফমুং মথক্তা থল্লগা ঙসাইদগী মাগী বাখলদা কপচবম্বা, মাবু অমুক্তং উজববদি হায়দুনা থাজ কয়া, কোবৌ শিংবুম কয়া ঙাইজবক্রবা অদুগা মনাক্তা ইনক-নক্কা ইতৈমা হায়দুনা লেপ্লববা। ইকাই-ইকি, য়ুম্ পাল্লবিনি হায়বগী বাখল লোইনা ঙইহাক্তুদা কাউথোকখিদুনা তোলেনবু চেৎনা কোনশিনজখ্রে। ও। ওম্থোকপনিদা তোলেন্দো পাঙ্গল্ কবিমত্তা থোকখিদ্রে। হক্চাংদো খংশোন শোনথখ্রে। মখুৎ অনীদু নাকন্ন অনীদা থ্রাক-থ্রাক য়াম্বদুনা কোনুনা মাবু কোল্লগা হিক্লা-হিক্লা কপ্পিবদুগী পাউখুম্ লৈজদ্রে। কবম্লো তৌবিবসিবু ঐবু!, মসিবু তামোনা উখ্রগা খংখ্রগা কবি ওইগদৌবি? চেৎনা কোল্লদুনা থম্মোই পেন্না ঙাইহাক কপ্লুববা তুংদা কোল্লম্বদু থাদোক্রগা ফামুং মথক্তা তাদুনা লৈবিবা শাবী-শনৌ অনীগী মতম্ অমগী নুংশি বাহং-পাউখুমগী পাউথাং পুবীখিবা লৈবাং নাচোম্‌দু লৌখৎলগা মসি কনাগী-খুদোলনো? ঙসিদি অশেংবা পাউখুম্ পীবমদনা চৎখিবা য়াবোই হায়বক্রে। নীংথিবা বানীগুম্ শেৎলিবা ফিজোলনে, স্না লুপা শিবিবা মমল য়াম্নবা নেক্লেস, খুজি, খুদোপ যেংবদা কযাদা নীংথিজবিবা। অদুবু মাগী থম্মোইদি খুঙ্গংগী চম্লবা ফিজোল শেৎলিঙৈ, লৌবাং শুবিঙৈ, ফিশাকোন্দা ফি শাবিঙৈ থাবলগী ইপোমদা শুমাংদা ফৌ শুবিঙৈদা পোকখিবা বাখল-পুক্লিং লোইনা ঙম্না হজ্জিল্লক্তুনা থম্মোই কায়না বাজবি। তোলেন্না কাংজৈদা পাঞ্জল অমা হন্দোক্তুনা শজৌবু মাইথিবা পীদুনা মুক্লাগী লৌদা থাদবগা কাংদ্রুম পুবগা লমজেল যাংনা চেনখৎলকপদা মাগী থম্মোইনা মাসু য়াওনা চেন্দুনা তোলেনগী মতেং পাংনীংখিবা, বানা চাক্লা পাঞ্জল চন্দুনা মীয়াম্না হৌনা তোলেনগী মীচংদা লাউনখিবা, বাবদুনা তপ্পা তপ্পা হৌগৎলগা মশাবীনা মাগী মাইকৈ তম্না চংলক্তুনা মঙোন্দগী খুক খুদুপ কুন্দুনা ঈশিং খুজোক নীদুনা খৌবাংনা গব-গব থকখিবা, মানা কযাদা পেঞ্জখিবা। পুম্নমক্তুনা মাগী থম্মোইবু

মথুম্-মরাং হৌহনবীরম্নগা, থংনবা মিকুপ্তা য়েক্লবনা লাংগোই চম্মুনা মশা শোক্লা ফুবিখিবা; নুমিত্তুদগী ৱানা চাক্লা খাংজরকপা, ঙসিনা ইমাংদা মখোঙনা থোংনা কদোমদগীনো খংদনা লাক্তুনা লেপ্পরগা কবম্না মাবু থাদোকখিগনি। মাগী পুক্লিংদা ঐবু মীযাম্না ফাদুনা হাৎশ্রবসু হাৎশ্রসনু তোলেনবুদি মা থাদোক্লিংদ্রে। প্ল্যান খব লাক্তুনা থোঙ্দু চেৎনা লোনশিল্লে। মখুৎতু পায়দুনা ফামুং তানা পুশিল্লগা মখোয় অনী ফম্মিন্নবগা তোলেন্না পীরম্বা লৈবাংদু পুন্না পায়মিন্নরগা ঐখোয় অনী কদাযদনো অমা চেনশ্রসিরা? করি তৌশিগে হাযরকই। লুহোংবা থা ফাদ্রিবনা চাউববা কুবেবগী ইমুংদুবু কনানা নত্তবা মিয়েং য়েংবা ঙমগনি। ইমুংগী মী অমত্তনা চিংনবা লৈখিদে। ইমুংদুগী মনেমবোক-মকুবোক মীনায় লোইনমক তোলেনবু মশক খঙই। মাবু কনানসু চিংনবা ঙমলোই। অদুবু কোনুগী ৱাখলবুসু লাল্লি হায়রব্বা য়াদ্রি। মাগী খুঙ্গং চনুবা ওইনা চম্না হৌজবকপা পুঙ্গিদা থোইদোক্লা ফত্তবা ৱাখল ফাওজদবীনি। সিবু তোলেন্না মাগী খুঙ্গংদা লৈরম্নগদি তোলেনগা মাগা লুহোংদুনা লাইব-খাংপোক্তা নুংশিগী পম্বুং য়ৌবমবসু ময়াবনি। পুঙ্গিদা শুম্ থোকউ তমখিবনা চান্নবা, চান্নবী থুংনজবা হায়বদুমদি ওইররোই, মপোকসিমগী। মরাল্ লৈবী ওক্তবী-ওক্তবশিংদা চনবীগদৌবি সমাজসিনা। নুবা-পাখঙ অনীগী মমিত্তা নুংশি ৱাখলনা থুমহৎখিদুনা ঐসি মীগী নুপী ওইববনি, লুহোংলবীনি, শাগেগী মৌগী শিংদা চল্লবীনি হাযবা পুন্নমক কাউথোকখ্রে। তোলেন চান্নবীগী ৱাঙাং অরিবা মাগী পাউখোঙ কযাবু ঙসিদা লোইন্নমক মমাংদা অমমম্তা পুথোক্তুনা চান্নবী মানা তখৎলব্রবদা মা চেন্দুনা হিংগদবা মান্দ্রে। মমুল ফারবা লোরবা উহৈগুম্না কোনুনা হায়বা খুদিংমক্তা মা লোইনা যাগদৌবিব্রা? যাবোই, মা পাখৎপা হৌরক্লে। কোনুগী মখুৎপু তপ্পা থাদোক্হল্লগা হৌগৎতুনা ইতৈমা। ঐ চৎলগে, হাযবগা থোং হাংদোক্তুনা থোকখ্রে।

পিরাংতনা থাবুম্ কয়া থম্মোই লুপ্পা চোৎলুববা কোনুগী থম্মোইদা অমুক্কা নুংশিবগী থাংনা যানবীবম্বগুম্না মাগী নীংজববু তোলেন্না থুংহনবীবমদ্রে। অহীংচুপ্পা কপ্পতনা মমায-মমীৎ পুমপোম্ পোমখবে।

তোলেন কাংজৈগী ৱাথোক্তগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎশ্রগা ইম্ফাল্ সহরদা দুকান খুদিং চংদুনা মতেং নীজরুবনি, পুক্চেল চাউনা নোংমা কুবেরনা কলকতাদগী পোৎ ময়াম্ অমা পুদুনা হল্লক্পদা পোৎ থাংজিন্নবা কুলি থিরিঙৈদা তোলেন্না মা থাংজিঞ্জগে হায়দুনা লুম্নবা পোৎশিংদু লোইনা দুকান মনুংদা থাংজিল্লবা তুংদা ইবুঙো। পৈশা কয়া পীয়ুগে হংবনি। তামো। ঐ পৈশা পামজদে ঐহাক্ য়ারবদি পুক্পু থল্লবদি য়াজরে; মতম খর দুকানগী পোৎ হোন্দোক্ হোঞ্জিন্ ওইরবসু য়াওজগে হায়বদুদা হাপ্তা অমা কুপ্না শেন্নদুনা য়েংবদা মবুক্-শেংবা, মরম্ ওক্পা মতৌদুদা নুংশিদুনা দুকান্দুদা থমখিবনি।

অসুম্না চহি ফাজিন্নক্কুনা ইমুংগী মীগুম্ লৈরক্পনি। দুকানগী থবক্ চিনবগা মাগী তামোগী লুহোংবা, মাগী নুপী কনানো করি লৈকায়দৈনো হায়বনচিংবা থোইনা ইখল খল্লুদে। মাগী কায়নবগী বারী অমা লৈখিবগা মা লুহোংবসু য়েংনীংদে। মী ময়াম্না লুহোংবা থিল্লক্পদা চেনশিন্দুনা য়েংনরবসু মাদি নোংমতসু য়েংলুদে। অসুম্না কুবের লুহোংবা নুমিৎশু মানা দুকান শঙ্দুনা মাদি লুহোংবা য়াওহৌদবনা কুবেরগী নুপীগী মশক্সু খংহৌদবনি। থেংলবা মতমদুদা মতোমতা মাগী দুকানগী তুমফম্ কাদা চংলক্ই। ওম্থোক্পনি, কদোমগীনো, করম্না য়াওরক্লিবনো মাগী ফুরিৎ লৌথোক্লুবদা নানপ্পীগী মনীং অমা মরীদুনা মাগী ফুরিৎকী কুদামদা য়েৎশিন্দুনা য়াওরম্লে। মদুনা মাবু মরাল লৈরবা মীগুম্ অমুকসু অবাবা পীবীরে। মশাদু বাখল খন্দনা ঙাইহাক্তবু পোৎথাজনবা মতম্থু পীবীদ্রে। নীংথিনা লৌথোক্লগা চেৎনা লোক্তুনা থমখ্রে, অদুগা অহীং মমৈদুদা ঙাইহাক্ তুমথখ্রে।

নোংঙাম্লে। হৌগৎলক্পদা কোনু মশম্-মনা ইফা ফাই, ড্রেশিং টেবলগী মমাংদা চংশিন্দুনা ফারিবা মশমদু নীংথিনা হাৎতোক্চৈ ? পোল্লিবা মমাইদু য়েংজে মিংশেলদা মাগী নাম্মা হংলিবা নানপ্পীদু উরক্ই। মমাইদি ফংলে, অদুগা নানীংদি থিবা ফংদ্রে। শুমজিৎ পায়দুনা নীংথিনা বাই শিৎচিল্লগা তাশিন-খোমজিন্দুনা থিরক্ই, ফংদে। মাংখ্রেদনা, কমদৌননা সিবু খল্লি। মচিন ময়া শেংদোক্তুনা ঈরু-লুজরগা ধুব-থাউমৈ থানবা থৌরাং তৌরি।

তোলেন মাগী মতৈমদা নুমিত্তুগী অশিৎপা-পৈশাশিংদু শিন্নরমগে খন্দুনা নুমিদাংদুদা লাক্লম্বনি। কোনুগী শক্ফম উরুবদগী মাগী বাখল বুধি খঞ্জরম্বা খুদিংমক্ মমায় লোইনা ওম্থোকখিদুনা তৌগদবা মথৌদি অমত্তা তৌহৌদ্রে। পূক্লিংদা ঐবু তৌরিবসিবু করিনো খন্দুনা ঙস্তানা হৌগৎলগা ঈরুজথোক্লগা মাগী মহাজন কুবেরগী য়ুমদা ঙস্তানা অমুক্ লাক্লে। ইমুংগী মীনদি মানা ঙরাং নুমিদাং লাক্লম্মী হায়বদি অমত্তা খংহৌদ্রে। চাউরবা থোঙ্গালদু হাংলগা য়াম্না কেনা চংলক্ই। শোমদা কোনু ঈরু-মাইথজবা লোইদুনা নীংথিনা অনানবা ফিজোল শেত্তুনা হংগামপাল মতেক্তা মোইরাংফি পাক্লা চনবা ফি মতেক অমা মকোক্ খুম্লগা তুলশিবুংদা লাইধুব থাদুনা লৈ-ঈশিং কত্তুনা লৈরিঙৈদা তোলেন শুমাং য়ৌশিল্লক্ই। কোনুগী নীংথিরবী শবান্ মূর্তি, শেৎলিবা অয়ুক্কী ফিজোল, লাই খুরুম্বগী ধুবকী থাওমৈগী মৈখু মরক্তুদা নাক্চেক্তা উরিবা তুমতক তাবী নাতোনগী লৈতেং চন্দোন্দু উরুবদা তোলেন্ তিল্লাং খায়োৎনরগা ও। ঐগী লাইবক্সিবু, অশুক ফজবী চেংলৌশিবু মীমাংদা ঐগীনি হায়না লেন্নদুনা য়েৎকা-ওইগা বারী শানদুনা চৎপদি ফংলবোইকো! কোনু লাই খুরুম্লুবগী হৌগৎলক্পদা তোলেন

মমাংদা লেপ্লিবদু উরুরে। মাংগোলদা ফমলিবা অহল অনীদুনা চিংনখিগদ্রা খল্লদুনা তোলেন শোম্বাংননা; ইতৈমা। হায়না কৌরক্ই। মাগী ৱাহৈদু তারুবদগী ইকাইবগুম্ করিগুম্ কোনু মখোঙ্ থুনা থাংদুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। মাগী ৱাখলদা করিনো মানা ঐবু অসুক্ কৌহন্নীংদবা মিংগৌ অমা 'ইতৈমা' ঐসিবু মাগী ইতৈমা ওইরদরা? ওম্বোক্লসু পামজবা মাগী মচিন্দগী ঐঙোন্দা ইতৈমা কৌবা ৱাহৈশে তোয়না তাবা তারিবা। মা খাংবা ঙমজবমদে। তোলেন হান্নগুন্না ইমুংদা চংশিন্দুনা ফমফম কাদা চংখ্রে। কোনু চা-নুং চানবা নীংথিনা শেম্লগা পুথোক্লুনা টেবলদা থম্মী। তোলেন মমাই হাইগত্ তুনা কোনুদা য়েংই। অনীমক মায়থোংদা মোমোন মীনোক্ লোয়নজে। তোলেন চে মচা অমদা য়োম্লগা পুরকলিবা ঙরাং নুমিদাংগী নানপ্পী মনীংদু কোনুবোমদা ইংগিৎ অমগা লোয়ননা তপ্পা ইনশিল্লি। কোনু তনৌরবী খুত্তুনা ময়োমদু লৌশিল্লি। মাগী কাদা পুশিল্লগা চংখি। তোলেন্না— ইতৈমা। শোমদা অমুক্তা থোক্পীবক্খো; অহনশিংদু তানবা হায়বা মাল্লি। ফমফম কাদুদা কোনু অমুক্ হন্না চংলক্ই। তোলেনদা শোম্বাংননা নংবু অদুম্মাইনা কৌরক্কনু হায়বনি হায়রগা করি ৱাথলিবগে হংই। তোলেন খর হৌরপ্পা ঙরাং শিংপা দুকানগী পৈশা হিসাবকা লোয়ননা সিদা লৈজরে। কোনু পৈশাদু লৌশিল্লগা গোদরেজ উপুদা হাপচিল্লি। মাগী কাগী থোংবাদা লেপ্লগা তোলেনবু ঙাইহাক্তং য়েংদুনা লৈ। পুক্লিংদা মওল-মওল্ খল্লদুনা অসুম্ নৌথোরক্লে থবক্-ইনখাং, ইমুংগী-মকুপ্ মতা লোইনমক্ পুক্লিং নুঙাইনা শুনীংলক্লে। অমুক্সু খল্লি, মানা নুংতিগী অসুন্না লাক্পীগদবা লৈববদি করি অকায়বা লৈবগে? নুংতিগী পাম্মু মাগী মশক্ য়েংজবগা শেবা খবদং ওইববসু তৌজবা ফংজবেদনা।

নুমিদাংৱাই কুবের মহাজন ফ্লাইততা কলকতাদগী পোৎ ময়াম অমগা থুংলরে। মাগী নুপীনা পামজগদবা ফুরিৎ-ফিরোল সারিনচিংবা খবসু লৈরক্ই। নুপাগী ফুবিৎ অনী অমসু লৈরক্ই। নুমিদাংদু কোনুনা মাগী নুপা কুবেবদা তোলেনগী মরমদা মবুক্ শেংগদবা মাল্লি, মশক্সু য়াম্না নুংশি, মানা দুকানগী অশিংপা পৈশা নীংথিনা পারগা পীরম্মী তম্মী। কুবেরসু চুমই, তোলেন্দু য়াম্না নুংশিবা অঙাংনি। অদো তামো। ফুরিৎ অনীসি অমদি মঙোন্দা পীখ্রসিরা? নংনা পীগে হায়রগদি পীখ্রো। অদো, মঙোন্দদা লুনা তৌরগা অতৈনো অমুক্ নুঙাইগদ্রো? অতৈদি ঐদি মশক্সু মুন্না খংদে। মাদি ঐঙোন্দা চংলক্লগা ইতৈমা, ইতৈমা, হায়দুনা কোয়জদবদুদা নুংশিবগী ৱানী হায়জে? মপুরোইবনা য়ারবনিনা তোলেন লাক্পা মতমদা পীরগে খন্দুনা তোঙান্না থমখ্রে। মখোয় অনীগী হান্নগী মরীদি কুবেরদি করিসু খংদ্রি। অদুগা তোলেনগা কোনুগা খুঙ্গং অমত্তদগীনি হায়বসু মাদি খংদে।

নুমিদাং ওইদুনা তুম্নখ্রে। মাগী তামো হল্লক্লে তাবদগী তোলেন কুবেরগী য়ুমদা কোনুবু উননীংলবসু মশক্ য়েংনীংলবসু মা লাকত্রে। অতোপ্পা নুপামচা অমা ওইনা য়ুমগী পাউ পৈশা থিনবা লোইনমক্ তৌহল্লে, মাদি দুকান্দা লেংদনা লৈরে। বাখলদি কোনুগী বাখলদা তঙনা নীংশিংলি। নুমিৎ-মরি-মঙানি শুজিল্লক্লে, তোলেন লাক্খিদবা। কোনুনা মপুরোইবদগী ফুরিৎ অমা নীজরগা মাগীদমক্ পীগে খন্না নুংতিগী মাবু ঙাইরি, অদুগা মাদি সুংলাক্ লাক্খিদবদুনা ও। মাগী তামোনা করিগুম্বা চিংনখ্রগদি খন্দুনা লাক্তবা ওইবা তারে হায়না মবুক্তা মণ্ডল-মণ্ডল খল্লক্ই। নোংমা মপুরোইবদা দুকান চৎপদা খর য়াওগে হায়দুনা কোনু য়াম্না কেনা কারদা মপুরোইবা কুবেরগা লোয়ননা লাক্ই। মাগী বাখলদি তোলেনগী শক্তমদো উজ্জরগা মাগী পীগে খন্না থমজরিবা মপুরোইবদগী নীজবা ফুরিত্তুসু পুরক্ই। অদুবু নুমিত্তু তোলেন দুকান্দা লৈরমদ্রে। সিনেমা চেরিটিগী টিকেট য়োল্লম্মী হায়দুনা লৈশাবী খর লাক্লগা হৌদুনা গাড়ী অমদা পুন্না চৎখিন্নখ্রে তস্নে; মাদি য়াজদবনি, তামোখোয়গী লৈকায়গী য়ুম্লোন্নবা ইমুংগী নুপীমচা প্রেমীদো, মাসু য়াওরক্ই হায়জিল্লুরে। নুপামচাদুদি মাগী তামো মহাজোন্না শাউদনবা চুমনা পাউ তমজবনি। অদুবু মাগী বাহে অমমমদুনা কোনুগী থম্মোইবুদি তাশোন্না থিনবদা খরা খরা নমশিল্লক্পগুম্ থম্মোই মনুংদা থুন্না চংখিবগুম্নে। শৎতোক্পদা বানা থোক্কদৌরে। মাগী থম্মোইনা বারৌবা হৌরকলে। মা থুনমক্ প্রেমী হায়রিবী নুপীমচাদুবু মশক্ খংনীঙলক্খি। ঙাইহাক্ নীংঙমদবা বাহে খরদু তারম্লগা মপুরোইবদা য়ুমদা থিনবীরম্লো হায়রগা থিলহল্লক্লে। চৎলমদাইদা মাগী নুঙাইতবা বাখলদু উবদা কুবেরনা ইবুঙো! তোলেন্দু হোবেন তামোনা অমুক্তা লাক্উ হায়য়ু হায়রম্লগা হনখ্রে। মপুরোইবদি ময়ুমদা কোনু থিল্লম্লগা অমুক্ থোক্খ্রে। কোনু মাগী কাদা চংলগা মফি-মরোল লোইনা হোংদোক্লগা তোলেন্দা পীগে পুরুবা ফুরিৎতু ফমুংদা লংথোক্লগা মথবায় নুঙাইতনা কপ্পুনা লৈখ্রে। থোং লোনশিল্লগা মমিৎ পোম্বমখৈ মাগী শীঙেল লৈরাং অমনবদু লৌথোক্লগা অমুক্ যেংজরম্মী। মিংশেল মমাংদা ফমদুনা তোলেন্না প্রেমী কৌবী লৈশাবী অমগা সিনেমা য়েংবা চৎখিন্নখ্রবা। মাগী নুংশিবা, চুং-ফিরাল চাববা শবান্ মুর্তি, ঐগী ইমাংদা খুরু খুদুপ কুন্দুনা ঈশিং থকখিবা শক্তমদু প্রেমীগী ওইখিবা তারবা। অদুগা মানা শোমদা মীয়ায় চল্লবা শক্ফমসু কয়া য়ৌদবা ইনাক্-খুনবা নুপা অমগা নীঙমদবা থম্মোই অমা পুক্লুংদা মপৈ ওইনা য়োমদুনা পুরগা স্না-লুপাগী মোন্দুম্-মোস্তেকথক্তা য়াওন্দুনা নুঙাইবা মান্না-মান্না য়াম্না বাবা পুন্সি মরেল অমদা পুন্সিগী নুমিৎ তারক্পা ঙাইবা তারবা! ও! ওস্থোক্লসু ফত্তবা মপোক্ হায়বদুনিদা! তোলেন লৈশাবীশিংগা সিনেমা য়েংলুবা হল্লক্পদা দুকান্দা মাগী তামো মহাজন কুবেরনা থিরম্মী

হায়না দুকানগী মরুপ্ চাউবনা তম্নে। থুনমক্ মহাজনগী য়ুমদা য়ৌরক্রে। কুবেরদি লৈরমদ্রে। মাংগোলদা কুবেরগী মমা ফজবী কা তপ্তুনা চাবগা লৈকায়গী মনাওশিং অমগা ফমদুনা ৱারী শারম্মী। তোলেন— ইমাইবেম্মা! তামোবু? নং তামোদি অমুক্ চৎখ্রবনি, নতৈমা লৈরম্‌গনি মাগী কাদা হায। তোলেন কোনুগী কা তম্না চংলক্‌ই। মনুংদগী থোং লোম্লম্মী। থোংদু ককশিনা কাক্-কাক্ খৎলগা "ইতৈমা! থোং হাংও, ঐনে তোলেন্নে" হায়। কোনু মাগী ফিবমদু কপ্লুবগী, মথৱায নুঙাইতবগী মশম্-মনা ইফা ফানা হৌগৎলগা থোংদু হাংলগা থোরক্‌ই। মাগী শক্‌ফমদু উকবদা তোলেন-ইস কবিনো? করিতৌরে? হংই। মমায়-মমিৎ পুমপোম্ পোমলে, মশম-মনাসু ইফা ফারে। মফি-মবোল লোইনমক ফমুংদা চাইদুনা তাবি। থোং হাংদোক্লম্লগা ৱা অমত্‌তা হায়রমদনা ফমুংদা চংশিল্লগা মমাইনা উপশিল্লগা অমুক্ হন্না হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈখ্রে। মাগী থম্মোইনদি চান্নবা মানা নীংথিনা হৌগৎপীরগা করি তৌবে? নং করিগী থৱায় অদুক্ নুঙাইত্রিবনো হংহননীংবনি। অদুবু তোলেন করিগুম্বা অমত্তা হংবা ঙমজদ্রে। ইতৈমা! ঐ চৎলগেকো হায়রম্লগা তোলেন পাম্মুবীগী থম্মোইগী অৱাবদো কবিগুম্বা মতেং অমত্তা পাংবীরম্বা ঙমদনা য়াম্না নীঙমদবা থম্মোই অমা পুরগা অমুক্ থোরক্রে।

কোনু অমুক্কা হেন্না অঙাং মচাগুম্না কপ্তুনা লৈহৌরে। তোলেন করি তৌবা য়াওরবনো মাগী ফিবমদুবু করম্বা অরুবা ঘটনা থেক্লবজাৎনো ভাবনা লাম্বা ফংদনা অমুক দুকান্দা যৌরক্রে। মাদি দুকানগী পোৎ য়োনথোক্ -য়োনশিন তৌবনিনা খরবু কাউখ্রে। অদুবু থবক্ শুনীঙাই লৈতবা কোনুদি ওথোক্না চাক্না ওন্না-থোইনা খাংদুনা লৈহৌরে। মানা থম্মোই অদুক্ শোক্না নুঙাইকদবগী মরমদি প্রেমী কৌবী অমগী ৱাখলদা মাবু য়ুম্ পাল্লবী মৌগী শীংদা চল্লবীনি খল্লুদুনা ৱাখল হোংখ্রে অসিনি। তৌবগীদি প্রেমীসু ইনখৎলকপা মতাং ওইবনিনা ফজবা নুপা-নহা উবগা করিগী মিতারোই। তোলেনগী ফিবম মুর্তি চাউ-শাংবা নুপা মান্না ফজবা শাবান ঙাংথোরকপা চন্নবা ৱাঙাংশিং তারুরগা করিগী পান্নোইদৌরি?

নোংমা-নীনী হৌখ্রবা তুংদা নোংমা প্রেমীদো কুবেরখোযগী য়ুমদা টৌটি-ঈশিং য়াবা চংলক্‌ই। তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো অয়ুক্তু তোলেনসু মাগী তামো মহাজন কুবেরনা কৌদুনা লাক্‌ই। প্রেমীনা ঈশিং য়ারিঙৈদা তোলেন চংলক্‌পদুদা প্রেমীনা "তা-তোলেন হোরেন ঐ দুকান্দা লক্তোইনীকো নংনা নহান হায়বা পোৎতু হোরেন পুবিরক্কে" হায়রগা ঈশিং স্নাবুলদু পুরগা থোক্‌খ্রে। কোনু মখোয় অনীনা শানরিবা ৱারীদু হায়ফেৎ তাহৌবগুম্ তৌবদুদা ও! মখোয় অনীসি য়াম্না নক্নবা মরী লৈনরবা জাৎলা খল্লুদুনা অমুক্কা হেন্না নুঙাইরমদে। প্রেমী মশক্ ফজবী কলেজ তম্লিবী ছাত্রিনি। কোনুনা খল্লি "মাসু সহরগী

লৈশাবী কোয়বা হৈরবা? মা ঐগী বাখলবু তুংওইনবা হৌরবা? মথন্তা ভাবনা পুংশাদা শাজিন্দুনা তোলেনবু মানা মরাল চাউনা পীবীবে। মসিবু খনবনবা হায়বদুবা? নুপী ওইবীশিংগী থম্মোইদা মাগী ওইজবা কনানা অতোপ্পা নুপীগা মবী লৈনৈ তাবদা খাংবা ঙমদ্রিবসিবু কবিগীনো? অমবোমদা মাদি য়ুম্ পাল্লবী শাগেগী মৌনী। মানা তোলেনগী বাখল থাদোক্তনা অসুম্ লৈবা তাবগদি নোংমা খংনবক্পা নুমিত্ তা লৈবাক্ বাথোক্ ওইবক্পা শোয়রোইদৌবি। মাগী তামোনা কৌবিবদো কবি মবমগী ওইববনো হংজগে হায়দুনা তোলেন্দু লাক্পা ওইবম্লে। চংলক্লগা ইতৈমা। তামো লৈব্রা হংজে। মানা কৌহন্নীংদবা ইতৈমা হায়বা মিংসি তোলেনগী মচিন্দগী হেক্ তারুবগা মা খোইদৌ হেক্তা শাউগংলক্ই। লৈ হায়বগা খব শাউবপ্পা ইমুংদা চংখ্রগা মপুবোইবদা তোলেন লাক্ই কবি তাক্পীগদবনো হংলি হায়কবে। ইমুংদা চংলক্উ হাযদুনা কৌশিনখ্রে। কোনু য়াম্না হৈনীংদনা চা কপ অনীখক পুথোক্তুনা থম্মী। তোলেন কোনুগী তোপ তোপ্পা মাবু বাবৌবা মানবা মতৌদুদা চাদু থকত্রে। বা অমতত্তা হায়বমদনা ইমুংদা অমুক্ চংখ্রে। মাগী তামো মহাজন কুবেবনা — "যেংউ তোলেন। নংগী নতৈমনা নংবু য়াম্না নুংশি হায়দুনা ঐনা নহান কলকতাদগী লৈবক্পা ফুবিৎশে নংগীদমক্ তমখ্রবনি। নহান দুকান্দা নঙোন্দা পীগনি হায়দুনা পুরুবগা নং লৈবমদবদুদা অমুক্ পুবক্তুনা সিদা লৈববনি। "তাবিব্রা। ফুবিত্তু পুথোবক্রোদনা" হায। কোনু ইহে হৈনীংদনা ফুবিত্তু পুথোবক্লগা তোলেন্দা পী। কুবেব, "চাব্রা য়েংওদনা?" "কোন্না যেংজরগে তামো" "হেবা কবিগী ইকাযবিনোনে? ঐগী কাদা হোংদোক্লুব্রো" হাযবীরে। তোলেন চংখিদুনা ফুবিত্তু হোংদোক্লগা থোবক্পদো য়েংবদা কযাদি পক্চবে। মদু উবদা কুবেবনা— "অদু ঙাইদনা ইনাওসিদি", নতৈমনা নুংশিনা পীবনি খন্না লিৎলু।" কোনু তোলেনগী অদুক্ ফজবা, পক্চবা শক্ফমদো অমুক্তা অদুম্ হায়না মমাংদা উখিদ্রিবগুম্ পুক্লিংদা ফাওজখি। অদুবু মানা কোনুবু মীবাইবগুম্ য়ুমদা তোয়না লাক্খিদবা অদুগা প্রেমীগা লোযনদুনা সিনেমা যেংমিন্নে হাযবা পাউ তাকুবদগী পুক্লিংদা হাযঙমদনা খোইশাওনবা পোক্চবিবনি। অসুম্না বাবী ঙাইহাক্ শাবম্লগা তামো অমুক্ চৎলুখিগে, ইতৈমা অমুক্ চৎলুখিগে হাযবম্লগা তোলেন থোবক্লে।

মতম্না কনাবুস্ ঙাইবীযু যাদবগুম অমগী মথংদা অমা অমগী মথংদা অমা চৎখিবনা কোনু নুংশিগী ইখৌ লাংবা কোকহনবীনবা কনা লৈজদ্রে। তোলেন্না মাবু ইতৈমা হাযনা কৌবীদুনা হেন্না লাপথোক্পা বাহে শিজিন্নবি। মা অমুক্তংদি ফোংদোক্তুনা খংহন্নীংবনি মদুদি মাগী মপুবোইবগা পান্নবিবা মবীসি চুম্নগী সমাজগী মিৎযেংগী ওইবম্লে, মনুংগী মবীদি লৈত্রে। নোংমা কোনুনা মাগী মপুবোইবা কুবেবদা কবিনো

হন্দক্কী নিউ ইয়ারসিবু ঐখোয়সু নহানি কদাইদনো অমা পিক্নিক্ চৎলুসিবা তোলেনসু খরা হৌবীয়ু হায়জে। মপুরোইবনা য়াবীদুনা পিক্নিক্ চৎকদবগী শেম শাদুনা তোলেনকুসু হৌবীরুবে। কদোমদগীনো প্রেমীদো তামো পিক্নিক্ চৎপদো ঐসু খরা য়াওগে হায়রবে। কোনুদি প্রেমী য়াওরবদি খরা ফরক্ তাগদবা মাল্লি খঞ্জে। অদুবু মপুরোইবনা য়ুমলোন্নবী মচলগুম্না লোয়নজবী লৈশাবীদুনা কোইজদদুনা হাযজবদুদা হোয হোয় হায়দোকখিবদুদা উপাই লৈতদনা মাসু য়াওরে। মখোয়গী কাবদা গ্যাসকুকব পুখম্ তেংকোং লোইনা হাপচিল্লগা সিংদা দাম তম্না লাক্রে। নিউ ইয়ারগী পিকনিক্ চৎপা কাংবুনা মতা অমা ওইনা মফম্ খুদিংমক্ ইচিল চিল্লি। মীনা ফিভৌ ফৌবদু মঙাইরে। মখোয়সু মফম্ চাবা অমা য়েংদুনা ফমফম থাদুনা পোৎ-চৈ থোঙ্-থারুবা লোয়না থাংথদুনা শেম শাবা লোইরে। কোনুদি কয়া য়াওরমদে। তোলেনগা প্রেমীগা ঈশিং হোন্দুনা মখুত্তা বালটিন পায়দুনা নোক্ খেদুনা চৎপদু উরগা মবুক্লিংদা বাবৌজবি। কুবেবনা শাবী-সানৌ অনীগী নুংশিনা চান্নবা লোয়নজবদু উবগা পুক্লিংদা অপেনবা পোক্ই। ঐখোয়দি অসিগুম্বা মতাংসি অমুক্ লাক্লবোই খল্লুবদা। কুবেবগী পুক্লিংদসু প্রেমীনা তোলেনবু পামজবগী মমি অমা তারিবদু উবগা করিবু কায়বনো পাখং-লৈশাবীবু প্রেমীসি তোলেন্দা লৈজরবসু থোইনা কায়দে। মবমচৎসু ফজে বাঙাং-শাঙাং মাগী ব্যাবহাব মপাদবু বারী শাবীরগে খল্লি। মদুগী বারীদু মথন্ত্রা খনবা নুঙাইরক্তদুনা মানা কোনুগী মফমদা লোইনা শেংনা মাগী অনীংবা পুন্নমক্ বারীদি লৈতবনা হায়দোরক্লে। য়েংউ কোনু! অনী অসিনা তৌবিবসি নুংশিদ্রা? কোনু অং হায়রগা থম্মোইদি কায়রে। তোলেনগা প্রেমীগা চাক্ থোংবদু লোইশিল্লক্লে। চাক্ থোংলিঙৈদুদা কুবেবনা শে, নখোয় অনীগী ফোটো নম্বীগে হায়দুনা ফোটো নম্বীবে। প্রেমীনা মাগী খুৎকা তোলেনগী খুৎকা খাবে অমা পুন্না পায়রগা য়েনশাং ওৎপা, মখোয় অনী চংদুনা খাং থাংথবা লোইনমক্ ফোটো নম্বীরে। চাক্ থোংবা লোইদুনা মখোয় পুন্না চামিন্নরে। চাবা থক্পা লোইরক্লবা মতমদুদা কুবেরগা লুনা তিন্নবা মরুপ্ অমসু মাগী ফেমিলি পুরগা লাক্লম্মী। মরুপ্তুগী মনাক্তা ঙাইহাক্ ফমদুনা বাবী শানরি। প্রেমীসু মখোয়গী কাংবুদুদা মাগী ক্লাস মান্নবী কলেজগী মমান্নবী বালাসু য়াওরক্তুনা বারী ঙাইহাক্ শানরি। মাগী তাঞ্জা ঙাইহাক্ লাইনা পীবীবগুম্ ফংবদুদা কোনুনা তোলেন কৌশিল্লগা মনাক্তা ফম্মিন্নরগা ওইনজবা বাহৈদা; "নংনা লৈশাবী প্রেমীগী বাখলদা ইরাংদা তাউদুনা নুঙাইনা লেপ্লি, নোংমতসু ঐগী অবাবা ইপাউসু হংবীরদ্রে, ঐনা বানা-চাক্লা নংগী বাখলদা ফমুংদা তাদুনা লৈরবসু নংগী থম্মোইনা করিসু উদবা ঙম্লরুবা? ঐ হু-চাদুনা নমাংদা শিজগনি। ঐনা হিংলিবসি নংগী নুংশিবা শকৃতমদুতবু য়েংজরগা হিংজরিবনি। ঐনা কৌহন্নীংদবা বাহৈতনা নংনা ঐবু ইতৈমা।

ইতৈমা। হায়না কৌদুনা কয়াম্ কুইনা ৱাহনথিগনি। নং মসিমদি খংউ ঐনা ঙসি হিংলিবসি ব্রজগী গোপী বাধানা আয়োনগী য়ুমদা মবুঙো কৃষ্ণবু ঙাইজবগুম্ নং লাক্পা নংগী ৱাখলদা তুম্বা-চাবা, অহীং নুংথিল খুদিংমক্তা লেঞ্জরিবনি। ঐগী ইপুরোইবা অয়োনগা পাংখক্কি। ঐ মপোক্সিমগী ইমিত্তা ইচা উররোই। নংনা ঐবু লাপ্না থম্বীগনু, ঐ নংবু পুন্সিসিদা কাউবা শুক্ত্তম্ ঙমলোই। নংগী লৈরাং নাচোম্না লৈমন চল্লবসু ঐগী থম্মোইদদি হৌজিকফাওবা ফুগাইনা শাত্তুনা লৈবি। ঐগী থম্মোইগী লৈবাংদা লৈহি মপুং ফানা চেল্লি, মপোপ কায়দ্রি"।

ৱাবী কন্না শানবিঙেদা মপুবোইবা কুবেব চংলক্তুনা অমুক্ তোকখ্রে। তোলেন কোনুগী ৱাহৈশিংদু মথং-মথং তাকবগা মশাদু খংশোন শোছুবক্পগুম্ তৌরে। অসুম্না পিকনিক্ লোইদুনা মখোয় য়ুমদা হলক্রে। প্রেমীনা মঙোন্দা ইতৎ-তৎতনা কমাল পীবগা মোনখুম পীবগা, ফুবিৎ পীবগা কন্না তক্শিল্লক্লি, "ঐবু য়ুমসি থাদোক্লগা চেলহৌরসিবা? অদু ওইবগদি মবাইবক থীববী মবাল লৈজদ্রবী কোনুনা হু-চাদুনা শিগনি হায়বি, ঐনা মাবু থাদোক্তুনা মাগী মিৎযেংগী ৱাংমদা লৈখ্রগদি মা শোয়দনা শিবসু য়ায। ও। ওহ্বোকপগী লাইবক্কী তোলেন ঐগী লাইবকসি, ওহ্বোক্না থিনসু তম্বিবম্মিদা নোংদম্বা মানা"।

অসুম্না পুক্নিংদা মওল মওল খন্দুনা লৈবিঙেদা কদোমদগীনো মাগী তামো কুবেবদু য়ুমদগী খুৎলাই পাযবা খবনা ফাবগা পুখ্রে, লুপা লাখ ১ গী দিমান্দ তৌরম্মী হাযদুনা নিপা অমা দুকান্দা চেল্লক্তুনা তন্নবে। দুকান থোঙ্ লোল্লম্নগা মখোয লোইনমক্ কুবেবগী য়ুমদা যৌবক্রে। কোনু কপ্পুনা লৈবম্মী, কুবেবগী মমা-মপা অনীমক্ বুধি থোক্তনা কবি তৌশিগে তান্নদুনা লৈবম্মী। তাঞ্জাদুদা নিপা অমা চংলক্লগা তামোদু মাবু ফাবিবা কাংবুনা পৈশা পুবগা লাক্উ মফম্ অমদা উনসি হাযবগী পাউ লাক্লে হাযরবে। কোনুগী কাদা চংদুনা তোলেন ইতৈমা! পৈশা কযা য়াম্না লৈ? মখোযনা হাযবিবা শেনফমসিবু শুবা ঙমগদ্রা হংজে। উপু হাংদোক্তুনা থিদুনা যেংবদা লুপা লিশিং ৫০ দগী হেনবা ঙমদ্রে হায়রে। ফরে লাইবক য়েংলগে হায়বগা কুবেরগী শুৎ কেশতা লুপা লিশিং ৫০ দো হাপচিল্লে। ইতৈমা ঐঙোন্দা তামোগী লাইসেন্স রিবোলববদো পীবীযু হায়দুনা রিবোলবরদু লৌথোকহল্লে। মরু তরুক ফিৎ তৌশিল্লে, অদুগা মাগী মখ্বাংদা যামনা হৈ শিংনা য়েপশিল্লে।

ইমা-পাবুং নচা চৎলুখিগে হায়দুনা অহল অনীদুবু খুকমজরগা জীপ অমদা কাখৎলগা জীপ্তু থৌরগা থোক্খ্রে। মখোয়না লৈরমগে হায়বা মফমদুদা মতোমতা জীপ্তু থৌরগা চৎখি। মফমদু য়ৌরগা লাপ্না মাগী তামোগী মমিৎ পুনশিল্লগা মতুংদা

মমাই খুম্বা নিপা অহুমখক্কা ইন্নরগা লাক্ই। তোলেন্না— মকপ্ পুন্নমক্ নখোয়না পীয়ু হায়বা শেনফমদো বেকসিদা শুনা য়াওরে, অদুনা তামোবু থাদোকপীরো? বেকতু হান্না পীরো হাযরে। নখোয় অমা লাক্লগা শেনফমসি অমুক্তা থিবীরো। অমা চংলক্তুনা পৈশাদু বেকতু হাংদোক্লগা থিবা হৌবম্মী। তোলেন্না যেংবদা নিপা অদুনা পায়রিবা নোংমৈদু তোয গন্দা রং তৈবা মানবা মওং ওইনা উবম্মী। মানা নিপা অনীদুদা পৈশাদু খুৎশিন্নববনিনা তামোবু থাদোকপীবো হাযবম্মী। পৈশা থিবিবদুদা যারগদ্রা হংলম্মী। যাবে থাদোক্খ্রো হায়দুনা মমিৎ পুল্লিবদো লৌথোক্লগা তুংদা পুল্লিবা থৌরিদো থাদোক্লে। কুবের তপ্না তপ্না তোলেনগী মনাক্তা চংলক্ই। মাগী তামোনা জিপ্তা কাখৎতুনা হেক ফম্বগা তোলেন মাগী নোংমৈদু হৈশিংনা শৎলগা নখোয অমত্তা লেংবা য়ারোইহায়রগা মরু অমা কপথোক্লম্মী। ইনখৎলক্পা মশা-মউ ফবা মী ওইনা হৌরক্পনা মপাঙ্গলনগা ফবগা কনাবুসু কিরুদে। মাগী মতৌদু উবদা কুবের গাড়ীদু স্টার্ট তৌই। মখোয় লোইনমক্ মখুৎ থাংগৎলি। মমাই হাংদোকউ হায়দুনা হাংদোক্হনবদদি মখোয়গী তামোগীদা দুকান ফম্বা য়াওরম্বা জয় কৌবা অমনা মমান্নবা অনী হৌবগা চৎথবা থবক ওইরম্লে। তোলেন নখোয়গী নরালগী হায়রুরবদি কাপ্তুনা হাৎপা য়ারবনি, অদুবু নখোঙদা কাপ্পা তারে হায়রম্মী। মখোয়না পায়রিবা নোংমৈশিংদুদি তোয গন ভাক্তা ওইরমদুনা লোইনা থাদরগা লৈমাইদা তাদুনা লৈ। মখোয় লোইনমক্ তোলেনবু খুকমদুনা ঐখোযগী থবায় অমুক্তদি কনবীয়ু হায়রম্মী। তোলেন নখোয নথবায় হিংনবা চেপ্লো হায়বগা চেলহল্লম্মী। মখোয়গী মতুংদা মানা নোংমৈ রাউন্দ অহুম্লক্ কাপ্তুনা কিহল্লম্লগা মাগী তামোবু জীপ্তা পুদুনা য়ুমদা হল্লকখি।

য়ুম্ যৌরগা ময়াম্ পুন্নমক্না তোলেনবু খ্বাইদগী মরিল লৈবা মীনি, ময়াম্ববুসু মানা কল্লে, পৈশাসু অমত্তা তিংহন্দ্রে; মথৌনা কয়াদা লৈখ্রবা নুপানো হায়নখি। থংনবা য়ুমদা প্রেমীদো তোলেন্না জীপ থৌবগা য়ুম্লোন্নবা মবুং কুবের কনগনি হায়দুনা লুপা লিশিং ৫০,০০০ পুরগা চৎখ্রে তাবদগী লাই নীংদুনা লৈরি। শোমদা কোনুসু তোলেনগীদমক্তা লাই নীংজরি। তোলেন্না থোঙ্গালদা মযাম্বা কুবের পুদুনা জীপ থৌজিল্লক্পদা য়োমশিল্লক্পা মীয়ামদু ওহ্ণোক্না য়ামখ্রে। পুলিসকী মীওই, প্রেসকী, মেদিয়াগী লোইনমক্ শুনা তিনখি। অসুম্না নুমিদাংগী পাউদা তোলেন্না কুবেরবু কন্দুনা নুপা থোক্পা থবক্ তৌখিবগীদমক মীয়াম্না থাগৎনখি হায়না লাউথোক্খি।

থৌদোক থোক্খ্রবা মতুংদগী কুবের ৱাখল নুঙাইতবগা বিপি খর ৱাংবগা মশা ইপাং পাংলমদে। মখোয়না কিহনখিবদুনা মপাল ইপাল থোকপা ইঙম ঙমখিদ্রে। খুঙ্গংদগী কোনুগী মমা ইম্ফালদা মচাগী মনাক্তা মতম খর লাকই। মানা য়াম্না ঙকপা

অমনা মফমদুদা তোলেনগী মশক্ উৎববদুনি। মচা নুপীদা বাবী পুন্নমক হংদুনা তোলেনগা কোনুগগী অকুপ্পা বাবীদো মমাদা তমজরগা মমানা হৌখ্রবা শাবী-শানৌগী পুন্সিগী নুংশিবা বাবী তারুবগা মমিত্তা মপি শিন্থরক্‌ই।

নোংমা কুবেব মাগী কাবদা মশাদু কয়া পাংদে ডাক্তবদা অমুক্তা য়েংথোক্কে হায়দুনা থৌবগা লাক্‌ই। নোংমা মাবু ফাবদা য়াওখিবা জয লক্ষ্মীদা মমান্নবা অমনিগা লেপ্তুনা লৈবা লাপ্পা উবম্মী। মদু উৎববদা মশাদু পাখংপা-থগংপা পোক্‌খিদুনা গাডীদু মমাই লৈগে হোৎনবদা থুনা লৈৎববদা তুংদা কন্না থৌবক্‌পা গাডী অমনা মাগী গাডীদা থেংবদগী স্টাবিংদা মবাইবক্কা কন্না ফুজিন্দুনা মমাইসু থিনা কাযবে, মথবাকসু যৈশিন্দুনা জ্ঞ্যান তাদনা শোক্তুনা লৈ। অতোপ্পা গাডীগী ড্রাইভবদুসু থিনা শোক্রে। হোসপিটালদা পুখত্তুনা যাম্না কন্না হোৎনবম্মী। অদুবু মাগী অবোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা তোলেনবু কৌশিল্লগা মবোল থোক্‌পা ঙমদ্রবা বাহৈনা ইংগীৎ ওইনা মাগী নুপী কোনুগী মখুৎতু তোলেনগী মখুত্তা পাযদুনা শিন্নবল্লগা সংসাব থাদোক্‌খ্রে। কুবেবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা পুন্নোই লোইখ্রে। নোংমা তোলেন্দ্ কুবেবগী মপাবুংগা মমাগদা খুকমদুনা মা যুমসি থাদোক্ তুনা চৎলগে হাযজে। অদুবু অহল অনিদুনা ইবুঙো ঐদি ইচা অনী শুবসু নত্তে, নংনা ইচা শক্লগা নমাগা ঐগা হিংলি ফাওবদি নং ঐখোযবু থাদোক্নু হাযবে। হৌজিক্তি ইমুংগী মীপুম খুদিংনা তোলেনগা কোনুগা খুঙ্গং অমত্তদগী হৌমিন্নবক্‌পনি পীক্লিঙৈদগী নুংশিনজবক্‌পা শাবী-শনৌনি হাযবসি খংনবক্রে। প্রেমীসু কুবেব লৈখিদ্রবা মতুংদা নোংমা কোনুনা হৌখিবা মা অমদি তোলেনগী থোক্‌খিবা থৌদোক্‌শিংগী মবমদা শুগাইনা লিবীদুনা ভাব তাহল্লে। প্রেমী মাগী থম্মোইবু তপ্পা তপ্পা ফাদজবগা তোলেনগী বাখল কাউনবা হোৎনখি।

নোংমা তোলেন মাগী খুঙ্গংদা কোনুগা লোযননা মযাম্বা কুবেবগী জীপ্তা তোলেন্না থৌবগা লাক্‌ই। চহী মবি মঙা থাদোক্লববা মাগী নুংশিববা খুঙ্গং উৎববদা অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক্ লৌউ শীংউবগী, শীংজনবগী, ঙা ফাবগী, মুক্কা-কাংজৈ, লাই হবাউবা, কৃষ্ণ জর্ম থৌবানি জর্ম, লৌবিং পাম্বাদা নুমিদাং অমা কোনুগী থোঙ্গাল হাংদোক্তুনা থাবল ফববা অহীংদা কোনুগী ফিশা কোলদা থেক্তুনা থম্নম্বা শীঙেল লৈবাং নাচোমগী বাবী পুন্নমক্‌পু নীংশিংলুবগা পুক্লিংদা যাম্না নুংশিবা নুঙোনবা অমুক্ হল্লক্লবোইদবা চৎখ্রবা মতমগী ইচেলদা তাউথখ্রবা তামখ্রবা বাবী মথং-মথং নীংশিংলক্তুনা কুইনা কাযনক্ববা মমাবু খুকমদুনা মবুক্ পেন্না কপচখি। কোনুসু অদু মঙাই নুবা পাখং অনীগী থম্মোই অনীগী অবাবা, মবোলদি থোক্তনা থম্মোই অনীদুনা খৌবাংনা উননীংদুনা বাজখিবা কযাদুবু নীংশিংলুবগা পুক্লিং হেন্না হেন্না নুঙোল্লক্তুনা মাসু পেন্না কপচখি।

কোনুগা তোলেনগা নক্লবা মরী লৈনৈ হায়বসি লৈখিদ্রবা কুবেরনা নোংমা মানা কলকটাদগী লৈবক্পা কোনুগী সারি, ফিরোল মরক্তা নুপাগী ফুরিৎ অনী অমসু য়াওরক্পদা কোনুনা ফুরিৎ অমা পামজনা খল্লগা তোলেন্দা পীসি হায়রক্পদা মাগা লোইননা দুকান্দা তোলেনগী ফুবিৎ পীবা লাক্পদা তোলেন লৈরমদবদা কোনুনা হল্লক্লগা মাগী কাদা কপ্পুনা ওন্না-থোইনা খাংলম্বদু তোলেন্না উখ্রবা তুংদা মাসু লাক্তুনা থেংনখি। মাগী অৱাবা থম্মোই পুবা ঙমদনা ৱাজবদুদা মাবু নুংশিনা ফমুংদা মমাইনা উপশিন্দুনা কপ্পুনা লৈবদু উবগা নীংথিনা চিংখৎপীরগা নংগী করি ননীং থুংদবা অৱাৎপা লৈবনো? ঐ নঙোন্দা করিসু ৱারৌরোই, নংগী নীংজবা পুম্বা ঐনা থুংহনগনি। ঐদি নংগী শামান লেংমান্নবা নহা পাখংসু নত্ত্রে। অদুগা অমুক্ হন্না ইমিত্তা ইচা উরবোইদবা মবাইবক্ থিরবা নিপানি। শুপ্পগী নুংশিরবী ইমা নুংশিরবা ইপা অনীগী নীংবা থুংননবা মখোযগী শেবা খবা তৌবীনবা নংবু ইনাক্তা পুরক্খিবনি। নংগী পামজবা থম্মোইগী লৈবাংগী লেপ্পা লৈতনা ফুগাইনা শাৎকাইজরক্লিবা লৈরাংগী লৈবিক্তা য়াওরিবা মদুদগী খোইহি শেম্বা ঙম্বা খোইমুদি ঐদি ওইদ্রবনি। নংগী মমাংদসু নুপী অমা থীকরে, মানসু ঐবু খোইহি চুপ্পা ঙমদ্রবা খোইমুনি খন্দুনা কাওথোক্তুনা থম্বীবল্লবনি হাযনা তমখি। মদু পুন্নমক্ তাকবগা কোনু কপ্পতনা মপুম্ থিৎখ্রবনি। অদুনা কোনুনা তোলেনগা মনুংগী মবী নুংশি-নুঙোলগী লৈজবদা কুবেবনা খংনা-খংনা খংশিন্নদনা লৈবা ঙমখিবনি। তোলেন্না নিপা থোক্না মাগী থৱায কনখিবা ইমুংগী মাংনবা অমত্তা তৌদনা য়াম্না থম্মোই শেংনা মাবু মযাম্বগুম খনখিবদুনা মাগী কাযনবমদাই মিকুপ্তা কোনুবু তোলেনগী মখুত্তা শিন্নরম্লবনি।

অসুম্না পিবাং লক্তা মাগী নুংশিববা খুঙ্গং থাদোক্লম্লগা পাম্মুবা-পাম্মুবী অনীদু জীপ্তু তোলেন্না থৌরগা কোনুনা নাকন্দা ফম্লগা ইম্ফালগী নুঙাইরবা য়ুম তানা অমুক্ হনখি।

তাং ২৩/৪/২০০৩

# ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ

ঐ পোইনুগী কঞ্জান পানবা ইবাই নুমিত্তা শোক কল্পপুবগী নভেম্বব তাং কল্পদা ঐগী খুঙ্গং ককচিং খুনৌ থিংনাম্ নিংথৌ লৈবকতা লৈব। ঐগী ইপন নিবঞ্জযগী যুমদা খুঙ্গংদুদা লাই থোক্তুনা যাম্না রানবিঙৈ মতমদা পোকই হায। ঐ যাম্না পীক্লি হাযবদি খঙই, চহী কযা শুববনো হাযবদি নীংশিংবা ঙম্লবোই। মীঙোন্দা হংলগা খঙবসু পাম্লুদ্রে। ঐবু পোক্পা পঙ্ঘৌ কাযনদুনা ঐবু পোক্পী ইমাদো ইমাগী মপাম্ ঐগীনা ইবুবোক্ অমদি অবোক্কী যুমদা লৈবম্লে। ইমাগা পোক্মিন্নবা মবুং অমা লৈ, পুনোশিং কৌই, ইমাগী মমিংনা কৈন্যাজাওবী কৌই। ইমাগী-মপামগী শাগৈদি খুমুকচমনি। ঐগী মাম্মনা মচন নুপী ঐগী ইমাবু যাম্না লুনা তৌই। ঐনা মচিন-মপ্পাগী মবী হাযবদো অসুম্না তৌবোইবে হাযনা ঙসি ফাওবদা চাউথোক্চবি। ঐনা খঙলক্পদা ঐগী মাম্মনা পোক্পা ইবাইশিংনা কৌবা মতৌ তমদুনা ঐসু ঐগী মাম্মদা বাজি কৌবম্লে। ঐগী ইচে অমগা ঐগা ইমাগা মখোযগী ইমুংদা তোঙান্না থোংলগা চায। মনিপুবদা হিন্দু ধর্ম্মা কন্না থাজদুনা পান্না চৎনবা ধর্ম্মা ওইবনা ইমাসু মদুদা পূক্লিং লুপ্লুবনা অপোক্পা পঙ্ঘৌ লৈখিদবগী বৃন্দাবন চৎপা যাওদুনা গঙ্গাদা লৈখিদ্রবা পঙ্ঘৌগী হক্চাংদগী লৌহৌবা আষ্টি-পুবগা থাদবা চৎপা যাওই।

ইমানা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা মতমদো ঐনা অঙাং ওইখিবনা ভাবনা মমি-শামি নীংশিংবদা ইমাগী মশমদো য়াম্না ফৈ, শাংই, যাম্নাসু যামই। ঐনা ইমানা কপ্না-

কপ্না অবোক্‌-ইবুবোক্‌ খুরুম্লগা য়ুমদুদগী থোক্‌খিবদা অবোক্লা ঐবু কোম্লগা থম্বদো, নাহ্বেক্লগা ইমাগী মতুং ইনগে হায়না চেনবদা অবোক্লা অমুক্‌ ফাবদো মমি-শামি উবগুম্‌ তৌই। অসুম্না খুঙ্গংদুগী বৃন্দাবন চৎপা মীওই খবগা-ইমাসু লোয়নদুনা বৃন্দাবন চৎখি। থা ২-২ চংনা চৎলুরবা তুংদা ইমা, বৃন্দাবনদগী হল্লক্‌খি। ঐনা চৎলমদাইদা উখিবা ইমাগী শাংলবা য়াম্লবা মশমদো অমত্তা য়াওদনা মরু কোক্লগা মকোক্‌ খুমদুনা হল্লক্‌পদা ইমানা ঐবু মনাক্তা লাক্‌উ কৌবদা ঐনা মশক্‌ খংদদুনা চঙনিংখিদে। কয়া থুনা ইমাগী মশক্‌ কাউরিবা? ঐ য়াম্না পীক্লম্বা তাই, মবমদি ঐনা মরু কোক্লবা ইমাবু থা ২-২দা কাউরিবা অদুনা তাকই। মচা থাক্লুনা হিংদবদি যাদবনা থবক্‌ কন্না শুই। ঐনা খংলক্‌পদা ঐখোয়গী যন্‌ অনীখক্‌ লৈরম্মী – অমনা য়োংমান মচুনি, য়াম্না ৱাইগল্লি, অদুগা অমনা খোঙ্‌দাং, খোঙ্‌দাংদি মবুক তপ্পী। যোংমান্দি যাম্না ৱাংই, চাউই, মমৈসু তথলি। মঙোন্দা খুদোম্বীনা থিনবা য়াদে, ৱাইগদবগী হেক্তা শাউনা ফু-ফু কামই। খোঙ্‌দাংদি খর পীক্‌ই, নেম্মী, মশাদি মুরগা মখোঙ্‌ মবিমক্‌ তাংই, অদুনা ওইবা তাই খোঙদাং থোল্লিবা।

নোংমা য়োংমান অমদি খোঙ্‌দাং য়োন্দুনা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা পুখি। মদুগী য়োনবগী পীরম্বা পৈশাদু ফি অমা থাবগা মদুগী মথক্তা থিবদো থায়নগী লুপা চৎপী চেগী অহানবা থোরক্‌পা ওইরম্বা য়াই; ঐগী মিত্তা য়াম্না যাম্বগুম, উখি।

ইমানা মুগা তিন (লৈমতিন) য়োক্‌ই, কোয়না-কেগে মনা-থিবা চথলি। খুঙ্গং অদুদা ইমাগী শাগেগী মচিন-মনাওশিং অয়াম্বা শুবা নোম্বা য়াম্না কল্লি; মুগা তিন য়োক্লুনা লং চিংলগা মুগাগী ফি য়োংখমদা নৎত্রগা খ্বাংদা শাই। খরায় অপাক্‌পা মঙা-তরুক্‌, ফৌরাসু য়াওই, মদু থন্না মুগা তিন্না মপুং-ফানা চাউরক্লবা মতমদদি পীক্‌ থল্লি; মরেং-মরেং চত্তুনা তিন ময়ামদুনা কেগে মনা চাবদু মখোল প্রেক্‌-প্রেক্‌ লাউনা থোক্‌ই। করিগুম্বদা কেগে মনা কোন্নরক্তদুনা অৱাথবী মনা, খাগী লৈহাউ মনা খরা-খরা হাপ্তুনা য়ানশিনবসু য়াওই। তিন মথিদু লৈরক্তা হৈদোক্‌ই; য়াম্না য়াম্বদুদা মনমসু য়াম্না নমথি। হৌজিক্তদি মদু অফবা হার ওইনা শিজিন্নবসু য়াগদ্রা খল্লি। মুগা তিন্না-চাবা মপুং ফারক্লগা হৈগ্রেং মশা মনা পানবা থিরুরগা মদুদা পোলাংগুম্বা অমদা হাপ্লগা মহম্‌ হাইহল্লি। তিন্না মহম হাইবদু য়েংবদা য়াম্না নুঙাই। অহানবদা খর কিরম্লবসু কোহুংদদি খুৎনা পায়দুনা মবুক্‌ থল্লবা মহম হাইনীংলবা তিন্দু খরায়গী মপান্দা চাবা লেপ্লগা কোয়না কোয়না চৎলক্‌ই, মদু খল্লগা মহম্‌ হাইফমদা হাপ্লগা মহম্‌ হাইহল্লি। তিন মচুদু অনী থোক্‌ই, অমনা শংই অমনা হংগামপাল মচু হায়ফেৎ তাই, চাউবদি চপ অদুম্‌ মাপ্নে। তিন মহমদগী মচা লৌনবা তোঙাম্না অফবা ঙাক্তা খল্লগা থম্মী নুংশা নীংথিনা শাবা

নুমিৎ অমদা মাগী মতম্ য়ৌরক্রবা কান্দা নোংমা তিন মহমদু নুংশাদা নীংথিনা ফি অমা থারগা মখাদা য়াংকোক্নুব্বা অমা থল্লগা ফৌই।অদুদগী মনুংদগী কুরাক্ পাইথোরক্ই। কুরাক্ লাবা অমোম, খেন্নৈ; লাবনা খরা মবুক্তু পীক্ই, অমোম্না খরা নোয় "মেটিং ফ্লাই" ওইনা পাইরল্লগা কুরাক্ অমোম্না মরুম্ চা কয়া কোক্ই, মরুমশিংদু ফি অমনা য়োম্লগা থম্মী। মাগী মতম্ শুরবা কান্দা নোংমা মরুমদু ফিদগী হাংদোক্লগা নুংশাদা অমুক্ ফৌই। অদুগা উরুমদা খরায় মচা অমদা কেগে মনা অনৌবা অমনা কুপ্লগা থম্মী। নোঙাল্লগা মরুমদগী মচা ওন্দুনা তিন মচাশিংদুনা কেগে মনা অনৌবদু চারগা মশিংগী শরুক্তুনা জালিগুন্না লেমহৌই। অদুদগী নোংম-নোংমগী মনা চাব-চাবগা অসুম্ অসুম্ চাউবা হেনগৎলক্ই।

খুঙ্গংদুগী হায়গদ্রা মনিপুরগী হায়গদ্রা কনানসু মুগা তিন য়োক্নবা কেগে পাম্বী থৌওইনা থানদে। মশা মথন্তা হৌজরক্পা কেগে পাম্বীদগী কেগে মনা হেক্লগা তিন য়োক্নৈ। তিন্না কন্না চাখৎলক্পা মতম্ খরায় মঙা-তরুক্ থন্না তিন য়োক্পা মতমদদি মনা য়াম্না চারক্তুনা অথাপ-অথাপ্পা মফমদা খুঙ্গং লান্না চত্তুনা কেগে মনা থিবা-হেক্পা নুংতিগী চৎলি। ঐসু ফি ঙৌবোং অমা ইল্লগা খুদৈ মচা অমা শেৎলগা ইমানা চৎপা খুদিংগী মতুং ইল্লি। নোংমদি ইমানা মীগী ইংখোলদা ইমুংদুদা হায়নরগা কেগে মনা কন্না হেক্রি। কেগে পাম্বীগী মনাক্তা লৈহাউ পাম্বী অমা মপাল শাৎপা হৌবদা ঙায়রিবা পাম্বীনি। পংচাউদি চাউদ্রি, ঐনা লৈহাউদু হেকনীংদুনা লাম্লুবদা লৈহাউ মশাদু তেক্থোকখ্রে।

বাঙু শাবল হায়বা খুন্দুদনি। ঐ য়াম্না পাখৎলম্মী। ইমুংদুগী মীনা খংদ্রদি ফংনিদা থন্না কেগে মনা হেক্পা লোইরগা ইমাগা য়ুমদা হল্লকখি। অসুম্না বানা তিন্ য়োক্তুনা মহম্ হাইরবা তিন মহম্দু চফুদা ফুৎলগা খোঙ্ তিংথোক্লগা খুবোমদা নৎত্রগা ফাইগন্দা অমমম্তা পায়দুনা লং চিংই। চিংবা লোইরবা লংদু তরেং ময়োক্তা উংদুনা শুংই। শুংবা লোইরগা তবোৎতা অমুক্ খুজেংদা লৈদুনা লংখাই শাদোক্তুনা মশাদা হাপ্লগা লংচাক্তা তরেংনা চাক্থোক্লগা মদুদগী ফি অমা শাবা কোন্নরগনি হায়বা মতমদা ফি হৌদুনা খ্বাংদা নৎত্রগা য়োংখম্দা মুগাগী ফি শাদুনা য়োল্লগা ঐখোয়বু থাক্লক্ই। মসি য়াম্না মতম্ চংবা প্রোসেস শাংবা অমা ওইবনা খর লৈরগদি মদুগী থবক্তু তোক্লগা দুকানগী চুরুপ বিরি খরা-খরা য়োনবা হৌরে। পুন্না মাম্মগী য়ুমদা লৈরম্বদু থোংগাল্ ময়াদা ইবুবোক্লা শংগোয় অমা শাদুনা মদুদা দুকান মচা অমা তেক্লি-তেক্লি ফম্বা হৌই।

ঐনা ইহান হান্না স্কুল কাবদো ঐ নীংশিংলি। ঐগী মাম্মগী মচানিপা অহল খুমুক্চম্ ইবোহল, ঐনা তাচৌ কৌই, মানা মাগী-মনাও অহমশুবা ঐঙোন্দগী চহী

অমা হনবা ইবাই অঙাংবী (ইবোবী) কৌবা অসিগা নোংমা অয়ুক্তা চেকশাপাং এল পি স্কুলদা থিনখি। স্কুল চংনীংদদুনা কপ্পী, তাচৌনা চৈ মচা অমনা খুবোমদা ফুই। কপ্পা-কপ্পা স্কুল চৎপা হৌদুনা ওজা মধুমঙ্গোল বাবগাইদগী অমগা ওজা মঙ্গোলজাও ইযাম্বা থোক্পা অমগা ওজা তিলোক্ কৈবত্তগী অমগনা অহানবা মপী লাইবিক্ তাক্পীবক্খি।

ওজা মধুমঙ্গোল মতম খবা ট্রেনীং চৎখিদুনা ক্লাস তুদা ওজা লৈখচন্দ্রা কৌবা খুঙ্গংদুগী ওজা অমনা মতম্ খবা তম্বীখি। মাদি যাম্না ফুগল্লি। ছাত্রশিংসি মানা মমিং অমমম্ অতৈনা নোক্লবা থোল্লি। ঐবু মোটি থোল্লি। মোটি মকোক্-চাউই হায়দুনা মযাম্না ঐবু কোক্ খবা চাউবদুদা মোটি-মোটি হাযদুনা ঐগী লংনফম্ অশাওবী ওইখি। ঐনা মতমদুদা ওজাদুবু শাউনীংখি, ঐবু কোক্ চাউই হাযবগী মোটি থোনবগী। নোংমা নুমিদাংবাই সন্ধ্যাদা ঐগী তাচৌ মাম্মগী মচা অহল্ ইবোহল খবা শাউগল্লি, মচিং ফত্তে। শংগোলদা যন পুনবদা যনদু নিঙাই খবা তৌবম্মী। যন্দু মচা চেনবী যনবীনি। মানা চৈ অচৌবা অমনা মযাংলেন্দা পোপ লাউনা খব' বন্না থাবদা যনবীদু মোও-ও খোংলগা খুদক্তা শিখি। ঐ যাম্না নুঙাইখিদে, কপখি। কোন্নদি মাসু কপখি। মী খংহন্দনা মনাংদা কোম তৌবগা ফুমখি। ইমুংগী মী অমগা না ১৮০ অমত্তা ডাংদনা অহীংদো হৌখি। মাসু অহাংদু কপ্তুনা লেনখি। যনবীদুনা গুন্দোক্রুম্বা পাক্লিবা যন্নাউদু ইবুবোক্লা চফু চবোন যেংদৌগা উতোংদা হৈবগা খবা খবা ইন্দুনা পীগকই। অদুবু মবুক থনবা ঙমদবনা নোংমা-নীনী হিংলম্লগা মে মে হাযনা খোংনা খোংনা শিখি। পূক্লিংদা নীংশিংবগী মমিদি ঙসি ফাওবা লৈহৌবি।

ঐনা স্কুল তম্বা হৌবক্পা অনীশুবা চহীদা ইমানা পামজবনা ঐবু গৌবলিলাগী প্রভু শাহন্দুনা গৌবলিলা কথলি। ইমাগী শাগৈগী মচেগী মচা ঐগী তাচৌ থোক্পা ওজা মংগোলজাওনা অঙাংসি লাইবিক্ তম্বা কাহন্দনা গৌবলিলা তৌদুনা লৈবে হায়না নোংমা ঙাংখি। ঐখোযগী মাম্মগী মমাং শঙ্গোই অমা মতমদুদা কক্চিংদগী নুপা মবি, যুমশাবা হৈবা, নেক্রগা মাম্মগী যুমদা লৈবগা শঙ্গোইদু শাই। মখোযনা ঐগী ইবা-পাবা হৈবা, পাবা ফাগনবা মতৌদুদা অঙাংসি লাইবিক্ তমহন্দনা গৌবলিলা লিংদুনা মাংলনি হাযখিবা ঐ তাহৌই। অসুম্না গৌবলিলা চহী খুদিংগী ঐনা প্রভু শাবা মতুংগী চহীদসু ইমান্নবা কৈশাম্ অঙৌগী মচা কেবানীগী অনীবক্ কত্তুনা মদুগী পালা যাওনবা মী লৈতে হাযদুনা ঐসু য়াওদুন' চহী অহুমদি লাইবিক্ তমহৌদবনা লাইবিক্তি চাউনা তম্লে। মবিশুবা চহীদনা ইচেগী মকোক্ চিংবগী জগোই কত্তুনা বাস লিলা অমুক্ তৌবে।

ঐগী মাম্মগী মচা নুপী অমত্তা পোক্ই। কোম্বংদা ইতোন তোনবী অমা পোক্ই। মমিংদি ইবেম্‌তোম্বী থোনখি। মশা শোল্লি, খোংগংলোই চুদুনা, শিংবদি মপা লৈখিদে। ঐখোয়গী দুকান্দা অবোক্লা-ইবুবোক্কগী মনাক্তদা লৈখি। থুনা শিগদবা অঙাংদি খরা হেন্না শিংবমাল্লে। মানা চহী অনী শুবা মতমদা ইচেগী জগোই মকোক্ চিংদুনা কৎপনি। শঙ্গোইদা নুংতিগী জগোই তম্বগী ঈশৈদো মাসু ফায়। মানা ঈশৈদু শক্লগা অবোক্লা ইশুদি ঈশৈ হৈদৌবি হায়দুনা থাগথলি, ঐনা ইবেমচা ঈশৈ শক্লো হায়বগা নুংশিনা জগোই বাসকী ঈশৈদু শক্ই। মশাদু নোংম-নোংমগী শোঞ্জিল্লক্তুনা ঐখোয়গী য়ুমগী ফম্মাংদা ফক মথক্তা মখুৎ খুদাং মচাদুদা লংশুং অমা কিবগা মমাই নাকচেত্তা লৈথদুনা শ্বব হোনবা লেপখিবদো ঐ মতম শাংনা নীংশিংলম্মী। ঐখোয়গী য়ুমদগী পংলাপ লাপ্তুনা মাগী মৈ চংবা চহী যৌরে হায়দুনা সংসকার তৌখি। ঐ থম্মোই শোকখি।

ইমানা মাগী কববাবগী দুকান্দা যোন্নবা ঐখোয়গী ফমুংগী কাংখা খুদিংগী চীংদগী পুবকপা লফোই লৌউ মবি-মঙাদি অদুম্ থল্লে। ওল্লগা মুল্লগা য়োন্নবা। চীংগী ইমাগী মতা লমকাং নুপীদু মাগী নুপা ইপা কোপুগা পুন্না পুন্না লাক্তুনা লফোই লৌউ-লৌউ থাবে। চু য়াম্না থানদুনা পাঙনতাবীদগী চুহি তিন কুন মুক্তি অদুম্ লিদুনা থম্মী, লুহোং-খোংদোংবগী শিজিন্নবা তাংলগা যোন্নবা। মোবোক্ হোংলিঙেদা লৈশিন্দুনা বোবা বোবা নুংশাদা কংনা ফৌবাদা হিং চাইবগা ফৌবগা কোৎ মথক্তা বোবাদা লিদুনা থম্মী, তাংলগা যোন্নবা। অসুন্না পোৎ খবা খবা যোল্লম্বদগী দুকান খব চাউথোবক্লে। ইবুবোক্লা থুমোক্, তুংগোল, লোংঙুপ্, কাবোক, শংবাই, ফক্, হুমাই, ফকলেন (লৌ য়েনবা) শাদুনা পৈশা তাল্লি। ইম্ফালদগী কেরোসিন তিন কুন, থুম বেক তবা, ফিরোল শাবীশিংগী লং মচু-মচু পুথবগা যোল্লি। নুমিদাং অথেংবা ফাওবা খুঙ্গংদুগী কৈথেন্দা ফমদুনা ইবুবোক্লা চত্তুনা ইমা হল্লক্পা ঙাইখি। মতমদুগী লম্বী থোঙ্গী ফিবম্ ফত্তবনা ইম্ফালদগী চেব্রোলেট বস পেট্রোলগী অমা খুঙ্গংদুদা চেনবদো 'কৈশাম্ গাড়ী' হায়না খংনৈ; মদুনা কক্‌চিং খুনৌদা য়ৌরক্পদো নুমিদাং পুং ৯-১০-১১-১২ দা য়ৌবক্পা য়াওই। পোৎ ময়ামদুগী হিসাব ইবা চেনা ঐনা পাবা হৈবদগীদি ঐনা পারে। ইমাদি পূন্নমক্‌শি হৱাই মঙ্গল মরুদা লোইনমক্ পারিবনি, অহীং অথেংবা ফাওবা পাই। পোইনুদা ফৌ খবা হোংনা ৱানশিল্লগা নুংতিগী কোক্তা থুমোক্তা ফৌ হোল্লগা কোৎ থন্নবা হৈজিল্লি। ওহোক্লা ৱানা শু-নোমই। মদু তাংলগা পুথোক্‌পা নৎত্রগা তাইবা তৌদুনা মদুদগী ফংলক্‌পা পৈশানা লৌ তত্তুনা লৈবনা ইমানা পুন্না মাগী বুধী লৌশিংতনা তাঞ্জবা পৈশানা লৌ পারি তরাগুম্বদি লৈখি। ইচেগী তংখায় অমা পীখ্রে, ঐগী তংখায় অমা থম্বীরে। ইমানা তৌবা করবারদা অমত্তা পৈশা মাংখিদে। উইল মতা অমনি; অঙক্‌পা মাগী নীয়মনি, মীনা পাক্ হেক্ ইবায় লায়না তম্বা ঙমলোই।

যুমদা হুরানবা অনীরক্ চংদুনা ইবুবোক্কী তাঞ্জবা পৈশা চন্দোল উপুদা থমজবা লোইনা শাগুন তৌরগা হুবীখি। মীশক্ খংলবসু থিখিদ্রে। ফৌগী কোত্তা থাংগোলনা লেল্লগা ব্বাগী উতোং শেম্লগা কোত্তা উতোং থিংজিন্দুনা মখাদা বোরানা য়ারগা ফৌসু অনীরক্ হুখি। মীশক্তি মী অমত্তনা তৌবনি খংলবসু থিখিদ্রে। অসুম্না অবোক্কা ইবুবোক্কা শংদুনা ঐখোয়গী উপাই য়াম্না ওইখি। নোংমসু দুকান্দা থম্বা মৈখেৎ য়োম্নবা উপুদগী শাগৎলক্তুনা অহীংদা মৈ হৌখি। থুনা খঙবদগী খোংহামবুন্দগী ঈশিং, চাক্খুমগী ঈশিং হৈজিন্দুনা মুথৎতুনা পোৎতি য়াম্না চাক্খিদ্রে।

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মরক্-মরক্তা ঐগী ইপাগা পোকমিন্নবা খুরাতোনগী যুমদা চৎলি। ঐখোয়গী ইপা পোক্পা অবোক্তু ঐ খঙহৌই। ঐনা মখোয়গীদা চৎলুবা খুদিংগী ফুঙ্গাদা হ্বাইমঙ্গল পোক্লগা ইশুগীনি হায়দুনা পীগনি। নোংমা ঐখোয়গী লৈকায় ইমাগী মপামগী পরেংদা শোরাৎ অমা তৌই। নুংথিলদু ঐগী ইবুবোক্কী মনাও পাঞ্জি তৌবা ইবুবোক্খোয়গী হুই ময়া তেক্লবা য়াম্না অহল ওইরবা মী চিক্নবা অমা লৈ। ঐনা লম্বীদা ইতোমতা চৎপা মতমদা হুইদো লৈরম্মী। ঐনা লম্বীদু মা লৈবদুদা কিদুনা শু-শু হায়রগা লৈতুম অমা পায়রগা মমাংগী ব্বারক্তা লংশিনখি। মাসু লৈতুম্ থারিবা মফমদুদা চেনশিনখ্রে। মানা চেনশিনখ্রিঙৈদা ঐনা লম্বীদু লানথোকহৌরে। অদুবু মাদি ব্বারক্তা চংলুবদা কবিমত্তা লৈরমদবদুদা শাউরমাল্লে, ঐবু তান্নরগা য়েৎকী খুবোমদা ময়ানা লাক্তুনা চিক্রে। ইবুবোক্ পাঞ্জিনা লুপা চৎপী, অমা নপ্লগা নুমিৎ খরনি য়েংলগা ফখ্রে। হুইনা চিক্পা নুমিত্তুদা ইপা পোক্পা অবোক্না লম্বীদা শোরাৎকী ফোলা য়োম্লগা ইসুগীনি হায়দুনা পুবক্ই; অদুবু হুইনা চিক্পদুদা চাবা ফররোই হায়দুনা পীজদ্রে। খরা লৈরগা ঐগী অবোক্তু অহল ওইশিল্লক্তুনা ঙাওনা ফৈনা নারগা জ্ঞ্যান্ অমুক্ তারক্তনা পুনসি লোইখি।

যাওশঙ্ মতম্ য়ৌরকপদা ইপানা পুং য়ৈরম্বগী মাবু পুং তম্বীখিবা ওজা, ঐগী ইবুবোক্ বীনোদো, পুংগী ওজা, অবোক্লসু, অদুগা মচানুপী ইন্দোমচাশিংনসু ঐবু লুনা তৌবীবা, 'থৈবোং মখোং' হায়না খংনবা ইমুংশিদা নাক্ত-থেংবা হান্না চংকনি। মশু লাক্কনি হায়দুনা মতমদুদা লুপা নৎত্রগা মখায় অমদি শোয়দনা পীরক্কনি। ঐগী ইপাদুনা মাগী ওজাবু লুনা থল্লম্বা তাই। ইবুবোক্তুগী মচানুপা য়াওদে। মচানুপী অহুম্নি। ঐবু মখোয়না লুনা তৌবদু ইপাগী মরম্না শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি। ইবুবোক্লা শোরাৎ চৎলুবা, লুহোংবগী পুং য়ৈকবা নুমিত্তা লম্বীদা হল্লক্পদা ঐ থেংনরবদি অঙাংনা পামজবা শোরাত্তা থাবা খুদৈ অবাংবা অমদি ইশুগী শেংনবা হায়দুনা হেক্তা পীরমগনি। ইবুবোক্লা শিরমদাইদা মাবু খুরুম্বা চৎপদু ঐ কাউদ্রি। ঐবুসু ইপানা য়ৈরম্বা পুংদু তম্নবা হায়বা হৌরম্লগা শিখিবনা হানখ্রে।

*ঐবু পোক্‌পা ইপা ইবুঙোনা লৈননবা য়ুম্ শাদুনা পানখৎপা লোইরগা চীঙ্‌দা উ হোম্লুবা-হল্লক্‌পদগী নাবদু ঙাওনা-ফৈনা নাদুনা অমুক্ ফরক্তনা অদুম্ শিখিবনি হায়। ঐনা খনবদা তাইফোইট শোয়দনা ওইরমগদবা মাল্লি। পানখৎলুরবা য়ুমগী উশিংদু লোইনমক্ ঐখোয়গী মাম্মগী য়ুমগী মনীংদা পৈদুনা লৈরম্মী।*

ঐখোয়গী মাম্মগী ইমুংদা হুই মতু পোনবা মবুক য়াম্না ফবা, মচু অঙৌবা 'থৌবোম', কৌবা অমা লোইরম্মী। ঐ মাবু কাউবা ঙমদে। ঐনা ইতোমতা শীঙ্ চনবা চৎপা খুদিংগী মানা মরুপ্ ওইখি। ঐগী ফি-রোল থল্লিবা মফমদুদা শংদুনা ঐনা শীংবুন নৎত্রগা ইগী মপোৎ ফাদ্রিবা ফাওবা মানা শঙগনি। মানা ঐগী মরুপ্ ওইখিবনা চীঙ্‌দা জংগলদা চৎপদা থোইনা কিখিদে।

নোংমা মাম্মনা থৌবোম্ পুরগা লৌ-শুরুবদা লৌশুবগী পোৎথাফম্ শঙ্‌দা বোরা, ফিরোল্ লাংগোন্নচিংবা থমনৈ। মাদি লৌতাংশঙ্ মনুংদা তুমদুনা নুংথিলদু মাম্মনা য়ুমদা হল্লক্‌পদি খংহৌদ্রে। য়ুমদা য়ৌরক্লগা থৌবোম্ লাক্লে, হল্লক্লে হায়দুনা অহীংদু ৱানা নুঙাইতনা ময়াম্ চাক চানবা কান্দা হুইদুবু য়াংকোক্ ফুদুনা হল্লক্লবা হোই-হোই হায়না কৌই। অবোক্সু মানা ইন চিংবা-চৎপদা থৌবোম্না ফি-রোন শংবগী ৱারী তত্তনা তৌই। অহীং অথেংবা ফাওবা হল্লক্লবদুদদি অবোক্না অমুক্ কৌই। পুক্লিং নুঙাইতনা অহীংদু লেপ্লে। নোংঙাপ্লে, শমপোৎ খোইবা চৎপদা লৌদু য়ৌরগদি মাদি বোরা খর থম্বদুদা মাম্মা লৈরি হায়দুনা মদু শংলগা য়ুমদা হন্দনা লৈবা ওইরম্লে। মশাদু চাদবগী ইপৎ পৎথরে। নুমিত্তু মাম্মনা লৌ খোইদনা যন থাদোক্লম্নগা থৌবোম, পুরগা হল্লকখি। য়ুম্ য়ৌরগা চাক্ পীজদুনা নুংশিনা নানবীখি। অদুবু থৌবোমদু অঙাওবা হুইগা চিক্লরুরমাপ্লে, মমিৎ ঙাংশং ঙাংনা, মতিন তাদুনা ঙাওবা হৌরক্‌পদগী ইবাই কেশোনা হাৎলগা ফুমখি। মাগী ফুম্বগী কোমদা ঐনা চেং-থুম, মোরোক্ পৈসা হাপখি। ঐগী পুন্সিদা থৌবোম্বু মরক্-মরক্তা নীংশিংলক্‌ই। মপু নীংবা জীবশিংগী মনুংদা ঐখোয়গী হুই থৌবোমসু অমা ওইখি।

মতমদো ঐ ক্লাস থ্রি তমলে, কক্‌চিংখুনৌ পার্ট ৱান.এম.ই. স্কুলদা। ঐ খুৎ য়াম্না য়াওই। নোংমা ইমানা ইম্ফালদগী পুরক্‌পা বিরি পোলাং বিরিগী বোরানা য়োম্বা অমা বোরা ফারিবা শুটলিদু ইমানা কাটি অমনা হন্দোক্‌ই। মতমদুদা ঐ লৈরক্তা শান্নদুনা লৈ। ঐগী ইবাই থোক্‌পা ঐঙোন্দগী খর হনবা অমগা ঐগা মরৈ তৌনরম্মী। মানা ঐবু মী উশিন্তে হায়দুনা ফুগদবগী কন্না তান্নরক্‌ই। মানা ফুগে তৌবদা ঐনা য়ুম য়ৌবা

হান্দুনা ফুহৌদ্রে। ঐনা ইমাগী মনাক্তা লোত্তুনা লৈরে। মতমদুদা নুপী অমা পোৎ-লৈবা লাক্ই। ইমানা নুপী অদুগী পোৎ তম্বা ইমুংদা চংখ্রিঙেদা ঐনা ইমানা পায়রম্বা কাটিদুনা ইমানা তৌরম্বগুম্ বিরি পোলাং য়োল্লিবা বোরাদুগী শুটলিদু হন্দোক্রম্মী। ঙসাইগী ঐবু ফুগে তান্নরক্লিবা ইবাইদুসু ঐ থোরক্পগা ফুগনি হায়দুনা লুমদুনা লৈরি। ঐনা মা অমুক্ য়েংই, শুটলিদু অমুক্ হন্দোক্ই তৌবদা কিশি অমা য়াওরম্লে। চিংবসু পল্লে, থদৎপসু য়াদ্রে। কাটিদুনা কন্না মথক্তা ময়াদুনা কিশিদু তৎনবা লেল্লম্মী। মদুদগী কাটিদু কিশিদু নাম্থেক্লগা ঐগী য়েৎথংবা মিত্তা মিৎনহা ময়ায়দা চপ চানা কাটি মতোন্দুনা থিল্লে। মিৎ নহা কায়রে; পি মতুম য়াম্না কুংবা অনীখক্ লৈমায়দা তারে। মিংশেল য়েংবদা মিৎশে ঈ থোক্তনা ঙাংশং ঙাংনা লৈরে। মিত্তি উদ্রে, ইবুবোক্না পুখ্রিদগী ইশং খরা থিরগা নাবা-চিক্পা ফন্নবনি হায়দুনা থোমলে। ডাক্তবসু লৈত্রিবনা, মথংগী নুমিত্তা কক্চিংদা চৎলে। কক্চিংগী দিসপেন্সরিদা তান্নকবদা ইম্ফালদা চৎলু অদুনা ফগনি হায়বদগী য়ুমদা অমুক হল্লক্লগা ইম্ফাল চৎনবা খন্নবে।

নুমিৎ তাবানিবোম হৌখ্রবা তুংদা ইম্ফালদা ইমাগা মাম্মগা লোযননা চৎলে। হৈবঙ্গোইথোং মথক্তা কৈসাম্ লৈকাযদা ঐখোযগী ইমাগী মাম্মা ঐগী অবোক্কী মপ্পা অতোম্বা মযাংলম্বম্ অতোনগী য়ুমদা থুংলে। ইম্ফালগী ইবুবোক্কী মচানুপা অহল ময়াংলম্বম্ বাবুধোন্ মতমদুদা এস আই ওইনা পুলিসকী থবক্ পুবি। ইঙা-ইঙেন থাদনি। ইম্ফালগী শিংজমৈ থোঙাম্ লৈকাইদা লৈবা মনিপুরগী মিথকি ডাক্তর অহানবা ওইরম্বা য়াই, ডাক্তব থৌনাওজম্ শুরচান্দগী য়ুমদা ইম্ফালগী ইবুবোক্না মাগী সাইকলদা হাপ্পুনা ঐবু হোসপিতালদা অমদি ডাক্তরগী য়ুমদা পুবী। লম্বীদা অউবা মীনা ঐগী মিত্তা বেন্দেজ পুল্লগা ইবুবোক্কী সাইকলদা চৎপদা অঙাংদুগী মিৎতু কৈদৌরে? কৈদৌবদা শোক্লবনো নুঙাইত্না হংলক্পা কয়া তাখি। ডাক্তরগী পাউতাক্ মতুংইন্না হোসপিটালদা হৌজিক্কি দিস্ট্রিক হোসপিটাল বজার মনুংগী সিদা শোক্ ১৯৬২ গী জুন থাদা মিং চন্দুনা বরেন্দাদা ফমুং অমদা লৈরে। ইমাগা, ঐগা ইমাগী মন্দোমচা ঐগী অবোক্ পদমুখি ঐবু লুনসু তৌই, ঐখোয় অহুম্ লৈরে। ইম্ফালগী কৈসাম্ লৈকায়গী অবোক হেনোনা মরক্-মরক্তা রিক্সোদা চাক্ থিল্লক্পসু য়াওই। অবোক্তু য়াম্না নুংশি বাহে-বাতা অকনবা অমত্তা ঙাংদে। মতম চুপ্পদা অতপ্পী ওইনা পুন্সি লোইখি।

মতমদুদা ঐনা নীংশিংবদা কাকেথেলদগী ঐগী চহী লোঙ্গাদা নিংথেমজাও কৌবা অমা য়োৎ শুফমদা ফম্বদা মপানা অঙাংবা য়োৎ শেরনিনা কক্পদা মমিৎ য়েত্তু য়োৎ মতেক্ চোংশিনখিদুনা মিত্তু পুরা কায়রবা অমা, মদু ওপরেসন তৌরগা হমেং মমিৎ শিল্লগনি হায়না তৌখি। বাংজিংদগী মনাও কৌবা অমসু চহী লেংগানি। মাগীনা মমিত্তো

ফিবম্ শুক্কায় কায়দনা উবেংকোঙ্খৌ লাং থাক্পদা চৈনা হাইগত্তুনা মিত্তা ফুখিবদগী উদবা। মাদি মপাগা লাকপনি, মাগী মপানা ঐবু নোংমা পুন্না মচাগা চাক্ চামিন্নহনখি। লৈবনা হৌজিক লৈবিবা দিস্ট্রিক্ হোসপিটালসিদা লৈবগা চাক্-ঈশিংদি হৌজিক্ দুকান পরেং লৈবিবা ফেমিলি রেলফেয়াবগী মখা থংবদা শঙ্ পবেং শানা শাবগা মদুদা চাক্ থোংঙি। হায়বিবা পবেংসিদা হৈনৌ-পাম্বী অচৌবা, কৌবিলিয়া পাম্বী অবাংবা পবেং-শবেং হৌবম্মী, লম্বী লৈবমদে। ঐখোয়না অয়ুক্তা তেনবা ময়াম্ পাইবক্তুনা হৈনৌ পাম্বীদা তোংবদু নাওবিনা কাপ্পা উখি।

কাং মনুংদা নোংমা নিংথেমজাওগা 'শামু মখোঙ্দা' কাং য়েংবা থোক্ই। নিংথেমজাওগীদি মমা নাবগী লৈবনি, ইম্ফালগী পীশুমথোং মনাক্কী হুইদ্রোম লৈকাযদগীনি। মমাগী মমিং অনীমক্ ঙৌদোং থুংই। মমাগী মমিংদু কৈন্যা কৌই। মমানা নযা পৈশা তবা চংপী অমা পী, মদুগী কিহোম মঙা তৌই। নম্বোলদগী নুপীমচা অমসু মমা নাবগী লাক্ই। নিংথেমজাও বা যাম্না শুংই, ইকাই-থ্রিকি খংদে। মানা নম্বোলদগী নুপীমচাদু মানা কোযগদৌবিবনি হাযদুনা লংনবদা মযাম্না নোক্ই।

অসুন্না ঐগী মিৎকী ওপবেসন তৌবে। অদুবু মিৎতি উদ্রে। দাক্ মচা অমা ঙৌদোংশুন্না কাটিনা থিনখিবা মফমদু লৈরে। লাযেংবা লোইদুনা নোংমা নুমিদাং বাইদা যুমদা থুংলবে। মৈ ওক্রে, শুক্সু কাল্লে। অবোক্না ইমাগা ঐগা থা অমগা মখাযবোম্ যুম্ থাদোক্লুবদগী হল্লক্পদু উবদা শিক্বদগী হল্লক্পশুম্ কপ্লম্মী, ঐসু ইমাসু লোইনমক্ পুক্নিং নুংশিনা কপমিন্নবে।

ঐ স্কুল অমুক কাদুনা ইমান্নবশিং লোইনা উনদুনা বাবী বাতাই শানবে। লাইবিক ফজনা অমুক্ তমলে। ক্লাস ফোব কাববা কান্দা নোংমা হিযাংলম্ শুগুনু কেন্দ্রগী এম এল এ বাবগাইদগী কাবা ওজা কনহাইনা চিফ গেস্ট ওইদুনা কক্চিং খুনৌগী ওইনা স্পোর্টসমিৎ অমা নোংমগী তৌই। নুমিত্তু ঐ ঐখোযগী ইমাগী মপামগী মখুবাশিং পবেং শানা উচানমখোং লৈবক্তা মৈতে যুমজাও অমমম্ শাবগা লৈবিবদুগী ইবুবোক্ খোমদোন্ পাঞ্জিগী, মখোযগী ইবোই লুবাউবা তোংলগা ইবোইগী মথক্তা খোঙ্না লেপ্লগা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা নোম্ন-নোম্না তান অমদা ইবোই হোইদোক্পা ওইনা কৈথেল লৈবা খুল্লক্লোমদা লাক্ই। ইবোইদু মবক্-মবক্তা ঐনা হোইগৎপা চৎপসু যাওই। ঐনা মাগী মথক্তা তত্তনা তোংবনা ঐখোয় অনী হান্না খংনববনি। তুবেল্ তোবর্বাল যৌদুনা ইবোইদু পাংকী মাইকৈদা থাদোক্লম্লগা শান্নবা যাওবা লাক্ই। ঐহাক আইতেম্ মশান্না খুদিংমক্তা শকক্ যাই— কোক ফাইতিং, ম্যাজিকেল চেযাব, ফম্লগা-খুবাক্ খুবা

অহানবা হৌবা খংহন্দবী, লমজেল, [illegible] মিটর [illegible] মিটর, রিলেরেস্ শুনা তৌই। লাইনা ইনশিনবগুম্ ঐনা য়াওবা আইতেম্ অয়াম্বদা ঐনা অমদি ঐগী গ্রুপ্না ফার্স্ট তারে। শান্নবা লোইরগা প্রাইজ য়েল্লকপা মতমদা ঐনা বোই [illegible]গা পেনশিল [illegible]গা চাগী-স্কেল (পথাপ্) অমগা পুন্নমক্তগী হেনবগী লাইরিক্ অমসু ফংলে। মাইকতা ঐগী ইমিং লাউথোক্তুনা খংহনখি। নোঙাল্লগা স্কুলগী ওজাশিংনা ঐবু থাগৎখি। মমাংদা লৈবা গবর্নমেন্টকী স্কুলদগী ঐখোয়গী প্রাইভেৎকী স্কুলনা হেল্লি হায়না থাগৎখি। ঐগী পুন্সিদা ঐনা খনখি, শান্নবা চৎপদা ইরোই তোংলগা থোরকপদুনা ঐঙোন্দা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংখিব্রা হায়না। ঙসি ফাওবদা নুমিত্তো নীংশিংলি। ঐনা ফংলকপা খটা বোই নিপালদি ঐগী ইবুবোক্না মাগী মৈতে ময়েক্কী লাইরিক্ শিন্দোক্পদা শিজিন্নখি।

ঐখোয়গী খুঙ্গংদুগী নুংশিবা অমখক্ লৈ। চহীগী, থাগী পরিক্ষা মতম, য়ৌরকপগা খুত্তা পৈশা তরা চৎপী, মঙা চৎপী খর পুরগা নুপীমচাশিংসু, নুপামচাশিংসু তত্তনা নোংমাইজিং খুদিংগী 'মোন্দুম্ মহাদেব' খুরুম্বা চৎনৈ। খোঙ্না শাংনা অয়ুক ঙন্তানা ঈরু লুজরগা চৎপদুনা লাইফম্ য়ৌরগা অঙম্বা লম্বীদুদা চৎলগা খোঙুপ্, শেন্দল লৌথোক্লগা মফম্ চানা থল্লগা মন্দিরগী দারিদা লাইবক্ কৎলগা কাখত্তুনা পৈশা তরাচৎপী, মঙাচৎপী পুরকপদু মহাদেবগী খোইদৌ তানা হুনবদা খোইদৌদুদা চংখ্রবদি মহাদেবনা চানবীরে পরিক্ষা ঙম্লগনি খল্লি, অদুবু খোইদৌদা তানবা হুনবদা চংদ্রগদি ঐবু মহাদেবনা চানবিদ্রে, পরিক্ষা ঙমগদবা মান্দে খন্দুনা পুক্নিং নুঙাইতনা অঙম্বা চীংদুদা কুমথরক্ই। তুম্বকা য়াদে; মথংগী নোংমাইজিংদা অমুক্কা চৎলগা লাইবক্ য়েংই। হন্দকমুক্তি মহাদেবগী খোইদৌদা পৈশা চংখ্রে ঐ শোয়দনা পাশ তৌরগনি খন্দুনা পুক্নিং নুঙাইনা হল্লকনি। মহাদেব লৈরিবা চীঙ্দোন্দগী পাক্লবা লোক্তাক্ পাৎনা অরাং-নোংচুপ্তা পাক্লা তাম্না শন্দোক্খ্রি। লাপ্লবা লমদগী তাম্না হি তোংদুনা মোন্দুম্ তাবা লম্বীদা তপ্না-তপ্না হিমাই চুমদুনা পাখঙ্-লৈশাবী লাই খুরুম্বা লাক্নরিবশিংদু উরুবদা পুক্নিংদা নুঙোনবসু পোক্লক্ই। নামিবা নুংশিৎনা হুম্বদা লাই খুরুম্বা লাক্নরিবা লৈশাবীশিংনা ইল্লিবা ইন্নফিশিংদু অকনবা নুংশিত্তা শেন্নবদা ষাজে। পরেং-পরেং চংদুনা মবুঙো মহাদেবদা পুক্নিংগী থম্মোইগী অপাম্বদো মীঙোন্দা হায়দোক্লুদ্রগসু মবুঙোগী মফমদদি ইকাই-ইকি অমত্তা পোক্তনা মরোল থোক্তবা লাইনি খন্না লোইনমক্ ফোংদোক্লুরি। থম্মোই মখুম্ হাংদোক্চরি। খল্লুবদা থোইনা হেন্না নুংশিবা পোক্ই, মীওইবগী পুক্চেলসে।

ঐখোয়গী য়ুমদু য়াম্না পীক্ই ইবুবোকী ফমুংগী নাকন্দা খরা হাংবা কাংথোনগী মথক্তা ঐগী লাইরিক্ থম্মী। ফমুংগী মনীংদা ইমাগী উপু অম্বারি থম্মী। ফমুংগা অম্বারিগা মরক্তা ঐগী চৎপা চনবা লম্বীগী শরুক হাংই। মদুদা ফক্ মচা অতৎপা অমা

থারগা নুমিদাংদা লাইরিক্ পাই। পোদোন থাল্লগা পাবনি। ঐনা লাইরিক্ পারিবা মপাগী ফকলাংদা মহাত্মা গান্ধীগী ফোটো অমা থেৎলি। তুম্বদি ইমাগা ফন চাউবা ফাওবা তুম্মী। অবোক্কা ইচেগা তুন্নবা ফমুং অমগা থাই। খর হাংবা জগাদা চাক্‌খুম্ ওই। ময়ায়দা বা অনী য়ুংলগা খারা হারগা দুকানগী পোৎয়োন্নবা থম্মী। পৈশা অচোয়বা হাপ্লবা কম্বী অমসু খারা মথক্তা থম্মী। অমাং-অশেংসু কন্না তৌবনা ফন-চাউবা ফাওবদা চাক্ চাবদা ফি শেৎহন্দে, মাংই হায়দুনা।

খর চাউরক্লবনিনা চহীগী পরিক্ষা হেক্ লোইবদগী অনৌবা মিং চন্দ্রিবা ফাওবা নুংতিগী মনীংগী প্রোনাম্ চীঙদা শীঙ্ চনবা চৎলি। নোংমদা শিংবুল্ অনী-অনী চৈ অমনা ময়ায়দা লোল্লগা লেংবান্দা থোল্লগা ওল্ল-ওল্লগা পুই। মদুবু-পোৎপু-চৈ কৌনৈ। য়ুমদগী চীঙ্ ফাওবগী অরাপ্পদু কি. মি. মরিগুম্বা ওইগনি। অসুন্না থা অমগী মনুংদা শীংবুল য়াঁম্খে দি চল্লি। ইবুবোক্না ই-ফানবসু পুদুনা হৈহল্লি। নুংতিগী অয়ুক্তা ঙস্তানা হৌরগা লৈচিন থাবা মতমদা ফুংগাদা ফম্লগা ঐবু তুম্বা হৌদোক্ই। শীঙ্ চনবা চৎশি, ই-ফানবা চৎশি হায়দুনা। ইংবগা তুমশিৎ ফাদবগা য়াম্না শাউনা হৌগৎলগা থাং অমা পায়রগা মতুং ইন্দুনা শীঙ্ চনবা পুবীবদো-ঙসিদি ইবুবোক্তুবু হেন্না-হেন্না নুংশিরক্ই। শুবা-নোম্বা কনবতনা মী ওইগদবনি, হায়বা পাউতাক্ শুরগা হরাউজবা নোংমতা শুদনা তুমিন্না লৈখিদবা অহল অমা হায়বা তারগদি ঐগী ইবুবোক্সু অমনি হায়বা য়ায়। ইবুবোক্না কন্না শুবা পামজরমবা, তম্বীরম্বা কয়াদুনা ঐসু ঙসিদি পূক্লিংদা লেপ্তনা শুনিংবা পোক্লি। শুবা-নোম্বা কনবা জপান্না পৃথিবীদা চাওখৎপদা মাংজিল থারি। মরক্-মরক্তা পুমলেন পাম্তা ফুম্ মথক্তা হৌবা চুমথাং ফুক্লুরগা হল্লক্‌পদি নোংঙানবদগী চৎলগা নুমিৎ তারগা য়ৌরক্ই। লম্বীসু কি. মি. তরাগুম্বদি ওইগনি। চুমথাংদু চোৎলিঙৈদা থাং মচা অমনা ময়ায়দা খায়রগা ফৌদুনা কংহনগনি; অদুগা থৌরি মচা মচা শেম্লগা চুমথাং ফক্ শাদুনা ফমেন ফমফমদা থাগনি।

নোংমদি অয়ুক্তা শীঙ্ চল্লুবা হল্লক্‌পদা ইমানা চাক্ থোংলমদ্রে। ঐনা চাক্ লাম্বদগী শাউদুনা ইমাগা খৎনরগা য়ুমদা হজিন্দনা ইপাগা পোকমিন্নবা ইপনগী মচা লুখোই হোয়গীদা মাগা চাক্ চামিন্নরগা নুমিদাং অথেংবো ফাওবদা য়ুমদা চংদ্রে। ইমানা ঐবু থিরক্ই। লুখোইগী ময়াম্বা অহল ঐগীসু তাচৌ চাউনুখোয়গীদা লুখোইগা লৈমিন্নরিঙৈদা ইমা লাক্লে। ইমানা নংগী তাচৌ চাউনুনা নংবু হয়েং ফাওবা থাক্‌পা য়াগদৌরিব্রা হায়না হংলক্লে। অদুদগী কপ্না কপ্না ইমাগী ইতুং ইল্লগা য়ুমদা অমুক হল্লক্‌খি। ঐনা নুংতিগী ইপাগী মচিন মনাওগী য়ুমশিংদা শান্নবা চৎলি। 'ইবোসনা' শাগৈগী ইপন খ্বাইগী অহলগী মচানিপা অহল তাচৌনা পোক্‌পা মানা ঐবু চহী খর হল্লি। মানা ঐবু শাগৈ নত্তে, নংদি

অতোপ্পা শাগেগী মীনি তত্তনা হায়খি। মদুদা ঐ মাবু যাম্না শাউনীংখি। ইপাগা থংনবা ইপন অঙ্গোঞ্জাওগী মচা তাদা মনিতোম্বীনা অদুম্না হাযগনু মাদি ঐখোয়গী শাগেনি ইখুরাগী মচানি হায়না ইবোম্নাদা হাযখি। মদুদা ঐগী পুক্লিংনা তাদা মনিতোম্বীবু ইয়াম্বনি, ঐগী মীচং চংই হাযদুনা পেঞ্জখি। মীনা ঐবু থিনা চৈবা ফুবা যাওরক্পদা ঐনা তাদা মনিতোম্বীদা ঐগী মীচং ওইনবা মঙোন্দা তত্তনা তমখি।

নোংমা ঐগী মাম্মগী মচা যাইমা ঐগীনা ইবাই কেশো, ইপনগী মচা য়াইমা (তাদয়াইমা), মাম্মা মতুমগী মচা ইবাই থোইবা, তাদা মেলৈ পুন্না দুর্গা পুজা তৌগনি হায়দুনা শঙ্গাই (থাং) অমা ইবাই কেশোনা পাযবগা দুর্গা পুজাগী চু য়ানবা চৎলি। ইবাই থোইবা অঙাং লকনবা পাম্মী। মানা মখুত্তা চৈ মচা অমা পাযরগা ঐগী কোক্তা থা থাদুনা লকনৈ। ঐ শাউদুনা মঙোন্দা থিনা চৈকবে। মাসু শাউদুনা চৈদুনা ঐঙোন্দা খরা কল্লপ্না ফুবে। ইবাই কেশো চু যাল্লি। মানা অঙাং লকনগনু, ঐ শাউবক্লবদি জুগোৎ চাবোই হায। ইবাই থোইবদু নং কবি পাম্মী, নংগী নথৌ লৈতে হায়কবে। ইবাই কেশোদু অদুদি নুপামচা থৌদাং তৌবা তাবে হাযদুনা ইবাই থোইবদ্ মানা পায়বিবা চু য়ান্নবা শঙ্গাইদুনা তান্নবগা মখুত্তা পাম্বোমদা যাল্লে। যাম্না থিনা শোক্তুনা ঈশু য়াম্না থোক্লে। খৎনবদগী দুর্গা পুজা লিংদনা তোক্লে।

নোংমা পোইনুগী লৌ লোক্লবা মতম্নি। মাম্মখোযগী মুক্লাংগী লৌ য়েবদা য়ুমদগী লাপ্না লৈবা লৌফম্ ওইবনা নুমিত্তুদা ফৌ লোইনা যনগাডীনা চিংদুনা য়ুমদা য়ৌরক্পা ঙমদদুনা লৌদা লৈবা ফৌদু শঙবা তাবম্মী। ইবুবোক্কা ঐগা লোয়নন্না ফৌ-শংবা লৌদা চৎলি। ঐখোয়না তুমফমদু চকনা কুপ্তুনা শেন্নগা তুম্নম্মী। নুমিৎ হেক্ তাবগা লমহৃইনা হৌনা হৌনা য়াম্না নক্না খোংলম্মী। ঐ কিবনা ঙক্রম্মী। টেহ্- টেহ্ হায়বা মখোলদা অমনা খোংবা হৌরবদি ময়াম্ অমা পুন্না খোংবগুম্ পুমনিন নিল্লি। হৌজিক্তি অমত্তা তাখিদ্রে। অসুম্না কিনা কিনা নোং ঙানখি।

ঐগী ইবাই য়াইমা কেশো খরা শাথি, লমহেল্লি, মানা ক্লাস ফাইব তম্বা মতমদা ঐদি ক্লাস থ্রি তম্মী। নোংমা য়ুমদা খরা খৎনবদগী য়ুমদগী থোক্খিবদগী হল্ভিল্লক্লে। নুমিৎ তরামঙানি রোম্ মাংলুরগা বাঙুদা মাম্মগী মতাওগী য়ুমদা লৈরমদুনা পুরক্খি। ঐনা লাইরিক্ তম্বা কানবা হায়জবদু মানা য়াখিদে; অদুম্ মখা তমদনা তোক্খ্রে। ঐগী ইমাগী শাগেগী মনাওশিংনা পোক্পা ঐগী তাদা নুংশি মমাগা মপাগা খাইনদুনা মমাগী মপামদা ঐগুম্না লৈ। মা লাইরিক্ ফরক্ই, শান্নবসু শরিৎ-শরাৎ য়াম্না হে, ঐঙোন্দগী ক্লাস অমা হাল্লি। অদুবু লাইরিক্ তম্বা ঙম্নরোই হায়দুনা মাসু তোক্খ্রে।

ঐখোয়না ক্লাস ফাইব তম্বা মতমদা ক্লাস ফাইবকী কমপিটিসন পবিক্ষা তৌই। সেন্টবদি ককচিং হায়স্কুলদা তাই। ঐসু মাম্মগী মকপ্ মাম্মা মোইবাংথেম বীব সিংহগী য়ুমদা লৈনবা ইমাগা চথলি। অদুবু মাগী য়ুমদু শঙ্গোই ওইনা তৌবা খবা পীকপনা মনাওনিপা মাম্মা থানিঙ্গাওগী য়ুমদা লৈ। ইমা চৎখ্রগা ঐনা মখোয়গীদা লৈহৌবদো য়ুমগুম্না লৈ। মাম্মা বীবগী মচা অহল ইবাই অবেবসিং, ইবোয়াইমা, মনাও অতোম্বা মনাও, মচননুপী ইবেমনুংশি মী লোইনা ফৈ। মাম্মা থানিঙ্গাওগী মচানুপী অহল ইতৈমো, থানিললৈমা ইতৈমা থমোৎপী, মচানুপা কোক্ঙাং, কোক্ঙাংগী মখাদা মচল অনী সখিতোম্বী অমদি নমো, ঐঙোন্দা ইতৈ কৌই। হেক্ পোক্মিন্নবা মাম্মগুম্, মাম্মগী মচাগুম্ লোযনৈ। ঐনা মখোযগীদা কবিগুম্বা চংলুবদা মখোযনা কযাদা হবাউজৈ। অদুবু মতম্না হৌখিবনা মাম্মা থানিঙ্গাওদি লৈখিদ্রে। পবিক্ষা লোইবগা য়ুমদা হন্দনা মখোয়গী চুগী ফার্মদা চত্তুনা চু শুম্বা যাওদুনা লৈখি। চক চিংই, যান্না নুংশিনা লোযনখি, কাউবা ঙমদে।

অসুন্না ক্লাস আইটকী পবিক্ষাসু মখোযগীদা লৈবগা থাবকখি। ক্লাস আইতকী পবিক্ষা পাস তৌববা মতুংদগীদি ঐ ইম্ফালদা শিংজমৈদা লৈদুনা খা-ইম্ফাল হাযস্কুলদা ক্লাস নাইন্দা মিং চন্দুনা ঐগী ইমান্নবা খুমুক্চম্ ইবোমচাগা পুন্না খুঙ্গংদগী লাক্লগা শোক্ ~~বল্লচন্দ্র~~দগী লৈবকখি।

তাং ২০/৪/২০০৩

# পুক্‌চেল শেংবগী মনা

ওজা বীবমঙ্গল্ স্কুলগী ওজা ওই। মচা নুপী অনীগা নুপা অনীগা পুন্না মচা মবি পোক্ই। মাগী নুপী বীনোতাসু স্কুলগী (প্রাইমারি) ওজা ওই। মখোয় অনীমক তলব চাবা থবক্ অমমম্ তৌজদুনা চৎনবা যানা মযায ওইবপ নুঙাইনা পাঞ্জবা ইমুংনি। ওজা বীবমঙ্গল পোক্‌পা অহলদি লৈখিদবা কুইবে অপোক্‌পীদি লৈবি। ওজা বীবমঙ্গলগী অপোক্‌পী মমা ঈশ্বরদা পুক্নিং লুপচবা অহন্নি। মশুশিংগী বাখলদা পো-পমজদুনা মচানুপানগা অমত্তা পোক্‌চবগা যাম্না লুনা চান্না তৌজে। গৌবলিলা কত্তুনা মশুনুপী ইবেমহলনু চহী মবি শুবক্‌পদা মহাপ্রভু শাহল্লি। পীক্‌মন্দুনা হৈবোইত্রা খন্দুনা মবোক্কী মবুক্তা ৱাবা পোক্‌চে। অদুবু পাক্‌চববসু মশুনুপী থোইদোক্না হৈশিংনী মীনা তাক্‌পদা হেক্তা হৈবী, অঙাং ওইনা তৌই। মবুধি-মবৌশিং অঙাং অতৈগা মান্নদে। মানা শাবা জগোই, হৈশিংনা তান-চানা চোংবা কযাদু উকবদা অযেংবা ভাবোক্‌শিংগী মমিত্তা কবি খল্লুরবনো লাইদা লাই মানখ্রে। গৌবলিলা শান্নবা নুমিত্তা মন্দোব ময়াযদা মানা মমাদা নিঙাই তৌবা, কপ্পা, চাননা হেক্তা কপ্পুনা অযেংবা ভাবোকশিংগী মমিত্তা মপি তাদবা য়াওখিদ্রে। চাক্ হুবানবগী মতাং য়ৌরক্‌পদা ভিক্ষ্যা লাক্লিবা ভারতি গোঝাই ব্রাহ্মনগী চাক্ হুরান্দুনা চাকবদা মপা শারিবা জগনাথ মিশ্রনা চৈ পাযদুনা তাল্লবদা 'মারোনা-বাবা' 'মারোনা-বাবা' হায়না চেন্দুনা মীরক্তা লোৎপা, চেপথ চেপথা য়েংবা অমুক হৌগৎলগা চেনবা কুম্মৈদু নুঙাইমন্দুনা মন্দোবতু পুম্নিন ওইনা নিল্লি। পুং-খোল্ করতাল,

মোইবুং ময়ামদুগী মখোল মরক্তা মানা মপাগী মমাংদা মখোঙ্ কারন চল্লগা মৈ শ্বয়ং ভগবান হঁ হায়দুনা বাঁসি পায়বগী মওংদা মঙক্ হাইফেৎ ওইদা চেপথরগা লেপ্লদুদা পেল্লুরমাগ্লে, ভক্তিগী প্রেম্না থুমহৎলবা অহল-লমল সাধু বৈষ্ণব মাগী মখোঙ্দা লোয়না তুররে। মন্দোবগী উখোংদা ঙারগা ফমদুনা মশুগী কুম্মৈ য়েংজরিবা মবোক্লা পীক্লিবী চহী মরিতা ঙাইরিবী মশুগী তৌথোরক্পা মতৌদুদা পেল্লুরমাগ্লে, মীয়াম্ মমাংদা মখোল হৌনা কপখৎলক্লে।

অসুম্না অমুক কপ, অমুক নোক্ তৌদুনা গৌরলিলা চৎথরক্পনা অহীংগী মমৈ ওইরক্লবদা প্রভুনা নুংশিরবী অহল ওইরবী মমা সচিরানীগী মখোঙ্ শোক্লা খুরুমজরে। লোইনবী বীষ্ণুপ্রিয়াবু তপ্না শুমদুনা থনম্লগা গংগাগী তোবর্বাল তানা চৎতুনা ময়াম্বা নিত্যায় কায়নদুনা অপোক্পী মমাবু লুনা তৌবীয়ুকো হো ভাই! নিত্যায় হায়না বিদাই তৌনবদু উবদা অমুক্ লোইনা কপ্লরে। গঙ্গা তুরেল লাল্লমদাইদা লৈখিদ্রবা "ওজা গুলাপী"গী ময়েক্তা হিরানবগী নুংশিরবা ঈশৈতগী অবাই-অখুম কুম্মৈ অমুক্ তৌদুনা মীয়াম ভাবোক্ পুম্নমক্পু পেন্না কপহল্লম্লগা মীয়ামগী পুক্লিংদা পীক্লিবী নুপীমচাদুনা শুমহৎপা জগোই উৎখ্রে। অসুম্না গৌরলিলা লোইরদুনা নোঙাল্লমদাই য়ৌরবদুদা ঈংবগা অঙাংদু বাবনসু মপুম থিৎলে। মবোক্লা নুংশিনা পোদুনা পুরক্লগা ঈরু-মাইথজরগা তুমহনখ্রে।

অসুম্না মতম অমদা পীক্লা হৈ-শিংনা মন্দোব ময়ায়দা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনখিবী নুপীমচাশে স্কুল তম্বা হৌরে, লৈকায়গী বালবাদিদা, ওজা ইবেতোম্বীনা নোংমা ইবেমহলগী মমাগা-মপাগদা হায়বৈ "ইবেম্মা! বীনাতা! ইবুঙো বীরমঙ্গল য়েংউ নখোয় অনীগী নচা নুপীশে নীংথিনা শেম্বীযু মঙোন্দা তোপ-তোপ্না অঙাং মযামগা মান্নদবা মবুধি মবৌশিং লৈকো"। অসুম্না লৈকায়গী বালবাদি থাদোক্লম্লগা কোনুংদা লৈবা "বালবিদ্যা মন্দির" হায়না খংনবা আর. এস. এস. না লিংখৎপা স্কুলদা মনাও নুপী ইবেয়াইমগা পুন্না মিং চন্দুনা তম্লে। মপা বীরমঙ্গলনা নুংতিগী মাগী স্কুটরনা লৌবা-থিনবা তৌই। মমান্নবী ক্লাস মান্নবী মাগা লুনা তিন্নজবী, নুংতিগী ছুটি থাবগা বাবা পুবিগ্লসি হেক্তা হায়বা। মপা বীরমঙ্গলনা হোয়নে হোযনে হাযদুনা মখোয় মবি মমান্নবীগী মপ্পা অমনে পুদুনা থৌরক্লে। নোংমদি গাড়ী থৈনবদা লুম্মন্দুনা গাড়ীদু তুরম্মী। মপানা, "ইবেম্মা! শোক্লগা বেরা ওইনরনি, নঙগী নমান্নবীদসু হায়রো মখোয় কোন্না লাক্লো"। মথংগী নুমিত্তগীদি মখোয় তোংগে হায়রক্লে। অসুম্না ক্লাস ফাইব ফাওবা 'বালবিদ্যা মন্দিরদা তমলে। মতমদুদা "নবদয়া বিদ্যালয় কক্চিং"গী মিং-চনবগী ফোর্ম থাদুনা মমাগী স্কুলদা মিং চনশিল্লগা মমাগী স্কুল থৌবালদগী ফোর্ম ফিল্লপ

তৌদুনা থৌবালদা মিং চন্নবা পরিক্ষা য়াওরে। খরা লৈরগা পরিক্ষাদু ঙমলে। মমা-মপা, ইমুং-মনুং লোইনমক্ হরাউজরে। মতমদু ইবেমহল বালবিদ্যা মন্দির' স্কুলদা ক্লাস সিক্সতা তম্বা থা অষ্টমলোম ফারবনি। অদুবু "নবদয়া বিদ্যালয়দা" খল্লবনিনা মহাক্কীসু মপা বীরমঙ্গলনা ট্রংক উপ্, বেদিং, পুখম্ তেংকোৎ, অহানবা চংবদা চংগদবা পোৎ-চৈ লোইনমক্ লৈদুনা কক্চিং তানা পুং তরাদা স্কুল য়ৌনবা লাক্লে। অনৌবা মিং চনবগী লাক্লবা অঙাংশিং নুপীমচা নুপামচা, মখোয়গী অহল-লমন থিল্লকপা কয়াদুনা স্কুলদু মীনা পীক্ থল্লি।

পোৎ-চৈ লোইনা পুশিল্লগা লোন্ন-লোন্নদুনা থল্লগা মদুগী মথক্তা ফম ফমদুনা মাগী মাগী পালি নাইনা ডাক্তরনা ফিজিকেল চেক্-অপ্ তৌবা ঙাইরি। অসুম্ মথং-মথং চেক্-অপ তৌরক্পনা ইবেমহলগী পালি অমুক লাক্লে। ওহ্লোক্পনি, ডাক্তরদুনা-- "অঙাংসিগী গার্দিয়ান য়াওরিব্রা; অমুক্তা চংবীরক্উ"? মপা বীরমঙ্গল্ 'য়াওজরি' হায়রগা মনুংদা চংখি। ডাক্তরদুনা "শোমগী অঙাংসি স্কুলসিদা তম্বা য়াররোই, মাগী হার্তকী প্রোব্লেম্ লৈ, পলসতা ইরিগুলারিটি-লৈরে"হায়রে। মচানুপী ইবেমহল মপান্দা থোরক্লে। মপাদু য়াম্না ৱাখল নুঙাইতনা মচানুপী ইবেমহলগা লোয়ননা ওজা প্রিনসিপাল পি কে সিনহাগী কাদা চংলগা ৱারী শানবদা ওজা প্রিনসিপালনা মখোয়গী ফিজিকেল ইনস্ট্রক্তরগী ওজা রঞ্জিৎ কৌশিল্লগা হংবদা স্কুলসিগী নিয়মদা শান্নবা কমপলসরি তাবনা শান্নবা য়াওবা ঙম্লোইদবা ওইরগদি মসিদা তম্বা য়াররোই হায়রে। মপা বীরমঙ্গলনা অঙাংসিদি হান্না শান্নবা য়াওহনবদা স্টেটকী থাক্তা শান্নরুরবা অঙাংনী। মানা স্কুলগী শান্ন-খোৎনবা পি. টি নচিংবা তৌবদা করিসু তৌরোই, ঐ মদুগী গেরেন্টি পীবা ঙমগনি হায়জে? অদুবু ওজা প্রিনসিপালনসু য়াবীদ্রে। য়াম্না পূক্লিং নুঙাইতনা মপা-মচা প্রিনসিপালগী কাদগী অমুক্ থোরক্লে। মপানা মচা নুপীদা-- "ইবেম্মা। নঙ্গী নরাইবক্তা স্কুলসিদা তম্মু হায়না তম্লক্লুমাল্লে, য়ুমদা হল্লসি, নঙগী হান্নগী স্কুলদুসু অদুম্ ফৈ, নমান্নবী অদুক্ লুনা তিন্নজবী কয়াসু কায়নদৌরি, নুংশিরবা সংসকৃটকী ইশৈসু ইচাদি লোইনা ফারিবদু স্কুলদুদা তম্বগী মহৈনি হায়না থেল্লে। অদুবু মচানুপী ইবেমহলনা ট্রংক মথক্তা ফম্লগা মকোক্তু লৈমায়দা লুকথরগা বাবা ঐ স্কুলসিদা য়াম্না তন্নীংই হায়রে। ওজা বীরমঙ্গল পুক্লিংদা শাওনীংবা ফাওরক্লে, "মীনা য়াররোই হায়রে, করম্না নংনা তমগদৌরিবনো" হায়না মচাদা চৈবীরে। মরু লুক্থরগা হিক্লা-হিক্লা কপ্লক্লে। মপাগী থম্মোইসু মচাগী মতৌদুদা থম্মোই মনুংদদি মাসু কপ্লবনি। ফরে, ইচাসিদি নংনা ময়াদ্রবনিনা ইপা অমুক্তংগা হায়নরুগে হায়রগা প্রিনসিপাল মাগী কাদা চংখিবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরে। মতমদু অতৈ নৌনা মিং চল্লবা ছাত্র-ছাত্রি লোইনমক্ মাগী মাগী বেট রুমনচিংবা

কম্নদুনা ফমুং থাবা, শেম্বা লোয়নখিবা, মমা-মপা মখোয়বু থিল্লম্বা লোইনমক্ হন্নখিবা য়াওরে। নুংথিলগী পুং অহুমগুম্বা তারে। বীরমঙ্গল প্রিনসিপালগী কাদা চংলগা সার। য়েংউ ইচাশি চৎশি হায়বা য়াদ্রে, স্কুলসিদা তন্নীংই হায়দুনা আদা ট্রংক মথক্তা ফন্নগা কপ্তুনা লৈরে, ঐবু করি উপাই তৌসিগে? "কাইন্দলি হেভ এ ফেবর, নখোঙ্দা খুরুম্নবসু খুরমজরগে" প্রিনসিপালনা— "ওজা। নিয়ম্না য়াদবনিনা ঐনা ঙমদ্রে" হায়রে। "ফরে, অদুদি মাবু ঙসি অহীংসিমদি লৈহনবীরো হয়েং পুং তরা নংনবা ঐ লৌজররগে? মাবু ঐনা দিল্লিদরা, বোম্বেদরা অমা থারগা তমহল্লগে, মদুমতংদি য়াবীরো। ফরে, ফরে, হয়েং পুং তরা নংনবা লাক্লগা শোয়দনা লৌথোক্পীয়ু হায়বদগী য়ানদুনা ওজা বীরমঙ্গল মচাবু ফমুং অমদা মাগী পুরক্পা বেদিং, ট্রংক হাংদোক্লগা শেম্বীরে। মীনা অফবা ফমুং, লৈফম, লোইনা হান্না খন্নখ্রবনিনা মাগীদি থোং মনাক্তা পূন্নমক্কী মতাইদা তারে। ফরে, নোংমখক্তগীবু হায়দুনা থোইনা খল্লুদ্রে।

অসুন্না মচা ইবেমহল থনম্নগা ওজা বীরমঙ্গল ময়ুমদা হল্লক্রে। হুবা গাড়ী তোংনা তোংনা খল্লি, "ও। ওহ্লোকপা ইচাগী মরাইবক্লি, হয়েং অমুক্ মাবু স্কুলদগী লৌথোক্পা লাকপা তারবা। ইচাগী মবুক্তনা করি খল্লমগনি?" য়ুম্ য়ৌরগা মাগী নুপী বীনাতাদা বারীদু কুপ্না তমজরে। মমা-মপা অনীদু বাখল নুঙাইত-নুঙাইতনা তুমথখ্রে। অহীং মিকপ থোক্লক্পদা মচাগী খল্লুবদা মমাসু মপাসু তূম্বা য়াদরে, অমুক্ হৌগৎলগা বারী শানদুনা লৈরে। নোংঙাল্লে, অয়ুক্কী চাক খরা চারগা মচাগী মনাক্তা ওজা বীরমঙ্গল ককচিং য়ৌবা বস অমা তোংলগা লাক্লে। স্কুলদা গেৎতগী ঙাংনরগা প্রিনসিপাল উনগে হায়দুনা চংলক্ই। মচানুপীদি ক্লাস য়াওবা চংখ্রে। প্রিনসিপালগী কাদা চংলক্ই-- "ওজা ঐ ঙরাংগী লাক্চরম্বা ইবেমহলগী মপাদুনি"। প্রিনসিপাল— "শোমগী ইচানুপীগী বাফমসি ঐসু ইচা নুপী য়াওদবনা মমাগা ঙরাং নুমিদাং খন্নবদা য়াম্না নুঙাইতদুনা অসুন্না বারেপ লৌরে, মদুদি-শোমগা ঐগা অন্দরটেকিং অমা ইনরগা করিগুম্বা শোমগী ইচানুপীসিনা পি.টি, স্পোর্টসনচিংবা তৌবদা থা অমগী মনুংদা য়াম্ববা, শান্নবা ঙমদবা য়াওরক্লবদি খুদক্তা অঙাংসি স্কুলদগী লৌথোকপীবা; অদুগা মাগী মশাদা অসিগুম্বা থোক্লগদি অদুম, মখা তানা তমজরসনু" হায়বীরে। অসুন্না অন্দরটেকিং অমা ইরগা শোই তৌদুনা থনম্নগা বাখল খরা নুঙাইনা য়ুমদা হল্লক্লে।

মতম্ খর লৈরগা স্কুলগী স্পোর্টস হৌরে। লমজেল, লোংজম্প হায়জমপ, খো-খো, কববাদি নচিংবা গেমশ খুদিংমক্তা ইবেমহল য়াওরে। মানা খুদিংমক্তা ফার্স্ট তারে। ওজা প্রিনসিপালগী মবুক্তা নহান মপাদুনা হায়রম্বা মাদি সেপার্টসকী শান্নবা য়াওদুনা লমজেল, চেল্লম্বনি হায়বদু চুম্বা তারে, অদুগা করম্না ডাক্তরনা শান্নহনবা য়ারোই,

হার্ততা ইরিগুলারিটি লৈ হায়রিবা? হায়রিঙেদা ইবেমহল লোংজমপ চোংই। চোংবা লোইরগা হৌগৎলক্তনা তুদুনা লৈখ্রে। ওজা প্রিনসিপাল চেনশিন্দুনা অঙাং অসি ৱানথরম্বা তারে খন্দুনা ৱাজে। অদুগদি মাদি অমুক্ হৌগৎলক্রে। মখোংদু তাবদা খোংবীদু খর শুজিনবদা নাদুনা তুবা ওইরমলে। মশান্না অয়াম্বদা মা অমদি মাগী গ্রুপ্না প্রাইজ লৌরে। মমান্নবশিংনসু মাগা মীচং লোইনা ওইনিংলে। ওজা প্রিনসিপাল হৌজিক্তি মা-ইবেমহলগী মফমদা থাজবা থল্লে। মাগী ব্যাবহার, ৱাঙাং, শাঙাং, জগোই-ঈশৈ খুদিংমক্ লোইনা অয়াম্বদা হৈশিংনা খুদিংমক্তা টচ তৌবা মতৌদুদা মচাগুন্না হেন্না লুনা নুংশিনা খনবীবে। মাগী নুপীগা মাগগী মরক্তা ফমহন্দুনা ফোটোনচিংবা কয়া নমদুনা ফেমিলিগী মীগুম্ তৌরে। অসুন্না মনিপুরগী শান্নবগী লমজেল, লোংজম, খো-খো নচিংবা মশান্নদা নোর্ট ইস্টর্ন স্টেটশিংগী "নবদযা বিদ্যলয" পুন্নমক্কী অপুনবা স্পোর্ট মিৎতা শিলোংদা চত্তুনা য়াওরুবদা প্রাইজ কযা পুরক্তুনা মাগী স্কুলগী মিংচৎ পুরক্রে। ময়াম্ পুন্নমক্না থাগৎপিরে। ইবেমহলবু মশক্ খংদবা ছাত্র-ছাত্রি স্কুলদুদা লৈরক্কে।

ক্লাস নাইন কারে। মাবু নুপীশিংগী প্রিফেক্ খল্লে। অনৌবা চংলক্পা ছাত্র-ছাত্রিশিংগী পীগদবা সাপোন্ টুটপেচ, তৈনবা থাউ খুদিংমক্ মাবু পান্নহল্লে। চেক্শিন্না রেকোর্দ চুন্না শেমদুনা পী, অঙাংশিংনা মাবু ব্যাবহার তৌনা, কিনা চৎলি। অসুন্না কৎথোক্তুনা স্কুলসিগীদমক্ মাসু থবক্ তৌজে। মাগী মরাইবক্তা ঈশ্বরনা চানবীবা হায়গদ্রা মখোযগী স্কুলগী শান্নফম নীংথিনা লৈবা, ঈশিং মাইশিং, চান-থক্নবা শিনবদা কোন্না থোক্পা শান্নবা লাক্পা অরাপ্পদগী লৈফম্ মরাং কায়বা খুদিংমকসিদগী অমদি স্কুলগী প্রিনসিপালগী হৈ-শিংবা য়েংলগা নোর্ট ইস্টকী অপুনবা স্পোর্টস মিট অমা মখোয়গী স্কুলদা তাখি। নুমিৎ হুন্নি চৎথদুনা হরাউ তয়ান্না লোইশিন্নে। মপান্দগী লাক্পা খরদি হন্নবসু য়াওখ্রে। নুমিদাংৱাইদা ইবেমহলনা শান্নফম ময়াদগী সনাগী খুদোপ্ সন অনীগুম্বগী অমা খুল্লে। মদু মানা থুনমক্ প্রিনসিপালগী মনাক্তা চত্তুনা পীরুরে। ওজা প্রিনসিপালনা মাইকতা কনাগুম্বগী সনাগী খুদোপ তাহৌবা য়াওবরা মতিক্-চাবা প্রমান পীবীরগা প্রিনসিপালদগী লৌবীরবা য়াগনি হায়না লাউথোক্রে। কনা অমত্তসু লাক্তুনা খুদোপ মাংখিবগী পাউ পীরদ্রে। মমৈদা ওজা প্রিনসিপাল্ পি-কে-সিনহানা খুদোপ অদুগী মমল লুপা লিশিং অমগা চামঙাদা লেপ্পে। পৈশাদু ওজা প্রিনসিপালনা মানা পুথোক্রে, অদুগা খুদোপ অদুনা মানা লৌশিল্লে। পৈশাদুনা ঙা-লৈদুনা নুমিদাং মফমদুদা পুল্লিবা মীয়ামদুগী চাবা কোন্নবা শিন্দুনা 'বারা খানা' অমা শিল্লে।

থা খর লৈরগা ওর্দর অমা লাক্রে- মদুদি ওজা প্রিনসিপাল পি কে সিনহা অসামগী নৌনা লিংখৎপা "নবদয়া বিদ্যালয়"গী স্কুল অমদা ট্রান্সফর তৌরে। অতোপ্পা দিল্লিদগী

প্রিনসিপাল অমনা মাগী মহুৎ শিন্নবা স্কুলসিদা জোইন তৌবা লাক্লে। নুমিদাং বাইদা স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রি, ওজাশিং, গার্দিয়ান ময়াম্ মতম কুইনা স্কুলসিদা হৌদোক্মিন্নরক্লবা ওজা প্রিনসিপাল অসিগী মরমদা কায়নরমদাইগী ভাসন পীনদুনা থাগৎ বাহৈ কয়া ওজাশিং ছাত্র-ছাত্রি লোইনমক্ কপ্পরে। নোংঙাল্লে, গাড়ী অমদা ওজা প্রিনসিপালগী মপোৎ মচৈ লোয়না ছাত্র-ছাত্রি মযাম্না হোন্দোক্লুনা শুনবা হাপচরে। অরোইবদা মখোয় ময়াম্ মাগী নুংশিরবা ওজাবু মখোঙশোক্লা খুকমদুনা বর নিবা কপ্পা কয়া তৌরে। মখোযগী মতৌদুদা ওজা প্রিনসিপাল অমদি মাগী নুপী অনীমক্তু কপলে। ইবেমহল মমা-মপাগুম্ ওজা প্রিনসিপাল অমদি মাগী নুপী ওজানি অনীগী মখোংদা কোন্দুনা থাদোক্তনা কপ্তুনা লৈখ্রে। ওজানা নীংথিনা হৌগৎপিরগা কোনবীরে। মাগী নুপীনসু নুংশিনা কোনবীবগা ঐখোয় শোযদনা নখোয়গা উনবা লাক্কনি, করিসু নুঙাইতবা তৌগনু ইচাশিদি হায়রগা অরোইবা বিদাই তৌরম্লগা চৎখ্রে। ইবেমহল ঙাইহাক্তং জ্ঞ্যান মাংদুনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লবে। অসুম্না পিরাংলক্তা মতম কুইনা মপা-মমা শক্লা স্কুল কেমপসতা পুন্না লৈমিন্নদুনা অবাৎ-অপা, অশোয় অঙাম্ পুন্নমক্, অহীং-নুংথিল অনীদা মখোয়গী কবিদা শোয়খিগদগে খন্দুনা হোৎনরম্লগা নুংশিরবা থম্মোই কয়াদগী বিদাই পুরগা ওজা পি কে সিনহা মনিপুবগী বাংমদা চৎখ্রে।

নোংঙাল্লে, ঙরাং ওজা প্রিনসিপাল চৎখিবগী কায়নখিবগী নুমিদাংদু চাকসু ইচা-চানদে, হকচাংসু ইচোক্ চোক্থবগুম তৌই। অযুক্কী পুং তরা তারক্লুনা এসেমব্লি হৌখ্রে। অনৌবা প্রিনসিপালনা মাগী হান্না তৌরক্পা থবক্ এক্সপিরিএন্স কয়াগী মরমদা ঙাংই। মথংদা চৎখ্রিবা ওজা পি কে সিনহাগী মরমদসু খর থাগৎতুনা ঙাংই। অসুম্না বা ঙাংবা লোইশিল্লক্পদা অনৌবা ওজা প্রিনসিপালনা ইবেমহলগী স্টুদেন্ট নম্বরনচিংবা পল্লগা ময়াম্ এসেমব্লিগী মমাংদা কৌথোরক্ই। ইবেমহল প্রিনসিপালগী মমাংদা থোরক্ই। "য়েংউ অঙাংশা। নখোয়গী হান্নগী প্রিনসিপাল ওজা পি কে সিনহানা ঐঙোন্দা মানা চৎলমদাইগী মতমদা এবার্দ অমখক্ শিন্নরম্মী। সার্টিফিকেট ওইনা বেস্ট ওনেস্টি এবার্দ" শেল ওইনা লুপা চাম্মা, মসি কুমারি ময়াংলম্বম ইবেমহলগী মিংদা মানা হৌখিবা নোর্টইস্টকী 'নবদয়া বিদ্যালয়'গী অপুনবা মিট পাংথোক্খিবা মফমদুদগী সনাগী খুদোপ অমা খুনবদা মদু মাগী ওইগে হায়বা বাখল থাদোক্লগা প্রিনসিপালগী খুত্তা শিন্নদুনা মবুকচেল শেংবা উৎখিবগীদমক্ পীবীয়ু হায়রম্মী হায়দুনা ইবেমহলগী মখুত্তা এবার্দ অদুগা লুপা চাম্মা দুগা পীরে। মনা অদু লৌরগা হরাউগদ্রা হায়রগা মামাই খুমজিন্দুনা মাগী মপা মমাগুন্না লুনা খঞ্জবা ওজা অমদি ওজানিগী খল্লুবদা কপ্তুনা লৈখ্রে। ময়াম্ ছাত্র-ছাত্রি পুন্নমক্সু কপ্পখ্রে। ময়াম মিকুপ খরগী তুংদা খুবাক্ পুন্না খুদুনা মাবু পুক্লিং

থৌগৎপিখি। অসুন্না মনাদু লৌরগা অমুক মাগী লেপফমদা লেপ্লগা তুংদা নুমিত্তুগী এসেমব্লি লোইদুনা মাগী মাগী ক্লাস্তা চংনখ্রে। ইবেমহল মাগী ওজানা পীরম্বা মনাদু চেৎনা মাগী ট্রংকদা হাপচিঞ্জরে, থম্মোইদসু হাপচরে। মাগী নুংশিরবা ওজাবু মাগী মহৈমশিং তম্বা মপুং ফারগা অমুক্তং চৎলগা খুরুমজরুগে থন্না মাগী মখাগী বিদ্যাদা পুক্নিং চংনা হোৎনদুনা লৈরি।

১৯/ ৪/০৩

# মরোলথোক্লবা অয়েক্পা লাই

কৃষ্ণমোহোন হায়বা মিংসে মমানা নুংশিনা থোঞ্জবা মিংনি। কৃষ্ণমোহোন মশক্-মতৌদি ৱাৎপা নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদা পোলিওনা কন্না নারুবদগী মখোঙ্ নাম্মা পীক্শিনখিদুনা খুবোমদু পীশক্ পীক্লা লৈখিবনা মখোঙ্ নাম্মা শেক্লগা চৎপনা ফিবম্ মুর্তি মী অমগী ইকায কাযনা উবে। পীক্রিঙৈদদি থোইনা নুঙাইতবা ৱাখল্ ফাওরমদে। জৌবনগী মতম্ য়ৌবক্তুনা মপুং-ফাবা পাখং হায়বদু য়ৌরক্পা মতমসিদদি পূক্লিংদা মরুপ্-মপাং মমান্নবশিংগী মমাংদা ইকায়বা হৌরক্লে। মীওইবা হাযবসিসু অমত্তা ৱাখল মান্নদে। কনা অমনা অসিগুম্বা মীমান্নদ্রবা মীশিংবু উরগা নুংশিবীবা, কনা অমনা ৱাঙাং অমা শোযখিবদা হৃম্বনা উবীদুনা চৈবীবা মতৌ তমদুনা চৎপা য়াওই। মমান্নবশিং শান্নমিন্নবদা মীগী অশোয়বা অমা য়াওবদু পল্লগা চৈ-থাংলগা নুঙাইজবা পেঞ্জবা মচা-মশু লম হেনবসু অদুম্ ময়াওই। পুন্নমকসিগী মৈচাক্শি মমা ওইবীশিংনা নাম্মা-শোয়রবা মচাশিংগীদমত্তা চাউরবা পোৎলুম্ অমদি শিদ্রিবা ফাওবা কোক্থক্তা পুবা তাই, থম্মোই চাক্লা ৱানা খাংবা তাই। মসিনা সমাজসিদা অচুম্বা ওইদুনা মীওইবশিংগী মরক্তা চাউনা খেন্নবা থমদুনা হিংলি। অদুবু মসিবু মশাদা থোক্লরবা পাল্লববা মী অমগী মফমদদি কয়াম্ ৱারম্গনি হায়বা মী অয়াম্বনা খন্নরুদে।

কৃষ্ণমোহোন্ লাইবিক্ ফৈ, লাই য়েক্পসু হৈ, ঈশৈসু ফজনা শক্ই, শৈবেং-ৱাবেংসু ই। মখল-মথেল পূন্নমক্ শুনা খংবা মবুধি ফবা অঙাং ওইনা হৌবক্ই। অদুবু

মাগী হক্‌চাংগী অশোয়বা অসিনা মাবু মমান্নবশিংনা হহ্না য়েংবীবা তিম্ননীংদবা কয়া অসিনা মাগী ঋখলদা হেক্-হেক্ নীংহন্নবা পোক্‌হল্লি। জৌবনগী মতম্‌দা পুক্নিংদা মতমগী লৈরাং পোন্নকলোইদবা, ইথক্-ইপোম্ নাইনা ঋখলগী রাগ ফাওরক্লোইদবা কনাবু লৈগদগে? নুংশিবা হায়বা, অপাম-নুংশিগী ঋখলসিবু পুক্নিংদা ফাওরক্‌পদা তু-চুংবা পোক্লোইদবা নুপী-নুপা সংসারসিদা লৈরম্বা হৌনদে। মাদি মখোঙ্ তেক্‌ই, মমিৎ উদে, মনা তাদে, মশক্-ফজদে, নাম্মা-শোয়রবনি হন্দক্ মপোক্কী নুংশি নুঙোল্ য়াওদনা পুন্সিসিমা লেল্লুরো হায়দুনা থারক্‌পদি ওইরম্লোই। অদুবু অসুন্না নাম্মা-শোয়বা হায়বা ফজদবা মিংথোল অমা সমাজসিনা পীবীদুনা তাইবং মপোক্‌সিদা হিংবসিবু ঋরম্লোইদ্রা? করম্বা বিধিগী নোংদম্না মরোল থোক্‌পা জ্ঞান্ লৈবা মীওইবা জাতিগী মরক্তা খেন্নবা অসি থম্বীরম্লিবনো? ঋদবা ঙমদে পূক্নিংসিনা। অহিং-কয়া, মিৎলুদা পিবাং কংদনা মীগী ঋঙাং মীচৈ অমা তারুবদা মোলাং চোৎপা মখৈ লেপ্পা লৈতনা শিঙ্গরক্লিবা থম্মোইগী পিরাংগী মমল্ কনানা লেপ্পীগদগে? মীবা-মীশা লাংলবা পুন্সিনি খাংঙু থক্তা কেমহনবসু মীওইবা কৌবনিনা পাম্মুজরি। হে! মীওইবা নংগী মমলসিবু কয়া পীরগা কমদৌনা কয়াদা লেপ্পা য়াগদগে? ফজবা নুংশিবা মীনোক্না মাগীতা ওইবা, পুন্নমক্তা কন্নক্কবা শক্‌ফম্ অমগী মমলনা কয়ানো? মখোঙ নাম্মা শোয়দুনা চৎপদা ফিবম্ মুর্তি কায়রিবা কৃষ্ণমোহোনগী মমলনা কয়ানো? তাইবংদা মীগা মীগগী মরক্তা চাউনা খেন্নবা লৈরবসু মমা-মপা ওইরীবশিংগী মফমদদি নাম্মা শোয়রবা মচাগী মমলনা হেল্লিকো। পুন্সিগী শাংলবা মতম্ লেনবদা নোংমতা মাইথোঙ্‌দা মোমোন নোক্‌চবা ঙমজদ্রিবা মমাশিংগী থম্মোইগী অঋবগী চাংশি কনানা হোৎপীরগা ফল তাহনগদগে কনানসু হোৎপা ঙমলোই।

ওইনাম লৈকায়গী ওজা গোপীমোহোনগী মচানুপী সুন্দরি মশক্-মতৌ লময়ৌনা ফজবী নুপীমচানি। মথক্তা মবুং অমগা মাগদা পোক্‌পনি। মবুংগী মিংদি গোনচন্দ্রা কৌই। কৃষ্ণমোহোনগা গোনচন্দ্রগা ক্লাস মান্নে। কৃষ্ণমোহোন মাগী ক্লাসতা রোল নম্বর ঋন তাদুনা হৌরক্‌পনা অয়াম্বা পরিক্ষাদা ফার্স্টদিভিজন্দা পাশ তৌরকই। গোনচন্দ্রদি অদুক য়াম্না কা হেন্না ফবা নৎত্রগসু য়াইমরপ ফরকপা ছাত্র ওইনা হৌরকই। স্কুল তম্লিঙৈদগী তিন্নবক্‌পা ওইবগা কলেজসু পুল্লবনিনা তাথোক্ তাশিন তৌনে। ছুটি থারক্‌পদা গোনচন্দ্রনা মাগী ক্লাসকী মরুপ্ কৃষ্ণমোহোনবু মখোয়গী য়ুমদা কোয়রুসি হায়দুনা পুন্না মখোয অনী লাক্‌মিন্নে। ময়ুম য়ৌদুনা মখোয় অনী গোনচন্দ্রগী কাদা ফম্মিন্নে। মখোয অনীনা ফম্লিঙৈদা গোনচন্দ্রগী মচননুপী সুন্দরি কলেজ ছুটি থারক্তুনা থোংগালদগী চংলক্‌পদু কৃষ্ণমোহোন্না গোনচন্দ্রগী কাগী থোংনাওদগী উই। মশক্

মতৌ ফজরবী, রাসি-গুম্না লম-য়ৌনা চংখোল্লবী সুন্দরি উরুবদা কৃষ্ণমোহোন খংহৌদনা মাগী থম্মোইদা মুর্তি অমগী মমি তাখ্রে। সুন্দিরি দারিদা কাখত্তুনা ইমুংদা চংলগা মাগী মফি-মরোল্ হোংদোক্লগা অমুক্ থোরক্ই। ঙসাইনা মমায়না মাং থারগা চংলক্পনি হন্দক্না মতুং ওহ্রেক্লগা দারিদগী কুমথরগা শুমাংদা চৎপদুদা মাগী তুংয়ান্গী শন্নাংদুনা কৃষ্ণমোহোনবু হেন্না মিতাবা পোক্হল্লি। অমুক্না হেন্না কল্লক্চবদি সুন্দরিনা মশমদু মতুংলোমদা মখুৎ অনীনা লান্নগা লৈদুনা পুনশিল্লিবদু উরুবদদি অবাৎপা অমত্তা য়াওদনা মপোপ মতাং ফবা শাহৌদা কুচুনা কয়াদা পাল্লিবা। কৃষ্ণমোহোন মাগী বাখলদা সুন্দরিগী অশেংবা মুর্তি অমা হকচাংগী শিংলিগী ইচেল্ খুদিংদা ময়েক লানা চং-চংদুনা কাচিন কোয়া থুংখ্রে।

ঙাইহাক ফমদুনা গোনচন্দ্রগা বারী শানরম্বদগী অমুক্ থোরক্রে। করিগীনো কৃষ্ণমোহোন্ সুন্দরিগী মমাংদা মাগী হকচাংগী অশোয়বদু উৎলগা চৎপা কিরক্লিবা? খোঙ্জু শেক্তনা চুন্না থাংবদি য়াবোইদৌরি। মানা খল্লি "নুপী মচাশি অমুক্তং চৎথোক্খিদুনা মানা উখিদ্রগদি ফগনিদা"! করিগীনো মানা অসুক্ বারুরিবসিবো? সুন্দরিনা মদু উরগা মঙোন্দা করি কায়বা লৈবগীনো? গোনচন্দ্রনা অমুক্ থিন্দোক্লগে হায়দুনা হৌদুনা পুথোরক্লবনিনা মা ইকাই-ইকাইনা সুন্দিরিগী মমাংদা মাগী অশোয়বা ফিবমদো উহল্লন্নগা তপ্না তপ্না থোঙ্গাল য়ৌখ্রে। গোনচন্দ্রসু লৈহৌরে। অদুবু সুন্দরিদি মাগী মবমদা করিবু খল্লুগনি, মবুংগা লাক্মিন্নবা মমান্নবা ওইরমগনি হায়বা নত্তনা।

ময়ুম্ য়ৌরগা মাগী হৈনজবী লাই-য়েক্পগী মচু-মচুগী রং পুথোক্তুনা তুরিনা সুন্দরিগী শক্তম য়েক্পা হৌরক্রে। করম্বা মাগী খুৎয়েক্নো, ওহ্রোক্লসু মান্না য়েক্ইদা! শেৎহন্নীংবা ফনেক্কী মচু, ফুরিৎকী মচু, স্না-লুপা শিহন্নীংবা পুন্নমক্ শিহল্লগা য়ান্না চেক্শিন্না পুক্লিং চংনা য়েক্রুম্মী। মচু মখল-মখল শিজিন্নদুনা মানা পামজবা লময়ৌবী শক্ফম অমা সুন্দরিগী নীংথিনা মাগী তুরিনা য়েকচরে। অহেবনা য়েক্পা লাইদা করিগী মান্দনি, মাগী মশক্ মতৌ মুর্তি য়েংজে মাল্লবরা শিবো খন্দুনা অমুক্সু হন্দোক্ লগা লেপ্তুনা য়েংই। অসুন্না খোয়দানা নুংতিগী মচেৎ-মচেৎ, খরা-খরা অবাৎপা কয়া শেম-শেমদুনা মাগী থম্মোইদা তারিবা সুন্দরিগী মমিদো মিংশেলদা তাবা মমি অমা য়েংলগা য়েক্পগুম ওহ্রোক্লসু মান্না য়েক্চরে। মীদি অমত্তা উহনদে। নুংতিগী চৎথোক্লবা হঞ্জিল্লক্পা, কলেজ কুন্নক্পা খুদিং হাংদোক্তুনা মানা পান্না য়েক্চবা মুর্তিদো য়েংজে। সুন্দরিগী ফজরবী মাইথোঙ্ নীংথিরবী শন্নাং মানা থম্মোই শেংনা নুংশিজবা পামজরুবদা মরাল লৈ হায়রুবা য়ারোই মঙোন্দা। মানা নুংশিজরিবা, পামজরিবা বাখল-পুক্লিংদি অতোপ্পগীগা মান্নবোই। মাসু খংই, মখোঙ্ নাম্মা শোয়রবা মাগী ফিবম্ উরগা কৈদৌঙেদসু

সুন্দরিনা মাগী মরম্‌দা খনবীনবা মিৎকুপ্‌ অমগী মতম্‌ কাইথোক্‌পীয়ু য়ারোই হায়বা। মানা ফনা মগুন্‌ লৈদুনসু সুন্দরিনা মাবু পাম্বীরোই, য়াবীরোই হায়বা ৱাখল পোক্লগসু চুন্না পাম্‌জবী নুপীমচা অমগী মুর্তি অমা মানা পামজনা য়েকচরগা নুংতিগী মাগী ৱাখলদা ঙাওজবদি য়াদবরা? মদুসু সমাজসিনা মরাল লৈ হায়না লৌবা তারগদি লাল্লোইদ্রা? কৃষ্ণমোহোনগী নুংশিবসু মদুনি; মানা সুন্দরিবু নুংশিজে, পামজৈ মাগী ওইদবা য়াদে হায়বা নত্তে; মাগী ৱাখলদা ঙাওজরগা মাগী মুর্তি য়েক্নুনা শান্নজবা, মাগী মরমদা ৱারেং ইজবা, শৈরেং লেংজবা, ঈশৈ ইজবা, অসিনি পামজরিবা মানা।

নুংতিগী মশানা য়েক্‌চবা পামজবা মুর্তি অমা লোন্না পুথোক্নুনা কনা উহন্দনা ঙাইহাক্‌ য়েংজরগা পোৎথাজরিবা মাগী থেমজিনবা য়াবা হাযন-তানবদা ঙমলোই, য়ারোই হায়না মরৈ তৌরক্তিবা মাগী থম্মোইবু নুংশিদ্রা? করিগুম্বা থম্মোই অদুনা হায়না তান্নবা য়ারমদদুনা মপাল থোরক্নুনা সুন্দরিবু মাগী ওইদ্রবদি য়ারোই হায়বা ৱাহং হংলক্‌পা তারগদি করন্না পাউখুম্‌ পীগনি? হে! নীংহন্নবা থম্মোই পুদুনা তাইবং পানসিদা খোংদারক্লিবা মীওইবা! নংদি মায়থিববা লানমী হাযবদু মতম্‌ পুন্নমক্তা ওইরদরা? নংনা মশা খংহন্দনা মাগী মুর্তি য়েক্লুরিবদো মপুনা নোংমা খংখি-উখিবা থোক্লবদি নংগী অশাগী খোংগুল মুৎখিগনিকো! চেক্‌শিনজৌ!

পামজবী কনাগী মুর্তি লোন্না পুজা তৌজরগা পেঞ্জরম্বা থম্মোইদা পোৎহাপ্‌ অমমুক্‌ হাপচিল্লক্লে। মশাগী মুর্তি অমগা অমুক্‌ য়েক্লগা পুন্না খৱাং লেপমিন্নরগা লৈবা শক্‌ফম্‌ অমুক্‌ পাল্লক্লে। য়েক্‌পা হৌরে মাগী মুর্তি অমুক্‌ নীংথিবা ফিজোল শেৎপীদুনা, শুৎ-তাই পুনবীদুনা। অদুবু চিংনজরি মাগী হায়না-তান্ন য়ারম্বা থম্মোইনা পুক্লিং ওল্লক্দ্রা হায়না, য়েক্লক্‌পা মতমদা মাগী শোইনাইরবা মখোঙদু অদুন্না অসুম্‌ মীনা উরিবা মতৌদুদা। চাম্মরক্‌ হন্না খল্লি, অসুন্না অসুম্‌ লৈহল্লসিরা? ৱাখলগা তুরি পায়রিবা খুৎকা অকনবা মরৈ তৌনরক্‌ই। পুক্লিংনা হায়রি শেম্বা য়াররোইদবা ফিবমদো অদুম্‌ লৈহল্লো হাযনা। য়াদ্রি, তুরি পায়রিবা খুৎনদি, হায়রি য়াবা ঙমলোই মুর্তি চুমদবা অশোয়বা লাই য়েক্লীংদে। খুৎকা পুক্লিংগা কন্না মরৈ তৌনরক্লবদা য়েক্‌পা ঙাইহাক্‌ অমুক্‌ লেপ্পি। হন্দোক্লগা মাল্লব্রা অমুক্‌ য়েংই। হন্দক্তি ৱাখলসু মমাই লৈরক্লে; খুৎনা হায়রিবদুদা তেংবাংগে খল্লক্লে। খোঙ্‌ অনিমক্‌ মুর্তি চুন্না য়েকচরে। য়েংবদা কয়াদি ফজরে। খল্লক্‌ই, ঐগী ফিবম্না অসুন্না ওইরম্লবদি সুন্দরিনা শোয়দনা য়ারক্কদ্রা? পুক্লিংদা নোংমংবা হৌবক্লে, মিকুপ্তা পিরাং শুংদুনা তত্তনা শিঙ্খবা হৌরক্লে। নোংদম্বা মপুদা চৈবা হৌরক্লে। য়েক্‌পা লোইরবা মাগী মুর্তিদা অমুক্‌ য়েংই। শোইনাইরবা মখোঙ্‌দা অমুক্‌ য়েংই। খেন্নবদু উজরগা খাংবা ঙন্নমদে। থম্মোইনা হায়রক্‌ই— ঐনা হায়দ্রা খুৎ

নঙোন্দা ওইদবা মুর্তি য়েক্কনু হায়না। হৌজিক্তি করি থোক্রে? মীনম্লুবগী ৱারিবা নত্রা? মীনম্বা য়াদবা থম্মোইহিবু করিগী নংনা ৱাহল্লি? লেপ্তুনা শিঙ্করক্লিবা পিরাংদু লেপ্পা লৈতনা তৈথোক্চে। তৈথোক্পা লোইবগা অমুক্সু তারক্ই। মিৎলুগী কোম্বু কায়রব্রা? কুমগী নোং চুবদু মঙাইরে। মকুম-মথা য়ৌরক্লবদা নোংনা লেপ্তুনা চুবগুম্, পিরাংগী মরীসু খক্উ য়াদরে, থম্মোইদু পেন্না কপচরে। য়েক্পা লোইরবা লাইদুবু য়েংজরগা মসিবু অমুক্ মাংহল্লসিরা? মণ্ডল মণ্ডলনি খল্লক্লিবা। কনাদা তাইনরুনি মশা মতোমতা লোন্না তৌজবা থবক্লিনা। অউবা কনানা নোক্লবীগদৌরি, তাকথোক্লুবা য়াবা নত্তে। য়েক্পা লোইরবা লাইদু অয়ুক্ নুংথিল, নুমিদাং য়েক্লুরিবা মাগী মুর্তিগী মরম্দা খনবতনা মথৌ ওইরক্রে। মীপুম্ খুদিংগী পূক্লিংদা ঈশ্বর অমদি য়াওরিবা কৌবনিনা অচুম্-অরান খংইদো। মানা য়েক্লুরিবা মুর্তিদুদা মীনম্বা অমদি চাউনা লৈখিবনা খনদবদি ঙমদ্রিবনি। য়েকপা লোইরবা লাইদু উপু অমগী মরুমদা লোত্তুনা থমখ্রে। নোংমা কলেজ কুম্লক্পদা শোঙ্ঘাংননা তাখিবা ৱাহৈনি। মমান্নবশিংগী মরক্তা থেংনরুবা, উরুবা কৌবনিনা সুন্দরিগী ৱারী শানরম্মী। "গোনচন্দ্রগী মচন সুন্দরিসি ওঙ্ঘোক্লা ফজখ্রেদা! মসিবু কনানা কোয়রিগে"? অমনা খুম্লক্ই – "মাগী মপাবুং ওজা গোপীমোহোনগা তিন্নবা হুইদ্রোম লৈকায়দগী ওজা বীহারিগী মচানুপা বীজয়গা অঙাং ওইরিঙৈদগী মচা-মচা পীনশি হায়নৈ হায়না তায়"। বীজয়সু মবুংগা তিন্নরিদুদি। মানা শোয়দনা লৌখ্রগনি, মশক্সু ফজে, লাইরিক্সু ফৈ, ইনাক্সু খুল্লি, জীপ-কার মতমগী ইমুংনি। অদুদি ঐখোয়নকাদি আশা তৌরুবা য়াপোৎ নত্তেনে? অমনা নংনা পান্নগা মবুংগা তিন্নরগা নক্শিন্নবা হোৎনৌদনা, নরিন্দি লৈত্রগা? হায়গুমদনা ঐসু মবুং গোনচন্দ্রগা তিন্নরগা অমুক্তংদি লাইবক য়েংনীংখ্রেদা! জৌবনগী মতমদা ইনখৎলক্পা, ঈ-খেগৎলক্পা হায়নরিবনি; শিবা-নাবা কিবা নত্তে। মশক্ ফজবগী দমক্তা পৃথিবীগী লাঞ্জাওসু থোক্লিবনি। কমদৌনি সিদি, সুন্দরিগীদমক্তা লঞ্জাওবু থোক্কদৌরিবরা? কেন্দিদেৎতি কৃষ্ণমোহোনগী থম্মোইসু য়াওরিবনি তৌরিবা! মীনদি মশীংবু থাবীরমগদ্রা? মমলগী হায়রুরবদি মাগীনবু ইহেন হেল্লিবনি, খংবীদবগী ৱাতনি, মাদি তত্তুনা লোন্না সুন্দরিগীদমক্তা মমল য়াল্লবা থম্মোই পিরাং মশীং খংদনা লৈমাইদা মাগী শক্তম য়েক্লা-য়েক্লা কয়ারক্ হন্না তাখ্রবনি। ঙাংনরিবা ৱারীদু তারুরগা কৃষ্ণমোহোন্না খল্লক্ই "ও! হায়ন-শীংনবসু লৈরবা অতোপ্পা কয়া'মসু মাবু পান্নিবা? অদুগা ঐগী থম্মোইনা কদোমদগী অরানবা ৱাখল ...?"

নীংজরুবা, পামজরুবদনবু ওইরিগদ্রা? নোংমা ইখঙ্ খঙহৌদনা য়ুম্নোম্নবা মখুৱাগী মচানুপী ইবেমহলগা সুন্দরিগা সাইকল অমমম্ তোংলগা কলেজ কুম্লক্পদা থংনবা য়ুমদা চংখিবা উই। ইখৌলাংবী চেক্লানা উথক্তা তোংদুনা নোং-নংবু চুরক্লো চরম অসি

কংলে হায়না নোং-ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা মফম খুদিং কোযনা পাইদুনা উশা খুদিং তোংদুনা খোংজবম্বা, নুংশাগী মৈশা খাংজবম্বা অহিং মমৈদা লিক্লা ওইনা খবা তাবক্পদা মদুবু চুপচবগা অবাম্ খৌবাংবা কোক্চবগুম সুন্দবিগী খৌবাংনা ঙাইজবকপা শক্তম্বু উজবগা কৃষ্ণমোহোনগী থম্মোইগী লৈবাংসু মতোন নৌনা চোংখৎলক্লুনা মশা তেক্খৎচবক্লে। মচল্ ইবেমহলগা সুন্দবিগা ইমুংদা চংলুবগা তপ্না ইংনা থোবক্ই। কৃষ্ণমোহোনখোযগী যুমদা মমায ওল্লগা চংলক্ই। কৃষ্ণমোহোন ৰাখল ফুম্বংনৈ, কদোমদগীনো তৌবক্লিবসিবো। ইবেম্হন্না- "তাচৌ। তাচৌদা ৰা অমত্তা হায়গেনা লাকইনে,? ইমান্নবীসে ঐখোযগী কলেজগী জেনেবেল সেক্রেটবি লেপ্তৌবি। অদো, মাগী ফোটোসে খব চাউনা অমুক্তা যেক্পীযো? হযেং ভোৎ থাদবগী থেৎকে তৌবনে। কৃষ্ণমোহোন ইকুজনীংবগা থোংগ্রাতেকপগা মান্নে হাযবা থৌদৌদো তাদৌবিব্রা? সুন্দবিগী ফজববা ফোটো অমা অমুক্তা মঙোন্দা পীবন্নে। "অদো তাচৌ। কৈদৌঙে লোইবা ঙমগনি ভোৰ্থতি তাং ৰৰ দনি?" "নুমিৎ নীনী-হুন্নিদি চংগনি অদু হংচিৎ অমুক্তং লাক্উ।" তাচৌ। পৈশাদি কযা চংদোইনো?" "ইচনগীবু কবিগী পৈশানো"? "এদভান্স খবদি থমজবমগে" সুন্দবিনা হাযজৈ। কৃষ্ণমোহোন যানিদা থনম্গনু নখোযগী মঙ্গোল ওইনবদুম হোৎনজৌদা। সুন্দবিনা থোকখিবদু মনীং তম্না যেংদুনা লৈহৌই। লাই অমা যেক্লুবগী থম্মোই তংখায চিংখাইনা বাজবিঙে তাঞ্জাদুদা পোৎলুম্ অমমুক্ হাপচিল্লক্লে। শুম্ থোক্উ হাযবা তাঞ্জা অমনা মানা যেক্চবা সুন্দবিগী অযেক্পা শক্তমদুগা মাগী পীবল্লিবা ফোটোদুগা চাংদম্নবদা খেন্নববু উদবে। কযাদা পুক্লিং চংনা য়েংলুবিবা মাগী মিৎযেংনো?

ঙসিদি কৃষ্ণমোহোনগী থম্মোইদা মথুম-মবাং হৌজবে। নহানমখৈ লোন্না লোন্না লোৎলগা কনা খংহন্দনা যেক্চবম্বা সুন্দবিগী শক্তমদো ফোংনা মীমাংদা য়েক্চনবগী তাঞ্জা অমদি পীবীবন্নে। শ্বব চনীং চমাং শম্নজৱে। মচলনুপী ইবেমহন্না নুংতিগী লাক্লুনা যেংলৈ, মানগা পামজনা যেক্পগা ফজবগী মপা লৈবমদে। ইবেমহলনা সুন্দবিদা তমজৈ, ঐখোযগী তাচৌনা যেকপা নংগী ফোটোদো ইবেম্মা। ভোৎতকা পুথোক্লুনা থেৎপবু পাম্মুই, যেংবদ' অউবা পাখঙনা নংবু কেৌইতান তান্নজনিকো। অদু হাযকব্বদগী সুন্দবিদু যে'নীংমন্দুনা ইবেমহলগা লাক্মিন্নৈ। মখোযন' লাক্পা মতমদদি কৃষ্ণমোহোনদি মানা নৌনা যেক্লিব' লাইদু নহানগী লোত্তুনা থমখিবা মাগা সুন্দবিগা পুন্না যেকখিবা লাইদুগা পুন্না থংননা ঙাবগা ফি অমনা কুপ্তুনা থন্নম্মী। মতমদু মাদি কলেজদগী হল্লক্লিবনা ইবেমহন্না মমাবোক্তা— "ইমাবোক্! তাচৌগী লাইযেকফমগী কাগী শোদু পীয়ু, ঐখোয়গী ইমান্নবীগী ফোটো অমা যেক্হনবনি অমুক্তা য়েংগে" হায়বগা শোদু লৌরগা থোং

হাংলগা সুন্দরিগা পুন্না কাদুদা চংলক্ই। কাদুদা লৈরিবা অয়েক্পা লাইশিংদু মথং-মথং য়েংলি। পামজবা কয়াসু য়াওরি। অদুবু মখোয়না য়েংনীংলিবা সুন্দরিগী ফোটোদগী শিন্দোক্পা লাইদুদি থিবা খংদ্রে। ঙসাই অয়ুক্তি সিদা য়েক্হৌবনি কদাইদবু লোৎখ্রবনো, ঙাং-ঙাংদুনা ইবেমহন্না লাইদু থিরম্মী। মমৈদা উপু অমগী মরুমদা ফি অমনা কুপ্লগা লাই অনিখক্ লোন্নদুনা থমলিবদু লৌথোক্লগা য়েংবদা সুন্দরিগী ফোটোদু ওইরমলে। সুন্দরি হরাউনা— "য়াম্না ফজনা য়েকইকো! ইবেমহল! নখোয়গী তাচৌসে হৈদি হৈবজাথনিকো"? ইবেমহন্না — "ইবেম্মা! মখোলসু কয়াম নুংশি, মানা শক্পা ঈশৈ তারদি নং য়ুমদকা হন্নিংঙোই, ঈশৈসু ই, শৈরেং ৱারেং লোইনা ই, কলাগী অশেংবা পীথোরক্পনি। অদো, মাগী মখোঙ্ নাম্মসে পীক্লিঙৈদা পোলিওনা নারুবদগী ফিবম সোইনাইখিবদগী নীংবা কায়বা থম্মোই অমদি লোয়নবগুম ঈশৈবু শক্লে অৱাবগী, শৈরেং-ৱারেং, ইরবসু অৱাবা নীংবা কায়বা ঙাক্তা তৌগল্লি"। সুন্দরি— মখা থংবদা লৈরিবা লাইদুনা করম্বা লাইনো, পুথোরক্উ য়েংশিনে"? ইবেমহল মখা থংবা লাইদু থাংদোরক্ই। লাইদু লৈথোরক্পদদি সুন্দরিদু শ্বাই লাউনা হুমাং অনপ্পী কাখ্রে। করম্না মাগী শাক্তম অমা ফজনা য়েক্লগা মদুগা থংননা কৃষ্ণমোহোনগী শুৎ-তাই পুনবা মুর্তি চুম্বা অয়েকপা শক্তম্ অমগা পুন্না য়েক্মিন্নদুনা লৈরম্লিবা? মা জ্ঞান তাবম্দে। ইবেমহলসু ইকাই-নুংশি য়াম্নবে। করম্না মাগী মবুং কৃষ্ণমোহোন্না সুন্দবিবু পামজনা মাগা পুন্না য়েক্রমলিবা। লাই অনীদো হান্নগী মফমদা হান্নগী ফিবম্ কায়দনা থনম্নগা মখোয় অনী থোরক্লে। মচিন্দা ৱা-মচেৎ অমত্তা ঙাংনরমদে। মমাবোক্তা শোদু পীরম্নগা অনীমক থোকখ্রে। সুন্দরিবু থোংগাল ফাওবা থিন্দোক্লুরগা চৎলোকো হায়বদগী হেন্না ৱাহৈ-মচেৎ অমত্তা হায়নদনা কায়নরে। সুন্দরিসু চৎখ্রে, ইবেমহলসু লৈহৌরে। মবুংনা করি ৱাখল খল্লুবদগী কমদৌনা সুন্দরিগী নীংথিজরবী শক্তম অমা মবুংগী মুর্তি চুম্বা শক্তম্ অমগা পুন্না খৱাং য়েক্লুরিবা! ৱাখল মপুং ফারবী জৌবনগী মতাং য়ৌরবনিনা নুংশি-নুঙোলগী ৱাখল করিনা করি ওইবা য়াবা, য়েক্লিবা লাইদুগী মনুংগী অর্থনা করি কমদৌবা ভাবতি তারিবনিনা মবুংগীদমক্ ৱাদবা ঙমজদে। মবুংনা হল্লক্লগনা অচুম্বদু তমগদ্রা? মদুদগী মথৱাই নুঙাইতদুনা য়ুম্ থাদোক্লুনা চৎখ্রো, নৎত্রগা ইকাইবদগী ফত্ত-নুংদা থোক্লো, পুন্নমক্সি মানা থিব্বদগী থোক্লিবনি। ঐসিসু ঙাইঙমদবী ইচিন য়াওবী হায়বদু ওইদৌরি। তাচৌনা মরোল অমা মশা তাক্তনা য়েক্লগা লোৎতুনা থমজবা লাইদু সুন্দরিনা তশেংনা উখ্রবনিনা মদুবু য়ানীংফম থোক্তে। ওহ্লোক্পা হায়বদুনি। সুন্দবিদি ইনাক্ কৈরাক্ খুনবা মপা-মমা পু-পাং শুনা মবুং অমত্তংগা মাগদা কেনা মৌনা যোক্চবা ইমুংগী মীনি। মাগী মবুংদি লুখ্রাবী মচানি, মতোমত পোকপনি, মমা মচাদা লৈজবনি। মানা লাইরিক্ তম্না-তম্না লাই খর য়েক্চরগা পৈশা তাঞ্জরগা মমানা পোৎফম্ ফমজরগা তেক্লি-

তেক্লি হিংজবনি। সুন্দরিনা করি খল্লমগনি? মাগী মবুংদা, মমাদা নৎত্রগা মপাদা তম্লুবো ঐগী মরাইবক্ থীরবা ইবুংগী করি হিংফম্ লৈরিবা মাসু মবুংগীদমক্ হেঞ্জিন্না খল্লুবনা পংবাদা বাজরে। সুন্দরিনা য়েক্পা লোইরবা লাইসি লৌবা অমুক্ লাক্লুবদি ঐদি মাগা উনবসু ঙম্নরোই। ভোৎসু নুমিৎ হুন্নিদা ঙাইশিল্লক্লে। অসুন্না মতোমতা তৌফম খংদনা ফুম্বংননা উংদুনা লৈরিঙেদা মমাবোক্লা— "ইবেমহল! ইবেমহল! নংগী তাচৌ হল্লক্লে, নংনা ঙসাই থিরম্বা লাইদু নবুংদা হংলরোদনা"? বাখল ফুম্বংননা মমাবোক্লা কৌবা তাদুনা মপান্দা থোরক্ই। কৃষ্ণমোহোন— "ইবেম্মা! নখোয়গী লাইদু লোইরবনি লৌরবা য়াবনি হায়রো"। হোই তাচৌ হায়রন্নগা ইমুংদা অমুক্ চংখ্রে। সুন্দরি মীনা মশক্ ফজবগী পংঙাং-ঙাংনরবসু মাগী থম্মোইদা সিমদি মাগী অরেপ্পা বাখল লৈজদ্রিবী পংলাং-লাংদুনা লৈজবী নুপীমচানি। অদুনবু মশক্-ফজে বীউটি কন্টেস্ট য়াউ, ভোৎ লেপ্পু, সিনেমা কুম্মু অমনা অমনা ইনশিনবদা ইতাউ-তাউবা পুকচেল অদুনা মীনা হায়বা ইল্লুবদগী ভোৎ লেপ্পু য়ারিবনি। অদুবু ইতাউ-তাউনা লৈজরম্বী মাগী থম্মোইদা নাহ্লোক্উ য়াদবা কোচি অমনা ইপন-পনবগুম্ ইবেমহলগী মবুং কৃষ্ণমোহোন্না মাগী নীংথিনা য়েক্লুবা মুর্তি অমগা কৃষ্ণমোহোনগী মুর্তিগা পুন্না খব্রাং য়েক্লগা করম্না মী উহন্দনা লোত্তুনা থনল্লিবা? মদুসু মাগী শোইনাইববা মখোঙদু মুর্তি চুন্না য়েক্লি। করম্না চুন্না ফজবা শক্তম্ অমা ইচম্ চন্না য়েক্পনি হায়বা য়াগনি। মনুংদা অর্থ য়ান্না লৈবা খুৎয়েক্লি। কৃষ্ণমোহোন্না মাবু পাম্জবা. নুংশিবা অমদি মাগী থম্মোইদা লৈবা তাই। অদো, মাদি মীমান্নদ্রবা হায়বা ফজদবা সমাজগী মিৎয়েং হম্বুনা থম্বা কাংলুপ্তা চল্লি, অদুগা করম্না ঐবু মানা? মদুবু মাগী মরাল্লা? ঐনা ইবেমহলগা মুর্তি অনীদু উরুবদগী বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা কায়নখিবা? মাসু ইমান্নবীনি মাগীসু মরাল লৈতে। মীনা লোত্তুনা থমজবা পোৎ ঐনা য়েংনীংলুবগী উরুবনি। ঐ নত্তবা কনাগুম্বী অমগী শক্তম য়েক্চবা ওইরম্লগদি ঐনা করিসু খল্লম্লোই, মাগী মরালসু থোইনা লৈতে খন্দুনা ইবেমহলখোইগীদা অয়েক্পা লাইদু লৌবা লাক্ই, জীপ অমদা মমান্নবী খরগা। মা লাক্পা উবদা ইবেমহল থোইনা হরাউজরে। মাগী ফুম্বংনরুরবা থম্মোইদু খর বাই শংজরে। কৃষ্ণমোহোন্না লাইদু পুথোরক্তুনা সুন্দরিগী মখুত্তা শিন্নরে। মাগী ফজরবা ফোটোদগী শিন্দোক্পা লাইদু উরগা মমান্নবীশিংদুনা "সুন্দরি নং শোয়দনা ভোৎ কারনি, নংগী ফোটোসিনা তাক্লে" হায়দুনা ঙাইহাক্ লাংলম্নগা ইবেমহলবুসু পুরগা চৎখ্রে। ভোৎসু কারে। অদুবু নহানগী মুর্তিদুগী মরমদদি ইবেমহলগা সুন্দরিগা করিগুম্বা বা অমত্তা হৌদোক্লদ্রে। কৃষ্ণমোহোন্নদি মখোয়না মানা লোত্তুনা থল্লিবা লাইদু উখ্রে হায়বা খংজদ্রি। নোংমা সুন্দরিনা ইবেমহলদা হংই — "ইবেমহল! নখোয়গী তাচৌগী খোঙ্সিবু লায়েংলগা ফগদ্রা? মসি লায়েংবদা পৈশা কয়াম্ চংগনি, নং খংব্রা? মাগী মতৌসি য়েংবদা য়ামনা

নুঙাইতে"। ইবেমহল বা অমত্তা খুমদনা মমিত্তা মপি ইরা চেল্লগা সুন্দরিগী ফজরবা মায়থোংদা মুন্না য়েংলগা মপি তারক্ই। সুন্দরি; — "ফরে, ঐ হংলরোই অদো, নং নংগী তাচৌদা মাগী লাইদো লোত্তুনা থম্বগী মহুত্তা ঐঙোন্দা পীরো ঐ থমজেরগে খর হায়নরো" হায়রম্লগা অমুক্ চৎলগে হায়রম্লগা চৎখ্রে।

ইবেমহল মা মশাগী বাখল খঞ্জববু ফংজদ্রে, মবুংগা সুন্দরিগী মরমদা অরেম্বদা অবাবা পোৎলুম্ পুদুনা পোৎথাফম্ খংদনা বাজরে। করম্না মাগী তাচৌনা লোত্তুনা কনা খংহন্দনা মীনা উখিনি লোৎচরিবা থবায় ওইজবিবা অয়েক্পা লাইদুবু সুন্দরিনা পীরো মা থমজরগে হায়রুদৌরি। থম্মোই কায়বা য়াবা লুর-লুরবা বা ঙাক্তা মাগী মফমদা হায়বীরম্মী। সুন্দবি চৎখ্রবা তুংদা কৃষ্ণমোহোন্না "ইবেম্মা। নংগী নমান্নবীদুবু ভোৎ কারব্রা হংজে"। "কারে তাচৌ"! "মাদি কৈদৌবা লাক্লম্মীবা"? "তাচৌদগী করিনো অমখক্তা নীবীয়্ হায়রম্মীবা"। "করিনোনে মানা পাম্লিববো"? "পোত্তুদি তাক্লমদে তাচৌনা পীনি পীরোই হায়বদু হান্না হায়রক্উ" হায়রম্মী। ইবেমহলগী বাদুদা কৃষ্ণমোহোনগী পূক্লিংদা ভাব তাদনা বাই অমুক্ চিলহনবীরে। অমগা অমগা ভাব ইতা তান্নবা ঙম্নদনা মতম খর অমুক্ হৌখ্রে। নোংমসু সুন্দবিনা ইবেমহলদা — "ইবেমহল নহাল ঐনা হায়বা বাদুবু নংবু হংবীরব্রা"? "ইবেম্মা! মীনা অদুক্ লুনা লোৎচরিবা পোত্তুবু করম্না নীদৌরিনো? ঐখোয় অনীনা হুরান্দুনা মপু তাক্তনা য়েংলুবগী উরুবনি। মানদি ঐখোয় অনী খংলম্লোই খঞ্জরিবনি, অদুগবু হায়"। সুন্দরিদু কৃষ্ণমোহোন্না থম্মোই শেংনা মাগী নীংথিবা শক্তম পামজনা য়েক্চরগা লোত্তুনা থম্লিবা অদুনা মাগী পূক্লিংবু পোৎথাফম খঙহনদ্রে। নুংতিগী ঙাইহাক্তবু কাংদনা মূর্তি অনীদুবু হেক্তা নীংশিংহল্লে। ভোৎ লোইরগা লৌশিন্দুনা থম্লিবা মাগী কৃষ্ণমোহোন্না য়েক্পা লাইদু উরুরগা মদুগী নাকন্দা নহান উখিবা কষ্ণমোহোনগী মূর্তিদু অমুক্তা য়েক্লবদি হায়বা বাখল অমা তপ্না তপ্না মাগী পূক্লিংদসু নামিবা নুংশিৎনা কালেনগী শারবা নুংশা খাংবদা লিরি-লিরিনা শিৎলক্পদা থম্মোইদা অয়িংবা ঙাইহাক ফাওরক্পগুম্ কৃষ্ণমোহোনগী বাখলদা মিৎকুপ্ খরগী মতমদি কাইথোক্চবা ফংজরে। মাগী বাখলদসু তপ্না-তপ্না কৃষ্ণমোহোন নাম্মা শোয়রবা মীনি হায়বসি কাউরক্পগুম মায়থোংতমক্ উরগা মখোঙ্গী শক্তম্ উরক্তরে। মসিনা অসুম্ অসুম্ নক্শিল্লক্তুনা মাগী বাখলদা কৃষ্ণমোহোনবু খ্বাইদগী ফজবা শক্ফম ওইনা উরক্পা মতমদা মমা-মপা, মবুং, লৈকায় অমদি সমাজসিনা করি ওইনা ঙাংনবীগনি? নুংশিবগী লংলা অমদি কৃষ্ণমোহোন্না লোন্না থমজরিবা মূর্তি অনীদুগা সুন্দরিগী য়ুম্দা থম্লিবা কৃষ্ণমোহোন্না থবায় তানা য়েকচখিবা মূর্তি অসিগা শম্নদুনা মরী অমদি শাগৎলক্লে। করম্বা মাগী যাদুনা অসিগুম্বা মরীগী থাক্শি য়ৌরক্লিবা! থেংখাং-

থেংখাং নাইনা তত্তনা বাংবা হেনগৎলক্লি। হে! কলাগী গুন নংসু নগুনদি লৈকো! কৃষ্ণমোহোন মচননুপী ইবেমহন্না মঙোন্দা তমখিবা সুন্দরিনা মঙোন্দা করিনো অমা পাম্মী, মদু পীগে পীরোই অমুক্তা হান্না হায়য়ু হায়রক্লিবা বাদুবু করি ওইরমগদবনো খল্লুবদা পুক্লিংদা নিংশা থীবা অমা পোক্লক্লে। মানা নুংত্তিগী তোয়না লাক্লিবসিনা করিগুম্বা শোয়দুনা মানা কনা খংহন্দনা লোৎতুনা থল্লিবা লাইদু উথোক্খরো ঐ হিংফম লৈতে খল্লক্ই। নোংমা লোথলিবা লাইদু লৌথোকলগা পাম্মু-পাম্মুনা সুন্দরিগী মূর্তিদু মুথৎলগা মাগী শকতমদুদং খাক্লগা মাগী হান্নগী মখোঙ্ নাম্মা শোয়বা মূর্তিদুদা হুপ্তিল্লগা য়েক্তুনা নীংথিনা অমুক্ থমখ্রে।

নোংমা সুন্দিরি ইবেমহলখোয়দা অয়ুক অমা লাক্ই। নুমিত্তো কৃষ্ণমোহোনসু লৈরমদে। মমাবোক্শু থবক্ অমা চৎখিদুনা মমাবোক্না ইবেম্হলদা ইবেম্মা। চাক্ খর থোংবীবম্উ হায়দুনা মানা কৃষ্ণমোহোনখোয়গী চাক্খুমদা চাক্ থোংদুনা লৈরম্মী। সুন্দবিনা ময়ুমদা হংলুবদা মমাবোক্খোয়গীদা চাক্ থোংলিবনি হায়বদুদা কৃষ্ণমোহোনখোযগীদা চংলক্লে। ইবেমহন্না কৌশিন্দুনা চাক্খুমদা মোরা অমা থাদুনা ফমহল্লে। ইমুংগী মী লৈতবা তাঞ্জা লৌরগা সুন্দবিনা হায়বক্ই — "ইবেম্হল! নহান ঐখোয় অনীনা য়েংখিবা নখোয়গী তাচৌনা য়েক্পা লাইদো অমুক্তা য়েংশিবা! ঐ য়াম্না য়েংনীই"। ইবেম্হল — "ঐখোয় অনীনা য়েংলিঙেদা তাচৌ লাকঅদি"? "লাকলগা ঐগা ঙাংনগে, করিগী মীগী ফোটোবু মপু তাক্তনা য়েক্লিবনো হংগে" হায়রগা নোক্ই। অসুন্না ইবেমহলসু থোঙগী শোদু থিবদা থেংনদুনা কৃষ্ণমোহোনগী লাই য়েক্ফমদা মখোয় অনী চংলক্ই। থুনা য়াংনা থোঙ্ হাংদোক্লগা পরপ্ পরপ্ মপু লাক্ত্রিঙেদা য়েংহৌসিকো হায়নৈ। ইবেমহল নহালগী লাই থমফমদা চংদুনা য়েংলুবদা লাইদু লৈরমদ্রে। হায়রক্ই — "সুন্দরি লাইদু লৈরমদ্রে। সুন্দরিদু ঙাইহাক্তং থরায় বাজে, কনাদা পীখ্রবা জাৎনো? ইবেমহল কোয়না কোয়না কাচিন কোয়াদা থিরকই। ও! অমদি সিদা উপশিল্লগা লৈরে ওইরম্লদি ফগনিদা। থাংগৎলগা য়েংলুবদি মবুংগী অশোয়বা মূর্তিদো মখোঙ নাম্মা শোইনাইববা মবুংগী অচুম্বা শক্ফমদু সুন্দরিগী শক্তম্ য়েক্লম্বা জগাদু শেংনা মচু অমনা শঙ্জিন্দুনা মশক্তু পুম্মাং ওইনা মাঙখ্রে। নুপীমচা অনীগী থম্মোইদা করি খল্লুরবনো মমিত্তা অনীমক্ পিরাং ইহৌরক্ই। ঙসিসু বা অমত্তা ঙাংনদনা অমুক্ লাইদু হান্নগী মফমদা থনম্লগা থোরক্লে। মখোয় অনীনা থোংদু শো লোল্লগা থোক্লক্লগা সুন্দরি থিন্দোরক্পদা মবুংদু থোঙ্গালদগী চংলক্ই। সুন্দরি উবদা লাক্অম্মীরো হংই। সুন্দরিদো কৃষ্ণমোহোম্বু হেন্না নুংশিরক্পগুম্ অমুক্সু শাউনীংবগুম্ মিৎলুদা ইরা চেল্লগা পুক্লীং য়াম্না শোম্বনা থোঙ্গাল য়ৌরদুনা ময়ুম মাইকৈ পাংখ্রে।

নাম্মা শোয়রবশিংগী পুক্নীংদা তত্তনা খল্লিবা সমাজসিবু কিজরিবা, খুদিংমক্তা নীংহন্নবগী ৱাখল ফাওরিবদু মাগী হোংদোক্ হোংজিন্ তোয়না তৌরিবা ৱাখলগী মমিদু মাগী য়েক্লিবা লাইদসু ফোংদোক্লুবনা অউবা কনাগী মফমদা মদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন অৱাবা পীবীরে। করিগীনো হংবসু য়াদবা, লুরবা তানফম্ অমদা মচননুপী ইবেমহল অমদি সুন্দরি অনীগী থম্মোইবুসু কৃষ্ণমোহোনগী ৱাখলগী মাইওন খুদিংনা চিংদুনা পুনীরে। মবুংনা মচন্দা হংই, "ইবেম্মা। নখোয়গী নমান্নবীদো কৈদৌবা লাক্লম্বনো"? ইবেম্হল— "খংদে, তাচৌনা য়েক্পা লাইদু পামজে, মানা নহান লাই অমা উখিবনি মদু য়েংগে হায়রম্মী, ঐনা তাচৌ লৈতবদুদা মশা লৈতবনিনা হায়বদগী চৎলগে হায়রম্লগা থোক্খ্রে" হায়। কৃষ্ণমোহোন করিনো মানা হায়রিবসিবো? ঐনা য়েক্পা মাগী ফোটো ঐগা পুনবদুবু মানা উখ্রবজাৎলা? মানা ঐখোয়গীদা হন্দক্ মরক্সি ইবেমহলগা তোয়না তোযনা লাক্পসিদা ঐ লৈত্রিঙৈদা ইবেমহন্না ইমাদগী শো লৌরগা থোং হাংদোক্লুনা থিদুনা উখ্রবজাৎলা? মা মচন নুপীদা হংগদবসু ইকায়রম্মী। অদুবু ইবেম্হন্না নহানসু তাচৌ নঙোন্দগী সুন্দরিনা করিনো অমত্তা নীজগে হায়বনি হায়খিবা! ঐঙোন্দগীবু মানা নীনিঙাই করিবু লৈবগে, মানা ফোটোদু উকব্দগী মদু পামদুনা হায়বা ওইরিগদ্রা? মদুসু মা মতোমতগী ফোটোসু নত্তে, ঐগী অমসু য়াওরি। অদুবু ঐনা থম্মোইদা নীংহন্নবা পোক্লক্তুনা করম্না অমুক্ মুথৎলুরিবা মা বুধি-লৌশিং ইফক্ ফকচিল্লি।

অসুন্না নোংমা-নীনী হৌখ্রে। সুন্দরি থম্মোই পুবা য়ারক্তদুনা কৃষ্ণমোহোনগী মফমদা চিঠি অমথক্ ইরম্মী।

দাদা।

দাদাগী নফমদা তোল্লবী নচন্না থম্মোইশেংনা করিগুম্বা ৱাহৈ খরদং ফোংদোক্চরি। নচনবু হুরানবী তৌঙম্বীনি হায়বীগনুকো। মপু তাক্তনা লোত্তুনা থমজবা পোৎশক্ অমা উরুব্দগী নচনগী থম্মোইদা পুঙমদ্রবা পোৎলুম্ অমা দাদানা হাপকৎপীরে। করিগীনো দাদাগী থম্মোইনা ৱাখল অদুক্ পীকপীরিববো? পুক্চেল্ খর চাউথোক্পীয়ু। ইবুংনা য়েক্পা উপু মরুম্গী লাইদুনা ইবুংনা নচলবু থৱায় তানা নুংশিবীরমগনি হায়না খঞ্জরুবনি। ঐদি পামজনা ফোটো জুরা অদুবু পুক্নিংদা মদুবু উরুবা নুমিত্তগী লাৎচবা হৌখ্রবনি। করিগীনো ইবুংনা ঐগী পামজনা য়েক্চরম্বা ফোটোবু মুথৎপীরগা ইবুংগী অশেংবা শক্তম্ অমনা মহৎ শীনবীরিববো? নীংথিজরবা ইবুংগী মরোল থোকচদ্রবা লাই অনীদুনা খৱাং লেপ্তুনা লৈবগী ফজবা শক্তম্বু মপুনি ঙম্মী হায়বগী মতাগুম্ অমুক্ হন্না মুথৎপীরগা অউবা কনাগী পুক্নীংবু খোইরাং খোইশাউনবা পীবীরিবা!

নচনগী পুক্নীংবু থম্মোই পাল্লমলোই নুংশি মশক্ খংলমলোই খনবীব্রা? নচন্দি মুর্তি অনীদুনা ঐগী থম্মোইবুসু জয় তৌবীখ্রবনি। ইবুংনা বারৌবীব্রোই হান্নগী মুর্তিদো লেংদনা অমুক্তা থম্বীয়ু পুম্নিগী ননাক্তা লেংদনা লৈজরগা মুর্তি অনীদো য়েংজগে। নচনগী নীংজববু লমলানবীনি খনবীগনু

লোইজরগে।

সুন্দরি।

ইবেমহলগী মফমদা লাক্তুনা মাগী চিঠিদু পীররে। ইবেমহল পুক্নীংদা হেন্না ৱাবা হৌরক্লে। খল্লক্‌ই, চুম্মীদনা মীনা হায়নবা "নুংশিনবা মমিৎ তাংই, শাগে-জাৎ কুচু খায়দে" হাযবা! অদুবু ঐগী ইবুংদি মীমান্নদ্রবনি সুন্দরিগী মমা-মপা, মবুং কৈরোয় লৈকায় অমদি সমাজসিনা করি খনবীগনি? মবুংগী মীচং লৈগদ্রা? থজদে, অদুদি কমদৌবা তাবা? মপুক্নীংদা খল্লি ঐবু চিঠিসিবু পীশিবা পীগুমশিরা? পীদ্রে সুন্দরিনা ৱাবৌদৌবি পীকবে মবুংগী ৱাখলদা লমফাংননা চৎখিদ্রা খঞ্জদুনা ৱাজবি। নোংমা মানা পুক্নীং খব নুঙাইবা নুমিৎ অমদা পীরগে খন্দুনা চেৎনা থমখরে। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈবক্‌ই।

নোংমা শিবরাত্রি নুমিত্তা মবুংনা মমান্নবা অমনীগা লোয়ননা তবলা অমগা হাবমনিযম্ অমগা লৌরুরগা নুমিদাংদা মহাদেব পুজা তৌগনি হায়দুনা লাংই। ইবেমহল সুন্দরিখোয়দা লাক্তুনা "সুন্দরি! হোরেন ঐখোয়গী তাচৌখোয়দা শিবরাত্রি লাই খুরুমদৌবি। অদো ঈশৈকা শক্তুনা তৌনি হায়দুনা লাংহৌরি নংশু লাকউদনা?" সুন্দরিসু — অদু, হোরেন থেংখ্রবদি কনানা থিনবীদোইবা?" "থিনবগী ৱাবু তাচৌনা মরাইনা থিঞ্জনি।" "অদো, ঐবু লৌবা লাকউ হায়রিরো?" "ফরেনে নং লাকঅগা ইমাদা হায়নরগা নখোয়দা ওইনা লেক্লসি।" ফরে, ফরে হায়নদুনা নুমিদাংৱাইদু ইবেমহল সুন্দরিখোইদা লাক্‌ই। মমানসু য়াবীদুনা য়াম্না চম্বা ফিজেৎতা কেনা ইবেমহলখোয়দা লাক্‌চরে। ইবেমহলখোয়গী য়ুম্ য়ৌরগা ইবেম্‌হন্না মফি-মরোল হোংদোক্‌হন্দুনা লাই-তিনগী পুজাগী পোৎলম্ লাংবা য়াওখরে। কৃষ্ণমোহোনগী পুক্নিংদা অপেনবা পোকচরে, মচনগা মানা পুক্নীংনা খোয়দাজবী অমগা পুন্না মাগী পুজাগী পোৎলম্ লাংবদুদা কয়াদি নুঙাইজরিবা। মমানা ওন্থোক্লসু ইংনা তপ্না ফজৈদা নুপীমচাশে! অসিবু ইচাগী ইমৌকা ওইদুনা য়ুমসিগী মৌকা ওইজরবদি পুক্নীংশি পেনখ্রনিদা খঞ্জে। থবক্ তৌনা তৌনা সুন্দরিনা শোম্থাংননা — "ইবেমহল নহানগী চিঠিদু পীখ্রব্রা?" "পীদ্রি ইবেম্মা! তাঞ্জা

ঙাইরিবনি, হোরেন পুজাগী মওং য়েংলগা নংসু সিদা অহীং লেকদৌরেদনা হয়েং অয়ুক নংনা পীরমবনি হায়রগা তপ্না ইংনা ওইনা পীরগে, খরসু খাংবা তম্মু কৈনো।"

অসুন্না পুজা হৌখ্রে, ঈশৈ মথং-মথং শক্লররক্রে। কৃষ্ণমোহোন্না মিরাগী ভজন অমা শক্পদু ফজমনবদুদা সুন্দরিদি মাগী মতৌদুদা অদুম হায়না শক্লক্কনি হায়বদি থাবু থাজরুদবনি। নোংমা মমান্নবী ইবেমহলনা হায়খিবা "ঐখোয়গী তাচৌশে ঈশৈ শক্পসু য়াম্না হৈ, ৱারেং, শৈরেং ইবসু হৈ, মানা হৈতবা লৈতে, অদুবু মীমান্নদবা মাগী অশোয়বা অমা লৈবসিনা ৱারীবু ইরবসু, ঈশৈবু শক্লবসু, শৈরেংবু ইরবসু অৱাবা নীংবা কায়বগী ঙাক্তা ওইনা তৌগল্লি হায়খিবা! মানা শক্পা ঈশৈ তারবদি নং য়ুমদকা হন্নীংলোই হায়খিবদো চাননা চুম্নরে। ওঙ্গোক্লা হৈনা গলা নান্না শক্তোরক্পদুদা সুন্দরি উংদুনা লৈখ্রে। অসুন্না ঈশৈ অহুম, মরি মথং-মথং শক্লক্পদু অমত্তা অশোয়বা য়াওদনা নুংশিনা অতাবগী থম্মোই পুম্বা শুমহৎখি। ঈশৈ-নোংমাই লোইদুনা লাংলম্বা, ঈশৈ তারম্বা ময়ামসু হন্নখ্রে। কৃষ্ণমোহোন চাইরিবা মযামদু লোইশিল্লি। ইবেমহল তারিবা চাইরিবা ময়ামদু মাসু খুন্দোক্পা য়াওই। সুন্দরিসু ফুক হৌগৎলক্তুনা পাংশিল্লি। কৃষ্ণমোহোন— "ইবেম্মা! বেটটরিসি ইমুংদা অমুক্তা থাংজিনসি খরা পায়রোলাউ।" সুন্দরি চংশিল্লক্তুনা " ঐ পায়গে" হায়দুনা নাকল অমদা মানা পায়রে, নাকল অমদা কৃষ্ণমোহোন্না পায়রগা মাগী লাই য়েক্ফম্ কা তানা পুশিল্লি। ওঙ্গোক্পনি, পোৎ থাংব্রা হায়রগা সুন্দরিগী মখোঙ্না কৃষ্ণমোহোনগী মখোঙ্দা চৎপদু বেটটরিদুনা খর লুম্বগা হঞ্জিন-হঞ্জিন অনীরক্ নেৎপীরুরে। পোৎতি মফমদা য়ৌদুনা মফম্ চানা থমলে। সুন্দরি কৃষ্ণমোহোনগী মখোঙ্দা নোঙ্গদুনা মখোঙ্ নেৎলুবগী লাইবক্ অনীরক্ কচৈ। কৃষ্ণমোহোন য়ারেদা, য়ারেদা হায়জে। মপুক্লীংদা "করিনো ঐগী খোঙসিবু ওঙ্গোক্লসু ৱাখংদবী হায়বদুনি, করম্না অমুক্তসু নত্তনা অনীরক্ হেক্ নেৎলুরিবা।" পুক্লীংদা হেন্না নুঙাইতবা পোক্খরে অসুন্না পোৎ-চৈ থাংজিনবা লোইদুনা ইবেম্হলগা সুন্দরিগা পুজা মফমদু ৱায়রম্ শিৎ নান্না তৈদুনা লোইশিল্লগা চাক্-ঈশিং চাদুনা তুম্নখ্রে।

নুরা পাখং অনীগী থম্মোই থম্মোইদা থোইনা হেন্না মথুম্ মরাং হৌখরে। পুক্লীং নুঙাইনা তুম্নখিবা মখোয় অনীগী মঙলান্দসু অমুক্ উনরুরে। সুন্দরিগী মঙলান্দা কৃষ্ণমোহোন অচিক্পা লমহাঙ অমদা মাগী লাই য়েক্লবগী কেনভাসতা মানা নহান চিঠিদা ফোংদোক্খিবা মখোয় অনীগী অপুনবা শক্তমদো য়েক্তুনা লৈবগুম্ উই। সুন্দরি তপ্না তপ্না চংশিন্দুনা কৃষ্ণমোহোনগী লাই য়েক্ফমদা য়ৌরক্রে। য়েক্লল্লিবা লাইদু উবদা পুক্লীংনা কয়াদা পেঞ্জরে। লাই য়েক্লিবা মশাদা অশোয়বা অমত্তা য়াওরমদে। সুন্দিরিনা কৃষ্ণমোহোনগী মুর্তি শোয়বা মখোঙদো করম্বনো হায়দুনা পায়রগা নাল্লগা

য়েংলম্মী। অশোয়বা অমত্তা য়াওদ্রে, ও! ঐনা নহানমখৈ মাদি মখোঙ নাম্মা শোয়রবনি, মীমান্নদ্রবনি খল্লুরিবসি লাল্লমলেদনা খঞ্জরগা নোঙ্গ্রুবদগী হৌগৎলকপদদি লাই য়েক্লিবা নিপাদো কৃষ্ণমোহোন ওইরমদ্রে। মমায়দা কৃষ্ণমোহোনগী মান্না য়েক্লবা গ্রোব উম্না ওইরম্লে। ঙাইহাক্কী মমাংদা পুক্নীং পেঞ্জনা মানা মুর্তি চুম্বা চুং-ফিরাল চাবা নুপা অমনি খঞ্জরুরগা অতোপ্পা মানা পামজদবা মাবু কোইতান তান্নরিবা মোচাগী মাইথোঙ্ ওঙ্খোরক্লবা। কিজদুনা মতুং হন্না য়েংল-য়েংলগা চেনবা হৌরক্লম্মী। মোচানা "সুন্দরি নং চেনবা য়ারোয় কৃষ্ণমোহোনগা নংগা নক্লবা মরী লৈনরে হায়বা ঐ খঙ্ই। নং ঐনা হায়বা য়াদ্রবদি নখোয়গী ইমুংগী, লৈকায়গী মীপুম্ খুদিংদা নংবু নাম্মা শোয়রবা কৃষ্ণমোহোনগা নক্লবা মরী লৈনৈ হাযদুনা লাউদুনা খংহনগনি" হায়রে। য়ান্না কিজনা-- "অদুদদি হায়বীগনু ঐ নংবু খুরুমজরি" হাযজে। "নংগী লৌনম বাহৈদু ঐ থাজদে, অশেংবা নং ঐঙোন্দা শোয়দনা লৈগনি হায়য়ু য়াদ্রবদি নংগী পামজবা মুর্তিসিসু শেগাইরগে হায়রগা ময়াইদা শেগাইবম্মী।" কপ্পা কপ্পা — "হে নুপা! নং য়াম্না ফত্তবা নুপানি, নংগী মপোক্ তরেৎলক্তসু ঐবু লৌবা ফংলোই খংব্রা? কৃষ্ণমোহোন্দি ঐগী নহান অমুক্কী মপোক্কী চান্নবনি, নংগুম্বনা ঐখোয় অনীগী মরী কৈদৌঙৈদসু থদৎপা ঙমলোই। নুপী ঐনা মাবু ঙাক্কনি হায়না থিনা চৈরম্মী।" অদুদগী মোচানা মাবু অদুদি-- "ঙসি নং ফাবা তারে" হায়দুনা তান্নরক্ই। সুন্দরি কন্না শ্বব থবেৎ-থবেৎ চৌঙ্রে, অদুবু খুদি থিদুনা তুশিল্লি। মতুংদা মোচানা নং লিৎফম্ লৈত্রেদো, নংনা লাউবদা তাবীনবা নংবু কনবীনবা কনাসু লৈত্রেদো হায়বক্ই। মদুদা সুন্দবি লাপ্পা কৃষ্ণমোহোন্দু মখোঙ্ শেক্লা শেক্লা চৎপা উই। হো। দাদা। হো! দাদা! হায়না কন্না কন্না কৌরক্পদা তাইবংদা মখোল থোক্লক্তুনা ইবেমহন্না — "সুন্দবি! সুন্দবি! তারিব্রা নংবো? করিগীনো অদুক্ কন্না কন্না লাউরিববো?" মিৎকপ থোরক্পদা মপি শিঙ্গদুনা লৈরম্লে, মবুক্ পেন্না কপচরে। ওঙ্খোক্পা মঙলান হায়বদুনি। মঙদু মঙফাওনবক্লবদা মা কৃষ্ণমোহোনবু হেন্না নুংশিবা পোক্লকখি। মানা মঙ্দা লাউবদু কৃষ্ণমোহোন্না তাবগুম্ তৌদুনা মাগী মাইকৈদা য়েংখিবা উথ্রবনি, অদুবু ইবেমহন্না হৌদোরক্পদগী কৃষ্ণমোহোন্না মদুগী মতুংদা মাগীদমক্ নুপাদুগা করম্না লম্বা পানবা য়েংনীংলম্বনি। অদুবু মঙ্দু মখা তানা মঙ্বদি য়াররোই। মা ওঙ্খোক্লা নুঙাইজরমদে। অসুন্না পুক্নীং য়াম্না নুংশিনা মঙ্খিবা মঙলান্দুগী মরমদা অমুক্ হন্না নীংশিংলক্ই। অমুক্ তুমথবদি য়াদ্রে, পুক্নীংদা অসুম্ খন্দুনা লৈরে- তোপ্লিদা নুপীগী মপোক্ মানা মনীং মখা তৌদুনা কৃষ্ণমোহোনগা মাগা লুহোংদবা য়ারোই হায়দুনা মমা-মপাদা নীঙাই তৌরবসু মমা মপানদি য়ারোইদৌরি। করম্বা লৌশিং জ্যান শীজিন্নদুনা মানা কৃষ্ণমোহোনগা থুংননবা লম্বী শিনগনি?

অসুম্ খল্লিঙৈদা নোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্তুনা উচেক্ বায়া খোংবা হৌরক্লে। মানা ইবেমহল হৌদোক্লগা মাগী নীঙমদ্রবা মঙলানদুগী মরমদা অমত্তা চিখদনা তমজে। ইবেমহন– "নংনা পংখলদা খল্লগা তুম্বদুদা মঙলিবনি, মঙ্ হায়বসিদি তুম্লমদাইদা থবায় য়াওনবু খল্লুরবা মদুগী মবমদা মঙবা শোয়দ্রবনি" হায়রগা থেমজিল্লি। নোংঙাল্লে, মফি-মরোল হোংদোক্তুনা ময়ুমদা চৎননবা লোইশিল্লি। অসুম্না মখোঙ্ লুম্না থাংদুনা ময়ুম্ য়ৌরক্লে।

কৃষ্ণমোহোন লাইয়েক্পা য়াম্না হৈ, অরাপ্পা অচৌবা সহরদা চত্তুনা মমিং লৈবা, মশক্ নাইবা লাইযেক্পগী স্কুল কলেজদা তমদুনা অৱাংবা থাক্কী ত্রেনীং ফংলুদ্রগসু মনিপুবগী ওইবা সারটিফিকেৎ খরদি পাযজরে। গুৱাহাটিদা লাইয়েক্পশিংগী নোর্থ ইস্টকী এক্সিবিসন অমা শিনখি মদুদা মাসু য়াওরুবদা মানা ফার্স্ট প্রাইজ ফংদুনা লুপা লিশিং তবাগা সাইটেসন অমগা ফজরবা সিল অমসু ফংলকখি। মাগী লাইয়েক্ উবদা ডাঃ দেবনাথ বারুৱা কৌবা অফাওবা অসামগী আর্টিস অমনা মাগীদা স্টাইপেন থাদা লুপা লিশিং মঙা পীরগা লাইয়েক্পা চহী অনীগী কোর্স অমা য়াওননবা চিঠি অমা লাক্খি। মদু ফংবদা হরাউজদুনা মমাদা মতম খরদি গুৱাহাটিদা লৈরুরগে, অদুগা মাগী স্টাইপেনসু চাং নাইনা থারক্কে হায়জরম্মী। মমানসু য়াবীদুনা গুৱাহাটিগীদমক্ ইম্ফাল থাদোক্খ্রে। চিঠিনগা খরা থেংবা মতমদা ফংবা ওইবগা থুনা চৎপা তাদুনা মচননুপী ইবেমহল অমদি সুন্দবিগা পুকমেন পাউমেন্নবা মতম্ ফংখিদে। মতমদু মচননুপী ইবেমহল অমদি সুন্দরি টুৱেলফ্ পরিক্ষা থাগদবগী লাংলিঙৈ ওইবগা সুন্দবিদু মখোয়গীদা কয়া তোয়নসু লাক্খিদে।

অসুম্না কৃষ্ণমোহোন গুৱাহাটিগী ওজা ডাঃ দেবনাথ বারুৱাগী মখাদা ডাঃ দেবনাথ বারুৱাগী মপাগী মিংদা লিংখৎপা আর্ট কলেজ "দেবসিস বারুৱা আর্ট কলেজগী" হোস্টেলদা লৈদুনা ত্রেনীং য়াওদুনা নোর্থ ইস্টকী তোঙান তোঙানবা স্টেট তবেৎতগী লাক্পা ছাত্র ১৫ রোমগা শক্খঙ্ মাযখংনদুনা, অনৌবা মকপ্ তিন্নবগী তোঙানবা মহাউ ফংজরে। লাই য়েক্পা লাক্লিবা পুন্নমক্লা কৃষ্ণমোহোনগী হোৎনবা কনবা, পোৎথাদনা মূর্তি অমত্তা য়েংদনা ভাবনা শারগা ফজ-ফজনা য়েকথোক্পা ঙম্বগী গুন্দ উরগা কল্লক্তবা ঙমদে। মাবু পুন্নমক্লা নোংমদি শোয়দনা ফাওগনি হায়বসি থাজজে। মখোয়না খল্লি, নোর্থ ইস্টা মনিপুরি হায়বা জাতিশিগী তোঙানবা মগুন অমমম্দি জগোইদবু ওইরে, ঈশৈদবু ওইরে, শান্নবদা, মহৈ-মশিংদা ডাক্তরগী শিনফমদা, যেক্পা খোৎপা, মূর্তি শাবা, ফিরোলদা ময়েক্ হাপ্পা, তোপ-তোপ্পা গুন অমদি তোঙান্না লংনা চোংথোক্তুনা তাবগুম্ উবা অমদি য়াওবদুদা পুক্লিংদা কল্লক্পা পোক্চৈ। কল্লক্উদুনা

কৈদৌনি, মীবু মীনা হেনবা হায়বসিদি মসিবু তুংশিন্দুনা থমলিবা লৌশিংগী পুক্কে কোক্সিদা লোইনমক্ যাওবক্পা ঈশ্বরগী পীনবক্পা পোক্পদা য়াওজবক্পা পোথোক্লি, হেক্তা তানগে ফংবা নত্তে, ঈদা, তোংশাদা, শরুদা, হকচাংগী শিংলিগী ঈচেল থুংনা য়াওখ্রবা মগুন্নি।

শোমদা সুন্দবি টুৰেলফ পবিক্ষা লোইবে। নোংমা ইবেমহলখোয়দা লাক্ই। কৃষ্ণমোহোনখোযগী যুমসু, মাগী লাইয়েক্ফম্ কাসু শো লোন্দুনা লৈবদু উবদা পুক্নীং ইনুং-নুঙাইজদে। ইবেমহল লৈবমদুনা উনরে, কৃষ্ণমোহোনগী মবমদা লোইনমক্ তমদুনা মাসু তাবে। ও! মা মী অমদি শোযদনা ওইবগনি। থাদা লুপা লিশিং মঙা ফংদুনা মাগী বীদ্যাদা মখা তানা তমথবা ফংলবা। মাগী পুক্নিংদা মাগী মমাগা বাবাগদা হায়নবগা মাগী টুৰেলফ পবিক্ষা ঙম্লবদি গুৱাহাটিদা তমগে খল্লে। পাম্মুবগী মশক্ উদ্রগসু মাগী তুংগী ফগদবা লম্বীদা চংসিনখিবনি খল্লগা যুমদা হল্লক্লে। মমাদা- 'ইমা ঐ হন্দক্ টুৰেলফ্ পবিক্ষা পাশ তৌবগা গুৱাহাটিদা তল্লগে, ঐগী ইমান্নবী অমসু তমগদৌবি হাযরুবে। মমানা পবিক্ষা হাযদোক্লগা কোন্না খন্নশি হাযবে। মমান্নবী কনাদা হৌবগা যাবক্কদগে খন্দুনা মমান্নবীশিংগী মযুমদা চত্তুনা গুবাহাটিদা তম্নবা ঙাংনবা হৌবস্মী।

শোমদা ইবেমহল্ নোংমা সুন্দবিনা মঙোন্দা মবুংদা পীযু হাযনা পীবম্বা চিঠিদু মবুংনা চংলমদাইগী ইবাং লাংবগা, মাগী টুৰেলফকী পবিক্ষাগা লৈখিবগা পীবা ঙমহৌদনা মাগী মনাক্তা লৈহৌবে। নোংমা মানা মবুংদা চিঠিদু মবুংগী এড্রেস "দেবসিস বাক্বা আর্ট কলেজ" গুৱাহাটি- ১২ বাজগব বোট, ভাঙ্গাঘব অসামগী এড্রেসতা থাগ্রে। মবুংনা চিঠিদু পাক্বগা সুন্দবিনা মাগী মফমদা থল্লিবা থাজবশিংদু খল্লুবগা সুন্দবিবু হেন্না হেন্না নুংশিবক্তনা সুন্দবিগী অয়েক্পা তোঙান-তোঙানবা মানা উখিবা, ফমদুনা ঈশে তাবা, ৰাই-তৈবা, থোংগালদা নীঙমদনা হনখিবা, মখোয অনীগী অয়েক্পা মূর্তি য়েংলগা মপী তাবা, পুন্নমক্ মাগী কাদা য়েক্লগা নম্বর থা-থাদুনা থমজবে। মীবম্দা লৈববনিনা মাগী শক্তমশিংদু মপুক্নিং পেন্না যেক্চবদা যেৎপীনবা কনাসু লৈত্রে। মাগী অয়েক্পা লাইশিংদু তোঙান-তোঙানবা স্টেটতগী লাক্লিবা মরুপ্-মপাংশিংনা উরগা নীপাসিদি মাগী থম্মোইগী অনীংবা পুন্নমক্ মশীং শুনা ফোংদোক্তুনা উৎপা ঙম্বা কলাকারনি, মাগী নুংশিবী অমদি শোয়দনা লৈবেদনা খন্নে। অদু নৎত্রগদি মানা অসুক্ থৱায় য়াওনা লাইশিংসি য়েক্লমলোই। মানা যেক্লিবা লাইশিংসি তোঙানবা গেলরি অমা শেম্ববু য়ারগনি। হৌজিক্সু মা য়েক্পা লেপত্রি, মদুগীদমক্ পৈশা তিংবা পাম্মুদ্রি।

শোমদা সুন্দরি, মমান্নবী অমত্তা গুৱাহাটিদা তমশি হায়বদা য়ারক্তবদুদা পুক্নীং নুংশিরক্লে। মমাগা মাগী পাবুংনেদি বীঃ এঃ লোইরগা চৎলু হৌজিক্তি ফরক্ তাগনি,

বীঃ এঃ লোয়রগা বেঙ্গলরদা থাবীগে হায়রে। অসুন্না মাসু জি. পি. কলেজদা মমান্নবী ইবেমহলগা পুন্না মিং চন্দুনা বীঃ এঃদা তন্নে। অদুবু মাগী বাখলদা গুবাহাটিদা অমুক্তং চৎলগা কৃষ্ণমোহোন উন্নবা ফংলবদি হায়বা বাখলদা মতম্ শাংনা লাইনীং ওইজরক্ই। নোংমা সুন্দরি মমান্নবী ইবেমহলগী মনাক্তা লাক্লগা; য়েংউ ইবেমহল নহান নখোয়গী তাচৌনা য়েক্লম্বা ঐখোয অনীগী শক্তম্ পুন্না য়েক্লম্বদগী ঐগী মুথৎখ্রগা মাগী অশেংবা মুর্তিতমক্ ঙায়হৌরবা অয়েকপা লাইদো লৈব্রা য়েংশি। মদু লৈরম্লবদি নং মদুমদি ঐঙোন্দা পীরো; ঐগী পুক্নীংশে লৈতাফম খংদ্রে"। অদো ইমাবোক্তগী শো অমুক্তং হংলগা থিশি হায়রে। মমাবোক্তা হংবদা শোদুবু ঐবু মফম খংদ্রে নংগী তাচৌদু হন্দক্ নীঙোল চাক্কৌবদা থোক্লক্কনি হায়বনি. থামুক্তসু ঙাইরে হায়বদগী সুন্দরি মথৱায় ইনুং নুঙাইতনা অমুক্ হনখ্রে। অশোমদা মেবা থা চংলকপদা ডুর্গা পুজা মনুংদা অসামিশিং, বঙ্গালিশিংনা মাগী মাগী মরী-মতা, মচা-মশুশিংগী ফি-রোল অহনবা কয়া লৈদুনা শেৎ-ইন্নে, পীনৈ। মখোয়গীদি ডুর্গা পুজাশি অচৌবা কুম্মৈ অমনি, ঐখোয়গী নিঙোল চাক্কৌবগা মান্নৈ। লৈমিন্নরিবা মমান্নবশিংদুগী মরক্তা অসামি মচা বঙ্গালি মচা য়াওরিবশিংদুগা লোয়ননা দুকান্দা পোৎ-চৈ, ফিরোল লৈবা চৎলি। কৃষ্ণমোহোন্ মমাগী ফি অমদি লৈবীগে খন্দুনা নুপীনা ইন্নবা শ্বাল অমা লৈজরে। মচন নুপী ইবেমহলগী অমুক্ খল্লক্লে, নীঙোল চাক্কৌবা নকশিল্লক্পসি মচনশিংনা মবুংশিংদগী করম্বা করি 'আশাবু তৌবগে হাযবসি মবুংশিংসু ভাব তানৈ। পোৎ-মচা-মশু অমত্তং মচন-মচেগীনি তমজবদা মচল ওইবী মচে ওইবীসিংনা কয়াদা হৱাউজবা। পোকমিন্নবা মচনমক লৈত্রগসু কৃষ্ণমোহোন ইবেমহলসি মখুবাগী মচা ওইজরগসু পোকমিন্নবদগী হেল্লিবীনি, মরুপ্সুনি, মাগীদমক্ মমিত্তা মপি তানা ৱাজরী; অমরোমদা মাগী পুক্নীংনা খোয়দাজবী সুন্দরিগী লুনা তিন্নজবী মকম্লি। মাগী থম্মোইগী অৱাবদা তত্তনা মচন্না শরুক্ য়াবীরি। নুঙাইবদসু মতেং পাংবীরি। খল্লি, ইচনগী করি লৈশিগে? কোয়না কোয়না য়েংবা য়াবা থিবা য়াবা কয়া দুকানশিংদা থিদুনা হঞ্জিল হঞ্জিল খল্লবা তুংদা খনফম খংলক্লবদা অসামি নুপীশিংগী মুগাগী মেঘলা ফনেক্লম্না শেৎপা য়াবা অমা লৈবীবগে হায়দুনা মমল হংজরে। ফি-য়োল্লিবা নিপা দুনা নংগী নচল অমত্তরা নংগী বীবীগীদি লৈবীরোইদ্রা? মা ঙাইহাক্তং ফুম্বংনৈ ঐবু অনী লৈরশিরা? সুন্দরিগী শক্তমদো মমাংদা নুপাদুগী ৱাহংদুনা মমিত্তা নীংবা কায়রবা ওইনবগী, মাবু ৱারৌবগী শক্ফমদা চোংথোরক্লুনা লেপ্লরে, হংবগুম্ তৌরে, মানা য়ুমদা থোরকপগী য়ুম য়ৌদ্রিঙৈ, হৱাগাড়ী থাফমদগী খরা লাপ্তক্লা খোঙনাং মখোংদা গাড়ী অরাকপা খুদিংদা মা য়াওরক্প্রা য়েংজবগুম্ ঙাইরিবা সুন্দরিগী শক্তম্। ফরে, ভৈয়া! অনীসুনবা য়োম্বীরো হায়রগা অনীগী পৈশা পীজরে। পোৎ-চৈ লৈবা লোইদুনা অমুক্ মখোয়গী হোস্টেলদা হল্লক্লে। থুনমক্ মফি-মরোল হোংদোক্পা নংদনা

মাগী থম্মোইদা ঙসাই দুকান্দারদুনা নংগী নচল অমত্তরা নংগী বীবীগীদি লৈবীরোইদরা হায়বা বাহংদুদা চোংথোরক্‌খিবা সুন্দরিনা থাপুক্লা খোংনাং মখোংদা গাড়ী অরাক্‌পা খুদিংগী চেপথ-চেপথ য়েংবগুম্ মাগী পুক্লিংদা ফাওখিবা শক্তমদো পুক্লিংদগী মমি মুথখিদ্রিঙৈদা মাগী কেনভাস পুথোক্নুনা য়েক্‌পা হৌখ্রে। ও! ওহ্লোক্‌পা হায়বদুনি, পামজবা বাখল পুক্লিংগী মায়ওন লাই-যেক্‌পা অশেংবা আর্টিসকী থম্মোইদা কয়াদা থুনা মমি তারুদুনা খুদক্তা য়েক্লিংবা ফাওরক্লিবা। পুক্লিংগী ইথিলদুবু মাংহন্জনীংদে মঙলান অমদা তাউরগা তুরিদা হৈ-শিংনা য়েক্‌পা অমুক্ হৌরক্লে। অসুন্না তৌরমগদ্রা? কবিতা ইবদা পামজবা, বারেং ইবদা ঙাওজবা সাহিত্যকারশিংগী মফমদসু? পুংজা মিৎকুপ কয়া হৌখিবা পাম্মুদনা সুন্দিরিগী শক্‌ফম্ অমা ইকায়রপ তৌবা মায়থোংদা অবাং বীঃওঃসিগী খোংনাং অমগী মরুমদগী গাড়ীদগী কুমথরক্‌পা খুদিং চেপথ-চেফথ য়েংজবগী মওংদা কয়াদা মান্না ফজনা য়েক্‌চরে। মদুবু অউবসিংদা মানা মনুংগী অর্থ-শেংনা হনবীদ্রগদি কনানসু ভাব তাবা ঙমগনি থাজদে। চুমই, অঙাওবনি হায়বা লাইয়েক্‌পা, ঈশৈ শকপা কবিতা ইবা, বারী ইবা পুন্নমক্ অঙাওবনি, কপ্নিংলগা পংকপ্তা কপচবা, নোক্লিংলগা নোক্‌চবা, শাওনীংলগা শাওজবা. মানা যেক্লিবা লাইগা মতোমতা বারী শারগা নুংঙাইজে। মানা শক্লিবা ঈশৈদা নুংশিবীগা বারী শানরি-মমাংদা ফম্নগা ঈশৈ তাবি খঞে। বারী ইবসু, শৈরেং ইবসু অদুমঙাই মাগী মাগী বারীগী হেরোদুগা বাবীশানে, লমজেল চেল্লি, মাংজোং চোংই, ইরোইদুনা শান্নে, অবাংবা উতোন্দা কাখথলি, য়েংই, লোইনমক্ উবা ঙম্বা, হেন্না বাংবা চীংদোল কানীংলকই, মাগী চান্নবীগী খুজেং পায়দুনা চৎমিন্ননীংলক্‌ই। মসিবু ঙাওদ্রিব্রা, হায়য়ু?

চেনখৎলক্লি কৃষ্ণমোহোনগী নুংশিগী ইচেল, পম্বুংফম থিরক্লি, পল্লেপফমদি খংদে, কদায় তানা চেনগদৌরি? কয়াম্ বাংনা কাখৎলক্লদৌরি? মতোল লোম্বা ঙমগদৌরিব্রা? অনীংবা অমনা মপা চুম্না পুবীরগদি লম্বীদা অথিংবা য়াওবীদ্রগদি শোয়দনা পম্বুংফমদি য়ৌবসু য়ায়। ইচেলদা তাউজবা কাউশিংনা ইচেলগী মাইওন চুম্না তাউজবা ফংদুনা শাংলবা ঈচেলগী তাংকক্ কয়া লানথোক্‌চরক্‌লগা চাউনা থিংবা দাম অমা লৈরম্বদা ঈশিংনা মখাদা লিত্তুনা চৎখ্রগা কাউশিংনা লুপথবা ঙমদদুনা ইমাইদা কোঙ্গোলগা তাউদুনা পন্দুনা লৈরম্বদগী অকনবা ঈরৈ অমা লাক্তুনা কাউশিংদুবু পুরা ঈরোম্নুংদা লৈশিন্দুনা পুশিল্লগা দামদুবু লাম্থোকচরক্‌পদা কাউশিংনা কয়াগী মতিক হরাউজবা কনাগী বাখন্না লামদুনা শান্নরুগদগে? কৃষ্ণমোহোনগী কাউশিংগুম্না অয়াংবা ঈচেল অমদা তাউদুনা লমথুংফম্ থিরক্লিবা লম্বীদসু অসিগুম্বা চাউরবা দামগুম্বা পল কয়া মায়োক্নরি।

নোংমা জপানগী ওসাকাদগী অফাউবা আর্টিস্ট লাইয়েক্পা- 'নকাজিমা ওদানো' কৌবা অমা দেবসিস বারুবা আর্ট কলেজগী লাইয়েক্পগী সেমিনার কম্ এক্সিবীসন অমা য়াওবা লাক্ই। আর্ট গেলরিগী অয়েক্পা লাই ময়াম অমা মথং-মথং য়েংলম্মী। লাই ময়াম্ মরক্তা কৃষ্ণমোহোন্না য়েক্পা লাই সুন্দরিগী শক্তম্ খরসু য়াওরিব্বান্না মুন্না থবায় য়াওনা য়েংই। য়েংলবা তুংদা আটিস্টর্তু মশক্ য়েংগে হায়রক্ই। ওজা দেবনাথ বরুবানা কৃষ্ণমোহোনবু মশক্ তাক্ই। মনিপুরি মচা-জাপানিজশিংগা শক্ চুদা য়াম্না মান্নবা অমনা য়েক্লিবা লাইশিংদুদা তোপ-তোপ্না মশক্ অমা উবদুদা নংগী কা কদাইদনো হায়রগা তোঙান্না কৃষ্ণমোহোনবু মাগী কাদা পুরক্লে। হেক্ চংলক্পগা মানা নহাল লম্বীদা বাখল অমা ফাওরক্তুনা মফি হোংদোক্পা নংদনা য়েকখিবা লাইদু কেনভাসতা য়েক্পা লোইশিল্লগা লৌথোক্তনা থম্লিবা সুন্দরিগী অয়েক্পা শক্ফমদো উরুবদা জপান্দগী লাক্পা আর্টিস্ট 'নকাজিমা ওদানো'গী পুক্নীং পুরা শুমহৎখ্রে। কৃষ্ণমোহোনবু থাগত্তুনা চেৎনা কোনবিরম্মী। অদুগা লাইদু মঙোন্দা পীরো, মা জপান্দা পুরগে মাগী গেলরিদা থম্লুনবা হায়রম্মী। কৃষ্ণমোহোন মাগী থবায় তানা য়েক্চবা মথবায়মক্ লাইদুগী মনুংদা চংখ্রে খঞ্জবিবা লাইদু নীবক্পদা থম্মোইদা হায়নীংঙাই লৈতনা বাজরম্মী, মাগী পুক্লিংনা কপ্পম্মী। মাগী পুক্লিংদা পীনীংদবা লৈবগসু লাপ্না অতোপ্পা চাউখৎলবা জপান লৈবাক্তগী অফাওবা আর্টিস্ট অমনা নীবদা কবম্না পীবোই হায়গনি। হোয় হায়না য়াথোকখ্রে। জপান্দগী লাক্পা 'নকাজিমা ওদানো' হরাউজবে। নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা চৎকদবনি, নঙ নীংথিনা পেক্ তৌবীবো নঙবু ঐনা জাপান্দা চহী অমগী থবক্ (লাইয়েক্পগী) পীগনি থাদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- দি ফংগনি হায়বীরে। অদুবু কৃষ্ণমোহোন মাগী কলাদা মীনম্নীংবা বাখল ফাওরক্লে। মানা য়েক্লিবা লাইসিদি মা পীনীংদ্রে, মদুগী মহুত্তা অমা শিন্দোক্লগা ওইনা পীগে খল্লে। চপ মান্নবা অমা য়েক্পা হৌরে; অহীং-নুংথিল লেপ্তুনা য়েক্তুনা লোইজরে। মানা মদু নীংথিনা পেক্ তৌরে। মাগী হান্নগী লাইদুদি লোত্তুনা মী উহন্দ্রে। জপান্দগী নকাজিমা ওদানো হবাউনা লাইদু পুদুনা জপান্দা য়ৌখ্রে। জপানগী ওসাকাগী মাগী লমদমদা মানা পুরক্লিবা লাইদু চাউরবা ফংসন অমদা হাংদোক্তুনা উৎপা মতমদদি ওদানোগী থম্মোইদা য়াম্না নীংবা কায়খি। মরমদি মানা পুরক্লিবা কৃষ্ণমোহোন্না য়েক্লিবা লাইদু মানা উবদা পুক্নীং শুমহৎখিবা লাইদু ওইরমদ্রে। মা ইকাই-নুংশি য়ান্নখি। থুনমক্ মানা প্রিনসিপাল ডাঃ দেবনর্থ বারুবাদা খংহল্লকখি, মদুদি মাগী ছাত্র কৃষ্ণমোহোন্না ওদানোদা মাগী নহান য়েংখিবা অয়েকপা লাইদু নত্তবা দুপ্লিকেৎ হায়বদি নৌনা য়েক্থোক্পা লাই ওইনা পেক্ তৌরম্লে। নকাজিমা ওদানো অচম্বা আর্টিস্টনত্তে, মঙোন্দা পৃথিবীগী মনা-মথুম, চাউনা ফংলবা লাই য়েকপগী থাক্তা য়াম্না বাংলবা খঙ্ হৈরবা, মনুঙ্-কাচিন-কোয়া য়ৌনা উবা ঙম্লবা নিপা অমনি।

মানা কৃষ্ণমোহোনবু হেন্না নুংশিকবগী মবমদি — শক্তা চুদা জপানগা য়াম্না মান্নবা মনিপুবি মচা অমনা অঙকপা থাক যৌনা লাই যেক্লম্বদুনি। ওজা “দেবসিস বাক্সবা আর্ট কলেজগী প্রিনসিপাল ডাঃ দেবনাথ বাক্সবানা কৃষ্ণমোহোনবু কৌশিল্লগা মানা তৌখিবা অবানবা থবক্ অদু কবিগীদমক্ তৌখিবনো হায়না হংবদা কৃষ্ণমোহোন ইকায়বনা মমায থমফম্ লৈখিদে। মাগী ওজাবু খুকমজবগা মাগী পঙলবা মপুং ফাদ্রিবা বাখলবু ঙাকপিযু— ঐনা নকাজিমা ওদোনোবু ইচম-চম্বা মী অমা ওইনা উকবদগী ঐগী অযেক্পা লাইশি যাম্না থবায তানা যেক্‌খিবদুদা পুন্সিগী ইনাক্তা থমজনীংদুনা পীহৌদবনি। ঐ মাগী এদ্রেসতা থুনমক লাইশি থাজবগে হাযদুনা পেক্ তৌবগা থাখ্রে।

মবক অসিদা অনৌবা অঙকপা থৌদোক্ অমসু থোক্রে। হৌখিবা মি নকাজিমা ওদানোনা কৃষ্ণমোহোনগী অযেকপা লাই উবগা পুক্নীং শুমহৎখিবগুম্ সোমদা অসামগী সোসিএল ৱেলফিযাব মিনিস্টৰ শ্বর্নলাটা মোহন্টগী মচানুপী কল্পনা মোহন্টা মমাগা লোইননা ফংসন্দু যাওবম্মী। মাসু লাই যেক্পা যাম্না পামজবী নুপীমচা ওইবমলে। মাসু কৃষ্ণমোহোনগী অযেক্পা লাইশিংদুদা থোইনা ঙাওজববে মমাদা কৃষ্ণমোহোনগা অমুক্তা উনবগা বাবী শাকসি হাযদুনা নোংমা লল্লম্মী। কৃষ্ণমোহোন নস্বস্টে হাযদুনা মিনিস্টৰ অমদি মচানুপীবু তবাম্না ওকই। কল্পনা মহন্টা মহাক্ মশাগী মুর্তি অমত্তা যেক্পীযু মদুগী কযানো অথোক্পা মমলদো পীজগে হাযবম্মী। কনাগুম্বী অমনা পামজনা থিবক্লগ মাগী মুর্তি যেকপীযু হাযববিনদু তবইনা লৌকবা যাদ্রি। মাগী থম্মোইদা কৃষ্ণমোহোন্দগী কবিগুম্বা চাংযেং খব তৌশ পাম্বা মাল্লি। অদুগী মথক্তা মা মশাসু লাইযেকপগী লমদা দিগ্রি পাযববীনি। নুপীমচাদু মাগী লাই যেক্পগী দিগ্রিগী মতাংদদি কৃষ্ণমোহোন্দা তাকথোক্লে। কৃষ্ণমোহোন্না লাইসি চুম্না ফোটোদগী শিন্দোকড্রা, নৎত্রগা ঐবু শোমগী শক্‌ফমসি ঐগী চানগদবা মওংদা যেংলগা যেকচৌ হাযব্রা হংজে। নুপীমচাসি সুন্দিবিগী হেক মথংদা কৃষ্ণমোহোনগী বাখলগা চান্নজবী শক্‌ফম্ ওইনসু তৌবে। চীং-লেম্না অসামিগী কস্টমগী চৎনবীগী ফিজোল শেৎলি। য়েংবদা ওম্ভোক্লা পুক্লিংদা অপেনবা অমা কৃষ্ণমোহোনগী থম্মোইদা ফাওবকই। মদুনা সুন্দবিগী নুংশিবা শক্তমবু ঙাইগাক্ কাউথোক্পা ঙস্বগী পাংঙ্গল খবসু হাপ্পীবে। কৃষ্ণমোহোন্ কল্পনানা মামা মিনিস্টবগা লোযননা চৎখ্রবা তুংদা মাগী বাখলগী কেনভাসতা কল্পনা মহন্টগী শক্তমগী মমি অমুক্ তাদুনা লৈহৌবে। যেক্পা হৌবে। কল্পনানা মমাগা লোয়ননা লাক্লগা কৃষ্ণমোহোন্দা ইকাযবপ তৌনা মাগী লাই য়েক্পীয়ু হায়দুনা চৌকিদা ফমদুনা মঙোন্দা যেংলক্‌খিবা মিৎযেং, পোজ অদুগী মুর্তিদু ভাবনা লামদুনা থবায তানা যেক্লক্লে। মানা থবায তানা যেকপা লোইবকপা মতমদা কল্পনাগা হাযনখিবা নুমিৎ, পুংফম যৌবক্লবা ফাওবদা মমা-মচা লাক্লে।

মাগী বাখলদা চাক্কৌবগী য়ুমদা থোক্পগী মতমসু য়ৌরক্লে। লাকমন্ত্রবা অদুদদি য়েক্পা লোইরবা কল্পনাগী মুর্তিদু নীংথিনা ফি অমনা কুপ্তুনা থমখ্রে। মা য়ুমদা থোক্লবা থৌরাং তৌদুনা মপোৎ-মচৈ পুন্নমক্ ইয়ারবেক্ অমদা হাপচিল্লগা লৈরে। নোংমা কৃষ্ণমোহোনগী য়ুমদা সুন্দরি অমুক লাক্তুনা মানা কন্না তক্পদগী ইবেমহন্না মমাবোক্তগী শোদু মমাবোক্ খণ্ডহন্দনা লৌরগা মবুং কৃষ্ণমোহোনগী মশাগী অয়েকপা লাইদু সুন্দরিগা কাদুদগী থিদুনা ফংলে। মদু নীংথিনা তৈথোক্-খোৎতোক্ তৌদুনা সুন্দরিনা ময়ুমদা পুদুনা চৎখ্রে। অয়েক্পা লাইদুদা মানা তোয়না য়েংলগা ঙাওজবদুদা নোংমা মমানা উথোক্খ্রে। মমানা মচানা খোঙ্ নাম্মা শোয়নায়রবা মুর্তি অমা য়েংলগা লোন্না কপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা ইস! করি মতৌনো মাংজরেদনা ঐদি, করম্না মচানুপী সুন্দরিনা অসিগুম্বা বাখলগী থাক্ য়ৌরক্লিবা! মসি ঙসি-ঙরাং, নোংম-নিনিগী বারী ওইররোই, শাংলবা নীংথিনা শম্ভ্রবা মচুগুম্বনি। কমদৌনি, করি উপাই লৈরি? মমানা ভাব তানা নুংশিবা শাদুনা করিগীনো ইচানা অদুক্ বাখল নুঙাইতনা কপ্লিববো হংই। মচানা মমাগী মফমদা বারী লোইন্নমক্ তমদুনা নুপামচাদুগী গুবাহাটিদা লৈদুনা হৌজিক্ চৎথরিবা ট্রেনিংনচিংবগী বারী লোইনমক্ শাদোক্লুরে। মাগী নুংশিবগী থাক্লা অসি য়ৌশিনখ্রবা? ঐগী ইচানুপী মশক্ অসুক্ ফজবীসিবু নাম্মা শোয়রবা লুখ্রাবী মচা মঙোন্দা করম্না? হুঁ ঐ য়াবা ঙমলোই। নুপামচা অদু হান্নসু মচানুপা গোনচন্দ্রগা মখোয়গীদা লাক্পদগী উখ্রবনি। মচানা মতম অমদা লাইরিক্তি য়ান্না ফৈ, মাগী অশোয়বা ফিবমসিনা হায়খিবা বাহে লোইনা নীংশিংলক্খি। মমানা মপাদা বারীসি লোইনা শাদুনা তম্লে। থুনমক্ সুন্দরিগী মমাগী মপামগী মাম্মগী মচা শেখর থাদুনা গুবাহাটিদা লাক্ই। মতমদো কৃষ্ণমোহোন য়ুমদা থোক্লবগী শেম শাবা লোইদুনা মপোৎ-মচৈ থাংদোক্তুনা কাগী থোংদু শো লোনগে হেক্ তৌবগা শেখর চংলক্ই। হংই, সিদা কৃষ্ণমোহোন কৌবা মৈতৈ মচা অমা লাই য়েকপা তমই হায়বদুবু? "কৃষ্ণমোহোন ঐ ইশানি করি তাক্পীগদবা?" "কাদা অমুক্তং চংলগা ঙাইহাক্তং ফম্লগা ওইনা হায়বদুদা কৃষ্ণমোহোন মাগী কাদু অমুক্ হাংদোক্ই। উরে, সুন্দরিগী অয়েক্পা লাই ঙাক্তা নম্বর বান, টু, থ্রি থাদুনা থম্লিবদু। হংলক্ই— "মরুপ্পা সিদা য়েক্লিবা লাইশিংসিবু। ও। শুমদৌবনি, নোংমা ঐনা নুপীমচা কছ্ছারি অমা সিদা মাগী ফোটো য়েক্পীয়ু হায়দুনা লাক্ই, মদুদা মাগী শক্ফমদু মৈতৈগা মশক্ য়ান্না মান্নবদুদা ঐনা মৈতৈ ফি শেৎহল্লগা অসুম্ য়েংবা নুঙাইবদুদা য়েক্চবনি। নুপীমচা অমসু নহান মাগী ফোটো য়েক্পীয়ু হায়দুনা লাক্লম্মী লৌবদি লাক্তে, আসামগী সোসিয়েল বেলফেয়ার মিনিস্টর ওইবী স্বর্নলাটা মহন্টগী মচানুপী কল্পনা মহন্টগী অয়েক্পা ফোটোনি হায়দুনা নীংথিনা য়েক্লবা লাই অদুসু য়েংহল্লে। শেখর মাগী য়েক্লিবা লাইগী কালিটিদু

উরুরগা মাবু থাগত্তবা ঙমদে, অদুবু মানা মীনমলিবা সুন্দরিগী মহুত্তা কচ্ছারি নুপীমচানি হায়রিবদু মা য়াবা ঙমলমদে। হায়রক্‌ই, মসিবু সুন্দরিগী শক্তম্ ওহোক্না মানখ্রেদা? কৃষ্ণমোহোন করিনো ঙসিসিবু সেকেন্দ খরগী মতম্না মাবু চাউরবা দশা অমা মায়োক্লবা তারবা? থোংদু হাংদোক্তনা মখাদা চৎলসি হায়রম্লবসু ফগদবা। মা হ্রানবা ফাবগা চপ মান্নখ্রে। সুন্দরি হায়বদি? সেখর, ঐগী ইনেগী মচানি, শোম্না মাগী মূর্তি য়েক্তুনা মীপুম্ খুদিংদা মাগা শোমগা মবী লৈনৈ, নুংশিনৈ হায়দুনা উৎপা পাম্মী। মদু অচৌবা ক্রাইম অমনি হায়বসি শোমনা খংদ্রে। শোম্না তৌরিবা থবক্‌শিংসিগী পাউশি খংদোক্লবা ঐবু মফমসিদা মাম্মগা ইনেগনা থারক্পনি। ঐ মরুপ্পু য়াম্না নুংশি, মরুপকুম্বা শোইনাইরবা, মীওই অমদা ঐগী ইনে, অমদি মাম্মগী অমত্তা য়াওজবী সুন্দরিবু পীদুনা লুহোংগনি হায়বসি ঐ য়াবা ঙমলোই। অদুনা ঙসিমক্ মীনা খঙনদ্রিঙৈদা অয়েক্পা লাইশিংসে মুথৎপীগেরা, মাংহনবীগেবা অমদি তৌবীখ্রো। ঐ বা য়াম্না ঙাংজবরোই, অমুক্ চৎলগে হায়রগা শেখর থোক্খ্রে। কৃষ্ণমোহোন্ উংদুনা লৈহৌরে, মা য়ুমদা থোকনীংদ্রে, মাগী যোম্নুরবা পোৎ লোইনমক্ লৌথোক্লগা ফমুংদা কপ্তুনা লৈরে। মাগী মরাইবক্ থিববা, নীংবা কায়রবা থম্মোইবু থেমজিনবীনবা কনা লৈতরে। তাবদা বারবা শেখবগী বাহে "ঐ মকপ্পু য়াম্না নুংশি, মকপ্ কুম্বা শোইনাইরবা মীওই অমদা ঐগী ইনে, অমদি মাম্মগী অমত্তা য়াওজবী সুন্দরিবু পীদুনা লুহোংগনি হায়বসি ঐ য়াবা ঙমলোই" হায়বা বাহৈশিংদুনা হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ মাবু মখুৎ-মখোঙ পুনশিল্লবা লেংবা ঙমজদ্রবা জিবা অমদা কল্লবা সাফুদা মখোল থোক্না ফুবগুম্ চৈনা খাংলি মাগী থম্মোইনা। অদুবু মসিবু ঐগী ইরাল করিনো? ঐনা ইথত্তা তৌনীংদুনা ঐগী খোঙসিবু শোইনাইহল্লিব্রা? ঈশ্বরগী দন্দিরা? ঐসিবু মী ওইনা হিংবদা অসুক্ বাবা মৈচাক্, অসুক্ লুম্বা দন্দিসিবু করম্না পুদুনা চৎকনি? মা য়ুমদা থোক্কেসু নীংদ্রে। মরমদি পাউসি শোয়দনা মমা অমদি মচন ইবেমহলগী মফমদসু তারম্লগনি। অসুম্না পিবাং লক্তা বাখল ফুম্বংনেনা ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা পিরাং তৈথোকই তারক্‌ই, তৈথোক্‌ই তারক্‌ই তৌরিঙেদা জপান্দগী মিঃ নকাজিমা ওদানোদগী চিঠি অমা ফংই, মদুদি মা জপানগী ওসাকা সিটিদা লৈবা অফাওবা আর্ট কলেজদা চহি অমা লাই য়েক্তুনা রিসার্স তৌবা য়ারগনি, মাগী স্টাইপেন্না থাদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- রোমনি মি. ওদানোনা মাগী অয়েক্পা সুন্দরিগী লাইদু মাগী গেলবিদা মীপুম্ খুদিংমক্কী এট্রেক্সন পীবা ঙমলে হায়নসু ফোংদোরক্‌ই। মা জপান্দগী নুঙাইবা টিঠি ফংবগী হরাউগদ্রা? শোমদা নুংশিবী কায়নবগী বাগদ্রা? "নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে।"

করিনো পাউসি অমগী মথংদা অমা মথং-মথং তারক্রে। নহান মঙোন্দা মাগী মশাগী লাই য়েক্পীয়ু লাক্রম্বা কল্পনা মহৎটা মমাগা মাগী ফোটো লৌবা লাক্পগী লম্বীদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা অদুক্ নীংথিবা মাগী শক্তমদো মমাই মমিৎ লোইনা কায়দুনা মমাইদ্রু মফম অনি অহম্ ফোৎতুনা য়েংবা য়াদ্রে হায়না পাউ তন্নবে। কৃষ্ণমোহেন্ করিনো ঐগী লাইবকসিবো গুসিসিবো অৱাবগী অবাবা মক্তা। অদুক্ মশক্ নুংশিনা চংখোন্না মাগী মফমদা ওইনজদুনা মাগী শক্তম্ য়েক্পীয়ু হায়জরম্বদু মমায়দু দাক্ লৈবা তারবা! ঐনা য়েক্তুনা থমহৌরিবা মাগী মমিসিনা অশেংবা অমনবা হান্নগী য়েংবদা ৱারগদবা পুক্নীংদা হেন্না হেন্না ৱাবা মৈচাক্ হাপ্পনবা শক্ফম্ ওইবা তারবা! পাউদু তন্নরবনিনা নুঙাইতদুনা য়ুমদা চৎপগী প্রোগ্রাম্ তোকথোক্রগা অনাবা হংবা ওইনা চৎলে, মানা য়েক্পা কল্পনাগী শক্তমদু পুরগা। কল্পনা কৃষ্ণমোহোনবু উরগা মমায়দু হাইগত্তুনা য়েংবো গুমদরে। হায়রক্ই- "দাদা! মীওইবগী লাইবক্সে কনানসু হায়বা, তম্বা গুম্বা নত্তে, ঐনা শক্ ফজে হায়দুনা পোঙ্জরম্বা, নাপল তৌদুনা দাদাগী মফমদা ঐগী ফজবা শক্তমদু য়েক্পীয়ু হায়জরম্বদুদা ঈশ্বরনা ঐগী নাপলগী ময়াই পুমচম্ চমহনবীখরে। ঐ হৌজিক্ নাম্মা শোয়রবা মী অমা হায়বদু ওইরেদো হায়রগা হিক্না হিক্না কপ্লম্মী। কৃষ্ণমোহোন্ ইচনসিদি মসিনি পুন্সি হায়রিবসি। ঐখোয় লোইনমক্ ইয়ায়দা তাউরিবা কাউশিংগুম্বনি করিসু থোইনা ৱানীঙাই লৈতে হায়রগা সে! লৌশিন্নু নংগী সক্তমসে হায়দুনা মানা য়েক্পা কল্পনাগী লাইদু পী। মদু উরুবদগী কল্পনা মখোল হৌনা ও-খোংদুনা কপখৎলক্রে। মাগী মতৌদুদা কৃষ্ণমোহোন খাংবা ৱারমান্নে। মাগীসু পিরাংগী মরোল লোন্দুনা থম্মোইগী ৱারী হৌরক্রে। কপ্না কপ্না বিদাই তৌরম্নগা মাগী অয়েক্পা লাইদু থনম্নগা মাগী হোস্টেলদা অমুক্ হন্নক্রে।

সেখরনা হায়রম্বা ৱাহৈশিংদুনে, কল্পনাগী শক্তম্ উরুবনে মাগী থম্মোই তংখায় তানা কায়রে। সুন্দরিগী ফজরবা অয়েক্পা লাইশিংদু লোইনা লোনশিন্নরগা মৈ থাদোক্রে, অদুগা পুক্নিংদা চেৎনা ৱাশক্রে হে, ঈশ্বর ইবুঙো। ঐবু সুন্দরিগী ৱাখল কাউবা গুম্বা ওইহনবীয়ুবা। নোঙাল্লগা মমান্নবা অতৈনা তম্বদগী তারে, মদুদি কৃষ্ণমোহোন্না মানা থৱায় তানা য়েক্চবা মতম চংনা হোৎনজরক্পা লাই লোইনমক্ মৈ থাদোক্তুনা মাংহনখ্রে। মাগী ওজা প্রীনসিপাল ডাঃ দেবনাথ রারুৱানা কৃষ্ণমোহোন! নংনা হন্দক্ তৌরিবা থবকসি য়াম্না চাউবা অমাংবা অমনি। নং খাংবা কন্নবা তমগদবনি, অদুম্না মতুংদা তৌবা য়াদে হায়দুনা ফজবা পাউতাক পীবীরে।

খরা লৈরগা পাশ পোর্টনচিংবা শাদুনা জপান্দা চৎননবা থৌরাং তৌরে। চহী অমদি লৈরুবা তারে, মমান্নবা পুন্নমক্না মাগী ফংলিবা খুদোংচাবা কয়াসি উবদা মতিল

য়োৎনৈ। জপান হায়বদু মাদি চৎপা ফংগদৌরে খল্লুবদা। নোংমা মানা জপান্ চথত্রিঙৈদা মচম্লুপী ইবেমহলদা চিঠি অমা ইরম্মী।

বারোলদি- ইবুংগী ইবেম্মা। ইমাবোক্তো লুনা তৌবীয়ুকো। ইবুং পৈশাগী অৱাৎপা লৈররোই; ইবুংগী ৱাখল, থবায় পুক্নীংসে ঙসিদি অতিয়াদা কোয়পাই পাইদুনা মনীং তন্না শান্ননীংলক্রে। নীংবা কায়বা ৱাখলনা ফজবা লম্বী অমা শেমখিদুনা ইবুং পম্বুংফম, নোংমা-নোংমগী নকশিল্পকলি। খংদে, পুল্সিসিদা মঙলানগুন্না অমুক্ হৌনা নোকই অদুগা অমুকসু মখোল থোক্না কল্লী। ইবুংগী শিনফমসিনা ইবুংবু অমুক্সু লম্মুক্কবগুম্ ৱাজে অদুগা অমুক্সু অচুম্বা লম্বী অমা উরক্পগী হরাউজে। মীওইবনা পৈশানা ঙমদবা লৈতে হায়নৈ, ইবুং পৈশা য়াম্না ফংগদৌরে, পৈশাগী মপুগী খুদোংচাবা লাক্লে। অদুবু পৈশানা ফংবা ঙমদবা পুল্সিগী নীংবা থুংদবগী মৈচাক্ অদুমদি থম্মোইনুংদা চেৎনা য়োমদুনা পুরগা অথাপ্পা মীরমদা অৱা-মৈচাক্ খাংলুবা তারে। নংগী মরুপকী মফমদা ইবুংনা তোঙানবা চিঠি ইনীংদ্রে। মাসু শোয়দনা ৱাজরমগনি, কপ্পমগনি, ইবুং খংই, তাইবং মীওইবগী হৌনশানি, অদুবু সমাজসিগী পামজদবা মিৎয়েং অমগী মখাদা মাগী ঐগী ৱারীনা পুন্না মনীং তমজবদি হন্দক মপোক্কী ফংগদবা মান্দ্রে। মাগী মী লাক্লম্মী ইবুংনা য়েক্পা মাগী মুর্তি লোইনমক্ উথোক্খ্রে, লোৎপা নংহৌদ্রে। ইবুংনা মাগী ৱাখল কাওরগে খন্দুনা লোইনমক্ মৈদা দান তৌখ্রে। মঙোন্দা হায়দোক্লুরনু, ঐ মাবু অমুক হন্না ৱাহনবা পামদ্রে। মনুং-মতম চারবনিনা মাগী ইমাগা পাবুংনা পামজনা হায়ন-শীংনবা মহাক্ অদুগা থুংনজবা ওইসনু হায়না ইবুংনা অথাপ্পদগী মঙ্গল পিরক্ই, অসিমত্তংদি তম্বীয়ু।

ইবুং জপান্দা চৎপা তারে, থাদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- পীগনি, মখোয়গী আর্ট কলেজদা লাই য়েক্পগী মখা তাবা রিসার্স তৌনবা ফেলোশিপ ফংলে। তাং ১০ দিসেম্বরদা চৎপদা লেপ্লে, ইবুং য়ুমদা থোক্লক্কে খল্লম্বনি অদুবু ....।

লোইশিল্লগে, ইচলগী মঙ্গলগী ইবুংনা ঈশ্বরদা থৌনিজরি।

*নহাক্কী নবুং কৃষ্ণমোহোন,*

"দেবসিস বারুবা আর্ট কলেজ"
ভাঙ্গাঘর রাজগর রোর্দ, গুৱাহাটি ১২, আসাম

N B - ইমাবোক্কী শ্বাল অমগা নংগী মেঘলা ফনেক্ অমগা মাগী অমগা থারি। নংনা পীগেরা পীরোইরা খল্লগা লেপ্লো।

শোমদা চাকৌবা হয়েংনি হায়বা নুমিত্তা মমান্নবী ময়াম অমা বজারদা ফিরোল কয়া লৈদুনা কেন্না-মৌনা লাংনরি। ইবেমহল সুন্দরিগা হৌনদুনা মবুং থোরক্কনি হায়বদুদা অবাং বীওসিদা লাক্লগা গুবাহাটিদগী থুগুগুবা গাড়ী মথং-মথং চেপথ-চেপথ য়েংদুনা ঙাইজরকই। য়েংজবদা মগুক্ ঙক্লিবু নারক্লে। নুমিৎ তাশিল্লকদৌরে। ইখং-খংহৌদনা শেখর গাড়ী অমদগী কুমথরক্‌ই। ইবেমহলগা সুন্দরিগা খোংনাং অমগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈবদু উবদা শেখর ভাবনা মানা গুবাহাটিদা থেংনরক্‌পদা কৃষ্ণমোহোন্না ইম্ফাল থোক্কনি হায়না পোৎ-চৈ য়োমদুনা লৈহৌবদুগী পাউ ফংদুনা ঙাইবা ওইরমগদ্রা মবুক্তা চিংনৈ। "হৈমা! সুন্দরি! নংদি কনা ঙাইরিনো?" "ইমান্নবীগী মবুং থোক্লক্কনি হায়দুনা ঙাইরিবনি।" ও! "কৃষ্ণমোহোন নত্রো?" মাদি থোরক্লরোই, মাগা খংনজবী মানা য়ান্না পামজবী অসামি লৈশাবী অসামগী সোসিএল ৱেলফেয়ার মিনিস্টরগী মচানুপী কল্পনা মহন্টা কৌবী অমগী ৱাখলদা ঙাওদুনা লৈহৌরে।

সুন্দরি শেখরগী পাউদুবু চুম্লবজাৎলা? মাবু অসামগী মিনিস্টরগী মচানুপীগা? শেখরদি করম্না কৃষ্ণমোহোনগী মনাক্তা চৎলুরিবা, করি মরমগী? মাগী মমানা থারগা মাগী মরমদা অকুপ্পা পাউ লৌহল্লুবা ওইরিগদ্রা? অসুম্না নোংমা নিনি অমুক্ হৌখরে। কৃষ্ণমোহোনগী চিঠিগা পোৎকা ইবেমহলখোয়গীদা থুংলরে। থুনমক হাংদোক্তুনা মবুংনা থারক্‌পা পোৎয়োম্ চিঠিনচিংবা হাংদোক্তুনা পারে। ইবেমহল মমাবোক্না চিঠিদু পারম্বদগী মপি-ইরা চেল্লক্তুনা লোইনবা পাবা ঙম্লক্তদুনা ইমুংদা চেনশিল্লগা কপ্তুনা লৈখ্রে। ঐগী ইবুংগী মরাইবক্‌সে ওনথোক্লসু থিখ্রেদা! ও! মা জপান্দা চৎপা তরবা থাদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- ফংবা তারবা। অদুবু পৈশাদুনা ইবুংগী শোইনাইরবা মখোঙ্‌সি শেম্বদি হন্দক্-মপোক্কী য়াররোইকো? সুন্দরিগী ইমুংনা মখোয় অনীগী মরী খংলক্তুনা শেখর থারগা থিগৎলুরবা? ও! মানা য়েক্‌চবা সুন্দরিগী অয়েক্‌পা মূর্তি লোইনমক্ মৈদা ...! ঐগী ইবুংগী থম্মোইনা কয়াদা ৱাজরমগনি। শোমদা সুন্দরিনা পাউসিবু তারগা করি ওইগদৌরি? মা তৌফম অমা ইখং খংজদ্রে।

সুন্দরিখোয়গী য়ুমদা শেখর লাক্তুনা ৱারী পুম্বা লোইনা তম্লুরে। সুন্দরিগী মমাগা মপাগা থুনমক্ মচানুপী সুন্দরি ওজা বীহারিগী মচানুপা ডাঃ বীজয়গা লুহোংনবা থৌরাং লোইশিল্লক্লে। মচা নুপীসু পাউসি নিমফুং-নিমফুং ঙাংনবা তারক্লে। নোংমা ইবেমহল সুন্দরিখোয়গীদা লাকই মখুত্তা ময়োম অমসু পায়রক্‌ই। সুন্দরি লৈরমদুনা উন্নরে, মাগী কাদা থোং লোনশিল্লগা মবুংনা পীরক্‌পা মেঘলা ফনেক্তু পীরে। মাবু তাহল্লুনু হায়বা চিঠিদুসু পুথোক্তুনা পুন্না পামিন্নরে। চিঠিদু পারুবদগী মাগী অয়েকপা লাইশিং মৈদা দান তৌখ্রে হায়বা ৱাহৈদু তারুবদগী সুন্দরি ৱাহুখ্রে, ইবেমহল থুনা য়াংনা থোংদু হাংদোক্লগা

"হো ইমা। হো ইমা। সুন্দরিসি কৈনোমো তৌখ্রে।" মমা-মপা মবুং লোইনা চেনশিল্লকুনা মকোক্তা ঈসিং থাদুনা লাক্লবদগী জ্ঞান খর তারক্রে। সুন্দরিগী মমাগা মপানা ইবেমহলবু ইবেম্মা নঙ্ শাউরনু ইচানুপীসে লুহোংগদৌরে। নংনা নংগী নবুংগী মরমদা মঙোন্দা পাউ তমদুনা ইচাবু বাহল্লগনু। নংসু নুপীমচানি, নংবু পোক্পী ইমানা নংবু নাম্ম-শোয়রবা নিপা কৃষ্ণমোহোনগুম্বা অমদা থাজবদা নংগী ইমা-ইপানা হরাউনা য়াবা ঙমগদ্রা? শেংনা অমুক্তা ইমাদা খুম্মু হায়রম্মী। ইবেমহল পাউখুমফম্ খংদনা কপ্পা-কপ্পা ময়ুম্ য়ৌরক্খি। মাগী পুক্নিংদা মা মবুংগী নীংবা কায়রবা থম্মোইনা জাতিশিগী মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইবু অমুক্তং জয় তৌহল্লগে হায়বা বাখলদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। মবুংগী মফমদা চিঠি অমা ইজরে। মরোলদি —

"দাদা! নচন্না লমদম্ তান্না চিঠি অসিমক্তং ইজরি। ঐহাক্ মনিপুবি সমাজসিগী মমাংদা ইবুংগী মিংদা তুং কোইনা লৈহৌবগদবা মুৎনাইরবোইদবা ট্রস অমা শেম্লগা ইবুংনা জপান্দগী ফংলকপা ফেলোশিপকী শেনফম অদুনা মবাইবক্ থিববা ইবুংগু ম্না শোইনাইরবা মীওই কয়াগী পোৎথাজফম, জগা অমা মনীং তম্না লাইবু য়েক্চরে, লাইরিক্পু তমজরে, শান্নজরে য়াগদবা মফম্ অমা থুনমক্ শেমগৎপা পাম্মী। ইবুংনা নচলগী অনীংবদা যাবীরক্কনি হায়না নীংজে, ঐহাক্ ইবুংগু ম্না মরাইবক্ থিরবা মীওইশিং খোম্লগা সংসথান্ অমা শেম্বা হৌজবগে। য়াম্না ইজরবোই, নচনগী অনীংবশিদং থুংহনবীয়ু। চিঠিসি ইরগা মবুংনা জপান্দগী মাগী এড্রেস লৈফম্নচিংবা থারক্পা ঙাইদুনা লৈরে। ইবেমহলসু সুন্দরিগী মমাগী বাহৈশিংদুদা থম্মোই কাযখিবদগী মহাক্ শোয়নাইরবা মী অমদা ময়ুম শোয়দনা পাল্লগা সুন্দরিগী মমাগী করেম্ কথাইনবা বাহৈশিংদুগী অমুক্তং লম্মন শিংগে লেপলে। মনিপুরগী মফম্ খুদিং চত্তুনা পোলিওনা নাদুনা শোইনাইববা মীওইগী লিস্ট শেমদুনা মথং-মথং উনদুনা সংসথান অমা শেম্লগা "ওল মনিপুর ফিজিকেল্লি হেন্দিকেপ্ এসোসিএসন" হায়না মমিং থোন্দুনা রেজিস্টাব তৌরে। নোংম-নোংমগী মী মশিং হেনগৎলক্রে। লম অমসু মচানুপা অমা পোলিওনা নারম্বদগী সুসাইদ তৌদুনা শিগ্নবা অহল্ মচাসু অদুমক্তং পোক্চবা অমনা মাগী মচানুপাগী মিংদা লৌ পরী অমগী লম দান তৌদুনা সংসথান অসিগী মিংদা পট্টাদা মিং ওল্লে।"

অসুন্না কন্না হোৎনরিঙৈদো মবুংগী জপান্দগী চিঠি লাক্লে। লুপা লিশিং ২০,০০০/-গী ড্রাফ অমা মচনগী মিংদা থারক্লে। নীংবু নীংলবদি লাইনা তম্বা অমসু লাক্ই হায়বগুম্ মবুংনসু পৈশাদু ট্রস্ট অমা শেম্লগা লৈত-লাইরবা কনা লৈজদ্রবশিংগীদমক্ সংসথান অমা শেম্নবা হায়রক্পদুগা পান্দম্ মান্নবদুদা মচনসু কয়াদি হরাউজরে। মমাবোক্লসু মচাগী অনীংবদু তৌবীরো পৈশানবু ঐনা হৌজিক্তা করিবু তৌগবনো, নোংমগী চাক্

চরা অনীগীদি ঐনসু পুবা ঙম্মী হায়দুনা পৈশা মরি লৌদ্রে। অসুন্না ইবেমহলদো মানা সুন্দরিগী মমাদা উৎকে খনখিবা ৱাখলদু মপূং ফাগদৌরে। মাগী নৌনা লিংখৎপা সংসথান অসিগী প্রসিদেন্ট ওইনা হাপ্নবা মশা এমঃ এঃ পাশ তৌরবা কান্তগা নোংমা-নোংমগী থবক্ পুন্না তৌমিন্নবা, মত্ চানবা হেল্লক্তুনা নক্‌শিন্নরক্তুনা লুহোংবগী মতম্ লেপ্লে। নিপাসি কলেজগী ওজা ওইরি। মমা-মপা থারক্তুনা হায়ন-শীংনদুনা য়াম্না চন্না লুহোংলে। অদুবু ইবেমহন্না সুন্দরিবুদি বার্তোন তৌদ্রে। নোংমা মমাগী ৱাহৈদুদগী লুনা তিন্নজবী মরুপ্সু কায়নরে। মবুংনা মাগী কৎথোক্‌পগী পুক্‌চেলবু পেঙ্গখি। তৌবগীদি মবুংগীদমক্তা ইবেমহল অৱাবা নুঙাইতবা পোৎলুম অমা পুদুনা মতম্ শাংনা খাংলক্‌পদু মঙোন্দা হন্দক্কী কান্তগা মাগা লুহোংবসিনা মঙোন্দা পোৎথাজবা অমদি ফংজরে।

মবুংদা মারুটি কার অমদি মীয়ামগী থবক্ চেনবদা অথু-অকায় নংনবা লৈরগে হায়দুনা মবুংগী অয়াবা লৌরগা লৈজরে। নোংমা সুন্দরিদু লম্বীদা থেংনৈ। তাঙ্গা চারুদুনা, গাড়ী খাম্নগা ৱারী ঙাইহাক্ শানরে। কান্তবু মাগী মপুরোইবনি হায়না শক্ তাক্লে। সুন্দরি– "ইবেমহল। নংনা ঐবু লমলানবী অমগুম্ ইনথোক্‌পীরে, ঐগী পুক্লীংনদি নংবু করিসু ৱারৌবা লৈতে। অদুবু নংনা নংগী লুহোংবদা ঐবু বার্তোন তৌরক্তবা অসিনা তাক্‌পদি নংনা ঐখোয়বু তিন্ননীংদ্রে, অসি নত্রা?" ইবেমহল- "সুন্দরি! ঐ নঙোন্দা অশেংবদু হায়ররোই, ঐ নংবুদি ৱারৌবা লৈতে। ঐ হৌজিক্ ঐগী ইপুরোইবগা পুন্না মনিপুরদা ফিজিকেল্লি হেন্দিকেপশিংগী সংসথান অমা লিংখৎতুনা মদুগী য়াম্না কন্না চেল্লি, তাচৌনা মাগী ফেলোসিপকী অচৌবা শেনফম থারক্তুনা য়াম্না থুনা ফিৱম্ ফগৎলক্লি। অদো, নংবু করম্ লেপ্লিবগে?" করম্ লেপ্লুনি, ঐগীসু লুহোংবগী মতমদি লেপ্লে। ঐসু উপাই লৈতবনিনা য়াবা তারে। অদো, নংগীদা ঐবু তাক্তুগসু নংদি ঐগী লুহোংবসি শোয়দনা য়াওবীয়ুকো! নংদী ঐগী লুনা তিন্নজরক্‌পী ঐগী পুকচেল মশক্ খংবী মরুপ্নী। ঐ শোয়দনা নংগী নফমদা বার্তোন তৌরক্কনি।" অদুদি কোন্না অমুক্ উনরসিকো! হায়বম্নগা ইবেমহলদো মাগী নুপানা থৌরগা মারুটি কারদা চৎখ্রে। সুন্দরি লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌরে।

মতম্না অসুম্ হৌখিবনা সুন্দরি ডাক্তর বীজয়গা লুহোংবগী বার্তোন ইবেমহলদসু তৌরক্লে। নোংমা সুন্দিরিগী মমানা হায়খিবা "ইবেম্মা! নংসু খন্দুনা য়েংঙু নংবু নাম্মা শোয়রবা নংগী নবুং কৃষ্ণমোহোনগুম্বা অমদা নংগা লুহোংগনি হায়বদা নংগী ইমাগা পাবুংগনা হরাউগদ্রা, য়ানীংগদ্রা" হায়খিবা ৱাহৈগী লম্মল ঙসিদি শিংলগে খন্না মাগী মপুরোইববু মাং থাহল্লগা মানা ফিজেৎ নান্না শেৎলগা নোক্ল-নোক্লদুনা মন্দোবকী মতাইদা চংলক্ই। পোৎপাং অমসু হান্না পীখ্রবনি। সুন্দরিগী মমাদু মানা নোংমা হায়খিবা

ৱাহৈদু ইবেমহলগী নুপাদু উরগা নীংশিংলক্‌ই। ও! মা শোইনাইরবা নুপা অসিগা লুহোংলবা। শোনবা-খোংপা লোইদুনা ময়াম দান থাদনবা চংলক্‌ই। মখোঙ শেক্রে-শেক্রেগা কান্না দান থাদবা চংলক্‌ই। দান থাদবা লোইবগা মখোয় অনী অমুক লুহোংবা লোইবা ফাওবা য়াওরমদনা হল্লক্রে। মখোয় অনীনা ফজরবা পারা অমদি ইমুংদুগী মীপুম খুদিং অমদি তিল্লিবা মীয়ামদুদা তশ্বীরম্নে। কৃষ্ণমোহোনসু সুন্দরি লুহোংবগী পাউ য়ৌখ্রে। অদুবু মাগী মরাইবক্না সুম্ থোকউ তমখিবনা জপানগী 'মি. নকাজিমা ওদানোনা' পুখিবা কৃষ্ণমোহোন্না য়েক্‌পা লাইদুনা মীয়ামগী পুক্নীংগী অপাম্ববু নোংম-নোংমগী জয় তৌবা হেল্লক্তুনা মাগী মিংচৎ হেনগলক্রি।

নোংমা খংহৌদনা টিঃ ভিঃ নিউজদা সুন্দরিগী অয়েক্‌পা লাইনে কৃষ্ণমোহোনগী ফোটোনে পুন্না উৎলগা করম্না মানা লাইশি য়েক্‌খিবগী শম্নপ্না পাউ মতেক অমা টিঃভিদা সুন্দরিনা উরুরে, জপান্দগী থারক্‌পনি। মথংগী নুমিত্তা মৈতৈ মচা পোলিওনা অঙাং ওইরিঙৈদা নারুবদগী মখোঙ্ নাম্মা শোয়রবা কৃষ্ণমোহোন কৌবা লাইয়েক্‌পা গুবাহাটিগী "দেবসিস বারুবা আর্ট কলেজদা তম্লম্বা হৌজিক্না জাপান্দা ফেলোসিপ থাদা লুপা ৫০,০০০/- ফংদুনা লৈবিবা অসিনা য়েক্‌পা লাইনা জপানগী সিটিজন পুন্নমক্কী পুক্নীং তত্তনা চিংশিন্দুনা মাগী অয়েক্‌পা লাই য়েংবা লাক্‌পা মীনা মি. নকাজিমা ওদানোগী গেলরি চন্দ্রে হায়না উৎলম্মী। মথংগী নুমিত্তা নেসনেল পেপরদা, লোকেল পেপরদা হোৎনববু কল্লবদি ওইদবা লৈতে, নাম্মা শোয়রবসু পুন্নমক্‌সি হোৎনবগী মখা পোনবা ঙাক্তনি হায়না মনিপুরগী মচি-ময়া শিনবা থুংনা কৃষ্ণমোহোনগী পাউত্তনা নীনখ্রে। খবরদা য়াওরিবা সুন্দরিগী ফোটোদু উরগা শেখর মানা মতম অমদা গুবাহাটিদা চৎলগা মাংহনখ্রো হায়রম্বা সুন্দরিগী পামজনা য়েকচবা লাইশিংদুবু লোইনা মাংলম্লগদ্রা হায়না ৱারম্মী? ও! ওনথোক্‌পনি, মানা পুক্নীং চংনা থবায় য়াওনা য়েক্‌চবা লাইশিংদো লোইনমক্ উৎ ওল্লমলগনি। মানা অসুক্ ৱাংবা পৃথিবীদা মশক্ নাইবা লাইয়েক্‌পা অমা ওইরবা! মুর্তি চুম্বা, শক্ চুম্বা ঐনা করিসু তৌবা ঙমদনা মাগী লম্বীগী পল ওইনা মমাংদা থৎলুরবা? পলদু লানথোক্তুনা মানা জপান্দা লৈদুনা থাদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- ফংদুনা মাবু পৃথিবীদা ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা জপান্না মশক্ তাকখ্রবা? নৌনা লুহোংলক্‌পা সুন্দরি ঙরাং নুমিদাংগী টি.ভি.গী পাউদা উৎখিবা কৃষ্ণমোহোনগী মরমদা অয়ুক্কী পাউচেদা মরিক্ চুম্না উৎপ্রা য়েংনীংদুনা খাবর য়েংলুই। কৃষ্ণমোহোনগী মোমোন নোক্‌পা শক্‌ফম অমগা লোইননা সুন্দরিগী অয়েক্‌পা ফোটোসু য়াওরি। মানা করম্না লাই য়েক্‌পা হৌরক্‌খিবা, করিগীদমক্ নুপীমচা সুন্দরিগী শক্‌ফম্বু পামজনা য়েক্রিবনো হায়বগী মতাংদা মানা অসুন্না ফোংদোক্‌ই - ফজবা হায়বসিদি পুন্নমক্কীনি, ঐনা তোঙানবা

বাখল অমনা ঐগী ওইগে হায়না খনখিবা লৈতে। মাগী ফজবা শকফমদুনা ঐগী বীদ্যাগী লম্বীগী মমাই চুমখিদুনা চানরুবা অমনা ঐগী অনীংবদুদা মীয়ামগীসু অপাম্বা ওইরম্বদুনা লাইসিবু মীয়াম্না পাম্নখিবগী মরমনি। সুন্দরি ও! মাগী অশেংবা থম্মোয়গী পাউখুম্বু মসিরা? ওম্ভোক্লা হৈনা মমায় লৈখিদা। ঐগী পিরাংগী পাউখুমসু মসিনা পেনবা তারবা।

তাং ২৮/৪/২০০৩

# কৎথোক্লবী

চাউবা খুঙ্গংদগী ইম্ফালদা মীগী য়ুমদা ভারাদা লাইবিক্ তম্মী। মীগুম্না ইনাক্-কৈরাক্ থোইনা খুনবসু নত্তে। মানা কন্না তক্পদগী মমানসু মমৈদা য়াবীদুনা মমাম্নবা ইবোমচাগা লোয়ননা ইম্ফালগী স্কুল অমদা পুন্না মিং চনমিন্নখি। মখোয় অনীগী লৈফমদি তোঙাল্লি। ইবোমচাদি ময়াম্বা অমা ফুরিৎ তুদুনা ইম্ফালদা লৈ। ময়াম্বগী মনাক্তা পুন্না লৈবনি। চাউবগী মচিন-মনাও লৈতে। মা মতোমতা পোক্লম্লগা মপাসু লৈখিদ্রে। মমানা থবক্ কন্না শুজরগা মচাবু মী ওইনবা লাইরিক্ তমহন্দুনা কন্না হোৎনজবনি। শাগৈগী মপাগী মচিন-মনাওশিংসু অরিংবা কয়া যাওদবনা মাবু কন্নানসু হন্না য়েংবীদে।

চাউবনা লৈরিবা য়ুমগী মনীংদা মাস্তোপ্ অমা লৈ। লাই লাথলি। বামোনগী ইমুংদি নত্তে, নীংথেমচাময়ুম্গী মাস্তোপ্ হায়না খঙ্নৈ। ইনাক্ খুল্লি। ওজা ওইবা অহল মমিংনা স্নাতোম্বা কৌবা অমগী য়ুম্নি। মচাসু নীপা অমত্তা পোক্ই। মমিংনা থম্বৌস্না কৌই। থম্বৌস্নাগী মচানুপীঙাক্তা মরি পোক্ই। মচানুপী অহল শুমতি ক্লাস সিক্সতা তন্নি। মনাও নুপী গীতাসনা ক্লাস ফাইবতা তন্নি। অতৈদি পীক্রি। মপা থম্বৌস্না সরকারগী থবক্ তৌদুনা তলব চাদুনা য়াম্না নুঙাইনা লৈ। মখোয়গী মাস্তোপ্তা চহী খুদিংগী জুলোন হৈ। জুলোন মনুংদা নুমিদাং খুদিংগী নুপা-পালা, নুপী-পালা তৌই। অথুম্-অহাউ হৌদুনা খচুর, নিমকি, তলনচিংবা লাইদা কৎলগা মী খুদিংগী য়েল্লি। শুমতি মশক্ নুংশিবা নুপীমচানি। মঙোন্দা মীনা করিগুম্বা অমা নিরুবদা পীদবা লৈতে। চাউবনা

লৈরিবা য়ুমগী থংনবদা মেম্মা কৌবী মাগী মমান্নবী অমা লৈ। মখোয় অনী ক্লাস মান্নবনিনা লুনসু তিন্নে। নোংমা জুলোন মনুংদা চাউবনা শুমতিদা- “শুমতি য়ান্না চাউথোক্‌ইকো। য়ুমদা জুলোন হৈরগা অথুম-অহাউ ময়াম্ অমা হৌবদু অমত্তা চাও হায়দেকো।” শুমতি চানবা অথুম্-অহাও থুমোক্ অমদা ভারি অমা পুরক্তুনা চাউবদা পীরে। চাউবা ফাগি তৌরুবদগী অথুম-অহাওদু বুধিগা চামিন্নে। বুধি মেম্মগী মবুংনী। বুধিনা— “শুমতি নঙ্ চাউবনা কোয়নি হায়বনি” হায়রুবদগী শুমতি ইকায়দুনা চৈরঙ্গগা চেনখ্রে। করিনো চহী লোনগাসু নত্তবা মানা বুধিনা লংনরুবদগী মথন্তা চাউবা উরগা পংইক্তা ইকায়জবগুম্ মাগী ৱাখলদা করিনো ‘মা ফাওবগুম্ তৌরে। মমান্নবী মেম্মা উনবা লাক্‌পা খুদিংগী চাউবা উরবদি হেক্তা মতোমতা ইকায়জে। বুধিসু “শুমতি তু! চাউবা লৈরে, কৌবীরক্কে, ৱারী শাগেরো?” অসুন্না ফাগি তোয়না তৌবদগী চহী খুদিংগী জুলোন মতম্ য়ৌরক্‌পগা চানবা চাউবগী পীরক্কনি। চাউবসু হৌজিক্তি মেট্রিক্ পাশ তৌরে, শুমতিনা ক্লাস সেভেন তমলে। মা তশেংনা ইকায়-নুংসি ভাব তাররক্রে। অঙাং ওইরিঙৈগী ৱাখলদু নত্ত্রে। চাউবনা মাবু কোয়বা নুপা, পাখঙ্গী ৱাখলদা নৌরিবী ইনখৎলকপগী চহী মতাংদুদা নৌনা নুংশিগী ৱাখল চংশ্রমাল্লে। নুংতিগী চাউবগী ৱাখল, মশক্ উদ্রবদি চাবা থক্‌পা নুঙাইজদ্রে। চাউবনদি লংনবা নুঙাইদুনা চুম্না লংনরুবগী ৱানী; থোইনা লুনা খল্লুদে।

শুমতিখোয়গী অৱাং থংবদা মতম্ কুইনা হাংলক্লবা ইংখোল অমা লৈ। মদু য়োনগনি হায়দুনা ঙাংনৈ। চাউবগীসু ইম্ফালদা লৈবদা নুঙাইরক্তুনা মমানা তাঞ্জবা পৈশা খরগা লৌ অমা লৈবদু য়োল্লগা ইম্ফালদা ইংখোল য়োল্লবদি লৈগে হায়বগী ৱাখল পোক্লক্তুনা মানা বীঃ এঃ থাবা কুমদা ইংখোলদু য়ানদুনা লৈরে। হৌজিক্তি শুমতি চাউবগা মনীং মমাং লৈরম্বদগী খাগা-ৱাংগা লৈরক্রে। শুমতি কুমশি-মেট্রিক্ পরিক্ষা থাগদৌরি। মাগী ৱাখলদা চাউবনা মাবু পরিক্ষা চৎপদা থিনবীরবদি নুঙাইগনি খঞ্জে। অদুবু মবুবোক্লা মখোয়গী জীপ্তা থিনবীদুনা মাগী নীংজবদি থুংদ্রে। চাউবদু শুমতিনা মাবু নীংজবদুদা ৱারৌদনবা হাপ্তা লাক্লগা কোইসন ককা নুঙাইব্রা হংলৈ, মমান্নবা শরত্‌কা। নৌরিবা শুমতিগী ৱাখলদা চাউববু মাগী পুন্সিগী খোঙ্‌লোয়নি হায়না খন্দুনা তত্তনা মাগী ৱাখলদা পুজা তৌজরি। নুংতিগী চৎথোক্রমদাই খুদিংগী চাউবখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা হেক্তা নোক্লগা ঙাইহাক্তং লেপ্লগা য়েংলমগনি। চাউবা উরবদি মনাতোন্দু হাইফেৎ শুগৎলমগনি। চাউবসু মাগী মতৌদুদা নুংশিদুনা লংনগনি।

মতমদো চাউবগী মমানা চাউবগীদমক্তা মখোয়গী খুঙ্গংদা ইবেনী কৌবী নুপীমচা অমা অঙাং ওইরিঙৈদগী হায়ন-শীংনদুনা লৈরক্‌ই। চাউবনা বীঃ এঃ পাশ তৌবগা

লুহোংনবা তৌরসি হায়নদুনা ৱাদু হৌদোক্লরকৃই। নোংমা চাউবগী মমা অহনবীনা শুমতিখোয়গী মধৌদা মখোয়গী জীপ্তা অহল অমগা খুঙ্গংদা চাউবগী মৌ হায়বা চৎনবা বা হৌদোক্লে। চাউবগী মমাগী ৱাদু তারুবদা ইমুংদা শুমতি মথৱায় নুঙাইতনা লোন্না কপ্তুনা লৈখ্রে। মনাও নুপী গীতাসনানা থেমজিল্লি। নুমিত্তো শুমতি চাউববু উরবদি ৱাফমদু অমুক্তং হংগে খনবনি। অদুবু চাউবদু ঙত্তানা ময়ুমদগী মমান্নবা শরতকা থোক্‌খিবদগী হংনবগী তাঞ্জা ফংদ্রে। অসুন্না নৌরিবা শুমতিগী ৱাখলদা য়াম্না খোয়রাং-খোয়শাউনবা নুমিৎ অদো য়ৌরক্লে। নুমিদাংৱাইদা শুমতিগী মধৌ-মৌ হায়বা চৎলুবা পুন্নমক্ হল্লক্লে। ময়াম্ ঙাংনবদা চাউবগী লুহোংবা লাক্লিবা ফাইরেনগী মঙানি পানবা ফেব্রুবারীগী তাং ১১ দা লেপ্লরে হায়না তারে। নুপীমচাদু মতোমতা পোক্‌ই; মমাদি লৈত্রে, মশক্-ফজে, মরমসু মোক্‌ই ঙাংনৈ। পুন্নমক্তো তারুরগা শুমতি খাঙ্ঙমদবা ৱাখলনা লৈফম্-চাফম খংজদে। মাগী ৱাখলদা করি নুংগী চাউবগী ৱাখল খল্লুরিবনো? মানা করম্না ইংখোল লৈদুনা মখোয়গা য়ুমলোন্ননা লৈশিল্লবসিনসু নুংতিগী মাগী মশক্ উরগা নৌরিবী চল্লবী মাগী থম্মোয়বু অহানবা পুল্লিগী শৈহৌ পারাদা চাউবনা মমাংদা লেপ্লবদুনা মাগী থম্মোইবু পুরা খুদুম চনবীখিবনি। চাউবসু শুমতিবু নুংশিদবদি নত্তে, অদুবু চহীগা য়াম্না খেন্নবা. য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নরগা মীনা, লৈকায়না ঙাংনগদবা ময়াম্ অমা লৈবদুনা মমানা হায়বদুদা অদুম্ য়াখিকী ৱানী। মাসু খন্দি খল্লি, শুমতিগী থম্মোইদা ৱাজরমগনি হায়বা।

চাউবগী মৌ হায়রুবা নুমিৎ হন্নি শুবা নুমিত্তা চাউবদু মনীংদগী শুমতিনা মখোয়গী দলান্দগী মাবু শাউনা য়েংলিবদু উই। শুমতি চাউববু উরগা মথুত্তু খুদুম্ শীংলগা চাউবদা উথলি। চাউবনা ঙাইহাক্ য়েংলিঙৈদা দলানগী থোংবাদা লেপ্লগা মপি শিন্থদুনা কল্লদু উরে। শুমতি মানা কপ্লিবদু চাউববু শাউনীংবা উথলিবনি খংনবা ওইরমাগ্রে। মাগী মতৌদুদা চাউবা হেন্না থম্মোই শোক্‌খ্রে। করিগীদমক্ ঐনা মরাল্ লৈজদ্রবী নুপীমচাসিবু তত্তনা লংনদুনা নুংশিগী লম্বী তাক্লুরিবা। ঐনা লুহোংলগদি মাদি থম্মোই কায়হৌবা তারেদো। অদুবু ইমানদি ঐগী লুহোংবগী মতমসু লেপ্লগ্রে, মখোয়গী মধৌসু য়ুম্লোম্নবনিনা হৌদুনা চৎথিন্নরুরি। ওন্থোক্‌পা হায়বদুনি— কনাগুম্বনা নুংশিববু ইচম-চম্না ফাগিগুম্ খল্লুবা লানগনি। শুমতিগী নুংশিজববু ফাগি ওইনা চাউবনা খনবীরুরি। মাগী চল্লবী কোত্তদি চাউবগীদমক্ থৱায় হকচাং পুন্নমক্ কৎথোক্লুনা থম্বগা চপ মান্নগ্রে। কমদৌনি, তুংদা য়াম্না ৱানবা তারেদো। অনীগী মরিদা।

শুমতিগী মেট্রিকী পরিক্ষা হায়দোক্লে, পাশ তৌরে। মা মথৱায় নুঙাইতবদগী মপালদা তম্নগে হায়না মপা মমাদা কন্না তক্লুরি। মা চাউবনা খুঙ্গংদগী ইবেনীগা লুহোংলগা

নোক্লা খেনা মাগা য়ুমলোম্ননা লৈরগা উগদবদু য়েংবদা বাগদবা ময়ামদু খল্লুবদা মপান্দা তমগে খল্লক্লিবনি। মমা-মপানসু য়াদুনা গুবাহাটিদা পংলাপ্‌ লাপ্তুনা তন্নবা হায়দুনা মপাগা লোয়ননা গুবাহাটি চৎনবা শেম-শাবা লোইশিল্লক্লে। কপ্পা-কপ্পা মমা-মধৌ, মবোক্লচিংবা খুরুমজরে। চাউবদু লাপ্পা মখোয়গী থোংগালদা লেপ্তুনা লৈ। মাগী বাখলদা শুমতিনা বারৌদনবা লোত্তুনা লৈ হায়দনবা লৈবা মাল্লি। মখোয়গী জীপ্তা মযৌনা থৌরগা মপাবুংগা মখোয় অহম্‌ থোরক্লে। চাউবগী থোঙ্গাল মপাদা মহৌশাগী মিংগৌদা শুমতি – "তা-চাউবা। চৎলুবিগে"হায়রগা মমিৎ অনীদু রুমালনা খুমজিল্লগা মপি তৈথোক্‌খি। চাউবা খাংবা শুমদ্রমাল্লে, লোম্না মীওইবা মশেলগী মরীনীনা মাগীসু মপি শিন্থ-শিন্থনা থোংগালদগী অমুক্‌ চৎখি। অসুন্না শুমতি গুবাহাটিগী দিগলি পুখ্রি মপান্দা লৈবা- 'হেন্দিক্‌ কলেজ'দা পিঃ উঃ সি সাইন্সতা মিং চন্দুনা গুবাহাটিদা তমলে।

শোমদা চাউবা বাখল ইনুং-নুঙাইতনা লৈরম্বদগী শুমতিগী মশক্‌ উদ্রবনিনা মাগী বাখল খরা-খরদি কাউরক্লে। বারোইপোৎ পুদুনা মতম্‌ লেপ্পল্লবনিনা বার্তোন নম্বা খোংপা লোইহ্রে। চাউবা শুমতিগী মনাও গীতাদগী শুমতিগী এড্রেস লৌরগা মাগা-ইবেনীগা লুহোংবগী বার্তোন অমা শুমতিগী মফমদা থারম্মী। শুমতি চাউবা লুহোংবগী বার্তোন ফংবদা বার্তোনদুগা লোয়ননা চিঠি ককা য়াওব্রা য়েংজে। অমত্তা য়াওরমদে, মথবায়দো প্রোক্‌-প্রোক্‌ চাক্‌চে, মাগী কাগী ফমুংদা চংলগা কপ্পুনা লৈরে। মিংশেল মমাংদা পোম্বমথৈ কপ্লুরবা মিংফমদো তপ্পা-তপ্পা তৈথোক্লুনা মশক্তু কপ্লুবা মান্দনবা হোৎনজে। মমাল্লবী কুঞ্জরানি লাক্লুনা কলেজ ক্লাস য়াওবা চৎখ্রে। ওন্থোক্‌পনি, চাউবা মাসু করিগী অমুক্‌ মাগী লুহোংবগী বার্তোন থাবিদুনা শুমতিবু হেন্না বাহল্লগা মাগী থম্মোইনা করিদা নুঙাইহদৌরি? মাসু নুংশিগী মরী অমদি শুমতিগা মাগী থম্মোইগা শম্নদুনা তিংলিবদুনা লমজিংদুনা মা লুহোংবগী বার্তোন থারুরগা শুমতিনা বাগনি খল্লুদ্রে। মাগী থৌদোক্‌-বাথোক্‌, নুঙাইবা, অবাবা পাউ খুদিংমক্‌ শুমতিদা পুমিন্নসি হৌবগী মওংনি; অঙক্‌পা থম্মোইগী মরী হায়বদুনি। বার্তোন্দু ফংবদগী শুমতি লুহোংবদু য়াওনীংলক্লে। হান্নদি অদুগু ম্বদো উজরবোই, য়েংজরবোই খন্না চৎখ্রবনি। অদুবু নুংশিগী থৌরিনা অমুক্‌ চীংবীরুরে। শুমতি মাবু কাউথোক্লুনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংগদৌরবা চাউবগী লিংনবা ফুরিৎ অমসু পামজনা লৈরগা পুদুনা য়ুমদা থেক্লক্লে। ময়ুম্‌ য়ৌবগা মনাও গীতাদা পীহল্লুরে। চাউবদু হয়েং লুহোংগনি হায়বগী নুমিদাংবাইনি চাউবা শুমতিনা পীরক্‌পা ফুরিত্তু লিংলগা কেনা থোরক্‌ই। শুমতি দলান মথক্তগী চাউবনা মানা পীখিবা ফুরিত্তু লিংলগা থোক্‌খিবদু উহৌই। থম্মোইদা মাগী ওইবা ফংলরোইদবা অদুগীদমক্‌ ঙাইহাক্‌ মোমোন নোক্লুরি, অদুবু মোমোন নোক্লুবগী হন্দোরক্‌পদা পিরাংনা অমুক্‌ মহৎ শিনবীগ্রে।

নুমিত্তুগী নুমিৎ অমুক্ তাখিদুনা মথংগী নুমিৎ অমুক্ থোরক্লে। শুমতি চাউবগী ইমুংদা মনাও গীতাগা থবক্ ইনখাং য়ুম্নোন্নবা অমগী ইমুংদা তৌফম্ থোক্পা থবক্শিং তৌবা, পাংবা য়াওই। মথবায়দি য়াম্না নুঙাইত্রিবনি। বর যাত্রা তৌরমদাই য়ৌরক্লদুনা বরগী চন্দোন থিন্নবা হংনবদা শুমতিবু থিলহল্লু মাদি চন্দোন থিনবা য়াম্না হৈবেনি হায়দুনা শুমতিবু থিরক্ই। শুমতি ঐবু মাগী চন্দোনসিবু থিনগদ্রা ? মখোয় অনীগী নক্লবা মরী খংলিবদি মনাও গীতা খক্তনি, অতৈদি কনানসু খংদে। পুন্নমক্লদি লৈকায়গী মচন-মচা ওইনা লোইনমক্লা উনৈ, থোইনা লান্না খন্নদে। ফবে, শুমতি চন্দোনসি মা থিল্লগে খন্দুনা খুজাই অমদা ঈসিং খরগা ফদি, অমগা চন্দোনচৈ, চন্দোন শাপা য়াওবা পাত্রদু পুবগা চংলক্ই। চাউবসু মবুক্লিংদা সুমতিনা পুক্চেল শেংনা মাগী লাইবক্তা চন্দোন থিনবদু পামখি। কা মচাদুদা শুমতিনা চাউবগী মমায়দা পাউদবনচিংবা নীংথিনা থাদুনা নাতোন্দুদা পুক্লিং চংনা চন্দোন থিনবা লোইবে। অঙাং মযাম্ অমা মনাক্তা ফম্বনিনা মা চাউবগী মফমদা বাহে অমত্তা ঙাংথোক্পা ঙমখিদে। শুমতি চাউবগী নাতোন্দা নীংথিবা চন্দোন থিনবীরল্লবা তুংদা মযুমদা হল্লক্লগা ফমুংদা মমাইনা উপশিন্দুনা মপি তানা থম্মোই কায়না অমুক্ কপ্তুনা লৈকবে। মাগী অবাবা মৈচাক্কী মবমদা কনা অমত্তনা খংবীদনা লুহোংবগী গাড়ী ময়াম্ অমদা লুহোংবা চৎকদবা মীওই খুদিংমক্ তোংনদুনা লাপ্লবা খুঙ্গং অদুদা চাউবগী লুহোংবা চৎখ্রে। অসুম্না চাউবগা ইবেনীগা লুহেংবা লোইদুনা ইম্ফালদা চাউবগী য়ুমদা ইবেনী থিল্লক্খি। চাউবগী য়ুমদা মৌ ওইবা লাক্লিবা ইবেনীগী মশক্ উরগা শুমতি "ও। নুপীসিদি মশক্ য়াম্না ফজেদনা! মসিনসু ওইরম্বা য়ায়, মানা ঐবু নাথৈরক্লিবা!" লুহোংবা লোইদুনা তিল্লম্বা মীয়াম্, মরুপ্-মপাং লোইনমক্ হন্নখ্রে। চাউবা তপ্না-তপ্না মাগী মরূপ্ শরতনা থিঙ্গিল্লম্লগা শরতসু মাগী গাড়ী থৌদুনা থোকখ্রে। শুমাংদা মৈ ঙান্না থাল্লি। চাউবনা ইমুংদগী চাক্ চারুরগা মখুৎ হাম্বা মপান্দা থোরক্ই। থংনবা দলান মথক্তগী ঙসাইদগী মা হল্লক্পা ঙাইদুনা লৈরিবা শুমতি দলান মথক্কী মুথৎলুরবা বম্বতু তেক্-কাপ্তুনা থানগৎলি। চাউবা মম্লম্বা মৈনা খংঙান ঙাম্থোরক্লিবা মপাদুদা য়েংখৎলুই। শুমতিনা থম্মোই কায়না লেপ্তুনা য়েংলিবদু উরুবদা মাগী থম্মোই অবাবতনা থনখি। মানা মচিন তেংবা, মখুৎ-হাম্বা লোইরগা দারিদা কাখৎপগা শুমতি মৈদু মুথৎখি। চাউবা করিনো ঐবু তৌরিসিবু! ঐ শোয়দনা দোষ অচৌবা অমদি পুবা তারেদো। শুমতি থম্মোই কায়না দলানগী থোংদু লোনশিল্লগা মাগী ওইবা ফংলরোইদবা চাউবগী বাখলদা মাগী লুহোংবা নুমিৎসিদা নোংঙানবা ফাওবা পিরাং কংদনা মোল্লাং লুপ্পমখৈ কপচখি। নোংঙাল্লে, অহীং চুপ্পা কপ্পুবগী পোল্লবা মমিৎতো মিংশেল য়েংলগা কপ্পা মান্দনবা কবি করিনো খরা তৈশিল্লি। মশম-মনা নাম্না হাৎতোক্ই। মাগী পুগদবা, য়োমগদবা পোৎ-চৈ য়োম্বা-খোৎপা লোইদুনা অয়ুক্কী বস থাফমদা অমুক্ মধৌনা মখোয়গী জীপ্তা থিন্দুনা গুবাহাটি অমুক্ পাংখ্রে.

শোমদা য়াহৌ খরা থেংবনা চাউবদি শুমতি গুৱাহাটি চৎখ্রে হায়বদি খংলমদে। মাসু হৌগৎলগা দলান মথক্তা শুমতিনা মাবু য়েংব্রা য়েংলুরি, উদে। মাগী ৱাখলদা শুমতি মঙানি চাক্লৌবা ফাওবদি লৈগদ্রা খল্লুবনি। ঙাইহাক্ লৈরগা শুমতি থিল্লুবা মথৌদু গাড়ী থৌরগা চংলক্পা উই। চাউবনা খল্লি, "মাবু গুৱাহাটি অমুক্ চৎখ্রবা জাৎলা ? ও। চৎখিরম্বা তারে, অদু মাদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা ৱাফম্ অমত্তা খংহল্লমদনা চৎখ্রবা?" মাগী নুপীনা মৌ অনৌবীগী হৌনবা ৱাই-রম্ শিংপা-তৈবা লোইদুনা ঈরুজরগা ধুব-থাউমৈ থাদুনা মৌ অমগী হৌনবী থবক মথং-মথং তৌরি।

গুৱাহাটিদা লাইরিক্ তমখিবী শুমতি মতম্না নোংমা নোংমা পুখিদুনা চাউবগী ৱাখল তপ্না-তপ্না কাউরক্লে। মাগী পবিক্কা মতম্ য়ৌরক্তুনা হৌজিক্তি মা লাইরিক্তা পূক্নিং চংলক্লে, নুংশিনবগী নুপা কোযনবগী ৱাখল মাগী থম্মোইদগী লাপথোক্খ্রে। মৱাইব্বক্ ফবা হাযগদ্রা, মাগী কমমেট-থৌবালদগী কুঞ্জবানি লাইরিক্ য়াম্না ফবী ওইরম্মী। মাগা লৈমিন্নকদুনা শুমতিসু কন্না হোৎনদুনা ফার্স্ট দিবীজন্দা পিঃউসিঃ সাইন্স পাশ তৌরে। মা য়ুমদা চাউবা লুহোংবগী থোরক্লম্বদগী অমুক্তসু থোরক্তি। মতমগী মতুং ইন্না চাউবগী নুপী ইবেনী, মচা নুপা অমা পোক্লে, হোসপিটালদা। অদুবু খরা বেরা তৌদুনা নাউফম, কুইনা তাদদুনা ওপরেসন তৌরগা নাউফম্ লৌথোক্লে। ইবেনী মশা য়াম্না শোল্লে। নৌনা-পোক্চবা মচাদু মাইয়োক্লবা ফাওবা ঙমজদ্রে। হোসপিটালদগী পুথদনা মতম্ কুইনা লায়েংদুনা লৈরে। অঙাংদুদি চাউবগী মমা অহনবীনা য়ুমদা 'অমুল' লৈদুনা লিক্লিদা শেম্লগা ইন্দুনা হোৎনরি। মীয়োলগা লৈজদবগা শুমতিগী মনাওনুপী গীতাসনানা চাক্-ঈশিং খরা খরা য়ুমলোম্নবা কৌবনিনা হোৎনবীরি। চাউবসু অয়াম্বা মতমদা হোসপিটালদা মাগী নুপী শঙ্দুনা লৈরে। মমাসু নোংমদা অনীরক্তি হোসপিটালদা চৎলি। অঙাংদু অয়াম্বা মতমদা সুমতিগী মনাওশিং, মমা-তোম্বী শীজা অমদি ইমুংগী মী পূম্নমক্কা হোৎনবীদুনা, য়েংশিনবীদুনা মখোয়গী অঙাংগুম্লে। ইবেনীগী মপামদসু মচিন-মনাও লৈতবগা মমাসু লৈতবনা মপাদগী হেম্না কনাসু লৈতে। শুমথোক্উ তমখ্রমাম্লে, নোংমা-নোংমগী মশা শোঙ্গিল্লক্তুনা নোংমা হোসপিটালদগী শিরগা ফি অঙৌবা অমনা কুপ্তুনা গাড়ী অমদা ইবেনী পুথরক্লে। পিরাং লক্তা ইবেনীগী শোরাৎ কর্ম্মা লোইনমক্ লোইখ্রে।

মতমদু চাউবগী নুপী ইবেনী শিখ্রবা থা তরুক্কী মতুংদনি। নোংমা শুমতি ময়ুমদা গুৱাহাটিদগী থোরক্ই। নুমিদাংৱাইদু ওতোরিক্সো অমদা লাক্তুনা মখোয়গী থোঙ্গালদা থারে। মানা চংলক্পদা মতম্ কুইনা থাদোক্লুরবা চাউবগী থোংগালগী লম্বীদু নাপী ইশোং-শোংনা মী চৎনদবা ওইনা উই। মবুক্তা করিনো অহোংবা অমা উইদা খল্লি।

ময়ুমদা থুংদুনা মৈনচিংবা ওক্রে। শুমাংগী পোলাংখোক্তা অঙাংগী নীংথা, ফিরোল খরা ফৌবা উই। মবুক্তা খল্লি— "ঐখোয়গী ইমুংদা করম্বা অঙাং ...'? মা লাক্পা উবদা মনাওশিং, লোইনমক্ ইচে লাক্এ, ইচে লাক্এ হায়দুনা চেহোরক্ই। মমা তোম্বী শীজনা অঙাং অমা পোরগা থোরক্ই। অঙাংদুগী মশক্তু থা তরুক্ শুরক্পগী লংনবা নুঙাইরবা মতন্নি। নঙন্দা নুঙাইনা উইদুনা তুমলি। মদু উবদা শুমতি চংশিন্দুনা অঙাংদুগী খজাইদা হন্না হন্না চুপ্পুরে। চুপ্না লোইরগা কনাগী অঙাংনো ওহোরা নুংশিদা? মনাওশিংনা তা চাউবগী মচা, তা চাউবগী মচা ঐখোয়গী ইবুঙোমচা হায়রগা অমনা মখজাইদা শীক্পীরুরে, অঙাংদু কপ্লক্রে। মমা তোম্বীনা তৌবীগনু ঙাইহাক্তং তুমজখিসনু হায়। শুমতি মবুক্তা করি খল্লি — "মমা নৈরিদুনা লৌদনা ঐখোয়গীদা করম্না?" মা শাউনীংবা পোক্ই। পোৎ-চৈ, চান থরুবা পুরক্পা মাগী শুৎ কেশ, ইয়ার বেগ হাংদোক্তুনা লোইনা মথং-মথং লৌথোক্রে। মনাওশিংগী লোইনবা পীরে। অঙাংদুগীদি খল্লুদবনা বাখলে। মমাদা "অঙাংদু মমাদা পীরুবা য়াদ্রা? ইমানা মীগী মচা কয়াম্ নুংশিদুনা?" মমানা — "হে! নখদি তারিরোই, চাউবগী নুপী ননম্মা ইবেনীদো শিরেদনা!" শুমতি— "হা! ইস! করি তৌদুনা?" মমানা— "অঙাংশি পোক্পদা নাউফম্ তাদদুনা ওপরেসন তৌরগা লৌথোক্রে। অদুদগী অমুক্ ফরক্তনা চংখ্রেদনা। মখোয়গী মীরোলগা নৈজদবগা ঐখোয়গীদা অসুম্ নৈরবনি।" হোরেন মবোক্ হন্নরুগা থেংনা লৌরগনি। শুমতি মীনুংশি চাউবী নুপীমচানি। বারীদু তারুরগা মমিক্তগী মপি শিন্থরক্ই। মমাদগী অঙাংদু লৌরগা নুংশিনা পম্মী।

চাউবা মানা লম্বীদা নৈরিঙেদা শুমতি ওতোরিক্লো অমদা চংখিবা উহৌদুনা মা শুমতিগী মফমদা ইকায়দুনা মশক্ উখনিংদ্রে। মতমদো মা শুফম্ নোমফম্ খংদবা, বুখি ইফক্-ফক্চিনবা, নোংঙানবদগী থোক্খ্রগা নুমিৎ তারগা হন্নক্ই। মশম মকোইহেসু কক্তবনা অঙাওবগী শক্ফম্মু মাল্লবনি। মাগী বাখলদা শুমতিনা শোয়দনা কল্লক্ পেল্লমগদবা মাল্লি। মা ময়ুমদা অমুক্ হজিন্দনা কন্দাইদনো শুমতিনা উররোইদবা মফম্ অমদা চংখ্রগে খল্লে। অহীংদু ময়ুমদা হজিন্দ্রে। অবাং বীঃওঃসিদা লেক্রে। নোংঙানবগা গুবাহাটি চংপা বসতা তোংদুনা মনিপুর বাংমা লানখ্রে।

শোমদা মমা অহনবীনা মচা নুপা হন্নক্তবদা তৌফম, খংদ্রে। অঙাংবু শেল্লগদ্রা, চাক্পু থোংগদ্রা, মচা হন্নক্তবগীবু খনগদ্রা? শুমতি চংলক্তুনা বানথ-বানথ কপ্লিবা অঙাংদু পুরগা মানা থেল্লগা মনাও নুপীশিংনা শঙোম শেমদুনা মবুক্ খন্না ইনবীদুনা তুমখ্রে। ঙসিদি অঙাংদো করি খল্লুরবনো, শুমতিনা মমা তোম্বীদগী লৌরগা মাগা ওইনা তুমিন্নখ্রে। অহীংদা অঙাংদু ময়ুং হাজিন্দুনা শুমতিগী মফি লোইনা চোখলে।

অদুবু হৌগৎলগা ফি নীংথিনা থাবীদুনা মাগী হেক্ পোক্‌চবা মচাগুম্ লৈশাবী মানা লুন্না কোনবীদুনা তুম্মিন্নখ্রে। হে! জগৎ সংসার অসিগুম্বা মীনুংশিগী পুক্‌চেল অতাংবনিকো। থাগৎনীংই, নৌরিবী মৈতৈ চনু শুমতিগী লৈশাবী অমনা লৌরিবা মমা অমগী থৌদাং। মসি জিববু নুংশিবা, মীনা মীবু নুংশিবগী অশেংবা খুদমনি। নোংঙাম্লে, বাজাব চত্তুনা অঙাংগী মফি-মরোল, শাম্নপোৎ লৈরুরগা পুরক্লে। মাঙোলদা থম্লগা মবুক্ পেন্না শান্নজরে। কপ্লকপগা মবুক্ লাপ্লমাপ্লে হায়দুনা শঙোম্ শেন্নগা পীথক্ই। অঙাংসিগীদমক্তি মপা মাংখ্রবসু হিংজরনি। শোমদা মবোক্ অহনবীদি কদাইদা চৎখ্রে? থোংসু হাংদে। নুমিৎ মঙোল ময়ায় য়ৌরে, করিনো হায়দুনা থোং থিন্দুনা কৌবসু তাদ্রে। মমৈদা থোংদু ফক্কায়রগা য়েংলুবদি চাউবগী মমা অহনবী মচা হল্লক্তবনে, মমৌ শিখিবনে, মাগী হন্না য়েংবদা কনা উরক্তুবদুদা হ থক্তুনা অম্মাঘাৎ তৌদুনা শিদুনা লৈরম্লে। লৈকায় ময়াম্ চংদুনা মাগী হৌনবী মথৌ মঙম তৌবীরে। খুঙ্গংদগী চাউবগী মকুবোক জুগোলসু লাক্তুনা খন্নবদা ইমুংদা শিরবনিনা য়ুমসিদি শীদোক্লেসি হায়দুনা শীদোক্লে। পুন্নমক্ নীংথেমচা ময়ুম্না শীল্লগা মখোয়গী মাস্তোপ্তা কর্ম্মা শোনখ্রে। মচা চাউবগী লৈফম্‌দি খংদবনা পাউ পীদ্রে। পুক্‌চেল চাউবা ইমুংনি ঙাংনৈ, মীপুম্ খুদিংনা। চাউবগী মকুবোক জুগোলনা নীংথেমচা ময়ুমদা চংলগা মচানুপীনা হন্দোক্লম্বা মশু নুপাবু নুংশিনা নাল্লগা বব পীবীবম্মী। মমিত্তগী মপি তানা ইবেম্মা। নখোয়না নুঙাইবা বাত-পাদবা ইমুং হায়বদু থোক্লে, ইশুবু নখোয়না লুনা তৌবীবসে উরগা নখোয়গী লম্মনদি মপোকসিমগী শিংবা ঙমগনি নীংদ্রে হায়না কপ্পী।

চাউবা মাদি গুবাহাটি যৌদনা মানা তোংলিবা গাড়ীদুদা হোজাইদগী মৈতৈ নুপা মনিপুরদা লাক্লম্বা অমা পুন্না ফমিন্নরুদুনা বারী তৌনবদগী মগা মরুপ্ শান্নদুনা নগাঁওদা কুম্নগা হোজাই তানা লাক্তুনা গৌরনাগর খুঙ্গংদা মাগী নৌনা থেংনবা মরুপ্তুগী য়ুমদা থুংলে। ইমুংদুগী মীপুম খুদিংনা মাবু য়াম্না লুনা তৌবীরম্মী। খুনগী য়ুম্ অয়াম্বা কোয়দুনা মৈতৈগী চৎনবী, য়ুমলৈ কৈবৈ লোইনা য়েংলম্মী। মাংখ্রগদবা অরিবা চৎনবী, মৈতৈ য়ুমজাও, ফমেন ফক্, থাদুনা থকশি খাসি ঙাক্পা লৈরম্বদুদা কয়াদি হরাউজরে। চাউবা মশা বী এ নি অঙ্ক, মনিপুরি নীংথিনা তম্বীবা ঙম্মী হায়বদুদা মখোয়গী খুঙ্গংগী ইংলিস স্কুল অমা লিংখৎপদুদা ওজা ওইবা য়াগনি হায়দুনা মদুদা ঙাংনরগা ওজা ওইরে। থবায় য়াওনা নীংথিনা তাক্‌পীবনা মীনসু পান্নরে। ময়ুমদা মমা শিরে, মচানুপা শুমতিনা লুনা তৌবীদুনা মখোয়গীদা য়োক্লি হায়বদি মাদি খংদ্রি। শোমদা শুমতি মখা তানা গুবাহাটিদা চৎনীংদ্রে। মতমদু মনিপুরগী তোঙানবা য়ুনিভর্সিটি অমা লৈত্রিবনা কলেজ অমদগী কলেজ অমদা ট্রানসফর তৌবদা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা লৈবা কলেজ খুদিংমক্

থোইনা অরুবা ওইরমদে। শুমতি দি এম কলেজদা বী এ দা মিং চন্দুনা মখা তমথরে। মানা কলেজ চৎখিৱৈদা অঙাংদু মমানা শেন্নবী, মনাওশিংনা লৌবীদুনা অঙাংদু ইমুংদুগী অঙাংগুম্না লৈরে।

নোংমা-নোংমগী হুম-হুম চাওশিল্লক্রি। শুমতিনা মচাদা মচাগুম্ অৱাৎ-অপা হান্না য়েংগনি। মফি-মরোল ফৌরিবা ময়ামদু লোক্শিনগনি। অঙাংদু ৱানা ৱানা চহি ফারক্লে; মখোঙ্ থাংদুনা চৎপা হৌরক্লে। শুমতিদা মা-মা মতৎ-মতৎ কৌবা হৈরক্লে। শুমতি থোইনা পুক্নিংদা হরাউজবা, নুঙাইজবা পোক্লুরি।

নোংমা চাউবনা মাগী মরুপ্ শরততা মতম্ কুইরবগী তুংদা চিঠি অমা থারক্ই। মরোলদি মাগী ইমুং করম করম্ তৌরি? মমা অমদি মাগী মচানুপা নৌনা হুন্দোক্লুস্বদুগী মতাংদা হংলক্ই। শরত্সু নোংমা পাউ লৌবা ওইনা য়াম্না ইকাযনা শুমতিখোয়দা চংলক্ই। শুমতিদি কলেজ চৎখিদুনা লৈবমদ্রে; মমা তোম্বীগা উনদুনা য়াম্না কুপ্না অঙাংদুগী শুমতিনা মচাদা মচাগুম্ খঞ্জবা ময়েক্ শেংনা তল্লম্মী। ৱারী পুন্নমক্ তারবা তুংদা শবত্ অমুক্ ময়ুমদা হল্লক্লে। মানা অঙাংদুগী লৈরিবা মওং-মতৌ শুমতিনা লৌরিবা থৌদাং মমা লৈখিদবগী মরম পুন্নমক ময়েক্ শেংনা ইরগা চাউবদা খঙহনখ্রে।

মতমদু চাউবা মাগা থেংনরুবা মরুপ্ নিল্লকম্থগী য়ুমদা পুন্না চাদুনা মানা ওজা ওইবগী তলব থাদা লুপা ৭০০/- ফংই। মাগী মরুপ নিল্লকম্থগী মনাও-নুপী ললিতা স্কুলদুদা পুন্না ওজা ওইমিন্নে। ললিতাদি মেত্রিক্ পাশ তৌরগা অঙাং-মচাগী ওইবনি। মানা চাউববু য়াম্না পামজনা তৌই। চাউবনা ময়ুমদা হন্দনা চহী ফাজিল্লক্লবা ফাওবদা খুঙ্গংসিদা খুঙ্গংসিগী মীশুম্ লৈরক্পদুনা মী অয়াম্বনসু থাজদুনা নিল্লকম্থনা লৌরিবা ললিতাগী মচে ইবৈলৈনসু মনাওদু চাউবদা পীনীংলে। মমা-মপা, অহল-লম্মন, লোইনা য়ানরে। নিল্লকম্থনসু মাগী মরুপ্পু থেমদুনা নৌদুনা হায়জবদগী চাউবা মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱারী পুন্নমক্ নাথৈদুনা থল্লগা ললিতাগা হোজাইগী গৌরনাগর খুঙ্গংদা নিল্লকম্থগী য়ুমদা লুহোংদুনা ললিতাগা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা অমুক্ খোঙদারে। মা শুমতিখোয়গী ইমুং অমদি মাগী মরুপ শরততদি পুন্নমকসি তাকথোক্লে। অদুবু মমা শিবগী পাউ তাবদা পুক্নিংদা য়াম্না ৱাখি। য়ুমদদি থোক্লকখিদ্রে।

শোমদা শুমতি বী এ সেকেন্দ ইয়ার পরিক্ষা ঙম্নবা তুংদা স্কুলগী ওজা ৩৭০ পুন্না হাংলে হায়দুনা অন্দরগ্রেজুএর্ট পোস্টা ইন্টরভিউ য়াওবদা অইবা চাংয়েং ঙমলে। পৈশা পীদ্রবদি ওইরোই হায়দুনা লুপা লিশিং ৩,০০০ দাইরেক্তরদা ৱানোমশেল পীখ্রে। মানা মহৈ মপুং ফাদ্রিবৈদা থুনা ওজা ওইনীংলক্পগী মরমদি মা চাউবগী মচাগীদমক্

থবক তৌনীংলকপননি। অসুম্না লাইবক্ ফন্দুনা ওজাগী পোস্ট হায়দোক্পদা য়াওদুনা থবক্ জোইন তৌরে। বী এ দি প্রাইভেৎতা থারগে খল্লে। মতমদু মানা থবক্ তৌরবনিনা নুপা মথং-মথং মাবু হায়বা লাক্পা হৌরে। মতম্ খরদি মানা ঐ বী এ ফাওবদং লোইখিগে হায়দুনা খাংলে। মানা য়োক্চরিবা মচাগী পোক্পগী পুংফম মমা মপাদগী হংলগা অঙাংগী কুঠি অমা পাঞ্জিদা চত্তুনা ইবীরুরে। মিঠুন রাসিনি হায়দুনা কনহাই থোল্লে। কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী মিংনি খন্দুনা হরাউজরে। কুঠি ইরুবা হল্লকপদগী মনাও ময়াম্না কনহাই, কনহাই লালা হায়দুনা নুংতিগী কৌবীবনা অঙাংদু কনহাই কৌবদা মাগী মমিংনি হায়বা খংলকলে। কনহাই চহী অহুম্ হায়রক্তুনা মরোল থোক্তুনা শুমতিদা ইমা হায়না কৌবা হৈরে। ময়াম্নসু মানা লুনা তৌজবদুদা কৌজরসনু হায়দুনা লৈশাবী শুমতি কনহাইগী মমা ওইরে. ময়াম্না অঙাংদু কৃষ্ণ মাল্লি কৃষ্ণ মাল্লি হায়বদুদা শুমতিগী মনাও গীতানা ইচে ঐখোয়গী ইবুঙোসি কৃষ্ণ শাহল্লগা মাগী মমা, মবোক্ লোইনমক্ লৈত্রবনিনা দশা কোক্লবা কৃষ্ণ অমুক্তং শাহন্দুনা জগোই কৎশি হায়রে। শুমতিগী মনাও গীতান্না জগোই তম্মী। মশক্স্‌ মচিন-মনাও মরিগী মনুংদা মানা ইফ-ফজে। তৌথোরক্পা শেৎতোক-ইন্থোরক্পা ইপক্-পকচৈ। ৱাঙাং শাঙাং নুংশি। অদুবু মাদি লাইরিক্তি কয়া পাংদ্রে। মেত্রিক্ পাশ তৌরগা জগোই ওইনা তমদুনা লৈরে। মনাও গীতানা পামজবগা মখুত্তা তলব চারবনিনা পৈশা খরসু থোক্পদুদা মবুক্লিংদা মাসু য়াদুনা জগোই রাস হৌরে। শুমতি খোয়গী য়ুমলোন্নবদা লৈবা য়েংখোম্ থানিঞ্জাও ইমুং লোয়নবা হান্নদগী কয়া নুঙাইতে। ফত্তবগী কম্পিটিসন য়াম্না কল্লি। শুমতিখোয়গী ইমুংদা চাউবগী মচা লুনা চান্না তৌদুনা য়োক্পসি মখোয়গী ইমুংনা পামদে। মখোয়না ইমুং খুদিংগী চত্তুনা মখোয়গী নীংথেমচাগী ইমুংদা লমজা মচা অমা য়োক্লিবসে হয়েং চাউরগা মপু শোয়দনা চারক্কনি খংদেনে? — মসিনি মখোয়না তোয়না শীজিন্নবা ৱাঙাং। মী অতৈদা শন্দোক্লিবা। কনানসু থৌওইনা তারুদে। নোংমা অয়ুক্তা জগোই তম্বা লোইখ্রগা গীতানা কনহাইবু মখা তানা মখোয়গী মান্দোপ্তা কনহাইগী মাংদা জগোই শা শাদুনা চৎলগা জগোই তম্বী। শোমদা থানিঞ্জাওগী মচানুপা অহল বীক্রমগী মচা খরা ঙাওশিন্নবা বোদেনা নুং মচা-মচা খুল্লগা কনহাইদা লুল্লগা থাই। পান্দে, মথংদা খর চাউবা অমা খুল্লগা থারল্লগা চেনখ্রে। মচেক্ নাইবা নুংদুনা মিৎপাগী অথোৎপা জগাদুদা পান্দুনা শাংনা তত্তুনা ঈনা পূমঙাং ঙাংলে। গীতানা অঙাংদুবু থুনা কোল্লগা ইমুংদা চেনশিনখে। লশিংনা মেল্লগা হিদাক্ হাপ্লিঙৈদা শুমতি অয়ুক্কী স্কুল ছুটি থারক্তুনা থুংলরে। মমা তোম্বীনা বীক্রমগী নুপীদা নচা ৱারকউ অঙাংসি মমিত্তা পাল্লম্নবদি করি থোক্কনি হায়না ঙাংই। বীক্রম্, মপা, থানিঞ্জাও মমা লোইনা চোংথোরক্তুনা নখোয়গী অঙাংদুনা হান্না হৌরমগনি।

ঐখোয়গীদি য়াম্না তপচবনি মীগী মচা য়োক্লগা বাজাউ ঙাংগনু অরেম্বদা হয়েং চাউরক্লগা মপু চাগদবা অঙাংদু য়োক্লগা করি কান্নগনি ? ঐখোয়দা ওনশিনবীরক্কনু হায়না থিনা চৈরক্নে। মান্নবা তন্দুনা শুমতি মচা পন্নগা দিসপেনসরিদা মিৎপাদু ফোৎলুরে। হন্নক্লগা ঙসাই মচাগী মায়োক্তা ঙাংখিবা ময়ামদো তারুরগা মচাবু কোল্লগা পেল্লা কপচরে। ইচাগী মরাইবকসে ওন্থোক্লা থিগ্রেদা। মখোয়সিগা য়ুমলোম্নদুনা শাংনা লৈমিন্নবদা নোংমদি শোয়দনা ইচাশি য়ুম্ থাদোক্কুনা চৎকে হায়রক্কনি খল্লি। মখোয়না মচা কনহাইবু নংগীদি নমা-নপা লৈত্রবনি, শুমতিদি নংগী নমা নত্তে হায়বা তত্তনা অঙাংসিগী নাকোংদা তাবা হৌরবনি। নৌরিবা অঙাংগী মকোক্তা ফত্তবা অয়াক্পা, থম্মোই শোক্পা মীচে কয়াসি তুংশিন্দুনা লৈখ্রগা নোংমা শোয়দনা পোকখইরক্কনি হায়বসি জ্ঞান লৈবী মমা শুমতিনা ভাবনা লাম্বা ফংই। তৌশিল্লুরবা কৌবনিনা জগোই লোইবা ফাওবদি খাংবা তারে।

নোংমা নুমিৎ অফবা অমদা মখোয়গী মাস্তোপ্তা জগোই রাস শান্নখ্রে। য়ুম্লোম্নবা থানিঙ্গাওগী ইমুংনা তুম্বা য়াদে, লাংই হায়দুনা পুলিসতা বাকথলি। অদুবু মতুংদা অমুক্ তৌররোই হায়রগা তেনশিন্নখ্রে। শুমতি মপুক্লিংদা মা থানিঙ্গাওগী ইমুংগা য়ুম্লোম্নদুনা লৈবা পাল্লক্নে। মা দাইরেক্তরগা উনদুনা থৌবালদা ওইনা পোস্টিং থোকহল্লে। গুবাহাটিদা মাগা তম্মিন্নখিবী মমান্নবী কুঞ্জরানীখোযগীদা লৈরগা মাগী অনীংবা থুংনবা মাগী মরুপকা মুন্না তানরবা তুংদা মখোয়গীদা লৈবে। মচানুপা কনহাই ইংলিস স্কুলদা মিং চনবীরে।

নোংমা মাগা খণ্ডনবা গোপেশ্বর শুমতিগী মনাক্তা লাক্ই। মানা শুমতিদা মখোয় অনী লুহোংবগী বা হৌদোক্লম্মী। শুমতিনা মাদি মচা কনহাই থাদোক্পা ঙমলোই। করিগুম্বা গোপেশ্বরনা ময়ুম্ থাদোক্কুনা শুমতিগা কনহাইবু মখোয় অনীগী মচানি খন্না য়োকমিন্নবা য়াগদবা ওইরগদি মাগী প্রোপোজেলদু য়াগে নৎত্রবদি ঐ য়াবা ঙমলোই; ঐগী পুন্সিদি অঙাংসিনা হেন্না মরুনি হায়বদগী গোপেশ্বর বাখল ফল তাদনা হল্লকখি।

শোমদা মনাও নুপী গীতা মাগা কোয়নজবা রতনগা চেনখ্রে হায়দুনা মচেদা পাউ লাক্ই। মমা-মচা নোংম-নিনি য়ুমদা লাক্কুনা মনাওগী লুহোংবা য়াওরে। লুহোংবা থিল্লমদাইদা মচিন-মনাও কোল্লগা কপমিন্নে। কনহাইবু মানা পো-পন্নগা চাউনবা য়োক্পদা থৌদাং য়াজখিবী গীতা পিরাংগা লোয়ননা কনা লৈজদ্রবা কনহাইবু নুংশিনা কোন্দুনা চৎলমদাইদু মখজাইদা চুপ্নীখি অঙাংদুসু ময়াম্ কপ্পবদুদা কপ্পী। অসুন্না গীতা লুহোংবা য়াওরম্লগা থৌবালদা অমুক্ হনখ্রে।

নোংম-নোংম হৌখিবনা মতম্নদি কনাবুসু ঙাইরমদবনা কনহাই ক্লাস ফাইব তম্লে। কুঞ্জরানিগী মবুং থম্বালজাওগী মচানুপী সুপ্রিয়াগা নুংতিগী স্কুল কাবা কুম্বা তৌদুনা

লাইরিক্সু কন্না হোৎনমিন্নদুনা রোল নম্বর বান্-টু মখোয় অনী ইন্ন-ইন্না চৎলি। শুমতি কুঞ্জরানিগী মবুং থম্বালজাওদা তাদা অঙাং অনীসি নবদয়া বীদ্যালয়গী ফোর্ম লৌরগা মিং চনবা ফংব্রা য়েংশি হায়বদগী মখোয় অনীমক্কী ফোর্ম লৌদুনা চাংয়েং য়াওবদা সেরিএল বাংনা খল্লে। পোৎ-চৈ চংগদবা পুন্নমক্ লৈদুনা মখোয় অনী ককচিংগী নবদয়াদা ক্লাস সিক্সতগী তম্বা হৌরে। শুমতি মচানিপানা বোর্দিংদা লৈখিবদগী মতম খব য়ুমদা লৈরে। ময়ুম্ পানবগী চহীসু হেঞ্জিল্লক্লে। মমা অমনি হায়বগী বাখলনা হেন্না পুক্লিং চংবশুম্ তৌরক্লে। নোংমা গোপেস্বর লাক্লগা অমুক্ থেম্নে। অদুবু মানা হৌজিক্তি ইচা চাউরবনিনা প্রোব্লেম্ ওইরগনি বাবৌবীবা য়াদে হায়দুনা গোপেশ্বর পুক্লিং নুঙাইতনা হুনখ্রে।

মতম কয়াগী তুংদা নোংমা চাউবা ইম্ফালদা থোক্লক্খি। মাগী মরুপ শরতকী য়ুমদা অহীং অমা লেক্লম্মী। শুমতিনা কনহাইবু মচাদা মচা ওইনা যোক্লিবদুদা নংনা অয়েৎপা পীবীরুরনু। মীনা ঙাংনবা ঙমদনবা থৌবালদা পুদুনা মাগী হেক্ পোকচবা মচানি খন্না য়োক্চদুনা নবদয়া বীদ্যালয় কক্চিংদা ক্লাস সিক্সতা মিং চন্দুনা তমলিবনি। মাগী কৎথোক্লবী পুকচেল অতাংবনি হাযনা তম্বদু তারুরগা চাউবদু হিক্লা হিক্লা মকপকী মমাংদা কপচৈ। ঐবু ইচাগী মফমদা কবন্না শকশি উৎলসিগে? মকপ! মাগী ইংখোলগী পাটটাদু পুরগা বেজিস্ট্রার ওফিসতা চত্তুনা শুমতিগী মিংদা পাল্লমল্লগা পটটা অনৌবা অমা শাহল্লগা মদু মাগী মরুপ শবতকী মফমদা শিন্নরম্নগা অমুক্ অসামগী হোজাইগী ময়ুমদা চৎখ্রে। হোজাইদা ললিতাগা লুহোংলবা তুংদা মচানুপী অমা পোক্লে। মমিংনা ইন্দ্রানি থোক্লে। অনৌবা পুন্সি অমদা লৈরে। নোংমা শরত শুমতিখোয়গীদা লাক্লগা চাউবনা লাক্লম্বা অমদি মঙোন্দা শিন্নরম্বা ইংখোলগী পটটাদু শুমতিদা পীরে। মাগী মরুপকী হৌজিক্ ওইরিবা পুন্সিগী মরমদসু খরা ফোংদোক্লে। শুমতিনা ও! মা নুপী অমুক্ থিরবা? মচাসু নুপী অমা পোক্লবা? ইচা কনহাইগী মচল অমসু লৈরবা, মমিংনা ইন্দ্রানি কৌরবা। শুমতি থা খুদিংগী কক্চিংদা চত্তুনা মচানুপাগা উনরুই। অবাৎ-অপা য়েংশিল্লুই। শুমতি হৌজিক্ ময়ুম্ অমুক্ পানগে খনদ্রে। মা মচাগীদমক্ মাগী পুন্সি কৎথোক্লগে খল্লে।

নিংথেমচা ময়ুমদা লাই লাৎপদা লাইশেবা তৌনবা বামোন নেক্পা ফংলক্তবা বামোন অয়াম্বনা লাইশেবাদা পুক্লিং চংনরক্তবা কয়াসি উরকপদগী তুং কোইবা য়ারক্কদবা মাল্লক্তদুনা শুমতিগী মথৌ স্নাতোম্বনা মানা হিংলিঙৈদা রাধা কৃষ্ণগী মুর্তি অনীমক্ পুরগা রাধাকুন্দদা কুঠি অমা লৈরগা রাধা কৃষ্ণ লেংশিনখ্রে। শুমতিগী মথৌ স্নাতোম্বা মতম খর রাধা কুন্দদা রাধা কৃষ্ণগী শেবা ফংলম্নগা লৈখিদ্রে। হৌজিক্তি য়ুমদগী থা-

থাগী পৈশা থাদুনা মী থম্নগা লাইশেবা তৌহল্লি। শুমতিগী পুক্নিংদা মানা মচা শক্না য়োক্চরিবা কনহাইগী চপ চাবা মথৌ-মগুম্ লুহোঙ-খোংদোংবা লৌইরগদি মাগী অরোইবা শরুক্তি মথৌনা লাৎচরম্বা রাধা কুন্দগী মন্দিরদা রাধা কৃষ্ণগী শেবা ফংজদুনা মফমদুদা লেল্লুরগে লেপ্লে।

কনহাই লেপ্তুনা পরিক্ষা ঙমদুনা হন্দক মেত্রিক্ থাখ্রে। মরক্ মরক্তা থৌবালদা শুপ্রিয়াগী ময়ুমদা শুপ্রিয়াগা চৎথমিন্নদুনা পুন্না চামিন থক্মিন্নদুনা য়াম্না নুংশিনা তিম্লে। মখোয় অনীমক্ ফার্স্ট দিবীজন্দা পরিক্ষা ঙমলে। এলেবেন্দা অমুক তমথরে। নোংমা মমানা মচা নুপাদা "ইবুংঙো। নং হয়েং চাউরগা করি ওইবা পাম্মী?" মচানা– "ইমা! ঐদি আর্মি ওফিসার ওইবা পাম্মী"। মমানা খল্লি; ইচাদি মমা-মপা মশক্ খংহৌদবনা অঙাং ওইরিঙৈদসু মীখা পোল্লা মীচেন ওইনা হিংলক্লে। ইচানা খল্লিবসিনবু তুংদা ফংগদবা মাল্লে। মরমদি মানা আর্মি ওফিসার ওইরবদি কনা অমত্তুনা মাগী মরমদা ঙাংবা, শীংনবা ঙম্নরোই। ফরে, ইচানা নীংজবদো থুংজবা ওইরো। ইমানা বর পীরবনি হায়না মকোক্তা নানবী। হৌজিক্তি কনহাই মমা শুমতিনা কয়াগী মতিক্ মাগীদমক্ বাজরক্পা পুন্নমক্ ভাব তারক্লে। মানা তাঞ্জবা পৈশা খরা খরা তুংশিঞ্জদুনা চাউবনা মমা শুমতিগী মিংদা পাটটা পাপ্লম্লবা মখোয়গ: থংনবা ইংখোলদা য়ুম যাত্রা হন্দুনা য়ুম শাবা হৌরে। মীনা অমুক্ ঙাংনবা হৌরে, শুমতিসিনা চাউবগী মচাসি য়োক্লগা ইংখোলসি নমদুনা লৌনবা চক্ তৌরেদনা। মা ঙাংনরিবা পুন্নমক্ করিসু নাচুংদে। তৌগদবা মাগী থবক্ অদুম্ তৌদুনা চেক্কী য়ুম মচা অমা শাৎ হৈদুনা মমা মচাগী শাবা লোইরে। ভলুন্টরি রিটয়ারমেন্ট লৌদুনা পৈশা অবাৎপদু কোন্নজরে। মচা নুপা কনহাইনা টুবেলফ কাবা মতমদা শাবনি। নোংমা য়ুম শঙ্গাবা নুমিত্তা কনহাইগা শুপ্রিয়াগা, কুঞ্জরানি, মবুং থম্বালজাও লোইনা লাক্নুনা শুমতিগী মনাওশিং, মপা-মমা চাউবগী মরুপ শরত লোইনমক য়াওদুনা শুমতিগী য়ুম্ শঙ্গারে।

কনহাই টুবেলফকী পরিক্ষা মায় পাক্লবা তুংদা এন দি এগী পরিক্ষা থাবদা মানা নীংজবগা সেলেক্সন ফংদুনা দেহরদুন্দা চৎখ্রে। শোমদা শুপ্রিয়া দাক্তর নৎত্রবদি তন্নোই হায়দুনা দাক্তরগী ইস্ত্রান্স টেস্ট য়াওখ্রে। মাসু খল্লে। মখোয় অনীমক্ মানা মানা নীংজবা থুংজরে। হোজাইদা লৈবা চাউবনা মরক্-মরক্তা মাগী মরুপ শরততা পাউ লৌদুনা মাগী ইংখোলদা শুমতিনা মচা নুপাগী য়ুম শারে মচানুপা দেহরাদুন্দা এন দি এ খন্দুনা ট্রেনীং তৌরি হায়বা পুন্নমক তারে।

নোংমা মচানুপা কনহাই ময়ুমদা থোক্লক্ই। মচাগী মিলিটরিগী য়ুনিফোর্ম পুদুনা লাক্ই। মমানা মচাদা ইচানা আর্মিগী ফিজোল শেৎপা টুপি উপ্লদু অমুক্তা য়েংগে

হায়রগা মচাদা শেৎহল্লি। মদুবু উজরগা মমানা কয়াদা হ্রাউজে; ইচানা নীংজবদু থুংজরে খন্দুনা। মমানা চৌকি অমদা ফন্নগা মচানা মতুংদগী মমাবু নুংশিনা কোল্লগা ফোটো অমা নল্লে। শুমতিগী পাবুং ইমা লোইনা অহল ওইরক্লে। মখোয় লোইনমক্ মশুগী পক্‌চবা ফিজেৎ অমদি মমা-মচা নুংশিনজবদু উরগা থম্মোই থম্মোইদা পেনজে। শুমতিগী মনাও নুপীশিং ঙল্লমক্ মথং-মথং ময়ুম পানখ্রে। কনহাই মন্দোমচাশিংগী ময়ুমদা চত্তুনা লোইনা উন্নরুরে। মন্দোমচা গীতানা কনহাই লাক্‌পা উবদা কয়াদা হ্রাউজরিবা। নোংমা মানা জগোই তম্বীরিঙেদা বীক্রমগী মচা বোদেনা নুংনা থাদুনা কনহাইগী মিৎপান্দা পানবদা মানা ব্রাজখিবা। মচাগী মিৎপান্দা লৈরিবা দাক্তু নাল্লগা "য়েংউ ইচাগী মিৎপান্দা লৈরিবা দাক্‌শে বোদেনা নুংনা থাবগীনি। মী ফত্তবা হায়বসিদি মাদি ড্রক চাদুনা হেরোইন কাপ্তুনা নাদুনা হোসপিটালদা লৈবনি। মখোয়গী ইমুংদো লোইরবনি হায়জে। অসুম্না মন্দোমচা গীতানা ঙসিদি মখোয়গীদা চাক্ চাদবা য়ারোই হায়দুনা চাক্ ঈশিং শিল্লে। মন্দোমচাগী মচা জীটেন্না ময়াম্বগী মনাক্তা ফন্নগা দদা-দদা ঐসু ঐখোয়বানা এন দি এ থাহনগনি মিলিটরি ট্রেনীং চৎহনগনি হায়। য়াম্না ব্রাব্রনে দদা? কৈদৌবগী বাদোইনো দাদানা পুশিল্লগা লোইরে, লাইরিক্তা কন্না পাউ, নশাদু ফনবা অফবা চিঞাক চাউ, ঙাউশিন্নগনু অদুনা লোইরে।

অসুম্না মন্দোমচা গীতাগীদগী হল্লক্লগা নোঙাল্লগা অমুক শুপ্রিয়াখোইগীদা মমাগা চত্তুনা শুপ্রিয়াগী মপা-মমা খুরুমজে মাম্মা ইনে, ঐ নহান থোরক্‌ই হায়জে। শুপ্রিয়াসু লৈরমদুনা বারী ব্রাতায় কয়া শানদুনা চামিন থকমিন্নবা লোইরগা অমুক্ বিদাই তৌনরে। নোঙানবগা ফ্লাইততা মাগী ট্রেনীং মফমদা অমুক্ চৎখ্রে।

শুমতি মতম খবা ময়াম চৎনবদা য়াওদুনা রাধা কুন্দদা মথৌনা পুশিন্দুনা শেবা চৎচরম্বা 'নোবিন কিশ্বব' হায়না মিংথোনবা মন্দিরদা লৈদুনা হয়েং মানা মচাগী লুহোং-খোংদোংবা লোইরগা লৈবা নুঙাইনবা খোংহামফম্ ঈশিং মাইশিং মরাং কায়না ফংনবা শেমজিন সাজিন্দুনা থামুক্ লৈরুই। মানা রাধা কুন্দদা লৈরিঙেদা মচাদা টৈলিফোন তৌরম্বদগী মচাসু লাক্তুনা মমা-মচা উনদুনা লাইফম খুদিং চংদুনা খুকমজরে। লৈখিদ্রবা অহল লম্মনশিংগী মিংদা রাধা কুন্দদা তর্পন কৎহল্লে। অসুম্না নোংম-নীনী মমাগা লৈরম্নগা অহিংগী ট্রেন নংনবা জীপ অমদা রেলবে স্টেসন ফাওবা থিলহল্লে।

মচা চৎপ্লবা তুংদা শুমতি য়ুমদা অমুক্ থোরক্লে। হৌজিক্তি মচাগী ট্রেনিংসু লোইদুনা মানা পামজবা আর্মি ওফিসার কেপটেন ওইজরে। শোমদা থৌবালদগী শুপ্রিয়াসু দাক্তর লোইরে। নোংমা মমানা চৎতুনা মবুং থম্বালজাও অমদি মনম্মা ফজবীদা

মচাগী ৱারী শাবা লাক্ই। ফরে, কৈদৌগে ইচনসিদি পীক্লিঙৈদগীসু নংনা শীনজদুনা লাকই, হুজিক্সু ইচন্না হায়বদু ইবুং লোইনা য়াই হায়রে। শুপ্রিয়াসু মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী চান্নজবা লুনা তিন্নজবা মরুপ্ কনহাইব্রু মতম্ খুদিংমক্তা তত্তনা নীংজদুনা মহৈ তন্নক্পনি। শোমদা কনহাইসু হায়দোক্তবগী ৱানি নীংজবদি করিগী লৈরোইদগে? অদুনবু ময়ুমদা থোক্লকপগা শুপ্রিয়াদা হায়জরিবনি, থৌবালদা হান্না চৎকদবগী হোৎনজরিবনি।

অসুন্না পুন্নমক্ য়ানদুনা লুহোংলে। লুহোংবদা শুমতিনা চাউবগী মরুপ্ শরতপু বার্তোন তৌই অদুবু মপা চাউববুদি তাক্লে। শুমতিনা মবুং শক্পা শরততগী কনহাইগী মপা চাউবগী হোজাইগী এদ্রেস লৌরগা নোংমা শুমতি মচা কনহাই মমৌ শুপ্রিয়া পুরগা হোজাইগী গৌরিনাগর খুঙ্গংদা টেক্সি অমা ৱায়বগা চংলক্ই। চাউবা শুমতি উবদা ইকাই-নুংশি য়ান্নজে। মাগী নুপী ললিতা মচানুপী ইন্দিবা মচানুপা খেলেন লোইনা মশক্ তাক্লরে। শুমতিনা তপ্না মচানুপা কনহাইদা ইবুঙো পাবুংগা ইমাগা খুরুমউ, মমৌনুপী শুপ্রিয়াদসু তাক্পী। অনীমক্ খুরুমই। চাউবা মপি শিঙ্গরক্ই। শুমতি মপি শিঙ্গ-শিঙ্গ কপচৈ। অতোপ্পা ময়ামদুদি তুমিন-তুমিন ৱা-মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা যেংদুনা লৈনে। ইংনা তপ্না ভাব তানা মী লোইনমক্ ফমহল্লগা শুমতিনা হেক্ হৌবদগী লোইবা ফাওবগী ৱাবী লিদুনা ময়ামদা তাহল্লে। মচানুপা কনহাই মীবমদুদা মমাগী মখোঙ্ কোল্লগা নোং খোংবগুম্ ইমা নং পুন্সিগী ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা য়াবোই হাযদুনা কপচৈ। ৱারী পুন্নমক্ শানরবা তুংদা শুমতিনা চাউবদা— "তা-চাউবা মনিপুরদা থোক্লগা ইনম্মসু, অঙাংশিংসু পুরগা য়ুম ইংখোলদু অমুক্তংদি মপু পালহনসি" হায়জে। ইমুং-মনুং লৈকায় ললিতাগী মতৈ নীল্লকন্থ লোইনা খন্নরবা তুংদা অমুক্তংদি থোক্লগা য়েংলুরো হায়দুনা নোংঙাল্লগা নাগাঁও তানা চৎলগা নগাঁওদগী ব্রুহিল বসনা ইম্ফাল তানা লাক্লগা শুমতিনা নীংথিনা শাবীববা য়ুমদুদা মখোয নুমিদাংৱাইদা থুংলবগা চাক-ঈশিং থোংদুনা চান-থক্লবা লাংই।

নুমিত্তো শুমতি ময়ুমদা মাগী লৈশারিঙৈগী ফমুংদু শেংদোক্লগা নান্না থারগা ফমুং মথক্তা মচা কনহাইনা অঙাং ওইরিঙৈ, জগোই রাসকী ফোটো স্কুল্ তন্নিঙৈগী আর্মি ওফিসারগী ময়ামদো অমমমতা ওইনা পেন্না য়েংজরগা মাগী শুৎকেশতা হাপচিল্লে। পুগদবা পৈশা নুংশা পোৎচৈ য়োম্বা খোৎপা লোইনমক্ লোইরগা দলান মথক্কী থোংদু হাংদোরক্ই। চাউবা চাবা থক্পা লোইদুনা মখুৎ হাম্বা থোক্লক্ই। শুমতি মহৌশাগী শুইদু মেৎকে তৌই অদুবু মা মৈদু অমুক্ থাংগৎনীংদ্রে। মৈঙাল য়াওদনা অমম্বদুদা মমি শামি চাউবগী মশক্তু শেংনা উখিদ্রে। ইমুংদা চংলগা তুম্নবা হোৎনখ্রে। তুম্বা য়াদনা হৌখিবা পুন্সিগী শাংলবা ৱারী মথং-মথং নীংশিংলম্লগা ঙাইহাক্তং তুমথখ্রে।

নোং ঙাপ্লে, মচা নুপা, মমৌ কৌবে। ইমা মতম্ খর নথৌনা পামজবম্বা রাধা গৌবিন্দগী মনাক্তা চৎলগা নোবিনকিশ্বব মন্দিরদা ঈশ্বরগী শেবা চৎলুখিগে হায়দুনা নীংথিনা পাউতাক্ কয়া পীবীরম্লগা দিল্লিগী ফ্লাইততা বাধা কুন্দদা চৎখ্রে। পিরাংনা নোং ওইনা চুদুনা ইমুং অনীগী মীওই পুম্বা শুমতিনা য়ুমদগী খোঙ্ থাংদোকখিবা য়েংদুনা লৈহৌই।

তাং ৩০/৪/২০০৩

# শাদানবগী পুকচেল

মৈহৌরোলদগী মীওইবগা তৎন-থানা য়াদনা লোয়নদুনা লাক্লবা জীবশিং খুদম ওইনা— হুই, হৌদোং, ষন, শাগোল, গাধা শামু, ইরোই অসিনচিংবা মীওইবগী মতেং পাংনবগীদমক্ ঈশরনা থারক্লবা জীবশিংসিবু পৃথিবীগী মীপুম্ তংখায় অমরোমদি হাৎতোক্লগা চিঞ্জাক্ ওইনা চাবীবা, তমথিনা লাক্লবীবা, ফুম্বীবা, মচিঞ্জাক্ নীংথিনা পীজদবা উরগা লৈতুম্না থাবীবা, নাওরিনা কাপ্পীবা কয়া উরি। মসি পুন্নমকসি মীওইবনা খঙ্গরুদবা অমদি নৌরিবা মচা মশুশিংদা তৌহৈদবা থবক্কি জীববু নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবীগদবনি হায়বা তাক্পীবা তম্বীবা থাৎপদগী থোক্পা ঙাক্তনি।

ঙসিগী সমাজদা মনিপুরদা মচা-মশু থারক্পা নোংম-নোংমগী থাংলক্পনা নত্তবা চিঞ্জাক্ চারক্পা নিশা মখল শুনা চাংয়েং তৌরবা মীওইগী মশীং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি হায়বা য়াই। অসুন্না মখোয়গী থাখলদা ধর্ম্মনা য়াবা য়াদবা, চাবা-য়াবা চিঞ্জাক্, য়াদবা হায়বা তোঙানবা অমুক লৈরক্তে। মৈতৈসু ষনশা অয়াইবা, হুইশা অয়াইবা ফোংনা য়োনবা হৌরক্লে। কনানসু তৌগনু ফত্তে, তৌহৈদে হায়বা য়াওখিদরে। মসিবু অফবা খুদম্লা? তুংদা করি ওইরক্কনি? মসিনা মাংলক্কদৌরিবসি থাক্ কয়াদনো? কনানসু অততাই ওইনা খল্লুদবনা মাংলবসু ময়ামগীনী মীনদি হায়দ্রগা ঐগী করি ইথৌ লৈদুনা হায়বা থাখলসিদা তুমিন্ তুমিন্ য়েংদুনা তাদুনা, উদুনা লৈনরে।

মতম্ অমা ঐহাক চীংগী খুঙ্গং অমদা ওঝা ওইজরম্মী। খুল অদুদা মৈতে মচা তিন্ননীংবা মীসু লৈ, তিন্ননীংদবা মীশু লৈ। ঐখোয়সু ঐখোয়বু তিন্ননীংবা লুনা খনবীবা মীদুগা তিন্নবা মহৌশানিনা 'দুব্বাং' কৌবা ওজাশিংগী মনাক্তা তোয়না লাক্লগা ব্বারী শাবা পাম্বা নিপা অমগা তিন্নরে। মানা ঐঙোন্দগী ঙারি হেক হেক নীগনি, চাক চারিঙৈদা লাক্লবদি কৌশিন্দুনা মাসু চামিন্নগনি। 'দুব্বাং' জংগলদা চৎমিন্নবা উয়েন্ হেকপা, কংলায়েন্ উচিনা হেকপা চৎমিন্নবা য়াম্না নুঙাই। মাগী হুই অমোম্ অমুবী অমা লৈ। মদুগী হুইদুনা হৈবসি মানবু থেংনরুবা লমলক্কী শা-শজি, সঙাই, খারশা, লমওক্ লোইনমক ফাদবা য়াওদে হায়। য়াম্না শিংবা শা তানবা হৈবা হুইনি। অদুবু মানা থব্বাই য়াওনা তাঞ্জবা শাদু ফারগা শেন্নগা থোংদুনা চারবা মতমদদি নোংমতসু হুইদুগী খরা য়াম্না মনীং থুংনবা পীজদে। মরু খরগা লুখাক খবগা থারগা চাহনবা নত্তনা। তোল্লবা মপোক হায়বদুনি, হুইগী মপোক। অসুম্না নোংমৈ অমা লেংবান্দা থোংলগা মাগী মরুপ খরগা দুব্বাং মরক্-মরক্তা জংগলদা শা তানবা চৎলি। মখোয়না শা তানবসি এপ্রিল থা গুদ ফ্রাইদে য়ৌরকপা মতমদনা অয়াম্বা তাল্লি। অয়াম্বা মতমদা শা ফাদুনা মীনসু মাগী হুইদুবু লুনা খন্নে, মা পুরবদি শা শোয়দনা ফাগনি হায়না অশা তৌনৈ।

নোংমা নুমিৎ অমদি শা তানবা চৎপদা শজি অমা থেংনদুনা হৌনা হৌনা খোংদুনা হুইদুনা শজিগী মতুং নক্না তান্নরম্মী। দুব্বাংনা শজিদু তম্না মাগী নোংমৈদু কাপ্লম্মী, অদুবু শজিদুনা কন্না চোংখিদুনা মাগী নোংমৈ মরুদুনা শজিগী মতুং নক্না ইন্নদুনা চেল্লিবা মাগী হুইগী মতুংগী মখোঙদা পাল্লম্মী। মাগী হুইদু চেনবা ঙমদ্রে, মখোল হৌনা কৌরেং-কৌরেং হায়না মপুদা য়েংলগা মতেং পাংবীনবা খোংলম্মী। দুব্বাং হুইদুবু করিসু য়েংবীদনা শজিদু তান্নদুনা চেনখ্রে। মমৈদা শজিদু উখিদ্রে। হুইসু য়াওদ্রবনা কদাইদা লোৎখ্রবনো হায়বসু খংদ্রে। থিবা খংদ্রবদুদদি হুইদুগী লৈফমদা লাক্লগা ঈহীং-নাইহীং শানা তুদুনা চৈনা খাংলিবা হুইদুবু উবদা মাগী পুক্লিংদা মখোঙ্ তেক্লবা হুইদুনা অমুক্ হন্না হিংলক্তুনা শা তানবসু ঙম্লরোই করিবু কান্নরুগবনো মসিদুম, হাৎতোক্লগে খল্লকলে। শূর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা চৈনা খাংজরিবা মতম চুপ্পদা মপুনা হায়বদা ইঙ্গরকপা লুখাক খর পীজরগা মবুক থল্লি থন্দে নিঙাই তৌজদ্রবা জীবদুবু নোংমৈ মরু অমগা কাপশিন্দুনা হাৎতোকপীরগা মখোং অনী অনীদু চৈ অমদা পুল্লগা লেংবান্দা য়াল্লগা ময়ুম তানা পুরক্লগা মৈদা লৌরগা শেমদুনা থোংলগা ইমুংদুগী নুমিদাংগী চারা ওইখি। মখোয়গী থম্মোইদা জীবদুবু মতম্ শাংনা লোইনরকপগী নুংশিবগী মরীদুদগী চাকখাওগী অপেনবা লৈগী মহাও অদুনা হেন্না মরু ওইখি। ঐনা খনখি -হে পুক্লিং নঙ্ তপথৌ। শাউখিনু, মসিনি জীববু য়েনশাং ওইনা উবা হায়বদো জীববু জীবা, থব্বায়

ওইনা উবা ঙমদবা পুকচেলদুসু শানি। মহাক অদু ৱাখল খনবা ঙমদবা শাগু ম্বনি। মীগী থম্মোইনা শা ওল্লক্লবদা পৃথিবীসিনা কয়াম্ কুইনা মাগী পুংজৈদা চুম্না উংদুনা লৈবা ঙমগনি। নোংমদি পুংজৈ তেক্কুনা মতুম্ তাবা পৃথিবীসে মাইগৈ খংদনা ওন্থখিবসু য়াই।

দুৱাং শাদানবগী থবকতি অদুম্ তৌই। নোংমা নোংমৈ পায়বা নিপা অনী শা অমা কোয়শিন্দুনা নাকল অনীদগী নোংমৈ এম তৌদুনা শা কাপ্পবা হোৎনরি। নোংমৈ পায়বা দুৱাংদু জংগলদা লোম্না-লোম্না মখোঙ্ থাংবদা নাপী-উনা লেংবদুদা শা ওইরবোই নীংদুনা মাগা শাতানবা লাকমিন্নবা মরুপ্ অদুনা নোংমৈনা কাপ্পদা দুৱাংগী থবাক্তা পান্দুনা ঈহীং-নাইহীং শাদুনা লোংনা তাদুনা লৈরম্লে। থুনা য়াংনা মনাক্তা চেনশিল্লক্কুনা দুৱাংবু পোদুনা পুনবা হোৎনৈ অদুবু ঈনা অতৎ-অখম্ লৈতনা থোকখিবনা দুৱাংদু জঙ্গলদা পুন্সি লোইরে। মাগী মরুপসু থৱায় ৱানা ময়ুমদা পাউদু তম্লুরে। মদুদগী শাগৈ মশেল মিতিং তৌদুনা ফাইন চাউনা তিংহন্দুনা কেশতু লোইশিনখি। ঐনা খনখি, হে মীওইবা! নংগী ফজদবা পুকচেলনা নোংমা নত্রগা নোংমদি নংগীদমক্তা কৎথোক্কুনা থৱায় থাবা ঙল্লিবা জীববু চিঙ্গাক ওইনা উদুনা মতেং পাংবীনবা হায়জবদা তাবীদনা হাৎতোকপীরগা চিঙ্গাক ওইখিবদুনা নংসু ঙসিদি মান্নবা ঈশ্বরগী ৱায়েল লাক্লিবনি অদুনা জীববু নুংশিবা ৱাখলসি কৈদৌঙৈদসু থম্মোইদগী লাপথোক্তনবা হোৎনগদবনি হায়বসি থমজনীংই।

তাং ২২/৪/০৩

# জপানিজশিংগা নোংমা

ইং শোক ১৯৯০ গী ফেব্রুবারী থাগী মতমনি। জপানিজ মীওই তরুকনা শাবা টিম অমখক মণিপুরদা লাকখি। মখোয়গী টিম অদুগী লুচিংবনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জপানিজ আর্মিগী কেপ্টেন ওইরম্বা মিনকবা হায়বা অহল ওইরবা মীশক অমখক্নি। চহী নিফু শুরবনি হায়বা নুপী ফিল্ম ডাইরেক্টর অমসু টিমদুদা য়াওরকখি। মহাক্কী ফিভমদু ঐখোয়গী শ্নাইদদি চহি কুনমঙাদগী কুম্থা ফাওবগী ফীভম ওইনা উগনি। মখোয় মণিপুরদা শোক্লখিবা জাপান লানগী জগা কয়া থি-থিদুনা ফিল্ম নম্বগী থবক নুমিৎ খরনি চত্থখি। দেলি রুটিন্দা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা য়ামখ্রবা প্রোগ্রামসিং পাঙথোকপা তারম্মী। ঐবুসু মখোয়গী মতেং খজিক্তং পাংননবা মণিপুর য়ুনিবসিটিগী ভি সি ওইবীরম্বা ওজা প্রোফেসার হিজম তোম্বী সিংহনা তাকপীবদগী মখোয়গী অহানবা নুমিৎকী খোঙচত্তা য়াওরম্মী। ঐখোয় মণিপুরি মচা মঙা মখোয়বু লম্বী থোঙ মখোয়না পামজবা মফমশিংদা শুনা চৎপদা তেংবাংনবা ওইনা য়াওবনি।

মতমদু অয়ুক্কী পুং ৬.৩০ তারে। মতম চপ চানা জীপ অনীখক্তা ঐখোয় পুন্না মী ১১ মোইরাং লাইন্দা খোঙশাল্লম্মী। বীসেনপুর য়ৌরকপা কান্দা কেপ্টেন মিনকবানা মহাক্লা তোংলিবা জীপকী দ্রাইবরদুদা মমাং পাংনো থৌননবা হায়রম্মী। খরা থৌগৎলগা লৈকায় অমদা থৌজিল্লম্মী। মফম অদুদা মহাক্লা ঙাইহাক য়েংলম্মী অমসুং নুমিৎ লোমদসু য়েংখক্তুনা মায়কৈ লেপ্লম্মী। মফমদুদা মহাক্লা অনীশুবা লাঞ্জাওদা থেংনখিবা

লানফমদা মখোঙদা নোংমৈনা পাল্লগা শোক্কুনা তুদুনা লৈরম্বা মফমদু খোঙকাপ খরা ওন ওন্দুনা য়েংঙী। মমৈদা মহাক্না মফমদু চপ চাবা মফমনি হায়না পুক্নিংদা লেপ্লে। মতমদুদা মহাক্না মহাক্কী মখোঙগী অশোকপা দাকফমদু ঐখোয়দা উক্কুনা য়েংহল্লম্মী। অদুগা মাগী চৈশুদু মফমদুদা য়ুংলম্মী। চৈদুগী মথক্তা মাগী তুপিদু থেৎলম্মী অমসুং মা মশানা চৈদুগী মনাক্তা লেপ্লগা ফোটো লৌরম্মী। মতুংদা ঐখোয় ময়ামগী অপুনবা ফোটো অমুক্কা লৌরম্মী। মফমদুদা থেংনবা অহল-লমনশিংদা কনাগুম্বা অনীশুবা লাঞ্জাওদা জপানিজ লান্মীগী মতেং পাংখিবা মীওই য়াওখিবা লৈব্রা হায়না হংলম্মী। যাওবম্বা তাবগদি জপানিজ গবর্নমেন্টনা মখোযবু পেন্সন পীগনি হায়রম্মী। মতমদুদা নিপা অমখক্না জপানিজগী সিফাইগী তুপী অমা লৈ হায়দুনা পুথোক্লকখি। অদুবু মদু জপানিজ কাংবুদুনা যেংবদা মখোযগী নত্তে বৃটিশ আর্মিগীনি হাযদুনা লৌখিদে। অদুদগী ঐখোয মফম অদু থাদোক্কুনা নিংথৌখোং তান্না লাক্লম্মী। নিংথৌখোংগী নোংচুপলোমদা লাম্পা উখ্রিবা লাইমনাই চীং হাযনা খঙনবা মফমদু যৌনবা চৎপা তারম্মী।

কিলোমিটর তরেৎ-নিপাল্লোম জীপনা চৎলবা তুংদা গাড়ী চঙবা য়াদদুনা মফমদুদা গাড়ী থনম্লগা খোঙনা চৎলম্মী। জপানিজ খুদিংমক মী অমমম্না মশাদা কিলো কুন্দগী কুম্থা ফাওবগী পোত্তি পুরে। থরুবা ঈশিং, কেমেরা, ইকুইপমেন্ট মচা-মচা কয়াসু য়াওরি। মশাদা চেৎনা চেৎনা বেগ খরসু পুল্লি। খোংগ্রাও অরাওবা অমমম উপ্পী। খোংগ্রাওশিংদু ফুরিৎ খাও ১০ গুম্বদি লোইনা পাল্লি। মদুদসু পোৎ মচা মচা শুনা হাপ্লি। মখোয়না যাম্না লুন্না পুবদু উবদা ঐনা নুংঙাইতদুনা ঐ হেলপ তৌগে হায়রুবদা য়ারকখিদে। ফিল্ম নল্লিবা নিপা অদুনা লুমখ্রবা কেমেরাদু মরেংবান্দা পুদুনা মাঙলোমদা অঙম্বা চীংমাযদা চেনখৎলগা উ অমগী মশা অনীগী কারক্তা কেমেরাদু থম্লগা তুংদা লাক্লিবা মীশিংদুবু ফিল্ম নল্লি। খোঙনা পুংমুক চৎলবা মতুংদা কুকি খুল অমা য়ৌরম্মী। খুল অদুদা ইগী য়ুম অমা লম্বী ময়া ওইরপ্পা শীদোক্কুনা লৈরম্মী। য়ুম শীবদুদা য়ুম মথক্তগী অতেক অকায় উ মতেক্লচিংবা থাদরকপদা য়ুমগী নুপী অমা মখোঙ খোঙবীদা থাদরকপা উনা পান্দুনা খরা শোক্কুনা ঈ থোক্লম্মী। নুপী অদুনা মতোমতা অশোকপা অদু ফি শেগায়বা অমোৎপা অমনা পুনশিন্দুনা ঈ খরুবা হোৎনরম্মী। ফিল্মগী ডাইরেক্টর ওইনা লাক্লিবা জাপানিজ নুপী অদুনা মদু উবদা মতেং পাংনীংবগী মীৎয়েং উৎলম্মী। মহাক্না মহাক্কী শেৎলিবা খোংগ্রাও অদুগী তোঙান তোঙানবা ফুরিৎখাও খুদিংদগী ফর্স্ট এইডকী আইটেমশিং মথং-মথং শুনা লৌথোক্লম্মী। ইহান হানবদা চেৎনা য়োম্লবা আলকোহোল তৈরবা টিশু পেপর অমখক শৎলগা মাগী মখুৎতু শেংনা তৈথোক্লম্মী। মতুংদা অশোকপা নুপীদুগী খোঙবীদু অমুক অতোপ্পা টিশু পেপর অমা অনী লৌথোক্কুনা শেংনা তৈথোকপীরম্মী। অদুগী তুংদা বেন্দ-এদ কুম্বা এন্টিবাইওটিক ওইরবা প্লাষ্টিক

অমা লৌথোক্লগা অনাবা মফমদু থুংনা নপশিল্লম্মী। মদুগী মথক্তা বেন্দেজ অমুক নীংথিনা পুনবীরম্মী। মহাক্না তৌরিবদুদা ঐখোয় লোইনমক য়াম্না পূক্লিং চঙনা য়েংনরম্মী। লোইরবা কান্দা অমুক মাগী খুত্তু টিশু পেপরনা শেংনা তৈথোক্লম্মী অদুগা ঈশিংদি শীজিন্নখিদে। নুপী অদুগী মনঙ্গনদা পোপ-পোপ থারগা ফরোকো হায়বগুম তৌবম্মী। মথংদা ঐখোযগী পম্বুংফম তান্না অমুক মফমদুদগী খোঙশাল্লম্মী।

নুংথিলগী পুং ১ মুক তারে। ঐখোয় চীঙ কারকপগী য়াম্না চোকথরম্মী। অদুবু কানাসু চোকথৈ হায়বা ঙল্লমদে। চাকসু য়াম্না লাম্নরবা মতমনি অদুবু কনা অমত্তনসু চাবগী বা হৌদোক্নরমদে। খরা লৈরগা মিঠাই চেনা য়োম্বা অমমম য়েল্লক্রম্মী। মদুগী মহাওদু ঙসি ফাওবা নীংশিংলি। খরা চৎলবা কান্দা হঙোইপাৎ হায়বা ঈশিংদি লৈরমদ্রবা কংলবা পাৎ মচা অমা য়ৌরম্মী। পাৎ অদু নোংজু-পাম্বাদদি ঈশিং লৈবগী খুদম লৈরম্মী। প্রকৃতিসিসু অঙকপনি অসুক বাংলবা চীংদোলসিদসু পাৎ মচা অমা নীংথিজনা শেম্বীরম্মী। নীংথিনা শেম্বীরবদি টুরিষ্টকী জগা অমা ওইহনবা য়াগনি। পাৎসি ফুট ২০০ শাংলগা ১৫০ গুম্বা পাকপা য়াই। ঈশিংদা হৌবা পাম্বীশিং কংদুনা লৈরন্নিবসিনা তাকপদি ঈপাল থাদা শোয়দনা ঈশিং লৈ হায়বনি। ঈশিং লৈতবনিনা পাত্তুগী মযাইমক্তা ঐখোয় পুন্না পরেং শানা মনুঙদা চৎলম্মী। পাত্তুদগী খরা চৎথোক্লগা অনীশুবা লাঞ্জাওগী জপানিজশিংগী কেম্প ওইরম্বা মফম অমা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা থিরম্মী। কেপ্টেন মিনকব্বানা হায়বা মতুং ইন্না মহাক্না লান্দা শোক্তুনা নাদুনা লৈবা কান্দা মফমদুগী কেম্পকী হোস্পিটালদা লৈখি হায়। মহাক্না তম্বগী মতুং ইন্না মানা নাদুনা চৈনাখোল খাঙবদা তুম্বা য়াখিদ্রবা মতমদা নোংজুথাগী মতমগা ওইব্না মতমদুদা মফমদুদা চেনবা খোঙলম মচা অমগী ঈশিংগী-ঈচেলগী খোইথুম্নখিবা খোঞ্জেলদুনা ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমহন্দদুনা পূক্লিংদা তত্তনা নীংশিংহনবগী মরম্না মহাক মফমসি তান্না লাক্লিবসিনি। চীক্লবা অহিংদা নামিবা নুংশিৎনা তত্তনা হুম্বদা চীংনুংদুদা থোকপা থাবলগী মঙালদা নাকোং য়ৈনা য়াক্না খোঙবা চীংগী হরী নুংনাংগী খোঞ্জেলসু তাখিরম্বা য়াই। লমদম তান্না লৈহৌরবা য়ুমগী তালোই নুংশিরবী পীক্না হুমদোক্লম্বা মচা চৈনা খাঙলিবা নিপা অমনা করিগী নীংশিংদনি। মাসু নঙগুম্বা মীনি। মরৈবাক নুংশিবগী বাখলনা মাঙদা থম্লগা লাপখ্রবা মীরমসিদা মমা লৈবাক্কীদমক্তা লাছেংনররিবনি। ঙসিনা নীংশিংবগী বাখলনা লমজিংদুনা লুপা পৈশা কয়া চঙনা নীংশিংবগী মমি শামখ্রবা বারীবু অমুক নৌহৌনবা হোৎনরি।

ঐখোয় ময়াম চঙদুনা পুংমুক্কী মতম চঙনা হায়রিবা খোংলম মচাদু মখা তানা কোয়না কোয়না চত্তুনা থিবা য়াবা থিরম্মী। কেপ্টেন অহনগী পূক্লিংদা মতমদুদা নীংবা কায়বগুম্বা বাখল ফাওরম্মী। মহাক্কী খোঙচৎসিনা নোংজু পাম্বাদা ওইবন্নবদি ফংলম্বসু য়াবনি। অমরোমদা, চহী নিফুগী মমাংগী থৌদোক্লিনা অওনবা কয়ামসু লাকখ্রবনি।

মমৈদা মানা লায়েংদুনা লৈখিবা মফমদু চাওরাকপা ভাবনা লৌশিন্নগা মাগী চৈশুদু মফমদুদা য়ুংলম্মী অমসুং চৈদুগী মথক্তা মাগী তুপীদু থেংলম্মী। অমসুং মানা মনাক্তা লেপ্লগা ফোটো লৌরম্মী। তুংদা ঐখোয় পুম্নমক্কী অপূনবা ফোটো অমুক লৌরম্মী। মতমদু ঐ চাক লাম্বনা পুকসি থবৎ তৎলম্মী। পূক্লিংদদি করিনুংগী লাক্লুবনো খল্লবসু ফোঙদোকপদি ঙমখিদে। তাঞ্জা অমদগী হৈবী পাম্বী অমদা হৈবী খরা পানবা উরম্মী। মখাদসু অমুনবা খরা তারম্মী। জঙ্গলদা তাবনিনা অমোংপসু থোইনা পক্তে লাম্নবদবু হায়দুনা মৈতে অহল অমগা খুন্দুনা ফিনা তৈথোক্লগা অমা চারুই। হৈদুগী মহাউদু মিঠাইগীগুম্না ঙসি ফাওবা কাওদ্রি।

খোঙনা খরা কুমথরক্লগা ঐখোয়গী জীপ লৈহৌবা মফমদু য়ৌরে। মফমদুদা দবিনচিংবা খরা থারগা ঐখোয় পুন্না ফম্লম্মী অমসুং চাননবা শেম শাবম্মী। ষ্টোপ মচা অমা পুথোক্লম্মী মদু গ্যাসকী ষ্টোপনি। মৈ হৌগত্লুনা পাত্র অমদা ঈশিং খরা শাহল্লম্মী। ঈশিংদুদা প্লাষ্টিক পেকেট খরা (চৌ-চৌগুম্বা) থাদবম্মী। ঙাইহাক লোল্লবা মতুংদা থাংদবম্মী অমসুং প্লাষ্টিক পেকেটশিংদু শেগায়দুনা মনুংদা য়াওবিবা চৌ-চৌগুম্বদু লৌথোক্লুনা প্লেটশিংদা মীশিংগী ষ্টিক জুরা অমমমগা কোন্ননা য়েল্লম্মী। ঐদি হৈনরোইদবদু উবদগী চানীংলবসু মদু লৌরমদে। চানবা শীনবগী থবকসি ডাইরেক্টর অদুনা অযাম্বা তৌই। চারমদাইদা আলকোহোল তৈরবা টিসু পেপরনা মখুৎ-মশা ফজনা তৈথোকই। মখোয়না ব্রেদ, য়েরুম, লফোই, কোম্লানচিংবা খরসু য়েল্লম্মী। ঐসু ব্রেদ, য়েরুম অমসুং লফোই লৌদুনা চারম্মী। মতাংসিদা মখোয়গা ঐখোয়গা য়াম্না খেন্নবা লৈরম্বা অসিনি। ঐখোয়না দিসেন্ট ওইদবনা য়েরুম মকু, লফোই মকু অমসুং কোম্না মকুনচিংবা ময়ামদু ঐগী ঐগী নাক য়েত্তা লোইনা লংথোক্লম্মী। চাবা হেক লোইরগা জপানিজ নিপা অনীখক খঙহৌদনা প্লাষ্টিক্কী অচৌবা খাউ অমমম পায়রগা হৌগৎলক্লম্মী। মখোয় অনীদুনা মৈতে মচা মঙাখক য়াওরকপদুনা মখোয়গী চৎনবী থুগাইদুনা চাইনা হুন্দোকখিবা য়েরুম মকু, লফোই মকু অমদি কমলা মকুশিংদু অমত্তা তাহন্দনা খুল্লগা প্লাষ্টিক খাউদুদা হাপ্লগা জীপকী মনীংদা হাপ্লগা পূরকখি। ঐখোয় মঙা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈখি। ইকাই-নুংশি য়ান্নখি। খনখি, পূক্লিংদা ওম্বোক্লসু চোপ্লেদকো। অসুম্না অমুক হল্লক্লুনা নুমিদাংবাই পুং ৫.৩০ মুক তাবা মতমদা ইম্ফালদা থুংলম্মী। মফমদু য়ৌরবা কান্দা জপানিজ অমখক্লা ঙসাই জঙ্গলদগী য়োমদুনা পুরকপা অমোংপা য়াওবা খাউ অনীদু গাড়িদগী লৌথরগা ইম্ফাল হোটেলগী দষ্টবিন্দদা থাদখি। ঙসি ফাওবদা ঐগী পুন্সিনা তেল্লবা জপানিজগী খোঙচৎ মচা অসিবু নীংশিংনা মখোয়গী ফিদমনিঙাই ওইরবা নোংমখক্কী বারীসিবু কাওক্লমদনা লৈরি। তন্তুনা নাকোংসিদা ঙাংলরি। ঐখোয়দি মখোয়গী মতৌসি তম্বা য়াদ্রবরা? ফিল্ম ডাইরেক্টর ওইনা লাকখিবী জপানিজ

নুপী অমগী মশাদা ফার্ষ্ট এইড পীননবা পোৎচাক শুনা হাপ্পী। জঙ্গলদা লৈরম্বা অশোকপা অমবু মহাক্কী মরুওইবা শিঙ্গা ঙাইহাক কাওথোক্তুনা থম্নগা মীনুংশিগা লোয়ননা লায়েংবীখি। ঐখোয়গী শিনফমসিদা লৈবা মণিপুরি ডাক্তর অমনা কনাগুম্বা মীশক অমা নাবগী কৌরবা মতমদা অনাবদুবু য়েংনবা খুৎলাই মচা অমা অনী পুবা ফাওবদা কাওরম্লে হায়দুনা ময়ুমদগী অমুক লৌরুবা থৌদোক ইতৎ-তত্তুনা থোকই।

অমরোমদা অমুক জপানিজ সোসাইটিদা মী মরক্তা অপীক-অচৌ খেন্নবা, শিনফম খেন্নবা লৈতনা চপ মান্নবা থৌদাং লৌমিন্নবা অসিনি। জঙ্গলদা লৈহৌরগদবা লফোই মকু, য়েরুম মকু, কমলা মকু লোইনমক খুন্দুনা পুরকখিবদুনা মখোয়গী লু-নানবগী হৈনবীগী থাকসি য়াম্না বাংলে তাকপনি। জঙ্গলদা ফাওবা মোৎহনবা য়াদ্রবদি য়ুম্নক-খুম্নক্তদি কয়াম নালল্লমগনি। অহিং লোম্না মী উদ্রিবঙেদা ঐখোয়গী জাতি চোপ্পা য়াদে হায়দুনা অমোৎপা শেংদোক্লম্বা তাই, নোঙাল্লগা মীনা উদনবা। অদুবু ঐখোয়গীদি কদায় ইমুংদা উচিগুম্বা, হৌদোংগুম্বা জিব শিবদা মী উদ্রিবঙেদা শোরোক্তা হন্দোক্লবা নৎত্রগা মীগী জগাদা হুঞ্জিন্নবা হোৎনরি। ঙসি ঐখোয়না ইম্ফাল সহরগী লম্বী সড়ক্তা উরিবা উচি অসিবা, হৌদোং অসিবা কয়াসিবু অহিংদা লোম্না হন্দোক্লরকপা নৎত্রা? কয়াদা খেন্নবিবা? সর্গ পতাল অনীগী খেন্নবদুনি উবিবসি। মসিদি ঙসিগী ইডুকেসনগী কবিকুলমদা সমাজ অমদা তৌগদবা মী অমগী থৌদাং ওইনা অপিক-অচৌ জাৎ-বিজাৎ খায়দনা শেমদুনা য়াওহন্দুনা চৎনহনবা, ইলহনবা ফরবনি। মসিদি ঐ অমখক্তা সুপ্নগী জপানিজ টিম মচা অমখক্কী নোংমগী প্রোগ্রামদা থেংনরুবগী বারী মচেৎনি। অসিগুম্বা ১০০/১০০ থেংনরুরবা মীওই কয়া ঐখোয়গী ইবক্তা য়াওরিবনি। উরুবা, তারুবা, থেংনরুবা মীরমগী ফজবা মতৌদুবু তমজরগা ঐখোয়গী জাতিনা খোঙজেল থুনা চাওখৎহৌবসিবু অফবা ওইরোইদ্রনে? ঐখোয় থৌরাং খরদি তৌহৌবা চুম্লবনি, নৎত্রবদি লম্বী সড়ক্তা চৎপদা নাতোন মেন্নবা খুৎ অমগা লোঙবা তারক্লগনি।

তাং ৪/৯/২০০১

# ভেলরগী খোংচৎ

ইং ১৯৮৪ গী ওক্টোবরগী তাং ২৬ নি। ঐহাক লৈকায়গী ইয়াম্বা অমগা লোয়ননা মাসু মাগী অনাবা লায়েংবা অদুগা ঐসু ঐগী কোক ঙাওবগী নুঙাইতবা অনাবা লৈবদগী ভেলবদা লাযেংবা চৎলি। ইম্ফালদগী ফ্লাইত্তা কলকতা ফাওবা পাইরগা কলকতাদগী ট্রেন্দা অমুক চৎলি। তাং ৩০ গী নোঙাল্লমদাইদা ভেলরদা থুংই। হেক থুংবগা লৈফমগী মতাংদা কবম্বা হোটেলদা থুংগদগে হায়দুনা লৈননবা হোটেল থিরকপদা মৈতৈ মচা য়াম্না লৈবা 'এম এস হোটেল' হায়বদুদা চঙই অদুবু কা অহাঙবা লৈরমদদুনা 'রবী' লোদজ হায়বা হোটেল অমদা ঐখোয় অনীগী কা অমা ফংদুনা মদুদা লৈরে। থা অমগী ওইনা লুপা ৩০০ দিপোজিৎ তৌরে। কিৎচন, বাথ রুম, টোইলেৎ লোইনা এটেচ তৌই। মখোয়গী মফমদুগী হোটেলগী ফজবা থৌরাং অমনা হোটেলদুদা লৈননবা লাকপা মী অয়াম্বা অনাবা লায়েংবা লাকপনা অয়াম্বা ওইবনিনা থা অমদগী তাদনা লৈনবনা অয়াম্বনি, মসিগীদমক চাক-ঈশিং থোংবদা চঙবা স্টাফ, চফু-ইরান, বালটিলনচিংবা লোইনমক অহোংবা মমলদা য়ায়বা ফংবা অসিনি। মসিনা ঐখোয়দা চঙদবা যাদবা পোৎলমশিং লৈবগী মথৌ তাহন্দ্রে। লায়েংবা লোইরগা পুখোক-পুশিন তৌবগী খুদোংচাদবসু লৈহন্দে। মসিগী মওৎসি ঐখোয়গী হোসপিটাল মনাক্তা লৈবা হোটেলশিংদসু হৌদোকপা কান্নগনি। মসিনা অনাবগী অমদি সেবারিশিংগীদমক য়াম্না কান্নবা মতেং ওইহল্লি। মীওইবনা মীগী মতেং পাংবদা মসিনা থবক য়াম্না শমজীলহল্লি।

অসুম্না লৈফম ফংলবনিনা লায়েংবগী মিং চন্নবা 'সি এম সি' হোসপিটালদা চৎলে। মখোয়গী কিউ সিস্টেমসি অসুক্কী মতিক ফজে, য়াম্না চাওখৎলে হায়বা তাই, ঐখোয়গী মণিপুরগীগা য়াম্না খেন্নে। অকন্নবনা অচুম্বা শকপা হায়বদু থেংনরক্তে। মিং চনবদা মতমদুদা লুপা ৬০ চঙই। লায়না-লাইওংগী মতুংইন্না নিউরোলোজিগী ডাক্তর অমদা তারে। মমিংনা ডা ঃ এমঃ জেঃ চান্দি কৌই। মহাক্কী এদভাইশ মতুংইন্না এক্সরে অনি-স্কলগী অমগা ব্রেনগী অমগা লৌবা তারম্মী। এক্সরে লৌবগী, ঈ লৌবগী, লোইনমক কিউ সিস্টেমদা রিসিপ্ত হান্না ককপা তাই। মসিগীদমক অশাংবা কিউ লেপ্পা তাই। মফমদুদা লায়েংবা লাকপা মীগী মশিংসি য়াম্না য়ামই পাবদা বাগনি। ঐসু কিউদা য়াওদুনা রিসিপ্ত কক্লগা এক্সরে অনি লৌরে।

মথংগী নুমিৎ অদু তাং ৩১ নি, শ্রীমতি ইন্দিরাগান্ধী শিবা নুমিৎনি। খোয়শাওনরবা ভেলরগী প্রজা কয়া কয়া শোরোক্তা লোইনা থোক্তুনা দুকানশিং নুংনা থাবা থোঙ লোন্নবা লাওবনচিংবা কয়া তৌই। অহিংদুগী নোঙাল্লকপগী দৃশ্যদু ঙসিফাওবা নীংশিংলি। দুকান অমা ফাওবা থোঙ হাংহনদে। চানবা চেং-চাক ফাওবা ফংদে। মখোয়গী প্রজানা মখোয়গী মতমদুগী চিফ মিনিস্টর ওইরম্বা এম জি রামচন্দ্রন অমদি শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী অনীগী শক্তমদু মচু-মচুগী লৈ ঙাক্তনা শেম্বা পাক্লবা কোইলাসকী শোরোক মথক্তা ইন্দিয়াগী মেপ অমা শেম্নগা মদুগী ময়ায়দা থম্লগা ধুব-থাওমৈ থাদুনা অকোয়বদা অশেংবা ফিজোল শেক্তুনা অবাবগী শকফমদা ফমদুনা মী কয়ানা তেংথারি। মতমদুদা এম জি রামচন্দ্রন্না অমেরিকাদা কিদনি অনিমক ফেল ওইবদগী দোনর অনীগা লোয়ননা কিদনি ট্রান্সপ্লান্ট তৌনবা লৈখিবনি। নুমিৎসিমক্তদা ভেলরগী অমদি মনাক নকপা খুঙ্গংদগী মী অহম, নুপীমচা অমা য়াওনা ইন্দিরাগান্ধীগী মীহাৎকীদমক নুঙাইতদুনা মশা মতোমত আত্মঘাট তৌখি। খর অমুক চৎলগা লৈ ঙাক্তনা ইন্দিরাগান্ধীগী ফজরবা মুর্ত্তি অমা পাক্লা শোরোক ময়ায়দা শারগা মমিত্তা পিরাং শীঙ্গহল্লি। ওয়োক্লা হৈনা লৈঙাক্তনা মচু-মচু শেম্লগা কৎথোকপগা লোইননা হোৎনরিবা কয়াদো থাগৎনিঙাইনি। লৈগী বাজারদা পৈরিবা লৈ পরেং মখল-মচু কয়াদুদি অপীকপা চীংদুম মচা-মচামুক্তি চাওগদ্রা খল্লি। মরক্তুদা চঙলুবদি সর্গগী অমরাবতিগী লৈকোলগী লৈনমদু অসুম্না তৌরমগদ্রা খনবজাৎনি। নুপী খুদিংমক অঙাং অহল অমত্তা চিথদনা শমজিদা লৈ পুন্দুনা চৎতবা য়াওদে। শমজিদা লৈ পুন্দবা নুপীদি মরিং-মরাংনা উগনি, ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজদা নুপীনা সনা শিদনা মণ্ডক-মনাদা ইহাং-হাংনা উবদুগা চপ মান্নে। মীসু ওয়োকনা ফগ্রে, পোৎয়োনবা দুকানশিংদসু পোৎকী মমল হেঞ্জিন্না খক শোনদে। অতৈ লম অবাং ভারততদি পোৎ-চৈ য়োনবদা ঐখোয়গী শকসি উবদা মমল হেঞ্জিন্না হেক-

হেক হায়গল্লি। মসিদনি ঐখোয়না ইন্দিয়াদগী তোঙাল্লগে হেক-হেক খল্লক্লিবসি। মসি খা ভারত্তদি শুকলে লৈতে হায়বা য়াই।

নুমিৎ নীনী-হুন্নী ইন্দিরা গান্ধী শিবগী ইরাংনা ভেলরগী মফম পুন্নমক্তা বন্দ তৌখিবদগী ঐহাক্কী এক্সরেগী রিজলট পুদুনা ডাক্তরগী মনাক্তা চৎপা য়াখিদে। ডাক্তরনা অনাবগী স্লিপ্তা ইরকপা উন্নবগী মতমসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মখোয়গী মতমসি মিনিটতা লোইনা ইগনি। অমুক উনহৌদ্রবদি অমুক হন্না উনবগী মতম লৌবা চঙই। ঐসু বন্দনা উনহৌদবদগী উনবগী মতম অমুক নৌনা লৌরগা এক্সরেদু য়েংহল্লে। এক্সরেগী রিজলট য়েংলবা তুংদা ডাক্তরনা অসুম্না হায়রকই - নহাক্কী এক্সরে অসিদা এবনোর্মেল খরা ওইবগুম তৌই অদুনা ব্রেন স্কেন্নীং তৌবা তারে। ঐখোয়গী হোসপিটালগী মেছিন বন্দ চাক্তুনা য়াদ্রে, অদুনা মদ্রাজদা কে জে হোসপিটালদা ইরগে হায়রে। অইবা চেদু পুরগা থোরক্রে। ঐহাক ঐহাক্কা লায়েংবা লাকমিন্নরিবা লৈকায়গী ইয়াম্বা অদুগা ৱা তানরে। মৈতে মচা মফমদুদা লায়েংবা লাক্লিবা খরগসু তানবদা ঐহাক্কীসি ব্রেন টিউমর শোয়দনা ওইরগনি হায়রে। ওপবেসন তৌবা তারবদি লুপা লিশিং ২০ দগী ৩০ ফাওবা চঙগনি হায়বে। ঐহাক ঙাংনরিবা ময়ামদু করিসু খুমদনা অদুম তাশিল্লি। পুক্লিংদদি ঐহাক বৈতরনি তুরেল তোর্ববান হায়বদু য়ৌবগুম তৌরে। পীক্লিবা ইচাশিং মরাইবক থীহৌরগনি খল্লুবদা অমুক্তা হেন্না অৱাবগী মথক্তা অৱাবা হাপচিল্লকই। মীওইবনা থৌনা ফৰাসি অনা-অয়েক কবিমত্তা যাওদনা চারিমখৈ হাওবা, য়েংলিবমখৈ ফজবা, নারক্কনি নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিগদবা মীওইবগী পুন্সিনি হায়বা ৱাখল পুন্নমক কাওথোক্তুনা নুঙাইবগী ইপাকথক্তা তাউবিঙেদা ফৰা থৌনা ওইরম্লে। মসিদি নহা ওইরিঙৈগী মতমগী পুন্সিগা য়াম্না নক্কবা মরী ওইরম্লে। ঐহাক ৱা অমত্তা ঙাঙদনা ঐনা লৈবা হোটেলদুদা হল্লক্লগা ফমুং মথক্তা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্পগা পুক্লিংদা লাইনিংথৌ স্নামহি চেৎনা থাগোনজরগা ইমা লৈবাক মণিপুরবু পুক্লিংদা য়াম্না নুংশিরকখি। মিৎসিদা শং-শং উরকখি গোবিন্দজিগী মন্দির, মন্দির মনুংগী রাধা কৃষ্ণ, হনুমান ঠাকুরগী মন্দির অমদি লাইফম পুন্নমক। পুক্লিংনা থম্মোই শেংনা নীজখি কৈদৌবগে ঈশ্বর ইবুঙো। ননাইনা করি লঙজখিবা, লানখিবা য়াওবদগী অসিগুম্বা দশাসি তাররিবা। পুন্সিদা অফ-ফত্ত পুন্নমকসু উজরে। থেংখাং-থেংখাং কয়াসু মমাঙদা অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তা থেংনখ্রে। মতমগী খোংলে তুংইন্না ময়াগী সংসারগী ঈপাক্তা চংলুদুনা ইমিত্তা ইচা অহুম উজরগা অমুক চহী ৩৪ দা সংসার অসি থাদোকখিবা তারবদি ইচাশিংসিবু অমুক মমা লুখ্রবীনা য়োকহৌবা তারগদ্রা? ইমানা ৱানা হোৎনদুনা লৈজবা লৌ খরদি লৈ। মদু য়োল্লগা ওপরেসন তৌরগনা অনাবসি ফৰা ঙমগদ্রা? পুন্সিসিদা মতম খর হিংজদুনা অফবা থবক খরদি তৌজনীংবনি। ঐগা মান্নবা লায়নানা নাবদগী

ওপরেসন তৌখ্রবা পেসেন্ট খরনা ডাক্তরগী কাগী চঙফম মনাক্তা পরেং শানা মকোক্তা শম হৌদনা হাঙনা লৈবগী মমি উরি। ঐসু অসুন্না তৌগদৌরিবনিকো। মখোয়সিনা কয়াম কুইনা হিংখিগনি? লৈশাবী অমদি ওপরেসন মতুংদা ঙাত্তদুনা চৎপদগী মবুং অনীনা মখুৎ নাম্ম-নাম্ম পায়দুনা শেন্নরি। থ্রোট কেন্সর তৌরবা পেসেন্টশিং মৈ য়াইবা চৎপদা মঙকশমগী শরুক্তা অমুবা মচুনা য়েক্তুনা মৈ য়াইফমদু দাগ থমদুনা থাঙ্গৈশেংনা অনাববু মশক তাক্লি। মাগী থম্মোইদসু ঐগা মান্নবা ৱাখল খল্লমগদ্রা? হংলুবসু হঙ্গোইবগুম পুক্লিংদা তত্তনা ফাওরি। লায়না মান্নবা অনিগী ৱারী তাক্লুরবদি ফাগি মরক্তা শীনথরকপা পিরাংদু রুমালনা খাউ য়াদুনা ওক্লি। অমনা মণিপুরদগী অমনা গুজরাট্টগী, নহানমুক্কী চহীদা লায়েংবা লাকপদা শকখংনখিবা। হন্দক্কা চেক-অপকী লাকপদা অমুক উন্নবনি। মখোয় অনী নুংশিনা ইমাংদা কোনশিন্নে, চেজেৎনা, তুংদা অমুক হন্না উনররোইদবগী মওংনি। শিরবসু পাউদদি তাক্লশিকো। ঐসু মীওইবা মশেলগী থম্মোইগী অশেংবা প্রেমদুদা খংহৌদে পিরাং ইহৌরকই। ফুরিৎখাওদগী রুমাল মরাইবক ফবীদো লৌথোক্লগা মফমদুদা তাহৌগদবা পিরাংদো য়োমদুনা পুরকখি পাম্মুনা। মচিন্দা শোল্লি, মণিপুরদগী ইয়াম্বা অদুনা পুন্নমকসি য়ুনা থোকহনবনি। ৱা ঙাংবসু খোঞ্জেল শিরবা ঐনা শাওনিংলক্লগা অমুক থকচিনগনিকো শিগদবা লৈরবসিদা! হায়নৈ লিন্না মখুল চংলমদাইদা চুমই। ডাক্তরদা লায়েংবা লাকপা মীওই অয়াম্বগী পুক্লিংদা চাংচত্তা অচুম্বা অফবা ৱাখল ঙম্নমক চেল্লি। মচিন থিবা, লৌথুপ লৌকোই, হুরান-চিনথিগী, ৱারী তারোই মফমদুদা। পুন্নমক অমনা অমগী মতেং পাংনৈ য়াম্না নুংশিনৈ। অনাবা অমগী শেবা লাকপা মী অমদগী অতোপ্পা অনাবা অমগী ঈ চানরমদুনা ঈ লৌরগা পীবা মশীং য়াম্না থেংনৈ। নগালেন্দদগী ইচে নাগা অমা মাগী নুপাগা, মৌপ্পা অমগা য়াওনা লায়েংবা লাকই। ঐখোয়গা কা হেক থংননা লৈমিন্নৈ। ইচে অদুগা ঐগা ৱারী তত্তনা শানৈ, মানা নগামিজ ঙাংই, ঐনা অসামিজ ঙাংই। ভাবতি অদুম তানৈ, কয়াদা নুংশিনৈ। মী মরক্তা খেন্নবা শুকলৈ লৈতে হায়বা য়াই হোসপিটালগী ইমুংদা। মথংগী নুমিত্তদি মাগী অনাবদু থ্রোট কেন্সর ওইরম্লে হায়রে। লাইওং খঙবদগী কপখিবনা থেম্বসু য়াদ্রে। হায়দ্রবাদতা মচানুপা অহলদু ইঞ্জিনীয়ার তম্মী। টেলিফোন তৌদুনা কৌরে। মচাদু লাক্লগা মমা-মচা অমুক কোন্নদুনা কপমিন্নরে। ঐসু ঙাইহাক ঙাইহাক কপ্পদি য়াওরে। হে মীওইবা! পিরাংগী মরোলদি জাৎবীজাৎ, কুচু করিসু খেন্নবা লৈতেকো।

অবাবগী তেংথাখোল মরকশিদা ঐসু ভেলরদগী অসামী মচা বীরেন গোগোই কৌবা মচননুপী লায়েংবা লাকপা অমগা হৌনদুনা মদ্রাজদা চৎলে। মফমদুদসু কিউ অমুক লেংদুনা ব্রেন স্কেন্নীং তৌবা লোইদুনা রিজলট ফংলে। ঐদি কিবদগী রিজলট

অদু হাংদোক্তুনা য়েংউদ্রে। অমুক তন্না ভেলরদা হল্লক্রে। হোটেল য়ৌরবা কান্দা নগালেন্দদগী ইচে অদুনা নঙগী চাক ঐখোয়গীদা হাপ্পীরে, চারো হায়দুনা পুথোরক্রে। ঐসু হরাউনা চাক্তু চারে। ইচেদুগী মপুরোইবা অদুনা ঐগী রিজলট য়েংলি। মানা অসুম পাথরকপদা নোর্মেল, নোর্মেল হায়বা ৱাহৈদু তারুরগা ঐ খুদক্তা রিজলটতু য়েংনিংখি। মানা নংগীসিদি নোর্মেল ভাক্তনি, থোইনা লুবা য়াওদে। ঐহাক ঈশ্বরবু পুক্নিংদা অঙকপা ফংনা থাগৎখি। ঙরাং য়াম্না শোঙ্গরুরবা হকচাংসি খর কনখৎলকপগুম তৌই। চাক চাবা তোক্লগা হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক পারে, থোইদোকপা অরুবদি উদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা ডাক্তবদা রিপোর্ট পীরুবে। মানা মথংগী ইনভেসটিগেসন ওইনা ইঃ ইঃ জিঃ তৌননবা অমুক ইরক্রে। মথংগী নুমিত্তা ইঃ ইঃ জিঃ লৌরে। অনাবগী লাইওং খংলে। হিদাক থাবা হৌরে, য়ুমদা চৎননবা হাযবিবসিবু ঐগী অনাবসি লুরবজাৎলা, য়ুম যৌবগা শিগদৌরিব্রা? মেদিসিনগী ডাক্তর জেকোব জোজ কৌবা অমদা 'মুক মিং চন্দুনা য়েংলে, মানসু মান্নবা মৎ পীরে। অসুম তৌরিঙৈদা ঐঙোন্দা পীরিবা হিদাক্তু ঐঙোন্দা এলর্জি ওইরে। অতোপ্পা অমমুক ইরে। হিদাক্তু চহি অনী নোংমত কাংদনা চেকশিন্না চানবা পাউতাক পীরে। হন্দকমুক্তি এলর্জি তৌদ্রে। অসুন্না লায়েংবা লোইদুনা লৈকাযগী ইয়াম্বা অদুগীসু থোইনা লুবা অনাবা ওইরমদদুনা ঐখোয় অনী মণিপুরগীদমক ভেলর থাদোকখি।

মতাং অসিদা মরুওইনা পঞ্জনিংলিবা ৱাফমদি মণিপুরগী মপী-মপা ওইবিদুনা লৈবাক সাসনগী চুপ্পি পায়বিরিবা মীওই খুদিংমক্কা ঙসিগী নুংঙাইবা সংসারগী ঈপাক্তা তাউদুনা নাগনি, শিগনি হায়বা লোইনমক কাওথোক্তুনা মীয়ামগী সম্পতি খোমদুনা মুল্লগা, মখোয়গীতা ওইননবা হোৎনবগী ৱাখন্না ঙাওরবা কাংবুসিংসি অনাবা অরুবা অমমম, নাবীদুনা বৈতরনি তোর্ব্বান্দা পুশিনবা ঙল্লবদি লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুমই হায়বগুম অচুম্বদু অসি ওইব্রে হায়বদু খঙহন্নীংই। ঐগী ঐগী ঙসিগী ইতোমতা নুংঙাইবগী ৱাখলসি খরা থাদোক্নরগা মীয়ামগীদমক য়েঙ্থোকপীবা ঙল্লবদি 'বিশ্বপ্রেম' হায়বদু ওইরোইদ্রা? ঐদি বৈতরনি তোবর্বান য়ৌরুরবনিনা পুক্নিংদা মসিমদি নুংতিগী নীংশিংজরে। ঐগী নগালেঙগী ইচেদু ঐনা নাগা সিজফায়রগী মতমদা য়াম্না নীংশিংলকখি অদুবু মাদি অমুক হিংলমগদবা মান্দ্রে, অরুবা লায়নানা নাহৌরবীনি। মতাং অসিদা নীংশিংলকই কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'হিংনীংই ঐদি মীওইনা মীরক্তা' হায়বা ৱাহৈ পরেং অদু মাগী পুন্সিনা নুমিৎ খরনি নৎত্রগা থা খরা নৎত্রগা চহী খরা শাংদোকপদি লৈবাক্তীদমক, পৃথিবীগীদমক কান্নবা হেন্না তৌরম্বা য়াই অদুবু অমরোমদা ঐখোয়গী মণিপুরগী শেঙ্গাবা লৈবাক্তী মপী-মপা ওইরিবা অমগী পুন্সি শাংদোকপদি

কনানা পন্নমগদগে ? অফবদুতং তৌরম্মু লৈবাক্লা নঙগীদমক পূন্সি শাংদোক্লবা ঈশ্বরদা পূন্না পূজা কত্তুনা থৌনিনবা। প্রাথনা তৌহৌই ভেলরগী মীয়াম তিনবা লম্বী সড়ক ময়ায়দা লৈগী মুর্ত্তিশা-শাদুনা মফম মফম খুদিংদা, অশেংবা ফিজোল শেত্তুনা মখোয়গী লুচিংবা রামচন্দ্রনগীদমক্ত। দোনর চামা-চামা কিদনি পীগে হায়হৌই লুচিংবা মাগীদমক। ধুবকী মৈখুনা অতিয়া পক্লা পাস্থিহৌই, মনমসু থম্মোই নীক হৌই, অশেংবা ঘী-মেক্রক্কী মনিলনা কনাগীদমক্তনো ? মখোয়গী লুচিংবা এমজি রামচন্দ্রনগী কিদনি অনী শিনবগী দোনর অনীগা লোয়ননা অমেরিকাদা লায়েংলিবা মহাক্কী পূন্সি শাংদোক্লবগীদমকনি। প্রজানা ময়ুম মকৈ মৈ থারবা ফাওবদা গ্ঞ্যান লাকপা ঙমদ্রবা ঙসিগী মণিপুরগী লুচিংবশিং অনাবা অরুবা অমগীদমক দরকার ওইরক্লি, অচুম্বা মশক খঙজনবা। ঙসি ফাওবগী মনুংসিদা মণিপুরদা মুখ্য মন্ত্রি ওইখিবা লুচিংবা শাবা কয়া পোকখ্রে অমসুং মাগী আয়ু লোইদুনা শিখিবসু য়াওখ্রে। অদুবু মখোয়গী মুর্ত্তি কনাগী যুমদা থেৎপা উবগে ? মীটিং মফমদা মাগী থবাইনা অমুক নৌনা পোক্তুনা লৈপাক্কী য়াইফনবা তৌবিবোলাও হায়না কনানা শোন্নরিবগে ?

ইকাইজখ্রে মীগী মাঙদা। থবাই ফাওবা থাবা ঙম্মী ইন্দিরা গান্ধী মাগীদমক্তি, লম্বী সড়ক্তা ফমদুনা তেংথাহৌই, অনৌবা মপোক অমদা নঙ অমুক লাকখোকো হায়দুনা, লম্বীগী মচি-মচিদা ধুব থাওমৈ থাদুনা যুমথোংহুপ্না। শিরগদবা মপোকসিদা মীগী ফনবা খনবা ঙমদবা মখোয়না করিগী লুচিংবা ওইনিংলিবা? হে নুমিৎ, থা, থবানমিচাক, চীং-পাৎ, তুরেল, নখোয়দি যুগ-যুগ খুদিংগী লোইনা অফ-ফত্ত মীওইবগা শাগোন্নবা লমচৎশিংদো লীশাংশীংনা উহৌরবনি, ঙসিনা ঐখোয়গা থেংনরে, হয়েংনা তুংগী মীব্রোলগা থেংনহৌগনি। ঐখোয়দি লোইনা চৎখিনি। করিগী তাকপীদে পঙলবা মীওইবা ঐখোয়ন্দা অচুম্বা লম্বী চৎননবা নীয়মশিং মীশিং শুনা। ব্বারৌদবা ঙমদে, মরক মরক্তা তেংবানবা নঙগী নফমদসু।

তাং ২৭/১১/২০০১

# শর্মিলাগীদমক ঐখোয়গী থৌদাং

ইমা-ইপাদি মিৎনা উবা লাইনি হাযনৈ। মসিদগী হেন্না চুম্বা ফোঙদোকপা য়াবা ৱাহৈ পবেং অমমুক লৈবমগদবা মান্দে। ইমা-ইপাগী নুংশিবা বডনা কোক্তা থোন্দুনা মিৎলুগী পিরাংবু থম্মোযনুংদা চেৎনা যোন্নগা নুংশিববা ইবুং-ইপ্পা, ইচে-ইনেম, শাগেগী মরি-মতা পীক্লিবা, মানা নুংতিগী পো-পমদুনা শেন্নজবম্বা মবুংগী মচাশিং, মপু-মবেন কয়াদুবু অরোইবা বিদাই পীরম্নগা লৈপাক্কীদমক মীওই লাক্ষ কুনমরিগীদমক মহৎ শীল্লগে হায়না অচেৎপা খোংফমদা লেপ্তুনা পূক্লিং কিশি কিদুনা থোরক্লিবা মৈতৈ চনুরা অসিবু করম্বা ৱাহৈনা মাগীদমক শৈথাদুনা ইবসিগে। থাগথলি, নঙগী পূক্লিংগী থৌনাবু হন্না-হন্না পাংদ্রবা চহী কলপ অমা ঐনা তপ তৌদুনসু নঙগী নতৌ তম্বা ঙম্নরোইদবা ঐনা থাগথলি। ঐগী পাংদ্রবা পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা শাগোম্নদুনা চৎমিন্নগদৌরিবা আ... মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা বোমগী গুলিগী মখোল খজিক্তং তাবদা তত্তনা পাখৎপা পোকলিবা থম্মোই মচা অসিনদি নঙগী পান্দমবু নুংশিনা মতেং পাংনিংলি। চহীগী হায়রুরগদি ইচা কৌরবসু, ইচন্নি হায়রবসু কায়দে, তৌথোরকপা থবক্কী হায়রুরবদি মণিপুরীশিংগী মমা অমগী থৌদাংনি, ইমা কৌরবসু য়ারে। পাক্লবা ষনজাবুংদা শক্তিক চারিবা অশুক য়াম্বা ষনশিংসিবু অচৌ-পীশক মখোয়গী ৱাখলদা ঐগী মীগী হায়বা অমা লৈতেকো। মীওইবনা মা-মাগী মতম-মতমগী য়ৈথাই-থিনগাই য়াওদনা মতোম-মতোমতা নুঙাইনা হিংবা য়ানবা নিয়ম কয়া শেমনৈ। মসিনা অচৌ-

অশাং হায়না মমিং থোনজিন্দুনা মীগা-মীগগী মরক্তা খেন্নদা উহল্লি। হেল্লা-হেল্লা চাউবা তান্নহল্লি। অদুদগী অমুক অচৌ-অশাংনি হায়জরিবা কাংবুশিংসিনা অমুক অতৈ কাংবুশিংসিবু হম্বনা করিসু লৈতবা কাংবুগুম থৌশানদে। অসুন্না মতম খরগী মমাংদা শর্মিলাগী মবুংনা অচৌ-অশাং কয়াগী মফমদা চত্তুনা মচনগী অনীংবসি থুংননবা মতেং নীজরুই, মীওই অমত্তনা মতেং পাংনিংখিদে। মরমদি শর্মিলা হৌজিক্কী মীনা মশক খঙবা অচৌ-অশাং হায়রিবা কাংলুপসিদা মখোয়গী মফম লৈতে। "নঙগী নচল শর্মিলানা মণিপুরগী মশক নাইরবী... গুম্বী নুপী অমা ওইরন্নবদি মাগী বা খরা তাবীরম্বা য়াবনি" মসিগী আর্থদি হৌজিকসু লায়রবা অতোন-অতাশিংগী খনবীনবা মীওই তাঙলি লমদমসিদা।

কান্নররোই চৎলো ইমা! মণিপুরী ইমাগী অরম্বা কোকথোং নকোক্তা নথন্তা পুবা বারগনি। ইমা' নঙ চৎলো। ঙাইদুনা লৈরম্লগনি নঙগীদমক নীংথিবা সৈজ্যা শেমদুনা লাইরমলেন্দা। নঙগা জাতিসিগা লৈনবা মরী তৎপগুম তৌরে ইমা! লাইরমলেন্দদি নিংথৌগী ফিদা শোয়দনমক্কী ফংলুরগনি। মফমদুদা নঙগী নতিক-নগুন মুন্না খঙবা লাই ঙাক্তনা পরেং-পরেং মখুৎ লোন্নদুনা লৌথুপ-লৌকোই অমত্তা য়াওদনা নঙগী মায়কৈ য়েংনদুনা মঙক নোনগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্লগনি। নঙদি অশুক শাংলবা মতমসিদা হাংলবা চাকখাওদুদা চাক্কী মরু অমত্তা তাবক্তনা হিংলিবনি। পাংদ্রবা ঐখোয়দি অয়ুক অমা নুমিদাং অমা চারা হেনগনি খনবদা পূক্লিংশি খংশোন শোম্বুরি। নহাকমুক অখাঙ-কনবী, লিংজেল খাবী লাইপোক অমা মাঙদসু থোকখিদ্রি, তুংদসু থাজদে, অদুবু জাতিসিগীদি ঙসিগী নঙগী মীরোলশিগীদমক্তি চাওথোকচনিঙাইনি। পৃথিবীগী নুপীগী ইতিহাস ইবদা নঙগী জগা চেবাংগী শরুক্তা মরায়বক ফবী পলেম ইমা, পম্ভৌ অপোকপগী মিং, লৈকাইগী,নঙগী নরমদম, মণিপুরগী ময়েক শেংনা ইহৌরগনি। লমদমসিগী স্কুলদা,কলেজদা নঙগী বারীগী লাইরিক্লা য়ুমথোং খুদিংদা পানহৌরগনি। বারেংগী, শৈরেংগী, পাউরৌ পান্থে শরুক্তা নঙবু প্রমান পীনহৌরনি। অফবগী শরুক্তনি, পোকপগী মহৈদি য়াল্লবনি। নঙমুক মপোক ফবী নশা নতোমতনা অখাং-কনবদগী মিংচৎ পুজরকপী পৃথিবীগী তাংলবা চনুরা শোইদনা ওইরগনি। অহিং অমা, নুংথিল অমা হায়বসে য়ামপক তাদুনা শিবগী তানফম মিকুপ মশীং থিদুনা ঙাইরক্লবা কনাগী মফমদদি কয়াদা অৱাবগী মশকনো? কয়াদা শাংখ্রবা মতমনো? কনাদবু বারে হায়দুনা ঙাইহাক্তা পাংবীয়ু য়াবা নত্তে অনাবগী পোৎলুমসে। ঙাইহাক উইবগুম তৌরুই। মাবু পুগাদবগী কোয়শেল শেন্নরিবা কাংবুদুগা বারী তৌনরুই মমঙদুদা। অমুকসু মায়থোংদু নোকফেৎ, অমুকশু কপ্পি, মতম ঙাইরিবা মানা। মরী-মতা মনাওশিং

অমা লাক্লগা অমেংবা খোনফমদা কৌরকই- "ইচে- ইচে"। মঙওই-তাইবঙওই লাইয়ামসু মনাক্তগী অমুক চেনথোকখি। "ইচে ঈশিংসি খজিক্তা য়োৎশিরা?" অনাবনা শাওনা "করিগীনো ঐবু কৌরিববো? ঐ ঐগী নুংশিবা মরুপ-মপাংশিংগা নুঙাইনা ৱারী শারিঙেদা।" অমুক তুমথখ্রে। লাইয়ামদু অমুক মনাক্তা লোইনা চঙশিনখ্রে। মাবু চিরোন তৌখ্রে। অনাবগী মখুৎ শমদুনা য়ুমদগী তপ্পা তপ্পা পুথোরকপনা অসুম লাপথোরক্লে। য়ুমসু আদা অসুম-অসুম তামহৌরে। খরা লাপ্পা মফমদা ফজরবা ঈপাক অমা উরক্লে। মাদি ৱাবনসু খম থেংলে। ঙাইহাক পোৎথাখিসি হায়বসু তাবিদ্রে। নুংশিরবা থম্বাল কৌবা লৈরাংগী লৈনমসু তপ্পা তপ্পা নুংশিৎনা পুরক্তুনা তাররে। মখোয় ময়ামদুনা মখুৎ শন্না-শন্নদুনা চৎপনা ঈপাক্তুগী তোবর্বান্দা অসুম-অসুম নকশিল্লক্লে। মাঙ থংবেদুদি ঈশিংদা কুমথবা হৌখ্রে। মখোয় মথং-মথং লোইনা পরেং শানা কুমথখ্রে। ইরোয় লোইবা লাই অদুনা অনাবগী খুজেং চেৎনা পায়দুনা নুংশিরবা মরুপ অমগুম মাবু শেন্নরি। মমৈদা মাসু কুমথবা হৌখ্রে। য়াম্না কিজনা অনাবনা ঐদি ঈশিংদি কিজে হায়গে খল্লি। মচিন-মরৈ অনীমক ফাজিল্লি, হায়বা ঙমদে। অদুবু মরুপ অদুনা লাকও ঐনা কন্না পায়রি হায়দুনা ঈশিংদা মাবু চিংথখ্রে। ইকঃ ইকঃ অনীরক্তং হায়রম্লগা অনাবগী থৱাইগা হকচাংগা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লখ্রে। হকচাং পোলাংনা ফমুংদা তাহৌরে। য়েংঙউ! কয়াদা ৱাখ্রবা অনাবগী অরোইবা পুং-ফমসে। মসিগা চপ মান্নরবা শর্মিলাগী পুন্সিনি। মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউরবা অচৌবশিংগী মকোকমক্লা মাগী তাল্লিবা দাবী পীবা ঙম্লরোই ফোংনা ফোঙদোকখ্রে। অদুদি ঐখোয় শর্মিলাগীদমক করি তৌবা তাই? মানা মাগী পুন্সিবু মীওই লাক্ষ কুনমরিগীদমক শিবা ঙাইহরি। ঐখোয় লাক্ষ কুনমরিনা মাগীদমক করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রে। ইকাইদ্রা।

ফরে অদুদি, ঐগী মত অমখক্তং পীজরগে। হয়েং শর্মিলানা লৈখিদ্রবা তুংদা মীয়াম্না মাগী মমিংদা মুক্তি শারগা মফম চাবদা খিনশি। কোরিনা, লুপানা, সানানা শাসি শোয়দনা হায়নরকপা য়াই। মদু নত্তে ঐগীদি, বন্দ তৌসি হায়বসু নত্তে। য়াম্না চম্বা ঐখোয় লাক্ষ কুনমরিগী মনুংদা লাক্ষ খরনদি শোয়দনা পাঙথোকপা য়াবা থৌদাংনি। ঐখোয় মণিপুর ইমাগী য়াইফনবগীদমক শর্মিলাগী অনীংবসু মতেং খরা পাংবা য়ানবা খ্বাইদগী ফত্তবা নুমিৎ অমা খ্বাইদগী অফবা নুমিৎ ওন্থোক্লসি। মাইবী পাঞ্জি য়েংবীরো। অথুবা মতমদা নুমিৎ লেপ্লিরো। ঐখোয় নোংমতংদি পুকচেল শেংনা অয়ুক্কী চারা অমা মণিপুর পুন্না হেল্লগা চনুরা শর্মিলাগী অনীংবা থুংনবা য়ুম-য়ুমগী থাজবা লাইদা হৈরুক তাঙ্গা, পান-তাংগা, ধুব-থাওমৈ থাদুনা মাগী নীংবা থুংনবা ঈশ্বরগী মফমদা পুন্না থৌনিজবদা করি কায়বা লৈগদগে? অখঙ-অহৈগা তানবীয়ু। লৈপাক্কী য়াইফনবা

ইমা শক্লবী চহি নৌরিবী চনুরা অসিবু অমুক্তংদি তাইবঙপানসিদা লাইয়ামগী মখুক্তগী তোবর্বানদুদগী ঐখোয় লাক্ষ কুনমরিগী খুজেং পরেং শন্নদুনা মাবু অমুক্তংদি অশিবগী খয়াত্তগী কনবা ঙম্লা য়েংসি।

মীওইবগী তুংদা থেক্লগদবা অফ-ফত্ত য়েংনবগীদমক অখণ্ড-অহৈ পাঞ্জিনা মী-মীগী কুঠি ইদুনা থম্নরি। শর্মিলাগী কুঠিদনা করিবু ইরিগবা? ময়ুমগী মীনসু পুকচেল চাওবা অমুক্কা হেন্না উৎতুনা মাবু লৌশিল্লু য়াদরি। লৈপাক্কীদমক মাগী অপাম্বদা অয়েৎপা পীররোই হায়বি। নোংমা ফাদোক য়ুম থাদোক্লুনা লংফৈদা চৎপদা মীগীদা লেকপা তাঞ্জাদা য়ুমদুবু হায়দুনা মণ্ডদসু য়ুমদুদা মঙই। শেগাইরবসু, মোৎলবসু, চরা হেল্লবসু য়ুম হায়বসিদি য়ুমনি। পূন্নমক্তগী হেনবীনি, নুংশিবীনি, ফজনা অমুক্তংদি শেমগে, শাগে খল্লিবনি, পূন্নমক্তগী হেলহনগে নীংলিবনি। মদু মাগীসু আশা শোয়দনা ওইফম থোকই। মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পা, মচে-মনেগী মফমদদি মাসিবু হিংনা-হিংনা শিববা নত্তবরা? কবম্না মমাদুনা মপাদুগা ঙসিদি ঙা সিমা থোংদুনা হাওনা চাথোকসি মাগীদমক খল্লবোইসি হাযগদগে? চখোম খুদিং পিবাংগা তোৎলগা চাবিবা মমাদুনা মচাগী তমলিবা চাকলুকতুবু উবগা নুংতিগী তেংথাবিবসি ঐখোয অমত্তনা উবিফম থোক্তবরা? নিঙোল কাগী উপুদা মাগী লুহোংবদা পুজনবা ফিগী মবোল-মরোল থুপ্পুনা থমলিবসিনা মাবু হল্লকপা ঙাইজবি। মাগী ফমুংদনা থোংনাউদগী হুল্লকপা নুংশিৎনা কাংখলদুবু শাফু কন্না হুমদুনা মাবু তুমলিববা য়েংনিংলি। তারমদাই নুমিৎকি মশেক্লা থোংনাউ অহোবদা চংলক্লুনা লুখুমদা য়াল্লিবা মাগী ফোটোগী মিংশেলদা তাদুনা মাবু থেমদুনা পুরগা চীংলোনগী মরুমদা পুশিনগে লাক্লবি। অথেংবা অহিংদা হুই খোংলকপা খুদিং ইচাদুবু লাক্লব্রা খঞ্জরি। থোঙদা থীন্দুনা হৌদোক্লবা তাঞ্জাদা ইচাদুবু কমদৌরবনো তত্তনা পাখৎচরি। থাদোকখিবগী ৱাতনি, মরিদি তত্তরি মমা মচাগী। কবম্নদি তৎকনি থা তবা পুকতা-পু শিবা ফাওবা পোৎলুম পু হায়নবিবনি। মানা লুহোংবগী পোৎলোই শেত্তুনা মন্দোব ময়াইদা পুন্সি লৈপুল ওইগদৌবিবা মপুবোইবগী মফমদা মৈতৈগী চৎনবী তরেৎলক হন্না কোয়দুনা লৈরাং খুবাম চাইদুনা কুন্দো পবেং নীংথিবা খুৎতা পায়দুনা পাম্মু ঙকশমদা হুকপদুবু অমুক্তং পেন্না যেংজবগা পুন্সিগী নুঙাই-য়াইফ ইশুগী বর অমা চাওনা পীরম্লগা মপুগী লৈকোলদা তিনখ্রগে খঞ্জরিবা মপু-মবেনগী মমাগী-মপাগী ৱাখল কয়াদুবু পূন্নমক অবেন্বা তাগদৌবিবরা?

পোক্লবদি শিবা তাই। শিনবগীদমক পোকপনি। মাগী মতম্নবু লোইববদি লাই ফাওবনা কনবা ঙমদে হায়রি। অদুদি পূন্নমক শিবা ঙাইদ্রিবা করিগীনো? করিগী নাবগা লায়েংনরি, অহৈবা মাইবা, ডাক্তর থিনরি? হোম, যৈগ্য, পুজা-লাংজা করিগী তৌনরি?

হেক হায়গল্লি। মসিদনি ঐখোয়না ইন্দিয়াদগী তোঙাল্লগে হেক-হেক খল্লক্লিবসি। মসি খা ভারত্তদি শুকলৈ লৈতে হায়বা য়াই।

নুমিৎ নীনী-হুন্নী ইন্দিরা গান্ধী শিবগী ইরাংনা ভেলরগী মফম পুন্নমক্তা বন্দ তৌখিবদগী ঐহাক্কী এক্সরেগী রিজলট পুদুনা ডাক্তরগী মনাক্তা চংপা য়াখিদে। ডাক্তরনা অনাবগী স্লিপ্তা ইরকপা উন্নবগী মতমসি য়াম্না মক ওইবা অমনি। মখোয়গী মতমসি মিনিটতা লোইনা ইগনি। অমুক উনহৌদ্রবদি অমুক হন্না উনবগী মতম লৌবা চঙই। ঐসু বন্দনা উনহৌদবদগী উনবগী মতম অমুক নৌনা লৌরগা এক্সরেদু য়েংহল্লে। এক্সরেগী রিজলট য়েংলবা তুংদা ডাক্তরনা অসুন্না হায়রকই - নহাক্কী এক্সরে অসিদা এবনোর্মেল খরা ওইবগুম তৌই অদুনা ব্রেন স্কেন্নীং তৌবা তারে। ঐখোয়গী হোসপিটালগী মেছিন বন্দ চাক্তুনা য়াদ্রে, অদুনা মদ্রাজদা কে জে হোসপিটালদা ইরগে হায়রে। অইবা চেদু পুরগা থোরক্রে। ঐহাক ঐহাক্তা লায়েংবা লাকমিন্নরিবা লৈকায়গী ইয়াম্বা অদুগা বা তানরে। মৈতে মচা মফমদুদা লায়েংবা লাক্লিবা খরগসু তানবদা ঐহাক্কীসি ব্রেন টিউমর শোয়দনা ওইরগনি হায়বে। ওপবেসন তৌবা তারবদি লুপা লিশিং ২০ দগী ৩০ ফাওবা চঙগনি হায়রে। ঐহাক ঙাংনরিবা ময়ামদু করিসু খুমদনা অদুম তাশিল্লি। পুক্নিংদদি ঐহাক বৈতবনি তুরেল তোর্ববান হায়বদু য়ৌবগুম তৌরে। পীক্লিবা ইচাশিং মরাইবক থীহৌরগনি খল্লুবদা অমুক্তা হেন্না অবাবগী মথক্তা অবাবা হাপচিল্লকই। মীওইবনা থৌনা ফবসি অনা-অযেক কবিমত্তা যাওদনা চারিমখৈ হাওবা, য়েংলিবমখৈ ফজবা, নারক্কনি নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিগদবা মীওইবগী পুন্সিনি হায়বা বাখল পুন্নমক কাওথোক্তুনা নুঙাইবগী ইপাকথক্তা তাউরিঙৈদা ফবা থৌনা ওইরম্লে। মসিদি নহা ওইরিঙৈগী মতমগী পুন্সিগা য়াম্না নরুবা মরী ওইরম্লে। ঐহাক বা অমত্তা ঙাঙদনা ঐনা লৈবা হোটেলদুদা হল্লক্লগা ফমুং মথক্তা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা পুক্নিংদা লাইনিংথৌ স্নামহি চেৎনা থাগোনজরগা ইমা লৈবাক মণিপুরবু পুক্নিংদা য়াম্না নুংশিরকখি। মিৎসিদা শং-শং উরকখি গোবিন্দজিগী মন্দির, মন্দির মনুংগী রাধা কৃষ্ণ, হনুমান ঠাকুরগী মন্দির অমদি লাইফম পুন্নমক। পুক্নিংনা থম্মোই শেংনা নীজখি কৈদৌবগে ঈশ্বর ইবুঙো। ননাইনা করি লঙজখিবা, লানখিবা য়াওবদগী অসিগুম্বা দশাসি তাররিবা। পুন্সিদা অফ-ফত্ত পুন্নমকসু উজ্জরে। থেংথাং-থেংথাং কয়াসু মমাঙদা অবাবগী অবাবা ঙাক্তা থেংনখ্রে। মতমগী খোংলৈ তুংইন্না ময়াগী সংসারগী ঈপাক্তা চংলুদুনা ইমিত্তা ইচা অহুম উজ্জরগা অমুক চহী ৩৪ দা সংসার অসি থাদোকখিবা তারবদি ইচাশিংসিবু অমুক মমা লুখ্রবীনা য়োকহৌবা তারগদ্রা? ইমানা বানা হোৎনদুনা লৈজবা লৌ খরদি লৈ। মদু য়োল্লগা ওপরেসন তৌরগনা অনাবসি ফবা ঙমগদ্রা? পুন্সিসিদা মতম খর হিংজদুনা অফবা থবক খরদি তৌজনীংবনি। ঐগা মান্নবা লায়নানা নাবদগী

ওপরেসন তৌখ্রবা পেসেন্ট খরনা ডাক্তরগী কাগী চঙফম মনাক্তা পরেং শানা মকোক্তা শম হৌদনা হাঙনা লৈবগী মমি উরি। ঐসু অসুন্না তৌগদৌরিবনিকো। মখোয়সিনা কয়াম কুইনা হিংখিগনি? লৈশাবী অমদি ওপরেসন মতুংদা ঙাক্তদুনা চৎপদগী মবুং অনীনা মখুৎ নাম্ম-নাম্ম পায়দুনা শেন্নরি। থ্রোট কেন্সর তৌরবা পেসেন্টশিং মৈ য়াইবা চৎপদা মঙকশমগী শরুক্তা অমুবা মচুনা য়েক্তুনা মৈ য়াইফমদু দাগ থমদুনা থাঙ্গেশেংনা অনাববু মশক তাক্লি। মাগী থম্মোইদসু ঐগা মান্নবা ৱাখল খল্লমগদ্রা? হংলুবসু হঙ্গোইবগুম পুক্লিংদা তত্তনা ফাওরি। লায়না মান্নবা অনিগী ৱারী তারুরবদি ফাগি মরক্তা শীনথরকপা পিরাংদু রুমালনা খাউ য়াদুনা ওক্লি। অমনা মণিপুরদগী অমনা গুজরাট্টগী, নহানমুক্কী চহীদা লায়েংবা লাকপদা শকখংনখিবা। হন্দক্লা চেক-অপকী লাকপদা অমুক উন্নবনি। মখোয় অনী নুংশিনা ইমাংদা কোনশিন্নে, চেজেৎনা, তুংদা অমুক হন্না উনররোইদবগী মওংনি। শিরবসু পাউদদি তাক্লশিকো। ঐসু মীওইবা মশেলগী থম্মোইগী অশেংবা প্রেমদুদা খংহৌদে পিবাং ইহৌবকই। ফুবিৎখাওদগী কমাল মরাইবক ফবীদো লৌথোক্লগা মফমদুদা তাহৌগদবা পিরাংদো য়োমদুনা পুবকখি পাম্মুনা। মচিন্দা শোল্লি, মণিপুবদগী ইযাম্বা অদুনা পুন্নমকসি য়ুনা থোকহনবনি। ৱা ঙাংবসু খোঞ্জেল শিরবা ঐনা শাওনিংলক্লগা অমুক থকচিনগনিকো শিগদবা লৈব্বসিদা! হায়নৈ লিন্না মখুল চংলমদাইদা চুমই। ডাক্তরদা লাযেংবা লাকপা মীওই অযাম্বগী পুক্লিংদা চাংচত্তা অচুম্বা অফবা ৱাখল ঙন্নমক চেল্লি। মচিন থিবা, লৌথুপ লৌকোই, হুরান-চিনথিগী, ৱাবী তারোই মফমদুদা। পুন্নমক অমনা অমগী মতেং পাংনৈ য়াম্না নুংশিনৈ। অনাবা অমগী শেবা লাকপা মী অমদগী অতোপ্পা অনাবা অমগী ঈ চানরমদুনা ঈ লৌরগা পীবা মশীং য়াম্না থেংনৈ। নগালেন্দদগী ইচে নাগা অমা মাগী নুপাগা, মৌপ্পা অমগা য়াওনা লায়েংবা লাকই। ঐখোয়গা কা হেক থংননা লৈমিন্নে। ইচে অদুগা ঐগা ৱারী তত্তনা শানৈ, মানা নগামিজ ঙাংই, ঐনা অসামিজ ঙাংই। ভাবতি অদুম তানৈ, কয়াদা নুংশিনৈ। মী মরক্তা খেন্নবা শুকলৈ লৈতে হায়বা য়াই হোসপিটালগী ইমুংদা। মথংগী নুমিত্তদি মাগী অনাবদু থ্রোট কেন্সর ওইরম্রে হায়রে। লাইওং খঙবদগী কপখিবনা থেম্বসু য়াদ্রে। হায়দ্রবাদতা মচানুপা অহলদু ইঞ্জিনীয়ার তম্মী। টেলিফোন তৌদুনা কৌরে। মচাদু লাক্লগা মমা-মচা অমুক কোন্নদুনা কপমিন্নরে। ঐসু ঙাইহাক ঙাইহাক কপ্পদি য়াওরে। হে মীওইবা। পিরাংগী মরোলদি জাংবীজাৎ, কুচু করিসু খেন্নবা লৈতেকো।

অবাবগী তেংথাখোল মরকশিদা ঐসু ভেলরদগী অসামী মচা বীরেন গোগোই কৌবা মচননুপী লায়েংবা লাকপা অমগা হৌনদুনা মদ্রাজদা চৎলে। মফমদুদসু কিউ অমুক লেংদুনা ব্রেন স্কেন্নীং তৌবা লোইদুনা রিজলট ফংলে। ঐদি কিবদগী বিজলট

অদু হাংদোক্লুনা য়েংউদ্রে। অমুক তন্না ভেলরদা হল্লক্রে। হোটেল য়ৌরবা কান্দা নগালেন্দদগী ইচে অদুনা নওগী চাক ঐখোয়গীদা হাপ্পীবে, চারো হায়দুনা পুথোরক্রে। ঐসু হরাউনা চাক্তু চাবে। ইচেদুগী মপুরোইবা অদুনা ঐগী রিজলট য়েংলি। মানা অসুম পাথবকপদা নোর্মেল, নোর্মেল হায়বা ৱাহৈদু তারুরগা ঐ খুদক্তা রিজলটতু য়েংনিংখি। মানা নংগীসিদি নোর্মেল ডাক্তনি, থোইনা লুবা য়াওদে। ঐহাক ঈশ্বরবু পুক্নিংদা অণ্ডকপা ফংনা থাগৎখি। ঙরাং য়াম্না শোষ্টকরবা হকচাংসি খর কনখৎলকপগুম তৌই। চাক চাবা তোক্লগা হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক পারে, থোইদোকপা অরুবদি উদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা ডাক্তবদা রিপোর্ট পীরুবে। মানা মথংগী ইনভেসটিগেসন ওইনা ইঃ ইঃ জিঃ তৌননবা অমুক ইরক্রে। মথংগী নুমিত্তা ইঃ ইঃ জিঃ লৌবে। অনাবগী লাইওং খংলে। হিদাক থাবা হৌরে, যুমদা চৎননবা হায়বিবসিবু ঐগী অনাবসি লুরবজাৎলা, য়ুম যৌবগা শিগদৌরিব্রা? মেদিসিনগী ডাক্তর জেকোব জোজ কৌবা অমদা 'মুক মিং চন্দুনা য়েংলে, মানসু মান্নবা মৎ পীরে। অসুম তৌবিঙৈদা ঐঙোন্দা পীরিবা হিদাক্তু ঐঙোন্দা এলর্জি ওইরে। অতোপ্পা অমমুক ইবে। হিদাক্তু চহি অনী নোংমত কাংদনা চেকশিন্না চানবা পাউতাক পীরে। হন্দকমুক্তি এলর্জি তৌদ্রে। অসুম্না লায়েংবা লোইদুনা লৈকায়গী ইয়াম্বা অদুগীসু থোইনা লুবা অনাবা ওইরমদদুনা ঐখোয় অনী মণিপুরগীদমক ভেলর থাদোকখি।

মতাং অসিদা মরুওইনা পঞ্জনিংলিবা ৱাফমদি মণিপুরগী মপী-মপা ওইবিদুনা লৈবাক সাসনগী চুপ্পি পায়বিরিবা মীওই খুদিংমক্তা ঙসিগী নুংঙাইবা সংসারগী ঈপাক্তা তাউদুনা নাগনি, শিগনি হায়বা লোইনমক কাওথোক্লুনা মীযামগী সম্পতি খোমদুনা মুল্লগা, মখোয়গীতা ওইননবা হোৎনবগী ৱাখল্লা ঙাওরবা কাংবুসিংসি অনাবা অরুবা অমমম, নাবীদুনা বৈতরনি তোর্ব্বান্দা পুশিনবা ঙম্নবদি লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুমই হায়বগুম অচুম্বদু অসি ওইরে হায়বদু খঙহন্নীংই। ঐগী ঐগী ঙসিগী ইতোমতা নুংঙাইবগী ৱাখলসি খরা থাদোক্লরগা মীয়ামগীদমক য়েঙ্গোকপীবা ঙম্নবদি 'বিশ্বপ্রেম' হায়বদু ওইরোইদ্রা? ঐদি বৈতরনি তোবর্বান য়ৌরুরবনিনা পুক্নিংদা মসিমদি নুংত্তিগী নীংশিংজরে। ঐগী নগালেগুগী ইচেদু ঐনা নাগা সিজফায়রগী মতমদা য়াম্না নীংশিংলকখি অদুবু মাদি অমুক হিংলমগদবা মাল্লে, অরুবা লায়নানা নাহৌরবীনি। মতাং অসিদা নীংশিংলকই কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'হিংনীংই ঐদি মীওইনা মীরক্তা' হায়বা ৱাহৈ পরেং অদু মাগী পুন্সিনা নুমিৎ খরনি নৎত্রগা থা খরা নৎত্রগা চহী খরা শাংদোকপদি লৈবাক্কীদমক, পৃথিবীগীদমক কান্নবা হেল্লা তৌরম্বা য়াই অদুবু অমরোমদা ঐখোয়গী মণিপুরগী শেঞ্জাবা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরিবা অমগী পুন্সি শাংদোকপদি

কনানা পল্লমগদগে ? অফবদুতং তৌবম্মু লৈবাক্লা নঙগীদমক পুন্সি শাংদোক্লবা ঈশ্বরদা পূন্না পূজা কত্তুনা থৌনিনবা। প্রাথনা তৌহৌই ভেলরগী মীয়াম তিনবা লম্বী সড়ক ময়ায়দা লৈগী মুর্ত্তিশা-শাদুনা মফম মফম খুদিংদা, অশেংবা ফিজোল শেত্তুনা মখোয়গী লুচিংবা রামচন্দ্রনগীদমক্ত। দোনর চামা-চামা কিদনি পীগে হায়হৌই লুচিংবা মাগীদমক। ধুবকী মৈখুনা অতিয়া পক্লা পা‍ঁহৌই, মনমসু থম্মোইনীক হৌই, অশেংবা ঘী-মেক্রক্কী মনিলনা কনাগীদমক্তনো ? মখোয়গী লুচিংবা এমজি বামচন্দ্রনগী কিদনি অনী শিনবগী দোনর অনীগা লোয়ননা অমেরিকাদা লায়েংলিবা মহাক্কী পুন্সি শাংদোক্লবগীদমকনি। প্রজানা ময়ুম মকৈ মৈ থারবা ফাওবদা জ্ঞান লাকপা ঙমদ্রবা ঙসিগী মণিপুবগী লুচিংবশিং অনাবা অরুবা অমগীদমক দরকার ওইরক্রি, অচুম্বা মশক খঙজনবা। ঙসি ফাওবগী মনুংসিদা মণিপুরদা মুখ্য মন্ত্রি ওইখিবা লুচিংবা শাবা কয়া পোকখ্রে অমসুং মাগী আয়ু লোইদুনা শিখিবসু য়াওখ্রে। অদুবু মখোয়গী মুর্ত্তি কনাগী যুমদা থেৎপা উবগে ? মীটিং মফমদা মাগী থবাইনা অমুক নৌনা পোক্তুনা লৈপাক্কী য়াইফনবা তৌবিবোলাও হায়না কনানা শোন্নরিবগে ?

ইকাইজখ্রে মীগী মাঙদা। থবাই ফাওবা থাবা ঙম্মী ইন্দিবা গান্ধী মাগীদমক্তি, লম্বী সড়ক্তা ফমদুনা তেংথাহৌই, অনৌবা মপোক অমদা নঙ অমুক লাকখোকো হায়দুনা, লম্বীগী মচি-মচিদা ধুব থাওমৈ থাদুনা য়ুমথোংহুপ্পা। শিরগদবা মপোকসিদা মীগী ফনবা খনবা ঙমদবা মখোয়না করিগী লুচিংবা ওইনিংলিবা ? হে নুমিৎ, থা, থবানমিচাক, চীং- পাৎ, তুরেল, নখোয়দি যুগ-যুগ খুদিংগী লোইনা অফ-ফত্ত মীওইবগা শাগোক্লবা লমচৎশিংদো লীশাংশীৎনা উহৌরবনি, ঙসিনা ঐখোয়গা থেংনরে, হয়েংনা তুংগী মীবোলগা থেংনহৌগনি। ঐখোয়দি লোইনা চৎখিনি। করিগী তাকপীদে পঙলবা মীওইবা ঐখোয়দা অচুম্বা লম্বী চৎননবা নীয়মশিং মীশিং শুনা। বারৌদবা ঙমদে, মরক মরক্তা তেংবানবা নঙগী নফমদসু।

তাং ২৭/১১/২০০১

# শর্মিলাগীদমক ঐখোয়গী থৌদাং

ইমা-ইপাদি মিৎনা উবা লাইনি হায়বনৈ। মসিদগী হেন্না চুম্বা ফোঙদোকপা য়াবা ৱাহৈ পবেং অমমুক লৈবমগদবা মান্দে। ইমা-ইপাগী নুংশিবা বডনা কোক্তা থোন্দুনা মিৎলুগী পিরাংবু থম্মোযনুংদা চেৎনা য়োল্লগা নুংশিববা ইবুং-ইপ্পা, ইচে-ইনেম, শাগৈগী মরি-মতা পীক্লিবা, মানা নুংতিগী পো-পমদুনা শেন্নজবম্বা মবুংগী মচাশিং, মপু-মবেন কযাদুবু অরোইবা বিদাই পীরমলগা লৈপাক্কীদমক মীওই লাক্ষ কুনমরিগীদমক মহুৎ শীল্লগে হায়না অচেৎপা খোংফমদা লেপ্তুনা পূক্লিং কিশি কিদুনা থোরক্লিবা মৈতৈ চনুরা অসিবু করম্বা ৱাহৈনা মাগীদমক শৈথাদুনা ইরসিগে। থাগৎলি, নঙগী পূক্লিংগী থৌনাবু হন্না-হন্না পাংদ্রবা চহী কলপ অমা ঐনা তপ তৌদুনসু নঙগী নত্তৌ তম্বা ঙম্নরোইদবা ঐনা থাগৎলি। ঐগী পাংদ্রবা পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবা শাগোম্নদুনা চৎমিন্নগদৌরিবা আ... মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা বোমগী শুলিগী মখোল খজিক্তং তাবদা তত্তনা পাখৎপা পোকলিবা থম্মোই মচা অসিনদি নঙগী পান্দমবু নুংশিনা মতেং পাংনিংলি। চহীগী হায়রুরগদি ইচা কৌরবসু, ইচন্নি হায়রবসু কায়দে, তৌথোরকপা থবক্কী হায়রুরবদি মণিপুরীশিংগী মমা অমগী থৌদাংনি, ইমা কৌরবসু য়ারে। পাক্লবা ষনজাবুংদা শক্তিক চারিবা অশুক য়াম্বা ষনশিংসিবু অচৌ-পীশক মখোয়গী ৱাখলদা ঐগী মীগী হায়বা অমা লৈতেকো। মীওইবনা মা-মাগী মতম-মতমগী য়ৈখাই-থিনগাই য়াওদনা মতোম-মতোমতা নুঙাইনা হিংবা য়ানবা নিয়ম কয়া শেমনৈ। মসিনা অচৌ-

অশাং হায়না মমিং থোনজিন্দুনা মীগা-মীগগী মরক্তা খেন্নরা উহল্লি। হেন্না-হেন্না চাউবা তান্নহল্লি। অদুদগী অমুক অচৌ-অশাংনি হায়জরিবা কাংবুশিংসিনা অমুক অতৈ কাংবুশিংসিবু হৃত্থনা করিসু লৈতবা কাংবুগুম থৌশানদে। অসুন্না মতম খরগী মমাংদা শর্মিলাগী মবুংনো অচৌ-অশাং কয়াগী মফমদা চত্তুনা মচনগী অনীংবসি থুংননবা মতেং নীজরুই, মীওই অমত্তনা মতেং পাংনিংখিদে। মরমদি শর্মিলা হৌজিক্কী মীনা মশক খঙবা অচৌ-অশাং হায়রিবা কাংলুপসিদা মখোয়গী মফম লৈতে। "নঙগী নচল শর্মিলানা মণিপুরগী মশক নাইরবী.. গুম্বী নুপী অমা ওইরম্নবদি মাগী বা খরা তাবীরম্বা য়াবনি" মসিগী আর্থদি হৌজিকসু লায়রবা অতোন-অতাশিংগী খনবীনবা মীওই তাঙলি লমদমসিদা।

কান্নররোই চৎলো ইমা। মণিপুরী ইমাগী অরূম্বা কোকথোং নকোক্তা নথস্তা পুবা বাবগনি। ইমা। নঙ চৎলো। ঙাইদুনা লৈরম্লগনি নঙগীদমক নীংথিবা সৈজ্যা শেমদুনা লাইরমলেন্দা। নঙগা জাতিসিগা লৈনবা মরী তৎপগুম তৌরে ইমা! লাইরমলেন্দদি নিংথৌগী ফিদা শোয়দনমক্কী ফংলুবগনি। মফমদুদা নঙগী নতিক-নগুন মুন্না খঙবা লাই ঙাক্তনা পবেং-পরেং মখুৎ লোন্নদুনা লৌথুপ-লৌকোই অমত্তা য়াওদনা নঙগী মায়কৈ য়েংনদুনা মঙক নোনগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্লগনি। নঙদি অশুক শাংলবা মতমসিদা হাংলবা চাকখাওদুদা চাক্কী মরু অমত্তা তারক্তনা হিংলিবনি। পাংদ্রবা ঐখোয়দি অয়ুক অমা নুমিদাং অমা চারা হেনগনি খনবদা পুক্কিংশি খংশোন শোষ্বরি। নহাকমুক অখাঙ-কনবী, লিংজেল খাবী লাইপোক অমা মাঙদসু থোকখিদ্রি, তুংদসু থাজদে, অদুবু জাতিসিগীদি ঙসিগী নঙগী মীরোলশিগীদমক্তি চাওথোকচনিঙাইনি। পৃথিবীগী নুপীগী ইতিহাস ইবদা নঙগী জগা চেবাংগী শরুক্তা মরায়বক ফবী পলেম ইমা, পষ্ঠৌ অপোকপগী মিং, লৈকাইগী,নঙগী নরমদম, মণিপুরগী ময়েক শেংনা ইহৌরগনি। লমদমসিগী স্কুলদা,কলেজদা নঙগী বারীগী লাইরিক্লা য়ুমথোং খুদিংদা পানহৌরগনি। বারেংগী, শৈরেংগী, পাউর্রৌ পাষ্থে শরুক্তা নঙবু প্রমান পীনহৌরনি। অফবগী শরুক্তনি, পোকপগী মহৈদি য়াল্লবনি। নঙমুক মপোক ফবী নশা নতোমতনা অখাং-কনবদগী মিংচৎ পুজরকপী পৃথিবীগী তাংলবা চনুরা শোইদনা ওইরগনি। অহিং অমা, নুংথিল অমা হায়বসে য়ামপক তাদুনা শিবগী তানফম মিকুপ মশীং থিদুনা ঙাইরক্লবা কনাগী মফমদদি কয়াদা অবাবগী মশকনো? কয়াদা শাংগ্লবা মতমনো? কনাদবু বারে হায়দুনা ঙাইহাক্তা পাংবীয়ু য়াবা নত্তে অনাবগী পোৎলুমসে। ঙাইহাক উইবগুম তৌরুই। মাবু পুগাদবগী কোয়শেল শেম্নরিবা কাংবুদুগা বারী তৌনকই মমঙদুদা। অমুকসু মায়থোংদু নোকফেৎ, অমুকশু কপ্লি, মতম ঙাইরিবা মানা। মরী-মতা মনাওশিং

অমা লাক্লগা অমেংবা খোনফমদা কৌরকই- "ইচে-ইচে"। মগুওই-তাইবঙওই লাইয়ামসু মনাক্তগী অমুক চেনথোকখি। "ইচে ঈশিংসি খজিক্তা য়োৎশিরা?" অনাবনা শাওনা "করিগীনো ঐবু কৌরিববো? ঐ ঐগী নুংশিবা মরুপ-মপাংশিংগা নুঙাইনা বারী শারিঙেদা।" অমুক তুমথখ্রে। লাইয়ামদু অমুক মনাক্তা লোইনা চঙশিনখ্রে। মাবু চিংরোন তৌখ্রে। অনাবগী মখুৎ শমদুনা য়ুমদগী তপ্না তপ্না পুথোরকপনা অসুম লাপথোরক্রে। য়ুমসু আদা অসুম-অসুম তামহৌরে। খরা লাপ্পা মফমদা ফজরবা ঈপাক অমা উরক্রে। মাদি বাবনসু খম থেংলে। ঙাইহাক পোংথাখিসি হায়বসু তাবিদ্রে। নুংশিরবা থম্বাল কৌবা লৈরাংগী লৈনমসু তপ্না তপ্না নুংশিংনা পুরক্তুনা তাররে। মখোয় ময়ামদুনা মখুৎ শন্না-শন্নদুনা চৎপনা ঈপাক্তুগী তোবর্বান্দা অসুম-অসুম নকশিল্লক্রে। মাঙ থংবদুদি ঈশিংদা কুমথবা হৌখ্রে। মখোয় মথং-মথং লোইনা পরেং শানা কুমথখ্রে। ইরোয় লোইবা লাই অদুনা অনাবগী খুজেং চেৎনা পায়দুনা নুংশিরবা মরুপ অমগুম মাবু শেন্নরি। মমৈদা মাসু কুমথবা হৌখ্রে। য়াম্না কিজনা অনাবনা ঐদি ঈশিংদি কিঁজে হায়গে খল্লি। মচিন-মরৈ অনীমক ফাজিল্লি, হায়বা ঙমদে। অদুবু মরুপ অদুনা লাকও ঐনা কন্না পায়রি হায়দুনা ঈশিংদা মাবু চিংথখ্রে। ইকঃ ইকঃ অনীরক্তং হায়রম্লগা অনাবগী থবাইগা হকচাংগা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লখ্রে। হকচাং পোলাংনা ফমুংদা তাহৌরে। য়েংউ! কয়াদা বাথ্রবা অনাবগী অরোইবা পুং-ফমসে। মসিগা চপ মান্নরবা শর্মিলাগী পুন্সিনি। মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউরবা অচৌবশিংগী মকোকমক্লা মাগী তাল্লিবা দাবী পীবা ঙম্লরোই ফোংনা ফোঙদোকখ্রে। অদুদি ঐখোয় শর্মিলাগীদমক করি তৌবা তাই? মানা মাগী পুন্সিবু মীওই লাক্ষ কুনমরিগীদমক শিবা ঙাইরি। ঐখোয় লাক্ষ কুনমরিনা মাগীদমক করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রে। ইকাইদ্রা।

ফরে অদুদি, ঐগী মত অমখক্তং পীজরগে। হয়েং শর্মিলানা লৈখিদ্রবা তুংদা মীয়াম্না মাগী মমিংদা মুক্তি শারগা মফম চাবদা খিনশি। কোরিনা, লুপানা, সানানা শাসি শোয়দনা হায়নরকপা য়াই। মদু নত্তে ঐগীদি, বন্দ তৌসি হায়বসু নত্তে। য়াম্না চম্বা ঐখোয় লাক্ষ কুনমরিগী মনুংদা লাক্ষ খরনদি শোয়দনা পাঙথোকপা য়াবা থৌদাংনি। ঐখোয় মণিপুর ইমাগী য়াইফনবগীদমক শর্মিলাগী অনীংবসু মতেং খরা পাংবা য়ানবা খ্বাইদগী ফত্তবা নুমিৎ অমা খ্বাইদগী অফবা নুমিৎ ওহোক্রসি। মাইবী পাঞ্জি য়েংবীরো। অথুবা মতমদা নুমিৎ লেপ্পিরো। ঐখোয় নোংমতংদি পুকচেল শেংনা অয়ুক্কী চারা অমা মণিপুর পুন্না হেল্লগা চনুরা শর্মিলাগী অনীংবা থুংনবা য়ুম-য়ুমগী থাজবা লাইদা হৈরুক তাঙ্গা, পান-তাংগা, ধুব-থাওমৈ থাদুনা মাগী নীংবা থুংনবা ঈশ্বরগী মফমদা পুন্না থৌনিজবদা করি কায়বা লৈগদগে? অখণ্ড-অহেগা তানবীয়ু। লৈপাক্কী য়াইফনবা

ইমা শক্লবী চহি নৌরিবী চনুরা অসিবু অমুক্তংদি তাইবঙপানসিদা লাইয়ামগী মখুক্তগী তোবর্বানদুদগী ঐখোয় লাক্ক কুনমরিগী খুজেং পরেং শম্নদুনা মাবু অমুক্তংদি অশিবগী খয়াক্তগী কনবা ঙম্লা য়েংসি।

মীওইবগী তুংদা থোক্লগদবা অফ-ফত্ত য়েংনবগীদমক অখণ্ড-অহে পাঙ্গিনা মী-মীগী কুঠি ইদুনা থম্নরি। শর্মিলাগী কুঠিদনা করিবু ইরিগবা? ময়ুমগী মীনসু পুকচেল চাওবা অমুক্তা হেন্না উৎতুনা মাবু লৌশিন্নু য়াদরি। লৈপাক্কীদমক মাগী অপাম্বদা অয়েৎপা পীররোই হায়রি। নোংমা ফাদোক য়ুম থাদোক্তুনা লংফৈদা চৎপদা মীগীদা লেকপা তাঞ্জাদা য়ুমদুবু হায়দুনা মণ্ডদসু য়ুমদুদা মণ্ডই। শেগাইরবসু, মোৎলবসু, চরা হেন্নবসু য়ুম হায়বসিদি য়ুমনি। পূন্নমক্তগী হেনবীনি, নুংশিবীনি, ফজনা অমুক্তংদি শেমগে, শাগে খল্লিবনি, পূন্নমক্তগী হেলহনগে নীংলিবনি। মদু মাগীসু আশা শোয়দনা ওইফম থোকই। মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পা, মচে-মনেগী মফমদদি মাসিবু হিংনা-হিংনা শিরবা নত্তবরা? করম্না মমাদুনা মপাদুগা ঙসিদি ঙা সিমা থোংদুনা হাওনা চাথোকসি মাগীদমক খল্লরোইসি হায়গদগে? চখোম খুদিং পিবাংগা তোৎলগা চাবিবা মমাদুনা মচাগী তমলিবা চাকলুকতুবু উবগা নুংতিগী তেংথাবিবসি ঐখোয় অমত্তনা উবিফম থোক্তবরা? নিঙোল কাগী উপুদা মাগী লুহোংবদা পুজনবা ফিগী মরোল-মরোল থুপ্পুনা থমলিবসিনা মাবু হল্লকপা ঙাইজরি। মাগী ফমুংদনা থোংনাউদগী হল্লকপা নুংশিৎনা কাংখলদুবু শাফু কন্না হুমদুনা মাবু তুমলিবরা য়েংনিংলি। তারমদাই নুমিৎকি মশেক্লা থোংনাউ অহোবদা চংলক্তুনা লুখুমদা য়াল্লিবা মাগী ফোটোগী মিংশেলদা তাদুনা মাবু থেমদুনা পুরগা চীংলোনগী মরুমদা পুশিনগে লাক্লবি। অথেংবা অহিংদা হুই খোংলকপা খুদিং ইচাদুবু লাক্লব্রা খঞ্জরি। থোঙদা থীন্দুনা হৌদোক্লবা তাঞ্জাদা ইচাদুবু কমদৌরবনো তত্তনা পাখৎচরি। থাদোকখিবগী বাতনি, মরিদি তত্তরি মমা মচাগী। করম্নদি তৎকনি থা তরা পুকতা-পু শিবা ফাওবা পোৎলুম পু হায়নবিবনি। মানা লুহোংবগী পোৎলোই শেক্তুনা মন্দোব ময়াইদা পুন্সি লৈপুল ওইগদৌরিবা মপুরোইবগী মফমদা মৈতৈগী চৎনবী তরেৎলক হন্না কোয়দুনা লৈরাং খুবাম চাইদুনা কুন্দো পরেং নীংথিবা খুৎতা পায়দুনা পাম্মু ঙকশমদা হুকপদুবু অমুক্তং পেন্না য়েংজরগা পুন্সিগী নুঙাই-য়াইফ ইশুগী বর অমা চাওনা পীরম্লগা মপুগী লৈকোলদা তিনখ্রগে খঞ্জরিবা মপু-মবেনগী মমাগী-মপাগী বাখল কয়াদুবু পূন্নমক অরেম্বা তাগদৌরিবরা?

পোক্লবদি শিবা তাই। শিনবগীদমক পোকপনি। মাগী মতম্নবু লোইববদি লাই ফাওবনা কনবা ঙমদে হায়রি। অদুদি পূন্নমক শিবা ঙাইদ্রিবা করিগীনো? করিগী নাবগা লায়েংনরি, অহৈবা মাইবা, ডাক্তর থিনরি? হোম, যৈগ্য, পুজা-লাংজা কবিগী তৌনরি?

মদু অরানবা তারোইদ্রা? লাইনা কনবা ঙমদবদু মীনদি কনবা ঙম্বরা? ঈশ্বরগী মনাক্তদা শংদুনা লৈবা ভক্ত কয়াসু নারি, শিরি। অহিংবা মী লৈববা? কৃষ্ণনা মী কনবরা? যিশুনা মী কনবরা? অলহা না মী কনবরা? অচুম্বদু তৌ অচুম্বনা জয়নি লাউরি ধর্ম্ম খুদিংনা। মাগীসিদি অচুম্বা নৎত্তবরা? অদুদি করিগী ঈশ্বরনা চানবিদে? পূন্নমক্কী মকোক্লসু চানবিদে? মসিগী মথক্তা খ্বাইদগী হেন্না চাউবদি কনানো? মীনা শেম্বা তাইবংপানগী চৎনরোলসিদা কনাদা হায়জরগা তাবীগনি? মী মতোম-মতোমতা জ্ঞান তারকপা ঙাইবা তারিবরা? নুমিৎ কয়া, থা কয়া, চহি কয়া, যুগ অমা চঙখিগদ্রা? মাদি ঐখোয়গীদমক ঙসি হয়েংসিদা শিগদৌরে। মহাক শিরবদি য়াগদরা? নীংখা তম্বগী থবাইনা পোম্বা ওইগে থোক্লক্লিবা নহা ওইরিবা নখোয়না মতম খরা (থা খবা) হাৎন-শুনবা লেপ্লগা শান্তি ওইরে হায়রগা 'এক্ট' অসিবু লৌথোকহনগদরা? মাগী নীংবা থুংগদরা? খন্নবসি চুমলোইদরা? মাগী পুন্সিসিবু নখোয়সু নুংশিদরা? মানা শিবগা মপোক অমদা নুঙাইনা পোক্লুগনি হাযবসি মফমদুদা চৎলুবগা অমুক হল্লকপা মী লৈববদি হংবসু য়াই। মসিবু তাইবঙদা চৎনবা য়াববা? ঐখোয়বু অসুম্না অসুম মহাক শিবা ঙাইদুনা লৈবসিরা?

তাং ১৫/৪/২০০২

# ঐগী ইমা অমসুং ঐগী তামো

মতম্ কুইনদগী ঐগী থম্মোইদা তত্তনা ঙংদুনা লৈববা মীওইবা মশেলগী মবক্তা লৈনবা মবীগী বাবী অমা অমুক্তং ইথোক্কে খন্না ঙাইববকপা কুইববনি। বাবী ফজরোইদ্রা খন্না ইথোক্পা ঙমদদুনা অসুম্ লৈবনা মফম খংদনা কাউথোক্তুনা মাংখ্রগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমসু থম্মোইদা তত্তনা পোক্লকখি। কবিসু লৈতবা বাবী ওইবগসু মমলদি য়াম্না য়ামহনজনীংবা বারীনি।

মতমদো ঐনা বিঃ এসঃ সিঃ তম্বা মতমনি। ইং ১৯৭২ দগী ৭৫ ফাওবগী বারীনি। গুবাহাটিগী 'প্রগজ্যোটিশ' কলেজদা ঐহাক বিঃ এসঃ সি তম্মী। কলেজগী হোস্টেল ফংদবনা খ্রিস্টানগী প্রাইভেৎ হোস্টেল অমদা লৈ, মমিংনা লিবিস মেমোরিএল হোস্টেল কৌই। গুবাহাটিগী পান বাজাবদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী মপালদা চেল্লিবা নেসনেল হায়বে ৩৭ লম্বীনা খল্লগা লৈবনি। মতমসিদা ঐগী লাইবক ফবনা অসামদা লৈবা মণিপুরদগী চৎখিবা ইমা অমা থেংনকবা অসিনি। বিঃ বাকবাঃ কলেজদা তম্বা হিজম্ প্রেমকুমাব সিংহ কৌবা মরূপ্ অমগী মমানি। ইমাদুগী মিংনা লোংজম্ নিঙোল হিজম্ ওংবী সোরোজিনি দেবী কৌই। অসামদদি মমিং য়াম্না চৎলি। মতমদুগী অসামগী অকনবা কংগ্রেস বার্কবনি। মণিপুবগী বাজনিতি তৌবা মীনদি মাবু 'হোজাই সোরোজিনি' হায়না খংনৈ। থাংগৈশেংবদি লংকা হায়বা অসামগী নাওগোং জিলাগী মনুং চন্না লৈবা তাউন মচা অমদা লৈবনি, হোজাইদা নত্তে। ইমা অসি থেংনকবদগী ঐবু মচাগুম্না লুনা

তৌবীদুনা ঐনা কন্না নাবা মতম অমদা ঐবু গুৱাহাটিদগী লংকাদা মাগী কারদা পুবিদুনা ইমাগী মপুরোইবা ঐগীনা পাবুং লংকাদগী অমুক্ কিঃ মিঃ ৬০ মুক্ লাপ্পা চৎলগা লৈবা 'কপাসবারি' কৌবা মুসলিমশিংনা নন্না তাবা অসামগী খুঙ্গং অমদা দিস্পেন্সরি অমগী এমঃ ওঃ ওইদুনা লৈরম্বা পাবুংগী মনাক্তা পুবীদুনা ঐবু লায়েংবীখি। থা অমা চুপ্পা মফমদুদা লৈখি। লায়নানা লিভর জোনদিস তৌবনি। নাবা ফরবা তুংদগীদি য়াম্না নকশিন্না তিন্নদুনা ইমুং-মনুং ওইরক্লম্মী। ইমানা য়াম্না পামজবদি মণিপুরগী চাক-য়েনশাং, ঙারি, হৱাইজার, শেইবুম, পান, থাংজিং, য়োংচাক, থরোমরিনচিংবা পোৎলমশিংনি। ঐনবু য়ুমদা থোক্লবদি ইমানা পামজবা যেনশাং মথেল খরদি লৈদুনা পুরে। ইম্ফালদগী ডিমাপুর য়ৌবগা ট্রেন্দা অমুক গুৱাহাটি চৎলি। মদুসু মতমদুদা কামরূপ এক্সপ্রেস তোংদুনা পুং ৯ গুম্বদা গুৱাহাটিদা থুংগদবনি। অদুবু ঐদি লংকাদা ইমা অমদি পাবুংগী চানবা পুবনীনা লংকা স্টেসন্দা কুমহৌবা তাই, মদুসু নোঙাল্লমদাইদা। কোক্তা পোলুম পুদুনা ইতৎ-তত্তনা অয়ুক্ ঙস্তানা লংকাগী মৈতে ইমুংসিদা থুংগদৌরি। ইচন পীশক পীশক পোকমিন্নদ্রবসু পোকমিন্নবগুম্ লোয়নদুনা ঙসিদি অমনা বোম্বেদা, অমনা দিল্লিদা, অমনা গুৱাহাটিদা ময়ুম্ পান্দুনা অতোপ্পা জাতিদা ঙম্নমক ময়ুম্ পানখ্রে। ঐগী মরূপতি মদুদা শাউদুনা মখোয়গা বা অমত্তা ঙাংনদ্রে। অদুবু ঐদি হেন্না নকশিন্নদুনা ঐনা দিল্লি চৎপদা ইচলগীদা লৈরে, গুৱাহাটি চৎপদনা ইচল অমগীদা লৈরে, বোম্বেগীদি চৎত্রিবনা খংদ্রি। মানদি লাকউ কন্না হায়রি। ইচলশিং, ইশেনশিংদুনা ঐ চৎখিবদা পুন্না নোম্বদুনা খোঙ শোক্না খুকম্বদু উরুবদা পুক্লিংদা নুংশিবা হায়ঙমদবা ৱাখল ফাওরকই মীওইবগী হৌনশা ওইবমাক্লে। হেন্না পুক্লিংদা পেঞ্জকবদি পোকমিন্নদবা মখোযগী ব্যাবহারদুদনি। ইমাগী ৱারীসি য়াম্না নুঙাই-নুঙাইবা লৈরি। ঙসিদি ইমা লৈখিদ্রে। মণিপুরদা লাকপা খুদিংগী স্টেট গেস্ট হাউসতা রুম্ রিজার্ভ তৌদুনা থম্লগা লৈবা নুঙাইতে হায়দুনা মচা ঐগীদা পোৎথাজফম্ ওইরম্বা ঙসিদি ইমা অমুক লাক্লরোই। ইমাগী মথৌ-মঙম্ ঐগী মরূপ প্রোমকুমার, ইচলশিং পুন্না চত্তুনা গঙ্গাদা, হরিদ্বারদা রাধা কুন্দা, শ্যামকুন্দনচিংবা মফম্ কয়াদা ইমাগী সংসকারগী উৎ পুদুনা ইমাগী তর্পননচিংবা কৎখরে। ঐঙোন্দা ইচাদি ইমানা চানিংবা য়েনছাং খংবনি, ইমাগী পামজবা থি-থিদুনা পীজবনি হায়দুনা তত্তনা শোল্লম্বদো অমুক্ লাক্লরোই, মচা ঐবু থৌদাররব্রোই। অহীং নোংয়াইদা অসামদগী কারদা থেংনা য়ৌরক্লবসু "ইমা চাক চাদ্রি চাক লামলে" হায়না লাউ-লাউদুনা চংলকপদা ইচাশিং ঐ অমদি মমৌ লোইনমক চেঙ্গোক্তুনা ইমাবু খুরুম্জবা মদুদা ইমানা হারাউজবা মানা পোকচবা মচা-মমৌসু নত্তবা অপোকপদগী হেন্না লুনা খন্দুনা মশাগী য়ুমগুম, থৌদাদুনা ঐবু পাংদে হায়দুনা কয়ারক চৈবীদুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা কন্না হোৎনবিরম্বা

ইমাগী লমনসি করিনা শিংগনি খনবদা মমই। অমুক্‌সু খল্লকই, নহানমুক্কী মপোক্তা ইমানা ঐবু পোকখিবা জাৎলা? ইমাগী ইবুঙোদগী হেন্দবা ইমাগী নুংশিবা মীকৌদো ঐবু পাঙ্গল হেন্না-হেন্না কনখৎহনখি।

ইমানা গুৱাহাটিদা লাকপা তারবদি হোটেল এম্বসেদরদা নত্রগা রাজকমলদা শোয়দনা লৈগনি। ইমানা লাকপা খুদিংগী ঐগী হোস্টেলদা লাক্তুনা ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি। ঐ লৈরমদবা থোক্লবদি ইমান্নবশিংদা ইমা লাকই হোটেল এম্বসেদর নত্রগা হোটেল রাজকমলদা সোয়দনা লাকউ হায়গনি। ঐগী হোস্টেলগী ইমান্নবা পুন্নমক্লা ঐসি ইমাগী মচানি হায়না খল্লি। ঐনসু অশেংবদু তাকথোক্তে। মসিনা মীনা খরা উশিৎপা হেল্লি। মতমদুদা কার তোংবা লোন অয়াম্বা খংবা মমা অমগী মচা ওইবা ফংবশি য়াম্না অঙনবা মতমগীনি হায়বা য়ারবনি। নোংমা ঐনা মণিপুরদগী শোইবুম্ খরগা ঙারি খরগা পুরকপদু করিগুম্বা ইমা লাক্লবদি হায়দুনা খক্লগা থম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা ইমান্নবা অমনা ঐগী ইমা লাকপনি, হোটেল এম্বেসেদরগী রুম নম্বর ৩ দা লৈবনি হায়না তম্মী। ঐনা নুমিত্তু থেংখিবনা চৎত্রে। মথংগী নুমিত্তুসু অয়ুক্কী চাক চারগা কলেজ চৎপা ওইনা ইমাগী মনাক্তা চৎলে। শোইবুম্ খরা, অলু খরগা ফুৎলগা ঙারি খরসু লৌরগা চে অমদা য়োল্লগা পুবনি। ইমাদি থবক অমা চৎখিদুনা লৈরমদ্রে। প্রোপাইটরদা হংলে, রুমসু চুম্নরে। ভেনটিলেসন অদুদি হাংদোক্তুনা লৈ। ঐনা পুরক্লিবা ময়োম্ অদু লংনা চেৎনা পুন্সিল্লগা ফামুং মথক্কী কাংখল মথক্তা ভেনটিলেসন অদুদগী লংলগা তাহল্লে। তুংদা কলেজ কাবা চৎলে। নুমিদাংৱাইদা চৎলুবা মতমদদি ইচানা থল্লম্বা ওইরমগনি খন্দুনা পোৎকী মচলদো-ইরোন্দুনা চাবদা কয়াদি হাউরে হায়না তম্মী। ঐনা নীংবগা ইমানা নীংবগা মপা হেক্তা চানবা। ইমাগীনি তমখিবা পোৎ অমত্তা ইমানা হ্বাউনা ঐঙোন্দগী লৌখিদবা লৈত্রি হায়বা য়ায়। মতমদু অসামগী গোলপারা দিস্ট্রিক্টতগী কারক্‌পা হান্না এম-পি ওইরম্বা ফা-খ্রুউদিন আলি অহমদনা ভারত্‌কী প্রসিদেন্ট ওইবা মতমনি। মহাক্ অসামগী খোংচৎতা লাক্‌পনি। ইমাদি নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী হোটেল রাজকমলদা লৈদুনা প্রসিদেন্ট ওক্‌পা লাকপনি। ঐবু ঙস্তানা লাকউ হায়দুনা কৌই। কার অঙৌবা নম্বর প্লেট অঙৌবদা অমুবনা নম্বর থাবা অমা ৱাযরকউ তাকপীরম্মী। ঐনা থিরুদুনা ফংলে, পুংদা হায়নরগা পুং ৫ গুম্বা ৱায়রে। কাবদুদা তোংলগা গুৱাহাটিগী ইয়ারপোর্ট্টা ভারতকী প্রসিদেন্ট ওকপা চৎখি। নুমিদাংৱাইদা হল্লক্রম্মী। মণিপুরদগী ডাক্তর লোইদুনা এম এস তমদুনা লৈবা ডাক্তর অমসু কাদুদা লৈ ইমানা মথং-মথং পাউ তম্লকই, প্রসিদেন্টনা এরোপ্লেন্দগী হেক কুমথবকপগা ঐনা (ইমানা) প্রসিদেন্টকী ফুরিৎ খাউদা গুলাপ অঙাংবা অমা ইহান হান্না থেৎলগা রিসিপ্ত তৌই হাযরকই। ঐনা ফরক তানা খুম্নুরে, "নিপা অমনা অয়ুক ঙস্তাদগী নম্বর প্লেট অঙৌবদা অমুবা ময়েক্লা

নম্বর থাবা গাড়ী অমা থিদুনা পুরকপদু মদু ঙমদ্রবদি করি কান্নগনি" হায়রম্বনি। ইমাগী খুৎচাওদুনা লাম্মগা ঐগী মায়দা অমুক্তং খুবাক্কা থারকপবু মিথসি তন্দন পাইবনি। কোন্নদি অমুক ইংথরক্লগা ঐগী খজাইদা চুপ্পীরম্মী। ঐসু অঙাংগুম্ পি তারক্লম্মী। অদুগা মখা তানা অসুপ্পা তাকপীরম্মী। ইমানা তৌরিবসে নখোয়গীনি, মণিপুরীশিংগীনি। ঐখোয় মশীং য়ামজদবা জাতিনি। মৈতে নুপীমচা অমনা মপানগী মীওই লিশিং অমদি পান্নবা ঙমগদবনি, নংগুম্বা নীপা মৈতে অমনা মপানগী নমান্নবা লিশিং খরদি পানগে, মদুসু নংনা-মকোক-ওইদবা য়াদে, উশিংহন্দবা য়াদে খনগদবনি। নত্রগদি ঐখোয় হৌগৎপা ঙমলোই হায়দুনা থৌনা লৈনা হিংনবা ৱারী কয়া তাকপীরম্মী। নোংমতসু ইমানা অতোপ্পা মপানগী ফিজোল অৱায়বা শেৎখিদে। ফনেক মপাল নাইবা অমনে, ইন্নফি অমনে, ইন্নফি অদুনা-ইমাগীকোক খুন্নগা এরোপ্লেন্দগী নোক্-নোকতুনা কুমথরকপগী লেপ্পা ফজবদুদি অমুক উবা ফংলরোই। ইমাগী তোপ-তোপ্পা গুণ্ অমদি মীয়াম্ তিল্লগা হেনগৎলকপা গুণ্ অদুনি। মণিপুরগী ওইসনু, অসামগী ওইসনু বঙ্গালগীসু ওইসনু নত্রগা ভাবতকী খ্বাইদগী চাউরবা প্রাইম মিনিস্টর, প্রসিদেন্ট ইমাগী মফমদা চপ মান্নে। মখোয়গা মফম্ অমদা থেংনবা উনবা থোকপা কয়াদা পুক্লিংদা ঐনা ৱারী শাগদৌরিবা উনগদৌরিবা মীশকসি অচম্বা নত্তে হায়বগী-লুনা খল্লুবা নত্রগা লায়না খল্লুবা লৈরোই। মী চাম্মা উনগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্লবসু পুন্নমক শুমদুনা থনম্লগা মানা হান্না চংদুনা উনবা হায়বসিনা মহাক্কী হৈনবীনি। ঐগী শোয়বা য়াদে হায়বা মীদানি। অতোপ্পশিংনদি তৌঙম্বীনি হায়নরবসু ঐখোয় মৈতে মীশিং য়ামজদবা কাংবুগীদি মসিনা চপচারবনি। মীনুংশি চাউবী ইমানি। লায়রবা লৈজদবা কয়াগী মতেং তঙনা পাংই অদুগা অৱৈবা কাংবুদগীদি নমদুনা তঙনা পৈশা খরদি লৌথোক্কনি, মদু শিংদবসু য়ান্না য়াওরিবনি। মী খরনা লান্না লৌরবসু ঐনদি ইমাগী থৌদৌসি অচুম্বনি হায়না খঞ্জে। "অতোংবদগী লৈপাক লৌরগা অকুৎপদা হাপ্তনা অকুৎপদগী লৈপাক লৌরগা অতোংবদা হঞ্জিন-হঞ্জিন থোনবা হৌনদে"

খ্বাইদগী পেন্দবা নুঙাইতবা অমদি ইমানা লাইরিক ফজনা তমহৌদবা অসিনি। সোই তৌবা নত্তনা লাইরিক ইবা পাবা কয়া খুৎলোইখিদ্রে। পাইরাক্কী লৌশিং য়ান্না লৈ, অহি কিউ য়ান্না ৱাংই। মী উবগা মীদুগী মগুণগী মরমদা হায়গনি। ইমাগী মফমদা কনাগুম্বা অমনা হায়জরম্বা থবক অমত্তা ঙমলোই হায়রক্লোই। লোইনমক হোৎনশি হায়রক্কনি। মণিপুরি মচা গুসিগী ডাক্তর, ইঞ্জিনীয়ার ওইরিবা কয়া ইমাগী মতেং লৌদুনা মিংচনবা ফংখিবা থবক তৌবা ফংখিবা য়াওদবা নত্তে। লোনসু হিন্দি, ইংলিস, অসামিজ, বংগালি অমসুং নেপলি লোন য়ান্না ফজনা ঙাংবা ঙম্মী। অসামগী মতমদুগী চিফ-মিনিস্টর কাংগ্রেসকী শরতচন্দ্রা সিনহানা ওই। মহাক্কী কেবিনেট মিনিস্টরদগীনা স্টেট

মিনিস্টর লোইনমক্না ইমাবু ব্যাবহার তৌই, খঙই। পুলিসকী মকোক থোঙ্‌বা ওফিসার খুদিংমক্‌সু ইমাবু খঙই। নোংমা ঐনা ছুটিগী য়ুমদা থোক্লক্তুনা লৈবা কান্নি গুবাহাটি চৎননবা বসকী টিকেৎসু দিমাপুর ফাওবগী কক্লুরবনি। মণিপুরদা ইমা থোক্লকই। অসামগী স্টেট মিনিস্টর 'শুর্নলাতা মহন্তা' কৌবী অমগা লোয়ননা থোক্লককপনি। ঐঙোন্দা গেস্ট-হাউসতা কৌরগা হয়েং গুবাহাটি চৎলসি অয়ুক ঙন্তনা গেস্ট হাউসতা লাকউ হায়দুনা চত্তুনা ইমাগী মনাক্তা থুংলম্মী। গভর্নরগী ফ্লেক থেৎপা কারদা ইস্কোর্ট গাড়ী অনীগা লোয়ননা কোহিমা ফাওবা থিল্লম্মী কোহিমাদগী গেস্ট হাউস য়ৌবগা মণিপুরগী ইস্কোর্ট অমদি গবর্নরগী গাড়ী হনখ্রে। নগালেন্দগী গাড়ীনা অমুক থিনবা তারম্মী। মতমদুদা ইমানা ঐঙোন্দা দিমাপুরগী গেস্টহাউসকী কেয়ারটেকরদা অসামদগী মিনিস্টর শুর্নলাতা মহন্তা অমদি শ্রীমতি শোরোজিনি দেবীগা লোয়ননা মণিপুরদগী লাকই দিমাপুর গেস্ট হাউসতা পুং ৩ গী মনুংদা থুংলগনি, মদুগী এরেঞ্জ তৌরম্মু হাযয়ু হায়রম্মী। ঐনা মদু তাবদা ইশাসি ফুম্বংনরম্মী, মরমদি ইপুন্সিদা টেলিফোন্দা মী অমত্তগা ৱারী শান্দ্রিবনা। ৱারী অদুসু মৈতৈলোন্দা নত্তবা ইংগ্রেজিদা। ইমা। ঐ ঙমলোই হায়রম্মী। করি নুংগী নংগা লাকউবনো? বি এ তম্লবা নংনা টেলিফোন্দা মীগা ৱারী শাবা হৈত্রবদি করি তৌগনি? মন্ত্রি অদুনা করি তৌরে হংলম্মী। ইমানা অশেংবদু হায়রম্মী। ঐখোয়গীসু অদুম্ মতৌই হায়। ঐনা ইকায়রিবদি ইমাবু নত্তে, মন্ত্রি অদুবুনি। অস। ঐসি অসুক পাঙদবনিকো। ঙসিখক্ত দা ইমাবু লাম্বা ফংদ্রবা মতমসিদদি ইমা নচা ইমাগীদমক্তা টেলিফোন্দা কনাগা ৱারী শাজৌগে থম্মোইসিনা তত্তনা খৌরাংনা ঙাইজরি। পাউখুমদি পীররোই। চহী ৩০ গী মমাংদা লৈগদবা লৌশিং ঙসিখক্তদা লাক্রি। কয়াদা পাংদবা মৈতৈ মচানো ঐশে? ইমাগী লমনদি করিনা শিংগনি? ইমাগী ৱারী মচা অমা ইজরগা লাইরিকমচা অমা ফোংবা ঙমজরবদি খল্লদুনা ইজবনি অপাবনা ৱারৌবীরোই।

নোংমসু পুন্না ইমাগী কারদা তোংদুনা গুবাহাটিগী মফম অমদা চৎপনি। থাউ হাপ্নবা লুপা কুন চৎপী অমা ঐঙোন্দা পী, ড্রাইভরদা পীদে।

ইমাদি ঐগী মরমদা খঙনীংদুনা চাংয়েং তৌবা জাথনি। ঐনা পেট্রোলগী কাউন্টরদা থাউ লিটর মঙাদা পীবীয়ু হায়রম্মী। কাউন্টরগী নিপাদুনা পেট্রোল্লা দিজল্লা হংলক্রম্মী। ঐনা অমুক থোরক্লগা ইমা পেট্রোল্লা দিজল্লা হংলকই হায়রম্মী। ইমানা হে। নপাদা কারদা দিজল্ হাপ্রা হায়না ঐবু চৈরম্মী। "চৈবসিসু তাবা খাংবা হৈরবদি মহাও লৈকো পুন্সিগী কাউদে"। ইমানা চৈরম্বা মফম্ মতম্ চানা-চানা ঐঙোন্দা চৈবিখিবা ৱাহৈ, থাবীখিবা খোন্ অদুনা-ঙসিতদা কান্নবা লাক্তুনা ইচাশিংগী পাউতাক ওইনরি। ইমানা চৈরমদ্রবদি ওজানা চৈনা কপ্লাক্তা কল্লমদ্রবদি পুন্নমক লোইনা নীংশিংনবগী শক্তিগী ৱাংমদা চৎখিরমগনি।

"চৈবা, ঙাংবা, ফুবা কয়ানা পুক্নিংবু নীংথিবা শম্বল অমগীমনুংদা হৌইজিন্দুনা থম্লগা অমাং-অতা থোক্লক্কদবা কয়াদগী মীওইবনা কঞ্জনবা পাঙ্গল ফংই"। মসিমদি লাইবানি খন্না পীক্লিবা স্কুল তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রি খুদিংমক্না চেকশিন্না পুক্নিং চংনা খন্থক্লিংই। ওঝানা স্কুলদা ফনবা খরা চৈ-থাংবা, ঙাংবা য়ুমদা ইমা-ইপাদা ওঝাদু ফত্তে থক তম্বা হৌনদে। মসি হৌজিক কানগী অঙাংশিংদদি য়ারক্তবগুম্ তৌরক্রে।

নোংমা মৈতৈ নুপী লৈশাবী অসামগী থবক থিবনি, পুলিস দিপাটমেন্টতা থবক্ ফংনবা। আই জি পি গী য়ুমদা চৎলি। ইমানে, ইমাগী ড্রাইভর খাবনে, লৈশাবী অদুনে ঐগা। ড্রাইভর দি গাড়ীদা লৈহৌই। ইমাগা ঐগা লৈশাবীদুগা আইঃ জিঃ পিঃ গী য়ুমদা চংলম্মী। ইমানা য়ুমদা চংদ্রিঙৈদা লৈশাবীদুদা হায়বনি ইবেম্মা। হোরেন ওফিসারদুদা নমস্টে তৌকো? লৈশাবী অদুনা হোয়। ইমা ইবেম্মা। হায। য়ুমদুদা কোল্লিং বেল খিংদুনা মী কৌথোক্লগা থোং হাংদোবক্তুনা চংবা মতমদদি ইমাদি গুদমোর্নিং হায়না আই জি পিদা হান্না হায়খ্রে। ঐসু গুদমোর্নিং সার হাযদুনা খুৎ লোম্নরম্মী। লৈশাবী অদুদি (সাব-ধান) তৌরগা নিপাদুদা সলাম্ কৎপগী বানি। ইমাসু ঐসু নোকপদা শিরে। ওফিসাব অদুসু করিনো অমদি খনবা জাথনি, মাদি থোইনবু নোক্লুদে। কোম্নদি বাবী শানবগা হল্লকম্মী। মদুগী থৌদোক্তু তম্নবগা ঙসি ফাওবা নোকপা লোইদ্রি। তৌবগীদি মাদি এন সি সি য়াওরকপা জাথনি। পুলিসকী মকোক্নি হাযবদুদা মাগী সলাম্ খুৎতৌদুদা থবক থুনা ফংগদ্রা খঞ্জদুনা তৌবা ওইরম্বসু য়ায়। হয়েং পুলিস ওইরগবুদি শোয়দনা তৌগদৌরিবনি। মাগী মাগী বাখলগী মওং হাযবদুনি, লাল্লি হায়কবদি হেক য়াবা নত্তে।

নোংমসু ক্রোমটোন গ্রিফস কমপানিগী নিপা অমা হংউ হায়দুনা ঐবু লম্বীদা বেগ পুবা নিপা অমদা হংহল্লি। ঐনা নিপাদুদা অসামিজ লোন্দা হংঙুবনি। হংলিবা মীদু মানা খঙদে হায়রকই হায়না ঐনা ইমাদা তম্নুবনি। কবি লোন্দা হংই হায়রে। ঐনা অসামিজদা হংই খুল্লম্মী। নং অসামিজ কয়াম্ খঙলে? ইংগ্রেজিদা হংবা য়াদ্রা? অমুক্ হায়রে। মতমদুদদি ইমাগী বাশিংসিদি মীনা পুং-থাংবা ঙম্বজাৎ নত্তে খনখি। অদুবু ঙসিতদা মহাউ লাকপা হৌরি। কাউররোইদবা ইমাগী পাউতাক কয়ানা ইনাক্তো তত্তনা ঙংদুনা হন্না-হন্না ইমাবু নীংশিংহল্লি। হে ঈশ্বর। ইমাগী অতমানা শান্তি ওইনা লৈবদুনি ঐনা পামজবা স্বর্গগী দোলাই নুঙাইনা তোংদুনা নচাগী অশেংবা বারী অঙৌবা চেবাংদা ইরিবসে পাবীয়ুবা ইমানা।

•

নোংমা নুমিদাংবাই অমা ইমানা লৈবা হোটেল এম্বেসেদরদা ইমাগী মনাক্তা ঐ ফমদুনা লৈ। মতমদুদা ইমাগী মনাক্তা শগেগী ইমাগী মচাশিং থোকপা গুবাহাটি

য়ুনিভর্সিটিদা লেকচরর ওইবা ইউকেগী ইবর্দিন য়ুনিভর্সিটিদগী দোক্তরেত ফংলকপদা ঙাইহিরিবা ইম্ফালদগী শগোলবন্দ তেরা য়েংখোম্ লৈরক্তগী হিজম্ তোম্বী লাক্লম্মী। ইমানা ঐবু ওঝা অসিগী মফমদা নম্বস্টে তৌ তামো কৌ হায়না তাকপীরম্মী। ঐসু ইমানা হায় হায়বদু তৌরম্মী। কোন্থংদা মিং লৈফন্নচিংবা হংবীদুনা শক খংনরে। নোংমা মণিপুর থোক্লুবদগী গুবাহাটিদা লাকপদা ফরক তাদুনা ঐগী হোস্টেলগী কাদা ওজাশি লাক্তুনা ঐগা ফমুং অমদা তুম্মিন্নখি। ঐনা কিজবনা ওজাশিদা খোংনকা শোকৃউগদ্রা খনবদগী অহিংদো নীংথিনা তুম্বা ফংখিদে। অদুবু পুক্লিংদদি কয়াদা হরাউজখি লাইরিক্তা মকোক্তা তারকপা ইউ কেদা পি অইচদি তৌরব্বা ওজা অমগা তুম্মীন্নবা ফংবদুদা। মতমদুদা ওজাসিনা ঐঙোন্দা অসুন্না তাকপীরম্মী, ঐগী (ওজাগী) ক্বাটর পীরবদি ঝালুকবাড়ীদা য়ুনিভর্সিটিদা পুন্না লৈমিন্নশি।

মতমদো ঐনা পি উ সি তম্লিঙে মতমনি। নোংমা কোচিং ক্লাস তৌবগী ক্লাস তৌবা হৌরমদাইদা জুলোজিগী ওজা অমনা ঐখোয় ছাত্রা ময়ামদা খংহনখি, মদুদি মণিপুর মচা অমা মমিংনা হিজম তোম্বী কৌবা শগোলবন্দ তেরাদগী গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী ওজা অমা ইউ কেদা পি অইচ দি তৌনবা ফেলোশিপ্ ফংদুনা ঙসি চংখ্রে হায়খিবদো ঙসি ঐগা পি অইচ দি ফংলবা তুংদা থেংনররিবা ওজা অসিনিকো।

ঐনা নোংমা গারো মচা ক্লাস মেট অমগা ওজাশিগী মনাক্তা চংলুই মতমদো মাগী ক্বার্টর ফংদ্রি, ছাত্রশিংগী হোস্টেলগী রুম্ অমদা লৈরম্মী। উনদুনা খর খর নকশিন্নরক্রে। খর লৈরগদি ওজাসি মণিপুরদা লুহোংলে। লুহোংলবা তুংদা নৌনা শাবা ক্বার্টর অমদা মাগী ওইনবা পীরে। ঐসু হোস্টেলদগী হোংদুনা ওজাশিগা পুন্না লৈমিন্নরে। ঐনা ওজাশিগী মফমদা নোংমতসু ওজা হায়না কৌদ্রি, তামোদগী হেন্না ইমানা তাকপিরম্বনা। থংনবা ক্বাটরদা সংসকৃট দিপার্টমেন্ট কী ওজা অমা লৈ। মমিংনা অশোক গোশ্বামি কৌই। মচা নুপী পিশক অনিখক লৈরে। অমনা মিমু (দর্সনা) কৌই। অতোম্বীদুদি য়াম্না পিক্লি ফম্বতমক হৈরি, মমিংনা বুনি কৌই। অহন্দুদি চহী ৪-৫ গুম্বা শুদুনা স্কুল কাবা হৌরে। নুমিদাংবাইদা ঐনা অকোয়বদা লৈবা ক্বার্টরশিংগী অঙাংশিং কৌশিল্লগা অঙাংশিংনা পামজবা ঈশৈ (ফিলমগী) শকই। মখোয় অয়াম্বনা নুপী মচাঙাক্তা ওইনা তৌই। পাপা বোলো বোলো, মামি বোলো বোলো, পাপা চোর মামিসে, মামিচোর পাপাশে হায়না অঙাং অমুক শা মমা অমুকশা, মপা অমুক শা শকপদুদা মখোয় লোয়নমক ঐঙোন্দা ঙরাংগী ঈশৈদো শকউ মাম্মা হায়না নুংতিগী হৌনরগা লাকই। মখোয় লোইনমক্না ঐবু মাম্মা কৌই। য়ুমদা ছুটি থোক্লুবদা ঐনা মণিপুরদগী হাওফি মচা অনিখক লৈরগা পিবদা কয়াদা হরাউজখি। মমাশিংসু হরাউখি। হন্দক মুক্তি ঐগী

পরিক্ষ্যাসু য়ৌরে। তামোগী (ওজা তোম্বীগী) ইতেমসু অঙাং মচা থা ৬ কী অমগা গৌহাটিদা লাক্নুনা ঐগী পরিক্ষা মনুংদা চাক থোংবীরে। অঙাং মচা অমগা লৈরবনা অঙাং ময়ামগী শান্নফমসু ঐখোয়গী কাটরদা ওইরে। মতমশিদা লংকাগী ইমাসু তম্ভনা লাক্নুনা লৈরবা য়াওখি। খর লৈরগদি ঐসু পরিক্ষ্যা লোইদুনা য়ুমদা থোক্লক্লে, তামোসু জে এন ইউ, ইম্ফাল সেন্টরদা এসোসিএট প্রোফেসার ওইনা খন্দুনা জোইন তৌরে। অসুম্না ঐসু ইম্ফালদা থোক্লগা ইংখোল অমা লৈরুবা হাক্তক্তগী কেশ থোক্লন্দুনা চহী কয়া চংনা কেশ থেংনখি। খর লৈরগদি চীংদা স্কুলগী ওজা ওইবা ফংজদুনা থবক চংলে। চহি ১৫ রোম্‌গী তুংদা নোংমা গুবাহাটি চংপদা ঐখোয়না লৈরম্বা কার্টরদুবু কনা লৈরিবনো, ওজা অশোক গোশ্বামিনা কমদৌরি হংনীংদুনা য়ুনিভর্সিটিদা চংলুবনি। ঐখোয়না লৈরম্বা কার্টরদু গেট শো লোন্দুনা লৈরমদুনা কনা লৈরিবগে হায়বা খংলকতরে। হৌরিবা অব্রাথবী পাম্বী, লফু-পাম্বীশিংদু ঐনা থারম্বদুবু ওইহ্রমগদ্রা পুক্নিংদা হংজখি। ঐনা লৈরম্বা কাগী থোংনাউ অদুনদি ঐবু চেপথদুনা য়েংহৌবগুম্ পুক্নিংসিদা ফাওরক্লি। পুন্নমক মতম্ মানা হুমদুনা পুখিবনা মতম অমদা ঐনা নুংতিগী পায়দুনা নোঙ ঙানবগা হাংদোকপা নুমিৎ তাবগা লোনশিনবা ঙসিদি মতম্না পুখিদুনা মীগী অমুক ওইহৌরে। পুক্নিংদা খল্লি ফরে থোংনাও নংশু লৈহৌরো নংগা ঐগা পুল্লিচুপ্পা নুংতিগী লোইনদুনা লৈমিন্নৌ তম্নমদবনা কায়নবা তাবনি। নংশু ঐবু য়েংলক্নু ঐশু নংবু কাওনবা হোৎনরগে। থংনবা ক্যাটরদুশু ওজা অশোক গোশ্বামি লৈরমদ্রে,পুন্নমক্ মতম মানা পুখিদুনা অওনবা ঙাক্তা ঙাইরম্লে। তুং হন্না অমুক য়েং, মাংদা খোংকাপ খর অমুক থাং থেক্লিবা কোনা অদুগী অরোইবা শরুক্তা অমুক্তং লেপ্লগা ঐখোয়না লৈরম্বা কার্টরদুবু অরোইবা বিদাই পীরম্লগা নীংবা কায়রবা পুক্নিংবু তপ্না থেমজিনজরগা খোংকাপ থুনা থাংবা হৌরকখি। খর চংলগা নিপা অমা থেংনরে। য়ুনিভর্সিটিদা থবক তৌবা মীরা হংজে। মানি খুমই। শংসকুটকি ওজা অশোক গোশ্বামিগী কার্টর খংবীব্রা হংই। মানা অসিদা ইনক নক্না লৈরে হায়দুনা তাকপীরম্মী। ঐসু মাগী কার্টর তাম্না চংলম্মী। মশাদি লৈরমদ্রে। লৈশাবী অমা ফিশুবগী ফি ফৌদুনা লৈরম্মী, ঐনা মাবু মুন্না য়েংই, মাশু ঐবু মুন্না য়েংই। ঐনা হংই "ভুনতি তুমি স্যার অশোক গোশ্বামির শ্বালি নকি"? হায়বদি ইবেম্মা নুং ওজা অশোক গোশ্বামিগী মচানুপীরা? মানা খুমই "হোয়" হায়বদি মানি। ঐনা অমুক্তা হংই "তুমি মিমু নকি"? হোয়, মানি। ঐনা হায় "ইমান ডাঙর"। হায়বদি অশুকচাওরবা। চহি ১৫ গী মতুংদা উনবনি। মাদি চহি ১৯ মপুং ফারবীনি। মশক্না মরোল অমা কয়াদি ঈং তপ্না ফজরে। ঐনা অমুক হংই নংবু মাম্মা কান্দেশ খংলিব্রা? মাশু নীংশিংলরুমাগ্লে খংই হায়না খুমই। মনাও নুপীসু ইমুংদগী থোরক্লে। মকোক্তা রিবোন অমা ফারদুনা ঐবু তিঙক তিঙক য়েংলি। ঐনা হংই নংবু বুনিরা?

মানা খুমই মানি। নংদি য়াম্না পিক্‌হৌবনি ঐবু খংলম্লরোই। মাসু খংদে খুমই। ঐনা হায়, ঐ কনানো হায়বদো নচেদা হংউকো। মচানুপী অনিদু মশক চপ্ মান্নবা কুচুসু করিমত্তা খেন্নদনা চুং-ফিরাল চানা ফজে। কনাগুম্বা অহেবা কবি অমনা ফজবগী মরমদা থাদুনা ইনিংলম্লবদি ওজা অশোক গোশ্বামিগী মচা অনিশিগী মরমদা থাদুনা ইবা য়ানা ফজরবিনি। মরাইবক ফৈ মমা-মপা। অদুবু ওজা অশোক গোশ্বামী অমদি মাগী নুপী ভাবী অনিদো মচা নুপাদি য়াওদ্রে। ঙাইহাক ভাবীগা ফস্মিন্নদুনা চা-নুং থক্লগা অমুক বিদাই তৌনরম্লে। হন্দক মুক্তি হান্নগী কার্টরগী ৱারী অমুক খংলাপ্ লাপথোকখ্রে। মীওইবা মসেলগী ওজা অশোক গোশ্বামিগী মচা মিমু অমদি বুনিগী ওইনা খনবা হৌরক্লে। ফজখ্রেদা মাগী মচা অনিদো মখোয়শিং সিনিকো মতম অমদা ঐনা মখুৎ শমদুনা গমশাগী (গুবাহাটি মণিপুরি স্টুডেন্টস এসোসিএসন) ফংসন্দা পুদুনা জগোই-ঈশৈ য়েংহনখিবা, গ্রুপ ফোটো কাপ্পা য়াওহনখিবা। মতমদুদা মানা স্কৎ মচা অমগা স্কুল য়ুনিফোর্ম শেৎলুখিগে চেনশিনখিবা। পুন্নমক্তো ঙসিদা মিৎশিদা শং শং উরক্লি। য়ুনিভর্সিটিগী বসতা কাখৎতুনা ফমলে গুৱাহাটিদা চৎনবা ঝাল্লুকবারিদগী। বসতা ফন্নবসু ফন্নি হায়বা কাওরকই অঙাংশিংদুগী ৱাখলদা উংলি। সিবু কান্নদে হায়বা য়ারিব্রা অরেস্বনি খল্লুবা চুন্নিব্রা? খল্লোই হায়বশু পুক্লিংনদি য়াদ্রি। খেন্নবা অনিদুদা কন্না চাংদম্নরক্লি, চহি ১৫ গী মমাংগী শকফম মাগী পিক্‌তক্লা মশম্ জ্বাই জ্বাই 'মাম্মা স্কুল জবোদে' স্কৎ ব্লুমচুগী ফুরিৎ অঙৌবা রিবোন অঙৌবদুনা মশমদা ফারি। লাইরিক্কী খাউশু মতুংদা য়াল্লি। খোঙুপ্ মোজা অঙৌবা, শাউনগী পমশু অমুবা ইমিৎশিদা চোংথোরক্লি মাম্মা হায়না কৌরিবোই নীংই। ঙসিনা ইনখৎলকপগী ইকাই থিবা চহি মতাংনা ৱা য়াম্না ঙাংদনা হংলুবা খুদিং অমমমত ওইনা খুন্নকই। পুক্লিংদা অমুক খল্লি, মদুগী অঙাংদুবু মাবু ঐনা হংবদুদা খর য়াম্না খুম্বা য়াদবজাৎলা? মোমোনতমক নোক্লগা খুমদি ইখুম খুমখিদবা মাগী মাইথোংদুবু হন্না-হন্না য়েংনীংবা পোকহল্লি। পুক্লিংশিনা মাবু লাপ্পা অমুকশু বর পীরুরি - ইবেম্মা নং হয়েং নয়ুম্-নকৈ পাল্লগা নরাইবক ফবী অমদি ওইয়ুকো। খনখিবনি মতমদুদা অসুম্না ঐসু ইবা ঙমগদ্রা হায়না ৱারী অমা মাগী মরমদা "এক ঔর কাবুলিৱালা" হায়না। মহা কবি রাবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা ইরম্বা "কবুলিৱালা" গী মিনিগী ৱারীগা ঐগী মিমুগী ৱারীগা থোইনা খেন্নবদি লৈতেকো। অদুবু ঐদি পাংদবা অমা ওইবনা ৱারীশিবু করম্না ওইহনগদগে খনবদা চম্মম্লে। কবিনা পায়রম্বা কলম্ থিরগা, ফন্নম্বা জাগাদা ফন্নগা মান্নবা ৱাখল থাদরগা করম্বা চেবাংদা করি মচুনা ইরগা ৱারীদুবু মীয়াম্না পাবীনীংদগে? ওহোক্লদি মান্নহঞ্জনিংখ্রেদা। ঙম্লরোইদকো হন্দক মপোক্কি। ইরুরগা অঙাওবা অসিনা কবি শারিসি য়েংউ হায়দুনা নোক্লবীগাদবনসু কোঙ্গাইনি তৌরিবা! ঐসু য়ুমদা থোরক্লে। মখোয়গী ৱারীসু মতম্না অমুক পুথিদুনা তপ্পা তপ্পা কাওরক্লে।

মতমদু ইংশোক ১৯৮০ গী অদুবাইদনি। ওজা তোম্বী ঐগীনা ইমানা তাকপীরম্বা তামো তোম্বি জপানগী ওসাকা হায়বা সহর অদুগী হোকাইদো য়ুনিভর্সিটিদা পোস্ট ডোক্তরেট তৌনবা চহি অনিগী ফোল্লোশিফ অমুক ফংদুনা জপান্দা লৈখি। মতমশিদা ইমা সোরোজিনি ইন্দিয়াগী নুপী কাংবু খরগা মণিপুরদগীসু অমা অনী য়াওনা জপান্দা চৎখি। ওসাকাদা থুংবা জাৎখনি। ইমাখোয় ময়াম থুংলুবা মতমদুদা তামোসু পাউ তাদুনা ইয়ারপোর্টা ইমাবু উনবা লাক্‌পা জাৎখনি। মতমদুদা ইয়ারপোর্টতগী এন এন্নাউনসমেন্ট হায়রগা প্রোফেসার আইচ তোম্বীসিং ফ্রোম্ ইন্দিয়া - মণিপুর বানটেট হিজ মাদর আইচ সোরোজিনি দেবী হ এরাইফস ফ্রোম্ ইন্দিয়া বাই ফ্লাইট নম্বর ...। 'লাউথোকপা অদু ইমাগী পার্টি অদুদগী অমনা তারুরবজাৎখনি। অসুন্না তামোগা ইমাগা জপান্দা উনবগী বারীদু তৌরগা ইমানা হরাউজবা মমান্নবী ময়ামদুগী মমাংদা মচানি হায়না চাওখৎলবা সহরগী জপানগী সিটি অমগী ইয়ারপোর্টতা তামোনা গুইরম্বদু তমজরগা মমিত্তা মপি তারকখি। অসিগুম্বা অফবা অহেনবনু মচা ওইনিংবা পুন্নমকপু হেন্না হেন্না বাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপা পামজরম্বা ইমানি'। কৈকেয়িনা রামবু নুংশিমন্দুনা রাম নংবু ইমানা পাংদবা অয়ম্বা বাখলদগী নংগী পুন্সিদা অবাবা কয়া ময়োক্লহনখ্রে মদু পুন্নমক্তু কোরুবা মথংগী মপোক্তা ইচানা তোল্লবী নমা ঐগী হন্দকমুক্কী মপোক্তা তোনশিল্লবা লম্মনশি শিংবাওন্নবা ইচা ওইনা অমুক্তদি ফংজগে হায়না থম্মোই শেংনা নিজরুবনা দ্বাপুর যুক্তা কৈকেয়িনা দৈব্যকী ওইনা পোক্লগা রাম্না কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌদুনা দেব্যকীগী গর্ভদগী পোকচখি। "অদুনদি ঐনা পোকচবা নত্রগসু অফবা মচাগী মমা ওইনিংবদি অফবী মমা কয়াগী চেনফম থোকপা গুন্নি হায়বদা লানফম লৈতে"।

ঐগী লংকাগী ইমানা মমিং লৈনা মীনা মশক খংনবা হৌরকখিবগী ফজরবা বারী অমা লৈ। নোংমা লংকা হায়বিবা লম অসিদা অচৌবা লমপাক অমদা মীয়ামগী মিটিং অমা লমদমদুগী অবাৎ-অপা অমদি চাওখৎ-থৌরাংগী মতাংদা মরুওইনা লাইরবশিংগীদমক ইমানা লমজিংদুনা শিল্লগা কৌবজাৎখনি। কেবীনেট মিনিস্টর অমনা চিফগেস্ট ওইগদবা মিটিংনি। পুং ২দা হৌননবা লেপ্লবা মিটিংদুদা মীয়ামদি চোন্না টিন্দুনা চিফগেস্ট লাক্তদুনা হৌবা য়াদদুনা লৈবা মতম্নি। গুইনা গুইনা পুং ৪ তাশিনগ্লবজাৎখনি। তিল্লম্বা মীয়াম্ শাওনরকপা য়াওনদুনা শিল্লিবা কাংবুদুবু থিনা-থিনা চৈরম্লগা হৌগত্তুনা চৎনখিবা য়াওনরক্লবা জাৎখনি। মতমদু ইমাসু মৈহৌদুনা শাওবা হৌরক্লবজাৎখনি। তাঞ্জাদুদা মন্ত্রিদু ইস্কোর্টকা লোয়ননা থুংলরবজাৎখনি। মীয়াম্না পুল্লপ হৌগৎলগা মন্ত্রি হনগ্লো মন্ত্রি হনগ্লো হায়না লাউরকপদুদা মন্ত্রিদু কিদুনা গাড়ী মমাই লৈদুনা চৎকে তৌবনি। ইমানা মমাংদা থৎলগা কুমথবীরকউ করিশু তৌরোই হায়না

কুমহল্লগা মন্ত্রিগী নখাংদুদা লৈতেংগী থল্লম্বা লৈ হাপ্পবা লিক্রি ফুল গ্লাস অদুনা থোম্বদা মন্ত্রিদু মমায় কায়দুনা হোসপিটালদা পুখ্রগা ইমা য়াওনা মিটিং শিল্লুবা মখোয় নুপী ৭৫ জেলদা লোয়না থমজিনবীখ্রে। মথংগী নোংঙাল্লবদা খবরদা, রেডিওদা মন্ত্রি ফুরুবগী ই-পাউ ঙাক্তা ঙাইরে। অসুম্না থা অহুম জেলদা লৈখি হায় মসিগী মতুং তারকপদা গভনরনা হকথেংননা কৌদুনা উনরে। ইমাগী অপাম্বা হংবদা লমদমদুগী লাইরবশিংগীদমক চেং বেক্ ২০০ দং হায়জবদা য়াবীদুনা লাইরবশিংদা চেংশিংদু এস পি অমনা শিল্লগা লোইনা য়েনথোকহনখি হায়। মসিগী থৌদোকশিদগী ইমাগী মমিং অসামগী কাচিন কোয়া শিন থুংনা খংনবা হৌরকখিবনি হায়। ইমাগী অরোইবা মতম ফাওবদা কংগ্রেশকী অকনবা বার্কর অমা ওইনা লৈখি। অসাম স্টেটকী কংগ্রেসকী নুপীগী মরুওইবা ফম কয়া পায়খি। ওল ইন্দিয়া উইমেল রুরেল অপলিফমেন্ট কী প্রসিদেন্টকী ফমশু পায়খি। কেপার্টকী মখাদা প্রোজেক্ট কয়া লৌদুনা ফিশা লোনশাগী থবক কয়াসু খুঙংশিংদা অমদি ইমাগী য়ুম লংকোদা নীংথিজনা পাংথোক্লম্মী। মতম মতমগী ইন্টরনেসনেল হেন্দলুমগী মেলা কয়াদা স্টোলশিং হাংদুনা হেন্দলুমগী পোৎথোক কয়া মপালগী মীওই কয়াদা য়োনখি। ইমানা হিংলিঙৈদা পৃথিবীগী-চাওখৎলবা মফম্ খরদি চৎখি। থাইলেন্দ, শিংগাপুরনচিংবা লমদা ঐখোয়গী চিঞ্জাক্তা মান্নবা চিঞ্জাক থোংদুনা চারকপগী বারী কয়া তশুনা শাজরম্মী। ঙসিদি ইমানা অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা কন্না হোৎনজরম্বা মচানি হায়না মপানগী অসামগী মীমাংদা তোয়না চাওথোকচরম্বা ঐগী তামোসু অৱাংবা থাক্কী মহে লোয়শং মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ভাইস চানছেল্লর ওইজরে। ইমাগী নীংবদি থুংজখ্রে।

ওজা অশোক গোশ্বামিগী বারীসু পাক-হেক থাদোক্কে য়াদ্রি। নোংমা তামোনা ঐঙোন্দা টেলিফোন্দা তাকপীরকপনি ওজা অশোক গোশ্বামি এক্সপার্ট ওইনা মণিপুরি ডিপার্টমেন্টকী ওজা খনবগীদমক কৌবনি হায়। গোশ্বামি লাকই মণিপুর য়ুনিভসিটিগী গেস্ট হাওসতা লৈ নংবু অমুক্তং উম্ননীংই হায়রি। খুদক্তা ঐ চৎলুবনি, মানা ঐবু চেজেৎ কোনশিল্লগা নংবু ঐনা ঙরাংনা লাকউ গোবিন্দা, হনুমানজিনচিংবা লাইফম খর খুরুম্নবা হায়রগা নংদি লাক্তে হায়দুনা বারৌনা তম্লকপনি। ঐনা শোরি সার। ঐ দি পাউদু হুজিক্তা ফংজবনি, পাউ ফংবগা লাকচরিবশিনি হায়। ফরে, ঐ পোৎ খরা লৈগে ইয়ারপোত্তা খর ঙন্না চৎলশি, লম্বীদা ওইনা লৈরগে হায়রে। ঐসু পুন্না মখোয়গা চৎমিন্নদুনা পোৎ-চৈ, মচা-মশু খর লৈরে অদুগা বিদাই তৌনরে। লম্বীদা ঐনা হংই মিমু অমদি বুনিদি কমদৌরি? মানা খুমই মিমুদি লুহোংলে। মহাক মপুরোইকগা ভুবনেশ্বদা লৈখ্রে। ঐনা মখা তারুই। সার নংনা ঐবু মিমুগী লুহোংবদা করিগী তাক্লক্তে? মানা

হায় মথং বুনিগীদা শোয়দনা তাক্লকনি। অসুম্না ওস্তাদু হনগ্রে। খর লৈরুগা হনক্তা এপ্রিলগী থাদা মচা বুনিগী লুহোংবগী বার্তন ফংলে। কাউরুরবা বাবী অমুক শমজিন্নবা তাবক্রে মতম্না পুবকপা অহোংবনা। খল্লি ঐবু চৎশিরা। পৈশাদি খরদি বারিবনি অদুবু চৎকেদি লেপ্রে। তামোশু বার্তনদি ফংই অদুবু মাদি দিল্লিগী মিটিংগা ফারেনা চৎলরোই হায়রে। ঐহাক মোরেগী প্লাস্টিকী থুপচিনবী উপু অলমাবি মানবা অমা পুরগা গুরাহাটিদা চৎলে। নোংঙানবগা থুংলে। ইচন নুপী প্রনামগীদা থুংলে। ইশেন নুপা রাজিভ কা ওটো বিক্সো অমদা লুহোংফমদু থিবে। কায়নথংদা ফংলে "লকসমী বিবাহ ভাবন' বুনিগী লুহোংবগী মন্দব। মফমদুদা পুম্নমক উনদুনা বাবী-বাতাই তৌনরে। মমা মপা মচিন-মনাও, মখুবা-মতোন লোইনা ইট্রদুশ তৌদুনা বংনহল্লে। ঙাইহাক ফম্নগা হোরেন নুমিদাং লুহোংবদা ওইনা লাক্লগে হায়বল্লগা ইচনগীদা অমুক হম্নক্রে। নুমিৎতো অসামিগা লুহোংবা অমুত্তংদি যেংবা ফংলগনি খন্না ঙাইরে। নুমিদাংবাইদো লুহোংবা চৎশি হায়দুনা ইশেন নুপা রাজিভকা থোক্লকপনি। হেক থোক্লকপগা অখাক অবাওগা লোয়নন চুথবকপা নোংদুনা চৎপা য়াদদুনা ডুকান অমদা চংশিল্লগা নোং থুপ্লম্মী। পুং অমশু ম্বদি নোং কন্না চুবদুনা ডুকান্দুদা লৈবে। মৈশু হাম্ননা মমখ্রবনি ঐবু তোক্লসিবা হয়েং অযুক চৎলশিবা খঞ্জানবিঙৈদা নোংদু খব নেমথবক্রে ওটো বিকসা অমা বায়বগা চৎলে, যৌবদা পুং ৭ কুম্বা তাবে। মফমদু য়ৌবগদি নোং কন্না চুখিবদুনা মীসু ইবাক লাক্লবমদ্রে। ইশেন নিপাগা ঐখোয় অনী পোৎপাংদুগা ফিজেৎ নাম্না শেৎলগা মী লাকপা বিসিপ তৌবিবা কৈন্যাদুগী মনাক তান্না মচে মিমুনা পুশিন্দুনা চংই। পোৎপাং অদু মফম চানা থম্লববা তুংদা কৈন্যাগী মখুৎনা পাযদুনা মনম নুংশিববা হোপ্পচিংবা মকুপ খব লিক্লিগী নীংথিববা প্লেট অমদা পাযগা লৌবায় হাযদুনা ইঙ্গিৎ তৌবি। ঐসু খব লৌবগা অমুক থোবক্রে। ঙসাই অযুক শকখঙনখিবা মিমুগী মখুবা অদুনা মথক্কী দলান্দা পবেং শানা শেমদুনা থম্লবা চান্নবা পবেংদুদা ঐবু যাম্না মকওইবা গেস্ট ওইনা লৌবীদুনা ইহান-হান্না বফেৎতা শেমদুনা থম্লবা মথেলদু প্লেট অমা পীবগা হৌবীবো হাযবম্মী। ইশেন নুপাগা ঐখোয অনী আইতেম খব লৌবগা চাবে। চাবা লোইবগা অমুক মখাদা কুমথবক্রে। ওজা অশোক গোশ্বামিনা মাগী মকুপ-মপাংশিংদা ঐবু ইম্ফালদগী মচা লুহোংবগীদমক স্পেসিএল গেস্ট ওইনা ঙসি লাকপনি হায়দুনা চাওথোক্‌চবদু উবগা ঐনা হাযনীঙাই লৈতনা নুঙাইবা ফাওই। নীংথিবা শাবিগী মমল যাম্লবা ফিজোলনে, মতমগী ফজনা শেম্লবা সনা লুপাগী নীংথিজববা নাগী নাইন, ঙক্কী লিক্লাং, খুৎকী খুজি, লাইবক্কী বিন্দি, পুম্নমক্কুনা ফজবদুদি সর্গগী অপসবা হায়বদু অসুম্না তৌবমগদ্রা খল্লি। হায়ফেৎ হায়ফেৎ মোমোন তৌদুনা মী রিসিপ তৌবগী মফজদুদি তমজনিঙাইনি। মনাও নুপী বুনিনা লুহোংবগী সাবি অঙাংবনি, স্টেজ মথক্তা

মমাম্নবীশিংগা পল্লেং শানা কল্লি। মিমুনা মুসাগী সারি তৌরম্নবনি মী চংলকপা ম্লিসিপ তৌবা হোৎনরি। ঐগী নাক্তা অমুক চংশিনক্লগা মাম্মা নংনা ঐনা অত্তাং ওইরিঙেদা ঐগী অমগা নিতাগী অমগা মণিপুরি শ্বাল লৈবীরকপদো। ঐনা খুমই - ঐনা নখোয় ময়াম কৌরগা মাম্নি বোলো বোলো শকপদু হায়। অমুকসু মমাগা পোকমিন্নবা মাগী অশেংবা মাম্মদুদা ঐবু শক তাকপা লাক্করি। মাগী চন্না ফজবা ঐবু কাউরমদবা থম্মোইদুদা অমদি ৱাহৈদুদা পুক্লিংশে কয়াগী মতিক নুঙাইজে। ঐনা ইশেন নুপা রাজিভতা হংই। রাজিভ য়েংঙউ। ঙসিগী স্টেজশিদা তিল্লিবা লুহোংবা য়াওবা লাক্লিবা লৈশাবীশিংশিগী মনুংদা মচিন মনাওমুক ফজবা চুং ফিরাল চাবা য়াওদেকো? রাজিভনা খুমই ভৈয়া। চুম্‌ই মচিন-মনাওনা পুমহেন হেল্লি। অসুম্না ৱারী শারিঙেদা মিমু অমুক চংলক্তুনা মাম্মা বুনিগা মামিগা গ্রুপ ফোটো অমা লৌশি হায়দুনা গ্রুপ ফোটো অমা লৌরে। ঐখোয়না লৈরিবা ইশেন নুপাগী য়ুমগা লুহোংফমগা য়াম্না থাপ্নবনা গাড়ী ফংলোইদবা মরম্না অমুক চংলশি হায়দুনা বিদাই তৌনবা তারক্লে। ঐনা মিমু কৌরগা মাম্মা চংলগে হায়কবে। বুনিগী মনাক্তা পুশিন্দুনা বুনিবু মকোক নোলহল্লে। ঐসু বুনিগী মকোক্তা "সদা - সুখি রহো" হায়দুনা বব পীরম্নগা পুন্নমক্তগী বিদাই তৌনরম্নগা হল্লক্লে। মতমদু লুহোংবগী ববদি লাকহৌদ্রি। ইচলগী য়ুম য়ৌরগদি ঙসাই চুখিবা নোংগী ঈশিংদু ইচলগী ইমুংদা খুউ য়ৌনা লৈরম্লে। মদু শিংপদা অহিংদুমা নীংথিনা তুম্বা ফংখিদে। নোঙাল্লগা ত্রেন্দা লংকোদা পাবুংগী মনাক্তা অমুক চংলে। পাবুং অমদি ঐগী মরুপ প্রেমকুমার উনরে। ঐনা ঐগী মরুপকী মফমদা ঐবু ইমাগী মরমদা ৱাবী অমত্তদি ইনিংবনি। হন্দক মণিপুরদা য়ৌবগা ইকবগে হায়রম্নগা নুমিদাংগী চাক চাবগা পুং ১১দা ত্রেন্দা ডিমাপুরগীদমক লংকা থাদোক্লম্লে। অসুম্না অমুক ইম্ফাল য়ৌবকখি।

তাং ২৮/৪/২০০৩

# চুরানথাবা

ঐনা অঙাং ওইরিঙেদা য়াম্না কিখিবা মমিংনি চুরানথাবা, লম্মৈ থানবী হায়বা মিং অনীসি। লম্বী শোরোক্কী থোঙ্ য়াদ্রে, থোঙ্ শারি হায়রবদি অঙাং মতোমত চৎথোকহনগনু থোঙ্ শাবদা অঙাং হাপ্লবদি থোঙ্ নীঙ্খায়গল্লি অদুনা চুরানথাবা হায়বদি মীনা পৈশা পীরগা অতোপ্পা মী খর নেক্লগা মী ফাবগা ফারিবা মীদু লাইদা কহনবা নত্রগা থোঙ্ মখোঙ্ হৈবদা হাপ্লবা। মসি কয়াম্ চুম্বনো থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা লৈব্রা হায়রগদি ঐদি মুন্না খংজদ্রে। শোয়দনমক্কী থাজনবী অমগী মখাদা অমা-অনীগুম্বদি য়াওরমগদ্রা চিংনদবদি ঙমদে।

অসুন্না লম্বী থোঙ্ শেম্বা, লৌবুক-লমহাংদা লৌ-লোকপা লৌইনখিদুনা পুমহাং-হাংনা লৈবা মতমদা কবিগুম্বা থোঙ্ অচৌবা অমা শাবা য়াওরবা অদু ওইরবদি হেক্তা ঙাংনরে চুরানথাবা চৎলে, অঙাং মথন্তা থাদোকনু। অসুন্না পীক্লিবা অঙাংশিংগী বাখলদা স্কুল চৎপা ফাওবদা মতমদুদা কিজবা পোকচে। মসিনা মতমদুগী বারী ওইক্লগা মতমসিগী মমাংগী মীরোল অমা-অনীগী মমাংগী বারীদা ককচিংখুনৌ হায়রিবা খুলসি চোমলপ তাবা খুঙ্গং অমনি। য়ুম ওইনা ৭০০ কুম্বা মীশিং ওইনদি অঙাং-অহল পুল্লগা লিশিং ৭০০০ কুম্বা মতমদুগী ওইগনি খল্লি। চাউনা পাবনি, য়ুমথোং কক্লা-মশিং থিরুবা-নত্তে। খুঙ্গং অসিগী নোংচুপ থংবা মাইগৈদা খুঙ্গাংসিগী ঙা-ফাবা, ইনচিংবা তৌনবা পাৎ খরা লৈরম্মী, - মোইরাংকোম্, খুল্লাকপাৎ, শোরোক নালা, লাইনুং, নোংয়াইখোং

অসিনচিংবনি। লাইনুং য়াম্না পুক্লিং নুংশিবা পাংকী জগা অমনি। অকোয়বদা চীঙনা কোয়না লৈম্রি। থম্বাল্ অঙৌবা, অঙাংবা কয়ানা মনীং-তম্না শাংতুনা পাথকি লৈতেং ওইজে। ইপাল থাদা ঈশিংনা ইমাই চোন্না নীক-নীক লাউনা লৈবা মতমদা মতম মতমগী লমঙানুনচিংবা উচেক পাইরক্লুনা চাক্তাবা, মরুম থুদুনা মচা কোকপা, উথুমশিংনা পেন্না খোংদুনা চাকতাজবা মফম্নি। পাথশিদা লোকতাক পাংকীদি মশা ওইবা 'অকাশোই' পাং 'পুমলেন পাংকসু শন্নবা অসিদগী মোন্দুম্ মহাদেব চথম্লিবা লম্বী অসিগী মরক্তা চীঙয়াগা নক্কা ইরম অমা লৈ। মসিগী মথক্তা থোঙ্ অমা শায়, মসিবু লমদমদুদা থোঙ্খোঙ্ মরিল কৌনে। লোকতাক পাথকি ঈশিংসি থোঙ্খোঙ্গী মখাদা লিংলগা ইচেল কম্না অসুম্ থা পাংনা চেম্থ্রগা মরাম্বা মরিল (তুরেল অমা) ইচেল অসিগা পুন্নগা পাং মচা-মচা মোইরাংকোম্, খুন্নাক্পাং লাইনুং, ফাওরগা নোংয়াইখোং মরিলদা চেনখ্রগা চাইরেল য়ৌথিদুনা অরোইবদা ইম্ফাল তুরেলদা তারুই।

লাইনুং পাং থম্বাল অঙাংবা, অঙৌবা মরাং কায়না হৌবদা নন্তুনা থরো থারিক থাসু হৌই। কাং মনুংদদি পাংতা থম্বাল হেক্পা চংপা মতমদা থম্বালগী লৈনমতনা পুক্লিং মকা লাম্নম্মী। পাং অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা চীঙশিংসিগী মরমদা অঙক-অঙকপা বারীগা পুনবা খুদম কয়া লৈরি। 'য়েল্লাংবা' মতিক ময়াই কনবা লাই ওইরম্মী। মতম অমগী মীগী শাইয়োন্দা পোকখিবা অকনবা নীপা অমনি। মাগী শুম্ থোকউ তমখিবনা থুংনগনু হায়বা লাইগী বায়েন অমদগী মাগা নুংশিনজবী তমফা লাইরেম্বীগা লুহোংবগী অহল-লম্মল হায়ন-শিংনদুনা বারোইপোং পুদুনা লুহোংনবা থৌরাং লোইদুনা নুপীশিংনা পরেং শানা মকোক্তা লুহোংনবগী অথেনপোং ফিঙারুক পুরগা লাকপদা লুহোংবদা চংবা হে (হৈনীংগা-হৈক্রুগা) থিবদা লাই মাগী মায়োক্তা নুপীশিবু পামজবা অতোপ্পা লাই-পাখং অমনা-হৈনীংগা, হৈক্রুগা লোইনা লোথশিনখিদুনা, ইনক্নক্কা ঙরাংদা হৌরম্বা পাম্বী ফাওবা অমত্তা ফংবা ঙমদদুনা মদু য়াওদ্রবদি লুহোংবা য়ারোই হায়রবদা য়েল্লাংবনা মদু ফংনবা থিরিঙেদা নোংঙানবনা হানখিবদগী লাইগী বায়েন্না লুহোংবগী বর অমদি নুপা ময়ুমদগী লাকপা ফিঙারুক পুবী পুন্নমকসু লোইনা নুঙ্ অমমম্ ওনখিবনি হায়না বারী লীবী। নুঙনা পরেং শানা গজ ১০০ গুম্বদি শাংনা লৈ। নুঙ্ মশীংদু ৩০ দগী ৪০ গুম্বদি ওইগনি। নুঙশিংদুগী ময়োক্নবদা চাউরবা নুঙঙাক্তগী চীঙমায় অদুনা য়েল্লাংবগী মশামক্কা ওনখিবা শকতম্নি হায়না ইপা-ইপুশিংনা তাকপী। ঐখোয়না বাঙু চংপদা য়েল্লাংবগী মপাদা ফাওরগা হেক-হেক চথলি। য়েল্লাংবগী মপা য়ৌবদা লাইনি খুরুম্মু হায়দুনা খুরুমই। অদুবু খুং অনী লোম্নবদি য়াদে, নাম্মা খক্তা খুরুম্মী, করিগীনো হংবদা থুংনখিদবা নীংবা কায়থ্রবা লাইনি হায়বদগী।

লাইনুংগী বারী অমসু লৈরি। লাইগী বারীনি ইপা-ইপুশিংদসু মুন্না হংহৌদ্রে। হৌজিক্তদা ইনীংলক্লে, বারী মপুং ফাদবগীদমক অরানবা য়াওরবসু অপাবশিংনা বারৌবীরোই।

'লোইজরেম্বী' লাইনুরা অমনি। কনাগুম্বশিংনা ফনেক মপান নাইবা, ইন্নফি, কাংজৈ কাংহু, কাংদ্রুম্ কত্তুনা খুরুম্নবা য়াওই। পুজা মফমদি নত্তে। মচা-মশু য়াওদ্রবসু নীবা চৎনৈ। বারীদি,-

পাখং অমগা লোইজরেম্বীগা নুংশি মরী লৈনদুনা নুরা-পাখং অনী নুমিৎ খুদিংগী খারি লৌবুক্তা উনদুনা লৌতাংশঙদা উচেক ঙাক্পা, লৌরাং শুবা মতেং পাংনদুনা নুংশি মবী নোংম-নোংমগী চেৎপা হেঞ্জিল্লকই। মমানা - লুখ্রাবী ওইবগা নুংথিল লৌঙাক্রুবগী বারদুনা নুমিদাং চাকঙন চাদুনা তুমখিবনা লোইজরেম্বী মমা-মচাদো খুনগী পুংজাউ থিন্দুনা হয়েং খুনগী মী অমত্তা মপাল থোক্কনু, য়ুমদগী হেন্দোক্কনু, লৌশুবা, লমহাং - তুহাংদা চৎকনু চুবানথাবনা মী ফাবগা চীঙু লাইদা কৎকনি হায়না য়ুমথোঙ্ য়ৈনা পাউথাং চেল্লম্মী। পাখঙ্ ওইবা মহাক্তি ঙসাই নুংথিলগী লৌতাংশঙ্দা লৈরিঙে, পাম্মুবীগা হযেং কৌবা কোবৌদা নুবা-পাখঙ্ পুন্সিগী-শাবি-বাশরুসি নুংশি পন্দোম লোন্নসি মফমসিমক্তা, মতমসিমক্তা হাযদুনা শাবি বাশরুথোকখ্রে। চত্তবা তারগদি নুরা হাৎপা পাপ্ পুনসি,পাখঙ্ হাৎপা পাপ পুনসি হায়নদুনা বাশক পাবৈ চেৎনখ্রে।

নুরা ওইবী মহাক্কী মঙলান্দসু পাম্মু মানা নুংশি নাক্তা লাক্তুনা পাম্মু খুজেং পায়দুনা অঙম্বা চীঙ্মাইবু কারম্মী, হরাউ-মথোই কারম্মী। পাখঙ খুৎনা শীঙেল-লৈরাং নীংথিবী নুরাগী নাপ্পদা পানজনা থেৎপীরম্মী। পাম্মু কাদা বাইথুংজরনি খঞ্জদুনা নুরাগী পুক্নিং পেঞ্জদুনা তুংদা লেপ্লিবা মশাবীবু লৈদুনা হন্না যেংলুবদি পাখঙ্ ওইবা মহাকপু তম্বা নুপা মঙানা চিংদুনা ফাদুনা পুবিখ্রে। কপ্পা-কপ্পা লাউদুনা পাম্মুবগী থবায় কনবীয়ু হায়জৈ। মী অমত্তা উদে, মখুত্তা অথৌবা থাংলেন পায়রগা পাম্মুবগী মখুৎ অনীদা তম্বা মরিনা ফারগা তম্বা নুপা অমনা পাম্মুবগী লুরেন ককখ্রে। হৌনা-হৌনা লাউদুনা কপ্পকপদা পলেম শেনবী মমানা তারক্তুনা মচাবু হৌদোকচৈ। ওম্থোকপা মঙ্ হায়বদুনি, খল্লগা ফমুং থক্তা ফমদুনা মঙলান্ পারৈ হন্দোকচৈ। মকু মঙ্ ওইরবদি ফগানিদা। তাইবংদা করিবু থোক্রগবা? নুপীজা ওইবা ঐহাক্না নুপাগী মপোক্তা পোক্রম্নবদি পাম্মু কাদা অহীংসিদা চত্তুনা পাম্মুবগী মফমদা মঙগী বারীসিবু লিদুনা পাম্মু-হকচাং করি তৌবা য়াওবগে হংলুবসু ময়াবনি। অসি খন্না ইনুং শোরা তৈনা ঙানবা, য়েনখোং অহানবা মখোল পুক্নিং চংনা তাদুনা নোঙানবা ঙাইজরকই।

ইনুংগী শোরা তৈনা ঙাল্লক্রে, ক্বাক্কী লানবাউ চেল্লক্রে। ইল্লিবা ইম্নফিগী মচি অমদা চেংজেল খর য়োল্লগা চফু মচা লৈবাক্কী অমগা পুরগা নুরা লোইজরেম্বীদো পাম্মু মাগী নুংশিবা চেংলৌ পুক্লিংদা থাগোম্নজরগা, নুংশি মৈনা খাংঙমদদুনা ঙরাং অহীংগী মঙলান্দুবু পাম্মু মাগী মকাদা তমজগে খন্না খোঙ্হাই থুনা থাংদুনা খারি লৌবুক্তা নুংশি মাগী ঙাইনপুংদা নুরা তম্না য়ৌরক্রে। মশাবী মাদি ঙরাংগী নুমিদাং অথেংবদা খুনগী পুংজাও থিন্দুনা লাউখিবদুবু তাহৌবনা পন্থৌ বারক্চেংপা পলেম্ খোনফম্ অমেংবনা নুরাগী বাশক ঙাকঙমদ্রে। পলেম্ পান্থৌদা নুরা মাগী অচেংপা বাফম্বু তমঙমদ্রে। করম তৌশিগে, ঐবু মাবু শোয়দুনা চংলমলবদি শারি বাশরুম্বিবনা, লোইজরেম্বী হায়বীদো ওইদবা ঙাংদবী চনুরানি। ঐ মাগী মফমদা পাখঙ্ চিনখিবা তারবা। মমা-মপানা শেম্নদুনা লৈখিবনা পাখঙ্ পাঙ্গল থোক্তরে। মনীং থোংদা হাংদোক্লগা মখুত্তা থাংলেন অথৌবা অমা পায়রগা পাখঙ্ লোম্না খোঙ্দোই হুন্নকই, নুরা মাগী মাইগৈ য়েংন-য়েংনা ঙাইনপুং মাইগৈ তম্লকই।

শোমদা চুরানথাবা মঙানা কোয়না-কোয়না থিরকপনা লৌতাংশঙ্ অমগী মনাক্তা মাগী পাম্মুবগী মাইগৈ য়েংনা লেপ্তুনা লৈবী নুপীমচা অমগী শক্তম অরাপ্পদগী উরুরে। নিঙোল মাসু তম্বা নুপা মঙাদুবু উরক্রে। পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্রে। পাক্লবা খারি লৌবুক্তা তম্বা অমত্তা উদরে, ঙসিসিবু লৈবাক্কী বায়েল অরুবা-লৈবরা? তম্বা নুপা মঙাসিদি চুরানথাবগী মশক্লি, ঐ শিবা তারবা। পাম্মু মাসু হায়নখিবা পুংফম লানথোকখ্রে, অমুক লাকদবা মান্দ্রে, শারি বাশকসু কায়রবা? ঙরাংগী মঙলান্না ঐবু ওইনা তান্নরক্লবা! অসি খন্না নিঙোল পুক্লিংদা বাখল লৌশিং তৌজরে, অরোইবা শক্তি পুথোকচরে। চফুদা ঈশিং হৈজিন্নে, নুঙ্ খর হাপচিন্নে। খাম্বী মৈ চুখত্তুনা শীঙ্নাং খরা থাগৎচরে। নুরা নুঙ্বু ফুংলক্রে। চুরানথাবা মঙাদো নুরা মনাক য়ৌশিল্লক্রে। কিজবনা লোইজরেম্বী মশাদু চেং খৈশুম নীকখরে। চুরানথাবনা হায়রকই, "নোংদম থিবী ইবেম্মা! নঙগী পুন্সি লোইরনি, চীঙু লাইগী নোংদম্না নঙ্বু লাইগী চাকথা হুন্নবা তারেদো! চীঙু লাইগী লাইমাংদা ঙক্না চোইনা কেনবা তারেদো! নুরা থৌরাং লোইশিল্লো। থিল্লে, ঐখোয়গী ইথৌ পাংথোক্লগে?" লোইজরেম্বী,- "ইবুং মানবা অথৌবা মঙামক! চীঙু লাইগী য়াথংনা থৌগল পাংগে লেপ্পরিবশা! বাংলেন মিকুপ খরদংদি ঙাইবীখো। পাইমা পীবুকশে অরাম খৌরাংবনা চরাম চদংনরে, নচন্না ফুংলিবা পানশিনা মুনবা ফাওবদংদি ঙাইবীরগা চখোম, অমতংদি চাজখিগে?" ফরে, ফরে, থুনা ফুংলু, মৈ কন্না থাগংলু! ঙাইহাক খরা লৈরগা "মুল্লবরা পান্দুবু"? "মুন্দ্রিনে ইবুং"। নুরা মাগী মবুক্তা মাঙ্গা পাম্মুবা মানা অমুক্তং থুনা-য়াংনা য়ৌরক্লবদি হায়বা বাখলদা থম্মোই মচেং তারকই,

পিরাং পিরোইনরকই। খল্লকই- "পাম্মু মশক উদনা ঐগী লুরেন্ কেনবা তারবা। থবায় য়াওদ্রবা হকচাংনা পাম্মু মাবু ঙাইহৌবা তারবা। ও। ওহোকপা মপোক্নিদকো। তম্বা নুপা মঙাসিবু ঐগা করম্না লম্বা পারুগনি?" "মুল্লবরা পান্দুবু"? ৱাহং খুদিংগী থবায়গী মিহুলদু চেমগুম্ - চেংগানৈ, নিঙোল লাইবক থীবীদো। পাখঙ্ মা লাক্রুরোই হায়না ৱাখলদা অরোইবা ৱারেপ্ লৌবক্রে, থাজবা মমি শাম্লক্রে। অরোইবা য়াথং নীজরক্রে, খোয়ুম্ মাগী মফমদা - হে। খোয়ুম্ লাই। নংদি পূন্নমক উরিবনি পাম্মু মকাদা তম্বীরোকো মাবু খৌরাংনা ঙাইজরম্মী। চুরানথাবা অমা চংলক্রগা মাগী চফুদা য়াওরিবা পান্দু মুনমদ্রে, ঐ য়েংগে হায়দুনা চফু মখুম হাংদোক্লুবদি য়েনছাং ওইবা পান্দি ওইরমদ্রে, নুঙ্ ফুৎপা ওইরম্লে। মতাং তৌবা নৈশানি, মাগী মতেং পাংনবা মী লাকপা ঙাইবনি হায়রগা লুশমদা পায়রগা অথৌবা থাংলেন থাঙ্গৎতুনা নুরাগী লুরেন লৌখরে। লোইজরেম্বী থবায় মাংখরে। চুরানথাবা মঙানা লোইজরেম্বীগী লুরেন পুরগা চীঙু লাইদা কৎননবা ঈ তপ্-তপ্ তানা চৎখ্রে, হকচাংগী শরুক্তি লৌতাংশঙ্দা তাদুনা লৈহৌরে। ৱাংলেন মিৎকুপ খরগী তুংদা থাংজঙম্বা পলেম পহৌগী অচেৎপা পল নাহোক্লুনা নুরাগী ৱাশক্লা কনখিবনা নুংশিৎকী মমাং থানা চেল্লক্লুনা ঙাইনপুংদা থুংলরে। ইঙাং পাক্তক্লনা, ঈমু পামফেন্ননা মকোক্কী লুরেন য়াওদনা নুবাগী হকচাংনা লৈমাইদা চোইনা তাদুনা লৈরম্বদু উরুবদা পাখঙ্ থম্মোই নীক্লকই। "কনানো তম্বা নীপা। খংগনি সাবিসো! নংগী লুরেন কক্লগা পাম্মুবীগী লম্মল শীংলগে" থাংবু চিক্লা ৱাশকখ্রে। চাইরল্লিবা নুঙ, চফু, মৈফম পূন্নমক উরুবদা নুবা মানা শীনজখিবা থৌবাং পূম্বা মবুক্তা উরক্রে। তপ্না-ইংনা থবায় য়াওদ্রবা হকচাংদুবু অমুক্তং মথাদা থাঙ্গৎলগা পাম্মুবীগী মফমদা শাবি ৱাশকলম্নগা থুনা য়াংনা ঈ-তাবা লম্বীগী মতুং-ইন্না পাখঙ্ খোঙ্দোই হুনখ্রে। "নুবা লোইজরেম্বী অমুক্তদি ঙাইরমখো। ঐ নংগী হৈনা নতুং ইল্লক্রে, হায়রম্নগা ঈগী খোঙ্গুল লিদুনা লাকপনা অবাপ্পদা তম্বা নীপা মঙানা মশাবীগী লুরেনগী শম্নাং পায়রগা চৎলিবদু অশুম্ অশুম্ নক্শিল্লক্রে। ৱারী শানা-শানা চৎপনা মথৌ থৌগাই মপুং ফাবগী মনা চাউনা ফংলনি খঞ্জবিবা তম্বা নীপা মঙাদো থাংজঙম্বা মাবুদি উরমদে। থুনা য়াংনা চেনশিনখিদুনা য়েন্দেম্ থরাক শোইবগুম, অমমম্তা ওইনা মঙক ককতুনা তম্বা নুপা মঙাগী মকোক্লা লৈমায়দা লোইনা কেন্দুনা তাখ্রে। পাখঙ ৱাবনসু খম্ থেংলে। লমপাক্তু ঈগী খোং ওহোকখ্রে। তপ্না চংশিল্লগা পাম্মুবী, চাম্নবীগী মায়থোংদা হঞ্জিন হঞ্জিন নানজরে, কয়ারক হম্না চুপচরে। তারো। লোইজরেম্বী ঙরাংগী ৱাংলেন য়ৌরক্রে, নশাবী পাম্মুবসু থুংলরে, ৱাংলেন মিৎকুপ অমত্তংদি নমিৎ অনীদু পাংথোরকউগবা? ৱাহং পুম্বা লোইরগা নুরাগী লুরেন কোক্তা নীংথিরবী চোইজাইনবী শাংলবা, য়াম্নবা ঈনসু লুপ্পবা শম্নাংশিংদু নীংথিনা তুরেলগী ঈচেলদা চামথোকচরে।

লোইজরেম্বীগী চেংলৌ শকফমদো তেকখৎচরক্রে। পাম্মু খুৎনা নুংশিনা নমখাং চান্নেদু থাজরগা শামু নংগন্দা মশাগ্নৌগী হকচাং য়াওদ্রবা লুরেন্দুবু পোরগা হকচাংগী শরুক লৈফম তানা ঙাইনপুংদা য়ৌরক্রে। শামু হকচাংগা নুরাগীকেন্নবা লুরেনগা নীংথিনা শেন্নগা শন্নদুনা থমজরে। নুরা মরোল থোক্তুনা নুংশি পুক্‌মেন পাউমেন্নবা য়াগদবগুম্ নীংজরে। অদুবু চৎখ্রবা, পাইখ্রবা থবায়না অমুক হন্নক্‌পদি হৌনদবনা পাখঙ্ পুক্লিং নুংশিরক্রে। তাইবংদা মাগী কনা য়েংবদা ইহাং-হাংবগুম্ উরক্রে। নুরা লোইজরেম্বীগী নীংথিরবী মায়থোংবু অমুক্তং পেন্না য়েংজরগা থম্মোইদা লুরেন মঙাগী মকোক ককখ্রবা মচিন থৌরবা থাংদুনা থুম্না থম্মোইদা থিংজিন্নগা পাম্মুবী মাগী মনাক্তা ওন্ন-থোইনা ঙাইহাক খাংলম্নগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং অনীনা খাব্রাং ওইনা তাদুনা লৈরে।

লোইদাম্ কুইর-কুইরগা নুরা-পাখঙ্ অনীগী হকচাংদুনা চীঙু লাইগী বায়েন্নরা অকংবা উবু ওন্নক্রে। নুরা পাখঙ্ অনীগী ঙাইনপুংগী জগাদা উগী অকংবা শরুক ওইনা য়ুংলগা লাই ওইনা থমদুনা ঙসি ফাওবা বারীনহৌরে খুঙ্গংদুদা, লোইজরেম্বী হায়না খংনদুনা লাইনুং হায়রিবা জগাদুদা।

তাং ২৪/৪/২০০৩

# নীংশিংলক্পা

নোংমা ওজা রাজেন চীঙ্দা চহী মঙাবোম্ পোস্টিং তারুববা তুংদা তম্পাকী স্কুল অমদা ট্রান্সফর তৌরক্নুনা ওর্দর চেদু পুরগা পোস্টিং তারিবা খুঙ্গং অদু য়ৌনা চেনবা বস অমদা তোংলগা লাক্ই। নোংজু পাম্থা মতমনিনা মখুত্তা ছাটিন অমগা, বেগ মচা অমগা পায়দুনা গীড়ী মনীংগী থোংদগী কুমথবক্ই। গাডীদুগী মমাংগী থোংদনা ইম্ফালদা বীঃ এঃ অরোইবা তন্নিবী নুপীমচা অমা ইয়ার বেগ অমা পায়রগা কুমথরক্ই। বস থাফমদগী খুঙ্গংদু তানা খোঙ্না কিলোমিটব অমগা মখাযরোমদি চৎপা তায়। লম্বীদু চুমদ্রিং চৎপা লম্বীনি। লম্বীগী নাক্-য়েত্তা যুম লৈতে, উপাম্বী অমত্তা হৌদে। লাপ্না অসুম্ য়েংখিবদা খুঙ্গংদুগী মতাইদা জীংঘনা কুপ্না অশাংবা স্কুল অমদি উই। লৈশাবী অদুগা খুঙ্গংদুদা ওজা ওইগদৌরিবা নুপাদুগা গাড়ীদগী কুমথরগা লৈশাবীদুনা খরা হান্না মাংদা চৎখৎখ্রে। ওজা অদুনা লৈশাবীদুদা হায়রক্ই– "করিনো অমত্তা হংজগে?" যুগোল সিংহ হায়স্কুল হায়বিবসিবু শোমদা চৎলগা তাগদ্রা?" "ও! আদা লাপ্না উরিবা স্কুল অসিনি"। মখা তানা ওজাদুনা- "শোম্বু খুঙ্গংসিগী মী ওইবিরব্রা?" "হোয়, মানি"। "কদাইদা চৎপিরুবনো?" "ঐহাক্ ইম্ফালদগী লাক্পনি, মনিপুর কলেজদা বীঃ এঃ ফাইনেল তমজবনি।" ও! "মনিপুর কলেজগী পোলিটিকেল সাইনসকী ওজা জদুমনি খংবীব্রা?" "খংজে! মা ঐখোয়গী ওজানি, বাহেংবম লৈকায়দেদো?" "চুম্মে"। ঐগী ক্লাসমেটনি, লাইরিক্ ফরক্পনি", "তম্বীবদি নুঙাইব্রা?" "নুঙাই"। বারী শানা-শানা

চৎলিঙৈদা খংহৌদনা নোং কন্না চুথরক্রে। লম্বীনগা খরা শাংবগা চৎপদি হৌরকপদা ঙাইহরি নোং থুপফমসু লৈতে। নুপাদুগী ছাটিন্দু খন্দোক্লগা নুপীমচাদুদা- "সে। নং তুপ্পু চোৎলনি"! নুপীমচাদু য়ানীদা হায়জে। ওজা রাজেন;- "ঐনা নুপানি চোৎলবসু য়ায়, নং ওইনা তুপ্পু" হায়রগা ছাটিন্দু পী। ইকায়-ইকায় লৌরে।

ফাইরেন থাগী মতম্নি, লমহাংনগা ওইবগা নুংশিৎসু কন্না শিৎলি। নুপীমচাদুনা ছাটিন্দু লৌরগা হেক্ থাংগৎলকপগা নুংশিত্তুনা কন্না হুন্নকপদুদা ছাটিন্দু হুমদুনা কন্না পাইদুনা চৎখ্রে। ওজা রাজেন চেল্লগা নোক্লা-নোক্লা ছাটিন্দু তান্নে। নুপীমচাদুসু করি খল্লুরবনো শিথ-শিথ পাংনোক্তা নোক্ই। ফন-লাপ্না তান্নরবা তুংদা ছাটিন্দু তিংখং হৌবা হাবুং অমদা পল্লগা পুরা লোংথোক্লগা মশা খরা তেক্লুনা লৈরে। ওজা রাজেন্না তপ্না লৌথোক্রে। অদুবু ছাটিন্দু খন্দোকপদি য়াদ্রে। ছাটিন পুরগা নুপীমচাদুনা লেপ্লুনা ইচোৎ-চোৎনা ঙাইহরিবা মফমদু য়ৌরক্রে। মখোয় অনীমক্ লোইনা চোৎলে। ছাটিনসু খন্দোকপা য়াদ্রে। খর খংনরবদুদদি- "নংগী ইয়ারবেগতু ঐ পুবীরগে" হায়জে। "য়ানিদা ওজা! নুপীমচাদুনা।" হঙ্গোইননুসিদা। ঐসু খুনশিদা ওজা ওইগদৌরিবনি। নখোয়গী মতেং য়াম্না দরকার লাকপসু য়ায়। পীরকও কদাইনো হায়রগা লৌরে। নুপীমচাদুনা - ওজা! "ওজাবু করি লৈকায়দেনো"? "ঐদি নোংমৈবুংদগীনি"। ওজা রাজেন্না- "ইচলগী মিংদি?" "কমলা কৌই"। ওজাদুনা ও! কমলা! কমলা! হঞ্জিন-হঞ্জিন অনী অহুল্লক্ কমলা-কমলা হায়বদুদা নুপীমচা কমলানা– "করি তৌরবগে ওজা"? "হুঁ করিসু তৌদে"। মা হৌখ্রবা কমলা অমগী ৱারী মথং-মথং নীংশিংলকখি। মাগী পূক্লিংদা ঐ ঙসি কমলা অমগা অমুক্ থেংনরবা! হন্দক্কী কমলাসিনা করম্বা কমলা ওইগদৌরি? ৱারী শানা-শানা লাকপনা খুঙ্গংদুগী মচিন য়ৌরক্রে। নোংশু হাংখ্রে, ছাটিনসু তেকখ্রে। স্কুল মপা য়ৌদুনা স্কুলদুদা মিথয়েং ঙাইহাক্তং থল্লুই। কমলানা- "ওজা! লৈবীহৌরদ্রা?" "হোয়, লৈহৌবা তারে, স্কুল য়ৌরবনিনা।" ঙসাইদগী নুপীমচা কমলানা স্কুলদুগী ওজা হেটমাস্টরদু মাগী মপানি হায়বসি তাকথোক্তে। মাসু মাগী অশেংবা লোইনমক্তি অহানবা উনবা নুপাসিদা হায়দোক্লিংদে। কোন্না খংজরক্কদবা লৈরববু খন্দুনা। ওজা রাজেন– "নংগী য়ুমদি খরা ৱাৎলিব্রা?" সে। হায়রগা মাগী ইয়ারবেগতু শিন্নরগা কোন্না উনরসি, লৈহৌরগে হায়রগা লেপ্তুনা লৈহৌরে। খরা চৎলগা কমলা নুপাদুবু হন্না অমুক্তং য়েংলম্মী।

ওজা রাজেন লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা অঙাংশিং স্কুল কানবা হৌরক্রে। ওজা লুখোই কৌবা অমসু থুংলরে। শক্ তাক্লদুনা ঐ স্কুলসিদা জোইন তৌবা লাক্লিবনি হায়রে। স্কুল মনুংদা পুশিল্লগা চোৎলিবা ফি-রোল মশা-মউ তবেল অমা পীরগা তৈথোকহল্লে।

চোৎলম্বা ফিসু খরা খরা মশাগী মনিললনা কংলক্রে। ওইহাক্ ওইনরবা তুংদা ওজাশিং অয়াম্বা থুঙ্ঙরে। অমসু-অমসু অয়াম্বা শক্ তাক্লরে। হেট মাস্টরসু য়ৌরক্লুনা শক্ তাক্লদুনা হেন্দশেক্ তৌনরে। লৈকায়, লৈফম্ অমা-অমা লোইনা হংনদুনা খঙনরে। ওজা হেট মাস্টরদি খুঙ্গংদুদা পোক্পনি। মমিংনো কোকিল কৌই। মতম শাংনা মনিপুরগী চীঙ্-মান্দা শুনা পোস্টিং চৎলুরবা তুংদা পেনসন ফংলমদাইসিদা মাগী খুঙ্গংদা তানবা হায়নবদা মাগা ক্লাস মান্নরক্পা স্কুলগী ডাইরেক্টর ব্রজগোপাল শর্ম্মনা য়াবীদুনা মফমসিদা থাবীরক্পনি। ওজা রাজেনগী ওর্দর চেদু পায়রগা মুন্না পারবা তুংদা মাবু এপ্লিকেসন অমা ইহন্দুনা জোইন তৌহল্লে। কা খুদিংগী ছাত্রশিংদা ওজাদুগী মমিং তম্বীগদবা সবজেক্টচিংবা লোইনা তাক্লুনা মশক্ তাক্পীরগা ওসিদি য়ুমদা খরা ওন্না হনবীরো, ওজাদি নোংনসু চোংখ্রমাল্লে, ছাটিনসু নোং-নুংশিত্তা তেক্খ্রে হায়না তায় হায়রে। ওজা রাজেন্না কবিনো ঐনা নোংনা চোংপা ছাটিন তেক্পা লোইনমক্ ওজা হেট মাস্টরনা করম্না কনানা হায়দুনা খঙলম্লিবা? মা ওজা হেটমাস্টরগী কাদগী ময়ুম তানা নুমিত্তুমদি খর ওল্লেপ হল্লকই। লম্বীদা গাড়ীগী সিত্তা ফম্না-ফম্না ওসাইগী ইস্ফালদগী য়ুমদা কুম্নক্খিবী কমলাগী মশক্-মতৌ, ছাটিন পাইথোক্খিবা, মাগী ইয়াববেগ পুবিখিবা, মানা শিথ-শিথ নোকখিবা, নোংনা চোংলবা মশা-মউ, মথং-মথং নীংশিংবা হৌরক্ই। খল্লক্ই, করম্বা কান্দা মাগা অমুক্ উনগনি?

অসুম্ খল্লম্বদগী মতম্ অমগী কমলাগী বারী অমুক্ নীংশিংলক্ই- ওজা রাজেন মানা ওজা ওইবা চীঙগী খুন্দগী খোঙ্না হৱাগাড়ী লাক্ কদবা ম্যেন রোড ফাওবা লাক্ই। মতমদো মা চৈরাউবগী য়ুমদা থোক্লক্পনি। লম্বীদা অতোপ্পা থংনবা চীঙ্গী খুলদা ওজা ওইবী হাওবম্ মরক্তগী কমলাসু মাবু পোক্পা পাবুংগা লোইননা য়ুমদা থোরক্পদা লম্বীদা থেংনরে। অহানবা উনবনি, অমসু পাখঙ্নি, অমসু লৈশাবীনি অমনা লৈশাবীদুগী পাবুংনি। লৈশাবীদু চুং ফিরাল চায়, মশক্ অদুম্ য়েংবা য়ানা ফজবীনি। ফনেক্ মপাল-নাইবা অমা শেৎলগা সারি তংখায় অমনা মথক্তা শেথলি। লেন্না-ফজে, ওজা ওইবদা পকচবা শক্ফম্নি। চহীদি বীঃ এঃ গী ওজানীনা ২৭/২৮ গী লোন ওইগনি। মা সাইনসকী ওজানি। ওজা রাজেন্না অংকগী ওজানি। লম্বীদা উনদুনা লৈকায়, লৈফম, ইমুং-মনুং মচিন-মনাও, অহল অমা য়াওরিবনিনা লোইনা হংবদগী খুমদুনা তাকথোক্রে। মপাদুনা— "খুল লোম্লনা লৈমিন্নরবনিনা নচনসি ইবুঙোখোয়না খর-খর মরক্-মরক্তা য়েংশিনবীবা তারে। হন্দক্কী চৈরাউবা মতুংসিদদি মমাগা থারক্লগে। ইপাদি গাড়ী থৌদুনা ডিমাপুর, গুৱাহাটি চৎতুনা পৈশা তাল্লগা ইমুং পুবনিনা চৎতবা য়াদ্রে। ইচা নুপীসিদনি ইমুংদুদা থবক্ তৌরিবা, অদুসু চীঙ্দা লাপ্পা থাবীদুনা মাবু শেন্নদবা

য়াদবনা শেন্নবা লাক্লিবসিনি। ইবুঙোদি তাং কয়াদা অমুক্ চংলকনি? হয়েং চংলক্পসু ইবুঙোগা পুম্না চংমিন্নরবদি ফগানিদা, ইপা ইবুঙো খোয়গীদা চংথোরক্কে"। বারী-শানা-শানা লাক্পনা ম্যেন রোডত্তি য়ৌরে। হোটেলদা চংদুনা চা অমমম্ থক্মিন্নরে। ওজা রাজেন্না পৈশা পীগে তৌই। অদুবু অহনদুনা য়াদদুনা নমদুনা পীরে। চা থক্পা লোইদুনা অমুক্ খোরক্রে। বস অমা লাক্লুনা মদুদা কাখৎলে। ফমফমদি লৈতদুনা লোইনা লেপ্রে। খরা চংলগা সিং অমা হাংলে, মদুদা কমলাবু ফমহল্লে। খরা অমুক্ চংলগা সিং অমা অমুক্ হাংদুনা অহন্দু ফমলে। মমৈদা ওজা রাজেনসু সিং ফংদুনা ফম্লে। গাড়ীগী ভারাসু অহন্দুনা লোইনা পীরে। ওজা রাজেন কমলাগী মমাংদা ইকায়জরে। মপানা মতুংদা ইবুঙোখোয়গী মতেং য়াম্না লৌগদবা লৈদা। অসুম্না ইম্ফাল য়ৌদুনা মাগী মাগী য়ুম তানা রিক্সো অমমম ফানরগা চংনখ্রে।

নোংমা কমলাগী পাবুং ইবোতোন ওজা রাজেনখোয়গীদা লাক্লুনা কৈদৌঙে খুন্দা চংগনি হংলৈ। রাজেনসু— "নোংমা-নীনী লৈরগা চংকে খল্লি, অদু, ঐ পাবুংখোয়দা হয়েং য়ুম খংবা ওইনা লাক্চরগে"। কমলাগী পাবুংনা "ইবুঙো চাক্ হাপ্লম্মগে?" ওজা রাজেন নোক্লগা "চান্দ্রবসু য়ায়দা পাবুং" হায়রগা থোংগাল ফাওবা থিন্দোক্লগা লৈহৌরে। কমলাগী পাবুং ইবোতোন্ মচা নুপীবু য়াম্না লুনা চান্না তৌজে। মচা নুপা অহুমগী মনুংদা নুপী মতোমতনি। অদুসু মানা খ্বাইদগী অহন্নি। মচাবু পীক্লিঙৈদগী করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা য়াম্না বাজে। ড্রাইভর ওইবগী হৌনবা য়ুদি খরা থক্ই। অয়াম্বা মতমদা মচা নুপীগী খনবনা মীঙোন্দসু মচানুপীগী বারী শারগা নুঙাইজে। মথংগী অয়ুক্তা ওজা রাজেন কমলা খোয়গী য়ুম্ হাওবম্ মরক্তা লাক্লুনা য়ুম থিরগা চংলক্লে। কমলা টৌটি মখোঙদা ঈরু লুজদুনা বালটিন অমনা ঈশিং চাইথরগা লৈরম্লে। মাগী ঈরুজবগী ফিবম্ উরুবদা ওজা রাজেনগী পক্লিংদা য়েংনীংবগুম্ ইকাইবগুম্ হায়ফম্ তৌফম্ খংলমদে। মা পাক্-হেক চংবা ঙম্লমদে। কমলাসু লৈদুনা মী অমা চংলক্পদু য়েংলুবদা ওজা রাজেনবু উরুরে। ইক আক্, কৌগদবসু ফিবমদুদা ইকায়দুনা ঙাইহাক্ লৈরে। ময়ুমদা লাকলিবা কৌবনিনা ইকায়না মনাক্তা লৈরিবা ফদিদুনা হাংলিবা হকচাংগী শরুক্তু কুপশিল্লগা- "ওজা! লেংশিনবীরক্উ, পাবুংসু লৈরমগনি" হায়। ওজা রাজেন ইকায়-ইকায় চংদুনা শুমাং য়ৌরে। অদুবু শুমাং মংগোলদা মী অমত্তা উরমদে। হুই অমনা হৌনা-হৌনা খোংলগা মা তম্না চংশিল্লক্লে। মদুনা হেন্না অমুক্কা কিরুরে। থোংগাল্লোমদা তপ্না তপ্না অমুক্ হন্দোরক্লে। কমলা ঈরুজবা লোইদুনা মফি হোংদোক্লগা চংলক্পদা ওজাদু হুই কিদুনা লেপ্তুনা লৈরম্বদুদা "লেংশিল্লক্ও ওজা! মসিগী হুইসিনা ফরক্ তাবসিনা" হায়রগা ইমুংদা চংদুনা ফমফম্ কাদা ফমহল্লগা মাগী পাবুং মনীংদগী

কৌরগা থোরক্লে। ওজা রাজেন উবদা হৱাউনা- "ইবুঙো য়ৌরক্লে, চাক্ চাখ্রোকো, মনীংদা পুখ্রিদা ঙা য়োক্লি, ননাওশিং লোংউপ তাল্লগা ফাহনগে, চাক্ চাদবা য়ারোই, নচনবু থোংহনগে" হায়জিল্লক্লে। ওজা রাজেন- "পাবুং ঐ কোন্না ..."। "কোন্না য়ারোই, ইবুঙো ঙসি চাগদবনি, ইপাদি হয়েং নৎত্রগা হৎচিৎ গুৱাহাটি চৎলগদবনি" হায়রগা লোংউপ থিরুদুনা মচানুপা বসন্ত কৌরগা ঙা ফাহনখ্রে। শোমদা মচা নুপীদা "ইবেম্মা। নং তামোগী চা পুথোরকৃউ", মশাদু পুন্নাং লাংই। ওজা রাজেন ফমফম্ কাদা এলবুম্ অমা ফাক্লগা ফোটো মথং-মথং য়েংলি। কমলাগী ফোটো অমা টেবলদা মিংশেল চল্লগা স্টেন্দা ঙাক্লগা থম্লি। মদুনা ওজা রাজেনবু তান্নদুনা কোয়েং য়েংবগুম্ মপুক্লিংদা ফাওরুরি। এলবুম্ ফাক্লা-ফাক্লা টেবলগী ফোটোদুদসু মরক্ মরক্তা হেক্-হেক্ য়েংলুই। ঙসাইগী মানা চংলক্পদা কমলানা ঈরুজরম্বা শক্ফম্ অদুসু নীংশিংলুই। মবুক্তা মওন-মওন পাখঙ্ অমনা খনবা য়াবা কয়াদু খল্লুরি। "ঐবু মখোয়গীদা চাক্ চাবা তারবা। ইমান্নবা অমগুসু য়াওদনা ইকতি ইকায়খ্রেদা।" কমলা ঈরুজরুবগী মকোক্তু তৱেল অমনা মশমদু কংনবা পুন্না য়েৎশিল্লগা মমাংলোমদা থাদরগা চা পুদুনা থোরকই। ঙাইহাক্ ফম্মিন্নদুনা মমাসু থোরক্তুনা শক্তাক্লরে। কমলাগী তৌথোরক্পা মতৌ-মওং ওজা রাজেন লোইনমক্ য়ানীংবগুম্ অমমমতা পুক্লিংদা ইশিন্দুনা থম্বগুম্ তৌরি। লাক্লিবা ইরাই নুমিত্তা অৱাং বীঃওঃসিঃদা ঙাইনরসি হায়না চীঙদা চংবগী নুমিৎ লেপ্লরে।

শোমদা মপানা হায়বদগী পুখ্রিদগী ঙা ফাদুনা মমানা শেল্লগা মচা নুপীনা থৱায় য়াওনা থোংদুনা রাজেন ইকায়-ইকায়না অহানবা চংঙুবা নুমিত্তা কমলাখোয়গী য়ুমদা চাক্ চারুবে। য়াম্না হাউনা চারিঙৈদুদা মপানা "ইবুঙো। হাবা য়াদ্রব্রা? নচন্না থোংবসিবো?" ওজা রাজেন- "পাবুং য়াম্না হাউইবো"। চাবা থক্পা লোইরগা ক্বা অমুক্ পুথোক্তুনা পীজরে। রাজেন- "পাবুং, ইমা, ঐদি চাক্সু চাথোক্লে, ওজা কমলা। অমুক্ চৎলগে" হায়রগা থোরক্লে।

ওজা রাজেন্ কমলাগী মপাগী য়াম্না চম্বা মতৌদুদা মা লৈথোক্পা ইঙম্-ঙমখিদরে। "করিনো, মখোয়গী ইমুংসিনা ঐবু অসুক্ লুনা তৌরিবসিবো? মচাসি ঐঙোন্দা পীনীংবা জাৎলা? মাগী মচাসিবু হান্না চেল্লুরবজাৎলা? নৎত্রগা করম্বা করি শিত্র লৈবদগীনো? অদুবু মানা ঈরুজদুনা লৈরম্বদা ইকাইজবা মতৌ, ফদিদুনা ইকাইজদুনা হাংলিবা শরুক্তু কুপশিনজবা, চন্নবী নুপীমচা অমগী লৈফম্ থোক্পা ইকায়থিবী নুপীমচাসিংগী গুনদি মাংদ্রি। অদুগুম্বা মগুন্দু ময়ুম্ পাল্লবী, য়ুমগী মৌ অয়াম্বদা খর শোয়দনা হম্বগনি। মাগী ফিবমদু মপোপ্ কায়দ্রিবা শক্ফম্ লৈশাবী অমগী চেনফম্ থোক্পা মগুন্ গুনা চেল্লিদা" রাজেনগী বাখলনি।

চীঙ্গী খুলদা চংগদবা নুমিৎ য়ৌদুনা রাজেন ইয়ার বেগ অমা লেংবান্দা য়াল্লগা অৱাং বীঃওঃসিঃ তানা ৱাখল অমদা রিল্লো মথক্তা তোংলগা লাক্ই। কমলা মমা-মচাসু মচা নুপানা থিল্লক্তুনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্লে।

রাজেন- "ইমাগা ওজাগসু য়ৌবীরম্লে?" গাড়ী অমা লাক্তুনা পুন্না কাখত্তুনা তোংলে। চাকতি য়ুমদা ঙস্তানা চারক্লে হায়দুনা লম্বীদা চাদ্রে। মখোয়গী চীঙগী খুলগী লমখায় য়ৌদুনা অমুক্ কুমহৌরে। ৱারী শানা-শানা লাক্পনা অঙম্বা চীঙ্মাই অমা কুমথরবা তুংদা ময়াম্ পোথানফম্ খোংনাঙ্ পাম্বী অমগী মখোঙ্দা ঙাইহাক্ ফম্মী। য়ুমদগী পুরক্লিবা চান-থক্লবদু খরা কমলাগী মমা মেমচৌবীনা লৌথোক্ই। ওজা রাজেন্দা খরা পী। খঙ্হৌদনা কমলাদু "ইমা ঐগী কোক্সি ঙাওরে, ঐ ঙাইহাক্তং হিপকে হায়রক্লে। রাজেন মাগী তাবেলদু থারগা ইয়ারবেগতুনা মোন ওইরগা ঙাইহাক্তা হিপহল্লে। মমানা মচাগী মকোক্তা ঈশিং খরা থাদুনা খরা ফরব্রা হংলি। খুন য়ৌগদবসু য়াম্না ৱাথলি। রাজেন্না "খংদে, সরকারগী থৌরাংসিসু নুপী ফাওবদি অরাপ্পা চীঙ্গী লমদা পোস্টিং থাবীদ্রবদি ফগদবনি"। গাড়ীদা লমশাং লাক্পগী ঙাওবা ওইগনি হায়। কমলা ঙাইহাক্ উইরুরে। খরা লৈরগা খরদি ফবগুম্ তৌরে হায়দুনা অমুক্ চৎপা হৌরে। হন্দকমুক্তি রাজেন্দু কমলানা পুরম্বা পোৎ ময়োম অদুসু মানা পুরে। পুল্লপ্পা মকোক্তা থোল্লগা মানা মাং থাদুনা চৎলি। মমা-মচানা তুংদা ইল্লি। ৱানা-ৱানা অঙম্বা চীঙদু পুংমুক্ পোথা-পোথা কাদুনা কমলানা ওজা ওইরিবা খুন্দু য়ৌরে। রাজেন মানা ওজা ওইরিবা খুনদি তোঙানবা লম্বী অমদা চৎকন্দবনি। অদুবু কমলানা মকোক্ ঙাওই হায়বদুদা মা ইনুং নুঙাইতদুনা মখোয়গী খুন্দা ওইনা লাক্লে। কমলা মাগী লৈফম্ ক্যাটর য়ৌদুনা শো পুথোক্তুনা থোং হাংলে। ৱারবসু ৱানা চান-থক্লবা থবক্তি তৌদবা য়াদে। ঈশিং খোঙ্দা চত্তুনা ঈশিং শোক্লুবা তায়। মমা-মচা পোথাহল্লগা রাজেন ঈশিং বালটিন অনী পায়দুনা ঈশিংখোঙ্দা ঈশিং শোক্পা কুমখ্রে। ঈশিং শোকপীরম্লগা মাগী খুলদা অমুক্ চৎলগে হায়রে। অদবু কমলাগী মমা মেমচৌবীনা- "ইবুঙো! হয়েং অয়ুক ঙস্তানা চৎলো, সিদা লৈরো হাউবা-হাউতবা ইমা চাক্ থোংবীরগে" হায়বদুদা মা অমুক্ খোঙ্ থাংবা থোকত্রে।

অসুম্না মা খুন্দুদা অহীং লেকপা তারে। চাক্-ঈশিং চাবা লোইদুনা লম্বী লমশাং লাক্পগী ৱাবগা তূম্নখ্রে। কমলা অহীংদা অমুক্ মকোক্ ঙাওবা হৌরক্তুনা মমাবু হৌদোক্ই। "ইমা-ইমা ঐগী কোকসিবু লুখমসি নাবনা মতা অমা তৌরে, তূম্বসু য়াদ্রে, কোক্সু অসুম্ ঙাওদুনা লৈরে"। "ইস! অদুদি করম্ তৌগনি? ডাক্তরসু লৈবা লম নত্তে, য়ুমদা অমুক্ থুনা থোকপা তারব্রা?" রাজেন্দি লম্বী লমশাং লাক্পগী মশাদু ৱারুবনা

কন্না তুম্লি। মমা মচানা শানরিবা ৱারীদু করিসু তারমদে। মমৈদা কমলানা "ইমা! ঐ শিগদৌরে, ঐগী কোকসিবু অসুক্ কন্না নারিবসিবু", হায়না মখোল হৌনা কপ্লক্পদুদদি রাজেন্দু মিকপ খংথোক্ থোরক্লে। "করি তৌরে ইমা?" "ইবুঙো। নচনশে মাগী মকোক্ ঙাওবদু অমুক্ হৌরক্তুনা লুখমসু কন্না নারে খাংবা ঙমদ্রে হায়দুনা কপ্পিবনি।" কমদৌসিগে? হয়েং অয়ুক ঙন্তনা অমুক্ য়ুমদা থোক্লগা ডাক্তরদা য়েংলুদ্রগদি ঐখোয়নদি খংবা নত্রে হায়রে। রাজেনসু "ইমা। অদুদি ফরে, হয়েং অমুক্ চৎলগা ডাক্তরদা চেক্শিন্না য়েংলগা য়াদ-য়াদ্রগা ইম্ফালদা ট্রানসফর তৌনবা হায়নবা তারেদনা? ফিবমসিদা চীঙ্দা কুইনা করম্না লৈগনি?" খন্নরিঙৈদা য়েন খোংবা হৌরক্লে, নোং ঙানগদবা কুইরক্লে। অহীং চুপ্পা তুম্বা য়াদবনা কমলা ঙাইহাক্তং উইবা য়ারবদি ফগনিদা খল্লি। অদুবু কোক্লা উরু-রু লৈনা ঙাওরবদা করম্না উইবা য়াগদৌরি? তুম্বা য়াদবগী অৱাবসিসু ওহ্লোক্লা ৱাবা অনাবনি। মাগী মতৌদুদা রাজেন য়েংবদা য়াম্না ৱারে। মমাদো ঙাইহাক্তং মনীঙ চংনীংলক্তুনা মপাল থোক্খ্রিঙৈদা কমলা ওনীংলে হায়দুনা রাজেন্দা হায়রক্ই। রাজেন করি পাত্রদা ওহনসিগে থিরিঙৈদা ফংদদুনা মাগী তৱেলনা কমলাগী মচিন্দা থম্মী। নীংথিনা মশাদু শৌরগা হৌগৎহল্লে অদুগা ওথোক্পা য়াব্রা য়েংহল্লে। তিমবোং খর ওরগা তোক্লে। ঈশিং পীদুনা মচিন-ময়া তেংথোক্হল্লগা অমুক্ তপ্না হিপথহল্লে। কমলা- "ওজা ৱারৌবীবা য়াদেকো। খরা য়েংলেদো।" রাজেন— "করিনো ওজা কমলা! মীনা মীবু মতেং পাংনদনা কনানা পাংলগদগে?" ঐগীদি লাইবক্ ফবনি, নারিবা মীশকসিনা করিগুম্বা অদোম্না ওইরমদদুনা ঐনা ওইরম্লবদি অদোমসু য়েংদুনা লৈবা ঙম্বীগদ্রা?" "চুম্ই ওজা! অদুবু ঐগী অনাবসিবু করি ওইগনি? ঐ মরক-মরক্তা কোক ঙাওবা খর খরদি তৌই, অদুবু ঙসিগী অসিগুম্না অমুক্তা অসুক কন্না তৌবদি য়াওখিদ্রি। লম্বীদা লমগী লাই ফত্তবকা ওন্নরক্লবজাৎলা খংদ্রে। অদু ঐ অসুম্না তৌরবদি য়ুমদা থোকপা ঙমগনি থাজদে। করম তৌসিগে?"

নোং ঙাল্লে, খুনগী ওজাশিংদা নারবনিনা য়ুমদা অমুক্ চৎপা তারে, শাউবীবা য়াদে হায়রগা ঙরাংদা থুঙঙবা অহুমদো, ওজা রাজেনদি মাগী ওজা ওইবা খুন্দা য়ৌদনা য়ুমদা মায় ওন্দুনা থোরক্লে। লম্বীদা তপ্না তপ্না লাক্পনা ঙরাংগী পোথাফম্ খোঙ্নাং মখোঙ্দি য়ৌরে, মফমদুদা মমানা লমগী লাইকক্না ওন্নব্রা চিংনদুনা, চেং খর চাইথোক্চরে। অদুবু খঙহৌদনা কমলাগী কোক্ ঙাওবদু অমুক্ হৌরক্লে। "ইমা। ঐ শিরে, ইমা ঐ শিরে", হায়না তোয়না হায়রক্লে। নুংশাসু কন্না শাগৎলক্লি, গাড়ীসু ৱায়বা ফংলোই, চীঙসু অঙম্বা কাবা তারি। রাজেন্না- "ইমা। নচাবু চিংনব্রা? ওজা কমলা। ওজানা ঐবু চিংনদ্রবদি ঐ ওজাবু অঙম্বা চীঙগী লম্বীসিদা পোরগা পুজরগে? ঐঙোন্দদি করিসু

চিংনবা লৈজদে, ইমাসু য়াবীরো অনাবসি থুনা ইম্ফালদা য়ৌহৌদ্রগদি ফগদবা মান্দে” হায়রে। তাঙ্গানা য়ারক্তুবদি মদুদা তারে, করি উপাইদি লৈরি। ফরে হায়দুনা ফি অমনা নাহোংগুম্না শারগা ওজা রাজেন্না ওজা কমলাবু পোরগা ফি অপাবা অমনা মীনা উরগা ফত্তনা খন্দনবা মকোক্তু কুপশিল্লে। ওজা রাজেন্না পূক্লিংদা চিংনবা অমত্তা লৈতনা অঙম্বা চীঙমাইদুদা হুমাংনা পুমচোৎ চোংপা মখৈ কমলাবু ম্যেন রোড য়ৌরমদাই ফাওবা পুরক্লগা অমুক্ পোথারে। তপ্না-তপ্না মমানা মখুৎ শমদুনা গাড়ী থাফমদা য়ৌদুনা গাড়ী লাক্পা ঙাইদুনা লৈরে। মমানা খল্লি, ঙসি রাজেন্না তৌরিবা থবক্শিংসি মী অমনা ইরায় লায়না হেক্তা তৌবীগদবা থবক নত্তে। ওহ্লোক্লা মমল য়ামখ্রবা অতাংবা থবক্কি মশা-মশানা য়ানজরবদি নাবা ফরগা মপাবুংগা তানরগা লুহোংনবা শীনবীগে। কমলাসু মাগী ফিবম্না লুশিল্লকপদুদা ইকায়বা হায়বা বাখল পুন্নমক্ লাপথোকখ্রে। রাজেন নত্তনা মনাক্তা মাগী কনামত্তা উরক্তুবদুদদি “ইরাক্লরবা মীনা ঈয়াইদা তাউবা চরু মকা অমা ফাওবা লাম্মী” হায়বগুম্ মা রাজেন্না হায়রিবা মাগী ফনবা তৌবীরিবা খুদিংমক্ য়াবা তাখি।

গাড়ী লাক্তুনা সিৎ অনীখক্ অনাবগা মমাগা ফম্নবা হায়নদুনা ঙাংনরগা ফম্লে। কমলাগী মশমদু ঈশিং থাবগা করিগা তৌবদুদা ইফা-ফারে। মমানা তপ্না নানথদুনা শেম্বীরে। গাড়ীগী সিংকী বারদা মখুৎ নাম্মনা পায়রগা মকোক্লা মমাগী মতম্বাক্তা নোনথদুনা চৈনা খাংনা খাংনা লাক্পনা ইম্ফাল য়ৌরে। ওজা রাজেন ওতোরিক্লো অমা বায়রগা মখোয় অহুম হাওবম্ মরক্ তানা কমলাগী য়ুমদা থুংলরে। থুনা য়াংনা কোক্কী য়েংনবা ডাক্তর অমগী য়ুমদা মপ্বা বসন্তনে, মমানে ওজা রাজেনসু য়াওনা লাক্লে। এক্সরে অনীখক্ ব্রেনগী অমগা স্কলগী অমগা লৌনবা হায়রে, অদুগা ব্লদ টেস্টনচিংবসু দরকার লৈ হায়বদগী লোইনমক্ পুদুনা লৌরুরগা য়ুম্ ফাওবা থিল্লম্লগা ওজা রাজেন ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুমদা ইমুংগী মীনা ঙরাং চৎখ্রগা ঙসি অমুক লাক্লবদি করি তৌরে হংলমলে। মাসু বারীদু শেংনা তম্বদগী মমানা ওহ্লোক্পনিদা য়াম্না বারমগনি হায়জে। নোং ঙানবগা অমুক্ রাজেন্দু কমলাখোয়গীদা য়ৌরক্লে। ঙসিদি কমলাদো খর ফবগুম্ মপান্দা ওজা রাজেন উনবা থোরক্লে। হায়রক্ই- “ওজা! ওজাগী মতেং পুম্বিগী কাউজরোই, খংদে, করিনা লমন্ শিংগদবনো?” হৌজিক্তা বাখল নোর্মেল লাক্তুনা ঙরাং রাজেন্না মাবু অঙম্বা চীঙদা পোদুনা পুবীখিবা কয়াদো নীংশিংলুবদা মা য়াম্না ইকায়জরম্মী। রাজেন্না— “এক্সরেগী রিজলটপু ফংলব্রা?” “অঙাং থাদুনা লৌহনখিবনি, লাক্লনি”। হায়রিঙৈদা মপ্বা বসন্তনা রিজলটতু পুদুনা লাক্লে। ব্রেন স্কেন্নীং তৌদ্রগদি অকুপ্পা খঙবা বাগনি, খরদি এবনোর্মেল ওইবগুম্ তৌই হায়না তম্লে। ব্লদ

টেস্টসু ইঃএসঃআর খর বাংই হায়রে। অরাপ্না লমদা চত্তুনা ব্রেনগী নিউরোসর্জন অমা তানহৌবনা ফগাদ্রা খন্দুনা মপা গুবাহাটিদগী হন্নক্লগা ভেলরগী সিঃএমঃসি হোসপিটালদা পুরগা য়েংলুনবা খন্নরে। ওজা রাজেন মাগী থাগী তনব ফংলবদি লুপা লিশিং ৫০০০/-দংদি পাংলগে লেপ্লে। বাখল নুঙাইতনা য়ুমদা অমুক্ হল্লক্রে। মানা চৎখিবগা কমলা মপি শিনথদুনা কপতুনা লৈহৌরে। মাগী বাখলদা মা শোয়দনা ব্রেন টিউমরগুম্বা লায়না অমনা নারব্রা কন্না চিংনবা পোক্লক্রে।

গুবাহাটিদা ট্রক্ থৌদুনা মাল লৌবা চৎখিবা মপাবুং মথংগী নুমিৎকী নুমিদাংবাইদা থুংলরে। মচানুপী অহল অমত্তা য়াওজবী মপানা লুনা তৌজবী মপা লাকপা উবদা মপাবুং কোল্লগা কন্নী। মপাদু থবায় য়ান্না বারম্মী। মচাবু কোল্লগা ইচা করিসু তৌরোইদা, মরাইনা ফজগনি। মমাগা কুপ্না খন্নবদা ভেলরদা চৎলবদি লুপা লিশিং ৩০,০০০/-দগী তাবদি য়াগদবা মান্দে, চৎপনা কনাগা চৎকনি; শাগৈগী মবুং ডাক্তর অমা লৈ। মাগা হায়নরগা খরা চৎহনবনা ফগদ্রা হায়না খন্নরে। মবুংদুসু ইচনগীবু চত্তবা য়াব্রা, চৎকনি হায়দুনা থা অমগী ছুটি লৌরে। ওজা রাজেন তোলোব লৌথোক্লুরে; মাসু লুপা লিশিং ৫০০০/- দংদি মতেং-মতেং ওইনবা হায়দুনা ওজা কমলাগী মখুত্তা পীরে। ইকায়জদুনা য়ানিদা ওজা হায়জে। অদুবু ওজা রাজেন্না মীওইবা মশেলগী মরক্তা মতেং খরা তৌনবদা লৎনবা হৌনদে, ওজা থুনা ফরগা হনবীরক্পা ওইবীয়ু।

অসুন্না অরৈ-অরৈবা পু-লংবা তৌদুনা খুদক্কী লুপা লিশিং ৩০,০০০/- পুরগা কলকটা ফাওবা ফ্লাইততা চৎলগা কলকটাদগী ট্রেন্দা অমুক্ চত্তুনা ভেলর য়ৌদুনা সিঃএমঃসি হোসপিটালদা মিং চন্দুনা ডাঃ মথায় নিউরোলোজিগী অফাওবা ডাক্তরগী মখাদা ট্রিৎমেন্ট হৌরে। ব্রেন স্কেন্নীং তৌবদা ব্রেন টিউমর ওইরম্লে। ওপরেসন তৌবদা লুপা লিশিং ৫০,০০০/- দগী তাদনা চংগনি, ঈসু বোটল অহমগুম্বদি থৌরাং তৌদবা য়ারোই হায়না য়ুমদা পাউ লাক্লে। মপ্পা বসন্তগা মী অমগা চৎমিন্নরবদি ফগনি খন্নরিঙ্গেদো ওজা রাজেন্দু পাউ লৌবা লাক্তুনা মাগা চৎমিন্নরগে হায়রে। কমলাগী মপাদু ইবুঙো, ইবুঙোগী লমনসি ইপানা শিংবা ভমগনি থাজদে। অসুন্না মখোয় অনী লুপা লিংশিং ৫০,০০০/- পুরগা ফ্লাইততা কলকটা তানা চৎলগা ট্রেন্দা অমুক্ চত্তুনা ভেলর য়ৌদুনা কমলা অমদি শাগৈগী মবুং ডাক্তর গোজেনগা উনদুনা ওপরেসন মতম লেপ্লে। রাজেন্না ভেলর তানা মাগীদমক্ মপ্পাগা লাক্পদুদা কমলাদু মবুক্তা রাজেনবু য়াম্না পুক্চেল চাউবা মীনুংশি খঙবা মীশক্লি খন্দুনা থম্মোইদা থোইদোক্লা নুংশিবা ফাওরক্ই। হায়ফম্ তম্ফম্ খঙদনা নুঙাইবা অমসু পোক্চে। রাজেনবু হেন্না-হেন্না নুংশিবা মনাক্তগী লাপথোকহন্নিংদবা বাখল অমা কন্না নারবা মাগী বাখলদা ফাওরক্লে। চীঙ্গী লম্বীদা

মানা পোদুনা ফাওবা পুবীথিবা, মানা অহানবা মখোয়গীদা লাক্পদা কমলানা টোটি মখোড়দা ঈরুজদুনা লৈরম্বদা ফাওনথিবা পুক্লিংগী বাখল লোইনা নীংশিংলুরগা মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিসে ওজা রাজেন্দা কংথোক্লগে লেপ্রে। ডাক্তর গোজেনগা কমলাগী মপা বসন্তগা ডাক্তর মথায়না এপোইন্টমেন্ট পীরক্পা মতম্ চপ-চানা ওপরেসনগী মতাংদা বারী শাবা চথখি। রাজেনগা কমলাগা মখোয়না লৈরিবা এমঃএসঃ হোটেলগী কাগী বরেন্দাদা চৌকি অমমম্দা ফম্লগা বারী শানরি। শেমদু হৈন্ত্রাং অমনা খোক্লগা মওং খর থায়রগা প্রেটতা হাপ্লগা ওজা রাজেন্দা লাপ্লগা— "ওজা। ঐগা থেংনরুবদগী ওজাবুসু ঐনা মরম্ ওইদুনা কয়াদা অবাবা পীরেবা?" রাজেন- "ওজা কমলা। ঐবু ইকায়বা পীবা বাদু ভাংলনু; ঐনা কয়ারক্ হন্না হায়খ্রে, ঐখোয় মীওইবা মশেল অমগা অমগা অবাবা তারবা মতমদা তেংবাংনদনা কনানা লাক্লুনা পাংলগনি?" কমলা— "ওজা। ঐভোন্দা ওজা কমলা কৌবীবগী মহক্তা কমলাদং কৌবীবদা করি কায়বগে? ঐদি ওজানা ঐভোন্দা ওজা কমলা কৌবসে কৌহল্লনীংদে"। রাজেন- "অদু করি কৌ হায়রিনো?" "ওজা। ঐগী পুন্সিসে তম্বা ভমদবা লুরবা তাংকক্ অমদা য়ৌশিল্লক্লে; ঐবু পোক্পা পাবুংনা লুনা তৌবনা ইমানা তৌবদগী য়াম্না হেল্লি; ওজা। পাবুংনা য়াম্না থাজনা তৌদুনা ওজাদি ঐখোয়গীদা ঐনা থোংবা চাক্সু চাখ্রে, ভসি ফাওবদা ঐগী পুক্লিংগী বাদি থংবীরমগদবা মান্দে। অদুবু ওজানা ভসি লাপ্লবা লমদম্ ভেলর তানা ঐগী ইপ্পাগা লোয়ননা করিসু থোক্লদ্রবী লমলানবী ঐগী ইতেং পাংগনি লাকপীরি। মসিদা তোল্লবী নুপীগী মপোক্তা পোক্লরবী ঐহাক্না ওজাগীনি হায়না শিংগদবা লমনসি খল্লুবদা ঐ হায়ফম খংদনা বায়। করিগুম্বা ঐগী পুন্সিনা মখা শাংথনা ফরক্লুনা হিংবা থোক্লগাদি তুংগী পুন্সিগী লেমহৌরিবা শরুক্সি ওজাগী নফমদা কংথোক্চবদা কায়গদ্রা? ওজা। নচনগী থম্মোই শেংনা হায়জরিবা শিমতংদি য়াবীয়ুবা?" অসি হায়রম্লগা কপ্লগা কাদা চংখ্রে। রাজেন কমলাগী মতুং ইম্নরগা "সে। তোক্লো, ঐ নংনা অদুম্না তৌরগা ঐগী থম্মোইনা করম্না খাংদুনা লৈবা ভমগনি? থম্মোই মশেন্দি নহান্না মরোল খভনখ্রবনি, চিম্বালথোংগা মিথয়েংগা অনীনা কোলহৌবগী বানী। ঐখোয় অনীগী নুংশিবদি থম্মোইগীনি, মপালথোংগী চিম্বালগী, মিথয়েংগী বাহৈদু নত্তে। নংনা কৌ হায়বা মিংগৌদুসু ভসি কৌরগে, ঐগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈসে তংখায় অমদি নংগী শরুক্ পীরুরগে হায়না ভেলর য়ৌনা লাক্লিবসিদা নংনা অমুক্ থাজদ্রিবা করিগীনো?" "তোক্লো কপ্লগনু কোক্ অমুক্ ভাওগনি" হায়রগা মাসু মপি শিত্থরক্লুনা ভাইহাক্ কপমিন্নরে। অমগী মিৎলুদগী তারক্পা পিরাং অমগী খুৎনা তৈথোক্লদুনা হেন্না-নক্লবা নুংশিগী অবাংবা থাক্ য়ৌদুনা নুংশিগী থৌরিনা চেৎনা পুনবীখ্রে অনীদো।

ঙাইহাক্ লৈরগা মপ্পাগা ডাক্তর গোজেনগা লাক্নে। ডাক্তরনা লেপ্লক্পা পুংফম, লৈগদবা চংগদবা পুন্নমক্ খন্নদুনা ওপরেসনগী ডিপোজিৎ তৌগদবা ফী-নুং লোইনা পীবা লোইরে। নুমিদাংবাইদু হৈ-রা অথুম-অহাউ খরা লৈররগা লমগী লাইদা কথচরে। মখোয়না লৈরিবা হোটেলগী কাদুদসু সনামহি কাচিন্নি খঙ্গরগা হৈ-রা খরা ধুব-থাওমৈ য়াওনা কত্তুনা খুরুমজরে। মথংগী নুমিত্তা ওপরেসন তৌগদবগী পুংফম্ ঙাইনা ঙাইনা মখোয় লোইনা তুম্লখ্রে। কমলা ঙাইহাক্ উরোন-উরোন তুমথখি। মমঙ্দা মানা তুন্নমদাইদা খনখিবা পুন্নমক লোইনা মঙলে। কদোমদগীনো মখোয়গী মংগোলদা বর বার্তোন চৎকদবগী মপ্পা বসন্তগা অহল অমগা ফৈজোম্ শেংলগা পুময়াৎ ফুরিৎ লিংলগা থোক্খি। মানা মাগী কাদা মতারোইশিংগা কুন্দো-পরেং লেংলি। হয়েং লুহোংবগী মওংনি। লুহোংবা নুমিৎ য়ৌদুনা বর যাত্রা তৌদুনা বেন পার্তি পরেং অমা মমাংদা চত্তুনা মীয়াম্ ফিঙৌ শেত্তুনা চৎপদু উই। মাদি লুহোংবগী পোৎলোই শেংপগী মওংদি তৌদনা মোংলবা শেগায়রবা ফনেক্ অমা শেংলগা বর লাক্পা য়েংদুনা লৈরম্মী। বরদু মখোয়গী থোঙ্গাল হেন্দোক্লগা চংখ্রে। মানা করিনো লুহোংবদি ঐগা ওজা রাজেনগা হোংগদবনি, মানা থোঙ্গাল হেন্দোক্তুনা চৎখিবা য়াব্রা হায়না তাম্নরম্মী। মীয়ামনা মাবু অঙাওবীগুম চৈবীরে। মথবায় নুঙাইতনা ময়ুমদা চংলক্লগা ঙরাং লেংদুনা থন্নম্বা কুন্দো পরেংদু য়েংলুবদি মতৎ-মতৎ হৌদোঙ্ অমুবী অমনা শরাক্ তমদুনা ময়ানা চিক্লগা থাদংতুনা শান্নরমলে। ও। ঐ ওজা রাজেনগা লুহোংবা তোক্লবা। নীঙমদনা কন্না মখোল থোক্লা কপ্লম্মী। মানা কপ্লদু মখোল থোক্লত্তুনা মপ্পানা ইচে। ইচে। অনীরক্ কৌরগা হৌদোক্পীরে। "ইস। করি মঙনো ওঙ্গোক্লা নুঙাইতেদা।" মতোমতা পুক্লিং ফাদরগা অমুক্ তুমথনবা হোংনৈ, য়্যাদ্রে। মপ্পাগা তুমিন্নরিবা ওজা রাজেনগী মখোঙ্দা লাইবক্ কংলগা হে। ঈশ্বর ইবুঙো। পাম্মুবা মাগী মকাদা অমুক্তংদি থুংহনবীয়ুবা। মানা ঐবু থম্মোইগী মরী অমনা লাপ্পবা লমদম্ অসি য়ৌনা লাক্তুনা ঐগীদমক্নি খন্না লৈররবা। থেংখাং কয়াদা ঐগীদমক্ বাবীখ্রবা হায়না লোন্না কনা খঙহন্দনা নীজরম্মী। অদুবু ঈশ্বরনদি করিবু তন্নিগবা?

নোং ঙাল্লে, মশা-মউ, মকোক্ মরু শেংনা ঈরু-লুজরে। ধুব থাউমৈ কত্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা নীজরে। মতম্ য়ৌরত্তুনা মবুং ডাক্তর গোজেনবু মখোঙ্ শোক্লা খুরুমজরে, ওজা রাজেনবুসু অমুক্ খুরুমলে। মচিন-মপ্পাসু ইচে মঙোল ওইবীয়ু হায়রগা মপ্পাদু মমাই লৈথোক্লগা রুমালনা মপি তৈথোক্চে। ফমুং ত্রোলি অমগী মথক্তা লাইবক্ কংলগা কাখৎতুনা হিপ্লগা ওপরেসন থিএতরদা তপ্না তপ্না কমলাবু পুশিনখ্রে। পুং অমা চংনা ওপরেসন চংথখ্রে। শোমদনা মপ্পা বসন্ত অমদি ওজা রাজেন ঈ পীরি।

বোটল অনীদি তয়ারিদা লৈরে। অহুম চংগনি হায়বদুদা অতোপ্পা নীপা দোনর অমসু ঙাংনদুনা লৈরে। অদুবু ওপরেসন্দা কল্লি অশোয়বা য়াওরবনো ঈ খক্পা ঙমদদুনা ঈগী দিমান্দ মথং-মথং তৌরকপনা ঈপীবা ঙম্লরক্তে। য়াম্না নীংশা থিনা নীপা অহুম্না পুক্লিং লাংতক্লনা ঙাইদুনা লৈরিঙৈদো ডাক্তর মথায় থোরক্লগা "আইঃএমঃ হেলপলেস। সোরি। ডাক্তর গোজেন আই কেয়োট সেফ ইয়োর সিস্টর।" ডাক্তর গোজেন কমলাগী মপ্পা বসন্ত, ওজা রাজেন ওনশিন্নদুনা কপ্পা নত্তনা অতে উপাই লৈখিদে। রাজেন ওপরেসন থিয়েটরগী ফক্লাংদা খুদুম্না হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়ারক থিন্দুনা মৈচাক্ খাংখি। ও। ওহোক্পা লাইবক্ হায়বদুনি। ডাক্তর গোজেন রাজেনগী মৈচাক্তু ভাব তাখি, মপ্পা বসন্তসু খঙভী।

অসুম্না থবায় য়াওদ্রবা কমলাগী হকচাং মনিপুরদা এবোপ্লেন্না পুরক্লগা সংস্কার তৌখ্রে। সংস্কার তৌবা লোইদুনা আস্টি লৌখত্তুনা শ্রাধ-কর্ম্মা পূন্নমক্ লোইখ্রে। ওজা রাজেন নোংমতা চিংথদনা য়াওখি। নোংমা ওজা রাজেন কমলাখোয়গী পাবুং অমদি মমাদা খুরুমজরগা কমলাগী মিংশেল চনবা ফোটো অমা মাগী কাগী টেবলদা থম্লিবদো মঙোন্দা পীবীরো, কমলানা ভেলরদা মাগী ওপরেসন তৌগদবগী মমাংগী নুমিত্তা ওজা। "ঐগী পুন্সিগী তুংগী অরেম্বা শরুক্সিদি ওজাগী মফমদা কৎথোক্চরগে" হায়রম্বদো তমজরগা মমিত্তা মপি তানা ফিগাও শানা নীজরম্মী। মমা-মপানা পিরাং মরক্তা ওজা রাজেন্না থম্মোই শেংনা নীবদুদা মচাগী ফোটোদু পীরে। অউনপোৎ ওইনা মানা পামজরম্বা লুনা থমজরম্বা পোৎ খরসু মাগী উপুদগী লৌথোক্লগা রাজেনগী মফমদা শিন্নরে। রাজেন মিৎলুগী পিরাং তৈথোক্লগা কমলাগী ফোটোদু মথাদা য়োল্লগা নুংশিনা ময়ুম তানা পুরগা থোরক্ই। মানা নোংমা টোটি মখোঙদা ঈরুজদুনা লৈরম্বা জগাদুদা কাউদুনা মমাই হায়গত্তুনা মাবু লৈব্রা য়েংলুরি। নীংবা কায়রবা থম্মোই অমা পুরগা ময়ুম্ য়ৌরক্খি।

চীঙদা পোস্টিং তাবদু কমলা কায়নবগী অৱাবদুনা মা লম্বীদুদা অমুক্ হন্না চৎনিংলক্তে। মানা কমলা পোরগা পুখিবা লম্বীদু উরুরগা থম্মোই কায়না ৱাজরম্মী। মন্ত্রিদা পৈশা খরা ৱানোমশেন পীজরগা মা তমপাক্কী খুঙ্গং অমদা ট্রান্সফর তৌদুনা ঙসিদমক্ জোইন তৌরুবনি। কাউরুরবা কমলা অমগী ৱাখলবু ঙসি অমুক্ অনৌবা কমলা অমগা উনরুবদগী নৌনা নীংশিংলত্তুনা পুক্লিংদা হেন্না অৱাবা পীরে। অসুম্না মপি ইরা চেল্লুরবা থম্মোইবু তপ্পা থেমজিনজরগা বজার য়ৌদুনা গাড়ীদগী কুমথরগা ময়ুম্ মাইকে পাংখি।

তাং ২৪/৫/২০০৩

# চেকশিলহৌদবা মিকুপ্তা

নাত্রম্ বীরহারি চীহ ৩৫ গী পাখঙ্নি। ইনাক্ খুল্লি, জীপ, কার, টাটা গাড়ী লোইদুনা থিকা চাউনা তৌদুনা য়াম্না পৈশা পায়বা ইমুংনি। ময়ুম্না নাগমপালদগীনি। মচিন-মনাও অয়াম্বা লোইনা নুপী থীরে। মাদি-মশক্ ফজবা নুপী নৎত্রবদি থিরোই হায়দুনা থিদনা লৈরি। লাইরিক্-লাইশু য়াম্না ফরক্পা নৎত্রগসু মশাগী ওইজনাম্ জ্ঞান-লৌশিংদি বাৎতে। মশক্তি কষ্ণ-কল্লিংনবা মীনা কয়া নুংশিদবা, বাজাও ঙাংবা মীতানি। অদু ওইরগসু মানা কনাবুসু থৌশারুদে, মশানা হেল্লি হায়দুনা অদুম্ খঞ্জবা মীতানি। মাগী হায়ববু মানা চৎলুবা, লৈরুবা মফম্ খুদিংমক্তা লৈশাবী মচা মশক্-মতৌ ফজবী খরা উরবা মনাক্তা চংলগা বারী শাবা হৌরুগনি। মাগী মশক্তুদা লৈশাবী অয়াম্বনা মানা অদুম্না চংশিল্লক্তুনা বারী শাবা য়াওররবদি মসিগী শক্ চেখায়বসি অমুক্ লাক্লে হায়নরগা লোইনমক্ মনাক্তগী হাইদোক্খিগনি। অদুবু অসুম্না তোয়না মীনা য়ানীংদবগী থৌদোক্ কয়া থেংনখ্রবসু মা থোইনা নীংবা কায়বা উদে; অমুক্সু অদুম্ হেক্তা তৌরুগনি। মাগী অসিগুম্বা হৈনবী অসিনা মাবু মী অয়াম্বনা মশক্ খঙনরক্তুনা লৈশাবীশিংনা মাবু উরবদি "শক্ চেখায়বা" থোনবীরে। মদু মানদি খঙ্জদবগুম্ লৈরি। কলেজ তম্বা লোইদুনা থিকাগী থবক্ তৌদুনা চহী ফন য়াম্না লৈশিল্লক্রবা ফাওবদা মা লৈশাবী মশক্ ফজবা উরবদি হেক্তা ঙাওজে। অদুবু মাগী ফবা অমদি খর্চদি চাউই; পৈশা তিংথোক্পদা মাগী কান্নগদবা লৈরবদি পাম্মুদে। মশাসু নাল্লি, ফি ইস্ত্রি মমি তাদ্রবদি

শেৎহ্নে, লিৎহ্নে; খোঙুপ্ কাপ নীংথিনা থাদ্রবদি তোংদে। শমচেৎ অমসু ফুরিৎখাউদা নুংত্তিগী পুং, লৈশাবী উরগা হাৎনবা। মাগী পেঙ্গদবা অমদি মানা হায়জরুবা অমত্তনা ঙসি ফাওবসিদা য়াবীরক্কবা অসিনি।

বীরহারি মখোয়গী লৈকায়দা খুঙ্গংদগী হোংগৎলকপা কুইদ্রিবা ইমুংগী কলেজ তন্নিবী, চহী ২২-২৩ গী লোন ওইগদ্রবী প্রীয়া কৌবী, মশক্ মতৌ য়াম্না ফজবী, কুচু ঙৌবী, ঙক্ শাংতক্ তাবী, মশা তবা-তবাবী, মমিৎনা নোক্পী নুপীমচা অসিগী চৎথোক্-চৎশিন, অচিৎ-অকোম্ য়াম্না কুপ্না মশা খঙ্হন্দনা শেন্নবা হৌরক্ই। নোংমা-ফাদোক্ কলেজ ছুটি থানরক্পা মতমদা মতোমতা লাক্পা উবদা মানা হরাউ-হরাউ কৌরম্মী। লৈকায় মশেন্নিনা চহীসু য়াম্না খেন্নবদুদা তামো হায়না খুম্মী। মানা তামো হায়না খুম্মন্বদুদা বীরহারি থোইদোক্না হরাউজে, চাক্ চঙ্ই। নুপীমচা প্রীয়াগী মিৎয়েংদুনগা অয়েংবা খুদিংগী মোমোনত নোক্পা, অউবনদি হঞ্জিন-হঞ্জিন যেংনীংবা শক্ফমনি। নুপামচাশিংনসু মাবু উরগা পাম্মী, খোয়দাজে। নোংমতসু মী অমদা অকনবা বা ঙাংদে, য়াম্না চমই।

অসুক্ ঈং-তম্না, মশক্ নুংশিবা নুপীমচাশে নোংমা মাগী ক্লাসকী নুপামচা বাজেসনা পামজদুনা প্রীয়াগী লাইব্রিক্তা চিঠি অমা হাপ্তুনা পীখি। চিঠিদু পারুবদগী প্রীয়া জৌবনগী মতম্নিনা নীংনবা নুংশিবা হায়বসিনা মখোয়গী মশিল ওইরিবনিনা, য়ানীংবগী ঈঙ্গিৎ উৎখ্রে। অসুম্না খবা-খরা নক্শিন্নরক্তুনা মরক্-মরক্তা লৈরক্ মচিন্দা মোটোর সাইকল্না থিল্লম্বা, লৌরবা, ঙাইনবা কয়া তোয়না তৌবক্রে। রাজেস মশক্ মতৌ চংখোল্লি; হেক্ য়েংবদা নুপা মানবা শাবান্নি। বীরহারি, প্রীয়াগী অচিৎ-অকোম্ চেৎনা-কুপ্না য়েংশিন্দুনা লৈবনা তৌরিবা খুদিংমক্ লোইনা উই, খঙ্ই। মাগী মবুক্লিংনা প্রীয়া কোয়রিবা নুপাসিগী অশেংবা ময়ুম, মমা-মপা, লৈকায় লোইনা খঙ্নবা থিরক্রে। ব্রাংখৈ নীংথেম্ পুখ্রি মপান্দগী পিঃ দবলিউঃ দিদা এসঃ ইঃ ওইবা ইঞ্জিনীয়ার সাপম্ খোইবীগী মচানুপা অহল ওইরম্লে। নুপামচা অদুদি মচিন-মনাও অনীতা পোক্পা মমা-মপাগী মচানি। চুম্না পংঙাও-ঙাওজবনি, গুন্দা ফদা তৌবা মীদি নত্তে। নুংত্তিগী কলেজ ঙন্না কারগা উনদুনা উখোঙদা ফমদুনা নুংশি-নুঙোলগী ব্রারী-ব্রাতাই কয়া শানদুনা মখোয় অনীগী মরী হেন্না হেন্না নকশিন্নরক্ই। বীঃএঃ অরোইবা থাবা চহীনি। প্রীয়াগী ময়ুমদা নোংমা মপাগী মরুপ্ উরিপোক্তগী মোইরাংথেম্ খম্বা লাক্তুনা মচানুপী প্রীয়াবু মাগী মচা কলকটাদা ডাক্তর তম্নিবা লোকেনগী মৌ ওইজগে হায়রে। মপানসু মাগী লুনা তিন্নবা মরুপ্ ওইবগা মচাসু ফবদুদা হোয়-হোয়, হয়েং মহৈ-মশিং তম্বা লোইনরগা খন্নবা হায়বদুনি হায়খি। অসুম্না মনুং-মতম্ চারবা কৌবনিনা মশক্লগা মপা লৈতনা ফজবনিনা অমসু অমসু মাবুতা হায়নৈ।

প্রীয়া, কদোমদগী বাখলনো; কলেজগী মমান্নবী খরনা কৌব্রু কাবা চৎলুসি হৌবদা য়াথোক্লুরে। মাগা কোয়নজবা রাজেসতসু হায়রুরে। রাজেসসু ফরে, নখোয় কয়া লাক্তোইনো? চান-থরুবদি মানা ওইনা পুরক্লগে হায়দুনা মাসু মমান্নবা অম'নীগা অবাং বীঃওঃসিদা চাক্ থোংনবা কোল-লিক্ খরগা থুংলদুনা ঙাইনরগা মোটবুং তানা লাক্লে। চৈরাউবা মতুংগী অহানবা থাংজ ওইবনা মীসু য়াম্না চৎনরম্মী। প্রীয়া মপোক্ৎঙেগী অঙম্বা চীঙ্‌দি অমুক্তা কারক্তবনা কয়াদি বাজরে; মশানগা খরা পাবগা, মকোক্তা তারেল অমসু কুপ্লি। রাজেস প্রীয়াগী খুদাং থাদোক্পা লৈতে। অঙম্বা কারক্পদুদা প্রীয়াগী খুজেংদু মানা চিংবদুদা শয়েংবু হিক্তোকদৌরে। বানা বানা নুমিদাংবাইদা কৌব্রুগী লাইফম্ য়ৌরে। কেম্প সাদুনা, টেন্ট খন্দুনা ময়াম্না তৌনবগুম মখোয়গীসু শেম্ শাবা লোইরে। নুপীমচাশিং পোথাহল্লগা নুপামচাশিংনা চাক্ ঈশিং থোংনবা ঈশিং শোক্লুনা, শীঙ্ থিবা চৎখ্রে। অসুম্না ঈশিং শোক্লদুনা, শীঙ্ থিরুদুনা নুপীমচাশিংনা চাক্ থোংলগা ময়াম নোক্ নোক্তুনা অৱাবা কাউথোক্লুনা চাক্-ঈশিং চাবা-থক্পা লোইদুনা পোখানরে। নুমিদাংদু থাবলসু ফৈ, থাবলদুদা ফমদুনা পাখঙ্ লৈশা পুন্সিগী হৌখিবা, হৌজিক্কী ওইরিবা, হায়নীংবা তন্নিংবা কয়া হায়নদুনা তন্নদুনা বারী শানবদা প্রীয়াদু রাজেসকী মফমদা মাবু মাগী বাবাগা লুনা তিন্নবা মরুপ্ উবিপোক্তগী মচানুপা কলকটাদা ডাক্তর তন্নিবা লোকেন কৌবা অমগী মৌ ওইগে হায়বা লাক্ই তমখোক্লুরে। বাদু তারুবদগী বাজেস শাউনা ফুক্ হৌগত্তুনা চৎখ্রে। তেন্ট মনুংদা চংলগা তুমখ্রে। প্রীয়া তান্নদুনা ইকায়-ইকি খংদনা নীপাগী তেন্ট মনুংদা চংলগা রাজেসপু অমুক্তা থোরক্খো, লাকখো হায়দুনা মখুৎপায়দুনা চিংলগা পুথোরক্লে। "কুরিনো, নংনা মখাসু তাম্রিঙেনো ঐনা বা হায়বা হৌরক্পগা অদুক্'থুনা শাউরিববো? ঐনা ইশানা য়াবসু নত্তবা, নংনা অদুম্না শাউরবদি ঐদি করম্ তৌ হায়বিনো?" রাজেস- "ঐনা অসুক্ বানা শেন্নজরিবা নংশে অতোপ্পগী ওইখিগদবা লৈরবদি শেন্নরুবগী করি কান্নরি? নং ননীং তন্না পাইজখিবনা ফন্না? থম্মোই কায়নবা, অৱা-মৈশা লাংনবা, নংবু নুংশিরুবা তাম্রিবা?" প্রীয়া- "ঐ অমুক্ অদুগুম্বগী মরমদা বা অমত্তা পল্লরোই; চুম্না মপাদু লাক্লগা হায়রম্মী হায়বগী বানী; ঐদি নীপাদুবু মশক্সু অমুক্তা উদ্রি।" রাজেস- "তৌশিন্নু। নংনা মীনল্লগা ঐনা য়াগদবা মানব্রা? নং শোয়দনা ডাক্তরদুবু পান্নমগনি, নুপী হায়বসিদি অহেনববু পামদবা য়াওদবনি? ঐখোয়দি ডাক্তরগা চান্দনবদি কদায়দগী য়ারনি? অরেম্বা পুন্সি শোয়দনা তাহৌরনি" হায়রগা মমাই লৈথোক্খ্রে। প্রীয়া- হেরা। নুপানবু অদুক্ পাংদবা? হে সৈত। সৈতনা সখি। কৌব্রু মহাদেবনা খঙ্সনু ঐ মাবু উদ্রি, "ইপা-ইমানা হায়রবসু ঐনা য়ারোই"। রাজেস- "অদুদি ঐখোয় অনী পুন্সিগী থাদোক্লরোই হায়না কৌব্রুগী পুখ্রিদা লুপমিন্নবা তারেকো।" প্রীয়া- লুপথোক্সি ঙাইদনা"। নুঙাইনা বারী শানরম্নগা

অমুক্ থেংলক্তুনা মাগী-মাগী কেম্পতা নুপানা নুপাগী, নুপীনা নুপীগী কেম্পতা চংদুনা তুন্নখ্রে।

নোং ঙাম্লে, চিন-য়া শেংবা, ঈক-মাইথজবা লোইনদুনা মানা মানা ময়ুম-ময়ুমদগী পুনরক্পা চেং-থোইদিং, লৈ-শুনচিংবা কত্তুনা লাই খুরুম্বা হৌরক্লে। মখোয় অনীসু মাগী মাগী পুক্লিংদা কৌব্রু মহাদেবগী খুবমদা নুরা পাখঙ্ থুংনহনবীয়ু হায়দুনা খুৎ অনীদু লোম্নদুনা খুরুখুদুপ্ কুন্দুনা চেং থোইদিং, লৈ-শু কত্তুনা খুরুমজরে। থুংনগদবমক্ মাম্লে। মখোয় ময়াম্ গ্রুপ ফোটো, শিঙ্গল কয়ামসু কাপ্তুনা নম্বা য়াবা মেমোরি ওইনবা মফমশিং চৎ-চত্তুনা নমলে। লাই খুরুম্বা লোইদুনা অমুক্ হন্নরা খন্নরিঙেদা নোং অমুক্ চুরক্তুনা মাগী মাগী তেন্টতা চংদুনা ৰারী তৌদুনা নোং হাংবা ঙাইরক্লে। থেংজিল্লক্ লবদা চাকতি চাদবা য়াদবনা চাক-ঈশিং থোংগত্তুনা অমুক চাবে। নুমিদাং ৰাইদু নোং হাংখিদুনা ঙরাংগুম্না নুমিদাংদু থাবল ফদুনা ময়াম অমুক্ থাবল চোংলে । প্রীয়া রাজেসকা ময়াম্না চোংলিবা থাবলদু য়েংই; অদুবু থোইদোক্লা য়াওনীংবগী মুৎতি লৈতে। অসুম্না হয়েং ঙস্তানা চীঙ্খোঙ্দা থুংনবা অহীং হৌরগা চৎসি হায়নদুনা মাগী-মাগী তেন্টতা অমুক্ চংনদুনা তুন্নখ্রে।

ঙস্তানা হৌগৎনদুনা অহীংগী পুং ৩ তাবদা কুম্বা হৌরক্লে। লম্বীদা অমুক্ নোং চুথরক্তুনা লম্বীসু নানবনা চৎপদা যাম্না ৰাবে। রাজেস প্রীয়াগী খুজেংদি পায়রি। মাগী জেকেৎতুনা প্রীয়াগী মকোক্তা চোক্তনবা কুপ্পী। প্রীয়া অনানবা লম্বীদুদা তুদনবা রাজেসকী মখুত্তা চেৎনা পায়দুনা ইন্নরি। ৰানা-ৰানা চীঙখোঙ্দি য়ৌবে। মশাদু ৰাবনা তপ তারে। করি নুংগী কৌব্রু কাজরুবনো হায়বদু য়ৌরে। নুংশি-নুঙোনগী পাম্মুবগী ৰাখল লোইনা কাউথোকখ্রে। য়ুম্বু অমুক্তং থুনা য়ৌরবদি হায়বসিনা প্রীয়াগী অহানবা ৰাখল ওইরক্লে। গাড়ী অমা লাক্পা উই। মথক্তা মী থন্না তোংলগা লাক্পনা মখোয়না লেপ্লিবা মপাদুদদি খাম্বীরমদ্রে। ৰারবনিনা লাকমিন্নবগী ৰাখল থাদোক্তুনা মশাবু চল্লবদি য়াওহৌবনা ফরে খন্নরক্লে।

শোমদা তাঞ্জা খংনা বীরহারি প্রীয়া কৌব্রু কাখি হায়বসি মা শেন্নদুনা লৈবনিনা খঙ্ই। মানা ঙাইরক্পা তাঞ্জাদু ঙসি মপা চুমগদৌরে। মাগী মারুতি অঙাংবদুদা অহীং হৌগৎলগা ময়ুমদগী লাই নীংলগা মাগী নীংজবসি অমুক্তদি থুংহনবীয়ুবা হায়দুনা মোটবুং তানা খুরুখুলদগী মাগী মরুপ্ থিকা তৌমিন্নবা শোইবম্ গুলাপকা লেয়ননা লাক্ই। ঙসাইদগী লাপ্তক্লা মীয়াম্ কুমথরক্পদুদা প্রীয়া য়াওরক্প্রা য়েংলম্বনি, প্রীয়া য়াম্না লাংতক্লনা ইম্ফাল য়ৌবা গাড়ী লাক্প্রা হায়না খৌরাংনা ঙাইবদু উবদা বীরহারি গাড়ী খাম্লগা গাড়ীদগী কুমথরগা প্রীয়াগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা "হৈমা! প্রীয়া নংদি

কৌব্রু কারুব্রা?" বারম্মনি, লাকও-লাকও ঐদি মোটবুংদা থবক্ অমা চগুবা য়াদদুনা ঙস্তনা লাকপনি, ঐখোয়গী অদুবাইগী অঙাংশিং য়াওরন্নবদি পুবীখিগে খন্দুনা লাক্পনি, নং থেংনবা ফরে, চথশি হায়রে। প্রীয়াদু বাবগা মশাদু চোক্থকগা তৌবদুদা চথহৌবনা ফরগদ্রা লৈকায়গা ওইবগা খন্দুনা গাড়ীদা কাদুনা তোংখহলে। রাজেসসু লৈকায়গী মবুংনি হায়বদুদা "তামো। শোয়দনবা খরা থিনবীবম্মো। মা য়াম্না বারবনি" হায়রগা মখুৎ হাইদ্রুনা লৈহৌরে। লম্বীদা সেকমাইদা মফি-মরোল ইয়াব বেগতগী লৌথোক্লগা হোংদোক্লে চা-নুং তলনচিংবা খরা লৈবগা পীজবে। চাব-থক্পা লোইবগদি য়ুমলোমদা পুদনা খুরুখুল লোমদা মাগা লুনা তিন্নবা মমান্নবা গুলাপকী য়ুমদা পুরগা চেন্নক্পনি হায়না থৈরুরে। প্রীয়া মশাদসু ঐখোয় অনী চেন্নবনি, ঐনা নংবু কুইনা নীংজরক্পা ঙসিদি নংবু পুন্সিগী ওইনা পুরক্লবনি হায়রে। প্রীয়া "ও! ঐসি কয়াদা পংব্রবনো? কবম্না মাবু ঐনা লৈকায়গী ইবুংনি হায়না থাজকবিবা? মানা কয়াদা শিংনা ঐবু লৌনম লাং থাক্লুনা ফারি। ঐসে ঙসিদগী মাগী নুপী ওইবা তাববা? বাজেসনা ঐবুদি পুন্সিসিগী মীওইনা খল্লরোই; নুপী ওইবী কয়াগী চন্নবা পুক্চেলবু মানা বারৌবগনি। ঐনা হৌজিক্ নমজা-নমথেক্লদুনা চেন-চোংবা, কপ্পা লাউবা তৌকবো কনানা থাজবীগনি? নশানা য়ানা মীগী গাড়ীদা তোংদুনা লাক্লগা? ও। নুপাসিদি ওম্থোক্লা লাযনা ঐবু ......।" ইনাক্-কৈরাক্ খুনবা তৌগেদা ঙম্বা ইমুংনীনা মখোয়না লোইনা ঙমখ্রগনি, ঐখোয়দি খুঙ্গংদগীনি। ঐবু ঙরাং নীজখিবা কৌব্রু মহাদেবদা কবি অকায়বা তৌরুদুনা অসুক্ চাউবা দন্দি ফংলিবসিবো? শাবী-শানৌ পুন্না নুংশি পম্থুং ওইজগে নীজবদা লাইশিনা তশেংনা পামদবজাৎলা? বীরহাবি লৌশিং লৈবা নীপানি। ময়ুমদা মমান্নবা গাড়ীদা থাদুনা পাউ থুনা হাযদোক্লবা থাখ্রে। প্রীয়াগী মপাগা মমানা করিনোনে ইচাদি কৌব্রু কানি চংখ্রগা করন্না বীরহারিগা চেন্নিবা? চহী মতাংদুদা মশক্লা মরোল অমা চেখায়রিবা? ইনাক্তি খুল্লি হায়ববু নীপাদু বাঙাং কামজাউ হুনবনিদা পামজদেদা খল্লি।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। প্রীয়া কা অমদা মতোমতা পোনগী চেক্লাগুম্ নম্থোকপা য়াদ্রবা শারং মনুংদা তেংথাদুনা হিক্লা-হিক্লা হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক্, বারী কয়াবু কৌ-কৌদুনা নীংশিংলি। বীরহারি চংলক্ই, খোঙুপ, শেন্দল্ মমল য়াম্নবা, খুনীং-বাংবী জুরা অমা লৈরক্ই। সনা-খুদোপ, সনাগী খুজি, লিক্ মরী, ফুরিৎ-ফিরোল মানা মতম্ কয়াগী মমাংদগী লৈরগা প্রীয়াগীনি খন্না থমজবা ঙাক্তা পুরক্ই। ময়ামদু উরগা প্রীয়া হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা "তামো। ঐবু য়ুমদা থিনবীরো। ঐ য়াম্না বারে" হায়জে। বীরহারি- "প্রীয়া। নং শাউরনু, পুন্সি চুপ্পা নংনা হায়বা নংনা অপাম্বতা পীগনি; ঐগী লৈরিবা শমপতি অপূম্বা নংগীনি; ঐ অসুক্ কুইবসি নং নথত্রবদি নুপী থিররোই হায়দুনা

নংবু শেম্নজরক্পনি; নংনা রাজেসকা মাগী মোটোর সাইকলদা নুংহুতিগী চংপদো ঐসু য়াম্না চাক্থরবজাখনি; ঐ মা কনানো, কনাগী মচানো, করি লৈকায়দেনো শেংনা থিদুনা খঙলবনি। মদু পুন্নমক্ নংবু পামজরুবনা থিরুরিবনি, ঙসিদি নংনা ঐগী কারদা ঐগা পুম্না তোংদুনা মফমসি য়ৌরক্পদা ঐদি সর্গ খুংনা লাম্বা ফংবমুক্ নুঙাইজরবনি। অসি ফাওবদা নংনা ঐবু য়ানীংহ্রিব্রা?" প্রীয়াদু খুমদ্রে। "ফরে, অদু ওইরবদি ঐসু য়াম্না ইকায়, ইমুংগী, লৈকায়গী মমাংদা; লৈকায়গী মচল-মচা ফারগা লৌই ঙাংনদৌরি। অদুনা নংনা ঐবু পামদ্রগদি ঐনা হায়বা অমত্তংদি নংনা য়াবীয়ু। ঐনা নংবু পামজদুনা পুবক্লিবা খোঙুপ, খুদোপ, খুজি, লিক-মরি, ফিরোলশিংসে লোইনা শেৎ-ইন্লো অদুগা ঐ নংবু নখোয়গী য়ুমদা থিনহল্লগে। নঙোন্দা নংনা পামদবা ফজদবা লিচৎ অমত্তা চৎলোই; ঐ অদুক্ হান্না মীনা তুক্কৎচবা লমচৎ চৎপা নীপাদুদি ওইরোই।" অওইবমক্সু বীরহারি নমজা নমথেক্লদুনা প্রীয়াদা মানা য়ানীংদবা বাখলদি খন্দ্রি। মখা তারক্ই- "ঐ নঙোন্দা বা অমদি হায়গে- ঐ নংবু নখোয়গী য়ুমদা থিনখ্রবা মতুংদদি য়ুম্ থাদোক্তুনা চৎখিবা তাবনি।" প্রীয়া চীঙ কারুবগী বাবগা ময়ুম্বু অমুক্তং য়ৌরবদি হায়বা বাখলনা অফ-ফত্ত খনবা ঙম্লক্তরে। বীরহারিনা হায়খিবা ময়ামদু মুন্না তারুরগা প্রীয়া য়ানীংবগুম তৌরে। ফিরোল হোংদোক্লে, খুদোপ, খুজি, লিকমরি, খোঙুপ-লোইনা শিরে, উপলে। মৌ অমা-অনীগা মাগী মরুপ গুলাপনা মারুতি থৌরগা নুমিদাংবাইদুদা প্রীয়া ময়ুমদা থিল্লক্লে। ময়ুম্ য়ৌরগদি মখোয়গীদা লৈরম্লিবা মী মযামদু মানা শেৎলি-ইল্লিবা ফি, খুদোপ, খুজি, ঙকশমগী নেক্লেস, খোঙুপ্ ময়ামদু শেৎ-চাবগা কারদগী কুমথরক্পা উবদা মমা-মপা, অউবা লৈকায়গী মী খুদিংমক মানা বীরহারিবু য়াম্না পান্না চেল্লম্বা ওইরবোইরে; ইনাক্ খুনবা, জীপ-কার উবা য়াদবা নুপীমচা ওইরমলেদনা ঙাংনৈ। মমানসু, মপানসু হরাউনা কৌবীদ্রে। মাদি ইপং-পংনা চুমদ্রিং মানা তৌরক্লিবা য়ুমদা থুনা লাকহৌবদুনা ফরে খঞ্জরুবনি। অদুবু মদুনা মাগী য়েক্লবা ওইনা অমুক্ উরবা! মমা, মনাও, মপ্পা, মপা, মবোক্ ইমুংগী মী পুন্নমক্না মাবু বাসু ঙাংবীদ্রে, কৌসু কৌবীদ্রে। কৌব্রু কাগনি চৎখ্রগা নুপা কোযনরগা চেনবা ওইরম্লে, লমচৎ নাইদে খনবীরে। ফমুংদা চংশিল্লগা মখোল থোক্লা কপ্লুবে। অদুবু কনা অমত্তনা মাবু কৌবী ঙাংবীদবদুদা ঐবু হু-চাদুনা শিরসিরা খল্লক্লে। লালটেন্দগী কেরোসিন্দু কপ অমদা হৈবগা থক্চিল্লুরে। মদু মনাও নুপীনা উবদগী চেনশিন্দুনা কপতু মুল্লি। মমাদা তাক্নুনা ইমা! ঐখোয় ইচেশে করিনোমা থক্খ্রে। মমাসু পাউদু তাবদগী চেনশিল্লক্ই। খরা ওথোক্লগা মচিন শেংনা তেংথোক্হল্লগা ফমুংদা হিপহল্লে। কান্নবোই খন্দুনা মফি-মরোল, মমল য়াম্বা শেৎলক্-ইল্লক্পা ময়ামদো হোংদোক্পীরে, সনা লুপা ময়ামদু মঙক্তগী মখুত্তগী লৌথোক্লগা নীংথিনা থমজিল্লে।

*শোমদা রাজেস ময়ুম্ য়ৌবগা প্রীয়াখোয়গী লৈকায়দগী মরুপ গোপেন্না লাক্কুনা* তন্নবদগী ৱারী পুম্বা তারে। মানা খল্লি- "মানা নহান থাবল ফরবা অহীংদুদা হায়খিবদি লোকেন কৌবা কলকতাদা ডাক্তর তন্নিবা অমগী মৌ ওইগে হায়রি হায়খি; নোংমতসু নীপা অদুগী মরমদদি ৱা অমত্তা তাখিদে; মাদি চহীসু খরা লিরবনি; ভাই। মা-মশানা য়ানা চেনবা ওইরোই; নীপাদুনা চলাক্ তৌদুনা ফাবনি"। অদুবু মানা সনা-লুপা ময়াম্ অমা শিরগা, ফিজেৎ ফজ-ফজবা ঙাক্তা সেৎলগা ময়ুমদা হল্লকই হায়রিবদুবু মাবু ঙাওরব্রা? মদুবু নোংমৈ চিন্দোন্দা শেৎলু ইল্লুকা হায়দুনা নমদুনা তৌহল্লিবা জাৎলা? ঙসাইদি লৈকায়গী মবুংনি হায়না থুনা য়াংনা গাড়ীদা ফৎ কাখৎখিবা। ফরে, ভাই, ঐ খনফম্ খঙদ্রে, ঙরাংতা কৌব্রু মহাদেবদা থুংনশি হায়না লাই মমাংদা খুকউ খুদুপ কুন্দুনা খুরুমজখিবা, অদুগা ঙসি নোঙাল্লক্পদা মীগী ওইখিবা, ঐ মঙগা চপ মান্নরে। ঐ মাগী মরমদা খল্লরোই হায়রগা রাজেসতু ৱানা চাক্লা অস! অস! লাক্চৈদা। খোঙ্ফম্ অমত্তং শোয়খিবদা, শেন্নহৌদবা মিকুপ্তা মীগী ওইখিদা!

প্রীয়া মানা ঙাংবা, হায়বদা কনা অমত্তনা মৱা লৌবিদ্রবদা, রাজেস উনসি হায়দুনা অঙাংদা মাগী মরুপ্ মখোয়গী লৈকায়দগী গোপেনগী মফমদা চিঠি পীহল্লুবসু পাউ অমত্তা পীরক্তবা নুমিৎ হুন্নি শুজিল্লক্রে। মাগী মীচং অমত্তা লৈরক্তবদা প্রীয়া বীরহারিগী ৱাখল অমুক্ তৌবা হৌরক্ই। নীপাদুনা ঐবু করিগুম্বা মখলগী লুব্দবা লিচৎ-শাজৎ অমত্তা তৌরক্তে। মসিবু নুপী চেনবদা নৎত্রগা ফাবদা তৌনরমগদ্রা? সিনেমা ড্রামাদা উখিবা কয়াগা চাংদম্নবদা মানা নীপাসিগী তোপ-তোপ্পা মশক্ অমদি থাগৎতবা ঙমদে; অদুবু মীয়ামসিনদি ওন্ন-শৈনবা ৱাখল ঙাক্তা মাগী মায়োক্তা খনবীরি, নুংশিবীদ্রি।

অয়ুক অমা বীরহারিগী অহল-লম্মন খরা প্রীয়াখোয়গীদা লাক্ই। মমা-মপা থোরক্তুনা ৱারী শানৈ। মপা-মমানা প্রীয়ানা কয়া য়ানীংদবগুম্বগী ৱা অমা পনখিবগুম্ তাখি। প্রীয়া ৱাদু তারুবদা ইমুংদগী তপ্না মকোক খুন্নগা ময়াম্ ৱারী শাফমদা থোরক্লগা ইমা-বাবা ঐ ইশানা য়ারে লুহোংনবা নুমিৎ লেপ্নবীরো হায়রম্লগা ইমুংদা চংখি।

তাং ১৭/৫/২০০৩

# অখুনবা ফোটো

মোহেন চহি ১৮ গী পাখংনি। ক্লাস টুরেলফতা তন্নি। নোংমা মানা কলেজদগী থোরকপদা লম্বীদা পাশপোর্ট সাইজগী ফোটো অমখক খুল্লম্মী। ফোটোদু নুপীমচা অমগী ফোটোনি। ফোটোদুগী মনীংদা মমিং অমসু ইরম্মী। মিং অদুদি আর-কে লেম্বীসনা দেবী। ফোটোদু খুনগৎলগা মুন্না য়েংলম্মী। নুপীমচাদু য়াম্না ফোটোজেনিক ওইবা ফোটোদা তারিবা মাগী মমিদু অদুক্কী মতিক নীংথিজরম্মী। মায়থোংদু মযা উরপ তৌনা মোমোন-নোকপা শকফম্নি। মমিৎনা নোকপা অউবা খুদিংবু খৌরাংনা কৌবা মানবা মাগী শকফমদুদা মোহেন ইনখৎলকপগী নুংশি নুঙোনগী মতম, য়ৌরকপসিদা থোইনা-হেন্না ঙাওজরম্মী। ময়ুম, য়ৌবগা ফোটোদু মাগী কাদা মতোমতা থরায়তানা পুশিল্লগা য়েংজরম্মী। মানা নাকন খুদিংমক্তগী লৈয় লৈয়দুনা য়েংবদা ফোটোগী নুপীমচাদুগী মিথয়েংদুনা কোয়তান-তান্নদুনা য়েংবগুম খঞ্জরম্মী। মা অমমমতা ওইনা য়েংবা হৌরক্লম্মী। শাংতক তাবা ঙকশমদুগী হেক লৈখৎলকপদা খদাং, ওঙ্গোক্লা থোৎনা-মেংনা নীংথিজে, খিত্তং অমুক কাখৎলগা চিম্বাল অনীদু, মদুগী মরক্তা অঙৌবা য়াগী পরেং, তুমতক তারিবা নাতোন, য়েংবগী পেনবা নাইদরে। কোইরাওনবী মিৎস্না অনীগী মথক্তা লিরুংগী মওংগুম্না পীশুম্ অনীদুনা শুক্লপ তৌনা মাবু লংনবগুম্ লাইবক ময়ায় চানা য়াম্না পীকপা বিন্দি অমসু নম্লি। হাইদোরকপদা য়াম্না চন্না পীকত্ক তৌবা নাইন অনীনা নীংথিরবী না অনীদুদা য়েংবগী পেনবা নাইরমদে। শমফাবী অনী

অমসু লুমাংগী নাক য়েত্তা চেৎনা ফাবি। মোহেন ফোটোগী শক্তমদুবু মুন্না য়েংজরগা মাগী বাখলদা অহীং নুংথিল, তুম্বা চাবা খুদিংমক্তা আর কে লেম্বীস্নাগী ফোটোদুতা উদুনা লৈবে। মাগী বাখলদা মা নুপী মচাসিগী লৈকায়, খুঙ্গং, মমা-মপা মুন্না থিন্নগা অমুক্তং মশক খংদোক্লগা মমা-মপাদবু হায়ববসু য়ানবা ঙাংনবগা মাগী ওইগে হায়না চপ য়ুংখ্রে। মোহেনগী মপা ইদুকেসন ইউগী ডাইরেক্টবনি, মমানা কলেজগী সেনিয়াব লেকচববনি। মথক্তা মচে অনী লৈ। অমদি ময়ুম পানখ্রে, মোন্দাকিনি কৌই। হায়াব সেকেন্দবিগী লেকচবব ওইবি। মচা অনী শুবে। মচে অমদি এম· এ তম্নি ইংলিসতা, মমতা কৌই। মোহেন মচে অনীগী মখাদা তাংনা মতোমতা যাওজবনি। মমা-মপানা লুনা তৌবগী মথক্তা মচে অনীনসু লুনা তৌই। মমাদা কন্না ঙংবদগী মোটোব সাইকল অমসু লৈদুনা মদু তোংলগা নুংতিগী কলেজ চথলি।

মা হান্নদি নুপী নহাগী বাখলদা থোইনা পুক্নিং চংলুদবনি। অদুবু শুম থোকউ হাযবা তাঙ্গা অমদগী আব কে লেম্বীসনাগী ফোটো খুল্লুবা নুমিত্তগী মাগী থম্মোইদা অপাম-নুংশিগী মুথৎপা বাবগদবা মমি অমা তাখিবগুম্ তৌরে। মাগী মোতোব সাইকল তোংদুনা মনিপুরুগী কলেজ, হযাব সেকেন্দবি অযাম্বা মমান্নবা বোবীগা নুংতিগী হৌনবগা তোয়না চত্তুনা মাগী ফোটোগী নুপীমচাদু য়াওব্রা য়েংবদা মিথলি চোকথরক্লে। থাও লৈনবা মমাদা পৈশা নিবদা মমানা "অঙাংনং হেনমগ্লেকো" হায়না তোয়না চৈবা হৌরক্লে। টিউসন্নি হায়রগা টিউসন্দি চত্তুনা লৈশাবী ময়াম্ তম্বা কোচিং ক্লাস মফম্ থিরগা লেম্বীসনা য়াওব্রা, মদুদা মাবু তন্নমৃগদ্রা হায়বগী বাখলদা নুংতিগী ঙাওবা হৌরক্লে। মতম্নদি ঙাইবীয়ু য়াদবনা টুরেলফকী পরিক্ষা মতম য়ৌবক্লে। মানা খল্লি, "কবিগীনো ঐনা অসুক বানা মতম চংনা থিবকপসিদা মাবু নোংমতসু মফম অমদা উহনবীদ্রিবসিবো, ঈশ্বরসিবু লৈত্রবজাৎলা? নত্রগা মানা পামজরিবা নুপীমচাসি সংসাব থাদোকখ্রবজাৎলা? নত্রগা লাইবিক তম্বা তোকখ্রবজাৎলা?"

মানা য়াম্না খঙ্গবদুদা নোংমদি নিদ্রা লাইবেম্বীনা তুমথবা হৌকগ্ন মাবু মখুৎ শমদুনা বারুনী কাবা পুবীবে। মযাম চৎনবিবা মীয়ামদুগী মবক্তা মোহেন লেংবান্দা বেগ অমদা চানবা খরা হাপচিল্লগা লাকপনা বারুনী চীঙখোঙ য়ৌরক্লে। গৌরনাগর য়ৌরগা নোং-নুংশিং কন্না শিংকৎলক্তুনা জগোই রাস তৌরিবা মফমদুদা ঙাইহাক চংশিন্দুনা নোং-নুংশিং নেমথরকপা ঙাইরম্মী। নোং খরা কন্না চুরক্তুনা মাস্তেপ-জগোই রাস তৌরিবা মফমদুদা মী য়াম্না থোমজিল্লক্লে। মশা-মউসু লোইনা চোৎনরে। নুপীমচা অমা লম্বী অঙম্বা, মীয়াম্না চৎপদুদা য়াম্না নানবদুদা নাম্বুদুনা তুবা উরম্মী। মোহেন চেঞ্ঝোক্তুনা নুপীমচাদুগী মখুৎ-পায়রগা চিংখৎলম্মী। মকোক খুম্নিবা নোংনা চোৎলবা

ফিদু লৌথোক্লগা মাতোপ মচিদুদা শুমদোক্লম্মী। হান্নদি মোহেন মুন্না য়েংলুদবনি। চুন্না তুবদুদা মতেং পাংলুবগী বানি। মাতোপ ময়াগী জেনরেটরগী মৈঙানদুদা নুপীমচাদুনা মকোক কুপ্লম্বা ফিদু লৌথোক্লগা শুম্বদু উক্লবদদি মোহেন মানা কন্না বানা তুম্বা-চাবা, অহীং নুংথিল খংদনা ঙাইজরক্লিবা আর কে লেম্বীসনা ওইরম্লে। মাগী লেংবান্দা য়াম্লিবা তাবেলদু মশা-চোৎলিবা মশম, চোৎলিবশিংদু তৈথোক্লবা পীরম্মী। নুপীমচাদুসু করিসু চিংনদনা লৌরগা তৈথোক্লম্মী। তৈথোকপা লোইরকপদা, মোহেন্না মাগা হান্না খংনরবগুম, মাগা লাকমিন্নবা খোংলোয়গুম্ "নশাদু চা অশাবা অমত্তং থক্লবদি ইংবদু খরা ফগনি, চা থক্লসি" হায়বদুদা নুপীমচাদুসু য়াদুনা মাগী মতুং ইল্লক্লে। মীনা কুক্ কুক্ ইন্নবদুদা মখুৎতু শন্নগা পায়নদুনা চা য়োনফম্ হোটেল য়েংলক্লে। নোং-নুংশিংশু নেমথক্লে। মতম খরা থুপচিল্লুরবা হোটেলদু নোং হাংখিবদুদা অমুক পুথোরক্লুনা চা লোনবা হৌগংলক্লে। চা লোনবা লোইদুনা মোহেন্না মখুৎনা লৌরগা গ্লাস অমা লেম্বীসানাদা পীরে। মাসু অমা লৌরগা থক্লে। চা থকপা লোইরকপা মতমদা নুপামচা অনীগা, নুপীমচা অমগা লেম্বীসনা মাংখ্রে হায়দুনা কোয়থি থিরক্লম্মী। মাদি নীঙাইদনা মোহেনগা চা থক্লুনা লৈরম্বদুদা য়াম্না ঙক্লম্মী। নুপা অমা চংশিল্লক্লগা চৎশি লাকও হায়দুনা মখুৎ পায়রম্মী। মোহেন্দু শাউনীংলম্মী। "ঙাইখো ভাই! ঐসু চৎমিন্নসি" হায়। "য়ারোই, নং কনানো নশক খংদে"। লেম্বীদি ঐখোয়গা লাকমিন্নবনি, নং য়াওবা য়ারোই হায়রে। মোহেনসু ফুক্ হৌগংলগা লেম্বীগী মখুৎ নাম্মা পায়রগা চিংলম্মী। মদুদা নীপাদুনা মোহেনগী মমাইদা কিন্না থিল্লম্মী। মোহেন য়ান্না শাওনা য়া! হায়রগা নীপাদুদা মখোঙনা কাউরম্মী। মানা মখোঙনা কাওবদুদা মানা তুল্লিবা কাংথোনগী মনীঙ থংবা মমাইদুদা পাল্লম্মী। মদুদা মখোঙদু নামনখিদুনা মিকপ থোরক্লম্মী। মা হৌগংলগা ফমুংদা ফমদুনা হৌখিবা, বারীশিংদু অমতা চিংথদনা নীংশিংলম্মী। মা থাংগৈ শেংনা অহীংদুদা মৈ থাংগংলগা লেম্বীগী ফোটোদু পুথোক্লগা য়েংলগা কপ্লম্মী। মানা খল্লি "নোং-নুংশিং অদুক য়াম্না কনবা বারুনীগী অহীংদুদা মাবু নুপা অদুনা মখুৎ শন্নগা ইচোৎ চোৎনা চীঙদু কারমগদ্রা, নীংথিনা শেন্নরমগদ্রা? মাগী চোৎলবা মশম, নীংথিরবী মায়থোং, মশা-মউশিংদু মোহেনগী টবেলনা শেংনা তৈথোকখিবা। মোহেন্না হায়বা খুদিং হরাউনা তাদুনা মাগী মতুংদা মখুৎ শমদুনা মীয়াম্ মরক খায়দুনা চা থকফম তানা পুখিবা। হৌজিক্না মপুং-ফাদনা লোইশিনখ্রবা মঙলান্দুবু কয়াদা মানা পাম্মুজখিবা। তাইবংদা অসুন্না ওইরম্লবদি কয়াদা ঐনা নুঙাইজগবা? ঐবু মাবু অমুক্ উদনা মরক মরক্ মঙলান্দা মপুং ফাদনা ঙাইহাক্তং লাক্লম্লগা থম্মোই মচেৎ তাহল্লম্লগা অসুম্ তোক্পদা তারগদ্রা? "হে ইশ্বর ইবুঙো! উহনবীরোইদবা লৈরগদি করিগী নুংশিবী মাগী শক্তম্না মোমোন নোক্লুনা লম্বী সোরোক থক্লুদা নীঙাইদনা ঐবু য়েংদুনা তারল্লিবা!

করিগী লম্বীদা তারম্বা ফোটোবু থবায় মিরেলনি খল্লুরিবা।" থাদবা য়াদবনা পরিক্ষাদি থাখ্রে। মমা-মপানদি মচাবু দাক্তর, ইঞ্জিনীয়ার তমহন্নীংলি। মাসু হান্নদি খঞ্জনম্বনি, অদুবু খংহৌদনা লেম্বীন্নাগী ফোটো খুল্লুবা নুমিত্তগী মাগী ৱাখল পুক্লিং লোইনমক লেম্বীন্নাগীদমক কংথোকখ্রে। পরিক্ষা হায়দোরকপদদি নুংশি-নুঙোলগী ৱাখলগা লাইরিক লাইশুগী, মহৈগী লম্বীগা য়ুম্বানবগী লম্বীগা পুল্লিন্নবা নুঙাইতবগুম্ মরোল থোরক্লে, মোহেন থার্দ দিবীজনদা পাশ তৌরে। মমা-মপা লোইনা নীংবা কায়রে। মরম থিরক্লে। মাগা লুনা তিন্নবা মমান্নবশিংদা মানা অসুক য়াম্না শোন্না পাশ তৌরকপগী মরম। মমান্নবা বোবীনা তম্বদগী তারে। মা নুপীমচা অমগী ৱাখলদা কন্না ঙাওরি। "কনাগী মচানো? করি লৈকায়দৈনো, ইমাদা মশক্তু অমুক্তং তাকউদনা?" "মানা ঙাওরিবসি মশক উরগা ঙাওবা নত্তে, ফোটোদা ঙাওবনি।" "ফোটোদি কদাইদা লৈ?" "মানা মী অমত্তা উহন্দে, লোন্না মতোমতা তুমিন্না থম্বনি। ঐঙোন্দা ফাওবা তাকথোক্তে, চুন্নগী মানা চংশি-চংশি হায়বা মফমতমক চংলগা মানা য়েংলগা য়াওদ্রে, য়াওদ্রে হায়দুনা হল্লকখিবা ঙাক্তনি।" "ইস! অদুদি করম তৌগনি, য়াম্না লুরিবা বানিনে?" "অদুনি ইমা শিখ্রবা হায়বসু খংদে। মানা ৱাজরিবসু শিখিবা অমগী ফোটো ওইরমগদ্রা অসিদনি।" মমানা মাগী লাইরিক, অরু অরুবা বেগনচিংবা কয়াদা মানা লৈত্রিঙৈদা থিবা য়াবা থিরে, অদুবু ফংদ্রে। য়াওশং লোইখিদুনা বারুনি নক্শিল্লক্লে। মোহেন্না খল্লি, নোংমা মাগী মমঙদা উখিবা, থেংনখিবা মফমদুদা করিগুম্বা লেম্বীসানাসু লাক্লবদি, অসি খন্না মা বারুনি কাবা লাক্লে। মাগী মমঙদা থোকখিবগুম্ নোং-নুংশিত্তি হৌরক্লে। মানা খল্লি, -"ও! তৌবগীদি মওংদি মাগী মঙলানগীগা য়াম্না মান্নবগুম তৌরি। মা বেগসু পুই, তরেলসু পুই। গৌরনাগরগী জগোই রাস মফমদা মান্তোপকী মতাইদা লেপ্লগা লেপ্তুনা কানরক্লিবা মীয়ামদু য়েংই। মাগী মঙলান্দা থোকখিবা নুপীমচা অমা অনানবা লম্বীদা তুবদুদি শুকউ উদরে, তুবসু অমত্তা য়াওদরে। মাগী পুক্লিংদা য়াম্না ৱারৌবা হৌরক্লে, মঙলানগা মান্নরক্তবদুদা। ঙাইহাক অসুম, য়েংলম্বদগী নুপীমচা অমদি তুরে। মা থুনা চংশিন্দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎকে তৌরুবনি। নুপীমচাদুনা য়ানি হায়রগা মাগী মখুত্তা পায়রক্লে। মা ইকায়বা অমা য়াওরে। য়েংবা য়াবা, ঙাইবা য়াবা ঙাইরন্নবা তুংদা ময়ামগী মতুং-ইন্দুনা মা-লেম্বীসনা থেংনদনা বারুনি কুম্নক্লে। ময়ুম্ য়ৌরগা অরেম্বগী কাজরুরে খন্দুনা ফমুংদা চংলগা পোথাখ্রে।

নোংমা চৈরাউবা য়ৌরক্তুনা, চৈরাউবা নোংঙানবদা মমানা মচানুপাদা "ইবুঙো! মোহেন ঙসিদি নংগী মামোখোয়গীদা ফি থিনবা চংতবা য়াদে। নংনা মারুতিসি খরা থৌরগা ইমাগা চংলুসি!" মোহেন "হোয়-হোয় ইমা!" হায়রগা মমা-মচা মমাগী মপাম

লিলোং চজিং তাম্না মারুতি কার থৌরগা লাকই। মমাগী মপাম মাগী মামো কনহাইখোয়গী থোংগাল য়ৌদুনা গাড়ী থাম্মী। অতোপ্পা মারুতি কার অমসু মখোয়না থাম্লিবা থোংগাল অমা হেন্দোক্লগা থাম্মী। মখোয়সু মপামদা লাক্পা মাল্লি। গাড়ীদগী কুমথরক্লিবা নুপীদু চহি ৪০ গী লোন ওইগনি। শোয়দা মোহেনগী মমানা গাড়ীদগী কুমথবগা অতোপ্পা নুপীদুসু মখোয়গী গাড়ীদগী কুমথবগা চপ মান্নে। মোহেনগী মমানা নুপীদুদা "হৈমা। লেম্বীসনা নংসু লাক্রম্মীব্রা?" মোহেন মমাগী মিংগৌদুদা শ্বাই লাওই, মমাই লৈদুনা য়েংলুবদা মানা মতম কুইনা লোত্তুনা থমজরিবা লেম্বীম্নাগী মুর্তিদো মমাংদা লেপ্লরিবা নুপীদো শোয়দ্রে হায়বা চপ য়ুংনা খনখ্রে। লেম্বীসনাবু অমুক্তং উরবদি হায়না মতম কয়াগী মমাংদগী লাইনীং ওইজরক্পা ঙসিদি উজরে। মা ইকায়বনা লেম্বীসনানা মাবু হাম্না মশক খঙবগুম, মতোমতা খল্লুরগা পংইক্তা ইকাইজরে। লেম্বীম্নানা মমাদা "ইচেগী অঙাংলা পাখঙ ফারেনে, ইবুঙো নংদি ক্লাস কয়া তল্লে?" মোহেন ইকাইদুনা খুম্বদু বানা থোক্রম্মী। অমুক্তং উরবদি পেন্না য়েংজগে খনখিবা মাগী থম্মোই কিরমাল্লে, আ মনুংদা থুপচিন্দুনা লৈখ্রে। অসুম্না মমা মচা মাগী মামোগী য়ুমদা চংলগা মামোগী ফি কংথলম্লগা য়ুমদা হল্লকখি।

অহিংদুদা মমা-মপাদা মশা পুম্বা শাংনা তিংথোক্তুনা দন্দবত তৌনা কপ্লগা খুরুম্লগা ইমা-বাবা নচা খলহৈদবা ৰাখল'মদা খন্দুনা মতম মাংলুরে। ঙসিদগী অমুক কন্না হোৎনরগা ইমান্নবা ময়ামদগী হেন্নবা থবায় য়াওনা লাইরিক্তা পুক্লিং চংজরগে। মমা-মপানসু বর পীবীদুনা মথংগী চহীদা অমুক্কা টুৰেলফ থাদুনা পোজিসন ফংদুনা ডাক্তর তম্বগী সেলেক্সন ফংদুনা মমৈদা ডাক্তর ওইদুনা মমা-মপাগী নীংবা থুংহনখি।

তাং ১১/৫/২০০৩

# অয়ুক্কী নোংহৌ

নীঙরৈঙম্ মশু নুপা নোংথোন পুদুনা উখুলদগী বস তোংদুনা ইম্ফালগী কৈশামথোং তোপ্ লৈরক তানা অৱাং বীওসিদগী রিকসো অমা ৱায়রগা মদুদা খরা থিনবীনবা হায়নরগা লাকই। তোপ লৈরক্তা রিক্সোদু থৌজিল্লকই অদুগা মাইবম্ নবকুমার ইনসপেক্তর ইম্ফাল ৱেস্টকী পুলিস স্টেসন্দা থবক পুবা পুলিস ওফিসারগী ময়ুম হংলগা গেৎ হাংদুনা চংলকই। নবকুমারগী নুপী রোমা থোরক্তুনা কনা উনবীগদবনো, করি থবক্কিনো হংই। নীঙরৈঙম্না নবকুমার সাহেব অমুক্তা উনগে মাবু লৈব্রা ইচানুপী? লৈ-লৈ ইপা- হায়রগা শোমদা ফম্বীয়ু হায়দুনা শঙ্গোয়দা থাদুনা লৈরিবা ফালদুদা ফমহল্লি। অঙাং নুপীমচা চহী মঙাগী অমসু মাংগোলদা লাইরিক পারি। নবকুমারদু মাগী নুপীনা পাউ পীরুদুনা মপালদা থোরক্ই। শঙ্গোয়দা ফম্লিবা চীঙগী অহল অদুগা মশু অদুগা উবদা নবকুমার মবুক্তা খংনীঙ্ নীংশিংলকপগুম্ চহী তরেৎ-নিপাল উরুদ্রবা অহল অমদি য়াম্না পীকহৌরিবা মচানীপা নোংথোম্নি হায়বা খুদক্তা ভাব তারক্খি। অহন্দুনা মচানুপাদুদা মপাদা খুরুম্হল্লি। মপানা য়ারে, য়ারে হায়। মাগী নুপী রোমানা অঙাংদুনা মাগী মপুরোইবদা খুরুম্বদু লাপ্পা উই। করিনো মখোয়না তৌরিবসিবু, ঐদি মীফা-মীপুনগী থবক্কী ৱানোম্বা লাকপ্রা হায়রগা খুরুম্নদুনা তৌরিবসিবু করিনো খল্লি।

নীঙরৈঙম্না হায়রকই, - "ইবুঙো সাহেব! নচা নুপাসি ঐনা য়াম্না লুনা য়োকপনি, মাগী মবোক্লসু য়াম্না লুনা তৌবীবনি। অদুদা ঐগী ইচানুপা য়াইমদু 'নীঙ্অতে' কৌবদো

মাগী মচাগা তত্তনা খৎনবা, মচাগা খৎনবা ওইরবদি ফগাদবা, মপাসু য়াওনা মীতে মচা চীঙদা থন্নগা ইপানা মথৌসু লৈতনা মীচা য়োক্লগা ঐখোয়গী পৈশা য়াম্না মাংহন্রে, মপাগী মনাক্তা থিনখ্রো হায়দুনা তত্তনা ঙাংবা। অদুগা মানা ফুবদা ইশুসি নোংমেদি য়ুমদা হুন্নত্তবদা ঐনা মতম্ চংনা থিবদা আদা পামগী শঙ্গা তুমদুনা লৈরম্বদা ঐ য়ন্না কপখ্রবনি। তু-দাকসি য়েংউ, মানা য়ু থক্লগা ফুবগীনি হায়দুনা নংগন্দগী দাকতু ফুরিৎ তাখৎলগা য়েংহল্লি। মমাসু লাপ্না ময়ুম্ পানখিবনিনা উনদ্রে, অদুগা মবোকসু শিরেদো অদুনা মাগী মী লৈতবগী সিদা থিল্লকপনি। ঐসু মরক-মরক্তা ইশুগী চানবদি অদুম্ খরা-খরা থিল্লকেদা। নবকুমার অহন্দুগী বাঙাংশিংদু মুন্না তারুরগা মচাশি মানা য়োকপা তারে, অদু ওইরবদি মাগী নুপী রোমাদা করন্না থেন্নগা ভাব তাহনগনি খল্লি। অহন্দুনা অদু ঐদি ঙসি অমুক্ খুন্দা হনগে খল্লি, সাহেবনা করি খল্লি? ফরে, ইপা য়ৌবীরো হায়রগা অহন্দু চৎনবা হায়রে। মপু-মশু য়েংনরগা মপুদো থোঙ্গাল হাংদোক্লগা থোকখ্রে। শঙ্গোয়দা মপা-মচা ঙাইহাক বারী শানদুনা লৈ। মপানা, - "নংদি ক্লাস কয়া তন্নে?" "ক্লাস-টু"। "ইচাবু মখোয়না য়াম্না ফুব্রনে?" মচানা, - "খৌটেনা শান্নবা খুদিংগী ঐনা ঙন্নবসু মপাদা মানা ঙম্মী হায়রগা য়াদ্রগা হেক্তা মপাসু-মমাসু ঐবু ফুই"। সিদগীদি ইচাবু ফুররোইদা, হায়রগা মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা পুশিল্লকই। মাগী নুপী রোমানা, - "কনাগী অঙাংনো সিবো"? মপানা মচানুপাদা ইমা কৌরগা খুকম্মু হায়। মচাদু ইমা হায়না খুরুম্মী। "করিনো মোয়-বা?" "ঙমজবোইকো মীগী মচাগা য়োকপা?" ঐদি ইপামদা চৎখিনি হায়। ঙাইহাক্তুদা অয়ুক্তা খংহৌদনা হৌবকপা নোংহৌগুম্ মাইগৈ পুম্বা মমশিনখিবগুম্ নবকুমারগী বাখলসু পুম্মম্ মমশিনখি। বোমা থুনা য়াংনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মচানুপী পুরগা রিক্সো অমদা বেগ অমদা করি করিনো খরা হাপ্লগা মপামদা চৎখ্রে। নবকুমার ফুম্বংননা করিমত্তা হায়বা ঙমজদনা লাল্লুরবনিনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌরে। মপাম্ য়ৌরগা মপুরোইবদো হান্নগী তাংখুল নিঙোলগী মচা অমা পুদুনা লাকহৌরে, পুন্না লৈমিন্নবা তারে; ঐদি চীঙমী মচাগা য়োকপা ঙমজরোই হায়দুনা মনম্মা ময়াম্ কৌথোক্লগা লোইনা তম্নুরে। মবুং অহনগী নুপী লৈমহন্না মাগী বাদু মুন্না তারগা মচন-নুপীদা; - "হায়। রোমা নংবু নচা নুপাসু য়াওদ্রে, অঙাংদুনা ফরবদি নংগী ওইদৌরিবনি, নীংথিনা থেন্নগা লুনা তৌবীরগা হয়েং মমা-মপাগী অরোইবা শেবদি মচা নুপানা তৌগদবনি। নচা নুপীদুগীসু শেন্নবা মবুং অমদি লৈরেদনা। মমাদুসু অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম্ পানখ্রবনিনা অমুক নঙোন্দা য়েংলরবোই। অঙাংদুনা চীঙগী লমদুদা মাগীনি হায়বা কনা অমত্তা উদনা কপ্তুনা লেল্লমগদবদো খল্লুবদা নংবু নুংশিদ্রা? মচাশিংবু নুংশিনা লুনা তৌবীবা হায়বসে মমা ওইবীশিংগী অথোইবা গুন্নি। নংনা চাদ-লৈতদুনা য়াম্না নংই হায়বসু নত্তে। নংনা অদুন্না তৌরগা অঙাংদুনা ফত্ত-নুংদা থোক্তুনা

লম্বী লান্না চংথ্রো মাগী তুংগী পুনসিদা কনাগী মচানো খিনরক্পদা নংগী নুপা নবকুমারগী মচা নত্তে হায়বা য়াগদ্রা? অদুগী শরুকপুদি লুনা তৌবীরগা নীংথিনা শেম্বীদুনা মীনা নংগী অশেংবা মচাগুম্ উনবা হোৎনৌ। পুন্নমকসে নংগী বাখল-পুকচেল বাঙাংদা লৈরে। নংবু ইবেম্মা। অঙাং ওইরিঙেদা অঙাং য়াম্না লুনা-চান্না তৌবদাইনে? পংগনুকো চৎলো। মীনা ঙাংবা লৌরুগনু, মীবা তারুগনু" হায়দুনা ফজ-ফজবা পাউতাক পীবদগী রোমা ময়ুমদা অমুক হল্লক্লে। মা মহৌশাদগী মনম্মা অহন্না হায়বদি লৌবনি।

মানা ঙসাই শাউনা চৎখিবদু অঙাংদুগী মবুক্তা লোইনা ফাওখি। চীঙ্দা মাগী মাম্মা, মনে, মনেগী মচানা তত্তনা য়েংখিবা মিৎয়েংদুনা ফত্তবা মীগী মিৎয়েং-বাঙাং মাসু চহী নিপাল শুরবনিনা খরদি ভাব তাজরে। মপানা তল খর লৌহল্লুরগা পীজরম্নগা নীংথিনা লৈরম্মুকো হায়রম্নগা ওফিসতগী গাড়ীনা লৌবা লাক্লুনা মপাদি ওফিস কাখ্রে। ইমুংগী কোল-লিক অমোৎ-অকায় শেংনা ফেংদোক-শেংদোক্লুনা বায়-রম্ ফজনা তৈথোক্লগা মচন-নুপীগী লাইরিক্ অমা লৌরগা টেবল চৌকিদা ফম্নগা লাইরিক্তু পাদুনা লৈ। রোমা মচানুপী পম্নগা রিক্সোদগী কুমথরগা বায়-রম্ তৈথোক্লগা ঈরুজথোক্লগা টেবল-চৌকিদা লাইরিক্ ওরাইদুনা লৈরম্বদু উবদা ঙসাই মনম্মনা হায়খিবা মাগী কনা লৈজদ্রবা, মমাসু অতোপ্পদা ময়ুম পানখ্রবা অঙাংদুবু লুনা তৌরগা নংগী ওইনবা মীনা অপোকপা মচাগুম্ উনবা হোৎনৌ নচা নুপীগীসু মবুং অমা লৈজরেদনা হায়খিবা, মানা তৌরম্লিবা থবকশিং উবদা অঙাংসি অবাবা খাংলক্লবা অঙাংনি হায়বসি ভাব তারক্খি। রোমা ভাব তাদবী নুপীদি নত্তে। মানা অহানবদা য়াম্না শাউনীংলুবগী মরমদি মপুরোইবগী হান্নগী লমচৎ মানা খংলমদবদুবুনি। মাদি হান্না নুপী অমা থিরম্লে হায়বদি খংলুদবনি। মসিদি সমাজসিগী চৎনবীনি, শাউফমসু থোকইবনি। পন্নিবা মচাদু থম্নগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা চাক-থোংনবা হোৎনখ্রে। মচা নুপীনা লাইরিক্ পারিবা নুপামচাদুগী মনাক্তা চংলগা; - "দাদা নঙগীদি লাইরিক্ লৈজদব্রা?" "ঐগীদি আদা খুন্দা লৈহৌরে, ঐগী ইপুনা পুরক্কনি।" "দাদা নং ঐখোয়গীদা লৈদোইরা?"- "খংদে" খুমই। - "দাদা নংসু ঐখোয়বাদা বাবা কৌব্রা?" "অং"। - "নংগী বাবা অমা লৈতব্রা?" - লৈতে"। - "দাদা নখোয়মাদি?" - "খংদে"। - "দাদা নংসু ঐখোয়মাদা ইমা কৌদোইরা"? - "খংদে"। - "অদুদি দাদা নং ঐখোয়মাদা ইমা কৌবো"। দাদা কৌরো; ঐসু কৌরিসিদি। "অদু, নখোয়মানা শাউরক্অদি?" "ঐ হংবীগে, শাউরোইয়ে কৈগু।" ইমা। দাদাসি নঙোন্দা ইমা কৌহনসিকো। য়ারবা, য়ারবা হায়রগা মম্মাগী নংগন্দা পোপ্-পোপ্, থারম্মী"। মমানা হোয়য়ে, কৌহনসে। য়ারে, য়ারে, হায়রগা লাউরগা মবুংগী মনাক্তা চেল্লক্ই। "দাদা নঙসিদা লৈরো, ঐখোয় অনী লৈমিন্নসি, ঐগীদি শান্নমিন্নবা ইমান্নবসু

লৈতে"। "বাবানা বোর্দিংদো থিন্দ্রদি লৈমিন্নসি, থিন্নগদি খংদ্রে"। মখোয় অনীনা শানরিবা বারীশিংদু তারক্লগা রোমা মবুক্তা অঙাংশিংগী মবুক্তা অচম্বা অরুবা বাখল মচু শঙ্দ্রিবা অশেংবা মমি অমা তারিরদো উবগুম্ তৌই। চীঙ্গী লোক্কী ঈশিংনা অঙম্বা চীঙদগী তরু-তরু লুনা চুমথ্রিং থুনা য়াংনা চেম্বরক্লগা তমপাক য়ৌবগা খরা চাউবা ঈচেলদা পুনশিনখ্রগা হেন্না মোংপা ঈচেলদা য়াওখি। চীঙ্গী লোক্কী ঈচেল মচাগুম্ নোংথোনগী থম্মোইগী ঈচেলসু মচু শঙ্দ্রি, অনৈবা ঈচেলগা থেংনদ্রি, মমাই চুম্বা য়াখিনি।

নবকুমার ময়ুমদা টেলিফোন তৌবকই। বিংদ্রু খবা শাংনা খিংহল্লগা রোমানা পায় - "হল্লো। রোমা। নঙ শাউদুনা চৎখিবদুনা ঐ ওফিসতা থবক শুফম্ খংদ্রে। অঙাংদুবু য়ুমদা লৈব্রা? অমুক্ মফম্ খংদনা চৎখিদুনা মাংখ্রবদি ঐবু মীনা ফজনা ঙাংনররোয়। নঙ হল্লক্পা য়াম্না ফরে; ঙসি অহীংসিদং লৈহল্লগা ঐ মাবু বোর্দিং স্কুল অমদা থমখ্রগে, নঙনা মদু ফাওবদংদি নঙগী য়ুমগী মীদা পাউ তম্বীরুখিনু। ঐবু নখোয়গী ইমুংগী মীনা ঐগা লুনা তিন্নরকপা মকপ্ (ইবাই) কেশো লোইনমক্লা য়াম্না লাম্না লৌখিগনি; নংনা চানবীদুনা মদুমত্তদি ঙাকউকো"। রোমানা; - "মোয়বা। চাকতি?" "ঐ চাক্কা চাররোই, ঐনা হায়বদো কাউনুকো! থম্মে।" নবকুমার মাগী নুপী য়ুমদা হল্লক্লে তাবদা মাগী বাখল খরা নুঙাইবে। মাদি মপামদা চৎখিবদু হল্লক্লবদি করম তৌসিগে খল্লুরবনি। মাগী মরুপ্ অমগী ইংলিস স্কুল বোর্দিং য়াওনা চলাইরি হায়না তাখি। মা মদুদা মাগী গাড়ীদা ইস্কোর্দকা লোইননা চত্তুনা ঙাংনকরে। মরুপকীবু তঙাই ফদবনি তৌদবা য়াব্রা হায়না হরাউ-হরাউ য়াবীবক্লে। মাগী পুক্নিং বাখল খরা লৈতারে।

শোমদা রোমা চাক থোংবা লোইদুনা চাক থিবে। পুখম মচা অমদা নোংথোনগী চাক থিবীরে। চাক চাররো হায়বদা ঙসাই অযুক মমানা-মা উবদগী শাউদুনা মচানুপী পন্নগা চৎখিবদুদা মাবুদি মমানা নুংশিবীগদবা মান্দবদুদা ঐদি বাবানা তল লৈরগা পীজরম্মে, চাদসু য়ারনি হায়না খুমলে। মচন নুপী প্রিতিনা দাদা লাকও, চারসি লাকও হায়দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংলুরি। অঙাং মশেলদি বাখলদা অনৈবা ঈচেল য়াওদবনা কয়াদা থুনা নক্লখ্রিবা! মমাদি মানা ঙসাই অঙাংদুদা ফজদবা পুকচেল খর উৎখিবা মীগী মচা য়োকপা ঙমজরোইকো, বাহৈদুনা পল ওইখিদুনা থম্মোই অনীদুগী শম্বল বাংম-বাংমদা লেপ্তুনা পাক হেক নকশিন্নবা ঙমদ্রে। শোমদনা মপানা হয়েংদগী অঙাংসি বোর্দিংদা থিনখ্রগনি ঙসি অহীংসিদংদি লৈহনসি হায়রক্লি। ঐবু কয়াদা থুনা মীফত্ত তারবা! ইনম্মগী পাউতাকতু ঐনা হান্না ভাব তাহৌদ্রিবনা করিগীনো? ঐশিবু এমঃএঃ নিকো! লাইরিক্তি হৈরেগা লাইশু য়াওদবী হায়বদো তারে; পাউসিবু ঐগী ইপামদা তমখিনি হায়না মানা পাখৎচরি; অদুগা ঐনা থুনা চত্তুনা নংহৌরোইদবগুম্ মীপুম্ খুদিংগী মফমদা

অমত্তা চিংথদনা তমথোক্লুরে। পাউদু তাম্লগা মাংজরিবদি ঐ অমদি ঐগী ইপুরোইবা অনীদনি। মীনা ঐখোয়গী ইচা ফবা-ফত্তবদা করিসু মথৌ তাদে। ও। ঐসি খনথবদি ঝাংপা নুপীনিদা। অঙাংসিগী মবুক্তসু ঐসি মমা অতোনবী ফত্তবী ওইনা উথ্রবা। পূন্নমক খল্লুরগা অঙাংদুগী মনাক্তা চংলক্লগা ইবুঙো লাকও ইমাগা চাক চারসি। ঐ ইচাদা করিসু শাউদে; নখোয়গী বাবাদো ইচাবু নহান্না লৌবীরুদে হায়না শাউবনি হায়রগা থেম্বদুদদি অঙাংদু হৌগংলগা চাক-চাবা চংলক্লে। মচা-নুপী প্রিতি য়াম্না হৈ-শিংই, ইমা। ঐ দাদাগা চাগে হায়। মমাগী তেংকোত্তগী ঙা মতুম্ অমা লৌরগা মাগী দাদাগী পুখমদা দাদা শে নংগী শরুক্তি হায়না হাপ্পী। হরাউনা চামিন্নরে। চাবা লোইবগা মাগী চাবগী লুখাক-চাগুম শেংনা শেংদোক্লগা মনীংদা ফেংনবা পুথোকখ্রে। মমানা থম্মো। থম্মো। ঐ তৌবীরগে হায়। অঙাংদুনা নুংতিগী তৌরক্পনা ফেংলগা নীংথিনা চান্নগা পুশিন্নক্লে। মচানুপী প্রিতিনা ইমা দাদাসি মরম মোকইকো। চাক চাবা তোক্লগা মচনগা মবুংগা মীগা চীঙদা লৈরিঙেদা খংনবগী ঝারী শানে। মাগী মাম্মনা ফুবগী.দাক কোক্লিবা মনঙ্গন্দা চৈনা কন্দুনা ফুখিবগী দাকতো মচন্দা য়েংহল্লি। য়াম্না শাংনা হম্মু কেনখিবদা ঙাইহ্রি। "প্রিতিনা" ইমা। ইমা। দাদাগী মনঙ্গন্দগী দাকসে কিঁজেয়ে। মমাসু উরে, খল্লকই; - ওহোকপা হায়বদুনি, মীওইবগী পুকচেল, মাগী মাগী মচাদমক মচা ওইনা উবা মীগীদি নুংশিনা লুনা তৌনদবা পুকচেল অসিনা করম্না সমাজ অসিনা চাউখংকনি? রোমা অঙাং অদুনা ঝারমগদবা ময়ামদো খল্লুবদা মা য়াম্না নুঙাইরক্লে। মনম্মনা ভাবনা শারগা ঙাইহাক্কী মনুংদা মাগী মফমদা লিখিবা ঝারীদুনা অঙাংদুগী মফমদা লোইনমক চুম্না থোক্লরবা। মবুক্তা মনম্মগী থম্মোইবু থাগংচখি। শোমদা ঐনা অমুক্ মমা নত্তে হায়দুনা ইনথোকপীরবদি মাদি ব্রোকন ফেমিলিগী অঙাং ওইদুনা মপুক্সিগী মী ওইদনা পাংদবা মচা ওইদুনা মাংবা তারদ্রা? রোমা য়াম্না মুন্না খল্লুববা তুংদা অঙাংসি বোর্দিংদা থমহল্লরোই, মাগী মনাক্তা থম্বীরগা মচামক্তি খন্না-য়োকপীরগে খল্লে। পূন্নমকসি কন্নানা ওইহল্লি? মাগী মনম্মা অহল লৈমহনগী পাউতাক্লা মানা ওন্ন-তৈননা মীচা য়োক্লনু নংগী তুংগী লম্বীদা অকায়বা লাক্কনি হায়রম্রবদি মাগী ঝাখলনা অসি য়ৌনা খম্নরমগদ্রা? মফম্ মতম্ চাবা পাউতাকশিসু কান্নদবদি নত্তে, মসিনা মীবু মীনা ফহল্লি, মীবু মীনা মাংহল্লি হায়বদো চপ-চানা উথলি।

নুমিদাংবাই ওইরে, ইনস্পেটর নবকুমার পুলিসকী গাড়ীদা থিল্লক্কুনা ময়ুমদা চংলকই। অঙাং অনীদি মচন নুপীগী লাইরিক্ পাফম, কাদা মচন-নুপীনা মাগী শান্নপোৎ অরৈবা মখে লৌথোক্লগা পুথোক্কুনা য়েংহল্লি। মমাসু লাইগী ধুব-থাওমৈ থাগদবগী ঝায়-রম্ তৈদুনা হোৎনরি। থোইদোক্লা অসাওবগী মওংদি মান্দে। লাই খুরুম্বগী ধুব-

থাওমৈ থাবা লোইহরগা মপুরোইবনা ঙসাইসু চাক চাখিদবদুদা নুঙাইতদুনা থুনা চা কপ্ অমা লোল্লগা কপতা হৈরগা পুথোরক্লুনা মপুরোইবদা পী। নবকুমার চাদু লৌরগা থকই। মচা অনীনা লাংদুনা হ্রাউনা শান্নরিবদো তারগা মপৃক্লিংদা মাগী নুপীগী পুকচেল খরদি ওল্লবগুম, খল্লুরি। অদুবু অঙাংদুগী মরমদা মমাসু-মপাসু বা অমত্তা ঙাংনদে। মপৃক্লিংদা হোংলক্লিবা বাখলগী মমিদুদং তাবগী বানি। মচানুপী প্রিতিনা মবুংগী মখুৎ পায়রগা মপাবুংগী মনাক্তা মবুংদু পুশিল্লকই। বাবা! বাবা! ঐখোয় দাদাগী মনঙ্গন্দা মীনা ফুবীবগী দাকসি ঐদি কিজেঙো হায়রগা মবুংগী ফুরিত্তু তাখৎলগা য়েংহল্লি। মপাবুংনা ফরে, ফরে, বাবা হয়েং দাক কোক্লবা হিদাক লৈবীরক্লে, শান্নরুরো, বাবা ঙাইহাক্তা পোৎথাগে হায়রগা মফি হোংদোক্লগা ফমুংদা কাংখল থারগা পোথাখ্রে। ফমুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা হৌখ্রবা বারী অমা নীংশিংলকই। মপানা কাংখল থাদুনা সন্ধ্যাদা ফমুংদা চংখিবদুদা মমাদো নীংশা থিরক্লে। মাবু হকচাং ঙমদ্রবজাৎলা? নত্রগা ঙসাইগী অয়ুক্কী ঐনা মীগী মচা য়োকপা ঙমলোইহায়খিবদুদা অঙাংসিগী বাখলদা তৌফম্ খংদদুনা তৌরব্রা; ঐবু মঙোন্দা হংশিরা? ঙসাই অয়ুক্কী মাগী শাওবদুনা মা বা হৌদোকপদি পাক হেক ঙমদে; মচা নুপীদা প্রিতি। বাবা হকচাং ঙমদ্রব্রা, করি তৌরবগে ফমুংদা হিপ্লিববো অমুক্তা হংঙুচো! মচানুপী হৈশিংবী পরপ্-পরপ্ চংখিদুনা মশা নোমদুনা বাবা! বাবা! নং নারবো? হোই! হোই! নং নারবো? হৌগৎলো সে! হায়রুরে। মপাবুংনা হৌনা চৎলো! ফুরক্লুনা, হায়না কন্না লাউরকপদুদা মচাদু খংদুনা চেঙ্গোরকই। মমাদু বাখল ইনুংহেক নুঙাইজদে। রোমা নুমিদাংগী চাক-ঈশিং থোংনবা লাংবা হৌখ্রে। মানা খল্লি, হোরেন চাক চারিঙেদা বাসি হৌদোক্লগে।

নবকুমার মাগী হৌখ্রবা পুন্সিগী বারীদু অম্মুক্ মখা তানা নীংশিংলকই; - মা এস. আই ওইনা অহানবা থবক চংবনি। ট্রেনীং লোইবগা থা খরা ইম্ফালগী পুলিস স্টেসন্দা লৈরম্লবা তুংদা উখ্রুলদা পোস্টিং থারে। সেকেন্দ ওঃ সিঃ ওইনা চার্জ পুরম্মী। মশানা ইবা-খোৎপা হৈবা কেশ মুন্না খংবদগী কেশ অয়াম্বা মঙোন্দা পায়হল্লি। নোংমা নুপীমচা অমা মখোয়গী ইমুংদা মী ফুনরে খাম্বা ঙমদ্রে হায়দুনা কন্না চেল্লকই। থুনা লাকপীয়ো। থুনা লাকপীয়ো। শিনবা তারে হায়না পাউ পীরৈ। নবকুমার অতোপ্পা কন্সটেবল অনীগা মখুত্তা লিচৈ অমমম্ পায়রগা কন্না চেল্লকই। মচিন-মনাও অনী কন্না নম্নদুনা ফুনদুনা লৈরম্লে। নবকুমার; - "খৎনবা তোকউ! খৎনবা তোকউ!", অনীরক্ লাউই, তাদে। তাদ্রবদুদদি চংশিল্লগা লিচৈনা মথুন্দা কল্লগা খামদোক্লুই। খামদোকপা লোইহরগা পুলিস স্টেসন্দা ফাদুনা পুরক্লগা খংনবগী মরম্ হংলম্মী। মখোয় মচিন-মনাওগী লৌফম্ অমা মনাও নীপানা মীঙোন্দা বন্ধান থম্লগা গঞ্জা ললোনবগী

থবক তৌবদা গঞ্জাদু দিমাপুরদা পুন্না ফাবদগী পৈশা মাংদুনা লৌদু হন্দোকপা ঙমদদুনা মীনা লৌদু উখিবদুদা ময়াম্বনা শাউদুনা নংগী শরুক মীঙোন্দা বন্ধান থমগ্রবসু ঐগীদি লৌ-উনবা লৈতবনিনা হন্দোকউ হায়রম্মী। মনাওদুনা ঙমলোই, ঐ খংদে হায়না বাজাও ঙাংলম্মী। মদুদা ময়াম্বনা শাউদুনা নংনা ঐবু তাক্তনা ঐগী শরুকসু মীঙোন্দা পীথোকপা য়াব্রা হায়দুনা খরা ঙাংলুবদা ময়াম্বা হাৎকনি হায়না থাং পায়রগা ময়াম্বগী থোংদা থানো য়ানবা, থোং হাংদোক্উ নঙ হাৎকে হায়বদগী ময়াম্বসু ইমুংদগী তা অমা পায়রগা মনাওদু হাৎকে হায়না লাউ খোংদুনা চেহোরক্তুনা খৎনরকপদগী মী চেনশিন্দুনা খাম্বদা খুৎলাই মুল্লগা মখোয় অনী চেনশিন্দুনা কোন্নদুনা নম্নদুনা ফুনবদুদা মচন্না পাখৎতুনা পুলিসতা পাউ পীরবনি।

মখোয়গী বারী মুন্না তারবা তুংদা নবকুমার নীঙ্অতৈদা "নঙনা লানবনি, মীগী শরুকপু মপু তাক্তনা নংনা বন্ধান থম্লুবদু লাম্লি, ঙম্নবদি হন্দোক্লগা পীখ্রো" হায়রে। "অদু সাহেব। হন্দোক্লগা পীনবা লৈতদুনা লৈবনি, লৈরবদি ঐসু পীগে খনবনি। অদু খরা থাদোকপীরো সাহেব।" "হোরেন অমুক ফুনরক্লবদি?" "ফুনরোই সাহেব। ইচিল-ইনাওবু ঙাইহাক শাউনবগী বানি সাহেব।" হায়বদুদা অমুক্ থাদোকখ্রে। ময়ুম্ য়ৌবগা মচন্ নুপীনা পুলিসতা পাউ তম্লুবগী ফাবনি হায়দুনা মচন্দু চৈ অমা পায়রগা অমুক্ ফুবিরে। মচন্দু অমুক্ পুলিস স্টেসন্দা চেল্লক্তুনা নবকুমারগী মনাক্তা লোৎলরে। মবুংনা ফুবগী চৈফম্ ঙাক্তা ঙাইরে। নবকুমারনা খল্লি, অমুক্ ফারুরো অপং ফত্তনিনা ফত্তবা মী ময়াম অমা হৌনদুনা লান্দারক্লো মদুসু খন্দবা য়াদে। মচন্না তমদুনা মাসি নহারোলগী পাউশু খরা খরা পুবনি, মাগী মরুপ, 'মাশুন্ জাজো' কৌবা অমসু নহারোল য়াওরিবনি হায়না তাকথোক্লুরে। নুপীমচাদুনা "সাহেব। ঐ সাহেবকী চাক থোংবীয়ুরা করি তৌবীয়ুগে? ঐ সিদা খরা লৈরগা হোরেন ইবুং য়ুমদা শাউবা ফরগা চৎকে" হায়বদগী ফরেনে, চাক থোংবীরোনে হায়দুনা মাবু চাক থোংহল্লে। য়াম্না লুনা নাম্না থোংদুনা মখোয় মরিগী চাকলুক শেমদুনা চাহল্লে। মাসু চারে। নবকুমার ইচল লাকপসিদি ঐখোয়গী পুজারিগী থবক খরা কোম্লে। নুমিদাংবাইদু মপা লাক্তুনা মচা নুপীবু মবুং অঙাওবদু চৎথোক্খ্রে য়ুমদা চৎলসি হায়দুনা লৌবীররে। নীঙন্না মশক অদুম্ নুংশিবা চীঙ্গী লৈশাবীনি। মাগী চমজবী মতৌদুদা নবকুমারসু পুক্লিংদা নুংশিবা ফাওরম্মী। মথংগী অয়ুক্তা ফজবা লৈ খরা হেক্লগা পুরক্লগা নবকুমারগী ওফিসকী টেবলদা ফুল গ্লাস অমা শেম্লগা লৈশিংদু নীংথিনা হাপ্লগা থম্বীরম্মী। মতমদু নবকুমার ফমুংদা তুম্লি। "সাহেব। করিগী য়াহৌ থেংব্রা? ঐ চা লোনবীরমগে, নখোয় চা থক্রব্রা?" হোয়, হোয় লোনবীরম্মু হায়রগা-নবকুমারদু চাকশঙ্গু থোং হাংদোক্লবা কসস্টেবল লটিফতা শোদু খরা হাংদোকপীয়ু

হায়রম্মী। লটিফ (কোনস্টেবল) লিলোংদগী মবুক্ কয়া শেংফাত্তে মানা শোদু হাংলগা নীঙম্লানা চা লোম্লবা মৈ হৌগংপদু য়েংদুনা লৈরম্মী। মতমদো মী অয়াম্বা হৌনরমদ্রি। অয়ুক অঙনবদুদা নুপীমচা অদুনা নুপা ঙাক্তা লৈবা কাদুদা লাক্লগা চা লোনবীগে হায়রবদুদা খুদোংচাবা লৌনীংঙোইদবা কনা লৈগদগে? লটিফ নীঙম্লানা চা লোনবগী শীঙ্ উচান লৌথোক্লগা লৈরঙ্দা মৈ থাগত্তুনা চা লোম্লবা হোৎনবদু উরুবদা নহা ওইবগী বাখললনা নীঙম্লাগী মনাক্তা মী লৈতবা তাঙ্গা লৌরগা নীঙম্লা নংগী নশকসি য়াম্লা ফজেবো; ঐদি নংবু য়াম্লা নুংশি হায়রগা নীঙম্লাগী মশা শোক্লুরে। য়াম্লা শাওনা চৈরগা মতিল শিংলম্লগা নবকুমারগী মনাক্তা চংশিল্লগা "সাহেব! নখোয়গী কনস্টেবল লতিফসে মবুক্ শেংদে ঐ চা লোনবা ঙম্লরোই" হায়রগা চংখ্রে। নবকুমার লটিফ কৌশিল্লগা, - "লাটিফ! নং নীঙম্লাদা করি তৌরুই?" "সার! করিসু তৌদে!" "করিসু তৌদনা মানা শাউদুনা চংখ্রিবসিনা মবুংদা তম্লুরো ঐখোয় হিংফম লৈরিব্রা?" "সোরি সার!" ফরে, নং সিদা লৈবা য়াররোই হায়দুনা ট্রান্সফর থাহনখ্রে। লটিফ চংখিবদগী নীঙমলাদু অমুক্ নবকুমারগী মনাক্তা নুংতিগী লাক্তুনা চা লোনবা, মরক্-মবক্তা চাক থোংবীবা তৌবীরে। ফি-রোলসু নীংথিনা শুবীদুনা থম্বীরম্মী। মমা মপানসু য়ায়। মানা অসুম্লা তৌবদুদা নবকুমার ইম্ফাল চংপদা মাগী শেংন-ইম্লবা ফিসু লৈবীরক্তুনা মদু শেংলগা লাকপদি মশক্তুগা কয়াদি পাক্চরে। মা নীঙম্লাবু নোংম-নোংমগী মাগী ওইবা বাখলদা নকশিল্লক্লে। মবুংগী লৌদুসু নবকুমারনা পৈশা থিরগা হন্দোক্পীদুনা লৌ উবা ফংবদগীদি মখোয়গী ইমুংসু হরাউজরে। অদুবু মবুং নীঙঅতৈদি নবকুমারনা তৌরিবা পুম্বা য়ানীংলমদে। মাগী ময়োক্তা অদুম্ লৈ। নোংমা নবকুমারনা মাবু কৌরগা থেমদুনা য়েংবদা মবুক্ ফত্তবনিনা মা নবকুমারগী বাদু লৌদে।

উখ্রুলদা লৈনা লৈনা ইনস্পেক্টরগী ফম্ মঙাগী লিস্ট থোক্পদা নবকুমারসু য়াওরে। মাগী ট্রান্সফরসু থৌবালদা থোক্লে। মা চংখ্রগনি তাবদা নীঙম্লা অহীং চুপ্পা ময়ুমদা হন্দনা নবকুমাবগী মনাক্তা কপ্পুনা লৈরে। মতমদু নীঙম্লা মবুক্তা থা তরুক্কী অঙাং অমা নাওপুরে। নবকুমার থুনমক্ হেট কার্টবদা টেলিফোন তৌদুনা মাগী ট্রান্সফর থা তরুকতং স্টে তৌবীখো হায়রুবদগী থৌবালদগী উখ্রুলদা লাক্কদবা ইন্সপেক্টর মেঙ্গরদি হেন্নদুম্ হারাউদুনা টান্সফর চত্রে। নীঙম্লা নবকুমারগী পুকচেল শেংবা মতৌদুদা হরাউজরে। নবকুমার ময়ুমদা পাউ অমত্তা তাক্তনা নীঙম্লাগা চীঙদা লুহোংলে, কৈনা কৎপগী মওংদা। খরা লৈরগা মচানুপা অমা পোক্লে। থা তরুক্ লৈরগা নোংমা য়ুমদগী মমা কন্না নারে হায়দুনা পাউ অমা লাক্ই। মা য়ুমদা থোক্তবা য়াদদুনা থোক্লুক্ই, নুপীগা মচাগদি খুন্দা লৈহৌই। ময়ুম্ য়ৌরগা মমাগা মপানা নংনা ঐখোয়বু তাক্তনা খুন্দুদা

নুপী থিরগা নচা নুপা অমা লৈরবা ফাওবদা তুমিন্না লৈশিল্লিবা করিগীনো? হৌগ্রবদি হৌগ্রে, ইশুগী মশক্ য়েংনীংঙে ইশুগা ইমৌগা পুথোরক্লো। নংগী থবক্তুসু সিদা তানবা শিন্নবা য়াখিরোইদ্রা? ঐথোয়না অহল ওইশিন্নকপগা হয়না ঙাংই। নবকুমারদি ময়ুমদা মমা-মপানা য়ান্না বারৌগদ্রা, মাবু শাউরমগদ্রা খল্লুবনি অদুবু পুন্নমক্ ওন্নবা ঙাক্তা ওইরম্লে। মা নুপীগা মচাগা লৌরুরগা য়ুমদা ইম্ফালদা তানবা হোৎনরগে খল্লে। খুন্দা হরাউনা বাখল নুঙাইনা নুপী-অঙাং উনরগা ময়ুমদা পুথোক্লগে খন্না মাগী মচাগী, নুপীগী ইম্ফাল থোক্পদা শেৎনবা ফি-রোল ফজ-ফজবা লৈবগা জীপ অমা পুরগা চংলক্ই। খুন য়ৌবগা পুলিস স্টেসন্দা মা উবদা মী লোইনমক্ ইশুক-শুক্থনা লৈরম্লে। করি তৌবা য়াওরে হংলুবদি নীঙম্না লালহৌবা য়াওবা মাগী মবুং নীঙঅতৈগী মরুপ্ 'মাশুন জাজো' কৌবা অমনা ফারগা পুদুনা চৎখ্রে, অঙাংদি মপু মবেম্না শেন্নদুনা কপ্তুনা লৈরে হায়না তম্লে। পুন্নমক্সি মবুং নীঙঅতৈনা শিনবা থৌশিল ঙাক্তনি। মাসু য়ুমদা হল্লক্তবা নুমিৎ নীনী হুমনি শুরে হায়। নবকুমাব ইকায়বগা বাখল নুঙাইতবগা করিগী মানা নুপী-অঙাং পুদনা মমা-মপানা য়ারোইদ্রা কিবদগী চীঙদা হন্দোক্লুনা নীঙম্নাগী মমা-মপানা শেন্নজগনি খল্লুরিবা। মা উংদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। মা মচাগী মশক্সু উনীংদ্রে, পীক্রিবা অঙাংদু পুরগা করম্না য়ুমদা থেক্লুগনি। ওহোক্পনিদা হে। তাইবংপাল ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা হেক্ থোক্ইদা!

মা অমুক্ হেট কার্টসিতা হায়জদুনা মাগী হান্নগী ওর্দবদু অমুক্ থোক্পীরো হায়জবদা য়াবীদুনা থৌবালদা ট্রান্সফর তারে। নুংশিরবা মচাগী মশক্ ফাওবা য়েংলমদনা থম্মোইদা কিশি চেৎনা পুল্লগা ইমুংদুদা পাউ অমত্তা পীরমদনা ইম্ফালগী য়ুমদা থোরক্লে। থৌবালদা ওঃ সিঃ ওইনা জোইন তৌরে। মতমসিদা মাগা লুনা তিন্নররকপা কেশোগী মচননুপী রোমাগা হায়নদুনা লুহোংবগী নুমিৎ অমুক্ লেপ্রে। নোংমা নীঙম্না মপাগা লোইননা মচা নুপা পীক্রিবা অঙাংদু পুরগা ইম্ফালগী অবাং বীওসিদা লৈবা হোটেলদা লৈরগা নবকুমারবু অমুক্তং উননীংই হায়না পাউ লাক্ই। অদুবু মানা য়ানীংদদুনা চৎখিদ্রে। নীঙম্না মপুরোইবদা করম্না থোকখিবা থৌদোক্তুগী মতাংদা মরিক্ চুম্না তম্নবদি মপুরোইবনা য়াবীগদ্রা খন্দুনা মানা কম্না তক্পদগী মপাগা লোয়ননা লাক্লিবনি। মাগীসু মরালদি লৈতবনি, পুন্নমক্সি মবুং নীঙঅতৈনা নবকুমারবু নুংশিদদুনা তৌবা ঙাক্তনি। জাজোগীসু মরাল লৈরমদ্রে। অদুবু নবকুমারনা মাগী ইজৎ হায়বা অমা লৈবনা মা নীঙম্নাবু, মচাবু নুংশিরবসু কাউনবা, নীংশিংদনবা হোৎনবা তাখি। নীঙম্না নীংবা কায়না মপুরোইবনা মাগী বা তাবীনীংদ্রবদুদা লাপ্নবা ময়ুম লমদমদা পীক্রিবা মচা নোংথোন (মপানা থোনজরম্বা মিং) পুরগা হনখি। খরা লৈরগা মবুংনা অমুক্ ওৎপীদুনা খাংবা ঙমদদুনা অরাপ্পা চীঙগী খুঙ্গং অমদা অহল অমদা অমুক্ ময়ুম্ পানখে।

মচাদি মপা-মমানা য়োক্তুনা চহী নিপাল শুরবা মতমসিদা নবকুমারগী য়ুমদা ঙরাংতমক্ থিল্লকপনি।

নবকুমার মচিন-মনাও অহুম, পোকপদা মানা অহল্লি। মপা-মমাদি মনাও অতোম্বা ডাক্তর শান্তিকুমারগা চীংমৈরোংদা লৈ। মনাও য়াইমনা গুবাহাটিদা কছারদগী নুপী অমা লৌরগা ইঞ্জিনীয়ার ওইনা ওইল কমপনিদা থবক্ তৌরি। নবকুমার মাগী হান্নগী হৌখ্রবা ৱারী মথং-মথং নীংশিংলম্লগা তুমথখ্রে। মাগী নুপী রোমানা চাক লোইদুনা চানবা হৌদোক্কে চংলকপদা য়াম্না নুঙাইনা নাখোক্তুনা তুমদুনা লৈরম্বদুদা হৌদোক্পা ঙমজদ্রে। ঙসাই অয়ুক্কী ঙাইহাক্ শাউনরুবগী মবন্না মপুরোইবগী মফমদা ৱা কাংথোক্পা ঙমদ্রিবনি। মচানুপী প্রিতিগা ঙসিদং থুঙঙবা মচানুপা নোংথোনগা পুন্না চাক চামিন্নরগা মাগী ফমুংদা মখোয় অহুম্ তুম্মিন্নখ্রে। সন্ধ্যাদগী ফমুং চংখিবা মপুবোইবা অহীং মমৈদা মিকপ থোক্রক্রে। হৌগত্তুনা কাগী মৈদু শুই কাপ্তুনা থাঙ্গথলি। উবক্কই, মমা-মচা মখোয় অহুম্ পুন্না ফমুং অমদা নুঙাইনা রোমানা নৌনা ঙরাংদা লাক্পা চীঙমী নিঙোল নীঙল্লানা পোক্পা মচা নুপা নোংথোনবু মখুৎ-য়েৎনা কোন্দুনা নুংশিনা তুম্মিন্নরিবদো। নবকুমার মদু উরুবদা অঙক্পা অমা পোক্লম্মী। মা কাংখল হাইদোক্লগা ঙাইহাক্তং মুন্না পুক্লিং চংনা য়েংলম্মী। খল্লি, মসিবু অচুম্বা থৌদোক্লা নত্রগা মঙলা? মানা ঙরাং অঙাংসিনা মাবু অহানবা উনবদা খুরুম্বা মতমদদি মীগী মচা য়োকপা ঙমজরোই হায়না য়াম্না শাউনা মফি-মবোল থুনা শেথচিল্লগা মপামদা চৎখিবা। অদুগা হৌজিক্ ঐনা উরিবা দৃশ্যাসিবু চুম্লবরা? মঙোন্দা করম্বা গ্ল্যান-লৌশিং লৈবী অমনা নীংথিবা পাউতাক্ পীবীদুনা মাগী ৱাখলনা ভাব তাবক্তুনা অঙাংসিবু মচাগুম্ নুংশিবগী থাক্সি য়ৌরক্লিবা, নবকুমাব মাগী নুপীবু হেন্না-হেন্না নুংশিরক্খি অহীং মমৈদুদা।

তাং ১/৫/২০০৩

# নাকেনথা অমগী মতুংসিদা

ডাক্তর হরিদাস ময়ুম্‌দগী হাথু-হাথু হোসপিটালগী লম্বীদা মাগী মারুটি অঙৌবদু থৌরগা লাকই। লৈবা কুইদ্রিবা নম্বর থারুরগা ঙসিদমক্ থৌদোরক্রিবা কারদু ওফিস কানরক্‌পগী মী য়াম্না চিনখৎলকপা মতমদুদা খর চিংনরপ তৌনা থৌজে। য়াম্না নীঙথিনা মপূং-ফানা হৈক্রেগা থৌবা ওইহল্লবদি খরসু ফংদবা। ওহ্লোকপা লাইবক হায়বদুনি, ডাক্তর হরিদাস গাড়ী অমা চিন্না থৈনদুনা হেনদোরক্‌পদমক ঙাইরি। নুপীমচা চহী মঙারোমগী অমা অতোপ্পা অঙাং খরগা শোরোক ময়ায়দা মবোক্লা মখুৎ শম্লগা লাম্থোরকপনি। গাড়ী অমা তুংদগী লাকপদুদা নুপীমচা অদুদি কিদুনা মবোক্কী মখুৎ থাদোক্লগা তুংদা হন্নবা চেনথোকপনি। ডাক্তর হরিদাসনা খরগা হৈবা থাংপগা অঙাংদু গাড়ীদুনা থেংলগা শোরোক ময়ায়দুদা মকোক্লা য়েদুনা তুরে। মকোক্তু কায়দুনা জ্ঞ্যান মাংদুনা লৈরে। ঈশু য়াম্না থোক্রে। মনাক্তা লৈরম্বা নহারোল খর চেনশিল্লক্তুনা ফু, হাৎলু হায়বা খোল্লাউ ঙাক্তা লাউদুনা মখোয়না ডাক্তর হরিদাসপু গাড়ী মনুংদগী চিংথদুনা কাওবগা থিনবগা তৌদুনা ফুবীরে। ময়ামদা মখুৎ অনীদু লোম্নদুনা থেমদুনা নৌদুনা হায়জবদগী ঙাইহাক নেমথখ্রে। অশোকপদু হোসপিটালদা পুনবা ডাক্তর হরিদাসকী গাড়ীদুদা হাপকৎলে। হন্দক্তি থৌবা হৈবা নীপা অমবু থৌহল্লগা জেঃ এনঃ হোসপিটাল তানা পুরে। খুদক্তা কেজুএলটিদা পুশিন্দুনা ডাক্তর কৌদুনা ডাক্তর হরিদাস মশামকসু য়াওনা হোৎনদুনা শোক্রিবা মফমদু শেংনা চামথোক্লগা হিদাক কাপশিন্দুনা তথলিবা-

কায়রিবা-শরুক্তু ফজনা ফোংথচিল্লে। ঈ য়াম্না থোকখিবনা ঈ খর ৱাংলে ঈ কাপসি হায়না ঈ টেস্ট তৌবদা ডাক্তর হরিদাসকী ঈগা অঙাংদুগী ঈগা চানরমদুনা ডাক্তর হরিদাস ঈ বোটটল অমা মঙোন্দগী লৌরগা কাপহল্লে। চংবা য়াবা হিদাক লাংথক্কী পৈশা খরসু শেম্নরিবা কাংবুদুদা পীরন্নগা ঐ য়ুমদা ফি-রোল অমোংপসি অমুক্তা হোংজরুগে, অচংবা খর্চ খুদিংমক ঐনা পুথোক্চগে হায়রন্নগা থোরক্লে। ঙসাই ময়াম চংদুনা কাওবগা থিনবগা তৌবগী মফি-মরোলসু মোংলে, মমায়সু পোমলে, খরসু তংলে। হিদাক খর হাপ্পগা মাগী মারুটি থনম্লগা রিক্সো অমদা ময়ুম্ তানা থৌহল্লগা চংখ্রে।

ময়ুম য়ৌরগা য়ুমগী মীদা পাউ পীরন্নগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মাগী স্কুটরদা হোসপিটাল তানা অমুক্ লাক্লে। অঙাংদুগী মনাক্ য়ৌরগদি জমুনা পুঙৌ ফনেক্ অমা শেংলগা লাইবক্তা চন্দন অমুবা থিল্লগা অঙাংদুগী মনাক্তা, মাগী মমা দাশুমতিগা ফমদুনা অঙাংদু কোনদুনা লৈরম্লে। ডাক্তর হরিদাস জমুনাবু হেক্ উবদা হৌখ্রবা স্কুল তম্লিঙৈগী ৱারী অমা থুনমক্ নীংশিংলক্‌ই ঃ-

ডাক্তর হরিদাস জমুনাগা মতম অমদা স্কুল অমত্তদা তম্মিন্নখি। ক্লাসতি হরিদাসনা অমা হেল্লক্‌ই। নুংতিগী স্কুল কারক্‌পদা, এসেমব্লিদা, স্কুল ছুটি থারক্‌পদা তত্তনা য়েংনখিবা, পুক্লিংদা ফাওনখিবা ৱাখলশিং নীংশিংলুরগা ঙসি ফাওবা উনবদা ইকায়নবা, য়েংদি য়েংনবগা কৌনবা ঙমদবা থম্মোইগী মরী অমদি হান্নদগী লৈরক্‌ই। হরিদাসনা কলেজ কাখ্রবা মতুং ডাক্তব তমখিবদগীদি মাগী-মাগী ৱাখলসু-মতমগী মতুং-ইন্না অসুম্ লাপথোক্লরক্লুনা কাউনখিবনি। অদুবু চহী কয়াগী তুংদা ঙসি অমুক্ কাউকববা ৱারী অমা নৌনা মকোক্তগী হৌরগা নীংশিংলক্‌পা তারি। অসুম চংশিল্লক্‌পনা জমুনাগী মনাক্ য়ৌশিল্লক্লে।

ডাক্তর হরিদাস ঃ "আঃ শোম্বু অঙাংসিগী.... .মমা?"

জমুনা ঃ "হোয়! ঐ অঙাংসিগী মমানি"।

ডাক্তর হরিদাস ঃ "শোম্বু মতম্ অমদা খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা ...?"

জমুনা ঃ "হোয়! ঐহাক্ খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা তমজরক্‌ই"।

ডাক্তর হরিদাস ঃ "ঐসু খা-ইম্ফাল হায়স্কুলদা উখিবগুম্ তৌবদুদা"।

জমুনা ঃ "ঐসু খঙজে"।

ডাক্তর হরিদাস : "দাও য়াদবা হায়বদুনি, বারৌবীবা য়াদ্রে, খঙন-চান্নবা ওইরম্বসিমক্ ঐগীদি য়াম্না লাইবক্ ফরবনি।"

ডাক্তর হরিদাস : "ঐ য়ারিবমখৈ শোয়দনবা হোৎনজগে"।

জমুনা : "খঙদে ইচাগী মরাইবক্না শুম থোক্উ তমখিবনা অদোম্বুসু অবাবা পীরে। অদো, শোম্বু খর শোক্খি হায়ববু.... ?"

ডাক্তর হরিদাস : "হোয়। মায়-মিৎকা য়েংবজাৎ নত্তে, কাওবগা থিনবগা তৌদুনা হেক্তা য়োমশিল্লক্পনি। ঐসু উপাইদি লৈখিদে, লাম্লুরবনিনা। অদু, অঙাংসিগী ফিভমসি ঐগী মত্তদি কবিসু থোইদোক্পা তৌগদবদি মান্দ্রে, ঈশ্বর খুরুমদুনা হোৎনবা হায়বদুনি"।

ডাক্তর হরিদাস মাগী স্টে-থোসকোপ, পুথোক্লুনা অঙাংদু চেক্ তৌই; প্রেসব অমুক্ য়েংই। লোইনমক্ অকায়বদি উদে, অঙাংদুগী লাইবক্তা নুংশিনা নাম্লগা "ফরনিদা - অদুদি ঐ য়ুমদা অমুক্তা চৎচরুখিগে ?"

জমুনানা খল্লি - "ও ! মা ডাক্তর ওইরবোইরে, মতিক্ চাবা মী অমদি ওইব্রেদনা"। ডাক্তর হরিদাস য়ুম য়ৌরগা মফি-মরোল হোংদোক্পা লোইদ্রিঙেদা টেলিফোন অমা তৌরক্ই; মদুদি হোসপিটালদা লৈরিবা অঙাংদু ওরে। ডাক্তর হরিদাস য়াম্না পাখৎনা উপুদা লৈবা পৈশা অরৈবা লৌথোক্লগা মমাদা ইমা ঐ অনাবদু খর লুগদবা মাল্লি গুবাহাটিদা পুরগা চৎপা তারে হায়রম্লগা য়ুমদগী থোবক্রে। অঙাংদুগী মরী-মতা অয়াম্বনা অঙাংসি থুনমক্ গুবাহাটিগী ডাউন-টাউন্দা পুবগা য়েংহৌদ্রগদি হিংগদবা মান্দ্রে হায়দুনা খুদক্তা মারুটি ভান অমা বায়রগা মমা জমুনানে, জমুনাগী নুপাগী মনাও জিতেন্দ্রে, জিটেনগী মরুপ বারুননে, ডাক্তর হরিদাসকা পুম্না গুবাহাটিগী ডাউন-টাউন হোসপিটাল তানা লাক্ই।

ডাক্তর হরিদাসনা পুক্নিংদা অঙাংসিগী মপা উদবা অদুগা জমুনানা পুঙৌ ফনেক্ অমা শেৎপা, ফি অঙৌবা অমা ইনবদুদা 'ইমুংগী কনাগুম্বা লৈতবা' য়াওব্রা' হংনীংদুনা মনাত্তনুপা জিতেন্দা জমুনাদি তাহন্দনা লোম্না হংই। মনাও-নীপা জিতেন্না "তামো ঐখোয়গী তামোদো হন্দক্তা লৈখিদবা থা অনীদা ওইহরি; মা আর্মিগী কেপ্টেন ওইরম্বনি।" ত্রিপুরাগী লালহৌবগী বোমগী লাংদা শিখিবনি।" তাবীরমগনি "ঙাঙোম্ ধর্মকুমার"। ডাক্তর হরিদাস "চুম্মে, খবরদা নোংমা থেংনখি।" ও। ওম্ভোক্পনিদা। নুপীমচাসি মপাসু লৈত্রবা ? করিনো, তৌরিবসিবু, জমুনাগী মরাইবকসিবো ? মা লুখ্রবী ওইরবা।

অবাবদা অবাবা হাপ্পদি হৌনদবনি, তৌফমসু থোক্তবনি খল্লি। শাংলবা ইম্ফালদগী গুবাহাটি তানা লাক্পগী লম্বীদুদা গাড়ীদুসু খর কল্লা থোই। বারী ঙাইহাক্ অমুক্ শানে, ঙাইহাক্ অমুক্ উই। জমুনা মরক্-মরক্তা মমিত্তু ডাক্তর হরিদাসপু য়েংই অমুক্সু" লৈথোক্খি। ডাক্তরসু জমুনাবু অমুক্ য়েংই। মরক্-মরক্তা হৌথ্রবা মতম্ অমগী বারীসু মতেক্-মতেক্ নীংশিংনৈ। নোংঙাল্লমদাই পুং ২-৩০ তাবা মতমদা গুবাহাটিদা থুংলে। মতম্ খর গাড়ী মনুংদা নোং-ঙানবা ঙাইদুনা লৈরে। নোং-ঙাল্লক্পগা মৈতে খর লৈবা য়ুমভারা অমদা চংলগা পোৎ-চৈ পুরক্পা পুন্নমক্ ভান্দগী থাংথরগা ইম্ফালদগী লাক্পা ভান্দু জিতেনগী মরুপ্ বারুনগা লোয়ননা হনখ্রে।

শোমদা হোসপিটাল থোং হেক্ হাংবগা নিউরোসার্জন ডাক্তর রহমান মণিপুরদগী ডাউন-টাউন্দা থবক্ তৌবা ডাক্তর তানদুনা এক্সরে ব্রেনগী অমগা স্কলগী অমগা লৌরে। অনাবগী ফিভমদুদা ডাক্তরদু করিসু তৌরোইদি হায়রগা খর লুবগুম্ খনবা মাল্লি; থুনা পুরক্কুনা সি য়ৌরক্পা ফরবনি হায়রে। ডাক্তব অমগা য়াওরগা চৎপনিনা ব্যাবহারসু তৌবীরে, থবায় য়াওনসু হোৎনবীরে।

জমুনাগা অঙাংগদি হোসপিটালগী স্পেসিএল বার্দতা মবিশুবা মথোলগী রুম্ নম্বর ১০১ দা লৈরে। ডাক্তব হরিদাসকা জিতেনগনা মনাক্ নক্পা ভারাগী য়ুম্ অমদা লৈরে। ডাক্তর হবিদাসনা মাগীদি হোটেল অমদা কম অমা নুমিদাং তুম্লনবা লৌরগা থম্মী। শোমদা চাক্-ঈশিং অনাবগী অমদি মতৈমগী থিন্দবা য়াদবনা জিতেন্না চাক-ঈশিং থোংবা-খোৎপা তৌনবা ভাবা য়ুমদা লৈবনি। মৈতে ময়াম্ অমসু থেংনদুনা জিতেন্দু চাক্-ঈশিং থোং-থাক্পা অমগা অমগা পাংনদুনা নীংথিনা লোয়নৈ।

ডাক্তর হরিদাস মবুক্-মপাউ য়াম্না ফবা থবক্ খুদিংমক্ মশাগী মথৌগুম্ হোৎনবদুদা জমুনাগী মনাওনিপা জিতেন্না হেক্ পোক্মিন্নবা ময়াম্বগুম্না খল্লি। অচংবা পৈশা খুদিংমক্ মানা পুথোক্কুনা হোৎনরি।

ডাক্তর হরিদাস জমুনাগী তুংদা ওইগদবা পুন্সিগী খল্লুবদা য়াম্না নুঙাইরমদে। জমুনা চহী কুনথ্রারোম্গী লোন ওইগনি। কুচু ঙৌই, মশা তবা-তবানা ঙক্ শাংতক্ তৌনা চুং-ফিরাল চানা মশা তোনগাননা, রাসি লৈনা, ইং-তপ্পা ফজবী নুপীনি। অউবা শামান লেংমান্নবশিংনা মাগী মশক্তু হেক্ উরুবদা মমায় ফৎ লৈথোক্তুনা চথনিংদবা, ঙাইহাক্তং ওইরবসু মাগী নুংশিবা মায়থোংদুনা হায়ফেৎ য়েংলক্পদা মঙোন্দা য়েংলক্ই খঞ্জবা অউবগী মবুক্ পেলহনবা ঙস্বগী মগুল অমা মঙোন্দা চেনবগুম্ তৌরি। মশক্তু উরুবদা মবাহেদি করম্ তৌরমগনি, খোইথুম্নরমগদবা মানবা, তানীংদুনা মনাক্তা খর

নক্‌শিল্লগা মানা বা ঙাংলক্‌পা তাগদবগী ঙাইজখিবা পাখং কয়া য়াওগ্রবনি। আর্মি ওফিসার অমদা লুহোংলগা অমুক্ চহী মঙাদা মপুরোইবা লৈখিদ্রে। মাগী লেমহৌরিবা শাংলবা লম্বী অমা অশুক ইং-তপ্না, রাসি লৈনা চংখোন্না ফজরবী চহী কুনথ্রাদা লুপ্না ওইহৌরবী নুপী অমগী তুংগী নাম্মা হাংলবা পুন্সিদুবু অউবশিংনা, মতম্ অমদা মাবু খোয়দাজখিবা নীপা নহা কয়ানা কয়াদা পাম্মুজরিবা। অদুবু পাম্মুই নুংশি, পামজে হায়দুনা মাগী অবাবদা চংশিন্দুনা মতেং পাংগে করম্না হায়রুগনি?

বীঃএঃ পাশ তৌবগা মশাগী চহী ২৫ শুরক্‌পা মতমদুদা মাবু পোক্‌পা পাবুংগা ধন্নকুমারগী পাবুংগা লুনা তিন্নরক্‌পা মানসু হান্নদগী পাবুং-পাবুং হায়না মপাগুম্ খঞ্জবা অহল অনীদুনা য়ানজবা, মচা নুপানগা আসাম্ রাইফলসকী কেপ্তেন ওইরে হায়বদুদা জমুনাসু য়াদুনা লুহোংখিবনি। স্কুল তম্লিঙৈ পুন্সি অহানবা মথোৎ-কারক্‌পগী মতম্ অপাম্-নুংশিগী বাখলনা মমি তন্নক্‌পা পুক্লিংদা নুংশি-নুঙোনগী মনমতা নম্বগুম্ য়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈবা ঙমদনা কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বী অমগী মশক তক্তনা উনীংবা, ঙাইঙমদবা, লঙতরম্বা কয়ানা পুক্লিং ঙাইহাক্তা পোথাবা ঙমহন্নখিদবা মতমদুদা হরিদাসকা জমুনাগগী পুক্লিংদসু অপাম-নুংশিগী বাখলগী পাউজেল কয়ারক্ হন্না পীনখ্রবনি। অদুবু ইকায়বা হায়বা কুয়োম্ অমনা মরোল নাইনা কুপশিনখিদুনা হৌদোক্লবা ঙমদনা মিৎয়েংতমক্ থম্নরগা হরিদাসনা মাগী মহৈ-মশিং তম্বা লোইরগা কোন্না হৌদোক্কে খল্লিঙৈদা জমুনাগী লুহোংবনা হানখিবনা অদুম্ কাউখিবনি। নোংমা হরিদাসনা ডাক্তর তম্লিঙৈ য়ুমদা ছুটিগী থোরক্লুনা লৈবা মতমদা ইঙৈনগী কাংচিংবা নুমিত্তা জমুনাগী লৈকায়দা লাক্লুনা কাংচিংবা য়েংখি। মিৎয়েং অনীদুনা বাহংদি কয়ারক্ হন্না হংনখিবনি। অদুবু ইকায়বা হায়বা পোৎশক্ অমনা মমাংদা কন্না পল ওইনা থিংদুনা লৈখিবনা অনীমক্ পাউখুম অমত্তা পীনদনা কায়নবা তাখি। নোং ঙানবগা মাগী মহৈ তমলিবা লমদম্ হায়দ্রবাদতা অমুক্ চৎপা তাখি। হায়দ্রবাদ য়ৌরগা চিঠি কয়া ইরগা ইকায়দুনা থাবা ঙমদনা এনভেলবতা হানজিল্লগা থমখি। মদু ঙসি ফাওবা মাগী থায়নগী মহৈ তম্লিঙৈগী মানা তোয়না পুরম্বা অমনবা শুৎ-কেশ মনুংগী চিঠি অমনবা ময়াম্ য়াওরিবা মরক্তুদা লৈরি হায়বসি মানদি নীংশিংলি। তামথ্রবা, য়াম্না লাপ্না, লৈচিল-নোংফাই মরক্তা ময়েক্ শেংফাক্তনা মমি-শামি উবা পোৎশকুম্ মাগী নীংশিংবা বাখলগী মরক্তা অমুক্ অমুক পুক্লিংদা থুক্-লাউবা পোক্লুরিবসিনা করিগীনো? করিগীনো মানা থৌবা কারনা মীয়াম্-মরক্তগী খল্লগা জমুনাগী মচানুপী পীক্লিবী রঞ্জনা, মপানা নৌনা হন্দোক্লম্নবী নুপীমচাসিবু থেংলুরিবা? জমুনাগা মাগা মতম্ অমদা ফোংদোক্‌পা ঙম্নদনা থম্মোই-থম্মোইদা বাহং কয়া তোয়না হংনখ্রগা পাউখুম্ পীহৌদবদুনা ঙসিতদা মদুগী পাউখুম্ পীনবা

তাঙ্গা পীররিবরা? জমুনানা ময়ুম্ পান্দ্রিঙে, য়ুমগী মৌ ওইদ্রিঙে, পলেম্ পম্বোগী য়ুমগী লৈতেং ওইরিঙে পাউখুম্ পীননবা তাঙ্গা পীবীদ্রিবনা করিগীনো? বাহংসি ডাক্তর হরিদাস অমদি জমুনাগী থম্মোইদা মান্ন-মান্ননা ঙসিগী খংহৌদনা মচাগী এক্সিডেন্টনা উনহল্লিবা পুংজাসিদা য়াম্না থেংনা পাউখুমশিংদু অমমম্তা ওইনা লংনা চোংথোরক্রি। বারীদি শানদে, উংদুনা হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক্‌শিং ঙাইহাক্-ঙাইহাক্ নীংশিংনৈ।

নুমিদাংবাইদু ডাক্তর হরিদাস গুবাহাটি টাউন্দা চৎখি। হল্লক্‌পদা হৈনৌ শেম, অংগুরনচিংবা উঁহৈশিং লৈরক্ই। হৈনৌদু খায়রিঙেদা জমুনা মচানুপীনা কৌরক্নুনা হাথু-হাথু তৌবদা মখুৎ খুদোম্বীদু থাংদুনা শোক্‌খ্রে। ঈ থোক্লে। ডাক্তর হরিদাস ঃ "ইহে। জমুনা ঈ থোক্লে" হায়রগা অশোক্‌পদু চৎশিন্নগা মাগী খুৎনা ঈ থোক্লিবা মফমদু পায়দুনা ঈদু মেল্লুবে। জমুনা তু খ্যাউ চুংই। পুক্লিংদা খঙহৈং-ইংবগুম্ ফাওরক্ই। হরিদাসনা "সে। সিদা কন্না পায়রম্মু ঐ 'বেন্দ এদ' অমত্তা লৈরুগে হায়রম্নগা হরিদাস মখাদা কুমথখ্রে। য়াম্না থুনা বেন্দ-এদ অনীখক্ লৈরগা পুরক্নুনা অমনাশোক্লিবা মফমদুদা নীংথিনা নম্নীরে, অদুগা অমা জমুনাদা পীরগা থমজিলহল্লে। তাঙ্গাদুদা জিতেনসু লাক্নুনা হৈনৌ, শেমনচিংবদু চামিন্নরে। অঙাংদু হৌদোক্লগা ডাক্তর হরিদাসনা নুংশিনা পম্বিরগা থোংনাউদগী লাপ্না উরিবা কয়াদু তাক্-তাক্নুনা হোসপিটালগী দলান মথক্তগী য়েংহল্লি। ঐঙোন্দা অংকল কৌগদবনি; নাবা ফবগা ইচাগী শন্নপোৎ কৈকা য়াম্না লৈবীদোইনি। হরিদাসনা অঙাংদুবু মচাগুম্ য়াম্না লুনা তৌবদুদা জমুনা লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী বাখল ঙাইহাক্ কাউথোক্‌পগুম্ তৌই।

অঙাংদু নাবা ফরে, করিসু থোইদোক্‌পা তৌদ্রে। নোংমা-নীনী লৈরগা চৎপা য়ারগনি হায়রে। ঙসিদি ডাক্তর হরিদাস জমুনা, জিতেন অমদি নুপীমচা রঞ্জনা পুরগা গুবাহাটিগী পান বজারদা করি-করি খর লৈরুসি হায়দুনা অয়ুক্ পুং ৭-৩০ গী অদুবাইদা হোসপিটালদগী হৌনরগা থোরক্ই। অঙাংদু ডাক্তর হরিদাসনা পম্মী। মখোয় মরিনা থোবক্‌পদা অউবা মীনদি জমুনাগা হরিদাসকা মতৈ-মনাও ওইনা ফেমিলি ওইনা উবে, জিতেনবুনা মনাও নীপা, নুপীমচা রঞ্জনানা মখোয় অনীগী মচাগুম্। অদুবু মাল্লি হায়দুনা ওইবদি য়াবা নত্তে। থোরক্লিবা জমুনা অমদি হরিদাসকী বাখলদসু নক্‌শিন্নীংবগী বাখল অমদি মপাল থোক্‌পা ঙমদনা পুক্লিং মনুংদা খোইমুনা বাগী মনুংদা লৈরগা মশক্তি উদনা কন্না ঙংদুনা লৈবগুম্ তৌরি।

জমুনা ঙাইদুনা লৈরিবা ওটোরিক্সো অদুদা কাখৎলি। জিতেন্দু কাখৎলু হায়বগা মতৈমগা থংনবদু হংগোইজবগুম্ তৌদুনা হরিদাসতা তামো। হান্না কাখৎপিরো, ঐ

মতাই থংজগে হায়বদুদা হরিদাস কাখত্তুনা ফন্নগা রঞ্জনাবু মমাদগী লৌরগা মানা পশীরে। জিতেন্না হরিদাসকী নাকন্দা ফমলে। পূক্লিংদা, বাখলদা মীগী নুপীনি, অতোপ্পা অমগী মৌনি খন্না য়ান্না ব্যাবহার তৌনা লৈরম্বদো, হকচাংগা হকচাংগা নক্‌শিন্নদুনা থংননা ফম্মিন্নদুনা চৎমিন্নবা হৌরক্‌পসিদা অমুক্কা হেন্না নরুবা মরী অমা থম্মোই অনীদা কন্না শাগৎলক্লি। কবম্বা বিধিগী নোংদম্নো? করিবু থোক্লগবা?

পান বজার য়ৌরে; ওটো রিক্সোদগী কুমথরে। হরিদাসনা হায়রক্‌ই ঃ- দুকানশিং থোং হাংনবা হৌবদা ঙাইহরি ব্রহমপুত্র তুরেলগী মপান্দা চৎতুনা ঙাইহাক্ কোইরুসি হায়নদুনা হরিদাসনা অঙাং রঞ্জনা পন্নগা ব্রহমপুত্রগী মাইকৈদা লাক্‌ই। তোবর্বান্দা নীংথিনা শেম্নগা লৈরিবা ফমফমদুদা চংশিল্লগা ফম্মী। নোংজু থাগী মতমনি। ব্রহমপুত্রগী ঈমাইদু ঈশিংনা নীক্-নীক্ লাউনা পানা চেল্লি। তুরেলগী ফজবা হায়বদু অসিমঙাইরে। পাৎকী, পুথ্রিগী অমদি তুরেলগী ফজবা হায়ববু ঈশিংনা চাংজৌ মান্ননা থন্না নীক্-নীক্ লাউনা লৈবনা ওইজবনি। পাক্লবা তুরেলগী ঈপাক্তুদা হি কয়াদা অশোম্ বাংমগী খুঙ্গংশিংদগী মপোৎ থন্না হাপ্তুনা মখুত্তা নৌ অমমম্ পায়দুনা হিমায় নীংথিনা চুমদুনা ব্রহমপুত্র তুরেল লানথোরক্লগা 'কচ্ছারি ঘাৎ'তা থুংলগা পোৎশিংদু গুবাহাটিগী বজারশিংদা য়োন্নবা পুনখ্রি। হি অমদি য়েনছাং-নাপী, মনা-মশীং, খোংদ্রুম, মাইরেন, শেবোৎ, থবীনচিংবা থন্না হাপ্লগা নীপা অমনা অরাপ্পদগী নৌ অমনা হিমাই চুমদুনা ঈচেলগী মতুংইন্না পাক্লবা ব্রহমপুত্রগী ঈপাক্তু লানথোক্লবা হিদু হোল্লক্লি। ওনথোক্‌পনি মীগী মরাইবক্ খর তোংনবা হোৎনবদা হিদু থন্না যোন্নবা পোৎ অমগী মথক্তা অমা লোন্না-লোন্নদুনা হাপ্লুবনা পাক্লবা অমদি লুরবা তুরেলগী ঈরৈশু কল্লবা জগাদু য়ৌরক্লবা কান্দুদা হিদু ঈশিং চংলক্তুনা খর-খর লুপথবা হৌরক্লে। হিদা য়াওরম্বা খোংদ্রুম, মাইরেন, শেবোৎ, থাবীনচিংবা ঈশিংদা খর-খর তাউদুনা ঈচেলনা য়াংনা পুথবীখ্রে। অতোপ্পা তোবর্বান্দা লৈরম্বা হিরোই ময়াম্ অমা মাগী-মাগী হিদু থৌজিন্নদুনা ঈশিংদা তাউরক্লিবা ময়ামদু ঈশিংদগী খুল্লগা মাগী-মাগী ওইনবা লাক্লরি। অরেম্বা পাম্বগী পুকচেল অমা মখোয় পুন্নমক্কী বাখলদা নংহৌররোই মতাগুম্ ঈশিংদগী খুল্লিবদুনা তাক্লি। মরাইবক্ থীরবা নীপাদুগী মতেং পাংবগী মহুত্তা মাগী হিদগী খরগা হেন্না তাউথোরক্‌পা ঙাইহরি। ও। মসিরা মীওইবগী ফজদবা পুক্‌চেল? তপ্পা-তপ্পা নৌদুনা হিমাই চুমদুনা বাখল-লৌশিং অমত্তা মাংদনা মথক্-থংবা তংখায় অমা ঈশিংদা তাউখিদুনা মীগী ওইখ্রগসু খর অমদি তোবর্বান য়ৌহৌদুনা মাংজদ্রে। থবায়বু শেম্নগদ্রা, পোৎপু হোৎনগদ্রা? হোরেন পোৎ য়োনবা লোইদুনা য়ুমদা হনবদদি শেন-মাংবগী চাক্ চাবা তুম্বা য়ারোইদৌরি। নুপীগা হিসাব পানবদা খৎনরুগদৌরি। অপাইবা দশা কনানসু তম্বা ঙমদে। কি হায়দুনা

মাগী কারবারদি তোক্পা য়াদ্রি। হিদি হোন্দবা য়াদে, হয়েংসু চপ মান্নবা পোৎ অমুক্ হাপ্নগা মাগী হিদুনা ব্রহমপুত্রগী পাক্লবা ঈপাক্তু অমুক্সু লাপ্লখিগনি। নোংমা মপুনা পাম্বা নুমিৎ অমদা ঈয়ায়দা হিদু পোৎয়ামদুগা পুন্না লুপখিবা নুমিত্তা মাগী বারী লোইগদৌরিবনি। হে ঈশ্বর। পূন্নমক্ নংনা মমায় চুম্বীয়ুকো।

ভসাই হিদুনা ব্রহমপুত্র ময়ায়দা অবাবা নংবা হৌরক্পদগী মিৎ কুপ্তুনা, শ্বর থবেৎ-থবেৎ তৌনা য়াম্না লাংতক্লনা নীপাদুগী হিদু লৈরায়দা/ তোবর্বান্দা অমুক্তং অশোয়-অঙাম্ য়াওদনা য়ৌরবদি হায়দুনা লাই নীংদুনা লৈজরক্পা জমুনা, হরিদাস, মনাও জিতেন অমদি পীক্লিবী রঞ্জনা থম্মোই শেংনা মরাইবক্ থীরবা নীপাদুগী মতেং পাংনীংখি। হিদুনা তোবর্বান য়ৌবদা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা জমুনা ইস। জ্ঞান খর তাইদা হায়রক্ই। ডাক্তর হরিদাস মীওইবগী পুন্সিগী লম্বীগা হি হোনবা নীপা অদুগী বারীগা য়াম্না নক্না চাংদম্নদুনা বাখল খল্লি। "ও। মীওইবা ঐখোয়গী লাইবক্সু মসিনিকো"।

হি হোন্দুনা শেন্দোং তানবা লাক্লিবা পাক্লবা ব্রহমপুত্র তুরেলগী ঈরে কল্লবা ময়ায়গী শরুক্তু লাম্থোক্লবা হোৎনবদা অরুবা অমদি শোয়দনা নুংতিগী থেংনরিবনি। হিমাই চুম্বা শোয়খিবা নুমিত্তা শোয়দনা লুপক্দৌরিবনি। শেন্দোংগী মহুত্তা শেল্লেপ মাংদুনা হনবা তাবনি।

হিগী কুম্মে ঙাইহাক্ য়েংলুরবা তুংদা পান বজারগী মাইকৈদা অমুক্ চংলক্তুনা দুকান খুদিং চংদুনা পোৎ-চৈ য়েংই। নুপীমচা রঞ্জনাগী ফজরবা ফুরিৎ-ফিরোল লৈবীরে। লাইধি অমসু লৈবীরে।

ডাক্তর হরিদাস : "ইবুঙো জিতেন। ইয়াম্বা ইনাওগী ফুরিৎ অমদি লৈগেদনা?"

জিতেন : "য়ানিদা তামো।"

ডাক্তর হরিদাস : "খল্লো খল্লো। ঐখোয় অনীগী অমমমদি লৈশি মেমোরি ওইনবা।"

জমুনাসু য়াওশিল্লক্তুনা অনীখক্ খনবীরে। জমুনাদু নহানমখৈ বা কয়া ঙাংলমদবদু হয়েংদি চৎলগদবনি, হরিদাসকা মাগা লাপথোক্লরগনি খল্লুবদা হরিদাসপু য়াম্না নুংশিরক্পা, পাম্মুরক্পা, মনাক্তগী লাপথোক্হন্নীংদবা বাখল অমা ফাওরক্লি। পামজবা ফুরিৎকী মচু অনীখক্ খল্লগা জিতেন। সিগী মচুসিনা নংগী ওইব্রো। ডাক্তরগীদি টাই পুনগদবনিনা মসিনাপকচগদবা মাল্লি হায়দুনা অতিয়া মচুগী অমা খল্লে।

ডাক্তর হরিদাস : "জমুনাগীদি"?

জমুনা : "ঐগীদি হৌজিক্পু ফজবা ফি শেৎলদুনা করিবু কাল্লরুগনি? লাইবক্তা তম্নত্তুবা মীওইবগী মপোক্তা অহেনবা পাম্নুদুনা করিবু কান্নগনি? ঐগীদি লৈজররোই।

ডাক্তর হরিদাস : অদোম্না থম্মোই অদুক্ শোম্বরগদি ঐগীসু লৈররোই; হয়েংদগীদি ঐগী-ঐগী ইথৌ চিন্নখিদুনা ঐখোয় তোয়না উনবসু ফংলরোই; হয়েং তুং ফাওবা কাউনদনবা, নীংশিংনবা, অসুম্ হায়না মতম্ অমদা গুবাহাটিগী ডাউন-টাউন হোসপিটালদা ইচাগী লায়েংদুনা লৈরম্মী কাউদনবা হায়বগী বানী।

জিতেন্না : "ইতৈমা! ঐ খনবীরগে" হায়রগা থংনবা দুকান্দগী নুপীগী বেগ অমা খনবীরে।

পোৎ-চৈ লৈবা লোইদুনা, য়েনছাং-নাপী য়োনবা কৈথেললোমদা অমুক্ চংদুনা ঙসিদি ঙা অমদি থোংলগা চাম্মিন্নরুরসি হায়দুনা ইলিসা কিলোগ্রাম্ অমা লৈরগা হল্লক্লে।

জিতেনগী লৈফমদা পুন্না চঙলে। ঙসিদি জমুনানা চাক্তু মা থোংলগে হায়রগা মনাও নীপাগা ঙাদু শেমদুনা থোংবা লাক্কবি। ডাক্তর হরিদাস নুপীমচা রঞ্জনা পন্নগা পুরগা হোসপিটালগী পীগদবা ফি-নুং লোইহ্না শেংদোক্লে। হোসপিটালগী কাদা ঙাইহাক্ পোৎথারিঙৈদা জিতেন চাক্ চানবা তৌরসি, ইতৈমনা চাক্ লোইদুনা লৈহৌরে হায়না তম্বদগী অঙাংদু পন্নগা লিপ্তা মখোয় অহুম্ কুমথদুনা মখোয়গী ভারাগী কা তান্না মখোঙ্না লাক্ই।

জমুনানা নীংথিনা চাক্-য়েনছাং পুখম্-তেংকোত্তা হাপ্তুনা শেম্বা লোইরম্লে। খুৎ-শা হামদোক্তুনা মখোয় পুন্না চামিন্নরে। ডাক্তর হরিদাস রঞ্জনাদা : বেমবেম্! কাকাগা চাশিদনা, লাক্ও, লাক্ও! অঙাংদু চৎশিন্দুনা মাবু ঙাইহাক্ লৈতনা পম-খোক্তুনা পুবীবদুদা মঙোন্দা য়াম্না নপচরে। পুন্না চাক্-য়েনছাং মরক্-মরক্তা ইনবীদুনা চামিন্নরে। জমুনা মবুক্তা কয়াদা পেঞ্জরিবা! অদুবু ঙাইহাক্কী তৌশিন্নবা লিলাদা কুম্বা পার্ট অমগুম্না হয়েং মফমসি থাদোক্তুনা য়ুমগী মাইকৈ পাংথ্রগনি অসিগুম্না পুন্না চামিন্নবা, বারী-বাতায় শানবা অমুক্ ফংলরোইকো। নোংমা-ফাদোক্ লম্বীদা উনবদা মিকুপ অমত্তং লেপ্তুনা বারী শানবদা মখোয় অনী মরী লৈনরে হায়বীদৌরি অউবা কাংবুনা। চাক্ চানা-চানা জমুনাগী বাখল পোথাফম্ খঙ্দে, চাক্কী-য়েনছাংগী মহাউ মুন্না খংদ্রে, চারি হায়বদা ঙাইরে। ফনদি থবায় য়াওনা থোংজবনি ডাক্তর হরিদাস য়াওরি খন্দুনা। ডাক্তরগা মনাও জিতেনগদি য়াম্না হাউই হায়দুনা চারি।

অসুন্না চাবা থক্পা লোইদুনা কোল-লিক্ ফেংবা খোংপা পুন্নমক্ লোইশিন্নগা মখোয়না লৈবা হোসপিটালগী কাদা জমুনাগা হরিদাসনা অঙাং পন্নগা লাক্ই। জিতেন্দি মমান্নবা অমগা বারী শাদুনা লৈহৌরে। ডাক্তর হরিদাস য়ুমদা থোক্ত্রিঙেদা মা জমুনাগী মফমদা বাহৈ খরদি মবান্নিত্তগী মতম্ কুইনদগী লোত্তুনা লৈরুরবা বাহং খরদি হংনীংই। তাঙ্গাদু জিতেনসু ভারাগী কাদা লৈহৌরবনিনা মতাংদি চারে।

ডাক্তর হরিদাস : "জমুনা। ঐখোয় অনী তাঙ্গা অমদগী ঙসি মফমসিদা লৈমিন্নরি হয়েংদগী ঐখোয় অনী নরুনা ফম্মিন্নদুনা বারী-বাতায শাবা ফংলরোই, য়াসু য়ারোই সমাজসিনা। অদো, য়েংউ। ঐ নঙোন্দা থুপ্পরোই, ঐ নংগী মিথয়েং, বাঙাং অমদি তৌথোরক্পা খুদিংদা য়াম্না পান্না নুংশিনা য়েংদুনা লাক্খিবা মীশক্ অমনি। নংনা নীংশিংলমদবসু য়ায় নোংমা ইঙেনগী কাংদনি, নখোয়গী লৈকায়দা ঐনা লাক্খিবা। ঐনা খনখি নংনসু ঐবু লোন্না-লোন্না য়েংখিব্রা হায়না। অদুবু ইহৈ তল্লিবদু লোইদনা নুংশি-নুঙোলগী বাখলদা খোঙ্ থাংজিল্লুরগা মতম্ চাদনা, মহৈ য়ান্দনা তোকত্রা খল্লুদুনা নংগী নফমদা করিগুম্বা অমত্তা ফোংদোক্তনা পুক্লিংদা ফুন্নগা থমখি। থারবা লৈচিন্না কুপশিন্দুনা মতম্ কুইনা উবা ফংলুদ্রবা নুমিৎনা তরং-তরং অমুক্ ঙানথোরক্তুনা ঙসিদদা য়াম্না থেংনা নংগী ঐগী নুমিৎসু পুন্না ইমাংদা ঙানথোরক্লে। নং নীংশিংবা ঙম্রা য়েংউ মতমদুগী দৃশ্যদু ? জমুনা খুমদে।

ডাক্তর হরিদাস : জমুনা খুমউ। লোৎকনু, ঐ তশেংনা নংগী নচিন্দগী তানীংদুনা হংবনি, লান্না লৌগনু। নংনা খুমদ্রগদি মীওইবগী মরক্তা নুপীগী থম্মোইসিদি নুংগী থম্মোইনি, অমুক্ পেৎলরোইদবা নুংগুম্বনি হায়না ঐনা নুপী পুন্নমক্পু শাপ তৌদুনা চৈরমগনি। জমুনা। তশেংনা ঐনা হায়রিবসি লাল্লগদি ঐ সমাজসি মীনম্বনি হায়না খনখ্রগে, পাউখুমসিমতংদি নংনা মণিপুর থোক্তিঙেদা পীরম্মুবা ?

জমুনা : "ডাক্তর। মশীং খঙদ্রবা জৌবোনগী মতমগী বাহং কয়ানা নংতবু অমুক্তংগা উজরবদি খন্না কাং নুমিত্তা নংনা লাক্লম্বদো নংনা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎখ্রে হায়বদি খংদবনা নুংত্তিগী চালি শাফমদা পাখঙ্ কয়ানা লেপ্পবদো নংবু য়াওরমগদ্রা হায়না য়াম্না লাংতক্তুনা ঙাইজখি। ইচিন্নদি কনা অমগী মফমদা কাংথোক্খিদে। কাং মনুংদু নংগী নশক্ উখিদবদুনা নোংমতা নোক্খিদে, চাক্ পুক্ থনবা ঙমখিদে। কাংলেন

*নুমিত্তা শোয়দনা লাক্‌পা য়ায় খজদুনা নহানগী নংনা লেপ্লস্বা মফমদুমক্তদা ঙাইজখিবনি। অদুবু নংদি অদুম্‌ লাক্‌খিদ্রে। নুমিং তাশিল্লক্লবা মতমদুদা য়ান্না নীংবা কায়না য়ুমদা হল্লক্‌খি।* য়েংনখিবা মিৎয়েংদুগী অর্থ হনবা ঙমদ-ঙমদনা মতমগী ইচেলদা তপ্পা-তপ্পা তাউথখি ঐগী অপাম-নুশিগী অহানবা ৱাখলসু ঈরৈদুদা লুপখি। চহী কয়া উবা ফংখিদ্রবা, করি তৌখ্রবা, কদাইদা লোৎখ্রবা খঙদনা লৈরবদা ঐনা বীঃ এঃ পাশ তৌরবা তুংদা নোংমা কেপ্তেন ধন্নকুমারগী মৌ ওইগে হায়বা লাক্‌খি। ডাক্তরগী পাউশু তাখিদবনা মাগী কনাওম্বী অমা শোয়দনা লৈরম্লগনি খনখি। নত্রগদি মা নোংমতং ওইরবসু মিংয়েংদুগী পাউখুম্‌ পীরমগদবনি খন্না-খন্না ঐগী নংগীদমক্‌ খল্লম্বা ৱাখলগী লংলোগী লংজিল মাংখি; থিবা ফংখিদে, থিগেসু খনখিদ্রে। অদো, থারবা লৈচিন্না কুপশিনখ্রবা হোগায়দুনা মতম চানা মঙাল অমুক্‌ ফাওদোক্‌হনবা ঙমখিদ্রবা, ঙসিনা য়ুম্নাক্‌ শাগে অমদা য়ুম পান্দুনা নুংশিবা ইচা বঞ্জনা লৈরবা মতমসিদা, লাইবক্‌ থিদুনা ইপুরোইবনা মোংফমদা অৱোইবা য়াহিপ্‌ তানখ্রবা তুংশিদা ঐবু কৈদৌ হায়রিনো?

ডাক্তব হরিদাস ঃ "ও। ঐ ভাব তারে, ৱাহংশিংদুগী পাউখুম্‌ লোইনমক্‌ অমত্তা মাংহন্দনা নংগী থম্মোইগী কাচিন্দা ঙসি ফাওবা লোত্তুনা লৈরম্লবা। ঐগী পাউখুম ফংলে, ঐ পোক্‌পগী মহে যাম্লে; নুংশিবগী মিৎয়েংগী পাউখুম্‌ নুংশিবীনসু লাত্তুনা থম্লম্লে। হায়নবসু চুম্লম্লে; নুংশিগী মিৎয়েং জৌবোনগী মতম্‌গী মিথচিগী পাউখোঙ্‌ মীনম্বা অমত্তা ওইরমদ্রে; ঐগী ইফমদদি অশুক্‌ নুঙাইবা অপেনবা কুইরবা পুন্সিগী ৱাহং ওইনা লৈহৌরগদবা অমগী পাউখুম্‌ মপুং ফারবা পাউখুম্‌ নংনা ঙসি পীরে। ডাক্তর হরিদাস হৱাউমন্দুনা ঙাওরম্মী হায়রকই ঐগী নুংশিবা মৱোল থোক্লে, জমুনা, জমুনা ও। জমুনা হায়রগা ডাক্তর হরিদাস ফমুংদা লোংনা হাইথখিরম্মী। জমুনা পাখত্তুনা কোয়চেন চেল্লি, ঈশিংনা মকোক্তা লৱাইদা পোপ-পোপ থাই-মশা নোমদুনা ডাক্তর-ডাক্তর কৌই। শ্বর ফুন্দুনা য়াম্না ৱানা শ্বর অমুক্তং শাংনা হোন্দোরকই।

জমুনা ঃ "ডাক্তর জ্ঞান তাবীরব্রা?

ডাক্তর হরিদাস : য়াম্না তপ্না হৌগৎলগা হায়রক্ই জমুনা। ঐ নংবু নুংশিখি, নুংশিরি, নুংশিখিগনি; ঐ ইচা রঞ্জনাবুসু নুংশি, ঐগী পুন্সিসে নখোয়গীদমক্ কৎথোক্লগে। জমুনা হরিদাসকী মচিন্দু মখুৎনা মেল্লি। মখুত্তু পায়রগা হরিদাসনা হঞ্জিন-হঞ্জিন চুপচৈ, জমুনা তৌবীগনু হায়বা ওমজদে। হরিদাসনা মখা তারক্ই জমুনা। মীওইবগী মপোক্শে অমুক্তনি, নং মসি মুন্না খল্লু। হন্দক্কী মপোক্তা থুংনদ্রগা করম্বা মপোক্তা অমুক্ থুংনরুগনি হায়বা কনানা খংই?

জমুনা : ডাক্তর নং ভাওবগুম্ তৌরে অমুক্তং জ্ঞান তানা পুক্নিং লৈতানা খন্থবীয়ু। ঐ লুহোংলবী শংগেগী মৌনি, ইচাসু লৈরবী। অদুগা নংদি লুহোংদ্রিবা নীজোল ১০০ গী মপু ওইবা য়ারিবা পাখং, অদুগী মথক্তা মগুণ লৈরবা ডাক্তর অমনি অদুগা করম্না য়ুম্ পাল্লবী মচা লৈরবী মৌ অমগী ৱাখল?

ডাক্তর হরিদাস : অদুদি ঐ য়ুম্ অমুক্ পাল্লরোই। নংগী অশেংবা পাউখুম্ ফংলবনিনা মীয়ামগী শেবা তৌদুনা অমদি নমা-নচাগীদমক্ ঐগী পুন্সিসে কৎথোক্লগে হায়রগা নুপীমচা রঞ্জনাগী মনাক্তা চংলগা মখজাইদা নুংশিনা নাল্লগা চুপ্পীদুনা ইচাগীদমক্ ঐ পৈশা-তাল্লগা ইচাবু ডাক্তর ওইহনগনি হায়দুনা বাশক্লম্মী। নুমিৎ তাশিল্লক্লে। মিৎলুদা শিন্থরম্বা পিরাং তৈথোক্লরে। জিতেনসু লাক্লুনা হয়েং পুগদবা পোৎ-চৈ মফম চানা থম্লে। নুমিদাংগী চাক্-ঈশিং চাবা লোইনদুনা মীপুম্ খুদিংমক্ লোইনা তুম্ন-হিপ্নবা হৌখ্রে। ডাক্তর হরিদাস মানা লৈবা হোটেলদা হনখ্রে। ডাক্তর হরিদাস করিনো অমা চিৎথবগুম্, কাউরম্বগুম্ পুক্নিংদা পোৎথাফম্ খংদবা হয়েং ইম্ফালদা য়ৌরগদি জমুনাগা মাগা অমুক্ উনবগী ৱারী শানবগী তাঞ্জা ফংলরোই খল্লদুনা জমুনাগী মশক্তু নুংশিবা, য়েংনীংবা হেঞ্জিল্লকপগী থম্মোই অমা ফাওরক্লে। করি উপাইনা মাগী ৱাখল ফাথবীগনি? মথন্তা তৌফম খংলক্তদুনা হোটেলদগী রিক্সো ফারগা হোসপিটাল তানা লাক্লগা লিফতা কাদুনা জমুনাগী থোংদা থিল্লুরে। "জমুনানা কনা ওইরবনো"? ডাক্তর হরিদাস "জমুনা ঐনে, পোৎ অমা কাউরম্লে, থোং অমুক্তং হাংদোক্উ!" জমুনা থোংদু হাংদোরক্ই, হায়রক্ই "করি অরুবা লৈরবগে?"

ডাক্তর হরিদাস : "ইবেম্মা রঞ্জনা তুমখ্রবা?"

জমুনা : "তুমখ্রে"। হরিদাস মশাদু বা ঙাংবদা নীক্রম্মী, মখা তারক্ই "হয়েং ইম্ফাল য়ৌরগা নংগা ঐগা অমুক্ উনদুনা অসুন্না বারী অমুক্ শাবা ফংলরোই; ঙসিসিদি ঐখোয় অনীগী পূক্নিং পেন্না উনবগী অরোইবা পুংফম্ ওইরেকো।"

জমুনাঃ "অদু ঐবু করি তৌ হায়রিনো?" হরিদাস "নংগী নখুত্তু ঐঙোন্দা অমুত্তা পীয় ঐ নংগী নখুত্তা ঐগী নুংশিবা পোৎশক্ অমত্তদি খুদোলপোৎ ওইনা পীহৌগে খন্না লাক্লিবনি। শে। ঐগী ইমানা শাবীবনি; মসিমত্তদি নং পুন্সিগী ঐনি খন্না থম্বীয়ুকো। "হায়দুনা খুদোপ অমা পীরে।

জমুনাঃ "মীনোক্ চাউবা সমাজসিদা নং ঐগী পুন্সিনা অমুক্ পুন্না য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোংদাবদি য়াবরোই; মথংগী মপোক্ অমগীদমক্ লাইনীং-পরে চেৎপদা তারে বারৌবীনুকো।" জমুনাসু কপ্পি, হরিদাসসু কপ্পি। জমুনাগী মখুৎ অনীদু পুল্লপ পায়রগা মাগী মমাইদগী শিন্থরক্লিবা পিরাংদু তৈথোক্হল্লি। নীঙাইদনা তুন্নিবা রঞ্জনাগী লাইবক্তা নুংশিনা অমুক্তং চংশিল্লগা চুপ্পীরম্মী অদুগা মখা তাবকই ফবে, নং থোংশি লোনশিল্লো। করিমত্তা চিংনরুনু। ঐ চৎলে হায়রগা লিফতা অমুক্ কুমথখ্রে। জমুনা থোংদা লেপ্তুনা পিরাং তৈথোক্লগা য়েংদুনা লৈহৌরে।

হরিদাস জিতেনগী মনাক্তা অমুক্ চংলগা ইবুঙো। ইয়াম্বা দিল্লিদা কনফরেন্স অমা তাং ১০ দা লৈবনি। অঙাংসু নাবা ফরবনিনা নংনা নতৈমা পুরগা ইবেম্মা রঞ্জনাগা ইম্ফালদা থোক্লম্মো। ইয়াম্বদি ট্রেন্দা রাজধনি এক্সপ্রেস তোংলগা অয়ুক্ পুং ৫ দা চৎপা তারে। হয়েং নংগা অমুক্ উনবা ঙম্লরোই। শে। লুপা লিশিং ২,০০০ সি লৌশিল্লু। হোসপিটালগী ফি-নুং শেংদোক্পগী, অনাবগী চে-চাং লোইন্নমক্ সিদা য়াওরবনি হায়দুনা খাউদু পীবে। নংনা মখোয়গা উনবগী দরকার লৈবরোই; হয়েং নুমিদাংবাইগী গাড়ীদা নংনা ফগদবা অমা য়েংলগা শোয়দ-ঙামদনা য়ৌরম্মো। অদু নখোয়গী ইতৈমনদি মথবায় নুঙাইগদবা মান্দে; য়াম্না হায়রুরনু, দিল্লি চৎখ্রেদমক্ হায়রো। কোন্না অমুক্ ইম্ফালদা উনরসিকো।

হরিদাস থোক্খ্রে। হোটেলদা য়ৌরগা খনবা য়াবা বাখল মথং-মথং খল্লম্লগা ঙাইহাক্ তুমথখ্রে। অয়ুক্কী পুং ৪ তারদুনা ঙারাং ঙাংনরম্বা ওটোরিক্সো লাক্তুনা মাগী পোৎ-চৈ হাপকত্তুনা রেলবে স্টেসন তানা চৎখ্রে।

শোমদা মনাওনীপা জিতেন মাগী লৈফমদগী হোসপিটাল তানা লাকই। মতেমনা য়ুমদা পুগদবা পোৎ-চৈ লোইনা য়োম্বা-খোংপা লোইরমলে। জমুনানা ডাক্তর হরিদাস উদবদুদা চিংনদুনা ডাক্তরদি হংই।

জিতেন্না তামোদি দিল্লিদা কনফরেন্স অমা তাং ১০ দা য়াওদবা য়াদ্রে অঙাংসু ফরবনিনা মাগী মিটিংদু নংনবা রাজধনি এক্সপ্রেসতা চৎকনি হায়রম্মী, পুং ৫ দা চৎলম্লগনি। জমুনা পাউদু তাবদা মশাদু খংশোন শোম্বখ্রে। তাইবংপানসিদা মাগীনি হায়বদা কনা লৈজদ্রবগুম্ মণিপুর থোক্কদবা ফাওবা কিজরক্লে। মাইগৈ খুদিং মানা মায়রোং য়াদুনা নুমিৎ খরনি হোসপিটালদা লৈরক্পদা অবাবা মচেৎ অমত্তা য়াওদনা নাকন খুদিংমক্ ঙাক্তুনা লৈরম্বদো নুমিৎ তাখ্রগা মমশিল্লক্পগুম্ জমুনাগী বাখলসু অমম্বতনা কুপশিনখ্রে।

হোসপিটাল থাদোক্লগা মচা পাম্লগা সিরিদা খোঙনা তপ্না-তপ্না কুমথরক্পদো হরিদাসনা ঙরাংদি মচানুপী পম্লগা লিপতা কুমথজবনি ঙসিদি লিপতা কুমথবা ফাওবা মীনা করি হায়রক্কদগে কিজরে। মনাক্তা নীপা অমনা মচানুপী পম্বীদুনা ইচাউ-চাউনা লেপ্পল্লগা মিকুপ্তা মফম্ খংদনা মাংখিবগুম্ মাগী পুক্লিংদা চিংনজরি। লৈনা লৈনা মীয়াম্ মরক্তা হরিদাসতু শৎ ফাওদোরক্কদবোই নীংজরি। কুমথরক্লুনা শোরোক্ য়ৌরে; ওটোরিক্সো ফাবা ফাওবা হৈজদ্রে। কয়াদা থুনা শোম্বখ্রিবা নুপীগী থম্মোইনো? উরিনা অকনবা উপালদা মাগী মউগুম্ য়েৎচরম্বদু উপাল য়ানথৎখ্রগা উরিনা লৈমাইদা তাবগুম্ তৌরে জমুনাদো। মা তশেংনা হরিদাস য়াওদ্রবদি হিংবা ঙাগদবগুম্ তত্তনা খল্লক্লে।

মনাও নীপা জিতেন্না ওটোরিক্সো অমা ঙায়দুনা পলটন বজার তানা মণিপুর য়ৌগদবা বস থাফমদা যৌরে। জমুনা মশাদু মনীং-মমাং চিংনা ঙাজে। হরিদাসনা মাবু করিগুম্বা ঙাফম্ অমত্তসু শিন্নরমদনা ঙরাং নুমিদাং অথেংবদা খুদোপ অমা পীরম্লগা মদুবু মানি খল্লু হায়রম্বদুবু করি হায়রিবনো? মানা অরুবা থবক্ অমা চৎলমদাইদা ঐসিনা মাগী লোইনবী ওইরম্লবদি মানা চৎকদবা মফমদুগী মরমদা শোয়দনা হায়রমগনি, চেক্শিন্না শিন্নরমগনি। ও! ওহোক্ইদা! হায়নীংলবসু মাগী হায়বদুমদি নত্তবনিনা চৎখ্রেদো তাক্লমদনা। থম্মোই অনীগী ঙাহং-পাউখুম্ লোইশিনফম্ খংদনা লৈহৌরেদো ডাউন-টাউনগী অনা লয়েংশংগী কা মনুংদুদা।

তাং ৩/৭/২০০৩

# নুংশি লমজেল

জয়কুমাব আগ্রা য়ুনিভর্সিটিদা এমঃ এঃ ফাইনেল তম্লিবা ছাত্রনি। মাগী তম্লিবা সবজেক্টনা হিস্টরিনি। মহাক থাঙ্গদগী ইম্ফালদা হোংগত্তুনা লৈরবা মাগী মরুপ্ হেমন্তগা রুম্ মেটনি। কালেন ছুটিগী মতমদা য়ুমদা পুন্না থোক্লক্লুনা নোংমা ইম্ফালদগী থাঙ্গদা কোয়রুসি হাযদুনা লাক্মিন্নে। হেমন্তখোয়গী মখুরাশিং, মপু-মবেন লৌইনমক্ থাঙ্গদা লৈরি। মখুরাগী য়ুমদা থুংদুনা অহীংদু লৈরে। মথংগী নুমিত্তা চাক্ চারগা লোক্তাক্ খোংবান্দা লম্বীগী পীরিংদা মখোঙ্না অসুম্ লাক্ই।

শোমদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা এমঃ এঃ ফাইনেল তম্লিবী নুপীমচা লৈশাবী অহুম্ হৌনদুনা লোক্তাক্ খোংবান্দা ইন চিংলুসি হায়না ইন চিংদুনা লৈরম্মী। ইম্ফালদগী শান্তিনা মাগী খুইদগী পামজবী ইন্দা ঙা লক্পা য়েংবদুনি। মানা মাগী ক্লাস মান্নবী, থাঙ্গদগী ইবেমনুংশি, পীশকমচা অনীদা নোংমতং মখোয়গী থাঙ্গদা চৎলগা লোক্তাক্ পাৎতা ইন-চিংবা য়াওরগা মশাগী ইন্দা ঙা লক্লগা ফাবদু পামজদুনা তত্তনা হৌই। কালেন ছুটিগী মতম্ য়ৌরক্লুনা ওসিদি মখোয় অহুম্ ইম্ফালদগী ঙরাং লাক্লগা চাক্শুন চারগা নীংথিনা ইন-চিংবগী ফিজেৎ শেৎতুনা ইন চিংদুনা পাত্তা লৈরি। শান্তিগী কোক্শেৎ, খ্বাংচেৎ পুন্নমক্ ইবেমনুংশিগী মমা চাওবীনা নীংথিনা শেৎপীরক্পনি। মানদুম্ হেন্না মশক্লগা ফজবগা শেথলিবা দ্রেশতুগা হেন্নবু পক্চখরে। মোইরাংগী থোইবীদু মঙাইরে।

থারিবা ইনশিংদু মিনিট অনীগুম্বা লৈরগা অমুক্-অমুক্ পুন্না-পুন্না মান্ন-মান্ননা শোন্নি। শোমদা জয়কুমার মরুপ্ হেমন্তগা লোয়ননা অসুম লাক্‌পনা ইন-চিংলিবী লৈশাবী অহমদুগী মনাক্তা নক্‌শিন্নক্রে। মখোয় অনী লাক্‌পদু শোমদা ইন-চিংলিবী লৈশাবীশিংদুসু নীপা অনীথক্ মখোয়গী মনাক্তা নক্‌শিন্নক্লিবদুগী মরম্‌দা ৱারী শানে। জয়কুমারগা হেমন্তগা নুপীমচা অহমদুগী মনাক্ য়ৌশিন্নক্‌পগা ইন শোনবা মতম্ য়ৌরদুনা মখোয় অহম চপ-মান্ননা ইন্দু হৌনরগা শোনগথলি। লৈশাবী অমগী ইন্দু কম্মল-কালপ হায়ফেৎ চাউরবা গোলদন মচুগী অমা লক্ই। য়াম্না পাখৎনা থংনবা মমান্নবীদুদা "অমুক্তা লাকও হিংচাবী। ঙাসি অমুক্তা ফামিন্নসি"। তাঙ্গাদুদা মমানা পোক্‌ঙেদগী অদুন্না ইন্দা ঙা অচৌবা লক্‌পা উজদ্রিবা ইম্ফালদগী জয়কুমার চেনশিন্নগা য়েংই। ঙাদুদি অতোপ্পা লৈশাবী অমদু চংলক্রগা ফাবীরে। তুংগোলদদি চন্দদুনা লৈপাক্তা থম্বদা ঙাদু কন্না কন্না চোংই। লৈশাবীশিংদুনা চিংলিবা ইন্দু অমুক্-অনীরক্ শোনবা য়েংনা-য়েংনা জয়কুমারনা হায়বা হৌরক্লম্মী; "ইচনশিংবু। ঙাসি থন্নবা পাত্রসু য়াওদ্রে, তুগোলদা হাপ্পসু চনদ্রে, চোংদুনা লৈবসি য়েংবা নুঙাইত্রে ঐখোয় লৈজরগে?" লৈশাবীশিংদু নোক্ই। ঙসাই ঙা অচৌবা লক্‌খিবা নুপীমচাদু মখোয় অহমগী মনুংদা শবান-মুর্তি ফজবা; মশক্-য়েংবা নুঙাইবা, রাসি লৈবী; মমিৎ কোইরাওনবী ওইনা তৌই। মখোয় অহম্মক্ মখোঙদা শেন্দল তোংই; খুনিং অমত্তা কায়দে; মশা মোৎপা-মমায় মায়হিং কাবা মক্‌শিনবা অমত্তসু উদে। নুপা অনীদুনা খল্লুরিবনা মখোয় অদুবায়গী খুঙ্গংগী নুপীমচা ঙাক্তা ওইরমগনি। লাইরিক্-লাইশু ইতম-তমদনা ঙাথি-লোংখোন্দুনা চাবা ইমুংগী মী ওইনা খল্লুরবজাথনি। মখোয় অনী ৱা ঙাংবদা ইংরাজি মরক্-মরক্তা থেৎতুনা ঙাংনৈ।

নুপীমচাশিং অদুসু মখোয়না ঙাংনরিবদু লোইনবা তায়। মমিৎসু মরক্-মরক্তা মখোয়বু য়েংলুরি। জয়কুমারনা অমুক্কা হন্না "অশেংবগী ঙাসি য়োনগদবা ওইরগদি ঐখোয় লৌজরগে, কয়া লৌগদগে?" ঙসাই ঙা লক্‌খিবী নুপীমচাদুনা মোমোন নোক্লগা "ঐখোয়দি ঙাসি য়োল্লগা অশিৎপা পৈশাদুনা চেং ৱাল্লুবা তাবনিনা খর য়াম্না লৌজবা তারে"। জয়কুমার "অদু হায়রো অদুম য়েংলগা পীরমগে"। মাগী ৱাঙাংদুদা অতোপ্পা নুপীমচা অনীদুদি হৌনা নোক্‌থোরক্লে। "ঙাসি কিলোগ্রাম অনীদি লূম্বা য়ায়, অদুনা য়াংখৈগী দোরদা লুপা চাম্মদং থম্বীরম্মো?" লৈশাবী অনীদুদি নোক্তুনা অদুম্ লৈখ্রে। জয়কুমারঃ "খরদি তাবীয়ুদা পাৎতগী লৌববু?" "তাবদি য়াররোই, হোরেন চেং-ৱানবা কোন্নদ্রদি ইমানা চৈবীগনি"। লৈশাবী অনীদু মমান্নবীগী হৈ শিংনা নীপাদুবু শান্নরিবা মতৌদুদা নোক্‌পা থিংবা ৱাজরম্মী। মখা তারকই "করিনো নীপানবু ইজৎ

লৈতেদা।" জয়কুমার "ওহ্ৰোক্লা ইকায়জরেদা"। ফরে, শে হায়রগা লুপা ১০০ ফুরিংখাউদগী শৎতোক্লগা পীগে তৌই। "ফাগি তৌবনিদা য়োন্নবা নত্তে, ঐখোয়সু ঙা চানীংদুনা ইন-চিংবা লাক্লিবনি, নহানমখৈ মীনা ফারগা-লৈরগা চাবদু মহাউ য়ৌদে, ইখুৎনা ফারগা হুমাং তানা হোৎনরগা য়ান্না লান্না চানীংনা চাবগী মহাউদু য়েংনীংদুনা ইন-চিংবা লাক্চবনি"।

জয়কুমার ঃ "অদুদি ঐখোয়সু ফাবা খর য়াওরগা চাবসু খর য়াওজরগে"।

নুপীমচা ঃ "হোরেন ফাবা হৈক্রবদি কমদৌবা?"

জয়কুমার ঃ "হৈক্রগনা নখোয়না ফারিবা ঙাদু চামিন্নবা তারেদনা।"

নুপীমচা ঃ "মদুদি য়াগদবা মান্দেবো।"

জয়কুমার ঃ "অদু ওইরগা নুমিৎ তান্দ্রিবা ফাওবা ফন্নগা নখোয় শংবা তারেদনা।"

নুপীমচা ঃ "মদুসু য়ারোই। ৰাবৌনগদবা মী লৈ।"

জয়কুমার ঃ "হায়রিসিনদি মপু লৈগ্ৰবা জাৎলা?"

নুপীমচা ঃ "মপুগী ৱাদি অদোমগীসু অদোম্না খোয়দাজবী কনাগুম্বী অমদি?"

জয়কুমার ঃ "ঐখোয়দি লৈতদনবু শি-য়ৌনা থিবা লাক্লিবসিনি।"

নুপীমচা ঃ "অদুদি হৌজিক্পু থেংনবীরব্রো?"

জয়কুমার ঃ "অসিৱায়দা য়াওবগুম্ তৌবা মানবা অমা পুক্নিংদা হেক ফাওরক্পদো।"

নুপীমচা ঃ "হৈমা। অশেংবৈরো?" "অদোমবু শক্ফমদি চাউখৎপা সহর অচৌবগী লাইরিক্-লাইশু য়ান্না হৈবা মী মাল্লি, ফিজেৎতুনসু তাক্চরে; অদো; লৈখোম্-লৈনাং মরক্সিদা কুমদুনা পুন্সিগী হিংনবা লম্বী থিজরীবা মফমসিদা পুন্সিগী খোঙ্লোই থিবসিবু চৎনবা য়াগদ্রনে, থাজদেদা"?

জয়কুমার ঃ "সহরদা মশা-নানবা ফজবা ফিজেৎ-লৈতেংনা য়োমদুনা পীশুম্ য়েক্তুনা, চিম্বাল শংদুনা মতম কয়া চংনা মকে শেম্নগা ফজরে হায়না থোরক্লগা লুহোংবা নোঙাল্লগা ইরোই হনুবী মাল্লখবদো পামজদদুনা চীঙয়া তময়া পাৎকী অকোয়বদা চৎলগা মকে শেমদনা মশাগী য়াওজরক্পা রাসি লৈনা ফজবদো পামজরুবনা সি য়ৌনা থিজরক্লিবদো।"

নুপীমচা ঃ "হায়রিসিনদি ঐখোয় অহমসি হৌজিক্কানগী পীশুম য়েক্পী, লিপসটিক্ তৈবীদু নত্তে সিনিনে? হয়েং তুংদা পীশুম্ য়েক্লগা, লিপসটিক্ থারগা

ইম্ফালদকা থেংনরবদি ঐখোয়বুসু মতমগী নুপীনি হায়দুনা বদনাম্কাদি তৌবীরোইদ্রা?" জয়কুমারদু খুম্বা ঙমদ্রে।

জয়কুমার : "সি য়ৌরক্লবদি হলহৌবনা ফগদবা মাল্লেবো?" মখা তারকই "ব্রাসু য়াম্না ঙাংনখ্রে, ব্রারৌবীবা য়দে অমুক্ হঞ্জরগে"?

নুপীমচা : "ঙা সিদি কমদৌবা?"

জয়কুমার : "অদোম্না লৈবসু য়ারোই তাক্পীরবনিনা তোক্পা তারেদনা।"

নুপীমচা : "ঐনা ফাবনি সে-সে। পুবীখ্রো। ঙসি নোংমা ইপ্পা অনীনা মচেম্শিংনা ইন-চিংবদা চংলক্লুনা ঙা অমা নীরগা চারুগে হায়ববু করিগী পীরোইদগে?"

জয়কুমার : "করি কমদৌবা, হৌজিক্কিদুবু ইপ্পা হায়বা?"

নুপীমচা : "হোয়। ইপ্পা অনীনা য়াম্না পাম্না নীবদুদা হায়জবা।"

জয়কুমার : "চহীসিবু কয়া শুবীরবগে?"

নুপীমচা : "অদু তৌক্রসি অদুঙে "খম্বা থোইবী" গী ব্রারী তাবীহৌইকো? মোইরাং কংলৈরোন্দা মোইরাংগী থৌইবীদু মশক্ য়াম্না ফজে হায়নৈকো? অদু, থোইবীদু যুবরাজ চীংখুবগী মচানীদনা? মানা লোক্তাক্তা লৈশাবী ময়াম্ ইনচিংবদা নুপা অমত্তা পাত্তা কুম্বা য়ারোই হায়না মপাগী য়াথং তাউথৈদনা? অদুগা খম্বগী মচে খম্নুগা থোইবীগা মতা শান্নবদো নীংশিংবীব্রা?"

জয়কুমার : "মদুদি ঐ কয়া কুপ্পা খংজদ্রে"।

নুপীমচা : "অদোম্বু মণিপুরি লিটরেচর কয়া খংবীদব্রা?" জয়কুমারনা খল্লি, "নুপীসিদি লায়ব্রোইদৌরি"। নুপীমচা অদুনা মখা অমুক্ চৎথরক্ই, "ফরে, অদুদি তাবীরো। খম্নুগা থোইবীগা মতা শান্নে। থোইবীনা খম্বগী মচে মতা খম্নুবু নীঙোল ময়াম্ লোক্তাক্ পাত্তা ইন চিংবদা পুদুনা ইনচিংবা য়াওহল্লি। মতমদুদা খম্বনা ময়ুমদা চাক্ লান্নক্লুনা মচেদো চরা ব্রান্নবা ঙারৌ লৌনবা ঙা অমত্তা লৌরুগে খন্দুনা লোক্তাক্তা হি হোন্দুনা লাক্পদা অঙাওবা নুংশিৎ থেংনদুনা মাগী হিদুনা মচে থিরক্পদা থোইবীগী ইন থারিবা জগাদা চংখিদুনা হংগেন থুদেক্লুবা মতমদা থোইবীনা নিংথৌগী দন্দি ফংবা তারে, অব্রাফমদা তাবা তারে, পাত্তা নুপা অমত্তা কুম্বা য়াদে হায়রগা করম্না পাৎতা নুপা কুম্লক্লিবনো হায়রক্পদা খম্নুনা নীংশা থিদুনা খম্ববু মাগী মৌপ্পানি হায়না মশক্ তাক্লক্লবদা ইপ্পা ওইব্রে খংদদুনা তৌবনি,

ইপ্পানা মচেনা ইন-চিংবদা মচেগী মনাক্তা লাক্চববু করি তৌই হায়বগে হায়রক্পদা খম্বনা ঐখোয়সু চহীসি ফন ময়ামজরবনি, ইপ্পা-ইপ্পা হায়বসি নুঙাইতেদা হায়খিবদু কাউবীরব্রা ? ইপ্পা অনীনা ঙ অমম্ভং মচেদগী নীজবদা কৈদৌকগী পীরোইদোইনো। শে লৌরো!"

জয়কুমার : "য়ারে ইচে। পুজররোইদা!"

নুপীমচা : "পুদবদি য়ারোইকো। ঐ শাওজরকনি।" জয়কুমার হেমন্তগা মবানীদো ইক-আক্তা ঙাদু পুবা তারে।

জয়কুমার : "অদুদি ঙাসু পীবীরবনিনা নপ্পাশিং অমুক্ চৎচরগে" হায়রগা ময়ুমলোমদা কারক্লে। নুপীমচা লৈশাবী অহমদু নোক্-নোক্তুনা ইন-চিংদুনা লৈহৌরে। নুপামচা পাখঙ্ অনীদুসু ৱাখলদা নুপীমচা অহমদুনা য়ান্না লাক্চনা ইপ্পা-ইপ্পা হায়খিবদুনা ইনুংহেক্ নুঙাইজদে। মখোয়না ফাজবা ঙাসু পুবীরক্লে, পৈশাসু লৌহৌদ্রে, ইকায়বা নংলে। য়ুম য়ৌরগা ঙাদুদি নুমিদাংদুদা হেমন্তখোয়গী মচন নুপীনা শেন্নগা থোংদুনা চারে।

অহিংদুমা ইপ্পা কৌখিবগী নুংঙাইত-নুংঙাইত তুমদুনা নোং অমুক ঙান্লে। ইম্ফাল কানবা গাড়ী পার্কিংদা হেমন্ত লৈহৌরগা জয়কুমার মতোমতা থোরক্ই। গাড়ী পার্কিংদা ঙরাংগী পাত্তা ইন-চিংহৌবী রাসি লৈবী নুপীমচাদু মমান্নবী অনীদুনা থিন্দোরক্তুনা মাসু পার্কিংদা লাক্লে। জয়কুমারদু ঙরাংদি পাত্তা মখাংদা তুংগোল পুল্লগা মকোক্তা কোকশেৎ শেত্তুনা লৈশাবীদুগী শকফমদু মশম্ য়াওনা পুন্না উখিদবনি। অদুবু ঙসিদি মশমসু নীঙদু য়ৌনা য়ান্না লেম্না মপুং-মরৈ নীংথিনা ফারবী লৈশাবী অমা হায়বদু ওইরম্লে। মা উবদা মখোয় অহমদু খোইরুম্ মোমোন নোক্ই। গাড়ীদা কাখৎলে। অমনা, "ঐখোয় লৈহৌরে শান্তি!" জয়কুমারনা "ও। মিংদি শান্তি কৌবোইরে। ঙরাংদি মখোয় অহম্ শুবনিনা থৌনা য়ান্না ফখিবনি, ঙসিদি য়েংনবা তারেদনা। মবুক্তা খল্লি"। জয়কুমার কাখৎলগা শান্তিগী হেক্ মতুংগী সিংতা ফম্মী। গাড়ীদি থৌগদবা খর বাৎলিমান্নে। জয়কুমার; "ইচে। নপ্পা মিঠাই অমত্তা লাঞ্জগে" ? শান্তিদো মতোমতা ঙাইরবনিনা খর ইকায়বগুম্ তৌই। মিঠাইদি লৌই। জয়কুমার অমুক্তু "ইচে। ঙরাংগী ঙাদু কয়াদি হাউরে, ইচেনা পীজনীংনা পীজবনা ওইরমান্নে!" শক্তি খুমদে। ঙাইহাক্ লৈরগা শান্তিনা "শোম্বু কদায় য়ৌবীগদবনো ?"

জয়কুমার : "ইচে। ঐ ইম্ফাল য়ৌজগে"। মখাতানা "ইচেদি ?" শোম্বাংননা শান্তিনা "মোইরাংগী থোইবীনা খম্ববু ইপ্পা কৌখিবদো নোংমখক্তনি, কৈদৌবগে মিংগৌসি হোংদোক্সরসিবা!"

জয়কুমার : "য়ারোই কুঠি পুথোক্নরগা য়েংনব্রদি ঐ ইচে অদুম্ কৌবা তাবনি।" মথা অমুক্ তারক্ই "ইচেগী য়ুম্ তাক্পীরো। নপ্পা য়ুম্ য়ৌনবা থিনজরমগে?"

শান্তি : "ঐখোয়গীদি হুইও, সিফাইও ময়াম্ অমা লৈরমগনি, অদোম্না চংবা কিগনিয়ে"?

জয়কুমার : *"হায়রিসিনদি চংহন্নিংদবগী বানীনে? নপ্পানি হায়রগসু য়ারোইদ্রো?"*

শান্তি : "ইপ্পানি হায়রসু অউবনদি লাম্না উখিবা য়ায়"।

জয়কুমার : "অদু ইচেনা হুইদুগা, শিফাইদুগা খর খাম্বীরবদি ঐ অদুম চংজরক্কে, ঐগীসু শক্তি অমদি লৈজে কৈনো, চাংয়েং তৌনসি লৈফমদুদদি লৈকায়দুদদি তাক্পীয়ু"?

শান্তি : "লৈকায়বুদি সিদা লৈরে" হায়রগা মাগী ভিজিটিং কার্দ অমা মপানা নম্বীবদু বেগতগী লৌথোক্লগা জয়কুমারদা পীরে। ঙসাইদগী ময়ুম খংগে, লৈকায় খংগে গীরি-গীরি তক্কুরিবা মীশক্তো হন্দক্তা এমঃ পিঃ এসঃ খনবগী ওর্দর থোক্খিবদা ভাইরিবা মপানা আইঃ এঃ এস ওফিসার রিভিনিউ কম্মিসনার উতমকুমারগী মচানুপী অমত্তা পোক্চবী উরিবোক্তগী অঙোম শান্তি ওইরম্লে।

জয়কুমার : "ও। ওহ্নোক্লা ইকায়জরেদা।" হায়জিল্লুরবনিনা য়াম্না ইকায়না "ইচেগী ইপ্পাগা লৈবিদ্রা? লৈরবদি মাগী মরুপ্নি হায়বীরো য়ুমদংদি খংজখ্রগে"?

শান্তি : "অদোম্না ময়াদ্রবনিনা চংলুবা তারেদনা" হায়রগা ইম্ফাল য়ৌবা লাকমিন্নরে। মবুক্-মবুক্তা অশেংবা খংনরবনিনা চিংনবদি লৈনদ্রে। জয়কুমারসু অনম্ য়াম্না কনবা করিগুম্বা মানা অনীংবা অমা লৈরবদি মদু ঙমদ্রিমখে হন্দবা নীপানি। মাগী অনম্ কনবা য়াম্না খংনিংবা মী কিদবা মতৌদুদা শান্তিগসু খর চানজবগুম তৌবদুদা মাসু য়ারিবনি। জয়কুমারনা খল্লি, "মানা ঙরাং লোক্তাক্ পাত্তা ইন-চিংদুনা লৈরম্লিবা ফিভমদুনা মাবু অসিগুম্বা ইমুংগী মচা-মশুনি, এমঃ পিঃ এসঃ খন্দুনা দিঃ এসঃ পিঃ ওইগদৌরিবনি হায়বসি কনানা থাজগনি? অঙক্-অঙক্পা মান্দবা থাজদবা ঘৌদোক্নু য়াওদবা নত্তে সমাজসিদা"। মাদি মাগী পামজবী হোবী অমনা থাঙ্গদা চত্তুনা লোক্তাক্তা ইন-চিংলুরি। মসিসু পুক্নিগীদি তাংনা থোক্পা থাজদবা মথেল অমনি। ইম্ফাল য়ৌদুনা পার্কিংদা গাড়ী খামলে। মখোয় অনী ওটোরিক্সো অমদা উরিবোক্

ইবোতোনম্নাগী মপা য়ৌদুনা উতমকুমারগী থোংগালদা থাম্নগা মখোয় অনী য়ুমদুদা চংলকই। পুরক্লিবা মাগী ইয়ারবেন্তু জয়কুমারনা পুশিন্নকই। মপু য়াওরবনিনা সন্ত্রিসু, হইসু অমত্তনা বেরা তৌরম্নে।

মমা থোরক্লনা "ইবুঙোসিদি কনানো ?" শান্তিনা "ঐগী লাইব্রিক্ তম্মিন্নবা ক্লাসকী মরুপ্নী; থাঙ্গদা থেংনদুনা পুন্না লাকমিন্নবনি, মাসু ঐখোয়গীদা চাক চামিন্নবা তারে" হায়জিল্লক্লে। জয়কুমার ইক-আত্তা চাকশু চাবা তারবা। মখুৎ-মশা হামদোকপা, মায়-মিৎ তাবা লোইরদুনা ডাইনীং টেবলদা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা মমানা চাক্ শেমদুনা চামিন্নরে।

জয়কুমার : "ইচে। অদু থবক্তি করমকান্দা জোইন তৌবীবা তারিবা ?"

শান্তি : "করিনো, কৌরনু হায়রগা ইমানা তারগা নুংঙাইরোই"।

জয়কুমার : "অদু ইচেদি পুলিসকী ওফিসার ওইদৌরবনিনা পাখঙ্ অঙাওবা তাখত্তুনা ফুথবা তারিনে ?" মমা চংলত্তুনা "করি-করি অবাৎ-অপা হাপখোগে ?" "য়াজরে ইমা।" চাবা থক্পা লোইরগা কমলা, শেম্ অমুক্ পুথোক্লুনা চামিন্নরে। চম্ননবা তৌরগে হায়দুনা থোরক্লে। জয়কুমার নুপীমচাসিনা ঙরাং পাত্তা থেংনরক্পদগী হৌজিক্ ফাওবসিদা উরিবা মাগী ঋঙাং-শাঙাং, তৌথোরক্পদা দং-দং মী কোইদবা, কিদবা কয়াদু উরগা তোপ-তোপ্নি। করম্না অসুন্না অশুক্-চাউবা ফম পায়বা মপাগী মচানুপীনা, মশক্সু রাসি লৈনা ফজবী নুপীমচাসিনা থাঙ্গা য়ৌনা য়াম্না চম্না লাইন বসতা তোংদুনা চৎলগা পাত্তা কুমদুনা ইন-চিংলম্লিবা ? মসিবু কনানা থাজগনি ? মশানা পামজবদা মদু থবক্ ওইনা পাংথোক্লগাদি নুংঙাইজদবা, চাংয়েং তৌদুনা য়েংনীংবা মী মখল অমা শোয়দনা ওইগনি খল্লি"। মপা মমা খংলবদি মানা তৌরুরিবা থবক্তু য়াগদবসু মান্দে। নোংমদি শোয়দনা মাগী মমিং লৈবাক্সিদা তানরক্কনি খন্না য়ুম য়ৌরক্লে।

খর লৈরগা নোংমা জয়কুমার মানা আগ্রা-চৎথ্রিঙৈদো মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা লাক্‌ই। মা মাগী সবজেক্টকী ওজা অনীলকুমার হিস্টরিগী উনবা লাক্পনি। মানা ওজা অনীলকুমারগী কা য়ৌরক্পদা নহানগী শান্তিদু মমান্নবী ইন-চিংমিন্নখিবী অহমদু বরেন্দাদা লেপ্তুনা ক্লাস লোইরক্পগী বারী শাদুনা লৈরম্লে। জয়কুমার উবদা মখোয় অহমদো চপ মান্ননা নহানগী নুপাদু লাক্লে হায়নৈ। জয়কুমার য়ৌশিল্লক্লে। মখোয় অহম্ উবদা জয়কুমার "হৈমা। ইচেখোয়দি সিদা করি তৌবীরম্মীবা ?" শান্তিনা ইচং থৌনা "ইপ্পা লাকপ্রা ঙাইজরম্মীবা"।

জয়কুমার : "ঐগী পুন্সিসিবু ইপ্পাদা অসুম্ লোইদৌরিব্রা তৌরিসিবু?"

শান্তি : "করি থবক্কিনো?"

জয়কুমার : "ওজা অনীলকুমার অমুক্তা উনজগে তৌবা।"

শান্তি : "মাদি হৌজিক্তা ক্লাস লোইরগা থোক্খিবদা ঙাইহরিবনি।"

জয়কুমার : "ইচেখোয়বু হিস্টরি লৌবীব্রা?"

শান্তি : "হোয়। হিস্টরিদা ফাইনেল তমজরি।"

জয়কুমার : "ও। ঐসু আগ্রা য়ুনিভর্সিটিদা হিস্টরিদা ফাইনেল তমজরি"। মখাতানা "অদুদি ঐখোয় তাই তারবনিনা মিং কৌনবা য়ারেনে?"

শান্তি : "হোয়দা হোয়দা। অদু, নোংমদি পাত্তা লোংউপ পায়রগা ঙা ফাবীবা তারেদো। নহানগী ঙাদুগী অমুক্ তাই তানবা?"

জয়কুমার : "ঐবো"?

শান্তি : "অংহোয়"

জয়কুমার : "মীগী ঙা চারুরবনিনা নোংমদি ইথৌ পাংথোক্চবা তারেদনা তাঙ্গা চাবা মতম লাক্পদা।'

শান্তি : "শোয়নবদি য়ারোইকো তাই তাদনা।" ৱারী ঙাইহাক্ শারমল্লগা জয়কুমার ওজা অনীলকুমারগী কাদা চংখ্রে। মখোয় অহুমদুসু হৌনরগা নোক্-নোক্তুনা অমুক্ থোক্খ্রে।

নোংমা-নীনী লৈরগা জয়কুমার হেমন্তগা লোয়ননা আগ্রাদা অমুক্ চংখ্রে। জয়কুমার মাগী পুন্সিদা শান্তি থেংনরুবদগী চাউরবা পারা অমদি মাবু তম্বীবগুম্ মাসু শান্তিগুম্না কন্না হোৎনরগা অমুক্তংদি ইউঃ পিঃ এসঃ সিঃ থারগা আইঃ পিঃ এসঃ খল্লবদি মাবু ঐগী ওইনা হায়রুবদা পংচোপ্তি চোপত্রেদনা খল্লি। অহীং-নুংথিল তুম্বা-চাবা খুদিংমক্তা অমুক্তংদি হায়বা বাখলনা মাং থারগা হোৎনবদুনা এমঃ এঃ হিস্টরি ফাইনেলদা আগ্রা য়ুনিভর্সিটিগী তোপ্পর তারে। মানা খনবা নীংবা লাইনীং অমনা মা দিল্লিদা লৈরগা কোচিং ক্লাস য়াওদুনা ইউঃ পিঃ এসঃ সিঃ পরিক্ষা য়াওদুনা রিটন ফাওবদি খল্লে। ভাইবা ভোস অমুক্ তৌদুনা হায়দোরক্পদা য়াওরক্রে। জয়কুমার আইঃ পিঃ এসঃ ফংলে।

শোমদা শান্তি ওফর পীদুনা পুলিস ওফিসার খন্দুনা পাঙ্গাবতা থা তরুক্কী ত্রেনীং চৎখ্রে। শান্তি থা তরুক্কী ত্রেনীং লোইদুনা য়ুমদা থোক্কদবগী টৈক্সি অমদা মাগী লৈরম্বা

কাটরদগী পোৎ-চৈ, শুৎ-কেশ পুথোক্তুনা হান্নি। জয়কুমার ইখঙ্-খংহৌদনা অতোপ্পা টেক্সি অমদা ক্রেনীং সেন্টর অদুদা য়ৌরক্ই।

জয়কুমার, শান্তি উবদা "ইচে। হায়না কৌই। শান্তি য়াম্না গুক্না কদোমদগীনো তৌবীরক্লিবসিবো?" "ইচেনা লম্বীসিদা মাঙ্ খর থানা চৎখিবদুদা ঐ অয়াংবা গাড়ী রাজধানী ক্রেন্দা তোংলগা তাম্নজরক্পনি। অদু থা তরুক্তি ইচেনা খর অহলনীনা মাং থাখ্রেদনা।"

শান্তি : "হায়রিসিবু, সোমসু...... ?"

জয়কুমার : "হোয় ঐ হন্দক্কী ইউঃ পিঃ এসঃ সিঃগী হায়দোকখিবা পরিক্ষাদুদা আইঃ পিঃ এসঃ ফংলে"। "ও। গুদ, কংগ্রেচুলেসন" হায়রগা মখুৎ শোক্লে।

জয়কুমার : "অদু ইচেবু ঐবু ইয়ারপোর্টতা থিনজৌ হায়ব্রা?"

শান্তি : "করিনো পুন্নমক্ তাই তানরবা ফাওবদা অদোম্না ঐবু ইচে-ইচে কৌরিবসিবো? ঐনসু হায়খ্রে, মোইরাংগী খম্বনদি থোইবীবু অদুক্ শাংনা ইচে কৌখিদে, অদুগা থোইবীনসু য়াম্না থুনা "পাম্মুবা" হায়না ওম্বোক্খিবগুম্ তৌখি। পাম্মুবা-পাম্মুবী হায়বনদুম্ হেম্না পাক্চরোইদ্রনে?"

জয়কুমার : "অদু ওইরগা ঐখোয়গী ইরোল মীনা খঙ্নদবা লমদমসিদা ওনথোক্লহৌরসিরা?"

শান্তি : "হোয়নে, হোয়নে, কৌবীরোনে?"

জয়কুমার : "ঐবু ইচিনসিনা ইচেদগী......পাম্মুবী, ভাইখো ইচেনা অমুক্তা হান্না... ।"

শান্তি : "ঐসু চিনসিদা ফাজিনবা অমা য়াওরে। অদুদি লম্বীদা চা অহাওবা অমমম্ থক্লগা ওইনা।"

জয়কুমার : "ফরে, ঐগী পোৎশিংশে অমুক্তা মফমচানা থমজিল্লগা চৎলসি।" মাগী পোৎ-চৈ লোইনমক্ কাটরদা থম্নল্লগা মখোয় অনী বারী শানা-শানা ইয়ারপোর্টকী লম্বীদা টেক্সিদা লাক্ই। লম্বীদা হোটেল অমদা টেক্সিদো ভাইহল্লগা চা থকমিন্নে। ভাইহাক ক্রেনীংগী মতাংদা করম্-করম তৌবা; চাবা-থক্পা করি-করি দ্যুটিনচিংবা খর হংনরগা টেক্সিদা কাখত্তুনা অমুক্ লাক্রে।

জয়কুমার : 'পাম্মুবা, পাম্মুবী ওল্লবনিনা ঐখোয় অনী লোক্তাক্ পাৎকী ঈয়ায়দা ঈশিংদা তাবা মি য়েংনা বাশরুবদুদি কমদৌবা?"

শান্তি : "হায়রিসিনদি ঐখোয়না তোংলক্লিবা কারসি হি ওইনা খল্লসি হায়বগী বানীনে? থম্বাল খর শাংলন্নবদি ফগদবা হায়রগা নোক্ই।"

জয়কুমার : "হোয়নে, ঐগী থম্বাল শাংপা খুদোপ্ অমদি য়াওখিবনি, ইমানা হন্দক্তা শাবীরক্পা" হায়রগা মাগী হেন্দ বেগ হাংদোক্লুনা য়েংই। লৌথোক্লগা ফজল্লা হংই।

শান্তি : "য়াম্না ফজেনা সিদি"। "অদু মিংগৌ-হোংবা নুমিৎসিদা মসিমক্তংদি খুত্তুদা শিজরগে"? শান্তি ওইহাক্তং খঙ্গানে, হায়রক্ই "ঐখোয় অনীগীসি থুমল্লিকো। য়ুম্নাক্ শাগে য়েক্-শলাই হায়বা অমসু লৈরিদনা?"

জয়কুমার : "অদু শোমগী য়ুম্নাক্পু?"

শান্তি : "ঐগীদি অঙোমনি; অদু শোমগীদি ইহে, পাম্মুবগীদি"?

জয়কুমার : "নং মিংগৌ ওল্লে,"

শান্তি : "ওঙ্গরে।"

জয়কুমার : "ঐগীদি নিংথৌজমনি পাম্মুবী হায়রগা শীরগেকো খুদোপশে হায়রগা শান্তিগী খুৎয়ায়দা শিবীরে।" শান্তিগী মখুত্তু অহানবা পায়রুবদু থাদোক্লিংদ্রে, অদুম, পায়শিন্দুনা থাদোক্তনা লৈরে।

শান্তি মশাদু নীকপগুম্, কিবগুম্ "শে ! থাদোক্লো পাম্মুবা কৌরফাওবা থাদোক্ল রোইদ্রা?" "পাম্মুবীগী খুৎশি নুংশিনা পুল্সিগী ওইনা পায়জনীংবদো"। ইয়ারপোর্ট য়ৌরে। টেক্সিদগী পোৎ-চৈ লোইনা থাংথরে। কায়নরমদাই য়ৌদুনা শান্তি জয়কুমারগা মখুৎ অমুক্তং শোক্লরগা মপি ইরা চেনবগুম, তৌনা লৈহৌরোকো পাম্মুবা।

জয়কুমার : "চৎলোকো পাম্মুবী" হায়রগা লৈহৌরে। ইয়ারপোটকী মপান্দা লেপ্লগা শান্তিগী ফ্লাইট পাইখিবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈরম্লগা মাগী লৈফম্ ত্রেনীং সেন্টর তানা অমুক্ হল্লকখি।

মথংগী নুমিত্তগী মাগী ত্রেনীং অমুক্ হৌরে। মরক্-মরক্তা শান্তিনা চিঠি থারক্লুনা পাম্মুবা, পাম্মুবী হায়বা বাহৈতেমক্ শীজিন্নদুনা অবায়-অখুম্ তোয়না তৌনে।

জয়কুমারগীসু ত্রেনীং লোইরে। অদুবু মাগী পোস্টিংদি মণিপুরদা পীবীয়ু য়াদ্রে। মেঘালয়াদা পীরে। অহল-লম্মন থাদুনা হায়ন-শীংনদুনা জয়কুমারগা শান্তিগা ইম্ফালদা লুহোংলে। মঙানি চাক্লৌবা মতুংদা নোংমা শান্তিনা জয়কুমারদা "ঐখোয় অনীগী "হোনিমুন অমুক্তংদি চৎলুশিবা"?

জয়কুমার : "কদাইদা চৎশিগে?"

শান্তি : "থাঙ্গদা, লোক্তাক খোংবান্দা"।

জয়কুমার : "হোয়নে, নংনা নোংমা হায়খিবদো, তাই তাম্রিকো।" জয়কুমার মাগী মারুটি জিপসি থৌরগা শান্তিগা লোয়ননা থাঙ্গদা লাক্ই। মাগী মহৌশাগী হেমন্তখোয়গী মথুরাগীদা থুংই। অহীংদু হয়েংদি ঐখোয় পান্তা নুপীনা ইন-চিংবা অদুগা নুপানা লোংউপ তান্দুনা ঙা ফারগা চাক্-চানবা তারে হায়না ইমুং মঙ্গ-তরা হায়নরে। জয়কুমার ঐবু ঙা ফাবা হৈতদুনা চোঙ্গগদ্রা, লোংউপ্তা ঙা চনবা খংদদুনা তোকদ্রা হায়বগী কন্না চিংনরক্ই। হেমন্তগী মথুরানা নীংথিনা ঙা চনবগী, করন্না ফাবগী পারাদু তাক্পীরে।

মথংগী নুমিত্তু শান্তিদি মহৌশা তৌখিবগুম্ ইন-চিংবগী দ্রেশতু ফজনা মমান্নবীশিংনা শেৎপীরে। জয়কুমারসু নুপা মখেনা লোংউপ তানবগী দ্রেশতু শেৎপীরে। অসুন্না পুলিস ওফিসার মতৈ-মনাও অনীদো ইন-চিংবা লোংউপ তানবা তৌদুনা ঙা ফাগদৌরি হায়বদুদদি ভিঃ দিঃ ওঃ নচিংবা পুরক্নুনা নমদুনা ময়াম্ কুম্মে অমা ওইনখ্রে। অদুবু শান্তিগী ইন্দদি ঙাসি পংলক্তা লক্পা অদুগা জয়কুমারদি ঙা অমফাওবা ফাবা হৈত্রে। বাবনসু খম্ থেংলে। য়াম্না কুইনা হোৎনরবা তুংদা মাগী লোংউপ্তা কুদুক্ কুদুক্ লাউবা মখোল অমা লোংউপ্তু নীকপা মখে মনুংদা ঙা অমদি চল্লে। অহেবো নীপা অমা কৌরগা মাগী ঙাদু খর ফাবীযু হায়রম্মী। নীপা অমা চৎশিল্লক্নুনা মাগী ঙাদু ফাবীরে। গোলদন কালপ কিলোগ্রাম্ অনীবোম তাবা অমা ওইরম্লে। জয়কুমার মোমোন নোক্রগা "তাইদি তারেকো"! হায়রগা পাৎতগী কাখৎলক্ই। জয়কুমারগী ঙা ফাদুনা তাই তাহল্লবা তুংদা নুমিদাংদু অফাবা ঙাশিংদু পুন্না থোংলগা ময়াম্ চাক্-চামিন্নদুনা হরাউ-নুঙাইনা লেনখি। মথংগী নুমিত্তা মরুপ মপাং ময়াম্ খুৎ শোক্নদুনা হেন্না শক্খঙ্ মায়খঙনরবা তুংদা পাম্মুবা, পাম্মুবী ওইখ্রবা মতম্ অমগী লোক্তাক্ মপান্দা অহানবা শক্খঙনখিবা জয়কুমার অমদি শান্তি পূক্নিং নুঙাইনা হোনিমুন লোইদুনা ইম্ফাল কাখি। নুংশিগী লমজেলদা চপ মান্ননা পঙ্থুংফম্ য়ৌমিন্নখি।

তাং ১৮/৭/২০০৩

# পাল্লরেদো ঙসিদি

মোহোন মণিপুর কলেজগী ওজা ওইরি। ফিজিক্সকী ওজানি। চহী কুনথ্রামঙা শুরে। মতা-চাবা ইথোক্-থোক্তদুনা হৌজিক্ ফাওবদি লুহোংদ্রি। ঙসি ইরাই নুমিৎনি। মাগী কলেজগী ক্লাস লৈতে। অহল-মশেল য়ানখ্রবা তুংদা মশা-মশা অমুক্তংদি খঙনহন্নসি হায়দুনা মমান্নবা লোকেনগা লোয়ননা নুপী য়েংবা চংকদৌবি। উনফমদি কোংবা তাবা লম্বী মপান্দা হোটেল ফম্বী ইনে নুংশিবীগী চা-বোরা হোটেলদনি। মোহোন মাগী মরুপ লোকেনগী স্কুটর মনীংদা তোংলগা ইনে নুংশিবীগী হোটেল তানা শিংজমে থোঙাম লৈকায়দগী লাক্ই।

ইনে নুংশিবীগী হোটেলদু মনুং-মপাল অনী থোক্ই। মপালদা ফান জুরা অনী মায় ওনশিন্নদুনা থারি। মনুংদসু খর পীকতক্ তৌবা মী অনী ফম্বা য়াবা ফান জুরা অনী অমগা থারি। মনুংগী কাদু অমুক্ ফক্লোংনা তংখায় থারগা ইনে নুংশিবীগী হোটেলগী লৈরং চা-বোরা হৌনবা লৈ মনুংগী ফান জুরা অদুদি ঙসিদি নুংমিদাংবাই হায়নখিবা মতম য়ৌরক্লুনা ইনে নুংশিবীনা মী ফমহন্দ্রে।

মোহোনগা লোকেনগা ইনে নুংশিবীগী হোটেল মপা য়ৌদুনা গাড়ী খাম্মী। মখোয় অনীনা গাড়ী হেক্ খাম্বগা রিক্সো অমদা মৌনহা অমা কপ্পুবগী মমায়-মমিৎ ইপোম পোম্না, ঙাংশং-ঙাংনা মচা চহী অমগী অমা পল্লগা পোৎয়োম মচা অমগা

বিক্লো খাল্লগা কুমথবক্‌ই। নুপা অনীদু উবদা মকোক্তু ফিনা শৎ কুপশিল্লি। মকোক কুপ্লিবা ফিদু খবগা চিংথদুনা মমায়দু তংখায় অমা খুম্বনা নুপা অনীদুনা মাগী মশক্তু উহৌদ্রে। হোটেল মনুংদা চংলগা মনে নুংশিবীদা ইনে ঐ হল্লক্লবনি হায়। মনেনা অদুগী ফান্দুদা ফল্লুগনু, মপু লৈববনি, সিদা ফক্ মরুমসিদা ফল্লোলাউ হায়রগা মাগী ফক্রোংনা খাবিবা মকমদুদা মুরা মচা অমদা ফমহল্লি। ইনে নুংশিবীনা হায়রক্‌ই "ইন্দিরা নংনা তৌগদবসি লুইদা। নচাসু মবিনি, ঙাইহাক্ লৈতনা অসুম্না হন্দোক্-হঙ্গিন, থিন্দোক্-থিঙ্গিন তৌদুনা কয়াম্ কুইনা হিংগদৌবি? নবুংশিংদুসু নংগী নতৌসিনা অমত্তা য়ানীংদ্রবনি"।

তাঙ্গাদুদা পাখঙ্ অনীনা য়েংগদবগী ঙাইবিবী লৈশাবীদু মনম্মা মেমতোম্বীগা থোক্লক্‌ই। লৈশাবীদুগী মমিং নলিনি কৌই। মখোয় অনী ইনে নুংশিবীগী হোটেলদা প্রপ-প্রপ, চংখিদুনা ইনে ঐখোয লাক্লে তম্মী। ইনে নুংশিবীনা "লাক্‌ও-লাক্‌ও ফম্মরো।" লৈশাবীদুগা মৌদুগা অনীদু মনুংগী ফান্দুদা ফমই। শোমদা পাখঙ্ অনীদুসু ঙাইহাক্ লেপ্লম্বদগী লোকেন্না "ভায়। চংশি লাক্‌ও।" হায়না মোহোনগা অনীদুসু চংখ্রে। লোকেনগা মোহোনগদি মপালগী ফান্দা ফম্মী। ইনে নুংশিবী থোবক্তুনা "ইবুঙোখোয় লাক্লব্রা?" ইনে চা শেম্লক্লে হায়রগা মবুংগী মচা ইন্দিবা মাগী মনাক্তা ফক মরুমদা ফল্লিবদুদা "বা অমত্তা ঙাংলক্কনু অকবা বাবী অমা শাদৌবি" হায়। ইন্দিরাসু তুমিন্না ফম্মি।

ইন্দিবা মতম্ অমদা মোহোনগী মৌ ওইনবা অহল মশেল হায়নবদা য়ানদুনা বাবোইপোৎ পুবা নোঙানবগা চেনখিবনি। মদুদা মোহোন ইকায়বা নংখিবদগী মতম শাংনা নুপী-নহা থিকগী বাফম মশানা য়াদনা লৈবক্‌পনি। ইন্দিবানসু মোহোনবু মশক্ মুন্না খংখিবনি। মানা মতম্ অমদা মোহোনবু য়ন্না হম্বনা পাংদবা সাইকল তোংদুনা চৎপা পাখঙ্ অমা ওইনা খনখি। মমা-মপানদি হোৎনবা কনবা মী ওইগদবা নুপানি হায়দুনা য়াম্না পীনীংনা হোৎনকবনি অদুবু বাবোইপোৎ পুববা মতুংদা চন্দ্রকান্তা কৌবা মশক্-মতৌ ফজবা মোটোর সাইকল অহনবা তোংবা মমিৎ য়াম্বা, নুপী য়াম্না কোয়বী, সেক্রেটরিএতা মন্ত্রিগী পিঃ এঃ ওইবা বাংখৈদগী অমদা চেনখিবনি। হৌজিক্তি চন্দ্রকান্তা ইন্দিবাগী মতুংদা নুপী অহম্ শুরে। খংনরে হায়দুনা লাক্‌ই মমানা হেক্ থিল্লুই। নোংমা-নীনী লৈরগা হেক্তা মবাক্‌ই। মমাসু মাগী খনবদা লাইমন্ পুদুনা হৌখিবা চহীদা লৈখিদ্রে। মপাগী মচন ইনে নুংশিবীনা খিত্তং মাগীদমক্ খনবীবিবসি মঙাইবে। মবুংশিংসু মাগী মশক্‌সি য়েংনীংদ্রবনি। ঙসিসু মচা অমা পুরগা মনেগী হোটেলদা ফি-ময়োম্ অমগা আ মনুংদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরি।

ইনে নুংশিবীনা; "ইবুঙো অনী মনুংদা ফমসি। ইচা-ইয়া ভাক্তনি; করিসু হঙেইনীই লৈতেদা। হয়েং লৈমিন্নরবা কান্দা নখোয়না হেন্না নক্কখিদুনা ইনেখোয়দি আ মতাইদা লৈহৌগদৌরিবনি"। লোকেন, মোহোনগা মনুংদা চংলগা ফম্মে।

নলিনি ইন্দিরাগা ক্লাস মান্নরক্পী মমান্নবীনি, মতম অমদা ইন্দিরানা মশক্-মতৌ খর ফজ্জবগা, নুপা-নহাগী ইরাং খর লোয়নবগা ইন্দিরানদি নলিনিবু করিসু ওইনা খনবীখিদে। অদুবু নলিনি মরম মোক্পী হায়বা ইনবী, জ্ঞান তাবী ছাত্রি ওইরক্পনা এমঃ এসঃ সিঃ জুলোজিদা ফার্স্ট ক্লাসতা পাশ তৌদুনা জিঃ পিঃ কলেজদা ওজা ওইহৃরিবীনি।

মাগা লোয়নরক্লিবী মনম্মা মেমতোম্বীনা হায়স্কুলগী ওজানি। লোকেন্না বারী হৌরক্ই "ইচে কৌগদ্রা, ইতৈমা কৌগদ্রা, মিংগৌসু খংদ্রে, হৌজিক্পু করি করম্বা ওফিসতা লৈবীরিবগে"?

মেমতোম্বী : "ঐবু ওইবীরবরা?"

লোকেন : "হোয়"।

মেমতোম্বী : "ঐদি অনক্পা অসিবাইদা লৈবা "ইস্টর্ন" স্কুলদা ওজা ওইজরি"।

লোকেন : "অদুদি ইতৈমগীদি থোংগাল ময়াওম্বনি"। "অদু, ইতৈমগী তামোগী মিংবু"?

মেমতোম্বী : "ঐখোয়গীবুরো? অহঙ্গাও কৌই"।

লোকেন : "করি থবক্ পায়রিবগে?"

মেমতোম্বী : ইঞ্জিনীয়ারনি, আইঃ এফঃ সিঃ দি দা ইঃ ইঃ ওইবনি।

লোকেন : "ইতৈমগী অঙাংদি কয়ানো"

মেমতোম্বী : "নুপা অমগা নুপী অমগা অনীনি"।

লোকেন : "চপ চারেনে ইতৈমগীসিদি; মখোয়দি করি স্কুলদা তম্লিবগে?"

মেমতোম্বী : "নুপামচাদুনা 'সেন্ট জোসেপ্তা' ক্লাস সিক্সতা অদুগা নুপীমচাদুনা 'নীর্মালাবাসতা' ক্লাসফাইব তা তম্লি"।

ইনে নুংশিবীনা তান চানা চাগা বোরাগা পুথোরক্লে। প্লেট অনীদা তোঙান-তোঙান থম্মী।

লোকেন : "হৌরসি ইতৈমা, নলিনি পায়রো"। বোরা চাবা হৌরে।

লোকেন : "অদু ঐখোয় ওজা নলিনিগীদি হাপ্তা অমদা নুমিৎ কয়ানি ক্লাস লৈবীবগে?" নলিনি য়াম্না ইকায়না মনম্মদা হাইফেৎ লেংজুম্না খেৎলগা "মরিনি খক্তনি"।

লোকেন : "অদু ক্লাস লৈতবা নুমিৎকাদি য়াওদব্রা?

নলিনি : "য়াওই"।

লোকেন : "করি করি নুমিৎ ওইরবনো"?

নলিনি : "লৈপাকপোকপগা ইরাইগা"।

লোকেন : "অদু ঐখোয়গী ভায় মোহোনগীদি"?

মোহোন : "ঐগীদি হাপ্তা অমদা নুমিৎ মঙানি ক্লাস লৈ।"

লোকেন : "অদুদি ওজা নলিনিদগী ঐখোয় ভায়গীনা নোংমদি হেল্লিনা।

লোকেন : "অদু ক্লাস লৈতবা নুমিত্তি?"

মোহোন : "ঐগীদি ইরাই খক্তনি"।

লোকেন : "অদুদি ইরাইসিদা প্রোগ্রাম্ নুংঙাইবা অমা শেম্লগা কদাইদনো সেন্দ্রাদরা, সিংদাদরা অমদি চৎসিদনা?"

মেমতোম্বী : "হোয়দা, হোয়দা মশা-মশাবু য়ানজরদি অদুসু ফৈ, পুকচেল খংনজনবা। মখা তানা "অদু নখোয় অনীসু করিনো খরদি শানৌদনা" হায়রম্লগা মেমেতোম্বী ফম্নম্বদগী হৌগৎখ্রে। লোকেনসু হৌগৎলগা "ইনেগী বোরাসি য়াম্না হাউইবো! মীনা হায়নবা চুম্মী,মরক্ মরক্তা লাক্পতারে ইনে"। হায়রগা মপালদা ঙাইহাক্ চৎথোক্খি।

মোহোন : "অদো, ওজা নলিনিগী কলেজদুবু ছাত্রি ঙাক্তনি, লাক্লবা ৱারমদৌ মাল্লিবো"? নলিনি মথক্তা ঙাইরবনিনা খর ইকায়বগুম্ তৌনা "ওজাখোয়গীবু কমদৌবীগে"?

মোহোন : "ঐখোয়গীদি নুপামচা ঙাক্তনিনা জ্ঞান তাবজৎ নত্তেদা"।

নলিনি : "ঐখোয়গীদি ক্লাস লোইরক্পদা ওজা নং লৈশাবীরা, মৌরা হংবসিনবু খুমফম্ খংদে, মমায় কনবী ঙাক্তনি"।

মোহোন : "অদুদিওজাদি করি খুম্বীবগে"?

নলিনি : "অচুম্বদু অদুম্ খমই"।

মোহোন : "ওজাগী থায়নগী খঙন-চান্নবকাদি লৈবীদ্রা?"

নলিনি : "লৈরম্মী, কৈদৌনি, হৌজিক্তি মখোয় লোইনা ময়ুম-মকৈ পানখ্রে"।

মোহেন : "অদু হৌজিক্পু করি খনবীরিবগে?"

নলিনি : "করি খল্লুনি, মত্ চানবা লৈতদুনা লৈরিবসিনি"।

নলিনি : "ওজাসু নুপানি অতোপ্পা নুপী হয়েং তুংদা ফরক তারক্কদবকাদি লৈতেকো?"

মোহেন : "লৈরদবু ঐখোয়না চহী মতাংসিদা ওজাখোয় উনবা লাক্রমগদ্রা"?

নলিনি : "অদুবুদি চুম্মী, হৌজিক্তা 'টিন এজ' গী চহী মতাংদু শাবা তারিবনি"।

নলিনি : "ওজাগী হৌখিবা ৱারী অশেংবা অমম্ভংদি থম্মোই শেংনা তাহনবীবা ওমগদ্রা"?

মোহেন : "লৈবুদি লৈ ঐবু লিরসিরা?, ফরে,অদোম্না লিয়ু হায়রবনিনা লিজরগে"?

ৱারী হৌরক্ই :-

মমিংদি পঞ্জরবোই কোম্না খংবীরক্কনি, অদোমগা লৈকায় অমত্তদগীনি। নুপীদো মশক্কাদি য়াম্না ফজে, ঐনা এমঃ এসঃ সিংপাশ তৌরগা থবক্ ফংদ্রিঙৈ সাইকল তোংদুনা অঙাং ট্যুসন চৎলিঙৈ মতমদনি। মতমদো ঐখোয় ইমাদো কন্না নারক্পদগী মচা অহল ঐগী মমৌ অমত্তং থুনা থিনবা বাবানা মাগী মরুপ কুল্লধজ কৌবা অমগী মচানুপী বীঃ এঃ তম্বী অমা হায়নরুরে। মশক্তু ফজবনিনা ঐসু য়ারে হায়খ্রে। নুপী মশাগা ঐগদি ঙসিগী অসুম্না ৱারী শানখিদ্রে। ঐনসু মানা মশক্ খঙবনিনা অদুক্ চাউবা নমথাক্ তৌরক্কনি থাজখিদে। য়ুম-কৈ শুনু হাইদুনা, রং-পং লোইনা তৌবা লোইরুরবনি। বেন পার্টিগী বার্তোন ফাওবা তৌরুরবনি। ৱারোইপোৎ পুদুনা কুঠি ককা পীদুনা য়েংনবা লোইরুরগা নোঙালবগা নুপীমশা চেনখ্রে হায়দুনা নুংথিলদা পাউ লাক্পদগী ঐ হায়ফম তৌফম খঙদনা ৱাখি, ইকায়খি। ঐনা মাবু মতমদুদা চাউরবা শাপ অমা তৌখি "মাগী নুপাদু মরমচৎ চুমদবা ওইরমদুনা মানা মপামদা অমুক্তং মচা পুদুনা হল্লক্তুনা লৈবা মতমদা ঐনা মখোয়গী লৈকায়দগী নুপী মঙোন্দগী য়াম্না থাক্ ৱাংবী অমগা শোয়দনা লুহোংগে খনখি"।

অদুবু হৌজিক্তি ঐনা মতমদুদা শাওবদগী খনখিবা ৱাখলদু য়াম্না ফত্তবা ঐবু কনাগুম্বী অমনা পাম্বীরমদ্রগা ঐনা মাবু শাপ তৌখিবদু মদুনা চুরুংবা তারবদি মঙোন্দা য়াম্না ৱারমগনি খল্লুদুনা, মাগী পুক্নিদু নুংঙাইনা লেনবা ওইসনু হায়না অমুক্ শাপকী মহুত্তা বরদা ওনথোক্খ্রে।

মখোয় অনীগী বারীদু থংননা খারিবা ফকতুগী মরুমদা ইন্দিরা থম্মোই শোক্লা তারি। বাহৈশিংদুনা মাবু কপহল্লি, মপি তত্তনা শিনথহল্লি।

নলিনি : "ওজাগী বারীসিসু অয়াবীনি", মাসু বারীদু তারুবদা মখোয়গী লৈকায়গী ইন্দিরাগী বারীনি হায়বসি ভাব খরদি তারে। মখা তানা নলিনিনা অমুক্ হংই "অদু নুপীদুগী নুপাদুগী মিংদি নীংশিংবীরিব্রা?"

মোহোন : "মতমদুদা ঐনা তাখিবদুবু মা সেক্রেটরিএটতা মন্ত্রি অমগী পিঃ এঃ ওই, মশক্-মতৌ ফজে, খর্চা-চাউবনিনা অপংবো লাংদা থুগনবা লৈশাবী য়াম্না মাগী লাংদা থুখি হায়না তাখি; মাগী মমিংদু চন্দ্রকান্তা হায়বা ওইরমাল্লে। মোটোর সাইকল অমা তোংই, সিনেমাগী হিরোগুম্বনি"। ইন্দিরাগী থম্মোইদা তাশোন্না হল্লিন-হল্লিন থিনকগা মান্নরে। মকোক্ খুন্নিবা ফিদুসু লৌথোক্পা ঙমদ্রে। মশাদু হমাংনসু লুপ্লে, অঙাংদুদি মথাদা হিপ্লি। মাগী নুপানা ফুরুকপগী চৈফম্ মশাদা তারিবা দাক্ মমাইদা কারিবা মাইহিং মা মতম্ অমগী ইন্দিবাদু নত্ত্রে। মোহোন্না মখা তারকই "ঐনা তাববু মাগী নুপাদু মাগী মতুংদা নুপী অহুম শুরে, তাংখুল নুপী অমগা কাছারদগী নুপী অমসু যাওই হায়না তাখি। নলিনিনা মবক্ থব্না ইনে নুংশিবীদা, "ইনে ওজাগী বারীসিবু ঐখোয় থোক্চোমগী ইন্দিরা বাংখেদা ওংবীদুগী বারীদু নত্তবনে?" ইনে নুংশিবীদু করি খুমগদবনো খংজদ্রে। মনাক্তা ইন্দিরাসু হল্লক্তুনা মানা বা ঙাংলক্কনু হায়দুনা লোনথোক্তবীগুম ফমলি। ঙাংলুবসু য়াবা নত্তে। মাগী শুমথোক্উ তম্লক্পননি। ইনে নুংশিবীনা খুম্লক্ই মাগী বাদি ঐখোয়দি কাউবু কাউরেদা ইবেম্মা। কুইরবনিনা।

মোহোন : "অদু ঐগী লোইরবনিনা ওজাগীদি লৈবীদ্রব্রা?"

নলিনি : "ঐগীদি মতাং চাবা অমদা তপ্না ইংনা লিজরগে, ঙসিগীদি ঐবু ঙাক্পীরো"।

মোহোন : "অদু ঙসাই মরুপ্ লোকেম্না হায়রম্বা শেন্দ্রাগী বাফমদুবু?"

নলিনি : "হোয়, মদুসু অমুক্ কোম্না উন্নরগা লেপ্পরসি।

মোহোন : "অদুদি পুক্চেল খঙনরবনিনা য়ুম-কৈ শেমজিনবা য়ারগদ্রা?"

নলিনি : "শেমজিনবীরো"।

মোহোন : "অদু, হায়া অমনা কায়হল্লরব্রবা থম্মোইসি অমুক্কা কায়বদি ঙমজরোইকো।

নলিনি : "মীগী থম্মোইবু অনীরক্ কায়হনবা থম্মোইদি ঐঙোন্দা পাঙ্গদে।"

মোহেন : "অশেংবৈনিকো"?

নলিনি : "অং"! অশেংবৈনি থাজদ্রগা সৈত্যনা শক্কি।"

মোহেন : "বাশক্পসি খোংবাল চোংলগা কোক্পসু লৈ হায়নৈকো।"

নলিনি : "ঐগীসিদি চোংবা ঙম্মরোইদবা নীংথেম পুখ্রিমুক্ চাউবা খোংবালগী বাশক্কি"।

মোহেন : "থেংক ইয়ু"। লোকেন চংলক্লগা "য়াম্না থাগৎনখ্রেকো। বারীবু ভাব তানরবা নত্ত্রো?"

মোহেন : "তানরে, তানরে"।

মোহেন : "ইনে। পৈশা কয়া থোক্লবগে; পীজরম্লগে?"

নলিনি : "হোমদি ঐনা পায়বা তাবনিনা ঐ ওইনা পীজরগে?" অসুম্না নুপী য়েংবা লাক্লম্বা নীপা অনীদু বাখল নুঙাইনা লৈখায় তারগা হনখ্রে।

ইন্দিরা মখোয় চৎখ্রবা তুংদা মাগী ফমফমদগী তপ্না হৌগৎলগা মাগী পোৎ ময়োমদু পায়বগা ঙসাইদগী মতম্ অমদা মানা চৎখিবা মী উশিত্তবা ইনখৎলকপগী ঐনা মহেম্লে খনখিবা অপংবা বাখল ময়ামদু পাউতাক্ ওইনা পুল্লপ্না তাশিল্লগা পুক্লুংদা লোইনা থম্লগা "ইনে। হৌজিক্ লাক্লম্বা নুপাদুবু শিংজমৈ খোঙাম্ লৈকায়দগী মোহেন নত্রা?" "হো। মানে, মানে, "মনেনা খুমই। মাগা নলিনিগা লুহোংবগী বা লেপ্লবা লাক্লম্মীবা ওইরে? মখোয় অনীমক্ কলেজগী ওজা ওইরবা; থা অমদা লুপা লিশিং ১৫ দগী ২০ চারবা; মখোয় অনীগী পুন্না থা অমদা লুপা লিশিং ৩০ দগী ৪০, মচাসু য়াওদবা। ওনথোক্লা চাকখ্রেদা। ঐসু নহানবাই লাইরিকসে কন্না পাজরমদবু"। মনেনা "হো নংগী নুপা নুপী উবা য়াদবদুগী মনাক্তা পাবীরুরো। শুবাইদকা পাবীররনু। ঐদি মখোয় অনী থুংননবা শেম্লিবনি। নংসু তাহৌরেদনা ননাদুনা মখোয়না শানখিবা নশাগী বারীদো।" চৎলো নবুংশিংদুনা নং উকগা মতিন শিৎনরবনি, বোরাসি খর য়োম্বীরগে হায়রগা ইন্দিরাবু অমুক্ নুপা ময়ুমদা রিক্সো অমা ফাবীরগা হলহনখ্রে।

তাং ২২/৮/২০০৩

# চরিক্ পরেং

আনন্দ থিকাদার রাঘুগী মচানুপানি। রাঘু লৈকায়দুদা ইনাক্-কৈরাক্ খুনবদা মমিং হাইফেৎ চৎনা মীনা মশক্ মুন্না খঙবা মীশক্লি। আনন্দগী মখাদা মচল নুপী অনী থংন-থংননা চহী মরি-মঙা শুরক্পগা হেক্তা শিবা, লায়না লাযওংসু খঙদবা অদুবু কায়নথংদা পোক্পী মচল চনচল কৌবী য়াম্না হৈ-শিংবী অমখক্ লৈ। চনচলসু চহী মঙা চংলক্পা মতম্লি। মমাদি সনানি, থাজমানবী হায়দুনা মতম্ অমদা মমিং শেৎ কাযনা মাগী ফজবগী বারী তানখি। থিকাদার রাঘু ময়ুম-মকৈ চাউনা ফজনা শাই। লৈকায়দুদা মীনা ব্যাবহার তৌনা পানবা ইমুংনি। যুম্নাক্তি মাইসনামনি।

আনন্দ হৌজিক্ ক্লাস টুরেলফতা সিঃ সিঃ হয়ার সেকেন্দরিদা তম্লি। আনন্দ মখোয়গী লৈকায়গী য়ুম মরি-মঙা খন্নরগা লৈবী আনন্দি কৌবী নুপীমচা অমা মিতাজে। নুপীমচা অদুগী মথক্তা মবুং অনী লৈ। অমনা মেঞ্জর কৌই অদুগা অমনা কুবের কৌই। মমা শিখিদুনা আনন্দি নৌনা উলেন নংলে। মবুং অনীনদি মাগীদমক্ বাজে। মবুং অহল মেঞ্জর মেত্রিক্ পাস তৌরগা মখা অমুক্ তমথদনা মপা তোমচৌগী স্কুটর বার্কশোপ্তা য়াওদুনা পৈশা তাম্লগা মপা-মচানা ইমুং পুবি। মখোয়গী স্কুটর বার্কশোপ্তি য়ুমদগী য়াম্না লাপ্নী, নেসনেল হায়রে লম্বীগী মপালদনি। মখোয়গী লৈকায়দি ইম্ফাল তুরেলগী ময়া নক্লা লৈবনি। শিংজমৈ মখা ওইনাম থিঙোলদনি। আনন্দিগী মবুং

কুবের কলেজ কাদুনা বীঃ এঃ ফার্স্ট ইয়ার তম্লি। মাদি নুপীগুন্না মোল্লি, চাক্-ঈশিং থোং-থাক্পা তন্দে, মচনগী মতেং মমা লৈতবনিনা মানা তংখায় অমদি পাংই। আনন্দি হন্দক্ মেট্রিক্ পাশ তৌরগা এলেভেন ক্লাসতা তম্লি।

অনন্দ মানা তম্লিবা সিঃ সিঃ হয়ার সেকেন্দরি স্কুলগী কলকটাদা চহীগী ওইনা এস্কর্সন অমা চৎলি। মমান্নবা ময়ান্না মচল-মচেশিংগী তপ্পক্পা পোৎ ময়াম লৈনবদা মাসু মচলগী ফুরিৎ-ফিরোল খর লৈরগা মাগীসু খোঙুপ অমা লৈরে। মবুক্তা খল্লি ঐ আনন্দিগী চরিক্ পরেং অঙৌবা অমদি লৈগে। চরিক্ পরেং য়োনফমদা মমান্নবা খঙহন্দনা লোম্না চংলগা লুপা ৩০০ পীবা চরিক্-পরেং অঙৌবা অমদি লৈরগা মাগী বেগতা হাপচিল্লে। এস্কর্সন চৎলুবা হল্লক্লুনা য়ুমদা থোক্লক্লে। মানা লৈরক্লিবা চরিক্ পরেংদু করম্বা কান্দা আনন্দিগী মখুত্তা পীসিগে খল্লুবদা মা বুদ্ধি মল্লম্মী। পীগে খন্না লৈরুরবা কৌবনিনা নুংতিগী মদুত খনবনা মাগী মরুওইবা মথৌ ওইরে।

নোংমা আনন্দ মখোয়গী থোঙ্গাল ময়াগী তুরেলগী তোবর্বান্দা নোংমাইজিং নুমিকী অয়ুক্তা থোরক্ই। খঙহৌদনা মানা আনন্দি তুরেলগী হিদেন তাফম্ মনাক্তা ফমদুনা মফমদুদা মতোমত ফি শুদুনা লৈবা উরুরে। মা থুনমক্ ময়ুমদা মাগী বেগতগী চরিক্ পরেংদু লৌবা চংখ্রে। তপ্না উপু হাংদোক্লগা চরিক্ পরেংদু লৌথোক্লগা খোঙগ্রাওগী ফুরিৎখাউদা হাপ্লগা পুরগা অমুক্ তোবর্বান তানা থোরক্লে। মানা খল্লি "ঐনা চরিক্ পরেংসিবু আনন্দিগী মফমদা করি লৌশিং তৌরগা পীশিগে"। অসুন্না খন্দুনা লাগুক্লা ফমদুনা অনন্দিবু য়েংনা-য়েংনা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরে। মাযোক্লবা অশোম্ বাংমগী হিদেন তাফমদা অঙাং খরা ঈসিংদা চোংথদুনা ঈরোইদুনা শান্নরি। অঙাং ময়াম্ ঈরোইদুনা শান্নবদুদা অঙাং অনীখক্ তুরেলদু লান্না ঈরোইবা গুম্বা তান্নসি; ঙমগনি ঙম্মোই হায়না মরৈ য়েৎনৈ। অঙাং অমদি তুরেলদু ইরায়-লায়না লানথোক্লুনা তোবর্বান বাংমদা য়ৌখ্রে। অতোপ্পা অঙাং অমদি ঈয়ায় য়ৌরবা কান্দা বামন্দুনা লাউরক্পনি।

আনন্দি অঙাংদুনা লাউরক্পদুদা হন্না য়েংলুবদা মাদি পাখত্তুনা "কনা-কনা লৈবগে অঙাং ঈশিংদা ঈরাক্লরে, অমুক্তা কনবীয়ো। অমুক্তা কনবীয়ো।" হায়দুনা কন্না-কন্না লাউবদু তাবগা আনন্দ প্রপ-প্রপ্ কুমথরক্লুনা মাগী ফুরিৎখাউদগী চরিক্ পরেংদু আনন্দিগী মনাক্তা থাদরম্লগা তুরেলদা চোংথখ্রে। অঙাংদু ঈশিংনা চেম্বদুনা মখুৎ-খর-খরদি উদুনা মদু পায়রগা আনন্দনা কোল্লগা ঈরোইদুনা অঙাংদুবু শোমগী লৈরায়দা পুখৎলক্লে। আনন্দি য়ান্না নীংশা থিজনা অঙাংদুবু আনন্দনা কোল্লগা পুখৎলকপদু য়েংদুনা ঙাইহাক্ লৈরে। মী খরসু লাক্তুনা অঙাংদুগী মথবাক্তা নম্লগা ঈশিং থক্খিবদু ওথোক্হল্লে।

করিসু থোইদোকপদি তৌদ্রে। মী ময়াম্ লৈরবনিনা আনন্দদু মশা মউ ইচোৎ-চোৎনা ময়ুমদা চংখ্রে। আনন্দি ফি শুবা লোইরে। অদুবু আনন্দনা মাগী মনাক্তা থাদরম্বা চরিক্ পরেংদু লৌবদি লাক্হে। আনন্দিনা খল্লি "করিগীনো মানা চরিক পরেং অমা ইনাক্তা থাদরম্লগা অমুক্ পুদনা চৎখিবসিবু? মাবু লাক্লরোইদবা জাৎলা? চরিক্ পরেংসিদি নুপীগীনি, মাদি করম্না সিদা পুবক্লগা ঐগী ইনাক্তা থাদরল্লিবা? মাগীসিবু কনাগুম্বী অমদা পীগে খন্দুনা পুরক্পদা ঐনা লাউবদুদা থুনা থনম্লগা ঈশিংদা চোংথবদুদা কাউরম্লবজাৎলা?" লাক্মন্দ্রবদুদদি চরিক্তু মাগী ইল্লিবা ফি মচিদা পুল্লগা য়ুমদা ফিশুবা লোইদুনা কারক্লে। আনন্দিনা আনন্দবু মশক্ মমিং য়ুম্নাক্ মুম্না খঙলবসু; লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরবসু নোংমত উনবদা কৌনদে। লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবা কৌবনিনা পূক্লিংদা লৈকায়নি হায়বদগী হেন্না থোইদোক্লা খল্লুদে। অদুবু চরিক্ পরেং অমা মনাক্তা থমজিল্লম্বদগী মশাদা বাই ইচিল চিলহল্লে।

নোংমা আনন্দগী মচন চনচল আনন্দিখোয়গী শুমাংদা ফাওবগা মমান্নবী অমগা চৎপা উই। আনন্দি চনচল কৌরগা "ইবেম্মা। নংবু মাইসনামগী ইমুংগী অঙাং নত্রা? চনচল "ঔ। মানি"। আনন্দি "বা অমত্তা হায়খিগে ঙাইহাক্তং ঙাইরম্মু।"

ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংখ্রগা চরিক্ পরেংদু চে অমনা য়োম্লগা চনচলদা সে। নখোয়গী তামোদা খর পীবীয়ু, মানা নহান তুরেন্দা অঙাং ঈশিংদা তাবদা অঙাংদু কল্লবা হোৎনবদা ঐগী ইনাক্তা থনম্লগা অদুম কাউরম্বনি হায়রগা পীখ্রে। চনচল চরিক্ পরেংদু পুরগা ময়ুমদা মবুং কৌরগা ঙসাই আনন্দিনা হায়রক্পা বারোলশিংদু লোইনা তম্লে। আনন্দ নীংবা পুবা কায়রে। মানা খঞ্জরুবা পুম্বা অরেম্বদা তারে; আনন্দিনা মাবু পাম্বীদ্রে খল্লে। চরিক্ পরেংদুদি মচন্দগী লৌরে।

মথংগী নোংমাইজিং অমুক্ লাক্লে। আনন্দ ঙস্তানা নহানগুম্ চরিক্ পরেংদু ফুরিংখাউদা হাপ্লগা তুরেলগী হিদেন কুমথফম্ মপাদুদা ফমদুনা আনন্দিদু অমুক্তং থোরক্লবদি নুংঙাইগনিদা খন্না ঙাইরম্মী। হায়রিঙৈদা আনন্দি স্নাবুল অমা পায়রগা থোরক্লে। মানা আনন্দবু উবদা নহানগী মচননুপী চনচলদা শিন্নখিবা চরিক্ পরেংদু ফংলব্রা হংনীংখি। অদুবু নুপীজা ওইবীগী ইকায়থিবী থম্মোইনা ফোংদোক্পা ঙমদনা হিদেন তানা কুমথখ্রে। আনন্দনা খল্লি "ঐবু করি তৌশিগে?" মানা খল্লি "আনন্দি শোয়দনা থুনমক্ ঈশিং শোক্লগা কাখৎলক্পা য়ায়; অদু ওইরবদি চরিক্ পরেংসি হান্নসু মাগী মখুত্তা লৈরুরবনিনা মানা হোরেন ঈশিং শোক্লগা কাখৎলক্পদা শোয়দনা উরগদি ঐনা থনম্বনি খন্না খুনবা য়ায়"। অসি খল্লুদুনা চরিক্ পরেংদু তুরেলগী কুমথফম লম্বীদুদা থাদরগা থম্লে। আনন্দ মশাদি খর চৎথোক্লগা খোঙনাং মখোঙ্দা আনন্দি কারক্পা ঙাইদুনা লৈবে।

আনন্দি ঈশিং শোক্রগা পাক্ হেক্ কারক্লে। মাবুলদু যেংদুনা লৈথোক্লে। শোমদা আনন্দিখোয়গী য়ুমলোন্নবী শাগেগী মচে সনাহনবী মাবুল অমা পুরগা প্রপ-প্রপ থোক্লক্নুনা তুরেলদা ঈশিং শোক্পা লাক্ই। মানা তুরেলগী কুমথফম লম্বীদু হেক য়ৌরক্পগা ঙসাই আনন্দনা থাদদুনা থম্লম্বা চরিক্ পরেংদু তাদুনা লৈবা উরে। মবুক্তা খল্লি "কনাগী চরিক পরেংনো সিদি। তংশু তন্তে, করম্না মফমসিদা তারম্লিবা?" চরিক্তু খুনগৎলে। অরাপ্পদগী আনন্দনা নুপীদুনা নোম্বরগা মানা থাদরম্বা চরিক্তু খুনখ্রে হায়বসি খংলে। মানা ঙসাই খল্লুবগা ওন্নবা থৌদোক্ থোক্লপদুদা মানা খল্লি "ঐসি কয়াদা পংথ্রবনো, মসি পুম্নমক্সি ঐনা পাংদবা নীপা অমা ওইরুবদগী থোক্লিবনি"।

সনাহনবীনা হিদেন্দা কুমথরক্পা মতমদা আনন্দিদু ঈশিং শোক্রগা কাখৎলক্ই। সনাহনবীনা "আনন্দি নংগী করি-করি পোৎ তাহৌই"? - "করিসু তাহৌদে" খুমই। সনাহনবীনা - "ঐনা তুরেল কুমথফমদগী চরিক্ পরেং অমা খুল্লি, য়েংগেরা?" - আনন্দি চিংনরপ তৌনা - "কদায়নো য়েংগেনে?" পুথোক্লুনা য়েংহল্লি। আনন্দি - "ও! মপুদি খঙ্ই"। সনাহনবী - "কনাগীনো"? আনন্দি - "হায়দোক্পা য়াদে"। সনাহনবী - "অদুদি নংগীসু নত্রবনিনা ঐনা লৌবা তারেনে"? আনন্দি চরিক্ পরেংদু পীরো হায়বসু ঙমদ্রে। মানা খল্লি, "মানা ঙসাই ঐনা তুরেলদগী কুমথবা মতমদা তোবর্বান্দা ফমদুনা লৈহৌবা; অদুগা চরিক্ পরেংদু তুরেলগী কুমথফমদা করম্না থাদরম্লিবা? মানা মদু ঐঙোন্দা পীনীংদুনা তৌবা ওইরম্বা তারে। নহান মানা অঙাং ঈশিংদগী কনবা নুমিত্তা ঈশিংদা চোংথরমদাই মতমদা ঐগী ইনাক্তা থাদরম্বদুবু মানা ঐঙোন্দা মদু পীগে খন্দুনা থাদরম্বা শোয়দ্রে। হৌজিক্তি ইচে সনাহনবীনা পায়খ্রে; মঙোন্দগী করম্না পীয়ু হায়রগনি?"

আনন্দিনা ঈশিং শোক্রগা কাখৎলক্পদু আনন্দনা লাপ্না য়েংলগা খোঙনাং মখোংদা লেপ্লিবদু আনন্দিসু উই। আনন্দিগী পুক্লিংদা আনন্দনা মাবু লোম্না-লোম্না য়েংলিবা মিৎয়েং অদুনা মপুক্লিংদা চিংনবা তত্তনা পোক্লক্লে। নোংমা আনন্দিনা মচে সনাহনবীদা নহানগী চরিক্ পরেংদু মপুদা পীথ্রগে হায়জরুই। সনাহনবীনা মপুবু কনাগীনো হংলক্ই। "ইচে! বারী অমা লৈ, মদু কোম্না লিজরগে, পোৎতু য়ারগদি ঐঙোন্দা পীবীরো"। সনাহনবী - "মপু মশক্ তাক্লদি পীরোই, বারীদু শেংনা অমুক্তা লিখো।" আনন্দি বাফমদু ফোংদোক্পা ইকায়জদুনা অমুক্ হল্লক্লে।

মঙোন্দা পোৎথাফম, খঙদবা, তুম্ব-চাবা অনীমক্তা চরিক্ পরেংদুগী বাখলদা ঙাইহাক্তা শংজদনা আনন্দি বাজরক্ই। নোংমা আনন্দি চিঠি অমা য়াম্না তেম্না ইরগা চনচলদা মবুং আনন্দদা পীয়ু হায়দুনা পী।

বারোলদি ঃ-

লৈকায়গী ইবুং,

নহাল তুরেলগী হিদেন তাফমদা ঐগী ইনাওা থম্বীরম্বা চরিক্ পরেংদুবু চনচলগী মখুত্তা শিন্নখ্রগা করন্না তুরেলগী কুমথফমদা অমুক্ তারমদুনা ইচে সনাহনবীনা খুল্লন্নিবা ? চনচলগী মখুত্তা শিন্নখিবদো মপুনা ফংদ্রব্রা, চিংনজদুনা হংজবনি বরৌবীরোই। মরোল অমত্তহদি চানবীদুনা শেংদোক্পীরকউ।

লোইজরে।
লৈকায়গী নচল আনন্দি

মচন নুপী চনচলনা চিঠিদু মবুংদা পীরে। আনন্দসু চিঠিদু পারে। মানা খঞ্জরুবা নুংশিগী বাহে মচেৎ অমত্তা য়াওদনা লৈকায়গী ইবুং, লৈকায়গী নচল হায়রিবসিনদি মা মশানা ঐবু মবুংগুম্ খল্লি, মচলগুম্ লোইনসি হায়রিব্রা ?

নোংমা কাংদা আনন্দগী চরিক্ পরেংদু সনাহনবীগী ওক্শমদা শিবদু উরগা আনন্দিগী মপুক্লিংদা নুংঙাইতবা পোক্চে। মানা ভাব ওন্না তারন্নবদি মাগী ওক্শমদা শিরম্বসু য়াবনি খল্লি। মাগী চিঠি মরোলদা নুংশিবগী বাহে মচেৎ অমত্তসু পল্লুদবদুদা আনন্দগী পুক্লিংদা আনন্দিনা মাগী বাখল করিসু খল্লমদবদুদা মতোমতা ইকায়জদুনা নোংমতসু থোক্লিংলবসু, মাগী-মশক্ য়েংনীংলবসু তুরেলগী তোবর্বান্দা অমুক্ থোরক্খিদরে। অদুবু আনন্দি নুংতিগী অয়ুক খুদিংগী আনন্দ ঙাইন-ঙাইনা শ্লাবুল পুদুনা তুরেলদা ঈশিং শোক্পা লাক্ই। মানা খল্লি "আনন্দদু হিদেন তাফমদা অমুক্তং থোরক্রবদি মাগী থম্মোইদা লৈরম্বা বাদু হায়গে" খঞ্জরম্মী।

নোংমা আনন্দগী চরিক্ পরেংদু সনাহনবীগী ওক্শমদা শিবা উরুবদা আনন্দগী মচল চনচলনা "ইচে। ইচেনা শিরিবা চরিক্ পরেংদু ঐখোয় তামোনা নঙোন্দা পীব্রা ?" অঙাংদুগী বাহৈদুদা সনাহনবী ইকায়রপ তৌনা - "হায়মা। নংদি কম্মাইনা খঙলিবা ?" -"অদুবুরো, ইচে আনন্দিনা ঐখোয় তামোদা পীরক্পদা উহৌবা।"

অঙাংদুগী বাহৈশিংদু তারুবদগী সনাহনবীদু নোংমা-হিদেন তাফমদা আনন্দিনা চরিক্তুগী মপু মশক্ খঙই হায়খিবা; নোংমসু মঙোন্দা চরিক্তো পীরো হায়খিবা; মা য়ান্না ইকায়বা পোক্রক্লে। নোংমা আনন্দি কৌরগা থেমদুনা বারীদু তমহল্লে। সনাহনবী ভাব তারে, মনুংদা অর্থ চাউনা লৈরম্লে। মানা চরিক্ পরেংদু আনন্দিদা পীরগা ইনাওগী ওইফম্ থোক্পনি, শিজিনবীরগে হায়রগা আনন্দিগী ওকশমদা করিমত্তা চিংনদনা শিবীরে। আনন্দিসু পুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওরম্মী।

কাংলেন নুমিত্তা নুংশিগী হিদাক্ থক্লুরবা মীশুম আনন্দি আনন্দবু উনীংবনা ঙাওরম্মী। মানা খল্লিবনা মানা শিরিবা-চরিক্ পরেংদু আনন্দগী মমিং মক্লা মাগী ঙকশমদা শিবা উরগা পেঞ্জগদবদো খল্লুবদনি। আনন্দিনা মৌরাংনা ঙাইজবদুদা আনন্দগী বাখলদসু কনাগুম্বা অমনা ইনশিনবগুম্ কাং য়েংবে থোক্লিংলক্রে। মরী অমনা চিংবা ওইরমাল্লে।

লৈরক্ মচিন্দা কাং অমা হৈরুক্ ওক্লম্মী; আনন্দি য়েংদুনা লৈবদু আনন্দনা উক্লুরে। মাবু উনবা শিরিবা চরিক্ পরেংদুসু উক্লুরে। মতম অমদা মানা য়াম্না বানা চরিক্ পরেংদুবু করি উপাই তৌরগা আনন্দিগী ঙকশমদা শিহনগদগে খঞ্জখিবা; ঙসিদি আনন্দিগী ঙকশম্দা নীঙাইদনা য়ান্দুনা লৈরে। মাগী পুক্লিংসু পেঞ্জরে; মানা নীংজবা থাক্ অমদি য়ৌরে। মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা য়েংনৈ, মোমোন-মোমোন নোকচৈ, মিং তোয়না চানৈ, বাহং কয়া-কয়া মরোল থোক্তনা হংনৈ, থম্মোই থম্মোইদা।

নোংমা শুমাং লিলা অমা তৌই, লৈকায়গী মাস্তোপ্তা, কাং মতুং নীঙোল পালি নুমিত্তনি। আনন্দি মাস্তোপ মমাংদা ফমদুনা চরিক্ পরেং শিদুনা লিলা য়েংই। মাস্তোপকী ফৈরেন পায়রগা আনন্দসু আনন্দিনা য়েংলিবা মাইকৈদা মমায় ওনশিল্লগা লিলা হৌবা ঙাইদুনা লৈ। চরিক্ পরেংগী বাহৌদগী থম্মোই-থম্মোইদা নীংনবা অমমম্ লৈনবনা মমিৎশিংদু ঙাইহাক্তা পোৎথাদনা য়েংনরি। হান্নদি য়েংলিবা মিৎয়েংদু মাবু য়েংলিব্রা; থংনবা কনাগুম্বা অমদা য়েংলিব্রা খল্লন্নবসু চরিক্ পরেংনা আনন্দিগী ঙকশমদা নীঙায়দনা শিদুনা লৈবনা য়েংলিবা মীগী মপু থিবদা বাদ্রে। নাকন্দা মী লেপ্লিব্রা নত্রগা অতোপ্পদা য়েংলিব্রা খল্লুবগী মথৌ তাদ্রে।

লিলাদা কনানা করি হায়খিবা; বারী তাঙ্কক্লা কদায় য়ৌখ্রবা অমত্তা ভাব তানদে। য়েংনরিবা শাবী-শানৌগী নুংগী ওইবা তোঙানবা বারী অমদা হুমদুনা লাপ্না মীয়াম পুনবা মফমদুদগী থম্মোই অনীবু পুথোক্পীখ্রে।

আনন্দগী থম্মোইদা মতোমতা বারী শাজে "আনন্দিগী চেংলৌ শক্ফম্ য়েংনা-য়েংনা "অসুক্ ফজবী চেংলৌসিবু য়ুমগী মৌ অমা ওইবদা ইমানা নত্রগা ঐখোয়গী পাবুংনা পান্নোইদ্রনে"? ঐগী থম্মোইদা ফাওরিবা বাখলসি ঐগী পাবুং অমদি ইমাগী মফমদসু ফাওবীরম্নবদি ফগনিদা!" ঐনা পামজনা পীখিবা চরিক্ পরেংশিনা মাগী নীংথিবী ঙকশম য়ৌরবনিনা ঐ হন্দুকমুক্তি মাগী মফমদা চিঠি অমত্তংদি পীরগা করি পাউখুম্ ফংবগে য়েংলগে খন্দুনা নুমিদাংদু চিঠি অমা ইরম্মী।

বারোলদি ঃ-

নহাক্কা লৈকায়গী ইবুং হায়না কৌরবনিনা ঐসু লৈকায়গী ইচল হায়না কৌরগে। ঐগী থম্মোইদা কদোমদগী ফাওরক্পা মফম্ খংহৌদবা ইথিল অমনা নোংমা নংনা স্কুল কুন্নক্পা উরুবদগী নংগী মপুং-মরে ফারক্লিবা, চুং-ফিরাল চানা, তোঙান-তোঙান থাবদা ঐনা থাবনা বাংলগদবা ফজবা শক্ফম্ অমা ঐগী থম্মোইদা তত্তনা ফাওরক্নুনা নংবু তত্তনা উনীংবা, য়েংনীংবা, পুক্কিং লাংতক্কবা হৌরকখি। নোংমগী নংগী নশক্ উহৌদ্রবদি ঐ বাবনা হায়ফম্-তৌফম্ খংলমদে। নংবু লৈকায়গী লৈশাবী ফারক্লিবী ইচনগুম্বীনি হায়না খল্লু হায়বদা ঐগী থম্মোইনা য়ানীংখিদে। নুংত্তিগী নংনা খংদ্রবসু নংবু লোন্না হৃান্দুনা মফম হোং-হোংদুনা নংনা লৈরমগদবা, চংলমগদবা তুরেলগী হিদেন তাফম্, স্কুলনচিংবা জগাশিংদা ইথত্তা থম্মোইদা খঞ্জরগা; হংজরগা নংবু থিরগা য়েংজখি।

ঐখোয়গী স্কুলগী এক্সকর্সন চংপদা ঐগী পুক্কিংনা পামজনা নংগীনি খন্না চরিক্ পরেং অমখক্ লৈরকখি। করন্না মদু নঙোন্দা পীসিগে খনবদা ঐ নোংমতা তুমফম্ চাফম্ খংখিদে। মীগী অরুবা পোৎ অমা বায়করগা থস্বগুম থুনা মপুগী খুত্তা শিন্নীংখি। অদুবু মবাইবক্ থীরবী চরিক্ পরেং অদুবু তোঙান-তোঙানবা মফমদা হন্দোক্নুনা থন্নগা নংগী নখুত্তা অমুক্তং য়ৌরগা নংগী ঙক্শমদা অমুক্তং শিবা উরগদি পেঞ্জগে খঞ্জখি। মরোল থোক্চদ্রবা চরিক্ পরেংদুনা বাখল খনবা ঙম্বা শাবী-শানৌগী পুক্চেল খংবা ঙম্বা পোৎশক্ অমা ওইরম্রবদি য়াম্না নোক্নিংলমগনি। অদুবু ঙসিদি চরিক্ পরেংনা নুংশিবীগী ঙকশম য়ৌরবনিনা নখোয় অনী বারী তত্তনা ঐগী মরমদা শানরমগদবা মাল্লি। ঐগী থম্মোইগী অশেংবা পাউদমদি চরিক্ পরেংদুদা লোইনমক্ শিন্নজখ্রবনি। পোৎশক্তুবু লুনা তৌবীয়ুকো। ঐগী থম্মোইনা মাবু লুনা তৌজখিবনি।

লোইরগে।
অদোমগী লৈকায়গী নবুং।

মচল নুপী চনচল কৌরগা চিঠিদু আনন্দিদা খর পীয়ু হায়দুনা পীরে। চনচলদা চিঠি পীরম্নগা মাদি থবক্ চংথোক্খ্রে। চনচলদু মমানা কৌদুনা মমাগী মনাক্তা চংখি। মমানা-"চনচল। নং কদায় চংতৌইনো, স্কুল কাবা থেংদ্রিব্রা?" চনচল, - "ঐখোয় তামোগী চিঠি অমত্তা পীরুখিগে" হায়দোক্লুরে। অঙাংনিনা মবুংনা হায়দোক্নু হায়বদু কাউরুরে। মমানা "কনাদনো"? - "ইচে আনন্দিদা"। "হা। কদায়নো? - ঐ য়েংগে।" মচানা, - "য়ারোই কৈগু, ঐখোয় তামোনা মী উহনগনু হায়।" মমানা - "মীনা য়েংগদবা নত্তে, ইমানা য়েংগদবনি, মী অতোপ্পদা য়েংহল্লোই" হায়না থেম্বদগী য়াদুনা মমাদা

পীদুনা য়েংহল্লে। মমানা চিঠিদু লোইনা পারগা মপুক্লিংদা খল্লি, - "ও। ঐগী ইচা আনন্দনা নুপীমচাসি পান্নবা।" মাদি মমাসু লৈত্রে, থোইনা হেন্না নুংঙাইবা ইমুংসু নত্তে, অদুগী মথক্তা লৈকায়নি। মশক্তি অদুম ফজে, নুংশি। মুন্না খল্লুরবা তুংদা মচানুপী চনচলদা "ইবেম্মা। নংগী তামোগী চিঠিসে ইমা পীবীরগে"? মচানা - "য়ারোই কৈগু" পীরো, পীরো হায়না মমাদা হঞ্জিন-হঞ্জিন তক্লম্মী। মমানা ঙমদুনা পীদ্রে। অঙাংদু স্কুল চৎখ্রে। মমানা মপাগী মফমদা মচাগী বারীদু লোইনা শুগায়না লীদুনা তাহল্লে।

মচানুপা আনন্দদি চনচলনা মাগী চিঠিদু আনন্দিদা পীখ্রে, করিগীনো মরোল অমত্তসু খঙহল্লক্তে হায়না বারৌরি।

নুংশিগী বাখল, শাবী-শানৌগী, মতমগী ইরাংদা অমুক্তংবু খোঙদারুরবা কনাগুম্বা-কনাগুম্বী অমত্তনা মহৈ-মশিং তম্বগী লম্বীদা খোয়জংদে হায়বসি মমা-মপা ওইবশিংনা খঙই। অদুনা থিকাদার রাঘু মাগী নুপী থাজমানবীগা তানরগা মচা নুপাসি থুনমক্ মপান্দা থাদোক্খ্রসি খন্নরে। অদুবু মতম্ খরদি টুবেলফকী পরিক্ষা লোইবা ফাওবদং মমাগী মপামদা মবায় বোয়াই মেথমেটিক্সতা পিঃ আইচঃ দিঃ তৌরিবা; মাগী মনাক্তা থমদুনা হোৎনহল্লসি হায়নরে। মচাদদি বাফমসি খঙহন্দ্রি।

নোংমা আনন্দিনা চনচল উবদা কৌরগা - "য়েংউ চনচল। নখোয় তামোগী এলবুম লৈব্রা?" চনচলনা - "লৈনা"। - "অদো, নং নখোয় তামোগী ফজবা ফোটো অমত্তা মাগী এলবুমদগী লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীয়ুদনা।" চনচলনা - "পুবীরক্কে, অদু চেচে। নংগীদি পীরোইদ্রা?" "পীনি নংগী হান্না পুরক্খো অদুগা ঐখোয়'নি শিন্নশি।" - য়ারে, য়ারে হায়রম্লগা চনচল ময়ুমদা চেনখ্রে। থুনমক্ ময়ুমদা চৎলগা মখোয় তামোগী এলবুমদগী ফোটো মবুংগী মানা খ্বাইদগী ফজে হায়না খনবা অমা লৌথোক্লগা পুরক্লে। আনন্দিগী মনাক্তা লাক্লগা আনন্দিদা ঙারগা - "চেচে। সি ফজব্রা য়েংউ" হায়রে। আনন্দি ফোটোদু লৌরগা চনচলবু নুংশিনা থাংগত্তুনা পান্নগা লাইবক্তা' চুপ্পীরম্মী। "চনচলদা নংসু ঐগী লাইবক্তা চুপ্পুদনা"। চনচলনা নুংশিনা অমুক্ চুপ্পীরে। আনন্দিনা মাগী নুংশিগী লম্বীদা চনচলবুসু তপ্পা-তপ্পা চিংশিনবীরি। মসি হৌনশানি, মাগী লম্বী হেন্না নকশিন্নবনি। চনচলনা হায়রক্ই - "চেচে নংগী ফোটোদি"? - "ঐগীদি সিদগী নংনা অপাম্বা অমা খল্লো" হায়রগা মাগী এলবুমদো ফাক্তোক্লুনা য়েংহল্লে। চনচল য়ান্না হৈ-শিংবী নুপীমচানি। মানা খ্বাইদগী ফজরে খনবা আনন্দিগী ফোটো অমা খল্লগা মাগী মবুংগী ফোটোদুগা থংননা থম্লগা - "চেচে। অনীসি হয়েং লুহোংবা কান্দদি ঐখোয় তামোনা ফৈজোম শেৎলগা পুময়াৎ লিত্তুনা মকোক্তা কোয়য়েৎ য়েৎলগা চেচেনা পোৎলোই ফজবা শেৎলগা লৈ পরেংগা শিবীদোইনিকো।"

আনন্দি মবুক্তা করি খল্লুরবনো অদুক্ নৌরিবা চনচলগী থম্মোইনা অদু য়ৌনা খঙ্জিল্লুরিবা; মাগী বাঙাংদুনা আনন্দিবু কপহল্লে। মপি ইরা চেল্লকুনা মমায়দু হাইফেং লৈথোক্ই। চনচলসু উই- "চেচে। কপ্লিদি কৈদৌরে? নখোয়মা লৈতবগীরা?" অশেংবসু আনন্দিদু মপুক্নিং য়াম্না নুংশিরুরমল্লে, মা মমাবু নীংশিংলকুনা কপ্লনি। মাগী লুহোংবদি মমাদি য়াওররোই, মাগীনি হায়বদা মবুং অনী নত্তনা মনাও, মচে অমদি মমাদি লৈজদবনা মবুক্নিং নুংশিরক্পনি। অঙাংদুনা হায়রক্লিবা, খল্লক্লিবা খুদিংমক্ মানা খল্লুবগা চপ মান্নরি। চনচলবু অমুক্সু থাংগৎলগা লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্নীরম্মী। চনচলদো আনন্দিবু তশেংনা মাগী য়ুমগী মচেগুম লুনা খঞ্জরম্মী। চেচে ঐ চৎলগে হায়রন্নগা আনন্দিগী ফোটোদু পুরগা চনচলময়ুম য়ৌরক্লে। মবুংগী এলবুমগী হাংলিবা ঙসাই মানা মবুংগী ফোটো লৌথোক্খিবা জগাদুদা আনন্দিগী ফোটোদু হাপচিল্লে।

আনন্দদু মাগী পুক্নিংদা আনন্দিনা মঙোন্দা পাউখুম্ অমত্তা পীরক্তবদুদা বারৌরম্মী। মানা খল্লি "নুপী হায়বা জাৎশিবু অসুম্না লোইনা তৌবা জাৎলা"? মাগীসিবু ঐঙোন্দা বাহনগে, মতম খর বানা খাংহল্লগা মমল কাউখৎহনগে খল্লিবা জাৎলা"?

শোমদা মমানা নুমিদাং চাক্ চারিঙৈদা মচাদা হায় - "য়েংউ আনন্দ। নং মতম খর নবায় বোয়াইগী মনাক্তা লৈরগা পরিক্ষা য়ৌদ্রিবা ফাওবদি খর কন্না হোৎননবা নখোয় পাবুংগা তানরবনি, হয়েংসি নুমিৎসু ফৈ চৎনবা তৌরো।" মচানা - "ইমা ঐসু খল্লিবনি, ঐ হয়েংদগী চৎলগে"? আনন্দনা খল্লি, - "মাগী মশক্সি মতম খর লোৎলগা আনন্দি বাহল্লগে"। মা মমানা হায়বা ইন্দুনা মথংগী নুমিত্তা চাক্ চারগা পোৎ-চৈ খর পুরগা মখোয়গী জীপ্তা মমাগী মপামদা লৈবা চৎখ্রে। মা আনন্দিদা করিগুম্বা অমত্তা হায়রমদ্রে।

আনন্দিদু আনন্দগী মশক্ উরক্তবা নুমিৎ হুন্নি-মরিনি শুরক্লে। মানা খল্লি "করিনো মাবু নারবা জাৎলা নত্রগা অরাপ্পা মফমদা চৎখ্রবা জাৎলা"?

আনন্দি চনচল লাক্পা উবদা কৌশিল্লগা হংই, - "চনচল নখোয় তামোবু কদাই চৎখিগে?" - "ঐখোয় তামোরো আ কোংবদা অবোক্খোয়দা লৈখ্রে"। - "কৈদৌবগী লৈখ্রিবা?" - "পরিক্ষা ময়াদা ঙাওশিন্নদনবা।" - "অদু, নখোয় অবোকখোয়দা লৈরগা ঙাওশিন্নরোইদ্রো?" - "মখোয়গী অদুবাইদদি লৈশাবী আঙাওবী লৈতেয়ে"। - "কৈদৌঙৈ লাকনি হায়রমগে?" - "পরিক্ষা লোইরগা লাকনি হায়"। - "চেচে ঐদি ঐখোয় তামো লৈতবসি নুংঙাইতে-ইঙো"।

আনন্দিগী পুক্নিংদা চিংনবা অমা ফাওরম্মী, মরমদি আনন্দগী ইমাগা পাবুংগনা মখোয় অনীগী মরীদা ভাব অমা খল্লুরবা জাৎলা? মখোয়দি মশক্-নাইবা, মীনা ব্যাবহার

তৌবা ইনাক্-কৈরাক্ খুনবা ইমুংনি, অদুগা ঐখোয়গীদি কদায় ? মা গুসিদি পূক্নিং য়াম্না শোনথনা "করিগীনো মানা ঐগোন্দা চরিক্ পরেং অমা পীরম্লগা অশুক্ বাহল্লম্লিবসিবো ?" অশুক্ বাবা মৈচাক্সিবু করম্না করিনা শেমদুনা ওইরক্লিবা ? ইনখৎলক্পা মতমদা শাবী-শনৌশিংগীদমক্ ঈশ্বরনা অসুম্না বাননবা শিনবীরম্বনা ঐনা গুসি বারিব্রা ? মানা মফমদুদা লৈরগা অসিগুম্বা মান্নবা চরিক্ পরেং অমমুক্ পীদুনা কনাগুম্বী অমগা অমুক্ মরী লৈনরম্লগনা কমদৌবা ? মখোয়গী ইমাগা পাবুংগনা ঐবু পামদদুনা অনৌবা মখোয়গা থাক্ মান্নবা ইমুংগী মচানুপী অমগা হেন্না নকবা মরী শেম্নবা পুখ্রবরা ? মদুদা মানা করিসু চিংনদনা ঐগোন্দা বাহে অমত্তসু যোংদোক্লমদনা ইরায়-লায়না চৎখ্রিবা ? মাগী থম্মোইসি য়াম্না য়াংবা বাখল চেত্তবা মমিৎ য়াম্বা থম্মোই চেনবা মীরা"? আনন্দি মবুক্তা মওন-মওন খল্লুদুনা পাংবাদ বাজে। মাগীসু পরিক্ষা মতম্ ওইদুনা মতম খর লাইরিক্-লাইশু তৌদুনা মপাল-ইপাল কয়া থোক্লুদ্রে। আনন্দিগী পারিক্ষা লোইবা নুমিৎনি। মা এলেভেনগী পরিক্ষাদি লোইখ্রে। নুমিদাং বাইদু পরিক্ষা হল্লক্লগা ফমুং মথক্তা লোংনা হিপ্লগা নহান চনচলনা পীরম্বা আনন্দগী ফোটোদু য়েংদুনা লৈ। মানা পীরম্বা চরিক্ পরেংদু লৌথোক্লগা অমুক্ য়েংই। খল্লক্ই - "করিনো মানা থা অমা মপুং ফারবা ফাওবদা নোংমত ময়ুমদা লাক্তনা জেলদা ফাজিন্দুনা থম্বগুম্ লৈখ্রিবসিবো"? বাখলদা উংদুনা লৈরিঙৈদা চনচলদু লাক্ই - "চেচে, চেচে, বা অমা হায়বীগে"? - "করি বানো চনচল"? - "লোম্না হায়গেবা!" - "হায়রো লাকও!" - "অদুবুরো ঐখোয় তামো লাক্হৌএ ঐনা নংনা নহাল পীবা ফোটোদু এলবুমদগী লৌথোক্লগা পীবদা মদু য়েংদুনা লৈহৌই"।

আনন্দি "য়েংও! অদো চেচে বা হায়গে নং নখোয় তামোদা চেচে তুরেলদা ঈশিং শোক্পা থোক্লকনি, তোবর্বান্দা অমুক্তা উনসি হায়বীগেরা"? চনচল -"হায়বীগে, - ছজিক্ হায়বীরু হায়ব্রা চেচে?" -"হোরেন ঙাইহাক্ লৈরগা হায়রসু য়ায়দা"। -"অদু চনচল! চেচে করি ফিশেংলুগে"? -"করম্বা মচুনা নখোয় তামোনা পামগদগে?"

চনচল -"চেচে নং ঐখোয় তামোসি কয়াম নুংশি"? অঙাংদুগী ইতিং-তিংবা বাঙাংদুদা আনন্দি খুমফম খংলক্তরে। "খঙদে, কয়াম নুংশি হায়গদবনো?" নুংশিববু চাং লৈব্রনে ইবেম্মা?" - "লৈনা"। মখুৎ তম্লগা শুক্ য়াম্না নুংশি, অশুক্ য়াম্না হায়রগা মখুৎ মচা অনীদু খর খর লাওথোরক্ই। আনন্দি -"অদুদি নংগী অকোনবগী খ্বাইদগী য়াম্বদু অদুমুক্ নুংশি"। -"অদু নংনা ঐগোন্দা হংলিবা নুংশিবগী চাংদো নখোয়গী তামোদসু হংবা গুমগদ্রা?"-"করিগী গুমদনি, ঐখোয় তামোদি ঐবু য়াম্না নুংশিজাৎনি"। -"অদুদি নং হংলগা ঐগোন্দা ময়েক্ শেংনা অমুক্ তম্মুকো!"-"অদু চেচে, ঐ কৌথোক্পীরুরগে?"

-"ঙাইখো চনচল চেচে কেখিগে?" মাগী হিগোক্ ফনেক্ত শেৎচিন্ত্রে, খুদাং চোনবী হংগামপালগী ফুবিৎতুমা লিংলগা মশমদু রবরনা নীংথিনা ফাজিন্ত্রে, স্নাবুলদু পায়রে। -"য়াবব্রা য়েংউ চনচল?" - "চেচে নংগী অবাংপা অমা লৈরে"। -"করি বাংলে"? - "চনদোলদি থিন্দনা"। -"হোয়নে চনচল নংশে য়েংবা য়াম্না হৈকো।" আনন্দি চন্দোল অমুক্ থিন্ত্রে। -"হন্দকমুক্তি য়াবব্রা য়েংউ"? চনচলনা - "য়াম্না ফজরে, ঐ হায়বীরুরগে" হায়রন্নগা ময়ুম তানা চেনখ্রে। খণ্ডদে, চনচলগা আনন্দিগা চান্নবা মমান্নবীগুম্ লোইন্দুনা হেন্না-হেন্না নক্‌শিন্নবা নোংমা-নোংমগী হেন্নক্রি। ময়ুম্ য়ৌরগা মবুংদি চংখ্রে হায়দুনা অমুক্ লৈরমদ্রে। চনচল তুমিন্না হিক্রা-হিক্রা কপ্তুনা লৈরে। মমানা, -"চনচল ইচানা কপ্লিবদি কৈদৌরে?"-"তামোদি লৈরমদনা?"-"তামো লৈরমদকগীবু কপ্পরা?" -"তামোদা অরুবা বা হায়গদবা লৈ-কৈশু।" -"করি বানো ইমাদা হায়য়ো?"- "চেচে আনন্দিনা ঈশিং শোক্‌পা থোক্লক্কে, তোবর্বান্দা অমুক্তা উনসি হায়রক্‌ইনি"। -নখোয়না তামোবু উহন্দদুনা চেচে আনন্দিদু নহানসু ঐগা কপমিন্নে; মাদি-ঐবু লুনা তৌই, ঐখোয় তামোবুসু অসুক্ য়াম্না নুংশি হায়রিনি। ইমা নং য়াম ফজে; চেচে আনন্দিদু কেরগা লৈহৌবনি, মা শোয়দনা কপ্পনি।"- "অদু ওইক্রা ইমাগা চংলগা উনরুসিঙাইদনা?" মমানা মচাগী মখুৎ-শন্নগা তোবর্বান্দা থোক্লক্‌পদা আনন্দিদো চনচলগা হায়নখিবদুদা মবুং আনন্দ শোয়দনা থোক্লক্কনি খন্দুনা তুবেল মপান্দা য়াম্না কেনা লেপ্তুনা লৈরন্নে। আনন্দ থেক্লক্তনা মমা থাজমানবীনা মচা চনচল মখুৎ শন্নগা থোরক্‌পদু উবদা আনন্দি ইকায়-নুংশি য়ান্নজরে। থাজমানবী আনন্দিগী মশক্তু উরুবদা মাসু আনন্দিগী নুংশিবা নোকমি-নোকমিবা মায়থোং, শেৎলিবা পক্চবা-ফিজেৎ, খুৎতা পায়রিবা স্নাবুল লাইবক্কী চন্দন্দু উবদা চুমথ্রিং লেপ্লগা য়েংদুনা ঙাইহাক্ লৈথোক্রে।

মানা আনন্দি অমদি মচানুপাগী মফমদা থল্লিবা মিংয়েংশি লাল্লবা খল্লক্রে। আনন্দিনা ইকায়না মমায় লৈথোক্লগা হিদেন তাফমদা কুমথখিবদুদা চনচলনা "চেচে, চেচে, ঐখোয় তামোদো চংখিরন্নে" হায়না লাউনা-আনন্দি তানবা হায়রম্মী। আনন্দি করিনো তৌরিবসিবু, ঐবু অঙাংগা তিন্নরগা ইকায়বা নংগদৌরিব্রা? ঈশিং শোক্‌পা কুমথখিবদু কাখংলক্‌পা ঙমদদুনা ঙাইহাক্ কান্নরে। শোমদা মমা-মচানা মা কাখংলক্‌পা ঙাইদুনা লৈরে। আনন্দি ইকাই-ইকাইনা কাদি কাখংলক্রে। আনন্দগী মমা থাজমানবীনা অমেংবা খোনফমদা-"ইচাদি ঈশিং শোক্লরিব্রা? মরম মোক্‌ইদা।" - আনন্দি ইকায়জদুনা মমায়দু ঙাংশং ঙাংলম্মী। অদুবু পুক্লিংদদি হরাউজে মদুদি আনন্দগী মমানা মাবু নুংশিনা য়ানীংবগুম্ কৌবদুদা।

থাজমানবী কদোমদগী বাখলনো মচানা ঙাওজবা নুপীমচাদু উরুবদগী মাসু য়াওনা ঙাওরে। মচানুপী চনচলদি হান্নদগী ঙাওজরিবনি। হৌজিক্তি মপাদা ঙায়রে

ইমুংতুদা; মপাসু মমানা শোয়দনা মমায় লৈখ্রগনি। নহান মানা পীখিদ্রবা মচা আনন্দনা য়াম্না থবায় য়াওনা ইজরম্বা চিঠিদু লৌথোক্লগা হঞ্জিন-হঞ্জিন অমুক্কা হন্না পারবা তুংদা মদু পীদ্রগদি মচাগী নুংশিগী লম্বীদা মমানা লাং থাক্পগুম্ থোক্লগদ্রা খন্দুনা চনচল কৌরগা চনচলবু থাদুনা পীহল্লুরে। ওহ্বোক্পনি 'মতম চানা চুগদবা বসন্তগী নোংপুবা লৈচিন্দু থৈদোক্তুনা পুবীরুরগা মকুম্-মথা হেন্দোক্খ্রগা ঙসিদা চুগদৌরি" চনচল অমুক্ লাক্তুনা আনন্দিদা "চেচে। ঐ নঙোন্দা পীগদবা পোৎ অমা পীহৌদ্রে, নং শাওনুকো"। আনন্দি, "শাওরোইয়ে, করি পোৎনো?" শে। হায়রগা মবুংগী চিঠিদু পীরম্লগা ময়ুম তানা কন্না চেনখ্রে। আনন্দি ও। মা লাক্পদা চিঠি অমদি পীরমবোইরে খন্দুনা চিঠি হাংদোক্তুনা য়েংই।

চিঠিদুদি ঙসিগী ওইহ্রমদনা য়াম্না কুইহ্রবা চিঠিনি। অসুক্ শাংবা মতমসিদি কদাইদা লৈরুরবা? অদুবু চিঠিদুগী ৱারোলদু মুন্না পারগা মাগী ৱাখলদা আনন্দবু তশেংনা নুংশিবা অমদি ফাওরক্রে। অদুবু অসুক্ নুংশিবা, পামজবা মানা য়েংনীংই হায়রগা থা-অমা পুরা উনদ্রবা অদুগা ময়ুমদা লাক্লম্বদা ঐবু করিমত্তা তাক্লমদনা লোন্না চৎখ্রিবসিবু করি হায়রিনো? মাগীসিবু ঐবু ৱাহল্লগা নুংশিগী চাংয়েং তৌরিবরা?

আনন্দগী মমা থাজমানবীদু নুংঙাইত্রমাল্লে, মাগী পুক্নিংদা আনন্দিনা স্নাবুল পুরগা কাখৎলক্পা, মচানুপা য়েংহন্নীংদুনা কেজরিবা কয়াদু অরেম্বদা মাংবা তারবা! মাসু মতম অমদা লৈশাবী ওইরক্তুনা মথোৎ-কারক্পা মতমদা মাবু পামজবা পাখঙ্ কয়ানা মাবু য়েংগদবগী উখোঙ্ মরুমদা লোন্না য়েংখিবা কয়াদু পুক্নিংদা লোইনা নীংশিংলক্তুনা মচানুপী চনচল থাদুনা আনন্দিবু মখোয়গীদা কৌহল্লুরে।

অনন্দি ইকায়-ইকায় চনচলনা মখুৎ পায়দুনা শুমাংদগী পুশিল্লক্ই। দারি মপান্দা সেন্দলদু থম্মী; ফিজেৎথি ঙসাইগী ঈশিং শোক্লবগী ফিজেৎতু হোংদ্রি। মমানা - "চঙঙকউ লাউ ইচাসিদি করিসু কোইগনু।" মোরা অমদা ফম্মী। - "সে! ইমানা শিংজু লৈরুরগা ইচাগা চামিন্নগে খন্দুনা থম্লিবনি, মুন্না অমুক্তা তোৎলক্উ!" আনন্দি মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লগা শিংজুদু তোৎলম্মী। চনচলদু, -"চেচেনা তোৎপসি হাউগদবা মাল্লি, ঐদি তিন য়োৎলে" হায়রক্ই। প্লেট অমদা খাইদোক্কে হায়দুনা চনচলদা প্লেট অমা লৌরুচো হায়। মমানা -"খাইদোক্লরনু ইচাসিদি পুন্না চাশি লাকও"। পুশিল্লক্তুনা শিংজুদু মমা-মচা মখোয় অহুম্ চামিন্নরে। থাজমানবী -'ইচা অনীগী পুক্চেল ইমানা খঙলে। অদুবু ঐগী ইচানুপাসিদি মতোমতনি, নখোয় পাবুংগা ঐগনা মাবু ডাক্তর নত্রগা ইঞ্জিনীয়ার ওইহনগে নীংলি। অদুদা নুপী-নহা নুংশি-নুঙোলগী ৱাখলদা তাউথ্রবদি ঐখোয়না নীংজবসি থুংদবসু য়ায়। নংসু নংগী নহৈদো পুক্নিং চংনা হোৎনদুনা মী অমমম্

ওইনরগা হয়েং য়ান্না লেপ্পা লুহোংবদু ইচাবু পামদব্রা?" আনন্দি শিংজু চাবা লেপ্রে। অসুম-অসুম্ ইকায়রক্রে। মখা তানা থাজমানবীনা "য়েংউ ইমানা হায়রিবসি নংবু ইমানা পামদে, ইমৌ ওইনীংদে হায়বা নত্তে ইচা-ইমৌগী অফবতনি মমা-মপানা খল্লিবসি। নংনা মহৈ তম্বদা চংবা খর্চ ফাওবা ইমানা পুথোক্কনি, ইচানা পামজবা ইমৌদি ঐগীসু ইচা নত্তব্রা? আনন্দনা নঙোন্দা পীবা চরিক্ পরেংদু নংনা মগুন লৈহল্লু। নখোয় অনীগী চিঠিদু ইমানা হান্না পারবনি, মসিদা লোৎলুদুনা কান্নবা লৈতে। নংগী অবাৎ-অপা লৈবদো ইমাদা হায়বা ইকায়রবসু চনচলদা হেক্তা হায়রক্উ ইচাসিদি নবুক্লিংদা অনী লোংগনু। অদু আনন্দবুদি মপান্দা লৈরগা মহৈ তমহনবসিদা নংনা মতেং পাংউকো। থেঙওনি ইচাসিদি অমুক্ চৎলো" হায়বদুদা আনন্দি ইমাসি। চৎলুখিগে হায়রল্লগা চনচলগা পুন্না থোক্মিন্নখ্রে।

ময়ুম য়ৌবদা মপা তোমচৌ হল্লক্লুনা লৈরম্লে। "কদাই চৎলুই নংদি"? -"থবক্ অমা চৎলুবনি" খুমই। -"নংনা চৎলিবা লিচত্তু ইপা পামদে, মীগী লিকতু মপুদা পীথোকখো! ইপা ইনাক খুনবা মী তিন্নবা ঙম্মোইকো! ঐনা হায়রিবসিনি, হয়েং খৎনরক্লগা লৈকায় মশেলগা ওইবে। মীনা উশিত্তবা বাহৈ-খোন্দা শিজিন্নবক্পদা ইপা খাংবা ঙমলোই। নংনা য়াদ্রগনা ইপাদি যুম্-ইংখোল য়োল্লগা লৈকায় হোংবা তাবনি"। আনন্দি মপাগী বাহৈশিংদু তাবদা থম্মোই কায়রম্মী। ঙসাইদগী কেনা বাখল অমদা রাগ কয়া শাগৎচদুনা আনন্দখোয়গীদা ফাওবা চংদুনা শিংজু চারুরগা মমাগা অক্লুপ্পা বা তানরুরগা হল্লক্পদা ঙাইরিঙেসিদা মপানা কন্নাদগী পাউ লৌদুনা মনুংগী বা লোইনমক্ খঙলমলিবা? চরিক্ পরেংগী বারীনা কমদৌনা খঙলল্লিবা? আনন্দিনা খল্লি "মখোয়গী মচে সনাহনবীনা মমাবোক্ চাউবীদা তম্বদগী মমাবোক্কা আনন্দগী মমাগা লৈকায়গী জুলোনগী ঈশৈ হনবগী মতাংদা মশক্ ফজবা পৈশা পায়বনি থাজমানবী হলহনসি, চাউবীনা ঈশৈ হৈবনা হনবনা ফৈ হায়না-য়েৎনবা লৈখিবনি; মদুদাথাজমানবীনা মশক্-মতৌ ফজবা, পৈশা য়ান্না পুথোক্পা ঙম্বনিনা মানা ঈশৈ হনখিবগী মঙোন্দা য়াম্না চাক্খিবা অমা লৈবদুনা তৌবা শোয়দনা ওইরমগনি" খল্লি। মপাবু করম্না ভাব তাহনগনি, ইমাদুদং লৈজরম্নবদি ফগদবা। অসি খন্দুনা লোন্না লোন্না কপ্লম্মী। মপানা কন্না তখৎলক্পদগী মাগী পাম্মুনা থমজরিবা চরিক্ পরেংদু চনচলদা পীখ্রে।

চনচলনা চরিক্ পরেংদু পুরগা মমাদা অমুক্ পীরুরে। মমানা খল্লি "করিনো নুপীমচাসিদি ঐনা অদুক্ ফজনা ভাব তানা হায়খিবা বাশিংদু লোইনা ওন্নবা লৌরম্নবা"।।

"মানা চরিক্ পরেং ফাওবা হন্দোরক্লিবসিনা তাক্পদি মানা ঐবু চিংনরে। ঐনা নুংশিদুনা মাগীদমক্ খল্লগা হায়খিবশিংদু মা ভাব তাবা ঙমজদ্রে, ঙমজদ্রগনা তোক্চরেদনা"।

শোমদা আনন্দিদি চরিক পারেং পীখিবদা মাগী থম্মোইসু য়াওখ্রবনি। মানা পীনীংদুনা পীখিবা নত্তে, মপানা য়াম্না শাউনা তখৎলকপদুদা য়াদবা মতাং অমনা পীখিবনি।

আনন্দিগী মপা তিন্নবা য়াম্না লুবা মীতানি। মানা ঙাংবা, মানা তৌবনা লোইনা চুম্মী খনবা মীওংনি। মানা হায়বা য়াদবা মী অমত্তা মা তিন্নদে। মানা গাড়ী শেম্নিঙৈদা ফৈ-ফত্তে খর ঙাংলুবা মীদুগী গাড়ী মা শেমদে। মচানা হান্নদগী মপাগী মচিং খঙবনা চরিক্ পরেংদু থুনমক্ পীখ্রিবনি। হন্দক্ মরকসি মপাদু থবক্ মফমদগী য়ুমদা খর ঙম্না হল্লক্ই। মচাবু করিগুম্বদা আনন্দখোয়গীদা চংবা-খোংপা পাউ লৈব্রা হায়দুনা মতৈমা চাওবীদা তত্তনা হংই।

আনন্দ হয়েং পরিক্ষা হৌগনি হায়বা নুমিত্তুদা য়ুমদা থুঙগুরে। মচল চনচলদা- "চনচল য়েংউ ইবুং ব্ৰ হায়গে, নচে আনন্দিদা তামো লাক্এ, হয়েং তামোগী পরিক্ষানি, হোরেন সন্ধ্যাদা লাইদা তামোগীদমক্ হয়েং পরিক্ষাগী মঙ্গল ওইনবা বর খর নীবীয়ু হায়রুগেরা?" -মচন নুপী চনচল পীক্চবগী বানী তাইবং মীরোল ফজনা খঙলবীনি। মানা হায়রক্ই -"তামো। চেচে আনন্দিদো মখোয় বাবানা য়াম্না চৈ-ঙো, ঐখোয়গীদা চংলদি মখোয় য়ুম হোংলনি, মাগী-চরিক্ পরেংদু মখোয় বাবানা চৈবদগী ঐঙোন্দা পীরক্নুনা ঐনা ইমাদা পীখ্রবনি"।

আনন্দ "অস। মখোয়গী বাবানা ঐবু অমদি ঐখোয়গী ইমুংবু য়ানীংদ্রবা"। করি উপাই লৈ, ঙাইহাক্তং খল্লম্লগা তোবর্বান্দা থোক্লকই। থোঙ্গাল মপাদা আনন্দ লৈবা উবদা সনাহনবীনা মখোয়গী শুমাংদগী -"হৈমা। আনন্দসি নহান খৈ কদায়দা মাংঙুরে, অমুক উরেনে, তু। আদা তোবর্বান্দা লেপ্লিসে, কনাগুম্বী অমা ঙাইহিমাল্লে"। মচে সনাহনবীগী বাদু তাবদা আনন্দি ইখং-খংনা ফৎ য়েংথোক্লুই মাসু আনন্দবু উরে। পুক্লিংদা মাবু ঙাইহিবনি হায়বা খঙিঙ। অদু মচিন থোক্পা ঙমদ্রে। সনাহনবীনা -"নংবু উননীংবা ওইরমগনি, ঙাইহাক্তং থোক্লুরোদনা"? মচে সনাহনবীগী বাদু তারুবদগী ইমুংদা চংখ্রে, ফমুংদা চংলগা কপ্পুনা লৈখ্রে।

আনন্দি থোক্লক্লুবদুদদি আনন্দসু ময়ুমদা অমুক্ চংখ্রে। সন্ধ্যা মতম য়ৌরক্লে। আনন্দনা মচন চনচলদা আনন্দিদা মাগী হয়েংগী পরিক্ষাগী মঙ্গল নীবীয়ু হায়খিবদু পাউ য়ৌদ্রগসু নীংনবা অমা লৈবনিনা শোমদা আনন্দি খঙই হয়েংসি আনন্দগী পরিক্ষা হৌবা নুমিথনি। ধুব-থাউমৈ নীংথিনা থাদুনা আনন্দগী পরিক্ষাগী মঙ্গল নীজরম্মী। মথংগী নুমিত্তা মতম য়ৌরক্নুনা আনন্দ পরিক্ষা থোরক্লে। আনন্দি লোম্না আনন্দবু য়েংদুনা লৈহৌই, আনন্দনা মখোয় য়ুম মপাদা য়েংশিল্লম্বদো আনন্দিনা উরগসু আনন্দদি

উখিদ্রে। নুমিৎ তরেথনি চৎনা থাবা পরিক্ষাদু লোইরে। আনন্দ মপানা দিল্লিদা কোচিং য়াওনবা থিনগদৌরি। মা আনন্দিগা চৎলমদাইদা অমুক্তৎদি উননীংবনি অদুবু আনন্দিনা তাঙ্জা অমত্তা পীদ্রে। মীরক্-নারক্ য়েংলগা মচন নুপী চনচলদা চিঠি অমা পীহল্লুরে।

বারোলদি ঃ-

ঐ হয়েং দিল্লিদা মেদিকেল তম্নবা কোচিং ক্লাস য়াওবা চৎপা তারে। ঐ নংবু অমুক্তং উননীংই। হোরেন নুমিদাং পুং ১১ চপ-চানা নখোযগী মমাংগী হৈনৌ মখোঙ্দা ঙাইবল্মু।

অদোমগী লমলানবা।

চনচলনা চিঠিদু পীবল্লগা প্রপ-প্রপ চৎখ্রে। আনন্দি চাক্-ঈশিং থোং-থাক্পা লোইদুনা মবুংশিং-মপাবুং চাক্-চাবা তোক্লদুনা নুংথিল থবক্ বানা শুরুবগী ঙম্নমক্ তুম্নখ্রে। আনন্দনা পীখিবা চিঠিগী বাবোলদুনা মা হাযফম-তৌফম খঙহনবীদ্রে। মখোয অনীদি অমুক্তসু উনদুনা বাবী শানদুনা পুক্লিংগী বা ফোংদোক্লদ্রি। চুম্নগী চিঠি অমখক্ আনন্দনা ইবগা মচন্না পীখিবা, চবিক্ পবেং শিবগা মাগী মশক্ আনন্দনা উবগা চুম্নগী মিৎযেংদত খঙনবনি। চিম্বাল থোংদা থম্মোইগী বা পুথোক্লুনা হাযনবদি অমুক্তসু য়াওদ্রি। আনন্দি লৌশিং অমা তৌদুনা মপাল থোক্পা শাদুনা মপানা লোনশিল্লুববা থোংদু হাংদোক্লগা লোল্লমদনা থম্নগা ফমুংদা ঙাইহাক্ চংলুবে।

পুং ১১ তারক্রে, মা নীংশা থিবা হৌবক্রে। মতমদো আনন্দ হায়নখিবা মতুং ইন্না আনন্দিখোয়গী হৈনৌ মখোঙ্দা ঙাইদুনা লৈরে। আনন্দি তপ্না থোং হাংদুনা থোবক্রে। তপ্না-তপ্না, কিনা-কিনা লাক্পনা হৈনৌ মখোঙ্ য়ৌবগা উথক্তা য়ায়রেকলম্বা উচেক্ অমা উইবদা খোঙফম শোয়দুনা ফব-ফব উনা মবক্তুদা মশা খপ্লুনা পাইথোরক্ই। আনন্দি খংপ্রেক্ খংই। অদুবু মনাক্তা আনন্দনা মাবু খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবম্বদুদা ইমা। হায়বগা আনন্দরোমদা চেনশিল্লি। উনবদা ঙাইবি, আনন্দনা,-"ঐদি হয়েং চৎপা তাবে, নখোয়গী বাবানা ঐবু পামদে, য়ানীংদে হায়বা ঐ তারে, নংনা চবিক্ পবেং ফাওবা হন্দোবক্লবনিনা নংসু য়াওনা ঐবু য়ানীংদ্রে হায়বা নত্রা? আনন্দি পাউখুম পীগে হায়দুনা আ.... হায়বা হৌরক্পদা "হুরানবা থৎলো, হুরানবা থৎলো" হায়দুনা মমাংলোমদা মী শ্খর তান্নরক্ই। অনীদু ঙাইহাক্ ঞ্জান মাংই, লৈথোক্ফম খঙদে। হুরানবদুদি চেনখ্রে। আনন্দি ইমুং য়ৌনবা প্রপ-প্রপ্ চংলক্ই। ফমুংদগী মপা, মবুংশিং লাউনরিবদু তাদুনা ফুক্-ফুক্ হৌগত্তুনা চেনথোবক্পদা মচন নুপীদু মমাংলোমদগী চংলক্পা উবদা ঙক্লুনা

মবুংনা হংই, -"নংদি অহীংসিদা কদাই চৎলুরিনো"? খুমদনা তুমিন্না ইমুংদা চংখ্রে। শোমদা তান্নরক্লিবা ময়ামদুনা হুরানবদি ফাদনা আনন্দবু হুরানবনি খন্দুনা ফাব্রে। ময়ুমগী মমা-মপা হৌদোক্তুনা পাউ পীরুরে।

*শোমদা মপানা মচা নুপীদা "নং লমচৎ নাইদবগী থবক্ তৌরবা; ইপানা হায়বা ইন্দ্রবনিনা ফরে খংবা তারে"। মবুং মেঞ্জরনা চংশিন্দুনা অশেংবদু তখত্তুনা হংলে, খুমদবা য়াদবনা খুম্বা তারে "ঐ তামো আনন্দনা মা হয়েং মপান্দা লাইরিক্ তম্বা চৎলগনি অমুক্তা উনসি হায়বদুদা বাহে অমত্তং হায়রুবনি" মচনগী বাদু খুম্বা লোইদ্রিঙৈদা মবুংনা মচনগী মখজাইদা খুবাক্লা নানা থাবীরে। মবুং য়ায়মা কুবেরনা দাদা য়ারে, তৌবীরনু হায়দুনা মচনবু নুংশিনা মকোক্তা নানবী।*

অশোমদনা মচাবু হুরানবনি ফাগদবগী, তান্নরক্পনি হায়না কন্না লাউনরি। রাঘুনা "ঐগী ইচানা অদুগুম্বা থবক্ করন্না তৌগদৌরিবনো?" - অদু ওইরগদি মা করি মরমগী মফমদুদা লৈরম্লিবা? হুরানবা হায়বসিদি ইনাকখুনবা মরক্তসু অদুম য়াওবনি; মাগী-মাগী হৈনবীনি"। ময়াম্না ঙাংলিবা তাবদা বারবা বাহেশিংদুদা মচাসু-মপাসু য়াম্না থম্মোই শোক্রম্মী। খুমদবা য়াদবনা আনন্দদু থৌনা লৈনা অশেংবদু খুমলে। "ঐ হয়েং দিল্লিদা মেদিকেল এন্ত্রান্সকী কোচিং য়াওবা চৎনবা বাবানা টিকেৎ কক্লবনি অদুদা....."। "অদুদা কৈদৌরবা"? ঐ আনন্দিদা বা অমত্তা হায়গে হায়দুনা উনবা চৎলুবনি" হায়রে। অদুদি অনন্দি কৌরগা হংলসি মদুদা মচিন চুমদ্রবদি য়াবা ঙমলোই হায়দুনা আনন্দ পুরগা ময়াম্ আনন্দি খোয়গীদা লাক্লে। আনন্দি মবুংনা ফুবগী কপ্পুনা লৈরম্মী। অমুক্তা কৌথোরক্উ হায়দুনা কৌথোরক্লে। বাদু হংনবদা চুম্নম্লে। মখোয় অনী মরী লৈনজবনি। অমনা অদুদি হুরানবা অমা তান্নরক্পদা অতোপ্পা হুরানবা অমা ফারবদি করি তৌবা হৌনে? অমনা লৈকায় মশেন্নি, নক্লরবনিনা তুংদা ফত্ত-নুংদা থোক্লক্লগা লৈকায়গী ইজৎ শোক্কনি কৈন্যা-কৎনবা তৌরসি। মৈরা পায়বী ময়াম মথং-মথং লাক্তুনা ইমুং-মাংগোল মীনা চোপ্লে। অরোইবদা নুপা ময়ুম্বু লুপা লিশিং কুন কোংহল্লগা তুংদা অসিগুম্বা থৌদোক্ অমুক্ হন্নাথোক্তনবা মমা মপাশিংদগী এগ্রিমেন্ট অমদা শোই অমমম্ লৌরগা লোইশিন্নরে।

ইকায়বনা লৈকায় মশেনগা ওইরে, রাঘু অমদি থাজমানবী পীদবা য়াদবনা লুপা লিশিং কুন পীরে।

নোং ঙানবগা মচানীপা পুদুনা মপাগা লোয়ননা য়ুমদগী মী অমত্তা হৌনদ্রিঙৈদা থোরক্লগা ফ্লাইট লাক্পা মতম ঙাইবা ওইনা মমাগী মপামদা চাক্-ঈশিং চারগা দিল্লিগীদমক্ এরোপ্লেন তোংদুনা ইম্ফাল থাদোকখ্রে। নুংথিল পুং ১.৩০ দা আনন্দি

এরোপ্লেন পাইকপী মখোল ফমুংদগী তাখি। মানা আনন্দবু পুক্লিংদা এরোপ্লেন মখোলদুদা মঙ্গল পীজখি। আনন্দি বাথোক্ অমা লৈখিবদগী মপাল-ইপাল থোক্পা শুমদনা ইকায়দুনা ইমুংদগী হেন্দোক্লে। হান্নদি চনচল মরক্-মরক্তা লাক্লম্বদুসু মমানা থিংদুনা চৎহনদ্রে। অদুবু য়ুম্নোম্নবী মচে সনাহনবী লাক্লুনা ঙাইহাক্-ঙাইহাক্ পোৎথাজে।

মপানা শাউবদগী য়ুম্-ইখোল য়োল্লগা মাগী বার্কশোপ্তা মতম্ খরা বার্কশোপ্ মথক্কী দলান্দা লৈরগা লাংগোলদা লম খর হোংই, মদুদা ইংখোল অমা লৈরগনি হায়দুনা খরবদা য়ুম-ইখোল য়োঞ্জরি হায়দুনা হাপ্লে।ফাগি-ফাগিদগী আনন্দিগী মরম্না তোমচৌ রাঘুগী মশক্ উরগা হেন্না-হেন্না খোইদৌ শাউগৎলক্ই। অদুবু নহান মচাগী ইজৎকী বাফমদা মৈরা পায়বীনা শিনদুনা ফংহৌবা লুপা লিশিং কুন্দু মানা মাগী বার্কশোপ্তা য়োনবা লাক্পা স্কুটর অমা লৈরগা তোংবা উই।গাড়ীদু থৌরগা নুংত্তিগী ময়ুমদা মপা-মচা হল্লক্ই। নোংমদি অঙাং অমা গাড়ীদুনা থেংলে। মকোক্ কায়দুনা গৌহাটিদা পুদুনা লায়েংবা চৎনবা লুপা-লিশিং কুলথ্রা পীদবা য়ারোই হায়দুনা মপাদু ফারে। গাড়ীদু য়োল্লে, অবাৎপা শেনফম খরনা মীঙোন্দগী পু-লংদুনা পীখ্রে। অরেম্বা পৈশানি নুংঙাইথোক্লে খল্লুবনি দশা তারে।

নোংমা খুঙ্গংদগী নীপা অমা ইংখোল য়োল্লি হায়বদুদা তোমচৌগী গাড়ী বার্কশোপ্তা ইংখোলগী বারী শানবা লাক্ই। তোমচৌগা লোয়ননা য়ুমদা লাক্লুনা ইংখোলগী পাক্-চাউবা ওনমিন্নে। আনন্দি মবুক্তা ঐগী মরম্না অসুক্ নুংশিবা য়ুম্-ইখোলসি থাদোক্লুনা চৎপা তারবা! মানা লুনা তৌজবা-চনচলবুসু কায়নবা তারবা! মাগী মবুক্তা আনন্দগা মাগা অমুক্ হন্না উনদুনা থুংনগনি হাযবগী আশা নোংম-নোংমগী লাপথোরক্লি। মমল ঙাংনবদা য়ানদুনা ইংখোলদু লৌবদা লেপ্পবে। মচা নুপীনা বাবা ইমা লৈখিদবা থাসি লাংবন থাসিনি, অদুনা য়ুম-ইংখোলসি য়োল্লগসু ঐখোয় য়ুম হোংবদি মথংগী মেরা থাদা ওইনা হোংবনা ফগদ্রা হায়জে। মবুং অনীনসু ইচন্না হায়রিবসি চুম্মী, বাবা হোংবদি মথংগী থা পানখৎলক্পদা হোংবা হায়দুনা য়ানরে। অদুবু ইংখোল লৈরিবা নীপা অদুনা ঐখোয়গীসু খুঙ্গংদা য়ুম-ইখোল লৈবদু য়োল্লগা সিদা হোংলক্পা তাবনিনা মতম খরদু শঙ্গোই মচাসিদা খারগা চিল্লবসু চিন্না লৈমিন্নবা তারেদনা হায়না য়ানরে। থুনমক্ শঙ্গোইদু খারে; চাক্শঙ্ মচা অমগা কা অমগা ফংলে। মখোয়গী ইমুংদগী কা অমগা লৌরগা চন্ন চন্নবা থা মখায় মুক্তনিনা য়াগনি হায়নদুনা শীন্নবা লোইরে।

অনৌবা ইমুং সিগিদি মমা-মপা শুনা লৈরি। মচা নুপা বীঃএ তমগদবা অমগা মচল অনীগনি। মচন অনীদু অমদি আনন্দিগী লেংগা ওইগনি, অমনা খর অঙাংনি। মশক্সু লোইনা ইং-তপ্না ফজে, য়েংবদা নুংশি। আনন্দিগা শক্ তাক্লদুনা মিংনচিংবা

খংনরে। মচেগী মমিংনা রোমিতা কোই, মনাওগী মমিংনা বসন্তি কৌই। মবুংগী মিংনা টিকেন কৌই।

মখোয় থুংঙবা নুমিত্তুদা আনন্দি মচিন-মনাও অনীদু হৌরগা তুরেলদা স্নাবুল অমমম্ পায়দুনা ঈশিং শোক্পা থোক্লকই। মবুং টিকেন্না ঙাইখো। নখোয় ঙাক্তা চংকনু ইবুং লাক্কে হায়রগা মাসু লৈশাবী অহমদুগী মতুং ইন্নদুনা হিদেন তাফমদা কুমথরক্ই।

টিকেন্না হায়রক্ই -"আনন্দি, ইচন্দি নশক্শু ফজে অদু ঐগী ইচনশিংসিদি নৌনা লাক্পনি, তিন্নবা মমান্নবীসু লৈতে; ঐ হায়নরগে নখোয়গী বাবাখোয়, দাদাখোয় চৎখ্রগসু নংদি ঐখোয়গা পুন্না লৈহৌরসিদনা"? আনন্দি নোংমতসু য়াম্না ফ্রি ওইনা নীপা নহাগা বারী শানরক্তবা অদুগা মাগী পুক্লিংগী আনন্দনা লাপ্না বারৌগদ্রা খন্দুনা খুন্নমদে। টিকেন্না "আনন্দিসিবু য়াম্না ইকায় থীবীরা? হৌজিক্কানসিদি দোং-দোং হায়দোক্হৌদ্রদি অরেম্বদা তাঙ্গা য়াম্না মাংনরবনি; ঐখোয়দি দোং-দোংনি"। আনন্দি টিকেন্না ঙাংলি-শক্লিবা করিমত্তা খুমদনা ঈশিং শোক্লগা মচন অনীদুগা লোয়ননা কারক্নুনা চাক্-ঈশিং থোংনবা লাংখ্রে। নুমিত্তু নুমিদাংদা মাগী হৌখিবা মমা কায়নখিবা বারী কয়া শাদুনা লৈশাবী অহমদু আনন্দিগী ফমুংদা পুন্না তুমখ্রে। নোঙানবগা দুকান্দগী পোৎ-চৈ খর লৈমিন্নরুসি হায়দুনা আনন্দিবু হৌরগা রোমিতা অমদি মনাও বসন্তি মবুং টিকেনগা লোয়ননা কৈথেন তন্না খোঙ্না লাক্ই। য়ুমদগী ফন য়াম্না থাপথোরক্লে। লম্বীদা আনন্দগী মমা থজমানবী মচা চনচলগা লোয়ননা রিক্সো অমদা লাক্ই। আনন্দি উবদুদা রিক্সোদু ঙাইহাক্তং খামহল্লি। রিক্সোদগী কুমথরগা আনন্দিবু কৌথোক্লগা বারী ঙাইহাক্ শানে। -"ইবেম্মা আনন্দি! নখোয়বু য়ুম্ হোংগদৌরে হায়না তায় চুম্বরা?" খুম্বা ঙমদে। -"ইচাবু য়াম্না বারব্রনে? ননাও চনচলনা নংগী ননাক্তা তত্তনা চৎকে হায়বনি, ঐনা থিংদুনা চৎহন্দবনি। ইমাদি নংবু বারৌবা লৈতেকো।" আনন্দি মপি ইরা চেন্দুনা উরু-রু লৈনা খাংজে। -"ইমাদি চনচলশে মশাসি লোক্-লাইহৌ তৌদুনা চাক্কা অমত্তা চাও হায়বা য়াদে হায়দুনা ডাক্তরদা পুরুবনি"। বাদু তাবদা আনন্দি চনচলগী লাইবক্তা মশাদু লাইহৌ লৈব্রা য়েংই। -"অদো, নংনা য়ুম হোংখ্রবসু মরক্-মরক্ লাক্পদদি চংলক্উকো!" ইমা অমুক্ চৎলগে" হায়রম্লগা রিক্সোদা অমুক কাখৎখ্রে।

টিকেন্না কনানো হংই। লৈকায়গী ইনেশিংনি, ঐখোয়গী য়ুম হোংগদৌরে হায়বদুদা নুংঙাইতদুনা হংবনি তম্মী। শিংজমৈ দুকান য়ৌদুনা বকেৎ অচৌবা ঈশিং থম্নবা অমগা মচা অনী-অমগা লৈরে। থোং-থোংনাউগী পদার ফি খরসু লৈরগা অমুক্ হল্লক্লে। য়ুম য়ৌরগা রোমিটাদু ফি মপাল খোপ্পা, তাইবা লোইনা হৈবদুদা মখোয়গী য়াওরক্পা মেছিনদুদা নাপ লৌরগা পদারশিংদু তাইরে। অসুম্না থোং-থোংনাউ পদার শুনা পানশিন্লে। মীগী ওইখ্রবনিনা খর-খর তকশিল্লক্লি।

মতম্নদি নোংমতসু কনাবু ঙাইহবীরম্বা নত্তবনা মখোয়গী য়ুম্ হোংগদবা নুমিৎসু হয়েংদা ঙাইরে। মপা তোমচৌনা মাগী বার্কশোপ তৌরিবা কাগী মথক্তা ভারা কা অহুম শেমদুনা মনুংগী মৈ-নুং থাম্নবা শেম্বা-খোৎপা লোইশিল্লক্রে।

অনন্দি ইকায়-ইকায়না তাক্লমদবদি নুংঙাইতদুনা আনন্দখোয়গী য়ুমদা নুমিদাংবাইদু মখোয়গীদা লৈবী বসন্তিগা লোয়ননা লাক্ই। চনচলদু কন্না নাদুনা ডাক্তরকাসু লৈরম্মী। মমানা আনন্দি উবদা "ইবেম্মা আনন্দি লাউ চংলকউ লাউ, ননাও নুপীনা নংবুদা শোন্দুনা নং কৌবীয়ু হায়জবনি, ইমানা অঙাং থানবা লৈতবগা নং লাক্পা য়াম্না ফরে"। মানা মতম অমদা অমুক্ হন্না মপানা য়াদদুনা পীখিবা চরিক্ পরেংদু চনচলগী মোন মযাদা তাদুনা লৈবা উই।

মপাবুং বাঘুনা ডাক্তবগা মায-মায ওনশিন্নদুনা অনাবগী মবমদা বা অরুবা অমা তানবা মাল্লি। অঙাংদুগী ঈগী, এক্সবেগী, ই সি জিনচিংবা লৌবা রিপোর্ট কী মতাংদা অমমম্ পায়বগা থাংঙ্গত্তুনা যেংই। আনন্দিগী পুক্লিংদা চিংনবা পোকই। চনচলগী য়াম্না হৈ-শিংবা, ঙাংথোবক্পা বাঙাং খুদিংদা মপুং ফাববা মী অমগী বাঙাং কয়া মমাংদা আনন্দিনা কখাবক্ হন্না তাখ্রবনি। আনন্দি অঙাংদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা -"চনচল। ইনাওবু হকচাং যাম্না ঙমদ্রব্রনে?"-"চেচে ঐ হৌগৎকে" হাযবগা আনন্দিগী মখুৎ পায়বগা হৌগৎলগা মচেদা পুবা ঙাথবম্মী। মচেনা মনাওবু চেৎনা কোনশিল্লম্মী। নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্নীবম্মী। অমুক্ বারে হাযদুনা ফমথরে। আনন্দিনা -"চনচল। চেচেদি হয়েংদগী যুমহোংবা তাবে, নং নাবা থুনা ফবো, চেচেগা নংগা তোয়না উনবদি ফংলরোই; অদু চেচেনা মরক্-মরক্তা কোইরক্পদা অদুম্ চংলক্কনি।"- চনচল -"চেচে নং য়ুম হোংখিনু। ঐখোয়গীদা ওইনা ঐগা লৈমিন্নরসি, ঐখোয় ইমা-পাবুংগদা ঐ হায়নগে; অদু তামোনসু নংবুদি অদুক্ য়াম্না নুংশিরিদুদি।" -চেচে নং চৎখিনু হায়রগা আনন্দিবু থাদোক্তনা কোন্দুনা থমখ্রে। আনন্দি অঙাংদুগী মতৌদুদা মপি মতুম-মতুম শিনথরক্রে। নুংশিনা চনচলগী খজাইদা অরোইবা ওইনা চুপ্নীরম্মী। মানা চুপ্না লোইবগা চনচলনা অমুক্ আনন্দিগী খজাইদুদা চুপচরে। চনচল মাগী মোন ময়াদগী চরিক্ পরেংদু অমুক লৌখৎলগা আনন্দিগী ঙক্শমদা -"চেচে হন্দকমুক্তি মসিগী চরিক্ পরেংসি ঐখোয়দা অমুক্ হল্লক অনুকো।"- "অদু চনচল, চেচে চৎলগে নং থুনা নাবা ফরোকো" হায়রগা মমাম্নবীদুগা লোয়ননা তপ্প-তপ্পা থোক্খরে। মমা থাজমানবীসু "চৎলোকো ইবেম্মা। মরক্-মরক্তা লাক্উকো।" হায়রগা লৈহৌরে।

নোং ঙাল্লে, শক্তিমান গাড়ী অমদা য়ুমগী পোৎ-চৈ লোইনা হাপ্তুনা আনন্দি খোয়গী য়ুম হোংখ্রে। মা নুমিৎ মঙানিদি হান্নগী য়ুমদা লাক্পা য়াদরে। অনৌবা য়ুমদুসু

ৱার্কশোপ্ মথক্তা ওইবগা য়াম্নসু চিল্লি। ৱারবসু ৱানা মপা অমদি মবুংশিংনা তানবগা তৌবা থবক্লিনা মানা য়েৎলুবা য়াবা নত্তে। মাসু অদুম ইনবা তাবনি।

*চনচলগী অনাবদু ডাক্তরনা লাইওং পাক্-হেক্ হায়বসু ঙমদ্রে। মচে অনী অমসু হান্না মাগী চহী মতাংসিমক্তা শিখ্রবনি। অদুনা মমা-পাবুং অনীমক্ নীংশা য়াম্না থিরম্মী।* ডাক্তরনদি মপান্দা পুরগা য়েংলুগে হায়বসু য়াদ্রি, মতম খর য়েংখিসি হায়দুনা লৈরে।

নোংমা অহীং নোংয়ায় মতুংদা চনচল অনাবা হেঞ্জিল্লকুনা ডাক্তর য়ৌরক্পা মতমদা খর লেপখ্রে। নোংঙাল্লগা চনচলগী সংস্কারনচিংবা তৌখ্রে। আনন্দি পাউসি তাদ্রি নীনী শুবা নুমিত্তা বসন্তিনা স্কুল চৎলুবা হল্লক্পদা অনন্দিখোয়গী ৱার্কশোপ মপাদা আনন্দিদা পাউদু তমনীংমন্দুনা চংলক্ই। আনন্দি লৈরম্মী। বসন্তি; "ইচে আনন্দি! নং পাউ অমা তারব্রা"? -"করি পাউনো বসন্তি"? -"ইচে। নংগী নুংশিবী চনচলদো।" -"চনচল কৈদৌরবা"? -"চনচল সংসার থাদোক্খ্রে"। হা। হায়রল্লগা আনন্দি বসন্তিবু কোল্লগা মখোল থোক্লা কপ্লক্লে, ও। ওহোক্লা নীঙমখিদ্রেদা। ইনাওদো হন্দকমপোক্কী উররোইদো। মচিল-মখা মাগী ৱাঙাং নুংশিবদু ঐনা তাবা ফংলরোইকো। ঐ মাবু কাউবা শুকৃঙম ঙম্লোই বসন্তি; বসন্তি ঐ অমুক্ হিংনীংদ্রে, সংসারসিদা ঐগী খ্বাইদগী নুংশিজবা মরুপ কায়নরে। ঐ তশেংনা হিংনীংদ্রে। ঐনা য়ুম হোংলকপসিনসু মা শিবগী মরমদা মতেং পাংখ্রবরা? মানদি ঐবু চৎখিদনবা হায়জখিবনি, ঐনা তাবীখিদবনি।"

বসন্তি; -"ইচে সংসারসি অসি ঙাক্তনি অমুক্ উনবা অমুক্ কায়নবা"। আনন্দি- "বসন্তি নংনা খংদবা ৱারী ময়াম অমা চনচলগা ঐগগী তোঙানবা মী অতৈনসু খংদবা লৈরি ইনাওদো য়াম্না শিংবনিদা। ঐগী থম্মোইগী অশেংবা মশক্ মাদনদি মুল্লা খংবনি, নুংশিখ্রেদা, পাম্মুইদা। ঐনা হিংদুনা ঐবু হৌজিক্ করি কান্নখিগনি? ঐনা মখোয়গীদা চৎলুবগী কান্নবা করিনো, ঐগী নুংশিবী লাইথিবী ময়ুমদা হনখ্রে মাগীদি নুমিৎ তাখ্রে।" বসন্তি -"ফরে ইচে। ঐ অমুক্ চৎলগে হায়রগা বসন্তিসু আনন্দিগী মতৌদুদা মপি শিন্থদুনা কপ্পা ঙাইহাক্ য়াওরল্লগা থোরক্লে। আনন্দিদি ফমুং থক্তা ওন্ন-থোইনা খাংদুনা লৈহৌরে।

শোমদা মবুং আনন্দদা পাউ থাখিদুনা দিল্লিদগী ফ্লাইটতা থুংলরে। অদুবু মাগী নুংশিবী মচন্দি উনহৌদ্রে। মাসু কপ্লতনা মমিৎতো পোল্লে। মমা-পাবুংগী ৱাখলদা করিগীনো ঐখোয়গী ইচা নুপীঙাক্তা অহম চহী মঙা-তরুক্ চংলক্পগা হেক্তা শিরিবসিবো? ঐখোয়বু ইমিত্তা ইচা নীঙোল মতম কুইনা লোইনৌ তম্লমদ্রবরা? কপ্পগী লোইখম্বা লৈখিদরে। মমাগা-মপাবুংগনা মচানুপী অহমগী মিংদা মন্দির অমদি মখোয়না হিংলিঙৌদো কৎলল্লগে অদুগা মচাশিংগী মমিংদাঙমজবা খরদংদি তৌরল্লসি হায়না লেপ্পরে।

চনচল শিবা নুমিৎ হুন্নি শুবা নুমিত্তা আনন্দি পুন্ডৌ ফনেক্ অমা শেৎলগা ফি অন্ডৌবা ইন্নফি অমা ইল্লগা মচে সনাহনবী হৌরগা আনন্দখোয়গীদা চংলক্ই। আনন্দ মাগী কাদা লৈ। অশিবা হংবা লাক্পা মী খরসু মাংগোলদা ফন্নি। আনন্দি শুমাং য়ৌরক্পগা চনচলগী কাদা কপ্পুনা চেনশিনখ্রে। মাগী ফম্মাংদা লৈপরেং শিরগা থন্নিবা ফোটোদুগী মনাক্তা চনচল। ইচেগী চনচল। নুংশিবী, নংবু চেচেবু কৌরক্ররোইদ্রা? ঐনা কৌরিবসি নংবু তাদ্রব্রনে, চেচে নং য়াওদ্রবা সংসারসি ইহাং হাংবগুম তৌরে, ইচেগী ইবেম্মা নংনা তৌরিবা মতৌসি ইচে খাংবা ঙমদ্রে, নং চেচেবু লৌররো; চেচেগা পুন্না চৎমিন্নসি ইনাওদি নথন্তা লম্বীদুদা করম্না চংকনি, ইচে লমজিংবীগে হায়না ইকায়-ইকি খংদনা কপ্পম্মী।

মাগী মতৌদুদা থাজমানবীনা, "ইবেম্মা! ননাওবু ঐখোয়না খাম্বা ঙমদনা চৎখ্রে, কৈদৌরুনি ইমাসু য়াম্না নীঙমহৌদ্রে"।

আনন্দ থংনবা কাদগী আনন্দিগী তৌরিবা খুদিংমক তায়, মাসু কপ্পী, অউবা লোইনমক্ কপ্পি, সনাহনবী আনন্দিগী মশক্ উবদা নুংঙাইতবা অমা পোক্লে। থেংখাং কয়াদা ইকায়বা নংলে, মাগীদমক্ মপানা ময়ুম-ইংখোল য়োন্দুনা চৎখ্রে। হৌজিক্তা মানা লুনা তৌজবী চনচলনা মাবু থাদোক্লমদুনা চৎখ্রে। মথবায় শোক্লা কপ্পুবগী চোকথরবা মশাদু মচে সনাহনবীনা কোল্লগা তপ্না-তপ্না মখোযগী য়ুমদা পুরগা থোরক্লে।

আনন্দগী মপাবুং রাঘু নহানমখৈ থোইনা নুপীমচাদুগী মরমদা খল্লুদবনি। অদুবু মানা ঙসি উৎলমলিবা মাগী অশেংবা মচানুপী চনচলবু থম্মোই শেংনা নুংশিজখিবা মাগী মতৌদুদা হুজিক্তদা ভাব তারক্ই। মশা লাযবজববসু নুপীমচাসি মা মমৌ ওইরগে থাজমানবীগা তানরগা থুনা লুহোংবীরগা মচা চনচলগী বাখলসি খর কাওরগে খল্লক্লে।

আর্স্টিনচিংবা লোইরে। অঙাংগীদি তরেৎনিদা শোরাৎ শোম্নবনিনা চনচলগী শোরাৎ কর্ম্মা লোইরে। মচানীপা অমুক্ চংবগী মতাংদা মমাগা মপাবুংগদা হংই। মমানা মচা আনন্দদা মচানুপী চনচলসু লৈত্রবনিনা য়ুমসি পুমহাং হাংলে; ইমা বা হায়গে "ইবুঙো আনন্দিদো ইচা চনচলবু য়াম্না লুনা তৌজরম্মী নংনা মাবু লৌরুরগা য়ুমসিগী মৌ ওইনা পুশিল্লক্লো। নংগী পাবুংসু য়ারবনি। অদুগী তুংদা নংগী অমুক্ চংবগী মতাংদু খন্নরসি"হায়রে।

মমা অমদি মাগী পাবুংনা অয়াবা পীরবনিনা আনন্দ নোংমা আনন্দিখোয়গী বার্কশোপ মপাদা লাগ্না আনন্দি থোরক্পা ঙাইদুনা লৈ। আনন্দিসু আনন্দনা লাগ্না য়েংলিবদু উদুনা দলান মথক্তগী ঈঙ্গিৎ তৌনৈ। আনন্দি থোরক্তুনা উখোং মরুমদা

বারী শানরে। মাসু আনন্দনা হায়বা খুদিংমক্ য়ারে। চনচল লৈখিদবা মতুংসিদা মা মমুল ফারবা হৈরাংগুম্ পুন্সিদা হৈনীংদবা য়াম্না চোক্‌থবা বাখল ভাক্তনা থম্লে।

নুমিত্তুগী নুমিদাংবাইদা মা আনন্দগা লোয়ননা আনন্দখোয়গী মমাগী মপামদা চেল্লগা থৈরে। নোঙানবগা মপাবুং রাঘু লৈকায়গী ময়াম্বা অনীগা পাউ হায়দোক্‌পা লাক্ই। আনন্দিগী মপা তোমচৌনা ঐদি হন্দক্কী মতাংশি বা ভাংনীংদে, নুপা ময়ুমগী অপাম্বদা হোংগেরা, কৈন্যা কৎকেরা অপাম্বদু তৌবীগ্নো। ঐগীদি ইচাদো শিখ্রে হায়না লৌজরে হায়রক্ই। রাঘুনা "শাওবীগনু তাদা ঐসু লৈকায় মশেন্নি মীগী মমাংদা নুংভাইজদে; য়ারগদি কৈন্যাদান অমত্তুং পীবীনবা?" ঐগীদি অমুক্ হায়ব্রবদি লোইরে, লেংগসি হায়বদগীদি পাউ হায়দোক্‌পা চৎলুবা কাংবু হল্লক্লে। মচা-মমৌ য়ুমদা পুরক্নুনা নুপা ময়ুমদা লুহোংবা মতম লেপ্তুনা লুহোংলে। মবুং য়ায়মা মেঙ্গর লাক্নুনা দান পীবীররে।

লুহোংবদি লোইরে, মঙানি চাকৌবদি পাংথোক্লে। অদুবু লাইগী থৌরম খর তৌরগা অনন্দগী মখা তানা মহৈ তম্বা অমুক্ দিল্লিদা চৎখ্রে। মা ডাক্তর তম্বদি ফংখিদ্রে, বিঃ এসঃ সিঃ ওইনা তমলে। মচানুপা চংখ্রবা তুংদা মণি-মমৌ মমা মচাগুম, খোঙ্কাপ অমত্তা থাদোক্তনা লোয়নজে। মাগী মহৈ-মশিংসু মখা-চৎথনা অদুম তমহল্লি। মীনা হংলগা ইচা নুপীনি খুমই। মমৌনসু ইমাসি, পাবুং হায়বদগী হেঞ্জদে। আনন্দগী মপাবুং রাঘুনা উ-শুবা মী কৌদুনা টিক্কী উ ময়াম অমা লৈরুদুনা মখা থংবগী শঙ্গোয়দা ফমুং-কাংথোল; লুহোংবা অমদা চংবা মখল-মথেল লুহোংফাল, কুজ থাঙ্গৎনবা ফাওবা নীংথিনা রং-পং তৌবা লোইদুনা ফিনা কুপ্তুনা থম্লি। মমা থাজমানবীগা মমৌগা নুপীগী লুহোংবদা চংবা মপোৎ-মচৈ, ফি-রোল মখলশুনা লোইনমক্ লৈশিল্লি। মমৌ নুপীনা নুংত্তিগী চনচলগী ফোটোদা অয়ুক্-নুমিদাং অনীদা নোংমত কাউদনা ধুব-থাওমৈ থাবা লৈ-কৎপা লেপচদে।

মরক্‌সিদা মমাগা মপাবুংগনা মত অমত্তা ওইনা পামজনা কৎকে খনখিবা মন্দির অমদি মখোয়গী থোঙ্গাল ময়াদা মচানুপী লৈখিদ্রবী অহমগী মিংদা খুৎ-হৈবা মিস্ত্রি অহম নেক্নুনা নুঙৌ ভাক্তগী অমা শারি। চনচলগী লৈখিদবা চহী ফাবা নুমিত্তা মন্দিরদু হোংগনি হায়না নুমিৎ লেপ্লে। য়েংবদা য়াম্না লুনা-নাম্না, থৈবোং, হৈনৌ মরক্নুদা লাইমরুসু মদুদা য়াম্না পাম্না লেংশিনগদবা মাল্লে। ফিরোই মতম য়ৌরক্লে। মচানুপা আনন্দবু থোরক্লবা পাউ অমুক্ থাখ্রে। আনন্দিবু পোক্‌পা তোমচৌ নোংমা আনন্দিগী মচে সনাহনবীনা মমাদা ইমা ঐখোয়গী খুরাতোনশে ইমানা হায়রবদি য়াগদবা মাল্লি, মচা নুপীসি অমুক্তং লৌখৎপীনবা তৌহনসি হায়জে। সনাহনবীগী মমা চাওবীসু মচানা হায়রিবদু চুমই থল্লক্লে।

আনন্দিনা অউনপোৎ অমত্তা য়াওদনা মীগী ময়ুমদা লৈবদু মনেম-মকুনা লুনা তৌরবসু মপৃক্লিংদা মমা লৈতবগী নুংঙাইতবা পুক্নিং নুংশিবা অমদি তত্তনা যাওরমগদবদু মাসু খল্লক্লে। নোংমা লাক্কুনা মনাওনীপাদা -"ইবুঙো। ইতৈমা বা হায়গে, হন্দক্ আনন্দিখোয়গী মচন নুপী লৈখিদবগী ফিরোই নুমিত্তা মখোয়গী মন্দির অমা শারিবদো হোংগনি হায়রি; মখোয়না বার্তোন্দি তৌরক্কনি; অদু ইনাও হন্দক্কী মতাংসিদা চংনহৌবা মতাং চারে। নংসু নচানুপী অসিমত্তনি, মমাগা য়াওদ্রে; মনেমদুনদি হেক্ পোক্চবা মচাগুম্ চৎথোক্-খোতোক্পা খুদিংদা মাবুত পুই; মীনা হংলগা মচা অপোকপীনি হায়না খুমই হায়। ইচা অসি মরাইবক্ ফরবনি, লাইরিক্সু তমহল্লি, অমুক্ নুংঙাইতবা তৌরনু; পুন্সি হায়বসিদি অমুক্তনি; কৈদৌঙে শিবা কনানসু তম্বা ঙমদে; ঐখোয়সু নোংম-নোংমগী অহল ওইশিল্লক্লিবনি"।

অউন পোৎসু মকুবোক্লা লোইনা মখাথংবগী শঙ্গোয়দা শেম-শাবা লোইরে হায়না তায়। নংনা হন্দক্কী মতাংসিদা ফজথোক্কগদি মচাগী অউনপোৎ পীনীংদবা শাগে- জাৎ ফৎতবা হায়বা বদনামদু চাবা শোয়দ্রবনি" হায়না নীংথিনা ঙাংবদগীদি তোমচৌদু হোয় ইতৈমা ঐসু খল্লম্লিবনি হাযবক্লে। চনচলগী ফিবোই য়ৌরে। ফিরোইগী অমদি মন্দির হোংবগী অপুনবা বার্তোন্দু ফংদুনা তোমচৌ মচা-নুপী আনন্দিগী য়ুমদা অহানবা ওইনা চংলক্লে। মনেম্ থাজমানবীনা মমৌবু মকোক্ খুমহল্লগা মাসু মকোক্ খুল্লগা মপাবুংগী মনাক্তা পুশিল্লক্কুনা খুরুমহল্লি। করি খল্লুরবনো, আনন্দিগী থম্মোইদু য়াম্না পেৎথোরক্কুনা মপাবুং খুরুম্বদা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। মখোয়দি ঙরাং নুমিদাংদগী চনচলগী বারী-শানদুনা মনেমবোক্লা অহীংচুপ্পা কপ্পগী লোইখম্বা লৈত্রবনি। কপ্পদা মখাক্ লৈহৌরমাম্লে। মনেমসু মাগী মমিত্তগী শিন্থরক্লিবা মিৎলুগী পিরাংদু ইম্নফিদুনা তৈথোক্ই। ঙসিদি তোমচৌ করি খল্লুরবনো মচাগী মতৌদুদা মপি তারক্কুনা ইম্নফি মচিদা তৈথোক্চরে। মচাগী মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা ইচাগী পুন্সি-নুংশাংবা, নুঙাই- য়াইফবা ওইয়ু হায়না বর পীবীরে।

আনন্দবুসু কৌথোরক্কুনা খুরুমহল্লে। পাবুং নচাশিংনা লানখিবা পুম্বা ঙাক্পীয়ু হায়না খুরুমজরে. অদুক্ শাথিরম্বা তোমচৌগী থম্মোই ঙসিদি পুমপেৎ পেৎথ্রে। মচা-ময়াবু থুনমক্ লৌখৎপীরগে খল্লক্লে। নহানমখৈ লাপ্পা তাবা, মীনা তম্বা হেনজিনবা পাউ ঙাক্তা তারুবদগী অশাওবতনা থল্লম্লবা তোমচৌগী থম্মোই রাঘুগী ফজরবা মানা মুন্না মশা চংলগা নক্লা উরুদবনা বারৌবা ওইরম্লে। রাঘুগী ইমুংদা মাবু হম্বনা য়েংবা উশিত্তবগী মিথয়েং করিসু লৈরমদ্রে। মানা খল্লি, ঙসিদগী ঐ মীবা লৌররোই। অসুম্না মন্দির হোংবগা ফিরোইগা পিরাংলক্তা লৈ-শু কখুনা মন্দির মনাক্তা ছত্র অহম

অমসু কত্তুনা ফিরোইগী চাক্-ঈশিং চাবা লোইনদুনা মী অয়াম্বা ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখ্রে। আনন্দিগী পাবুং তোমচৌ পাক্-হেক্ চৎত্রে। মা রাঘুগী মফমদা মচা-ময়া লৌখৎনবগী বা অমত্তং হৌদোক্লমগে খন্দুনা কাদা চংদুনা বাদু হৌদোক্লুরে। রাঘুনা তাদা ঐগীদি ইচা-নুপী অহম্ পোক্পদা লোইনা ঐখোয়বু থাদোক্লমদুনা চৎখ্রে, তাদগী ইচানুপীসিনা ঐগী মৌ ওইনা য়ুমসিদা লৈরমদ্রবা তাদা ঐ শোয়দনা ঙাওদুনা চৎলমগদবনি। মমাগা ঐগবু ইচানুপী শক্লবী ইমৌনা হৈশিংনা ঐখোয় অনীগী থম্মোই ফাবদগী ঙসি ফাওবসিদা ইচাগী বাখল কাউথোক্চবা ঙমদুনা মাগী মশক্ য়েংলগা অবাবা কাউজরিবনি।

য়েংউ তাদা, ঐদি ইচা নীঙোলনি খন্দুনা ইচাগী অওং-অউন লোইনমক্ শেম-শাবা লোইরগা মাগী হন্দক লুহোংবা চহী ফাবা নুমিৎসিদা লোইনমক্ ময়াম্বু চাক্ অমত্তং *পীজরগা মপুং ফাখিদ্রবা ইচা অনীগী লুহোংবদু অমুক্তং মপুং ফানা পাংথোক্পীগে খঙ্গরিবনি হায়রে। তোমচৌ ইকায়বনা মমায়দু পুবা ঙমজদরে। রাঘুনা "তাদনা উপু-কাংথোল অউনপোৎকীদমক্তি করিমত্তা লাংবীদ্রবসু য়ারে, অদুবু নুংশিনা দান অমতংদি পীবীরো" হায়জরে।*

ফরে, ইনাওনা তৌবা খুদিংমক্ ইয়াম্বসু য়ারে। অদুদি নুমিত্তো লেপ্লগা অমুক্ তানরসি ইয়াম্বা চৎলগে। রাঘুনা, -"হায় আনন্দি! নখোয়বু তারিব্রা, তাদা চৎলগে হায়রি অমুক্তং থোরক্উদনা"। মচা নুপাগা মমৌগা থোরক্লুনা অমুক্সু তোমচৌবু খুরুমলে। তোমচৌ পুমপেল পেল্লে। বাখল নুংঙাইনা ঙসিদি ময়ুমদা হল্লক্লে।

খর লৈরগা হাকুম লুহোংখিবা নুমিত্তু য়ৌরক্লে। আনন্দসু আনন্দিসু মাগী-মাগী মরুপ-মপাং তিন্নবা খর বার্তোন তৌজরে। লৌখৎপগী থবক্ পাংথোক্লুনা মীয়াম্বু চাকলেন অমা শিন্দুনা তোমচৌনা কুম্যুনিটি হোল অমা বায়রগা নীংথিনা শিন্দুনা লৌখৎপগী থৌরম্ লোইশিন্নে।

মচাবু অমুক্ নীপা ময়ুমদা থিনবীরক্লে। ইমুং অনীদু য়াম্না নকশিন্ননা মতুং-তাবা পুন্সিদা য়েৎনবা অমত্তা লৈখিদ্রে। আনন্দ অমদি আনন্দিগী চরিক্ পরেংগী নুংশি লম্বী পম্বুং য়ৌজদুনা নুংঙাইবা পুন্সি অমদা মমা-মপাগী পামজবা মচা-মমৌ হায়বদু ওইদুনা ইংনা চিক্না শান্তিগী য়ুম্বাল অমদা লেনমীন্নখি। অদুবু চনচলদি মপুগী লৈকোন্দা মখোয়গী কুম্মৈ য়াওদনা পোৎথাখ্রে।

-ঃ লোইরবা ঃ-

